# ইতিহাসনা তেংথাবা

শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা,
ভূষণ, 'অধিকারি', ফিরিবিনা
লেংব 'মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং' গী
অশোয় অঙাম ময়াম লৈনবা ]

খাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহ

**ফোঙদুবা**

**বাচুংবম গৌরচন্দ্র সিংহ**

[illegible], আইরাংময়ুম লৈরক, ইম্ফাল।



১ৱা ফোঙবা—১৯৭৫

কপী মশিং—৫০০


মথুম য়েকপা—শ্রীনাউসেকপম গীতচন্দ্র সিংহ, উরিপোক, ইম্ফাল।

লাইরিক ফংফম—মরুওইবা লাইরিক য়োনবা দুকানশিং।

ব্লোক সাবা—ইমেজ গ্রাফিক, কৈসামথোং এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল।


সত্ব পুন্নমক অইবগীনি

**মমল লুঃ ১০০·০০/-**


**নমফম :—**

**নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস**

পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# মরোল অমা অনিদং

মৈতৈগী ওইজরকইবা লাই, ধর্ম্ম, শাজং লমচৎ ফিজেৎ চাকচাগী মরমদা ইনিংবগী ঈরাং অমা ঐগী নৈরকপা শ্রীকুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মাগী লাইরিক 'মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং' পাক্লহাগী চীরম অসিদা তাকনবা ঈহৌ অমা ঐঙোন্দা পীরে। মাহাক্কী লাইরিক অসিনা লমজিংহল্লগা ঐগী অনিংবা অসি পাংলোকপগী খুদোং চাবা যংলি। খুদোংচাবা অসি মংংইদিংবুদু মাহাক্কী মৈতৈগী লম্বী মালংনবা মাহাক্কী মওং মতাং (মন্দুপ) অংতা চিংখদনা অমসুং যমিং মথা ফাওবা অমতা কায়হন্দনা লাইরিক অসিনা তুং ইল্লিই। ইতিহাসনা হায়বা, ওইকম থোকপা, ওইগদবা পূন্নমক মচা তানা উৎপা লাইরিক অসিদা লাক্লজরি। ঐনা হোৎনজরিবা অসি হোৎনদবসু য়াদ্রবনি। হোৎনহৌদ্রবদি অকায়বা, অমাংবা য়াম্না ওইরক্লিংঙাই লৈ। খরা মপুং ফাহল্লিংবদগী লাইরিক অসিসু খরা চাউথোকখ্রে। অতুবু মৈতৈগী ওইবা মপোৎ খিদোকচবা য়াওজবনি খনবিতুনা ঐগী খুদোল মচা অসিসু মৈতৈ অমসুং মৈতৈগী মপোৎ পান্বিবা অমসুং লুনা তৌবিবা শিংনা লৌশিনবিগনি নিংজে। ইতিহাসপু, ঐখোয়গী চাওখৎচরম্ববু, ঐখোয়গী ধর্ম্মবু মশক নাইনা থম্বদসু তেংবাংবিগনি নিংজে।

ঐডোন্দা পুকনিং নুংশিবা অমত্ং লৈজবদি মীতৈ ফিজেৎ লৈতেংগী 'থাগৎ ৱাহৈ পরেং'দা সহিমক তৌতুনা থাগৎপিরিবা, ব্রহ্মসভাগী ওইনা শ্রীগোপীনাথ শর্ম্মা আচার্য্য গুরু অমসুং শ্রীতোনস্না শর্ম্মা রাজ পুরোহিত, পদ্মশ্রী কালাচান্দ শাস্ত্রী, ডাঃ এলঃ চন্দ্রমনি সিংহ, পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ অমসুং লাইরিক অসিগী

তেংবাংবিরকপনি হায়রিবা অহে অশিং পুন্না ১৩ খক্কা ইবিরিবা, তৌবিরিবা মপান্দা খুৎনা নাল্লগা তোকপগুম তৌবা অসিনি। অতুনা লাইরিক অসিগী চেনা খুদিং নিংখিনা য়েংলগা চেকশিন্না ইন্নদবা য়াদ্রবা মওং লাকপনি নত্রবদি ইতিহাসনা তেংথাবা, তুংদা লাকলিবা মৈতৈনা তাবদা ৱাবখক্কা নত্তনা থেন্নবা লাক্কবদা অকনবা থবক অমা ওন্থহোবা শোইদ্রবনি। পণ্ডিতশিং অসিগী মিংতেনা মাহাক্কী লাইরিক অসিবু অৱাংবা থাক্কী পোৎ ওইনা উহল্লে। মশক্কা মগুণগা, উৎনবগা মরনগা চান্নদবা লাইরিক ওইতুনস্থু মতৌনা হিয়াং অথৌবা ওইহল্লে।

মথক্তা পঞ্চগ্রবা মশক নায়রবা পণ্ডিতশিংনা শ্রীশর্ম্মাবু নুংশিনা, চানবীনা তৌবিবা উজরে অতুদা চানবীবনা হেনমনখিবগুম্দি তৌরে। পোক্তা য়েংখিদনা চানবীবতদা পুক্রিং হাপখিগুম উরে। ঐনা খঞ্জরিবদি লাইরিক অসিনা মশক নায়গ্রবশিং অসিবু থাদোক্তনা চেন্নগদ্রা হায়বগী চিংনবা অমা ফাউরিবা অসিনি।

পন্নিংবা অমনা শ্রীশর্ম্মাগা ঐহাক থবক থরদা কুইনা চথমিন্ন ৱক্কবনি—এরিয়ান থিয়েটরদা, নৃত্যাশ্রমদা থরায় য়াওনা য়াওমিন্ন-ৱক্কবনি। হৌজিকস্থু মরূপ্নি। অতুদা লৈপাক্তা, জাতিদা, ইতিহাসতা কায়বা, কায়রকখিগদবা লাকপা অতুনা অচৌবা মরম ওইবনা শ্রীশর্ম্মাগা নুংঙাইনদবগুম উবা য়াই—মাতুদি নত্তে। ঐস্থু শ্রীশর্ম্মাগী মতেংনা হায়বদি মাহাক্কী লাইরিক অসি থোক্লকপনা ঐগী খুদোল অসিস্থু ইরৈবাক মচাদা কৎচবা ওন্থনি। অতুনা মাঙোন্দা তৌবিমল খংবা উংফম থোকপনি।

শ্রীশর্ম্মাগী লাইরিক য়াওদ্রবস্থু য়ারিবমখৈ লায়না মশক খংনবা মাগী মতাং মতাং খুদিং কায়দনা মাহাক্কী মরোলশিং শেংদোক্তবা য়াদবা মফম মফমদা শেংদোক্তুনা অচুম্বা মওংদা থম্মবা লাইরিক

অসিদা হোংনজরি। মাহাক্না মাহাক্কী লাইরিক অসিমক পুথোক্লম-দ্রবদি হীরম অশোমদা অচুম্বা মশকশিং তানবা, নৈনবা হৌগংপা ঐঙোন্দগীদি অস্মুক থুনা থোক্লম্মোই। মথা মথং মথং নৈনরক্তুনা অরাং অপা মথং মথং মেনখৎলক্কনি নিংই।

ঐগী মরুপ শ্রীনিংথৌজম নবকুমার সিংহ এড ভোকেড্ অমস্তং লো কলেজ ওজানা ঝাহৈ ঝাক্তা হেক্তিনবা য়েংবিয়ু হাযজহনা যেংবিবদা ঐগী লাইরিক অসিগী মবমদস্ম ইবিরকপা লাইরিক অসিদা হাপচরি। অসিগা লোইননা শ্রীএলাংবম সোনামণি সিংহ সেক্রেটারী মণিপুর সেক্রেটাবিয়েত, ইম্ফালনা লাইরিক অসিগী মরমদা ইবিরকপস্ম হাপচরি।

ইম্ফাল,
জুন, ১৯৭৪ ইং

ঝাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহ

**E. Sonamani Singh, IAS**

Imphal,
25-20-82

তাইবুঙো শ্রীযুক্ত রাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহগী "ইতিহাসনা তেংথাবা" হায়বা লাইরিক অসি পাজরে। লাইরিক অসি শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মাগী "মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং" হায়বা লাইরিক্কী সমালোচনা (criticism) ওইনা ইবনি।

লাইরিক অসি পারুবদগী শ্রীশর্ম্মাগী লাইরিক "মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং" হায়বা লাইরিক অসি ইতিহাসকী থৌদোক্কা চানদবা, অরানবা পঙহায় হায়জিনবা কয়ানা থল্লবা অমদি মৈতৈ সমাজবু অরানবা লমজীং অমদা পুবা য়ানবা হোৎনবনি হায়বসি মযেক লা-না উৎলি।

অসিদস্থ নত্তুনা "ইতিহাসনা তেংথাবা" হায়বা লাইরিক অসিদা হৌজিক্কী মতমদা মণিপুরদা ধর্ম্মগী মফমদা চমন্নবা অমা লৈরিবা—অমদি কান্নবা থিবা কাওবু খরনা মরম চাদনা সমাজবু ফৈরেংননা লমজীংগে হোৎনরিবা পূম্বা ফজনা উত্তুনা অচুম্বা করি ওইফম থোকপগে হায়বত্থু খন্ননবা রাখল কয়া পীবী। থোক্কদোক্কা লাইরিক অসি মতম কুইনগী মমাংদগী লৈরক্লবা মৈতৈগী অশেংবা মরল—সভ্যতা অমদি কৃষ্টি (civilization of culture) গী রানা থল্লবা লাইরিক্কী হায়নীংই।

মৈতৈগী অশেংবা মরল ওইজরবা হিরম কয়াদা অরানবা, ইতিহাস থৌদোক্কা চানদবা পোকহনবা অমদি থৌদোক অমবু শেরান্ তুরান্ উহনবা লাইরিক অমা চুমথোক্তনা লৈহনবা মৈতৈ সমাজগী অমস্থুং লৈপাক্কী অমাঙ্বনি। অতুনা শ্রীশর্ম্মাগী লাইরিক্তা য়াওরিবা অরানবা পূম্বা খ্বাই ময়াম খণ্ডনম্নবা অমদি মতম চান্নো

শেমদোক চুমথোকহৌদুনা তুংগী মৈতৈ সমাজদা অকায়বা থোক্তনবা অমস্তুং লান্না লমজীংদনবা লাইবিক অসি ফোঙদোকপীরবদি অইবনা মৈতৈ সমাজদা অচৌবা থৌদাং অমা পাঙথোকপা ওইগনি খল্লে। থোইদোক্না ঐথোয়গী ইপা ইপুদগী **heritage** ওইনা লৈবক্লব। সভ্যতাবু মরা চেৎনা থম্নবা—ব্রাহৈ রাতা ভাবতা অরাংবা থাক্কী সাহিত্য ওইরবা লাইরিক অসি ইথোকপীবগীদমক লেখকপু থাগচরী।

সোনামনি সিংহ

## স্বর্গীয় নিংথৌজম নবকুমার সিংহনা ইবিরকপা ৱারোল থরা

ঐগী মরূপ শ্রীরাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহনা ইবা 'ইতিহাসনা তেংথাবা' হায়বা লাইরিক অসি পাজরে। মসি শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মানা ইবা 'মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং' কৌবা লাইরিক্কী সমালোচনা (criticism) গী মওংদা ইবনি। অতুবু লাইরিক অসি ঐগী ৱাখলদা 'It is the store house of ideas of topics of the day' হায়নিংই। হৌজিক্কী মতমগী মীতৈ সমাজগী তোঙান তোঙানবা ঈহৌ ঈরাং ৱাখল, লাইনিং অসিন-চিংবা মরম পুন্নমক শোক্না ইবা লাইরিক ওইনা তৌই। ধর্ম্মগী চরাংনরবা মতম অসিদা ইপা ইপুগী হাক্তক্তগী ইংনা মেনা অমদি থাজনা চেন্থরক্লিবা বৈষ্ণব ধম্মদা লাইরিক অসিনা ঐবু হেন্না থাজবা পোকহল্লি। অসিদগু নত্তনা লাইরিক অসিনা অরানবা শেরান তুরান উৎপা মীৎয়েং অমদি ৱাখলদগী তোঙান্না ইশোপ তোপ্পা মীতৈগী হান্না লৈজরম্লবা অমসুং লৈজরক্লিবা কলা, কৃষ্টি, জগোই, লাই হরাওবা, ফিজেৎ চাকচানচিংবা মফম মতম চানা চানা হৌরকফম শেংনা তাকই। মীতৈ ঐখোয়গী সভ্যতা অসি ওরাংতগী নত্তে যান্ন৷ লীরবা সভ্যতানি হায়বসি থংহল্লি। লাইরিক অসিদা য়াউরিবা ৱাখল, মসিবু ফোংদোকলিবা ৱাহৈ ৱাতা পুন্নমক অসি অৱাংবা থাক্কী সাহিত্যানি হায়নিংই। লাইরিক অসিনা ঐবু ধর্ম্মদা লম্মুক্করবা অমসুং লম্মাংনরবা মতম অসিদা অচুম্বগী লম্বী অমা ওইনা উহল্লি। ইপা ইপুদগী l… ..age ওইনা কংলক্লবা সভ্যতা মরা চেংনা থম্নবা লাইরিক ওইনা উই। মসি ইবগীদমক লেখকপু থাগত্তবা ঙমদে।

শ্রীনবকুমার সিংহ

(শ্রীনিংথৌজম নবকুমার সিংহ)

এডভোকেড অমসুং এস্ এস লো কলেজ

কচরর।

ইম্ফাল,

২১।৬।৭৪ ইং

# য়াওফম তাকপা

| হৌরম | লামায় |
|---|---|

# ইতিহাসনা-তেংথাবা

### অহানবা মতাং

## তাইবং থক শেম্বা

### ( খমনুং ইঙাল লৈশেম্বা পুয়া )

ঐখোয়না নৈনরিবা শ্রীফুরাইলাংপম ইবোতোন শর্ম্মানা ইবা 'মীতৈ ফিজেৎ' লৈতেংগী অহানবা মতাং অসিনা তাইবং থক-খা শেম্বা করম্না থোকখিবগে তাক্লি। ইহৌ হৌবদা ওঁবু লৈই অকোয়বা তরেৎ মথক থংবদা তৎপাশিংনা কোয়শিনবা য়েক্তুনা উংলি। মচু তরেৎ অসিনা কোযনা লৈবা "ওঁম অতুবু মৱ্ম কৌরে" তাক্লি। "লাইরিক অসিনা 'ওঁ' সু হায়দে 'ওম্' সু হায়দে 'ওঁম' হায়রি। মাসি ওঁগা ওম্গা পুল্লগা থোকহনবা 'ওঁম' ওইবা তারি—। 'মৱ্ম'দি অশেংবা মৈতৈনি 'ওঁম' হায়রিবা লৈই অকোয়বা মতেক্কী মরক্তা উংলিবা অসিদি মৈতৈ নত্তে। মৈতৈ পুয়াশিংদা ওঁ শিজিন্নদে— অনৌবদদি থেংনবসু য়াওই। ওঁগী শোয়থরকপা অঙ্গি শিজিন্নে। মাসিবু শিজিন্নবদা তত্তনা খুকম্নে। অঙ্গি ক, খ, গ ····· অসুম্না ইরগা তম্বা হৌদ্রিঙৈদা অঙ্গি খুরুম্নরম্মী। লাইরিক অসিগী মতাং-শিংগী মনুংদা মৈতৈ পুয়াগীনি হায়বা রানা মপুং ওইদুনা অয়াম্বা ঈরি। অতুবু মৈতৈগী অঙ্গিনা হৌদদুনা ওঁনা হৌরগা 'ওঁম' না 'মৱ্ম' ওইরিবসি বেদগা পুয়াগা অমতনি নত্রগা নক্নবা মরি লৈ তাকইবা ওইবা তাই। অতুমক্লি হায়না থিন্দ্রবসু মানবদি শোয়দনা মাল্লে। 'ওঁম' না মৱ্ম ওইবসি বেদগা পুয়াগা ওইবা য়াবা করম্বা মরিদগী নত্রগা করম্বা প্রমাণগী মথক্তা হায়রিবনো ঐখোয়সু অমুক্তং থিদোক্তুনা য়েংসি।

'মরূ'গী অর্থ গ্রন্থকারনা হৌরকফম, লেম্ফু, মচং হায়না হল্লি। মরূ কৌরিবা 'ওঁম' অমুকী অর্থদি তোক্লা হল্লমদ্রে। মাম্লে হায়রবদি অমগী অর্থনা অতুম য়ারে হায়তুনা তৌবা ওইবা য়াই। 'ওঁম' হায়রম্মীবা অসিগী অর্থদি থিক্লম খংদ্রে; গ্রন্থকারনসু শেংদোক-পিরমদ্রে। অতুনা অখংবদগী চুখতুনা খংদবা খংবা য়াত্রা য়েংনবা ইহান হানবগী ওঁ/ওম্‌গী অর্থ থিন্দোক্তুবা য়েংসি। ওঁ/ওম্ = প্রণব, বীজ মন্ত্র, আদ্যবীজ—অ (বিষ্ণু) + উ (শিব) + ম্ (ব্রহ্মা) = সমাহার-দ্বন্দ্ব সমাস তৌরগা ওম্/ওঁ ওই। ওঁ গী অর্থশিং অসি অমুক অর্থ তৌতুনা য়েংসি—প্রণব ঈশ্বরগী অথুপ্পা মিং (গুঢ়নাম), ওঁ, ওঙ্কার; প্র-নু (স্তুতি-তৌবা) + অলূণ। বীজ মন্ত্র = মূল মন্ত্র, [মূল = মরূ ওইবা; মন্ত্র = লাইশোনবদা মতিকচাবা (লোন্না শোনবা) ব্লাইশিং] আদ্য = অহানবা আদ্দিম্ প্রথম, অথোয়বা (শ্রেষ্ঠ, প্রধান), বীজ = মন্ত্র, মূল, কারণ/মওং অসুম্না অর্থ হনবা লাইরিকশিংদা ফংই।

অনিশুবা লামায়দা ওঁ গী মশক খরা অমুক লাইরিক অসিনা তাক্লি। অসিদনা "মরূগী হকচাংদগী মচু তরেৎনা তিনবা মশেক মঙাল অকোয়বা অতুবু বেদগী মোত্তা ওঁ হায়না খংনৈ" হায়রি। মথক্তা অহানবা মক্তদা "মচু (৭) তরেৎ অসিনা কোয়না লৈবা ওঁম অতুবু মরূ কৌরে" শেংনা হায়খ্রে। হন্দক্কী 'ওঁম' অসি ওঁ নি হায়না লৌবা তায়; মরমদি 'মঙাল' কৌতুনা অহানবা চেনাদা য়েক্লগা তাক্লিবা অসিনা উংলি। ঐখোয়না লাইরিক অসিদগী লৌখৎলিবা মতেক অনি (২) অসিদগী ইহান হানবা খংবা য়াবদি ওঁ গী অর্থদি ইয়েং য়েংদনা ওঁ গা মরূগা মরি লৈনহন্নবা লাক্লবদা অমনা অমবু ককথত্তুনা ভাব তাবা ঙমদ্রে উংলিবা অসিনি। অহানবা ওঁ না ইহান হানবা লাই মরূ ওইরে, মথংদনা লাই অতুগী মশেক মঙাল অকোয়বা অতু অমুক ওইরে। অকোনবগী অসিদি 'বেদগী মোত্তা'

নি হায়রি—বেদগী করম্বা মন্ত্রমদা কবি হায়বা লোলনা হায়রুবো অচুদং পুথংলম্নবদি য়াম্না ভাব তানা অপারা ঐখোয়বু খংনবা ইবা মানগনি। বেদমন্ত্রদা মন্ত্রগী মশেক মণ্ডাল অকোয়বাবু ওঁ কৌই থাওরবদি ঐখোয়না চাউথোকচবা স্বর্গ পাকনি। মন্ত্রগী অর্থ হনবা মতাংদা "মচু অরেংনা তিনবা মচুবু নোংথাং হায়নস্থু কৌনৈ মীতৈনা" থাওরিব্না অসিনদি নোংথাংস্থু ওঁ ওইরে। ওঁ না পুরিবা থবক ফনা য়ায়ে। (১) ওঁ=মন্ত্র (২) ওঁ=মন্ত্রগী হকচাংদগী থোরকপা মশেক মণ্ডাল অকোয়বা (৩) ওঁ=নোংথাং মরমদি মন্ত্রগী মশেক মণ্ডাল মচু অরেং অদুবু 'নোংথাং কৌনৈ'। (৪) অসিদস্থু নত্তনা ওঁ না রাহৈ ওইবগী থবকস্থু পুরি—"ওঁ গী মশক ওইবা অতিংকোক মন্ত্রনা উম উম হায়না ঙংবদা (ঙংবা অসিবু বেদদা ওঁ ওঁ রাহৈ সিজিন্নে। ককোয়বা (অকোয়বা) মচু ময়াইদা তংলে"—অদুনা ওঁ গী মশক মন্ত্রনা ওই হায়না গ্রন্থকারনা হায়রবস্থু মথা চথরকইবা অসিনা অমা অমুক হায়রিবদি ওঁ মশক পানবা মন্ত্রগুম্বা নত্তে, খোম্হোক্নি। নৈন নৈনরগা ওঁ গী মথৌ অসি মতোমতা ঙাম্ব হায়রিবা গ্রন্থকারগী 'মন্ত্র'দগী মথৌ পুবা হেক্তিল্লকই।

মথক্তা ঐখোয়না ওঁ গী অর্থ খরা থিদোকস্নে। ওঁগা মন্ত্রগা মান্নবগী রাস্থু উস্নে। আদ্যবীজ, বীজমন্ত্র কারণনচিংবা রাহৈশিংস্থু থেংনস্নে। ওঁ গী মমুং হুজ্জিনবা অর্থ হুন্দোক্লগা বীজগী, কারণগী, আদ্যগী কান্নগদবা অপাম্বা অর্থ খরা লৌরগা কান্নরোইদবনা থাদোক্লগা ওঁ বু 'মন্ত্র' হায়না হন্দোক্লগা মমিং থোনবা মাল্লি। ব্রাহ্মণনিনা বেদগা ওঁ গা মরি লৈবগী রা খরতা ওইরবস্থু খংথা থানিংদবা ওইগদ্রা নিংই। 'বীজ'না পোৎ হৌরক্কবগী মন্ত্র (মরু) মরাংগী অর্থদস্থু পুই, 'কারণনা' মরমবুস্থু উস্মী, 'আদ্য'না অহানববু খংনৈ; অদুনা পুন্নমক্কী থোরকফম ওইবা য়ানবা হায়বদি মকোক

ইথং থংবা মপু ওইবা য়ানবা 'মক্ক' হায়না ওঁ গী অর্থদগী লৌতুনা শেম্বদা তাগদৌগ্নি। অতুমতৌরবমক্তদা ওঁগী অর্থ কাউথোকখিতুনা নত্রগা 'য়েৎনখিতুনা নত্রগা য়ৌনা থংদতুনা ওঁ দা মথৌময়াম পীবা ঐখোয়ন। মথক্তা উখিবা অসিনসু মরম ওইবা য়াই। মসিদগী ওইবা য়াবা অমনা 'মীতৈ ধর্ম্ম' গী মওং মতৌ, লাইনিং লাইশোন, লাই মশক তাকে লাক্লবদা, হোৎনবদা মতৌ মালহন্দনা ধর্ম্ম শন্দোক্লবা তৌবনি হায়ন। লোবা য়াবা ব্রা লাইরিক অসিদা য়াম্না নিংথিনা থেংনৈ। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইগী ব্রাসু য়াওদবা য়াদবা মওং অমা ওইরিবনিনা লাইরিক অসিদা বেদগী ব্রানচিংবা তোয়না পনবা ঐখোয়না থেংনরকখিনি। হিন্দুগী বেদদা, পুরানদা শাস্ত্রদা য়াওবা নত্রগা বৈজ্ঞানিকী ব্রানা লৈশেমন্নং শেম্বগী ব্রা লাইরিক অসিদা থেংনদে, মনিপুরদগী ওইবা লৈশেম্বা অমা উত্তুনা গ্রন্থকারগী অনিংবা অমসু পাংথোক্লবা লাইরিক অসিনা লাক্লরি হায়বা অসিমদি লাল্লরোই নিংই।

অতিংকোক মক্কগী ব্রাখন্না হুমাং ওইনা হকচাংদগী মপান্দা থোরক্তুনা "লাইজ ঈশিং ওন্দুনা তেংবানবা অসি ঈশিংডাক্তা ওইরে" হায়না ইরি। অতুগা "ঈশিং অতুদা মৈ, ঈশিং, নুংশিং, অহাংবা, কংবী কংনাও ইনাংদগী থোক্লকপা অতুনা লৈবাক ওইনা লৈবা উরে"সু হায়রি। অতুগী মখাদা অমুক মৈ ঈশিং নুংশিং অহাংবা, পৃথিবী পুন্ন লৈবা উবদা তরং মথক্তা ফমতুনা লৈবা মক্কনা ব্রাখন তৌরে তেংবানবা শেম্নবা মচাক্তি লৈরে" লেপ্লে। মতাং অসিদা গ্রন্থকারনা ইরিবসি ক্ষীরোদ সমুদ্রদা বিষ্ণুন, তুম্বগী মওং অতু মানশিল্লকই। অতুমকপু অইবা নুপাগী মরোলশিং অমুক্ত দি নৈনখিবনা চুম্বা তাই। মক্কগী ব্রাখলদগী ওনবা ঈশিংনা তেংবানবা থনখ্রে হায়বা মরোল অসি গ্রন্থকারগী অওকপা ব্রাখলনি। তেংবানবা

শেমদ্রি মরূনা শেমগে থল্লকখিগদৌরি। শেমদ্রিব। তেংবানবদা ঈশিং পৈশিনবা ওম্বা হৈশিংববু থাগৎফম থোকই। তেংবানবা থল্লবা ঈশিং অতুদা মৈ, মুংশিৎনচিংবদা নত্তুনা ঈশিংমু উরে হায়বদি ঈশিংদা ঈশিং লৈবা মরূনা উরিবা লাই ওইবগী ভবনি চুম্নগী মিৎনদি উবা ফংলোই। মথংনা কংবী কংনাও করিগুম্বা পোৎ অমত্তা শেমদ্রি, লাইশিং তাইবংপান শেম্নবা ফাওবা শেমদ্রি—মতাং অসিদা কংবী কংনাও কনানা শেমতুনা থোরকপনো ? মরূ নত্তবা অমসুং মাহাক খংদনা পোৎ-চৈ শেম্নবা অতোপ্পা অমসু লৈরম্বা তাব্রিবরা ? হায়বদি মরূনা খংবা, উবা ওমদবা কনাগুম্বা অমনা ঈশিং মুংশিৎ, অহাংবা, পৃথীবি শেম্বীতুনা তেংবানবা শেম্নবা মচাক মরূগীদমক লৈহনবিবা ওইফম থোক্লে। অসুমতৌতুনা মফম মরাং খংদনা মমৈ মকোক য়াওদনা পংহায় হায়জিনবা মানবা মওং অসিনা গ্রন্থকারনা পামজনা তাক্লিংলিবা ধর্ম্মগী মরমদা কান্নহনবা ওমদতুনা অমাংবতুম পীগত্রা চিংনৈ। অসিগুম্বা অসিবু লোজিক্কা ফেলাসী কৌই। অসুম তৌনা তৌনা লাইরেম্বা অমগা লাইরেম্বী অমগা মরূনা তাইবংপান শেম্নবা শেম্লে। মাখোয়না মরূবু "তাইবং শেম্বা মপু ও" হায়না তেংথাতুনা তাইবং শেম্নবা পোৎ অমসুং শক্তি তানখি। লাই অনি অসিবু তাইবং শেমহনগদৌরিবনি। মাখোয়না শেমদ্রিবা, লৈত্রিবা তাইবংগী অশেম্বা মপু হায়না লৈশি লৈথোক্লি। তাইবং অতৈ শেম্বা লেইথ্রগা মণিপুর পৃথীবি মচা অমত্তং শেমখিগে লাকপা ওইরবদি মিংগৌ অসি শিজিন্নবা য়াই। মাসি ওইতুনা লাই অনি অসিনা শিজিন্নবা ব্রাহৈনি লৌরসি। লাইনুপানা অমম্বা, মুপীনা ইংথৈরেল কৌই-তাক্লি।

——— ——

অনিশুবা মতাং

# ঈশিংদা লৈবা পোৎ মওং পুথোকপা

(খমনুং ইঙাল লৈশেম্বা পুন্না)

মতাং অসিগী ইহাম হানবা মশক্তি মঙান্দগী থোরকপা লাইরেম্বা লাইরেম্বীনি। মকোক্তা মঙান্না কোম্বরিবা (halo) অয়েকপা শকফম অনি অসি শোয়দনা লাইগী শকফমমক্কি। অতিং-কোক মরক্না শেম্বা ইহান হানবা লাইনি। মাখোয় অসি মীগী শকফমনি। মতম অসিদা মরূপ্গা মানা শেম্বা অনিগা লাই অতুম শুরে। মরূপগী শকফমদি করম তৌরমগদগে হায়বা লাইরিক অসিদগী খংবা ঙমদ্রে। মানা শেম্বা লাই অনি অসিদি মফি শেংহে। অতুনা মখোয়বু শেম্বা লাই কোকলেম অতুসু মফি শেংলমদবা তাই। মরমদি মাহাক্না শেংলবদি মপুং অসি য়ৌনা ফারবা মাগী লাই অনিসু মফি শেংপিরমগদবনি। লাই য়াম্না লিয়বামক ওইরবসু চাংখংতবা লাইদি হায়বা তাবে। অসিগুম্বা লাই অসিনা মৈতৈ লৈবাক মণিপুর শেমহনবা গ্রন্থকারগী কা খরা হেনমনবা ওইরোইদ্রা? অতৈ লমগীদি ফি শেত্তবা লাইনা লৈশেম্বগী ন্না তাবা ফংদে। লাইরেম্বা লাইরেম্বী অনি অসিগী ফীবম অসুম্মক ওইহনগে নিংলবসু অসিগুম্বা লাইরিক অমদা য়েক্তুনা য়াওহনবা থোগললোল খংদবা শকফম (obscene picture) উৎপা নত্তুনা করিসু ওইনিংঙাই লৈতে। অতুগী মথক্তা "নৃত্যাশ্রম লিংখত্তুনা জগোইগী চেল্লিবা রসভাব ময়াম" থিজিনবা গ্রন্থকারনি হায়জবিবনি (নৃত্যাশ্রমগা লৈনবা মরিদি মতাং চানা নৈনবক্কনি)। অতুনা ফিজেৎ লৈতেদা নত্তুনা জগোইদসু পুক্নিং লৈবা মীনি তাকচরি। লৈশেম্বা জগোই শেমতুনা

য়াম্না উৎশ্রে, উৎস্থ উৎলকখিগনি নিংছই। নৃত্যাশ্রম্না উৎখিবস্থ 'নৃত্যাশ্রম লিংখত্তুনা' থবক চত্থখিবা গ্রন্থকারনা নিংশিংলমগনি। মাহাক্কী লাইরিক অসিদগী লৌথোক্তুনা লৈশেম্বা জগোই শেম্বা তারবদি জগোই অছু নিউজ রিল (News reel) দা য়াওহল্লবদি মুমিৎ নিনিদা গ্রন্থকার পৃথিবী থুংনা ফাওগনি অমস্থং পৃথিবীগী জাতি পূম্বগী মরু ওইবা মীশক্ক অমা ওনখ্রনি।

ঈশিংদগী য়াতোন্দা হাপ্তুনা পৃথিবী থাঙ্গৎলকপা শূকর ভগবান শাগী মওং য়াওনা অবতার তৌবনি অছুবু ফিশেংলি-শেংনা য়েকই। মঙালগী লাইরেপ্পা লাইরেম্বীগুম তৌদে। মাসিদা ৱাহং অমা লাক্লিবদি হায়ব্রিবা লাই অনি অসিনা শূকর ভগবান্দগী য়াম্না হানবা—লৈশেমগ্রবা চহি লাখ কয়া কয়াগী মতুংদা নারক শিংলকতা চীংগী অহোবদা লৈরম্বা তাইবং মীগুম য়াম্না লিরদুনা ফি য়াওরমদবা লাইরা নত্রগা উবিনি'ঙাই কনাস্থু লৈতে থোক্তুম থোক্তোকসি হায়দুনা তৌরম্বরা? হায়বদি শেৎনিংঙাইদি লৈবা শেত্তি শেৎলোক্ত হায়দুনা শেত্তবরা? নত্রগা য়োংমী (Ape man) না তৌরমবগুম ইখং খংখিদ্রবা ৱাকমলা মাখোয়শিং অসিগী মরক্তগী অওইবা অমতং লাইরিক অসিনা পল্লমদ্রে। পংশিংশিংবা লাইদি ওইররোই।

মথংদি মখাগী ৱারিদা চত্থরসি। ঈশিং মনুংদা লৈবা পোৎলম মঙা বেদদা পঞ্চভূত হায়না খংনবা অদু মকনা তাক্লদুনা অমম্বনা মৈ, ঈশিং (হায়বদি ঈশিং মনুংদগী ঈশিং), নুংশিৎ, অতিয়া অমস্থং "ইনাংদগী পৃথিবী তোঙান্না পুথোক্তুনা থমলে"। মতাং অসিদা অমম্বা শূকর ভগবানগুম থবক তৌরে—খরা লিবা লাই ওইরদুনা মফি শেৎতবদনি। গ্রন্থকারনা '(পঞ্চভুট)' বেদগীনি হায়রিবা "পঞ্চভূত" পুনি। ছাপাদা লানব্রা হায়সি হায়বনু লাইরিক অসিদা

'ত'না চুম্বা মফমদা 'ঢ'না য়াম্না পাম্না শিজিন্নৈ। মথং মথং উরকখিনি। পঞ্চভূত হিন্দুগী শাস্ত্র মতুংইন্না ক্ষিতি, অপ্, তেজঃ মরুৎ, ব্যোম হায়বা পোৎ মঙা অসিনি। লাইরিক অসিগী লোন্দা হন্দোক্লবদি ক্ষিতি=হৃনাং. অপ্ =ঈশি, তেজঃ=মৈ, মরুৎ= নুংশিং, ব্যোম= অহাংবা ওঙ্করগনি। অহঙ্কারদগী [অহং (অস্মদ্ শব্দগী—ঐ) —কৃ (তৌবা)+ঘঞভা অহঙ্কার ঐগী হ্বাখল লাকপা, অথোইবগী ভাব লাকপদগী] অতিয়া থোকখি, অতিয়াদগী নুংশিং, নুংশিঙগী মৈ, মৈদগী ঈশিং, ঈশিংদগী পৃথিবী শেমই হায়বনা হিন্দু শাস্ত্রনা হায়বনি। গ্রন্থকারনা পুয়াগীনি হায়না লৌখৎলকইবা পোৎ মঙা অসিদি মরূগী হকচাংদগী থোরকপা হুমাংদা য়াওরকপনি অতুনা অশেম্বা ওইনা মাহাক্কী হকচাংদা য়াওতুনা লৈরবা মওংনি। হিন্দু শাস্ত্রনা পঞ্চভূতকী মগুণসু থারম্মী—অতিয়াগী গুণ-মখোল; নুংশিংকী গুণ-মখোল অমসুং শোকপা; মৈগী গুণ—মখোল, শোকপা অমসুং মশক, ঈশিংগী গুণ-মখোল, শোকপা, মশক অমসুং মহাও, পৃথিবীগী গুণ-মখোল, শোকপা, মশক, মহাও অমসুং মনম্নি। মাসিগী মরমদি পুযাদা য়াওদবনরা ইকহুনা কান্নদে তৌবনরা লাইরিক অসিদদি য়াওদে অমসুং অসি য়েনস্ত্র য়াওবোই।

অতুদগী অংশা, পৃথিবী (লৈপাক লৈমাকা হায়রবদি পুযাগী লোলগা খবা হেন্না চান্নগনি), নুমিৎ, থা, থবানমিচাক য়াওনা পুথোক্লবা মতুদা (শেম্বা, শাবা নত্তে পৃথিবী পুথোকুনা থমখিবা অতুগুম্বনি) জীব হাপ্তুনা শিজিন্নবা ভমদ্রবদা জ্ঞান মাংলতুনা মরূগী মখোং কোন্দুনা লৈরুবদা মরূনা স্বব হেংগ্লিনবদা যাওখিতুনা মরূগী খোয়দৌ পায়তুনা লৈরুরে। মরূনা থরায হাপ্লগী পাঙ্গল পীতুনা মাহাকপু মপুক মনুংদগী হোইদোক্লক্লে হায়রিবা মতাং অনিগী হ্বারিসি বিষ্ণুগী গর্ভদা ব্রহ্মানা চংবগী হ্বারিগা যনা মান্নৈ। হ্বারি

অসিগী খ্বাইদগী মুংঙাইবা অমদি মুংঙাইজবা য়াবা শরুক্তি "শরাইয়েল অমম্বনা থোকলকপা অসি মরুগী খোইদৌদগী থোরকই মসিনা মরম ওইদুনা বেদগী মোত্তা খোইদৌদগী ব্রহ্ম (ব্রহ্মা—'া' চিংথবা ওইগনি) পোকই হায়বসি খোইদগী থোক্লকপা অসিদগী লৌবনি।" (ব্রেকেট অমসুং মখাদা লৈই চিংবা ঐগীনি)। হন্দক্কী মতেক অসিদদি পুমশেং শেংলে। গ্রন্থকারনা মাহাক্না পামজবা ধর্ম্মগী মরম ঙসাইমখৈ মানা মমাংদা হাইদুনা লৈরম্বা ইশেং শেংনা ধর্ম্ম অসিগী অরাংবা থাক্লি হায়না মাহাক্না থাজবা অপাবা অপাবীদা য়েম্হোক্লক্লে। অমম্বনা মরুগী খোয়দৌদগী থোরকপা অসিদগী বেদনা তমদুনা ব্রহ্মানা পোকপা য়ারি লৌখিবনি শেংনা তম্বীরে। অরাবদি মানা পামজবা ধর্ম্মগী অরাংবা উৎলিবনি হায়না হোৎনবা অসিদা মীওইবনা শুনবা হৌনবা য়াখলদি খনবা পুমকাউ কাউখ্রে নত্রগা খন্নবা পাঙ্গল পুমথা থাখ্রে। মণিপুরগী পুয়াশিংনা বেদগী হেন্না লিরে খনবা ঙম্বসিমক থাথাগী য়াখল নত্তে—মীথোই মীহেনবগী য়াখলনি হায়বা তাই।

বেদ কয়া লিরবনো হায়বগী মরমদা খরদং নৈনরগা গ্রন্থকারগী মৈতৈ পুয়ানা বেদগী হেন্না লিরে উৎলিবা থাজবা য়াই য়াদে খন্নবা মতাং চারে নিংই। মাহাক্না চান্নমক থাজবা ওইরিগদ্রা—মীগী মিত্তা উৎ চায়গে লাক্লবা ওইরিগদ্রা নৈনরগদি ঐখোয়স্থু খরতংদি খংবা ময়াগনি নিংই। বেদগী চহি মরু ওইনা ঋগ্বেদ লেংখিবা মতম হৌজিক্কগী য়ামদ্রবদা চহি ৪০০০ (লিশিংমরি) দগী পংতা তাগদবা নত্রে। ডাঃ আরঃ সি মজুমদার (Dr. R.C. Majumdar) না মাহাক্কী A Brief History of India দা ঋগ কী মতমবু "between 2000 B.C. and 1500 B.C." খৃষ্টগী মমাং চহি ২,০০০ অমসুং ১,৫০০ গী মমুংদা হায়নসি অয়াম্বনা থাজনবনি ইম্মি।

পৃথিবীগী হৌখান হাননা লাইরিকনি হায়না লৌনরবা লাইরিক খ্রেদ চহি লিশিংতরা (১০,০০০) গী মমাংগীনি হায়না পণ্ডিতশিংনা হানরকই। মাসিগীদমক পণ্ডিত অতৈগী রা হৈথরক্তুনা মতম মাংনবনি মীপুম খুদিংনা থংনরবত্তুরনি। গ্রন্থকারনা পুথংলকইবা পুয়াশিংনা বেদদগী হেন্না লিগনি হায়বা রাখল লৈবা কনানসু থাজবা ভন্দোই। হায়জনিংবগী পংহায় হায়জবা (wishful thinking) মশানা অতুম তাজরবনি। পুয়াগী ওইনসু অমুক য়েংসি। শ্রীখাহেংবম য়ুমজাও সিংহ গবেষনা শিরোমণিনা গরীবনেবাজ মমাংগী মৈতৈ লাইরিক অরিবা ফংবা রাবগী মতৌ উৎলম্মী। মাহাক্কী বুল্লেটিন নং ১ দা "The Poireiton Khunthokpa is the most conspicuous one of all pre-Garibnewaz manuscripts. From a linguistic point of view it seems to be much earlier than any of the books yet come under our review" হায়না ইরি। পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ননসু চহি ২০০/৩০০ দগী হেন্না লিবা মৈতৈ লাইরিক ইলৈ লৈত্রবগুম হায়রম্মী। হায়রিবা পণ্ডিত অনি অসি মণিপুরবগী মপোৎ অশেংবা থিবদা ইতিহাসকী মচাক খোম্বদা পুন্সি লেনথ্রবা ওাক্তনি। মাখোয় অসিবু গ্রন্থকারনা হেন্না খংগনি হায়বা অসি ঐসু ঙসু কনা অমতনসু থাজবা ঙমগনি নিংদে, অতুগা থাজনবা মচাকসু নৈতে। বেদগী রাসু মৈতৈ লাইরিকী রাসু মতিক চানা খংবা ওাক্তনি অতুনা মৈতৈ লাইরিক্কা লিববদা, বেদদগী হাল্লবদা মাখোয় অনিমক তুমিন্না ফুমজিন্দুনা লৈথোকথিগদবা অমতসু নত্তে। 'মীতৈ ধর্ম্ম/মীতৈ লাইনিং' কৌই হায়বা গ্রন্থকারনা পামজনা উবা ঐখোয়বুসু পামহন্নিংবা ওইদুনা পংঙাং ভাংজবা, ইতিহাসনা কৈদৌঙৈদসু য়ারোইদবা রাকমদগী করিসু হেন্নিংঙাই নৈত্তে। ঐনা পামজবা অমদগী বেদনা পুয়াদগী থৌদোক ময়াম পুই হায়কবগা ঐনা অঙাঙবা ওইগদবনি।

ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক ইতিহাসকী মচাক ওইনরিবা কুন্থাবা অসিমক কয়া কুচকবা লাইরিককনো? হয়িচক্কী, হয়াচক্কী বা অমতা পন্দে, অাংখচক্কী কুমজা অসুকশুবা হায়না চখরমদে। শকাব্দদা চখরম্মী। অতুনা ঐখোয়গা মরি লৈনরক্কপা চহি মশিংদি শকাব্দনি তাক্লে। অহৌবদা "কলিগী কুমশিং ৩১৩৫ শুবদা মৈদিংগু পাখংবনা নিংথৌ ওইএ" হায়বদংদি য়াওই। পাখংবনা পানবা কুম্থাবগী মতুং ইল্লবদি খৃঃ ৩৩ দনীনি। মাহাক্না পানবা চহি ৪৫ শুবদা শকাব্দ হৌইহ্নু য়াওরি। মথা অসিদগীদি শকাব্দদা শাক্তা চথরে। মৈতৈ ময়েক পুয়ালচিংবা হুনরিবা অয়েক অসিমক কনাগী মতমদা কয়স্বা অজকগী লৈরবনো লেথবা শুমদ্রি। "মোইরাংথেম শানোংগী কুমশক ১৫৩৮ দা মৈদিংগু খাগেম্বনা মৈতৈ লাইরিক থোকহন্দুনা শুম্বা হৌএ।" কুম্বাবদা পানথংলমলিবা অসি লাইরিক শুম্বা পাক চাউনা শন্দোকপগী রানি—ময়েক থোকহল্লি হায়দে, লাইরিক থোকহল্লি হায়গনি। অতুনা নিংথৌ অসিনা পুথোক্লম্বদি নত্তে। মতম অতুদা ময়েক শিজিন্নবা অমস্তুং লৈবা কুইরবস্নু অথংবা থরতগী ওইনা তৌরম্বা য়াম্না ইথোকহন্দুনা শন্দোকপা হৌরম্বনি। খাগেম্বা মহারাজগী মাহাক্কী মতমদা পূম্নমক ওইহন্নিংবা নিংথৌ মাল্লি। ক্যাম্বগী মতমদদি ময়েক অসি নিংথিনা শিজিন্নরবগী প্রমানদি লায়না লৈ। য়ামদ্রবদা ক্যাম্বগী মমাংদদি মাসি নিংথিনা শিজিন্নদ্রুনা লৈবা শোয়ন্দ্রে নিংই। ময়েক অসি পুথোকপা মতমদা অক্ষ ময়েক্ক য়াওরমদ্রে অতুনা হৌজিক ঐখোয়না উবদা অপুবা অক্ষ মশিং শিজিন্নরি। ময়েক লৈত্রিঙৈদা ময়েক অতুনা হুবা লাইরিক লৈবা য়াদে। পুয়াবু য়াম্না লিহনবা তাগ্রবদি মৈতৈ ময়েক্না বেদগী ময়েক্কগী লিরে হায়বগী প্রমাণ কক্পা য়াদনবা শীগদবনি। অতুগী মথক্তা কনাগী করি লাইরিক লৈ, করম্বা পুরাণ লৈ লৈতে মুম্নু খংবা নত্রগা লায়না খংবা শুম্বা গরীবনেৱাজনা

তুম্নবা মৈ থাদোক্লম্মে হায়নরি। মাহাক্কী মতম্দা নক্লগা মতুংদা ইখৎপা পুয়া ওইরবদি চহি ২০০/৩০০ হায়বহু অতুম ওইগদৌরি। লাইরিক লিরে লিদে খংবা য়ানবা পুয়াগী লোন পোরৈতোন খুম্ভোকপগী লোলগা চান্নহুনা য়েংলবসু অতুম মখংগনি। পোরৈতোন খুম্ভোকপা ইবগী মতম মথক্তা পনখিবা বুল্লেটিন নং ১ দা শ্রীব্রাহেংবম য়ুমজাও সিংহনা হায় **"Circumstantial and other incidental evidences would confirm that the book might have been of the time of the third century A.D."** অহুনা খৃষ্টগী অহুমশুবা শতাব্দীদা লৈবা লাইরিক্কী ময়েক য়ামদ্রবদা শতাব্দী অসিগী অহানবা অহুরাইদদি শোইদনা লৈবা তাই। মাসি হায় হায়হুনা পুয়া গ্রন্থকারনা পল্লিব-শিং মতম অহুরাইদা ইগ্রবনি হায়বা য়ারোই। অহুমশুবা খৃষ্টাব্দগী লাইরিক্কা চাংদম্নরগা লোলগী অরিবা হান্নবা প্রমাণ তৌখিগদবনি। মতম অসিদগী লাপথ্রবা বেদবু পুয়ানা লিহনবা লাইহৌনা ভাওরবা অনাবা মীগী চোইরোল মানগনি চিংনৈ।

পাখংবা হাক্তক য়াওরবা কুম্বাবা অসিমক মাহাকমক্কী মতমনি হায়রিবা অহুদগী ইখৎপা হৌবন্দে। মাসিগী অইবা প্রমাণ লৈ। চহি চহিগী মক মক ওইবা থৌদোক ইখৎপা কুম্বাবনি, মখা চথবল্লগদি নুমিৎ থা ফাওবা য়াওনা ইখৎলি। খৃঃ ১৪৮৪ (শোক ১৪০৬) তা ক্যাম্বা মহারাজনা কুম্বাবা ইবা হৌদোক্লম্বনি। মাহাক্কী মপাবুং নিংথৌখোম্বদগী ইবা হৌংগী প্রমাণসু লৈ। হৌজিক ঐখোয়না ফংলিবা অসিদদি য়াওরে। হায়রিবা মতম অহুগী থৌদোকশিং কুম্বাবদা চনখৎলিবা মতুংদা ইখৎহুনা হাপচিনবনি। মতাং অসি মুন্না পারগা, মক ওইনা মথক খংবা শরুক নিংথৌ খরগী হাক্তকশিং পাবদা ভাব খবদি ঐখোয়না ফংবা ঙম্মী। লাইওই মীওই

তৌবা নিংথৌশিংগী ক্ষুঙ্গাবারিগুম্বা থবকশিং উবা ফংই। মাসিস্থু অর্থ তোঙানবা ( allegorical meaning ) লৈ হায়রবম্থু চহি ১২০, ১০০/১০০ পানবা ৯০/৯০ পানবা ৮৯ পানবা নিংথৌশিং নিংথিনা য়াওরি। মীচং মীখায় নাইদবা মীশিংনা অসিগুম্বা অসি ইতিহাসনি হায়না লৌ য়ারোই। কুম্বাবদা পোইরৈতোন খুম্হোকপগী ৱা য়াওই, লাইস্নাবু পাথংবনা লৌবগী ৱা য়াওই। পোইরৈতোন খুম্হোকপনা পাখংবা মশক খংদে মাহাক্না চারোন মৌরোনবগী ৱাস্থু পন্দে —অতুনা লাইরিক অসিনা কুম্বাবদগী লিরে অতুম তাকচৈ। লাই —মীশিংগী ৱা অমস্থুং মতম খায়দোকপ্রবদি কুম্বাবগী লেমহৌবা শরুক ইতিহাসনা থাদোকপা য়াদ্রবা মচাক ঙাক্তনি। অসিগুম্বা ময়াম অসি লৈনা লৈনা পুককংবনা শানোয়বা শকপা, লাউবা কনবনা খুল্লাকপা শকপা ইতিহাসতদি অরেম্বনি। অমগস্থু য়েংশি হিয়াং লোইনা চৈথাবা হৌবা শকাব্দ ১৪০৬ তগীনি। চৈথাবগী মরোলনা কুম ( চহি ) পাই হায়তুনা চৈথারোল কুম্বাবা কৌবনি। অতুনা চৈথাবগী থবক ( Institution ) তৌদ্রিবঙেদা, লৈত্রিবঙেদা চৈথাবগী মরোল লৌবা য়াদে হায়বদি মমানা মচা পোকপনি, মমা পোকত্রি-বঙেদা মচানা হান্না লৈবা য়াদে। মরম অসিনা কোন্না হাপকৎপা ওইবনা মথককী শরুকশিংদা চৈথাবগী মমিং পন্দে, থাবান হুমিৎনচিংবা চনখৎলমদে। শকাব্দ খরা খরা পনবতনি। চৈথারমদ্রিবনিনা চৈথাবগী মমিং পননিংঙাই লৈরমদে।

মৈতৈ পুয়াগা বেদ, শাস্ত্র, পুরানশিংগা মান্নবা য়াওরম্লবদি অরিষদগী অনৌবনা পুবা হৌনবনিনা মৈতৈ পুয়ানা ওইগদবনি; বেদনচিংবনা পুগদবা নত্তে। অরৈবদগী লৈতবনা তাংবনি, লৈতবদগী অরৈবনা তাংবা হৌনদে। ঐথোয়না নৈনরিবা লাইরিক অসিগী মরোল, মরোল অতুনা পামজনা মাহুগী ধর্ম্মনি হায়তুনা

শন্দাকপা লাক্করিবা পারগা বেদ শাস্ত্রনচিংবগী খৃষ্টিনচিংবদগী বৌদ্ধথোক্কপা শরুক নিংথিনা ক্লাওরি। মানা মানা পাম্বা ধর্ম্মগী মশুগ থাগৎনিংবদি হৌনৈ হায়ববু নৌরিবা পুয়াদগী লিরবা বেদনা লৌহুনা তম্মী হায়বগী রাক্কম অসিমদি ছুম্মিংনা মনিংলোমদগী খোয়রকপা ফাওবা ঙাইহরগা থম্মবা তাহ্।

পেন্দবা অমনা বেদগী অমস্তুং পুয়াগী মরোল মুন্না নিংথিনা থংলবা গ্রন্থকারনা মতাং অসিদা নৌন। শেমলিবা লাই ময়াম অসি 'বেদগী মোত্তা' করম করম্বা লাইনো, করম করম্বা পুয়াগী লাইনা বেদগী লাইগী অবতার-শাইওন/লাংওননো তাকপিরম্লবদি ফনা য়াম্মা কান্নবা হেনগৎলমগনি। মথাদি লাই মথং মথং শেমগৎলকপা থেংনরসি। ফিশেৎপা হৈত্রিবা লাইরেম্বা লাইরেম্বী ঙাক্তনিনা ফিজেৎ লৈতেংগী রা মতাং অসিদদি হায়নিংঙাই লৈত্রি। অহুনা লৈশেম লুংশেম্বগী রা ঐখোয়না চংখোন্না ফংবা ঙম্লিবনি। মথংদি তাইবং খা শেম্বদা চথরসি।

---

## অহুমশুবা মতাং

# তাইবং খা শেম্বা

### ( খমনুং ইঙাল লৈশেম্বা পুম্বা )

তাইবং খা শেম্বগী ইহান হানবা শরুক "ঈশিং মম্নুংদা অতোংবদা লৈবা লাইরেম্বা লাইরেম্বী" গী অয়েকপা লাইনি। মথক্কী মতাংদা য়াওখিবা অয়েকপা লাইগুম্বা হৌজিক্কীশিং অসিস্তু মফি মরোল শেংনিংহন্দ্রি নত্রগা শেংনবা লৈত্রি। অহানবগীনা ইচম চমলিবা মওং খরা মাল্লি। করিগুম্বা অমনা খল্লিংঙাই লৈনা লৈনা ইকাইবা হঙ্গোইবা য়াওদনা হকচাং কায়াৎ পূম্বা উৎলি। হন্দক্কী অসিদদি ফনা নিংথিনা হোংলে। লাইরেম্বী অসি ইকাইবগী শরুক য়াওনা উরে। থবাক্কী শরুক-শম অমস্নুং মখুৎনা খুমলে। খাগী কায়াৎস্তু ফমফম্না অমস্নুং শমগুম্বনা খুমে। ফীবম মওং অসিদগী হাযকরবদি ইকাইবা খংলে, খংলবনিনা ফি শেংপিবা য়ারে নিংই। অদুবু শেংহনগদবা মতম খরা ৱাংলিবনিনা ঙায়খিবা তাই।

মতাং অসিদগী অমম্বখোয় গুরুশিদবনচিংবা মিংথৈ লৌখ্রে। মথক্তা পনখিবা লাই অনি মক্না শেম্বা অদু গুরুশিদবা অমস্নুং লৈশিরেন লৈপুনবী ওইরগনি। অমম্বা অমস্নুং ইংথৈরেন ওইররোই। লাই অনি অসিনা কুমথরকপদা ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তা ঙায়দুনা খোংথাফম থিবা হৌরকলে। অস্নুম থিবকপদা অতোংবা অক.বা অমা থেংনরে। কংনা তোংঙান্না কোঙনা লৈরম্মী হায়দুনা কংলৈপুং খোল্লে অমস্নুং মিং অসিদগী লৌদুনা কংলা কৌবে—তাক্লি। অমম্বনা পৃথিবী তোংঙান্না পুথোকপগী ৱারি মথককী মতাংদা থেংনখ্রে। থক শেম্বগী লাংঙন ওইরবস্তু অশংবা মতমদা অমম্বনা পৃথিবী থাঙ্গৎলম্বনি। শূকর ভগবাননা তৌরম্বগী ৱা খরস্তু

নৈনখ্রে। তোংঙান্না পুথোক্তুনা থমগ্রবা পৃথিবী অদুদা নেংফম অমতা লৈতবসি কখিননো? কাউথোকখিবনরা? পৃথিবীদি ঈশিং নত্তে। অদুদি মণিপুর হায়বা অমা পৃথিবীগী মপান্দা অনৌবা পৃথিবী মচেৎ মচা অমা শেম্বগী ব্রাফমলা? ঐখোয়না মথক্তা পনগ্রব। অদুনি লিরবা বেদ শাস্ত্র পুরানদগী মশক মালহন্দনা শেমগৎপা লাক্লবদা মকোক্তগী অমুক হৌবা তাবগী ফীবমদা লৈরবনি। খুদক অসিদগী গ্রন্থকারগী পুয়ানা মওং অমা অমুক চথখিবনা ঙসাইগী পৃথিবীগী ব্রা অদু মুথৎখিদুনা মণিপুরনা পৃথিবী অমা ওইবগী ফীবমদা লাকপা ময়েক লানা উরে। মাসিনা কংলৈপুংনা মণিপুর কৌবগী মরম শেমগৎপসু য়ানবা লাক্লরি। মাখোয় অনিনা লাক্লিবা মণিপুরগী অকংবা শরুক কংলৈপুংদনি, মণিপুর পৃথিবী শেম্বা লাকপনি।

অসুম তেংদুনা কংলৈপুংদা লৈবা মতমদা লাই অনিনা তাইবং শেম্বগী ব্রা খন্নরকপদা লৈপুনবী লাইরেম্বীন। গুরুশিদবগী ব্রা খুন্ননবা লাইরেম্বী অনি শেম্লে। অমনা লৈনৌতাবী অমনা অহোংচাওবীনি। মাখোয় অনি অসি মথংশিৎনা বেদগী সরস্বতী অমসুং লক্ষ্মীনি হায়না লাইরিক অসিনা তাকলি। মাখোয় অনি গুরুগী থৌগল তৌদুনা লৈরে। মতাং অসিব্রাইদা ব্রা খরা ঐখোয়সু ঙাংনিংগদৌরি। অহানবদা লৈপুনবীনা মাঙোন্দা হংবা খুমদদুনা খুন্নবা লাই শাবসি করিগীনো? মরোল থোক্তবা ওইরবদি গুরুনা হংলোই। খুন্নিংঙাই লৈতদুনা খংদদুনা তৌরবসু মাহাক্না খুন্বা ঙমদববু মানা শেম্বা অনিনা ঙম্বা হৌনদে। অদুদি গুরুগী নুপী হেনগৎনবা তৌবরা? নত্রগা 'বেদ' গী লক্ষ্মী সরস্বতী ব্রাৎহৌদুনা মেনখৎনবা তৌবরা? অকোনবগী অসি ওইগদবা মাল্লি। মখা অসিদনা খরা অমুক হেন্না য়েৎনগদৌরি।

লক্ষ্মী সরস্বতী পরমাত্মা বিষ্ণুগী লোইনবীনি। ইবেম্মা অনি অসিগী মচুং ওইনা পুথোকখিবা লাইরেম্বী অহোংচাওবী, লৈনৌতাবী অনিদি গুরুশিদবগী মন্নাথং ইনবি লোইনবী ওইনা লৈরে। অসিদগী থোকপদি গুরুশিদবগা পরমেশ্বর বিষ্ণুগা মান্নবা তারে। গুরুশিদবগী মথক্তা লৈরিবা মাহাকপু শেম্মকপা মরূদি, পরমাত্মা, পরমেশ্বর মথক্তা লৈত্রবা ঈশ্বর অতুদগী হেন্না চাউবা লাই ওইবা তারি। হিন্দু শাস্ত্রগীদি মরূমুক চাউবা লাই লৈজদ্রে। নত্রগা গুরুশিদবনা [ শ্রী রাহেংবম যুমজাও সিংহনা মাহাক্কী লাইরিক **Religions Belief in Ancient Manipur** দা গুরুশিদববু বিষ্ণু **Supreme Being** নি হায় ] পুরুষ ওইখিদুনা মরূনা। মতাং অসিরাইদগী অর্থগনা চান্নবনে, প্রকৃতি ওইগ্রবরা ? গুরুনা অমম্বা ওইরিঙৈদা মরূগী খোয়দোদগী চোংথোক্লকপা অতুদগী বেদনা ব্রহ্মা পোকপা তাখি হায়বগী রা মথক্তা য়াওগ্রে। অতুন, ব্রহ্মাগা গুরুশিদবগা মান্নবা লাই ওইগ্রবনি। মাসিদা লুশিল্লকইবনা লক্ষ্মী, সরস্বতী ব্রহ্মাগী লোইনবী নত্তে, ওইবা য়াদে মমাগী থাকনি। অতুনদি গুরু ব্রহ্মা ওইবসু য়াবেইদৌরি। মথক্তা মরূ লৈবনিনা পরমাত্মা ওইবসু য়াদ্রে। লক্ষ্মী, সরস্বতী 'বেদগী মোত্তা' ওইবী লাইবেম্বী অনি অতুগী লোইনবা (মপুরোইবা) ওইবসু 'বেদগী মোত্তা' য়াদ্রবনিনা ব্রহ্মাগা মান্নবসু য়াদ্রে। মাসিমদি পুমচাই চাইদ্রে।

মথং অসিদদি গুরুনা থবক চাকশিন্নিংঙতুনা লাইরেম্বা অমা হকচাং মনু্দগী পুথোক্লে। অতুদগী খোয়দা থুপ্পুনা লৈবা অমগা উকরতুনা মাহাকপুসু কৌথোক্লে। গ্রন্থকারগী রারি অসিদগী থোকপদি মাহাক লৈ হায়বসি নহানমথৈ গুরুনা খংদবা তাই। অহানবগীনা অশিবা অনিশুবনা কোঞ্জিন থোক্লে। অনি অসি

কোঞ্জিন্না অহল ওইবা তাবরা? মরমদি অশিবদি কাল্লগদবা লৈরদুনা শৈল্লগা পুথোকপনি। হায়বদি গুরুনা শাল্লকলবতদা মশক নাইরকপনি। কোঞ্জিন্না গুরুনা লৈ কাওবা থংদনা লৈরক্লবনি। অদুনা মশক পানবদি কোঞ্জিন্না হাল্লে। থোরকপা হানবগী অমম্বনা হনবা ওইহনগে হায়রবদি থংদ্রে। ফাইবোকম্বু অহানবা তাবনা অহল ওই অদুগী মতুংইল্লগদি অশিবনা অহল ওইবা তাই। অদুনগী মাথোয় অনি লৈপুনবীদা মচা ওইদুনা হায়দুনা পীরে। মাথোয় অমিদা মালেম শেম্বা তাকপীরে। মাথোয়গী রাদি মতাং চানা লৈনরক্কখিনি। মীগী লাইরিক লৈনবনিনা নিংশিংবদা মতেং ওইনবা শমূপ শমূপ লাইরিক অদুগী রারি, মরোল উৎপদা শাংদবা য়াদবা হেক হেক লাকই।

---

মরিশুবা মতাং

## অশিবনা মালেম শেম্বা

(থমনুং ইঙাল লৈশেম্বা পুয়া)

অকে.নবগী লাই অশিবা, কোঞ্জিন অনিনা মালেম শেম্বা চংলগে তৌরবদা মমানা গুরুনা হায় হায়দুনা হেক য়াব। নত্তে নখোয়না তৌরুগদবা ঐঙোন্দা উৎলম্মু হায়রবদা অশিবনা লৈপাক-থিৎপা, খোংতৌবা, চীং শাবা চোং চোংদুনা মমাদা উৎলে। মানা থবক ময়াম থোক্লবা চোংলম্বা অদুবু থেঙ্গৌরোন থোনখি হায়না চথরকলি। হন্দক্কী অশিমদি থেঙ্গৌরোনগী মতাং ওইরে ঐখোয়স্তু থরা য়াওহৌশি। থেঙ্গৌ শারগী মরোলবু থেঙ্গৌরোন কৌই

হায়বদি থেঙ্গৌ অসুম্মা শাবা তৌনৈ তাকপা মরোল অতুবুনি। থেঙ্গৌনা থবক্তি থেঙ্গৌয়োননা থবক অতু তৌনবা তাকপা মরোলনি। থেঙ্গৌ শাবদি ফনবগীসু, ফত্তনবগীসু, চাকহোং ঙাহোংনবগীসু, লৈপাক চাওখৎনবসু, মুৎনবসু শাই। থাঙ চুঙ্গোয় পায়রগা পাখংবগী মথেক্তা শাবা থাঙগী বাগ্নি। থেঙ্গৌ শাবদা শকপা ঈশৈসু লৈ। অদুদা পাখংবা লাংওন রাংলি মখাদা লাকখিনি। পাখংবা লৈত্রিঙৈদা পাখংবগী মথেকসু লৈরা য়াদ্রি। অদুনা মাগী মথেক্তা থাঙ চুঙ্গোয় পায়দুনা বাগ্ তৌবা য়াদ্রি। মখাদা পাখংবা লাক্কদবা উরদুনা হান্নবা মথেক লৈহল্লগে হায়বা ওইবা মঙাযরে। অদুদসু অশিবনা ওইরক্কদবদি মনামহিনি পাখংবা নত্তে। থেঙ্গৌবোনবু বেদগী মোত্তা তান্তব (তাণ্ডব ওইগনি) হায়না খংনৈসু হায়রি। মথক্তা থেঙ্গৌবোন থেঙ্গৌ শাবগী বাগ্ মরোলনি হায়গ্রে। 'তান্তব' (তাণ্ডব) শিবনা শাবা জগোই, নুপাগী জগোই অণ্ডাণ্ডবা অকনবা (উদ্ধত) জগোইবুনি। থেঙ্গৌনা থাঙগী বাগ্নি, তাণ্ডবনা জগোইনি। থেঙ্গৌবোন্না থেঙ্গৌ শাবগী মরোলনি জগোইগী মরোল নত্তে। অদুগা অমনা মরোলনি অমনা জগোইনি (থবক্তি)। থবক্তা মরোলগা অমত্তা নত্তে। "বেদগী মোত্তা" অসিমসু চুমল্লে। অমা লৈহৌরবনিনা "নিপাগী জগোই থেঙ্গৌরোন্দগী লৌবনি"। অসিমসু য়েংসি থেঙ্গৌগী নত্তবা থাঙ্গী বাগ্ (মরোল) য়াম্না লৈরি। থেঙ্গৌগী শোয়বা য়াদবা থাঙলোনগী খোংচৎ হৈরবা নিপা অতু থাঙলোন অতৈ অরায়বা অকবশিংসু নিংথিনা হৈবগনি। থেঙ্গৌনা মাহাক্কী ইহান হানবা হৈবা থাঙলোন (বাগ্) ওইবোত্ত অমসুং নত্তে। অদুগী মথক্তা তাগী খোশারোল ময়ামসু লৈরি। মাখোয়দগীসু লৌরোইদবগী মরম লৈত্তে। নৃত্যাশ্রমগী পৃথিবী ফাওরবা নাগা ডান্স, হৌজিকসু থাদোকপা য়াদ্রবা জগোই অতু খোশারোলদগী লৌবনি। নাগাগী

লৈজরম্ব। জগোইদা অতুগুম্বা মরোল লৈরমদে। নৃত্যাশ্রমনা মথৱায় হাপ্পনি। অসুম্না থায়নসু করিগী খোঁশারোলদগী লৌরোই, থাঙলোন্দগী লৌরোয়। জগোইগা থেঙ্গৌগা কনানা হানকম থোকপগে মাতুসু খন্নবা য়াবা অমনি।

থাঙগা তাগা তানা অহানবা খুলাইনি হায়বগী প্রমাণ ফংই। থাঙগী কোন্নবা পোৎচং চুঙ্গোয়নি। তাগীনা চুংনি। চুং অকোয়বনা চুঙ্গোয়নি। থাঙগীসু ঙাকথোক্নবা খুৎলাই অমা চংলকপদা চুংগী মওং মরাক মযুং নায়বা অতুনা থাঙদা কান্নবা য়াদবদগী চুং অকোয়বা পুথোকখিবনি অমসুং মাতুনা চুঙ্গোয় ওইখি। অতুনা চুংনা চুঙ্গোয়দগী হানবা অতুম তাকচরে। মাসিনা থাঙনা খুৎলাই ওইবদগী তানা ওইবনা হাল্লিসু তাকই। তাগী খোংলোয়না হানবা, থাঙগী কান্নবনা মমান্নবা থেংনবদা শিজিন্নবা খরা থিনবননি। অতুনা লৌবা তারবদি লৌসু লৌরিবনি খোঁশারোন্দগী জগোইগী খোংথাং খোংচৎ হান্না লৌরম্মোইদবগী মরম করিসু লৈতে। গ্রন্থকারগী মরোলদগী লৌরবদি 'বেদগী মোত্তা' অশিবনা শিব ওইবা তারে। মরমদি শিবগী তাণ্ডবকী রা চংঙি। মথাদি অশেম্বা ময়াম চাইথায়বগী অশিবনা কোঞ্জিনবু শাওবনি। নত্রগা জগোইগী খোংচৎতগী খোঁশারোল শেম্বগী ভাব ফংখিবসু য়াই। জগোইদি নুংঙায়বা অমা থংকাও ফাওবদা হরাওতুনা চোংবদগী মশানা অসুম থোকচরকপনি। অতুনা জগোইনা হানবগী রা ওইনিংঙাইনি।

---

মঙাশুবা মতাং

# কোঞ্জিন তুথোকপা ফাবা

(খমন্নুং ইঙাল লৈশেম্বা পুম্না)

অশিবনা শাওবদা মালেম শেম্বা য়াররোই হায়রতুনা অকায়বা তৌরিবা কোঞ্জিন খুৎথোকপা য়াদনবা গুরুনা উপায় অমা থিরক্লে। কোঞ্জিন ফাজিন্নবা পাম্বে মুপী অমা গুরুনা মিংতগী শেম্লে। মমিংনা মিংলু লৈম কৌরে। মালেম শেম্বা লোইহ্রিবফাওবা ফাজিন্দুনা থম্নবা মুপী অসিবু মানা উরিবা "ঙকচাও থেকপা নাপন্না ময়াইক্কাবা নিপা" কোঞ্জিনগী মনাক্তা থারক্লে। অদুদা ঐখোয়না হায়নিংবদি অশিবস্মু কোঞ্জিনস্মু গুরুশিদবনা পুথোক্লগা লৈপুনবীদা নচা ওইয়ু পীখিবনি। অদুনা গুরুগীস্মু মচানি। লৈপুনবীদগীদি গুরুগীনতুম হেন্না মচানি। মচা, মানা শেম্বা মাগী থোদা লাইনা পীতুন', অরুবা থবক্তা শিজিন্নরিবা কোঞ্জিন্না অকায়বা তৌরকপবু চৈরাক পীনবা, লাকশিন্নবা, ম্নারক্লবা তৌবা ঙমদবা, হোংস্মু হোংনদবা করি মরম লৈবননো? মচা ওইবগী মুংশিবনা হেন্দুনা তৌবরা? কি তুক্কচবা ওইদুনা তৌবরা? নত্তে মাসিগী মরমদি 'বেদগী মোত্তা" অসুর হায়বা অদু মাহাক ওইবা তাই। অসুরগী মপাঙ্গলবু 'বেদগী মোত্তা' থওইদবা য়াদবা মতাং থোক্তুনা, মাগী ফজবা মশক মতৌনা কোঞ্জিনবু ঙাওহনগে হায়তুনা মিংলু লৈম্না শেম্বনি। অদুদি মিংলু লৈমদি 'বেদগী মোত্তা' কনা ওইবা তারি? শোয়দ্রে মাহাকস্মু 'বেদগী মোত্তা' মোহিনী ওইবা তারে —লাইরিক অসিদা গ্রন্থকারনা পল্লমদ্রবস্মু ঐখোয়স্মু অসি ফাওবদি লামশিঞ্জবস্মু য়াই। মহৈস্মু তনিমক্কীমক অক্মানি। 'বেদগী মোত্তা' লাইনা অমৃত ফংহোরে, কান্নবা পুম্বা লাইনা মোহিনীগী মপান্দগী

ফংহেরে। মিংলুনা কোঞ্জিনসু [illegible]ঙদা গুরুনচিংবা লাই থরা অতুসু মালেম শেমহৌরে। ঐখোয়না পুথোকচবা মতাং অসিদগী, ঐখোয়গী রা থরা অসিদগী, লাইরিক অসিনা পল্লমদ্রবসু, য়াওহৌদ্রবসু, থলহৌদ্রবগী বেদনা পুরাণগী [illegible] ফনা নিংথিনা চংখোন্না মনুং হুঞ্জিলম্মী হায়বা রাখলদা নুংঙাইজনিংবা কাংবুদদি ঐখোয়গী রা থরা অসিনা নুংঙাইবা ফনা হেনগৎহনগনি। হৌজিক ফাগুবদা শাথোকপা ('পুথোকপা) লাই কয়া য়ামদ্রিদুনা লাই থরা হায়না মথক্তা শিজিন্নরে।

মথংদি মীশি শেমদ্রি অতুবু গুরুনা "খুঞ্জাওনবা লৈচাওনবা" হায়দুনা ঐখোয়না নৈনরিবা লাইরিক অসিগী অনিশুবা মতাংদা লাইরেম্বা ৬ কা লাইরেম্বী ৩৬ ক্না শেমখিবা, লাইশিং অতুগী মথক্তা লাইরেম্বা ৭ (অরেৎ) লৈপুনবীনা লাইরেম্বী ৯ (মাপল) অমুক্কসু শাপোকলে। মাখোয় পূম্নমক অসিবু মাগী মাগী খোদা পীদুনা খুন্দাহল্লে। লাই মাখোয় থরা অসিগী খুঞ্জাও লৈচাওনবা গুরুনা শিনবিবনি। মতাং অসিদা মিংলু কোঞ্জিনগী নাক্কগী পাইথ্রে। গুরুগী নাক য়ৌখিদুনা গুরুদা তিনথ্রে। মতাং অসিদা "বেদগী মোত্তা" অমগা লৈরে নিংই। সমুদ্র নৈবা মতমদা অসুরশিংবু শুক্নাংনবা নারায়ণনা মোহিনী শকফম লৌখি। থবক পাঙথোক্লবা মতুংদা নারায়ণনা শকফম থাদোক্খিবগুম মিংলুসু মথৌ লোইরগা গুরুমক্তা ওইবা নঙ্গ্রবসু গুরুদগী থোকখিবনিনা গুরুদা তিনখিবা 'বেদগী মোত্তা' ঐখোয়না পুথোকচবা অসিমসু ফনা মাল্লে। ওইহল্লসি। কোঞ্জিন গতি লৈত্রদুনা মানা থুগাইবা গুম্নরোক্ত খংঙদুনা [illegible] তিনথ্রে। অসুম্না মালেম শেম্বা লাইরিক অসিনা লোইশিল্লে।

মতাং অসি লোইশিনজ্রিবৈঙদা গ্রন্থকারনা মথক্তা পনখিবা পোৎলম মঙা বেদদা 'পঞ্চভুত' কৌবাশিং অতুগী মথৌ শিন্দোকপা

ঐখোয়স্তু ঙাহাক নৈনরম্মসি। "ম্নৈনা ম্নৈগী লৈখরে" দি হায়রি অদুবু মৈগী কায়দোংফমদি পল্লমদ্রে লাইরিক অসিনা তাক্লমদ্রে। "পোৎশক মঙান। হকচাং শাই হায়বসি মরম অসি লৈবদগীনি" হায়রিবা ব্রাহে পত্রাং অমিনা ঐখোয়গী খোংদাকুম-ওইদুনা ঐখোয়স্তু থর। লামশিনবা ঙমদ্রা য়েংসি। মৈস্তু হকচাং শাবগী পোৎলম অম্মিনা মাগী লৈকম অসি হকচাং মনুংদা ওইদুনা চারা থকপা তুম্মবা, হকচাংদা ঈমিন পীনবগী শরুক মাগী ওইবা তাই। ঈশিংগী মথৌনা থরা হেনগানি মাদি তাইবং শেম্বগী মচাকস্তু ওইদুনা লৈরে অদুগুম্বা মচু অরেংবনা (৭) তিম্নদুনা "জীবগী ঈগী" মশকস্তু ওইরে। নুংশিৎস্তু মঙম মথৌ পুরেদি হায়ববু মথৌ অদুমক্তি লাইরিক অসিনা পল্লমদ্রে। মাগী মগুন মঙম মথৌ স্বর হোন্দোক হোজিনগী মচাক ওইরিবা অসি ওইগনি নিংই। "পৃথিবীস্তু হকচাংগী শরুক ওইনবা মচাক ওইদুনা লৈরে" হায়না ব্রাফম অসি লোইশিল্লি। মতাং অসিদা চিংনম্নিবনা পৃথিবীগা মালেমগা তোংঙান তোংঙানবা পোৎ ওইগদৌরিবরা অসিনি। মালেমদি শেম্বা লোইরদুনা লাইমথৈদি থুনদাবা হৌদ্রে, পৃথিবীদি শেমলক্কদৌরিবা নমু অইবং মীগী হকচাংগী শরুক ওইনবা থাতুনা থম্মলে। অসি নত্তবা 'পঞ্চভুট' (পঞ্চভূত) কী লেমহৌরিবা পোৎ মরি অদুস্তু মাগী মাগী মফমদা মঙম তৌদুনা লৈরেদি হায়রে অদুবু জীব শেমদ্রিবনিনা শেম্বা ঙাইদুনা লৈখিগনি। মথৌ পাংথোক্লিংঙাই লৈত্রি। হৌজিক ওইরিবা ফীবমদি শগোলগী মমাংদা গাড়ীবু থংহনবদনি। মথাদি মী শেম্বা থেংনবা তারি।

## তরুকশুবা মতাং

# মীশেম্বা

## ( খমনুং ইঙাল লৈশেম্বা পুন্না )

গুরুনা অশিবা, কোঞ্জিন মচিন মনাওগী মথৌনা য়েংগে খন্দুনা "মী শেমনাবা য়াথং পিরে" মী শেম্বগী মতাং অসিদি নৈননিংঙাই খরা লৈগদৌরি। মকোক্তগী হেক্তা য়েংলসি। মালেম অসিদা লাইদি খুন্দাখরে। খুঞ্জাও লৈচাওনবস্থু তৌখরে। মীদি ব্রাংহৌরিবনিনা শাবদি তাবনি। অতুগীদমক শানবা গুরুনা য়াথংপিবগী মওংনি। অতুদা গুরুগী হন্দক মীশেম্বগী ব্রা অসি মীশেম্বগী ব্রাখলনা মরু ওইতুনা, তৌদবা য়াদবা, তৌফম থোকপা মতাং অমগী তৌবা মান্দে, নত্তে। পুয়ানা হায়বরা গ্রন্থকারগী মোৎলা অতুমদি খংদ্রে। অশিবা কোঞ্জিন মচিন মনাওগী মথৌনা য়েংনবা মীশেম্বা অসি পায়খৎপনি। মরম অসিনা তৌদবা য়াদবা, তৌফম থোকপা মতাং অমগী তৌবা নত্তে। মালেমদি লাইনা খুন্দারবনি। মাখোয়না অতুম লৈবদা অকায়বা লৈত্রে। লাইনিনা ফিরোল অচা অথক ইচং চংদ্রবস্থু য়ারে। অনিং অনিংবা থোকহন্দুনা ইলায় লায়না পানবা য়াররনি। অসি য়ৌনা ব্রা য়াম্নগ্রবা ফি শেত্তবা যারে মপোৎ চংলরোই, পাঙ্গল তিংলরোই। হৌজিক হৌজিক মী চদ্রি হায়বা য়ারি। লাইরিক অসিগী লোলদগী ঐখোয়না খংবা য়াবদি গুরুনা নিংলিবা খল্লিবা ব্রাখলদি শান্নবগী মওংনি। মচিন মনাও অনিগী মথৌনা য়েংবনি।

কোঞ্জিন্দা মী শাও হায়রবদা লৈপাক্লা মেৎতুনা শাবা পোৎশকশিং মীওইবা য়াদ্রহুনা শা উচেক তিল কাং ওইখ্রে। মতাং অসিদা ঐখোয়না নিংশিংগদবদি শাগদৌরিবা পুম্নমক লৈপাক্লা

শাদবা য়াদে মাতুগীদমক্তা 'পৃথিবী' তোংডাগ্রা খাকুনা থমগ্রবনি। অতুদগী, মতুংদা অমুক মেত্তুনা শাবনা জীবগী মওং লৌবা ডমু ওক্টরে। মী ওইবা মক্তি মতা চাগ্রহুনা মীগী মহুৎ মরেং শিন্নবা ঈশিংদা গুকনা থমখ্রে। মতাং অসিদা 'বাইবলগী মোত্তা' হায়বস্তু যাম্নবদি ডমুবু লৈখোম্না মেত্তুনা কোঞ্জিন্না শাবগী মদ্‌ ফিস্‌ ( mud fish ) কৌখিবনি হায়হল্লিংই। অতুম তৌরবদি বাইবলস্তু মৈতৈ পুয়াগী মতেং ফংলমগনি। অতুবু মাইকৈ অসোমদদি মিৎযেং চংবিরমদ্রে।

মথংদা জীবগী মওং ওক্টবা পোৎ অমা কোঞ্জিন্না শাবা অতুবু হেক উবদা গুকনা হংডোইগুম্বনি হায়দোকখ্রে। মীগী কায়াৎতি মযাওবে হাযববু মী ওইবা য়াদহুনা গুকনা হাযখিবা হংডোই অতু ওইখ্রে হাযনা নৈনরিবা লাইরিক অসিনা হাযরি। ম্যাসিমস্তু ওন্ন তৈনবা ওইহন্দবা য়াদহনা মান্নবা হোৎনবগী মওং যাওরি। গুকনা হায়দোকখ্রবনিনা গুকগী মথং লৈপাক তাবা য়াদ্রহুনা হংডোই কৌদবা যাদহুনা কৌখ্রে গুকনা হাযদোকাখিরমদ্রবদি মী ওইরম্বস্তু য়ানা লৈরম্মী। অতুদা লুরিবদি হংডোইদি মতম অতু ফাওবদদি শেমদ্রি। শা, উচেক তিল্ল কাং অমস্তুং ডমুতগা মশেমলি। লৈত্রিবা পোৎ মাল্লি হায় হায়বসিবু গ্রন্থকারমকস্তু য়ানিংডিগদ্রা? হংডোইগুম্বনি হায়বদি হংডোইগুম্বা, হংডোই মানবা পোৎ অমনি হায়বনি, মানবগী ৱানি পোৎ অতুমক হাযবদি হংডোইমাক্ত নত্তে। শম্ম হায়রবদা হংডোইগুম্বনা হংডোই ওইবা য়াদে। অতুগী মথক্তা হংডোইদি গুকলৈ লৈত্রিবনি। লৈতবা পোৎকা অরৈবগা চাংদম্নবা য়াদে। গ্রন্থকারনা পামজবা ধর্ম্মগী লাইরিকনি থনবা ময়ামদা শন্দোক্নবা মকোক মমৈ য়াওদনা পংতায় চায়বা মাল্লি।

মথংদা মীগী মওং শুরবা গুরুন। মী ওইহনবদি পান্নদবা অম। অমুক শাবা অতুনা গুরুগী পুক্লিংগী মতুংইন্ন। থোকখিবা খাইদগী য়োং হায়না থংনগ্রে। মাবুনা উদা ময়ুম ওইহনা মীগী মতেং পাংঙু অমসুং "মীরমলেনগী মওং মতৌ য়েংতুনা লৈরে" হায়না গুরুশিদবনা তাকপীরে। হন্দক য়োং থোনবা অসি ঐখোয় উরে, গুরুনা থল্লগা অপাম্বা মিং থোল্লে—য়োংগুম্বনি হায়বদগী য়োং থোনবা নভ্রে। য়োংদা থবক অনি গুরুনা শিন্নে। (১) তাইবং মীগী মতেং পাংবা (২) উদা তোংলগা মীরমলেনগী মওং মতৌ য়েংবা। মাসিদা ঐখোয়সু থরা হায়হৌনিংই। (১) য়োংনা তাইবং মীগী মতেং করি করি অমসুং করমতৌনা পাংগদগে হায়বসি লাইরিক অসিনা পন্দে। ঙমুদদি গুরুনা মীগী মতুংশিন্নবগী নিংথিনা তাকপিখি; অতুনা ওইবা তাই মৈতৈনা ঙমুনা উশিন শিনবা গুরুগী য়াথং ইন্নবা হোৎনরিবনি। চিঙ্গাকসু ওইয়ুদি হায়রমদে অতুনা তাইবং মীনা ঙমু চাবা চুমদে। অতুমকপু য়োংগী মথৌ ঐখোয়সু ভাবনা শাতুনা যেংসি। মতাং অসি য়োংগী যুক'চক (Ape age) কৌবা তারে। ঐখোয়গী ইপা ইপু ওইতুনা মথং মীগী থাক ফাওবা থাঙ্গৎপী হায়নরিবা য়োংদি পুম্নাংমাংথিতুনা মী লোইনবা ওনবা যাদে। ওনবা য়াদবগী মরম লৈরি মীগী মতেং পাংগদবা থবক অতৈসু লৈরি। এম্সাং নাপী মাংহনবা, হৈ লৈ মুৎহনবা, অচা অথক তুমহনবা অসিগুম্বা অসিদি মতেং নত্তে। অতুমকপু থরা অসি য়াঙ্জবদি ঐখোয় উশিন্নদবা তাই করিনা মাখোয় অসি শায়োকশংদা থমতুনা মীগী কান্নবা তৌহল্লি। মীরৈবাক্তা যোন্দুনা মীরমগী অতাংবা শেল তান্নরি, অচাবনা চাসু চারি অসিনচিংবা। অতুগা মকম অসিদা ঐখোয়না নিংশিংপদবদি ঐখোয়না খন্নরিবা লৈশেম্বা মৈতৈ লৈপাক মণিপুরগী কংলৈবুংগী রানি মথক্তসু পনগ্রে। (২) য়োং গুরুনা চানবা পোৎশক অমনি।

মাহাক্পুদি গুরুনা উদা তোঙ্তুনা তাইবং মীনা তৌবা কুম্মৈ য়েংতুনা লৈহৌ তাকপিখি। উচেক ল্লায়ানা হান্না শাখ্রে। মাখোয়সু উদা তোংবা মথরায় পানবা পোখনি। অতুবু মাখোয়মুদি কুম্মৈ য়েংজৌ তাকপিখিদে। অচান অয়াই নায়বগী ব্রারা? মান্নি মাল্লে। গ্রন্থকাশবগী মোং য়াওদবনিনা খুম্বা স্নারে। উ-ন্না শেম্মগী ব্রা ঐখোয় থেংনখিদ্রি-ফংবি কংনাও মশানা থোকচখিবা অতুদা মঙাইখ্রি। য়োংনা তোংনবা উশিং মপুং ফানা ফানা চাউবা গুরুগী অনিংবা গুহ্বদগী খুদক অতুদা য়োংনা তোংবা নংনবা হৌখিবা গুংগনি নিংহৈ। লাইরিক অসিদগী অশোমদা মতেং ফংদ্রে।

যোংগী মথংদদি মাগা হেক মান্নবা মী নাক্লে। গুরুনা অশিবা কৌতুনা মী হবেং শাও হায়না য়থং পীবদা মাহাক্না করি মওং ওমতুনা শাগদগে হংলে। গুরুনা মাহাক্কী মিদগী মীনম লৌতুনা শাও তাকপীবে। অসুম্না শাবা মাখোয় হবেং অদু গুরুগী মিদগী লৌতুনা শাই হায়তুনা 'মী' কৌখ্রে। মীবু তাইবং মী, নমু কৌবগী ব্রাসু যাওবি। মফম অসিদসু থরা খন্নবা লৈরে। গুরুনা হাযবা 'মী' শাও হায়বনি শাফম থংদ্রবদা মাহাক্কী মি য়েংলগা শাও তাকপি অতুগা হাযবদি 'মী' শাও হায়বনি। মথক্তা শাখিবা শিং অতুসু মীনি হায়না শাজবদা মী ওইহনবা পাংদতুনা, য়াদতুনা লোকখিবা ঙাক্তনি। হন্দক্কী অসিমদি মী ওইবতু গুরুনা য়ম্বে অতুনা মী অতুম ওইবগদবনি। মওং লাকফম থংদতুনা গুরুগী মি য়েংউবতনি। অশিবনা শাবা 'মী' নি, মী শাও হাযতুনা 'মী' শাবনি। অতুনা 'মি' যেতুনা শাহগী 'মী' কৌবা যবোই। মী শাবনিনা 'মী, ওইবা পান্নবদি 'মী' অতুম ওইবনি 'মি' দগী লৌতুনা থোনবগী ব্রা লাক্লিংঙাই লৈতে। অর্থ চাবা চাদবা, মথক মথা মরি লৈনবা লৈনদবগী ব্রা ইয়াও য়াওদনা

'মি' গা 'মী' গা শমজিন্নরগা মতৌ খরা মালহল্লগা উৎচাইগে লাক্লবনি। লাইদি লাইমক ওইরবদি অসিগুম্বা অন্নানবা হায়রোই। অমরোমদা অমুক হায়রগা ঐখোয়না মফি শেৎত্রিবা লাই খরগী অয়েকপা মশক মথক্তা তাকপ্রে। মাখোয় অদু মীগী মওং ঙাক্তনি। মফি শেৎহনবা মতম ওইদ্রিবগী মফি শেত্তবনি। মী শারবা মতুংদস্ু মফি শেৎখিরোইদৌরি। অসিগুম্বা লাইয়াম য়েংদুনা মী শাবা অমস্ুং শাহনবা য়ারম্বনি। হয়েংস্ু মীগা লাইগা অমতা ওইনা লৈমিন্নরখিনি। গুরুনা নখোয় মাম্নবা শাও হায়বদি য়াদ্রা? 'মী' খোনবদা হায়নিংঙাই লৈররোই হায়দুনা 'মি' পুশিল্লকপা মশানা অত্তম তারে।

"তেংবানববু শেমনবা মচাকনি খংনবা তাইবংমী হায়না অমুক খংনরে"—মাসি অমুক খন্নসি। মী শানবা 'পৃথিবী' লৈরে হংঙোই, য়োংগুম্না মাহাকস্ু তেংবানবদা লৈনবা শাবনি। শারকফম থোকইবা শা, যন, ইবোই, নোংশা, কৈ, শামু, শজি, শঙাই ঙা (মণিপুরদা লৈবশিং) নচিংবা পূন্নমক অসিদি মীনা মচাক ওইরবদি মাখোয়স্ু তাইবংপান শেম্বগী মচাক নত্রা? মীদা ওইরিবা করিগীনো? মীনা শা পোক্তে ঙা পোক্তে। মীতনা মচাক ওইগদৌরিবগী মরম চাদে। অমন' মীনা শিজিন্নব', মীগীদমক শারম্বা ঙমু অদুগী মমিং মীনা ভাংজদুনা নমু কৌগদৌরিবসিনা করিগীনো? ঐগী ঈহুৎ ঈরেং শিন্দুনা উকিল অমনা ঐগী থবক তৌবিরে অদুগীদমক মাহাক্কী মমিং লৌদুনা ঐগী মিং অমস্ু থোনবা তাবরা? হায়! হায়! ধর্ম্ম অসি ফনা য়াম্না চংশিল্লক্লে। অদুবু ভাবতদি খরা খরা তানা ইদুনা মণিপুরগী মাংদনবা তৌরম্বনা ফবনি। অদুদা হন্দক্কী মতাং অসিদদি ঐখোয়না ঙমুনা ঐখোয়গীদমক তৌবিবা কাউবা যাদে। গ্রন্থকাবগী লোন য়েংসি "মী মহুৎসিন্দুনা মথৌ

মঙম্ পুই, ঙমুগী কোলোয় মিংথৈ লৌতুনা নমু তাইবংমী হায়না অমুক কৌররে”। ঙমুগী থৌদা নিংসিংসি মীগী মহুত্তা উশিন ওইরিবনি। মথৌ অসি তৌনবগীদমক লাইজ ঈরেলমুংদা নমুপোং মীগী মথৌ পুনি ঙায়রিবা ঙমুগী রা ইয়াও য়াওজ্রবদি ঙমু মথরায় মুংঙাক্তগ্ররোই খন্দুনা তাইবংমীবু তৌমিমল খংবা উৎহল্লিবনি। মতাং অসিদা ঐখোয়না রাহৈ অমা হেন্দোকথ্রে নমু হায়বদা ‘পোং’সু য়াওশিল্লুরে। লাইরিক অসিগী রা নত্তে। ঐখোয়না নৈনবদা হেঞ্জিনখিবনি। অতুদি ঐখোয়সু মতৌ মান্না কুপখৎপা ঙস্রা য়েংসি। ‘পোং কৌপতি করি নেংকিনো। থাংক নৈকাই পোইপা নমু কনা মীপু ওইকুপনে। হাইপপু পোইরৈ মরোই পোংতুম ওইরম্মে। অতু নোংকি নমু পোংমী কৌই হাইতপরা’। মসিসু খরা কুহরক্লগা পুয়াগী রা ওইখিবসু য়াই।

অহুদগী মী তরেৎ লৈপাক মেত্তুনা শারবা মতুং অহুদা লাইয়াম্না খন্নবদা খুৎনা লৈপাক মেত্তুনা মী শাবসি থিল্লগনি নুপী নুপা লৈমিন্নহন্দুনা নুপীবু থা ১০ নাওপুহল্লগা অঙাং ওইনা পোকহনহুনা তাইবং থুনা মপুং ফাহল্লগি লেপ্পরে। লাইশিংগী হন্দক্কী রারেপ অসি অফবা রারেপ নত্তে, ভাষ তাদনা হখন খন্নদনা লৌবা মাল্লি। অতুনা মতাং অসিদসু খরদং পল্লমদবা ঙমদ্রে। হৌজিক ফাওবদা মী তরেৎতা মশাখ্রি। নুপা কয়ানো নুপী কয়ানো লাওথোকখিদ্রি। য়াম্লবদা নুপী তরুক্কগী হেনবা রাদে। তরুক অসিনা অমমম পোকপদা অহানবা চাবোক্তা পুকনুংদা থা তরা চংলে। মথংগীদগীদি হেন্না অমুক মতম চংলগনি। অস্তুম্না অমমম পোকপদা থা ১৫/১৬ লোম চংলগনি। মী তরেৎ শাখিবা মতম চংই হায়খিদে—চংবগী মওংসু উখিদে। “পৃথিবীসু হকচাংগী শরুক ওইনবা মচাক ওইনহুনা লৈয়ে” হায়না

মথক্তা পনখ্রে। অদুনা মচাক অসি মাংদনবা মতমসু চংদবা, থুংনা মেত্তুনা চহি মঙা তরাদং ৱাথোক্তুনা শাদোক্লবদি তাঙ্বংপান মপুংফাবা য়াম্না থুজিল্লমগনি। মরমদি নোংমদা মী অনমমত্তা শারবসু লাই অমনা চহিদা ৩৬৫ নি (অশিবনা লাহ্ অতৈদা তম্নীবসু কুইগদবা নত্তে অদুনা 'লাই অমনা' হায়না ঐখোয়না শিজিন্নবনি)। নুপী তরুক্না পোকচগদবদি তরুক্তনি—ফাইবোক য়াওরবদি খংদ্রে—অদুসু চাউনা পায়বদা তরানিথোই (১২) তনি। মচাক পৃথিবীনা মেত্তুনা শাবনা কয়া য়াম্না থুরবগে ঐখোয় উরে। অদুদা হৌজিক্কী মতম অসিদা লোয়শং লিংতুনা লাইনা মী শাদুনা লৈবা ফনা লুবা অমনি লাই মকোক ঙাওগনি। পামহ্ পামদে, ফজে ফজদে, চাউমল্লি পীকমল্লি, চাক য়ম্না চামল্লি, থবক শুগন্দেনচিংবা ময়াম থোরতুনা লাই ঙাওদুনা চংকনি। কান্নবনা হায়জ চংচবা হৈজরবদি ইচা ওইজগে ফজবা অমতা শাবিযু কা হায়বদি ময়াগনি। কান্নবা অমনা শাবা লোইবগা মী অদুম ওইরে অঙাং খোমহনবদগী হৌদ্রে—য়োকপদা পাঙ্গল, শেল তিংদ্রে। কোক ঙাওগদবা, মনিং মমাং চান্নদবা, মীওইবনা থনবা হৌনবা ৱাহৈগী মপান্দা ওইবা ময়ামদগী কনবা য়ানবা পুয়া লেংবনরা গ্রন্থকারনরা লাই ময়াম তিন্নদুনা মী তরেৎ অদুব্ মচা পোকহন্নবা ৱারেপ লৌহনবনি। ৱারেপ অসিনা মালেম মপুং থুনা ফাগদবা নত্তে, ঐখোয়না উংথ্রে। হৌজিক ফাওবা, লৈপাক্না মেত্তুনা শাবা তাবদগী কন্দবা য়াদহুনা কন্নবা ৱারেপ লৌবা চংবনি। ঐখোয়না অকান্নবা উবনা পামজবদা, পামহন্নিংবদা থুদি থিবা অসিনি।

মথক্কী অসিগা পকশিন্নবা লাই অচৌবগী লাংওনগী ৱা থরম্ব ৱাওরি মাসি পুয়া অতোপ্পা অমগী মোৎ ওইনা হৌই মাসিদনা মক্লনা

অনিশুবা। লাংঙনদা অমম্ব অনুমশুবদা শুক্রশিন্দবা ওইনা হৈরি। মাথোয় অচুম্বক অমত্তা ওইনা তৌবে। মী লাংঙম্মা—অহানবদা হংঙোই অনিশুবদা যোং অহুমশুবদা মী—নমু তাইবং মীনি মী শাবদা কোম্জিন্ন শোইদোকখিবা শা। উচেক তিল ফাংদি লাংঙন মনুংদা চলনম্রে। মাসিদগী থোকপদি হংঙোইনা ঐথোয়গী ইহান হানন ইপা ইপু, মথংন যোংনি তাকপনি। মাসি ডারবিন্না হয়পা ( Darwin's theory গা ) থরা থেন্নরে। মাহাক্কীদদি হংঙোই য়াংদে।

নথংদা য়াম্ন মরু ওইবা অফ শেংপগী রাজৌদ্রিবৈদা গ্রন্থকাবন। 'জীব' হায়না মাহাক্কী লাইরিক্কী মতাং তসিন্দা হৈরিবসি অর্থ অমুক্তং যেংঙমসি। মক ওইবা পাযথংগ্রবদি মরু ওইফাওবা অসিমদদি পুক্কি চংশিনবা য়াংলগনি। জীববু গ্রন্থকাননা মীতবু ওইনা তৌ?। মীশ ও হায়নগী মতাংনি। জীব শাও হায়রগা ঙমু শান্তুনা ঈশিংদা থমাখ, মাসিবু "জীবগী মওং লৌতুনা হায়না থা?। মথং জীবগী মওং ওইব। অমা অমুক পুথোক্লে" য়াদ্রে হংঙোই ওইগ্রে। মবু "নথো ওইনা জীবশিংগী মহৈং পাংলো" হায়খি। মাথোয়শিং অসিন্তু মথক্রায় পানবা ওক্তনি অক্তুবু 'জীব' দি ওইহন্দে। মাসি 'বেদগী গোত্রা' ওইরিগদ্রা অর্থদি হায়বা ওগদ্রে। গ্রন্থকারনসু শেংদোক্লমদ্রে। কোষ অভিধাননচিংবগী অথগদি খেন্নয়ে। মাথোয় অসিদগী ঐথোয়না জীব=দেহাবচ্ছিন্ন আত্মা, প্রাণ, প্রাণী, হক্চাং য়াওবা আত্মা, থবায়, থরায় পানবা, বিজ্ঞানদনা প্রাণী ( থরায় পানবা ), উদ্ভিদ ( লৈপাক্কগী হৌবা পোং ) হায়না ফংই। অতুনদি থরাযবু পান্নবদি 'জীব' ওইগনি বিজ্ঞান্নদি লৈপাক্কগী হৌবা পোংসু থরায় পানবগী মনুংদা চল্লি। ঐথোয়সু 'জীব পানবা' রাহৈ শিজিন্নে

মাসি নমু তাইবং মীতবু নত্তে। 'জীব হাৎকনু তৌহৈদে' হায়্রি। মীতবু হাৎকনু হায়বা নত্তে; মথন্নায় পান্নবা পুম্নবু হায়বনি।

ঐখোয়না অস্লুক কুইনা ফিজেৎ লৈতেংগী য়া খংনিংঙ্গনা ভাইরকপা মীস্থ লাইস্থ ফি শেল্লিঙ্গনা খংবা ফংদ্রিবনি। হৌজিমক ফি শেংকদোরে কুইররোই। অতুনা মথং মথং খংবা য়ারক্কনি। মী লাই পুন্না লৈবা লৈমিন্নবা শক্তিনা শৌহন্নিংঙক্তুনা মী লাই খায়দোক্লরো য়াথং পীরে। মাসিবু লাইরিক অসিনা পোইরৈত্তোন লাংগুন কৌরে। মথা চক্রদ্রিভেদা 'পোইরৈ' না করিবু হাকপগে য়েংসি। য়াহে অসিনা গ্রন্থকারগী লৈশেম্বা 'পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক' পুনি হায়না থিনহনা তাক্লি। মণিপুরগী লৈশেম্বা অসিনা অতোপ্পা পৃথিবী অমা মণিপুর ওইনা শেম্লি। মাসিগীদমক সৌরজগৎ ( Solar system ) অমা মণিপুরগী লৈহল্লি। মণিপুরনা পৃথিবী অমা ওইবা মথক্তস্থ থেংনগ্রে, মতুংগী মতাং মতাংশিংনা শেংনা শেংনা তারক্কনি। লৈনরিবা লাইরিক অসিদা ঐখোয়না ফংইবা অসিবু ঐখোয়না খংলিবা পৃথিবীগা মণিপুরগা মরি অমতা লৈনদে—লাই ওইনস্থ, মী ওইনস্থ, ধর্ম্ম ওইনস্থ পুমতোপ তোপ্লি, নকশিন্নবা য়াবা মরম মরি অমত্তা লৈতে উৎনবা হোৎনবা মাল্লি। অতুনা মণিপুরগী ইতোপ তোপ্পা ধর্ম্ম (লাইনিং) অমা লৈজরকইবনি মাহু চৎকদবনি, মীথুং চংশিল্লকপা থিংগদবনি তারবা হোৎনবা ওইনা উই। মাসিগী মরমদি মতাং চানা চানা লৈনরক্কনি।

গুরুগী য়াথংদগী লাই, মী খায়দোক্লবা "মতাং অসিদা লাই-মী ফিশেৎপা হৌহ" হায়না লাইরিক অসিনা তাকলি। অস্লুক কুইবা মতম অসি লাই মুপা। মুপী লৈমিন্নরকপা মী মুপা। মুপী মচা

ফাওবা পোকপ্রবা অসিদা বরিগুম্ব। অথোকপা পোৎ অমতনা ফিমক নত্রবসু মশাগী মফম অমতা কুপ্লমদে—মাসি গ্রন্থকারগী মোৎনি—লাইরিক অসিগী রানি। মাসি মাহাক্কীদি তৌদবা য়াদবা মওংনি নিংই। 'মণিপুর পৃথিবী' শেম্বা য়াম্না কুইরবা মাম্নবা হোৎনদবা য়াদবনি মাতুগীদমক হোৎনবদা ফিশেৎত্তবা মতম য়াওহন্দবা যাদতুনা য়াওহনবদা মতম শিন্দোক্লবা হোৎনবদা ঐখোযগী ইপা ইপুবু ঙরাং নাহান্দা ফিশেৎপা তাহনবনি। পৃথিবীগী মীগী ইতিহাসতা থোক্লকইবা থাক থাক 'মণিপুর পৃথিবী' ইতিহাসতা ইযাও য়াওদ্রবসু ১তৌ মাল্লোয়দৌবি অতুনা মৈতৈসু ফি থোকহন্দবা য়াদবনি—লাইফাওবা থোকহল্লিবা অসিনি। মতমগী রাদি ক্য়উথোকখিতুন। পুবাগী রানি-অতি কোক্কী লীলানি থাজো হায়বনি। ইতিহাসতদি অতিংকোক খোয়সু খুৎ থিংজিনবা যাদে।

ঐখোয় হৌজিক যেংসি—উগনি গ্রন্থকারগী ফিশেৎপা মতম ঙরাং নাহান্দনি। মাহাক্না লাইরিক অসিগী মচাক ওইনবিবশিংগী মমুংদা চৈথারোল কুম্বাবা য়াম্না মক ওইবা অমনি। পুবাণ অসিমক্তদি গ্রন্থকারগী ফিশেত্তবা মতম ঙরাং নাহানতা মাঙাম্বক্ম থোকই থংবা য়ানবগী মরম প্রমাণ তৌতুনা য়াওরি—কুম্বাবগী মোৎ নত্তে। শেৎলবনি হায়না উৎলবা অদুদসু লাইফাওবা নিংথিনা শেৎপিদে, ফিথোকপগুম শেৎপি, মাতু ওইবা য়াদব, মতম্না য়াদ্রবা রাকম অমসুং ইতিহাসনা খুতুম শিংলক্কদবা রা মখাদা লাকখিনি। হৌজিক ঐখোয়গী রাক্কমদা হঞ্জিল্লসি। কুম্বাবগী মরমদা ঐখোয়গী মোৎ মথক্তা য়াওব্রে। মাতুগুম্বা মোৎ গ্রন্থকারগীদি নত্তে। মাহাক্না পুন্না থাজরিবা কুম্বাবনা করি হায়বগে থিদোকসি। গ্রন্থকারনা হায়খিবা ফিশেৎপা হৌবা মীগা লাইগ। খায়দোক্লবদগীনি

হায়বা অসি কাউথোকপা য়াল্লি। কুম্বাবগী মতুং ইন্না লোইয়ুম্বনা শকাব্দ ৯৯৬ তা নিংথৌ ওই "মাহাকথক্তা লাইগা মীগা লাল্লুপ কারম্বদগী মীন। লাকচহুনা লান্থগী মথৈ মাংথরে। মীদনা শিলহৌএ।" মাহাক্না মণিপুরগী নিংথৌ ওইবা খৃঃ ১০৭৪ দনি। চহি ৪৮ পাল্লম্মী। হৌজিক্কী চহি ৯০০ গী মমাংদনি। মীগা লাইগা খায়নবা মতম অসিদগীনি হায়বদি লোইয়ুম্বগী হাক্তক্তগীনি। মাহাক লান য়াম্না শোক্লরম্মী, লায়কাস্থ য়াম্না ফারকই। মাহাক্তক্তা পানাস্থ খায়রম্মী। অসিগুম্বা নিংথৌ অমত্তুং মাহাক্কী ভাঙম অথৌ লাম্মী,, কুপা মুপী পুম্নমক মকি শেত্তনা কোয়চেল চেলম্মী, লান শোকরম্মী হায়বসিবু ঐখোয়স্থ থাজরসিয়া? লোইয়ুম্বগী মতমদা ফিশেত্তবগী মতম খরদি শোয়দনা য়াওবা তারবনি। শেৎনবা মক্তদস্থ শেৎপা হৈতবস্থ য়াওহল্লা কুইনা হৈনংক্লবা থোক্তোকপা অতুদা লেল্লম্বস্থ য়াওরমগনি। পুম্নমক অসি গ্রন্থকারগী মোৎ মতুং ইন্না ঐখোয়না চখবনি, ঐখোয়গী মোৎ নত্তে। মখাস্থ খরা চথখিসি। নিংথৌ অসি কুম্বাবগী মতুংইন্না ২০ শুবা নিংথৌনি। মাহাক্কী মমাং ফি শেত্তবা কাংবু খল্লুবদা অরাবনি। কাংলুপ অসিদা পাখংবস্থ য়াওবা তারবনি লাইম্নাস্থ চিংখবা য়াক্রবনি। অসিগুম্বা মওং অসিবু গ্রন্থকারদি লায়না য়েংবা ঙমগ্রেদা। শকাব্দ ৯০৬ তা ইরেংবনা নিংথৌ ওই। মাহাক্কী হাক্তক্তা "ফনেক ফিবান্দা খোই লোনবা হৌদোকলমএ" হায়না কুম্বাবনা ইরি। মাহাক লোইয়ুম্বদগী অমা হানবা নিংথৌনি। ফি শেত্তবা কাংবুগী-দমক ফনেক ফিবান্দা লোম্নবা 'খোই লোনবা' হৌদোক্লম্বা হৌনদে। অস্থুম অনুম খিজিল্লুরগা গ্রন্থকারগী পুম্নাগী ৱান্নি হায়রিবশিং খুৎশেম্নগী ৱারি ওইশিল্লকই। অতুনা ফি শেত্তবা হায়বা মতম, লাইফাওবা য়াওবা খৃঃ ১০৭৪ ফাওবা ফি শেত্তবা যুগ—চক অসি লৌথোকলসি। ইতিহাসনা য়াজ্রে গ্রন্থকারস্থ

খানিংলগনি মরমদি মাহাক্কী পুয়াগা কুম্বাবগা য়াম্না থিনা য়ানদ্রে, কোক-লু কাইনগদৌরি। ধর্মগী থ্বা ওইহৌনস্তু, ধর্মগী লাইনি হায়রবস্তু ইতিহাসকী থেংলবা যুগতা ঐখোয়গী ইপা ইপুবু কি শেংহনবিদবা গ্রন্থকারগী ধর্ম্ম অমস্তুং লাইদা ঐখোয়দি থাজবা ওম্মোন্‌রে।

---

## অহেংবা মতাং

# মতম শেম্বা

মতাং অসিমদি মতম শেম্বগী শককনি। অহিং নুংথিল অনিনা নোংমা শায়দগী হৌই। মুথক কয়ানা অহিং অমা নুংথিল অমা শাবগে হায়দে নিকূপকী থ্বা য়াওদে। অকুপ্পদগী হৌরম্লবগি ঐখোয়গী জ্ঞান অমুকস্তু হেল্লমগাদবনি। অকুপ্পা মতমশিং অসি সাইনা শেম্বদা য়াওরমদব। মতুংদা য়াম্লকত্রদুনা মীনা হাপচিনখিবদুমি ওইবা য়াই। গ্রন্থকারনা তাকলিবা মতমগী থ্বা পংথন খন্নদ্রবস্তু যামে মুমিং কয়ানা চয়োলনো, থানো, চহিনৌনচিংবা অয়াম্বা ঐখোয়না তাববা থংলবা ডাক্রনি। মতাং অসিরাইদস্তু বেদনা পুযাদগী তম্বগী মোং ময়াওরি। যুগ থায়বা মতাংদা বেদদা 'ত্রেতা' 'দ্বাপুর' ( দ্বাপর ) 'কলি' হায়না 'থংনরে', 'হায়থরে' হায়বা লোল শিজিন্নরি। মাসি নৌহৌননা থন্নকবগী কান্নবা থোয়না নৈত্রে মথক্কা ফনা শাংনা নৈনথরে। খৃঃ গী মমাংগী বেদবু খৃষ্টগী মতুংগী তম্বায় হেক্তিনপ্রে তাক্লবা পুয়াসা ওন্নবা লাক্লবা লারুজরসভু। ঐনা পামজবা, ঐগী ধর্ম্ম, ঐগী লাইবু থাংহন্নিংবা মীওইবগী লিচংনি।

মতম শেম্বগী রা লোইগ্রে অদুবু চককী মরমদা মতেক অমতং থম্লসি। লাইরিক অসিনা "চক হায়বদি বেদগী মোত্তা যুগ অমা" হায় হায়না ইরি। বেদগা মোংকী চক করম্না থোরকপা য়াবগে য়েংসি। মৈতৈগী অরিবা লোন্দা ব্যঞ্জন বর্ণগী অহুমশুবা ময়েক অহানবা ময়েকসু শিজিন্নরম্মী। মাসি শাংদোকউদুনা কান্নদ্রে পুম্নমক্না খংনরবা রাফমনি। অকুপ্পদি শ্রীরাহেংবম য়ুমজাও সিংহগী 'মণিপুরগী রাস' সাহিত্য ঈচেলদা আগষ্ট ১৯৫১ দা ফোংখিবা অদুদা ফংগনি। যুগকী য, চ বর্গগী জ শুম লৌদুনা জ অসিনা। 'চ' ওইরগা 'চুগ' ওইরে। চুগ গী গ না ক ওইদুনা চুক ওইরগা মথং অমুক শোইথরকপনা 'চক' ওই। মৈতৈনা যুগ মঙা ওইরমদে, অহুমনি হায়রমদে। অদুনা বেদনা, শাস্ত্রনা, পুরাণনা থারম্বা যুগনা চক ওইরগা মরি থোক্লা মমিং অদুম থোল্লম্বনি। মতম যুগনচিংবা, ফি শেংলবা মতুংদা শেম্বনি অদুনা লোইযুম্বনা পানবা মতম নক্সগা মতুং নক্লবা অদুরাইদা শেম্বা ওইফম থোক্লে। অসিগী মমাং ফাওবদদি অহিং, মুংথিল, মুমিৎ, চয়োল, থাখাই, থা, ঋতু, চহিনচিংবা নাইরমদনা পুম্পাক পাক্লা অমম অঙান য়াওদনা পাল্লম্বা তাই। ফনা মুংঙাইবা মতম ওইগনি। পুন্সি হৌখিবা নাইদনা অদুম লৈরনি। মতম শেম্বা অসিদগী মীওইবনা শিবা হৌখিবা ওইরম্বা য়াই। হাম্বরিবা চক অসি চহি লিশিং ফাদ্রিবা মতমগী রানি। মণিপুরনা অতোপ্পা পৃথিবী অমা ওইনা শাবা ওইদুনা পৃথিবী অচৌবগা পকশিন্নরমদবা চক ওইবা তারে।

মিপানগুবা মতাং

# মাইবী পুথোকপা ফিশারা হৌবা

(খমনুং ইণ্ডাল লৈশেম্বা পুয়া)

হৌজিক ঐখোয় মাইবী পুথোকপা, ফিশাবা হৌবা অমি অসিগী য়ারি লাইরিক অসিন। তাকপা খংহৌনবা মুন্না অমুক্তং নৈনহৌসি। মাইবী পুথোকপা "হরিচক্রী (সত্যযুগ) মতানবু খরা খজিক" শাম্লক্লবা মতম অতুরাইদনি হায়রি। মাইবী শেমদবা য়ারক্কবগী মরমদি মীগা লাইগা খায়দোক্লখ্রবা, কুম্বারগী লোলদনা—"মীনা লাকচতুনা লাইগী মখৈ মাংপ্রবদা," মীগা লাইগা মপাও ফাওনদরে। পাও ফাওননবগীদমক অশিবনা লাইনৌতাবীদা সেনমিং য়েংনা লাইপাও ফাওনবা শিন্নখি। থবক অসি তৌবদা মাইবীনা শিজিন্নবা শরিক গুরুগী মিয়ুরা (কাম) দগী পুথোক্লনা লাইনৌতাবীদা পীখি। লাইনৌতাবীনা অমাইবী অতুগা মশানৌ কোপ্তিন্না অমাইবা ওইতুনা মীরমলেলগা লাইরমলেলগা মরি তংনহন্দ্রে—অসি ফাওবসি গ্রন্থকারগী পুয়াগী য়ারিনি। ঐখোয়সু অসিরাইদা খরদং য়ালহৌসি।

মথক্কী য়ারি অসিদগী ঐখোয়না উরে মাইবী পুথোকপা হরিচক লোইশিল্লক্লবা হয়াচকপু তাম্না উরক্লবা মতাংদনি। মাইবী শেম্বসি ফনা লিরে। য়াদবনি, খরা সিহন্দবা য়াদবননি। সত্য, ত্রেতা লোম্লবা অতুরাইদন্নিনা মাইবীনা লৈরকপা ফনা সিংথিনা কুইরে। ফনা লিহল্লে। অতুদা মাইবী লৈতবা য়ারক্লবা মীগা লাইগা কায়নবদগীনি। মাতুনা ওরাংঙগীনি হায়বা ঐখোয়না মথক্তা নৈনখ্রে। গ্রন্থকারগী লাইরিক অসিগী য়া পুয়াগীনি

হায়বা ৱা অসিগী মতুংইল্লবদি লাইগা মীগা তোঙান তোঙান লৈনহন্নবা গুরুনা খাইদোক্লখিবগী ৱাতনি-মরি তংনফম থোকত্রি। কুম্বাবগী ৱাদা লেপ্পরবদি মীনা ঙম্নহনা লাই মাংখিবনি, অতুনা মরি তংনবা য়ারে। হন্দক্কী পুয়াগী ৱা মাইবী শেম্বগী মতাং অসি কুম্বাবগী মরি তংনবা অসিদগী ওইফম থোক্লে। লাইগা মীগা মরি তংনবা অসিদি শকাব্দ ৯৯৬ নত্রগা অসিগা নক্নবা মতুংদনি। অতুনা মথক্তা ঐখোয়না হায়খিবগুম্না সত্য যুগকী ৱা অসিমদি খুৎশেম নত্তনা করিস্সু ওইনিংঙাই লৈরোইদৌরি। মীগা লাইগা লৈমিন্নরম্বা য়াবা য়াদবা, থাজবা থাজদবগী ৱাদি থম্মু থমখিসি। হন্দক্কী মতাং অসিদা উৎলিবা মওং অসিদগী ঐখোয়না লেপ্পা য়াবদি লাই মাংখিবা হায়বা কুম্বাবগী ৱাদা লেপ্তুনা গ্রন্থকারনা ইবনি। মরমদি তিন্ননা লৈমিন্নদ্রবস্সু মশক উনদুনা পানমিন্নরিবা মীগা লাইগগী মরিদা "অমম্বগী মশক ওইবা থবকপু' অঙানবদা পুথোকপগী ৱারোল শিজিন্নরম্মোই।

লাই অতৈ মাংখিবদা অশিবগা, লাইনৌত্রাবীগা, কোঞ্জিনগা অহুম অসিনা য়াঙদবগী মরম লাইরিক অসিনা উৎলমদ্রে। ঐখোয়গী অমাংবনি। হৌজিক মাইবীনা পায়রিবা শরিক গুরুগী কামদগী থোকখিবা অতুদগী ওইবা তারে। "অমম্বগী ৱাবু হংঙিদা তাইব." হায়না মাইবী শেনহুনবদা হায়রিবা অসিনা মশক উনখিদ্রবা লাইগী পাউত্তাক হংঙি হায়বা ওইবা তাই। মাইবীগী মথৌনি হায়তুনা তৌরিবা লাইগী মপাউনি। ফাউরিবা কদায় ফাওবা থাজবা য়াবগে মী খুদিংমক্লা খঙনরবা ঙাক্তেনি। উমং লাইগী মপাউ ফাউবনি হায়বদগী হেল্লহুনা মহাদেবগী মপাউ ফাওবা মাইবীদি লায়না ফাওরি। মপোক কম্না নিংবদা ফংবা ঙমদ্রে হায়রিবা মহাদেববু মাইবীদদি ইলায় লায়না তোংলরি। ৱজগে।পীশিংনা ৱাথা

ঠাকুরাণীগী অংশ ওইবগুম মাইবীশিং আসিস্তু লাইনৌতাবীগী অংশ ওইজ্রনা মহাদেব ফাওবা লায়না থেংনবা ওইবা তাই। অতুদা মহাদেবদি পুম্নাগী লাই নত্তে। করম্বা শকলোনবু মাইবীনা থেংনরিগদগে। ঐখোয়গী ব্রাকমদি শকলোনগী মা নত্তে মহাদেবমকপুনি। মাইবীনস্তু "মুবুংওো মহাদেবগী কোলোয় মপাউনি" হায়। অসিদগী হেন্দোক্তুনা লাইমাংবু ফজ্জাল্লবদি মাইবীদি শ্রী গোবিন্দগী মপাউস্তু শোয়দনা ফাওগনি। মাইবী লাইনৌ তাবীনি মাগাক্কী অংশনি "বেদদা সরস্বতী কৌএ" হায়প্রবা লাই অদুনি। মাইবীদা য়াদবা, মান্না ঙমদবা লৈতবা মরম অসিদগী ওইবা তারে। অদুনা মহাদেবদা নত্তে শ্রী কৃষ্ণ ফাওবা লাযনা 'থেংনবা' ওম্বা মাইবীনি।

মাইবী লাইতোংবা অসিদি করিনো অমুক্তং য়েংসি। মশাবু মশানা শুম্বাংচবগী মওং লাকই (self hypnosis ওম্বা হায়বা ওই)। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা কাউপ্রবা রা নিংশিংবা ঙম্মী, অতুম্বগী মওং ওংনা লৈ—মপানগী য়াদা হায়বদি শাথিবা খনথিবা য়াদা ঙাংলকই। অস্তুম তৌদুনা পংঙাং ঙাংবদা অচুম্বস্তু ময়াও-রকপগী য়ানি। মওং অসি মালহনবস্তু য়াওই। মাখোয়না ঙাংলকপা, হায়রকপা রা—অকবা অরেপ্পা পাম্বা মফমশিংদা অর্থ অনি অহুম ওইবা য়াবা, মীনা খংবদা য়াবা লোল ঙাক্তা শিজিন্নৈ। লাইগী মপাউনিনা লাই কাপ্রবা মতমদা হংলুরবস্তু মাখোয় তাক্লোই। অসিনা মথৌ ওইরবা (professional) শিংদগী মাখোয়গী শেল তাম্নবগী পাম্বৈ নত্তনা ঐখোয়দা তাকুবা করি লৈনিংঙাই লৈনি। অতুগা লাইনা করম্না মাখোয়গা রা ঙাংনগদৌরিবনো। অমগা অমুক য়েংসি—নুপীদা মীওই শুররকপা অচুবাইদগী য়াম্না তৌগনবা অনাবা হিসটেরিয়া (hysteria) মথল অমনি। মাসিবু

ডিক্সনারি (Dictionary) না general features being an extreme degree of emotional instability and an intense craving for affection : a out break of wild emotionalism হায়না অর্থ হল্লি। পুক্লিংনা জ্ঞান তাদনা লৈবা মওংনি। অসিগুম্বা অমাব মথলনা মাইবীগী থবকপু পুচুনা চৎলি। মওং অসি অহল ওইরক-ওইরকপগা হন্থরকই, ময়ুম পাল্লগা থুনা ফগল্লি। মাইবীগী লাই তৌংচুনা ভাওবনি হায়বা অহল ওইরক্লগা অসুম অসুম য়াৎলকই। অভাং মাইবীনা ভাওবা য়াম্না হেল্লি। অহল ওইরক্লবা মাইবীনা কুইনা তৌরক্লবা হিংনবগী মথৌ (profession) ওইরকতুনা কুইনা শিজিন্নরক্লবা বৃদ্ধিনা হিংননবা হোৎনবা ভয়বা লাক্লে। শক্না হায়রবদা লাইগা য়া ভাংনরবা, মহাদেবগা থেংননিংবা মতমদা থেংনবা ভয়ব মাইবী লাই ওইনা লাম্পদা লাল্লিংভাই লৈত্রে, লাংপা য়ারে। মাইবীগী য়া পংশাং শাংবা য়াদ্রে মতাং চারোইদৌরে।

অমাইবীগী মতাং অসিদা লাইনৌতাবীবু কোঞ্জিনগী 'মশানৌ' (মতু) হায়না লৈশি লৈথোল্লি। নৈনরিবা লাইরিক অসিনা মথক্তা 'বেদগী মোত্তা' সরস্বতী ওইনা লৈপুনধীনা পুথোকখিবী লাইনৌতাবীনি অমসুং গুরুগী থৌগল ফংজগ্রবিনি। মাইবী পুথোকপগী মতাং অসিদদি কোঞ্জিনগী 'মশানৌ' (মতু) ওইররে। মাসি দরকার ওইরক ওইরকপগী মতুংইন্না মতাং মতাং অচুদা য়ানবা হোৎনবা নত্তনা অতৈ ওইনিংভাই লৈরোইদৌরি। করম্না মতমদা লুহোংখিবা, কন্না থাজখিবা লাইরিক অসিদদি থাদ্রে। মরি লৈতবা, ওইবা য়াদবা ভাক্তা হায়জিল্লগা ঐথোয়বু লাইগী য়ানি হায়চুনা থাজহল্লগা পামহন্নিংভিবা ধর্ম্মদা লাইনিং পরৈ চেৎহনগে লাক্লবা নত্তবা অতৈদি উদ্রে। মাসিনাদি মী হোইজিনব য়ারোই।

ঐখোয়গীসু পাঙ্গল, ব্রাখল খন্নবা পাঙ্গল লৈজে। কোঞ্জিন্না পাখংবা ওহুগদবা ডাহাক্ত। ডাহুরে, অমাহুবা ওহুবা তোক্কদবা কুইদ্রে। মতাং অতুদা 'মশানৌ' লাহুনৌতাবী করন্না কায়নখিবনো খংনিংঙাহু লৈরোহু। কান্নবা লোইরতুনা কাচিন্দা হুনশিন্দুনা থনন্নবসু উবদদি উফম থোকহু। নত্রগা লাহুন্না ওইনা লাংওন্দুনা পাখংবগী মতুং ইনগ্রে হায়রক্কদ্রা? অতুসু হাযবা য়াবোহু। লাহুন্নাদি পোহুরৈ মণিপুর লৈশেম্বদা থোকপা নুপী নত্তে। লৈপাক্না মেত্তুনা শাবা নত্তে। পোহুরৈতোন্না খুম্বোকপা লাকপদা য়াওবকপীনি হায়রি। মণিপুর মালেম পৃথিবীগী মী নত্তে, 'বেদগী মোত্তা' শেম্বা মালেম পৃথিবী অচৌবদগী লাকপনি। ডাহুখো! লাহুনৌতাবী অমাহুবী ওহুগ্রে অতুনা ওইবা তাহু অতু ওইরবসু 'মশানৌ' কোঞ্জিন্না নোংদা লাহুরেন পাখংবা ওহুবদা, অমাহুবা ওহুরম্বা কোঞ্জিনগুম লাইনৌতাবীসু অমা ওহুথোক্নকফম থোকপনি। নত্রগা পাখংবা ওহুরগা মীবমদগী লাকপা লাহুন্না লৌবদা শাউখিতুনা তিংকাংকোক্তা অতিংকোক্বী খুয়া তানগ্রবরা? ঐখোয়নদি অরেপ্পা হায়বা ডমগনি থাজদ্রে।

অমাইবীবু 'ফিডৌ ইরা তানবী খুাংছেৎ মচি লাংবী' অস্নুমসু কৌই মরমদি অমম্বগী মপাউবু অঙানবদা পুথোক্লকই খংনবা ফিডৌ শেংলি অতুগীনি হাযরি। অতুদা মপাউ অসি তাক্লমদাহুদা অমাহুবীনা ফিনা খুমজিন্দুনা মমহল্লি মাতুগী মরম অমম্বনা লাহুগা ব্রা ডাংননবা অতুগা অঙানবা লোমদ, লাইগা অমম্বদা ডাংনবা লোহুরগা লাউথোক্লকপা মপাউ, অসিবুনা অঙৌবনা তাকপনি লৌবা তারে। অতুগা ঐখোয়না অমুবা, অশংবা ফুরিৎ অমসুং অঙৌবা নত্তবা ফিজোল শিজিন্নবা হৌজিক উরিব। অসিনা অমম্বা অতুগী মহুৎশিনবা ওহুবা তারে। ফি অঙৌবদি মৈতৈগী পুন্সিদদি

গ্রন্থকারগী খাকম অসি নত্তে। যিঙোদি থায়না মমাংঙৈদগী হৌরক্তুনা 'মৈতৈগী, সমাজগী, ধর্ম্মগী মরু ওইবা পুন্নমক্তা শিজিন্ন-রকলি। মৈতৈদদি অঙৌবা ফি জাতিগী ফিজেৎ ( National dress ) নি। অমাইবী নত্তবী, লাইনৌতাবীগী শাইয়োন নত্তবী লাইরেম্বীশিংবুসু খবদা ফিঙো ঈরম্ তানবী শিজিন্নে। অঙৌবা মচুতগী ফিবু নত্তে। ঈশিং মনম নম্বা হায়না মৈতৈনা ফি অশুবা, অপানবু হায়নৈ। অঙৌবা অপানবা ফিবুসু খংনৈ। ঈরা হায়বা খাহৈ অমা খাওত্রি মাসিগীসু অর্থ লৈ, মথৌ লৈ অতুনা হুন্দোকপা যাদে। ঈশিংবা ফিদা ওইহনবা অতুগী অর্থ হুন্দোক্তুনা মাহুবীগী ফিজোলত্ত ওইহনগদবা নত্তে। ঈশিং মনম নম্ব, অপানবা অঙৌবা ফি শেৎপা খুদিংমক 'ফিঙো ঈরা তানবী' নি। ফি মচুদি অঙৌবা যাম্না মোংলবা অমা শেত্তুনা লাকপা নুপীবু লাইসু ওইসনু 'ফিঙো ঈরা তানবী' কৌবা যাদে।

'অমাইবী খ্বাংছেৎ মচি লাংবী' দি মৌনি হায়না খংনগনিসু হায়রি। নুপীনা খ্বাংছেৎ শেৎপগী মরমদা ঐখোয়না হায়নিংবসু লৈ। মশক তারুবা হায়বদি মৌ-নৈশাবী নত্রগা গ্রন্থকারগী লোলদা 'ভালোহি', 'নুরা' গী রা নত্তে মরম লৈ থিসি। মৈতৈনা, মৈতৈ নুপীগী চৎনরকপা ফিজেৎনা অরুনবা অকরুবা থবক তৌবা তারবদি নুপীগী খ্বাংজেৎ চংদবা যারক্তে। মৈতৈ নুপীদি থবক কনবীনি অতুনা খ্বাংজেৎ পোৎচং অমা ওইরম্মী। হৌজিক্কী যুগকী মতৌ —হকচাং কায়াং খরা থাদোক্লবসু যারবা মতংগী রা নত্তে। চেকশিন্না ফিশেৎতবা যাদবা মতমগী রানি। হৌনবী থুগাযতুনা শেৎপা মরমদবা মতমগী রা নিংশিংসি—য়েৎতা, ওয়দা অপাম্বদা শিজিন্নবা কৌট্রনিংলগা কৌবা, চোন্নিংলগা চোনবা যাবগী মতমগী রা নত্তে। হৌজিকসু লৌ থাওবদা, লৌ লিংবদা খ্বাংজেৎ

যেক্ৰিছেং যাওদবা য়াদবা ওক্তরি মৌ, লৈশাবীগী রা নত্তে। মাহৌবীগী থবক অমুক য়েংসি। মালা চোংইরা মচোং, ভাওরিবা মঙাও অদুদা খ্বাংজেং চংডোইদ্রা? অদুগী মথক্তা 'লাই তোংবা' অমাবা অদুনা পায়বা মতমদা খ্বাংজেং য়াওদবী মাইবী মওং চাবোই অদুনা শেংতবা য়াদবনি। মশক তারুবা তৌবা নত্তে। সুপা মাইবীসু লৈং মাখোয়সু ফনেক শেংলি, খ্বাংছেং মচি লাংই মাখোয়সু মৌ ওইবা অরণত্রা? গ্রন্থকারনা মাখোয় মৌগী শিংদা চনগনি চল্লোই মচা খায়রনবা চুমদে। ঐখোয়না সুপা মাইবীবু মাইথা কৌদে। হোয়, নাইত্তে চাদবা মফমদদি ওমশিন্নুনা অদুম চংথগা ওইজবসু লৈ। বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা, ওইথ্বা য়াবা য়াদবগী খ্বাথলনা ঐখোয়গী চংনরকইবশিংবু শেংনা চাংথোক্লগা ইতিহাসকী মচাক ওইবা যাই যাদে লেপকদবনি। গ্রন্থকারগী লাইহরিকী মগি অসি মণিপুরগা মরি লৈনবা ইতিহাসনি ফিজেং লৈতেংগী ইতিহাসনি। অম্বানবা নত্রগা লানবা য়াবা খ্বানা, লৈপুংফম্বগী ব[illegible]ঙ্গনা ইতিহাস ওইহন্নবা লাক্লগদবা নত্তে। ইবু ইববদি মীনা ওইও। যারগনি হায়বা করিসু লৈতে। ঐগা লন্নাই খ্বাথবা অমসুং ওইহন্ননিংবনা ইতিহাসলোমদা পুশিল্লুবথদি ঐগী জাতিবু, ইরৈবাকপু, ইতিহাসপু মশক থিহন্নুনা অরুবা গুহাদা থাদব। ঐগী অচৌবা ইবাননি যাবা তাই। গুহা অদুদগী চিংথংনবা লাক্লবদা মতম কয়া কয়া চংহনবা ইতিহাসনা ওাকপিয়ু যাবোই।

সুপীবু অহুমথোক্না খাইবগী মতাং অমিদি কুইনা নৈননিংঙাই লৈতে। থংনরবা পোংশক্লি। মৈতৈ লাইবিক, পুয়া নইবেনসু সুপীগী মরমাই ময়ুম লৈতে হায়বা নাইরিকশিংসু লৈ। অহানবদা মপাগী য়ুম (মচাপ্পুপী ময়ুম প্যানবা ফাওবা), মথংদা সুপাগী য়ুম (মৌ ওইরবী) অরোইবদা মচাগী য়ুম (মমা ওইরবী) অদুনা হুয়া, তালোই, পন্মেয়গা অম্মানি।

মথংদি ফিশাবা হৌরারোমদা চথরসি। ফিশাবা হৌবা অসি লাইরিক অসিনা উংকে লাক্লিব। অসি সত্যযুগ হৌরকপগী অতুরাইদা ওইনবগী মওংনি লৌবা অষ্ট। অমাইবী পুথোকখিবা সত্য যুগনি হায়গ্রে। মাইবী ফিশেংকদোরিবনি অতুনা মাসিস্থ সত্যযুগকী থলক ওইদবা য়াদ্রি। মতাং অসি খরা য়েংশিন্ননা উরে। "উ-ব্রা মকু অপাবা উগী মপান ( লশিংলা ? ) লৌতুনা" হৈরোংলৈমা ফিঙম্বীবু নোংপোক চিংথেদা থমলগা লৈপুনবীনা ফি শাহনখি। ফি শারিবী লাইরেম্বী অসিবু ফি শেংলগা শাবা ওইরিদ্রা, শেংতনা শেংনববা শাবা ওইরিগদ্রা—অসিমক ইয়া য়ারি —অকোনবগী অসিনতুম মতৌমানবা হেল্লি। মরমদি মী লাই অমতা শেংত্রি। অশাবা য়েল্লরুগা শেংকদোরিবনি। অশাবা ফি লৌতুনা শেংলগা মাইবীগী লাংওন লাইনৌতাবী ওইগ-দোরিবনি। শাবদদি শেংত্রিবা ওইবা তাস্ত। অশাবা ফি অসিস্থ নমু পোং তাইবং মীদা য়েনবা মযেন অসিস্থ মতা অমা ওইনা তৌরি। লাইরিক অসিনা য়াম্না শেংনা হায়রি "শা ভাগী মউন নাপি উনানচিংবাসিংনা মফম মতম য়েংলগা হকচাংগী কায়াৎপু খুমনবা, মীওইবগী মুংঙাই-য়াইফনব। হয়াও তয়াম্বা মতমদা শেংন চানবা শাতুন। লাইয়াম্না মীওইবগী চরৈ ফিবু য়েনথোকখি"। লাইনা য়েস্থোকখিবা ফি অসি পংশেং শেংপা য়াদে, হয়াও তয়াম্বদদা শেংকদবনি—লাইরিক্লা শেংনা তাক্লে। অতৈ মতমদস্থ উনা রানা-নাপী শিংবী, মউন মরাংনা হকচাং কায়াৎ খুম্নবা তত্তনা শিজিন্নবা য়াদে। 'মফম মতম' য়েংলগা খুমগদবনিস্থ শেংনা হায়রি। অতুনা হয়াও কুম্মৈ লৈতবা মতমদা অয়েনবা ফি শোকপা য়াদে—নাপীশিংবী মউন কাস্থ 'মফম মতম' চাদ্রবদি হকচাং কায়াৎ খুম্বা য়াদে। ফিদি খরা খরা ফংলে অতুবু অয়াম্বা মতমদা ফি থোকখিবা তারি। ফিদা নত্ত্বে, উনা রানা মউন মরাং ফাওবা 'থোকখিবা' তারি।

কনগ্রবা নিয়মনি। থিগ্রেদা ঐখোয়গী ইপা ইপুগী লাইবক! লাইবক্তা খুত্নম্না শুরুত্না কান্নদে—শাবিনবা খুৎ য়ামদবনা ওইরম-গনি, অমতনা শাবনি, ঐখোয়স্মু উগ্রে। গ্রন্থকারস্মু য়াম্না শেংহল্লিংইবনি। মতা অমা চান্দ্রিত্না তৌবনি। থরা থাংখিসি—ভাইখিসি।

তাইবংমীনা শা ভাগী মউল, উ মকুনচিংবা ফিশাবা হৈন্দ্রিভৈদা শেংলম্বা ইতিহাসনি। মাসি য়াওহৌদ্রে মাল্লয়োই হায়ত্না মফম মরাং থংহৌদনা নংহৌররোই হায়বগী মতাগুম মতাং অসিদা পুশিল্লকপা মশানা অত্তুম তাকচরে। মৈতৈবু মফি থোকহন্দুনা গ্রন্থকারনা থম্বা মতাং অত্তুদা হোৎনরম্লবদি মফম খরা চারমগনি। অত্তুবুদি খুৎশেমগা লাইশেমগা মান্নবা হৌনদে। ঐখোয়না ফংইবা মহৈনা ইপা ইপু ইমা ইবেল মফি থোকহনবনি। মথংদা ফি করম্না শাবগে তাক্লি। অহানবদা ফিভম্বীনা "খ্বাংদা শাই" অত্তুদগী মথংদা মতেং পাংবগী মশক ওইনা খোংনাং লৈমনা "ইয়োংদা (হায়বদি য়োংখমদা) ফি শাবা হৌখি" তাক্লি। ঐখোয়গী ব্রাদি লাইনা শাবসি শাজরসন্নু ব্রাননবা শাবনি। ফি ওক্লবা মখল মখলগী থোক্লো হায়রগা হেক্তা থোক্কদবা ব্রাননবা হোৎনজবনি। খ্বাংদা ফি শাবনা ইহান হানবনি। লাইরেম্বীনা শারম্বগী ব্রা নত্তে—মৈতৈনা শাবা হৌবগী ব্রানি ঐখোয়গীদি। মাসি কয়া কুইগ্রবনো হায়বদা ইতিহাসনা হৌদ্রিভৈগী ব্রানি। খ্বাংনা শাবদা ময়েক থোকহল্লিবা, মওং মখল মখল পুথোক্লল্লিবা পুন্নমক অসিনা তাক্লি মওং অম্সুন্না ওইরকলিবা অসি গ্রন্থকারনা লাউথোকগ্রবা অমস্থং য়ারিবা মীগা লাইগা খৎনরবা, কায়নরবা মতম হায়বদি লোইয়ুম্বগী হাক্তকী ব্রা নত্তে চহি লিশিং কয়াগী খুৎথোক্লি। চংদবা য়াদবনা কনশিল্লকপনা ফি থোক্লবা য়াম্নবা,

লৈনবা হোৎনখ্রে—অতুদগী ফজনবা মওং মওং হাপচিল্লকপা চহি ৭০০/৮০০ গী রা কদোউৈদস্থু ওইবা য়ারোই। মাসুমা খ্বাংদা শাবা অসিবু ইয়োং-খ্বাংগী ইয়োং কৌই। মতুংদা ওইরক্কদোরিবগা করিমতা য়েৎনদে। মথংদা অমুক্কসু খুংলোইবা হেন্নবা খল্লকপদা পাং চন্দুনা ইয়োং শারে শিজিন্নবা য়ারে। অতুবু পাংচল্লগা শাবা ইয়োংনি হায়তুনা পাংয়োং কৌই। মওং অসিদনা খ্বাংনা শাবদা চংবা তেমগী মতুত্ত শমজেৎনা শিল্লে। অকুপ্প, অপাবা, অশাংবা ফিশাবা পাংয়োংগী খুৎলোইনবগীদমক লংহুন্নবা তেম তেমথোক্তুনা শেম্লে হায়তুনা পাঙদেম কৌই। পাংয়োংনা ঙমদবা খ্বাংগী ইয়োংনা ঙম্বা হৌজিকসু লৈরি। হন্নাগাড়ীদগী হেন্না য়াংবা এরোপ্লেন থোরকপগুম্বনি। লাইনা ফি শাত্তুনা থোল্লগী থাজতুনা চহি লিশিং কয়াগী মতম অমুক হঙ্গিনবা মতম নত্রে। থাদা কারবা মতমদা ঐগী হিংনবা হোৎনবা হৈত্রতুনা লাইনা চাক ইন্দুনা য়োক্লকপগী রাখল গ্রন্থকারগী ওইহৌবনা ফগনি নিংই। গ্রন্থকারনা ইয়োংবু পাংয়োংতবু ওইনা হায়রি খ্বাংগীবুদি ইয়োং কৌদ্রে। অতুনা খরা শাংদোক্লা ঐখোয়না নৈনবনি।

মাইবী ফুরিং লিংলমদে, শরোংসু য়াওরমদে হায়রগা মাখোয় অসি য়াওরক্লপদি লাংবচক্কী (কলিগী) মতমদা নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতুংদগীনি হায়না শমথরি। অচুম্বা রানি, ফি শেৎপা ফাওবা অসুক রানা শেৎখ্রবদা লিংত্রবসু য়াবা ফুরিং তরাই তরাই নাকপা হৌনদে। গ্রন্থকারগী মরাদা খন্নরবদা লাংবচক্কী চহি ৪০০০ রাম চংলবা ফাওবদা ফি শেৎত্রি। লোইয়ুম্বা পাল্লি অতুনা ফুরিং মমি তমগদবা য়াম্না রাৎলি। মাইবী ফি ইল্লে ইল্লি অসিমসু য়াওরমদ্রে। গ্রন্থকারগী অয়েক্লগা মাইবীদগী লৌরবদি মফিসু ইল্লি খরদি কুইমল্লে। হরিচকতগী লাংবচক ফনা য়াম্না চংশিল্লকবা

অসি ফাওবা মফি ইলহন্দবা খরদি কুইমল্লে। কমদৌনি য়াদবা মতাং থোক্তুনা তৌবনি। মওং অসিদা শয়োং কয়া য়াওগনি! গ্রন্থকারদি ভূষণ 'অধিকারি' ওইবনি পোৎ খুদিংমক মশক খংবনি। অতুদা মী খুদিংমক মাদৌনা খংদবা য়াদে হায়বদি য়াদে। ঐথোয়না খংবা খরা হায়বদা তারে। শয়োং তায়রিবা অসি ঐথোয়দি শয়োং ফি হায়না খংই। মাসি মনা ফিনি। মাইবীগী ইনফিগী ফিজিন্দা হাপ্পনি। ইনফি ইল্লবস্থ মনা ওইনা ফংদ্রবদি শয়োংফি হাপ্পা য়ারোই।

---

মাপনগুবা মতাং

# লাই মী খাইবা

(খমনুং ইভাল লৈশেম্বা পুথ্রা)

মতাং অসি লাই মী খাইবা থোল্লি। অহানবা শকক্পা মথক্তা য়াওগ্রবা পোটয়েত্তোন লাংওন থোনখিবা ৱারি অতুনি। অমুক শাঙল্লকপনি। অসিগী মথাদা চথরকপনা গুকন। লাই, মীদা পাউতাক পীবনি। নিংথিনা, ফত্তবা ওইদনা চান্নচিন্ননা লৈনবগী পাউতাক পীবনি। অবোইবদনা গুকন ঐ অহল ওইরে থুপ্লগে অতুনা অশিবা কোন্তিন অনিগী মচুংদা মতিক চাবদা নিংথৌ খুবম শিন্নরম্লবা ছুমিং তরেৎনিগী মচুংদা তাইবংপান কোয়বা চানবা তান্নৌ হায়না লাউথোকখি। হন্দকী অসিদদি পুয়াগীনি হায়রিবা অসিগা 'বেদগী মোত্তা' গা থরা খেন্নরে। শাস্ত্রগী ৱা

ওইনা লাই হন্নুবগী য়া তাবা ফংদে। লাইদি মতম পূম্নমক্তা পাখং ওইদুনা লৈ হায়। গ্রন্থকারগী লাই অচৌবনা অহল ওইদুনা শোল্লকপসি হুংঙাইতবা অমনি। মী ওইনা শাহ্নওল্লি হায়বস্তু য়াওখিদে—অদু ওইরবমক্তদস্তু হন্নুদুনা শোনগনি থাজদে। ওস্লোকপনি! ময়ুম স্বর্গ তিংকাংকোক য়ৌরবস্তু অশোনবা, অনাবা হন্নুবা ওইনা লৈরুবা তারি। ফীবম অসিদগী গুরুবু কনবিরম্লবদি গ্রন্থকারগী মহৈমক ওইগনি। কনগে হায়রবদি ওস্বনি। গুরুগী মহুৎশিন্দুনা পালহৌগদৌরিবা নিংথৌ মণিপুরগী কংলৈপুংদা পানগ-দৌরিবনি। লৈশেম্বা অসি মণিপুরবুদনি হায়বা অমুকস্তু হেন্না চুমশিল্লকই।

---

## তরাগুবা মতাং

# মালেম কোইবা

## ( নোংখোং কোইবা পুয়া )

গুরুনা লাউথোক্লকপা তাবদা লাইনি হায়দে নিংথৌ ওইনিংবা ঙাক্তনিনা মথুম মরাং হৌরে। অশিবদি কোয়ববু হৌথ্রে। কোঞ্জিন মথরায় য়ারে, ময়াম্বগী মগুণ মানা খংই। শোয়দনা হানথ্রনি লেপ্লে অমস্তুং কপ্লে। মমাগী থম্মোই খাংবা য়াদ্রে মচাদা অথুপ্পা য়ারোল তাক্লে। মমানা তাকপদগী গুরুবু তরেৎলক হন্না কোয়রগা থুরুম্লে। গুরুনা অদু উবদা মপা মশক খংই হায়দুনা পাখংবা থোল্লে। অশিবদগী হান্না মাহাক্না মপা খংদোকথ্রে হায়বা য়াতানি। পুয়া অমদনা মতম পুন্নদা পাখংদা ওইনা লৈ হায়দুনা পাখংবা কৌবনি হায়বস্তু পল্লি। পংশাং শাংদ্রবস্তু মতাং অসিগী থরদং নৈনসি।

মপা মশক খংই হায়দুনা পাখংবা থোল্লি হায়বসি তেংবানবা কোয়বা মতাং অসিদা পুশিল্লকপা মফম চাদে হাপফম লৈগৌররোই হায়দুনা ভৌবা মাল্লে। অসিংদি গুরুনা যণ অশিবা ওইনা তাউথরকপদা মশক খংলদুনা লৈকংদা চিংখংলগা শংব্রৈনা কুপ্তুনা থম্মী হায়বা ব্রারি অদুনা পাখংবা কৌবগীদমক্তি হেন্না মাল্লি। মমাবুদি মমানি খংবা অদুগা মনা অদুদা মশামক্লা শেমলগা মচা ওইজৌ পীবা, মমাগীস্মু মপুরোইবা অদুবু নহানমখৈ মশক খংদনা লৈরম্বা লাইগী উপাধি ফংলবা লাইশিংদা গ্রন্থকারনা অকায়বা পীরে, ইকাইব পীরে নিংই। পাখং ফাদুনতা লৈ হায়দুনা পাখংবা কৌই ইরম্বা পুয়া মমিং পন্দে—অরিবা পুয়া নত্তবা তারে। পুয়াগী ব্রানি যাম্না হায় অদুবু ময়েক অনিত কাওবা পুয়াগী লোল লাইরিক অসিদা পুখত্তে। পুয়াদা য়াওরি হায়শিল্লগা কিহনবা ওইনা উরে। মফম তাক্কদবনি, মশক উংকদবনি, মরোল উহনগদবনি অদুতদা পোং অচুম্বা থোরক্কদবনি। অদুনা পাখং ফাদুনতা লৈবগী ব্রা করিগুম্বা পুয়া অমদা য়াওরমগনি নিংদে। পাখংবা করিনো, করি ওইফম থোকপগে নৈনরকপদা মীরোল অসিব্রাইদা থোক্লকপনি। য়াম্না মক ওইবা অমা ওইনা পুখংলকইবা ব্রারি অসি খুংশেম্নি হায়বা য়াবা অমনা গুরুগুম্বা লাইন মচা অহলনা নিংথৌ ওইবা হৌনবা অমস্তুং ওইনব্রিবা থুগাইরে। মতুংদা মচিন মনাও কায়নজরকপনা কায়নজ্রকপনি লাইদি ব্রায়েল কায়বা হৌনদে। অদুগী মথক্তা অশিবা, কোঞ্জিন অনিমক মুন্না খংবা গুরুনি কোঞ্জিন অকায়বগী মশক্তি খংই—কোঞ্জিনবু 'ঙকচাও থেকপা নাপন্না ময়াই কাবা নিপা' হায়বদা গুরুনা য়াথ্রবনি। নিংথৌ থুবম শিন্নরমদাইদা মচিন মনাও গুম্বা তান্নহন্দুনা 'ঙকচাও থেকপা' কোঞ্জিনগা মীচং গুরুনা চংঙকপগী অর্থ অমতা লৈতে। অদুনা খুংশেমলোমদা চংশিল্লকই হায়দবস্তু য়ারক্তি। সনামহি পাখংবনা

মালেম কোয়বা হানব। তান্নখিবা অসিগা মান্নবা পুরানদা শাস্ত্রদা য়াওরি। গনেশগা কার্ত্তিককী মরক্তস্থ থোকখিবগী য়ারি হিন্দুগী পুরানদা য়াওরি। অতুনা পুরানদগী তম্মনি হায়বদা লানগনি নিংদে। হান্না লৈরম্বদগী অকোনবনা তঙ্গা মশানা তাবনি। অতুগী মথক্তা মৈতৈ পুরাণ হৌবশিং শাস্ত্র হৈরমদবা নত্তে। অমনা অমুক গরীবনেবাজ মহারাজগী হাক্তক্তা পুয়া পুম্বা ( অরিবা লাইরিক ) মৈ থাদোকখ্রে হায়রবনিনা হৌজিক লৈরিবা মৈতৈ লাইরিক পুয়ানি হায়রিবশিং মাগী মতুংদা অমদি লিরবদা মাগী হাক্তক্তা হৌবা ঙাক্তা ওহৌবা তারবনি। অতুনা পুরাণনচিংবা লাইরিক্তগী পুরগা মৈতৈগী অরিবা লোন্দা হৌবস্থ নত্রগা ই হায়বদস্থ লানুনবা মরম য়াম্না য়াংলি। অতুনা মাসিমস্থ হিন্দুগী পুরাণদগীনি হায়বদা কাইদে।

নিংথৌ থুবম ফংলবা পাখংবা য়ায়েনশংদা লাইমুপা মুপিশিংগা লোইননা লৈখ্রে। য়ায়েনশং ফম্বদা শেৎপা পাখংবগী হিজোল উৎপা অয়েকপা ফীবম অসি উরগা অহানবা মক্তদা য়াখলদা লাকপদি থক্তা খাগা চানদবা মওংনি। মথাদি ফি শেংত্রিবগুম্বনি। অসিগা পাম্নবদা কোক্তী লৈতেং অসিদি থাক য়াম্না য়াংলবা মশক্নি। মণিপুরদা নিংথৌগী মমিংনা হেক লোমদ্রিবা ফাওবা শিজিন্নরকলিবা লোল্লৈনি। লোল্লৈ য়েৎপা হায়দে, লোল্লৈচিনবা হায়নৈ। অতুনা মাসি কোকয়েৎনি হায়না লৌরমদবা তাই। য়েংবদস্থ অয়েৎপা মান্দে অশাবা মাল্লি ঐখোয়না পৌরাণিক যুগকীনি হায়না উৎপশিংদা অসিগুম্বা মওংগী লুহুপ তোয়না উই। ঐখোয়গীদি কোক্লা চাওখৎপদা মখান। য়াওহৌদবা ফনা থরায় শোকপা য়ানি। চিম্নবা শারিবা হায়গদ্রা য়েংলিবা হায়গদ্রা ফি অসি কাবক কাবক্কী চবৌ চবৌবা ফি নত্তে। থেংলিবা খুংখৎলক্লিবা অসিস্থ উনা য়ানা

নত্তে। মচাক পুথোক্পদসু, পোৎশক তা-নবা শেম্বদসু ৱাখল অমসুং খুৎ থাম্ম। চংবা থবক্কি। মাসিগী লাম্বানি হায়দুনা ফি শেৎপন্না শেৎতবরা খঙদনা থম্বা, মপা য়াম্মা চাম্নমপ্রে। ফি কারন য়েৎসঙু অম্মুম্না চৎনরমবা মফম পীক থন্না লৈ। ফি শেৎলি হায়বা ফাওবা খংদবা মওং অসিনি মাম্প্রিবা। খাংলি লাইথন করম্না শেৎপগে মথাদা মৈনরিবা লাইরিক অসিনা তাক্লকখিনি। মফম অসিদা মতেক অমত্তং লৌথংনিংবদি—কুপ্পাদি মীয়োলনি, লাইথন হাযগদবনি হায়রি। বৈদিক পৌরামিক যুগকী অয়েকপা লাইশিংদা কুপ্পা শিজিন্নবা ঐথোয় উনরবনি। পাক্লা মচেৎ অমা থাদবনু কুপ্পা কৌদে শেৎলিবা ফিগী তঙ্খায় যৌমিংচিৎ ওইনা মথক থ.বা নাকল অতু পুনশিল্লগা পুক্তা য়েপশিন্দুনা মথা থংবা নাকলনা লৈপাক শোক্লিং শোকমাং থাদবা অতু কুপ্পানি। অতুগুম্বা ফিজোল অতুদা লেৎষ্লেগুম্বনা লৈতেংই। ঐখোয়গী কুপ্পা লাইথনদি মশক ফাওবা উদে। ফিমশেৎকী মমিং পংলৈ লৈজসঙু অতুগী ৱা নত্তে। মপা চাবা চাবা শেৎযম থোক্কই অমসুং শেৎলমগনি হায়বনি। অশিবা তোলোক্ক যেৎপা ফিজেৎ অসিনি পাখংবগীনি হায়বিবা অসিমু, ক্তোক্তা থেন্নবনি। মতম অমতদা কোক্কী লৈতেং অনি ওরে। কাবক কাবকপা অমত্তা নত্তে, মশক নাইনা ফজরবা উাক্কুনি। অনিমক হৌজিকফাওবা চৎনরি হোংদ্রি। অতুগা অনি অসিগা কোন্নবনি হায়রিবা ফিজোল অত্তেদি জঙ্গলদা, উখুল অহোবদা, চীংগী অহোবদ। লৈরিত্তৈং লৌউদুনা থোং থাক্কুনা চাবা হৈহিত্রিত্তৈগী মশুং অতুদা থম্মীরে। পাখংথনা ফম্লিবা মফম অসিমকসু নাপী নরক্কনি নাপীসু অশাংবা নাপীনি। ৱায়েনশংদা নত্রগা খরতসু চাওখংপা মফমদা ফম্মাল্লবসু মতৌ খরা মানবা হেনগনি। অশিবন, লেপ্লিবা ফীরেপমকসু জঙ্গলনচিংবগী ৱা হায়খিবা মতম অহুম্মী মীগী ফীরেপনি হায়নিংই।

অশিবা মালেম কোম্বা থুংলুরক্তুনা হলক্লে। কোঞ্জিন্না নিংথৌ ওইহনা লৈরম্বা উবদা মাবু হাল্লম্বা "মপা ওংবা গুরু মমা ওংবা লৈশিংরেল লৈপুনবী" অনিগী অচান অরায় নাইবগী মতৌ থংলহনা শাওরে অমসুং তেংবান্বা য়াংহল্লগে খল্লে। পৃথিবী (তাইব-পান থাম্বদে) মথক মথা ওল্লগে তৌরক্লবদা পাখংবগী মনাক্তগী লাই মুপা মুপী ময়াম অড়ু থোরক্তুনা লাম্বা চাদে শাওগনু, গুরুগী য়াথং লৈপাক তাহনগনু থেম্লে। মতাং অসিদা থুপ্তুনা লৈরুবা গুরু থোরকলে। অশিববু মানা চুম্মী শাওগনু হায়রগা মাগী পোৎশক তম্লক্লে। লৈপুনবীবু নংনা য়াথং শরা থেনখিবদগী অসি যৌখিবনি অড়ুবু নয়াথং মাংবা য়াদবনিনা লৈমরেল শিদবী মিংথোল লৌহুনা 'মুপী মমা মুপী মতু' ওইহনা মীপুম খুদিংগী যুমদা পাল্লো ওকনা হায়খি। অড়ুদগী লম্মিং তুমিং মুন্না খংবা অশিবা নহাক্কি তেংবানবা শেম্বদা অপনবা ওইদনবা সনামহি মিংথৈ লৌহুনা মীওইবা পুম্বা নংগী নখুত্তা থম্মু শিন্নরে। সনামহি লৈমবেল অনিবু মুপী মুপাগী তৌফম থোকপা তৌহুনা তেংবানবা মপুং ফাহল্লু শিন্নবে। পাথংববুনা রায়েন বিচার চুম্না তৌহুনা অড়ুগা সনামহিবুনা লৈপাক্কী য়েক্লতিংখং ঙাকথোক্তুনা মনাওবু মতেং পাংহুনা। "মীতৈ পোইরৈ অসি ইংনা মুংঙাইহনা পান্নবা তৌরো" শিন্নখি।

মপাম্মু ওইবা মাখোয়বুম্মু শেম্বা গুরুবু অশিবা কোঞ্জিন অনিমক্লা উশিন্নবগী মতৌ উংলি। মালেম শেম্বা মতমদা কোঞ্জিন্না, হন্দক্লা মীচং মীথায় নাই হায়হুনা অশিবন। পৃথিবী মথক মথা ওনগে তৌবা মথক মথা, থকসি খাসি নাইদবা উৎপনি। অড়ুগী শরুকপুদি হায়বদি পৃথিবী মথক মথা ওনবা ঙম্বা ওইরবদি এনা নিংথৌ ওইরে হায়হুনা নমহুনা ওইবদি য়াদ্রা? মাসিদা খিংবিনিংঙাই লৈতে। গুরু অহল ওইরে, পাঙ্গল হল্লে,

মরুম থুপ্প। লৈরে—পাখংবস্সু মাবু কি, খুংথোকপা ঙম্মোই, ৱায়েনশংদা ফমজত্তুনা ৱায়েনজবদনি। মমাস্সু লাল্লবীনি করিস্সু হায়বা ঙম্লরোই। মতাং অসিদা মাহাকপু থিংবিনিংঙাই কনাস্সু লৈত্তে অত্তুগা নিংথৌ ওইবস্সু মাহাক য়াম্না পাম্মিবনি ওইগে হায়তুনা অসিয়ৌনা ৱাকুরিবনি। অমরোমদা হায়রগা গুরু মরুম থুপ্পা লৈবতনি, অশিবা উন্নদ্রিবনিনা মযুম তিংকাংকোক তমখিদ্রি অত্তুনা মাহাকস্সু পৃথিবীদা লৈরি, মাহাক য়াওবা পৃথিবী অশিবনা মথক মথা ওনবা ঙমফম থোকপ্রা? অহল ওইরত্তুনা লাইগী শক্তি গুরুদা ৱাংলকপা ওইত্তুনা ইলায় লায়না অশিবনা মথক মথা ওনগে তৌবা ওইবা তারে। অৱাবনি, লাই অহনগী অবস্থা! অহল ওইরবদি লাই অচৌবা ফাওবা মথাগী লাইমচানা উশিংপিদে। অত্তুগা ঐখোয়দদি ৱারি নুংঙাইনবা ভীম কলহনবা মাল্লি। মতাং অসিদা মতেক অমতংগা নপনিংই। তত্তুক ৱানা ফি শেত্তবমথৈ শেমখিবা 'মালেম' 'তাইবংপান' 'পৃথিবী' পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক, মালেম মচা, তাইবংপান অপিকপা পৃথিবী চাউদবা শোয়দনা ওইরে। ঐখোয়গী পৃথিবী অপিকপা মচা অসি শেম্বদি পংলু লুররোই। মরমদি পৃথিবী অচৌবা শেম্বদগী খুংলোইগদবা মথৈ লৌশিল্লগা, মান্ন মান্নবা শেমজিল্লগা হরিচক হয়াচক্রী ৱা পল্লগা শেম্বা য়ারবনিনা পংৱা ৱাররোই নিংই। অসিগী মতুংদগীদি গুরু অরোইবা ওইনা থুপখ্রে। গুরুগী শক্তমবু চিংনা চিংনা যে হৌই হায়বদগী 'চেংলৌ শক্তম' থোকখিবনি হায়রি। অসিমস্সু মতা চাই, ৱাতা চাবা ৱাহৈ হাপ্লগা হায়জিনবনি। গুরুনা থুপ্লুরগা অমুক থোক্লকপা অত্তুস্সু ফনা নুংঙাইবা, নুংশিবা মওংনি মাত্তুগী ৱাহৈ অমতা শেম্মি হায়দে। মতা চাবা চাবা হায়জিনবা ইতিহাস ওনবা য়াররোই। 'চেংলৌ—শক' হায়নৈ—'শক্তম' হায়বা ৱাহৈ শিজিন্নখংলকপা ঙৱাংতগী ৱানি। 'চেংলৌগা 'শক্তম'গা পুন্না

শিজিন্নবা চগেমপোম্বনি হায়বা তাই। শেন্ম শেন্মগা য়েংমানবী তারে।

হন্দক গুরু শিদবগী থুপ্লমদাহৈগী থৌওং-থৌশিল খনবদা কোক ঙাওবা মতাং অমা য়াওরি। গ্রন্থকারনদি মাসিগী মরমদা সে মাই অমতা হায়রমদ্রে। গুরুদি হন্নুখ্রে অদুনা থুপখ্রে। মাহাক্না শাৎমিন্নরকপা লৈপুনবীদি হন্নুদবা তাই। হন্নুংবদি হন্নুই হায়রমগনি। হন্নুদে হায়বগী প্রমাণদি গুরুনা সনামহি থেংজিনবগুম মাহাক্নীদমক হুংঙাইহৌনবা খনব্রিবগুম ভৌদুনা সনামহিগী "হুপী মমা হুপী মতু" ওইনা থম্বিরংলে। মাখোয় অনি 'হুপী হুপা' ওইদুনা লৈমিন্নগদৌরিবনি। গুরুনা অশুম্না শিল্লংনিবা করিগীনো? সনামহি লৈপুনবীগী মপুকমক্তদগী তাবা মচা নত্তে, গুরুনা মচা ওইজৌ হায়দুনা পীবনি অদুনা য়াই হায়বগী ভাবলা? মমা ওইথ্রবী য়োকচবী মমাসু মমাগী মশকমক্লি। নত্রগা করম্বা মনুংগী অর্থ অমা লৈবননো-সনামহি লৈমরেল করি কন্নিনো, করিগী অশুম্না লৈরম্মিবনো অসিনচিংবা গ্রন্থকারনা শেংদোকপিরমকম থোকপনি। সনামহিনা মমা লৌরে, লাইনা শিল্লম্বনি হেক্তা পেল্লু হায়বা অঙকপা নওংনি। পুয়া লিশিং অমগী য়া ওইদুনসু, খুৎসেম হারিসু ওইসম্ন খন্থরুরগা কনানসু পেনবা ঙম্মোই। ওইবসু য়াবা নত্তে —ওইরোই। লাইনা—অচৌবা লাইনা শিল্লম্বা ওইরবসু ঐখোয়দি য়াবা ঙম্মোই, অওইবনি লৌবা ঙম্মোই। ঐখোয়সু য়াওশিল্লুরবনি, ঐখোয়গী শরুক খরদংদি মতাং চানা শেংদোকপা লাক্লগনি। অসোমদা চথাদ্রিবৈগী মমাংদা হৌজিক ফাওনদা পুয়াগী ওইনা ঐখোয়না নৈনরকইবনি পুনশিল্লগা ঐখোয়গী হায়নিংঙাই করিনো লেপখিসি।

ঐখোয়না হৌজিক ফাওবদা গ্রন্থকারগী পুয়াগী মরোলনি হায়বশিং নৈনরকইবা অসিদগী হংবা য়াবা রাহংদি মৈতৈ পুরাণগী

বা অসিদি ইলৌ লৌদবা তারববা? ঐখোয়না মথক্তা নৈনথ্রিবা মওং উরগদি ব্রাহং অসি মশানা লাকচরবনি। পুরাণগী বা পূংলৌ লৌবেংই হায়ব নত্তে—লৌদবসু য়াবা নত্তে। ঐখোয়না পুরাণগী বা উবদা পাবদা থেংনবা তত্নক্কী মমল হেক্তা পীগদবা নত্তে। মীচং মীথায় নাইদন, ঐগী মীগী খন্দনা অকনবা চাংয়েং পীর পীবগা তোয়না চামথোক্তুনা, খনগত্তুনা ওইবা য়াবা পুম্বা বিজ্ঞানগী পাঙ্গলনা প্রমাণ থিগৎলগা, চাংদম্নবগা থোবকপা অতুনা ইতিহাসকী মচাক ওইগদবনি, ধর্ম্মগীসু, সমাজগীসু অচুম্বা অশেংবা ফংগদবনি। ঐখোয়ন হৌজিক নৈনবিবা লাইরিক ইতিহাসনি। কবিগী ইতিহাসনো? মৈতৈগী ফিজেৎ লৈতেংগী ইতিহাসনি। মরম অসিগী গোৎশকশিং মথোং শেংনা থিদোক্তনা, ইতিহাসকী মচাক পীহনা, লাইদা হনশিন্দনা ফিজেৎ লৈতেংগী কান্নবা ইতিহাস পীববদি ঐখোয়গী কান্নবা ওইগদবনি। নৈপাক্কী থাদোকপা পান্দ্রবা লাইবিক ওইগদবনি। হিরম অসেংমদা লাইরিক অশিনা ঐখোয়না কান্নবা কয়া য়াম্না লৌবকগে হায়বা মখাদা মথং মথং পুরক চন থেনবকখিনি। হৌজিক মাংবদা ঐখোয়না হেংনবিবশিং হাওদ্রবসু য়াবনা অনাম্বনি। মুঙ্গা রাশিগুম্বা অমনা অমন বকপা মওং ময়াম ঐখোয় থেংনত্রে। গ্রন্থকারনা মানা পামজবা, মাবসু পামহঙ্গনি বা ধর্ম্মগী বা—চোইরোল মথোং পানবা মানবা, ওইবা য়াদবা ওইসু ওইরোইদবা পুম্বা রাখলগী অচুম্বা লোজগী (logic কী), মীওইবনা থেংনবদা মশানা চেখোকচরবপা অচুম্বা (Common sense) গী রাংমদা হায়র্জিন্দুনা ঐখোয়গী সমাজবু ইতিহাসপু ধর্ম্মবু অডাওবা মালহনবা, অডাংনা শান্নবা তাহনবা ওইবা অকক্লবদি থিংহৌদবা, ডাকহৌদবা য়াদে। অদগীদমক অবানবনি খুমনা ময়াম, ওইবা য়াদবা, মথক মথা চন্নাবা উৎপনি। মসি মওং অনিদা হৌদবা হয়া য়াদ্রবনি।

থাজগনবা, থাজবদা হৈবা গ্রন্থকার ওইরবস্থু ঐখোয়গীদি জাতিগী ইতিহাসকী, লৈপাক্কী অচুম্বা ভাকপা য়াবা থুংলাইনি থনবা পায়দবা য়াদে।

মুন্না য়েংসি। পুক্লিং ভাঙাক্তুং চংনা পাসি থেংনগনি—মৈতৈ পুরাণনা, পীরিবা ৱারি মণিপুরদা মপান্দগী খুন্দারবগী ৱানি। অরাকপনা পুরকপা ধর্ম্মরা লৈরম্বনু শেমগৎপরা—হিন্দু পুরাণগী শাস্ত্রগী মশকশিংগী মওং পীরদুনা ইতিহাসকী মচাক মুন্না থিবা মীদা পীনবা লৈ। খুন্দাবা লাকপা মতম অসিদা মণিপুরদা ওইরম্বা ফীবম মৈতৈ পুরাণনা তাক্লি। লৈরম্বা কাংবুনা চীংতদা নম্মা লৈরম্বা ওইদুনা হাওরৈ খানা চাউবা মণিপুর তম্পাক্কী কুথবা মখারোমদা অকুৎ অকুৎপদা ঈশিংনা ইলং ইলং লংনা লৈবা, নাকল অতৈদস্থু ঈশিং মরক মরক্তা উবা অদুনা ঈশিং মনাক্তা লৈবা হৈতবা, হৈনদবা, চীংদা তাবনা হৈনজবা, মুংভাইজবা কাংবুনা তম্ব পাম্লমদে। অদুদি ইতামক তারমদ্রবা হায়বদি নত্তে—অকংবা লৈপুং থিবগী ৱা ঐখোয়না থেংনখ্রিবসিনি। মওং অমা নাইনা লৈগে নিংনা তারম্বা নত্তে হায়বনি। অতোংবা ঈশিং চাউরবস্থু থুমদবা, ঈশিংদি ৱাৎতবা—তুরেল মপান্দা মতা চাবা থিবদগী কংলৈপুংগী ৱা থোকখিবনি। কংলৈপুং শেম্বগী ৱা মথক্তা থেংনখ্রে, মখাদস্থু ঐখোয়না নৈনরকখিনি। অসিগুম্বা মওং অসিদা মপান্দগী খুন্দাবা লাকপনি। তমদা মী তাদ তাদবা মফমশিং অমস্থুং নিংথিনা তাদ্রিবা মফমশিং শেমগৎ শাগত্তুনা লৈবা য়ানবা হোৎনবা অরায়বা থবক নত্তে লাইগুম্বগী মপাঙ্গল, মথৌনা মরিংজেল হৈশিংবা চংই। অদুম্না হোৎনবা অদুবু শাস্ত্রগী পুরাণগী লৈশেম মুংশেম্বগী ৱা নিংশিংলক্তুনা পানশিনবা মরোলমি। অরাকপা কাংবু তমদা লৈথি হায়বগী প্রমাণ ইলায় লায়না লৈ। পোক্তরৈতোনবু মৈতৈ

লাইরিক্কা 'নয়ুরা চীংখোং পোইরৈতোন' হায়না থাই। অতুনা মাহাক অমসুং মাহাকতৌনা খুন্দাবা লাকখিবা কাংবুনা চীংখোংদা হায়বদি তমদা লেংদনা লৈবগী মওং ওইনা তাবা হৌখি। চীংদনা খোংজাইনা ইকোন কোনবা লাকপনি। মাখোয় ব্রহ্মদেশ ( বর্ম্মা ) লোমগী মীনি। হৌজিকসু মণিপুরগী মীনি হায়রবা মনুংদা লৈবা খোংজাইশিংদি বর্ম্মাগা হোংদোক হোংজিন ইতৌ তৌনরি। মাখোয় মশানা হৌজিকসু কোইচৎ চৎপা পাম্বা কাংবুনি—মাখোয়গী খুল, চীংগী লৌ ইংখোল তত্তনা হোংই—(Shifting cultivation and Settlement) নি। মাখোয় হোংতুনা হিংবা (nomadic) মখল অমনি হায়বা য়াই। খোংজাই হায়বা মিং অসি খোং + অচোইবা = খোংচোই = খোংচাই = খোংজাই ওইরকপনি। লাইগী থুংশেম ৱারি ( mythology ) দা লেপকম ওইরগা ইতিহাস ইবা গ্রন্থকারনা লারুরিবা ইতিহাসকারনে। মশক থংদবা তাই।

ফি শেংলমদবগী ৱা মথক্তা য়ায়া নৈনগ্রে—মখাদসু অচা অচান মতাংদা লাকখিনি। মাসিনা করি খংতনবগে, খংবা য়াবগে য়েংসি। ফি শেত্তবা হায়রগা পুময়াও য়াওদববু ভাক্তা থংনদে। খরত শেংপা কাংবুবসু ফি শেত্তবা ওইন অতুম লৌই। লাইনা মফি শেত্তনা কোইচৎ চৎলমগনি খনবা ফাওবা য়াবা ৱা নত্রে। মৈতৈ পুয়ানা নিংশিংতুনা মতৌ তমতুনা ইরম্মীবা পুরাণ, শাস্ত্রদা লাই মফি শেত্তনা অসুয়া কোয়চৎ চৎপগী অমসুং থবক শুবগী ৱা য়াগদে। য়াওবসু হৌনদে। মপান্দগী লাকপা কাংবু তমদগী লাকপনি। অতুনা মাখোয়না অহানবা থিবা মফম নিংথিনা য়ুম তাতুনা লায়না হিংবা য়াবা তমনি। কুম্বাবগী অহানবা শরুক খরা ইতিহাস ওইনা পুম্নমক থাজবা য়াদবগী ৱা মথক্তা নৈনগ্রে। ক্যাম্বগী মথকী নিংথৌ খরদং হাপচিনবদি মওং চারোইদৌরতুনা

থরা য়াম্না হাপ্‌কৎপা লাক্লবদা ৱারি ওই করি ওই লৈবা, লাই ওই তিন ওই তৌবা হাপচিনবা, হাপফম খংদ্রবা মফমদনা চহি কুইনা কুইনা পালহনবা, পানজরম্বা, নিংথৌ কয়াস্নু হাপফম খংদহুনা কাউনথ্রহুনা হাপ্পবা অসুম তৌবা মতাং অদুদস্নু ইতিহাসকী মচাক্তি য়াওদবা নত্তে। নিংথৌ অমগী হাত্তক্তা হৌদোক্লম্বী হায়না চিন্থাংদা চথরকলিবা ৱা অদুস্নু হাপচিনবা ; লাইগা মীগা তিন্নরম্বী হায়বা ৱারিবুস্নু ঙরাং নাহান্দা থোকখিবা অওইবগুম হাপচিনবা অসিগুম্বা পূন্নমক অসিদগী ওইফম থোকপা অওইবা পূন্নমক লৌথংকদবনি। ক্যাম্বদগীদি থাজদনিংঙাই লৈত্রে। কুম্বাক্না নিংথৌজাদগী ওইবনিনা অতৈ শলাইগী নিংথৌশিংগী ৱা ১চ হনা, ভাব তানা থংনিংঙাই লৈত্রে। মপান্দগী খুন্দাবা লাকপা কাংবুনা মণিপুরদা ফি নিংথিনা শেম্রিবা কাংবুস্নু য়াওনা লৈরম্বশিংগা লৈশেম্মিন্নৈ হায়বগী ৱারিনি।

পাখংবা থাঙ্গৈশেংবমক ঈ-তোংগী মশক পানবা ওইনা লৈরম্মী হায়বসিমক য়াম্না খন্নবা য়াবা ৱাফমনি। মাসিগী মরম মতাংচানা নৈনরকখিগনি। মাহাক্কী হাক্তক্কী ৱা কুম্বাবদগী ঐখোয়না খংবা ঙম্বদি মণিপুবদা মপান্দগী খুন্দাবা লাকপা শোয়দবনি। অসুম্না লাকপা কাংবুশিংগী মরক্তা মশক নাইনা খংনরিবা পোইরৈতোন অমস্তুং মাগী কাংবুবুনি। মাগী অশেংবা মমিং শিজিন্নখিদহুনা শোইথরকপা মমিং শিজিন্নখ্রে। অৱাকপগা লৈরম্বগা চারোন মৌরোন্নখিবা চিন্থাং ৱারি ওইনা লৈনরকপা কুম্বাবদা মশক নাইনা পানখিবনি। পাখংবা কৌবা অমনা লাইস্না কৌবীবু অওইবা ওইনা লৌখি হায়বসিমদি অরেপ্পমক্কি হায়না লৌবা থরা লুনা থোকই। অস্নুম্না মাখোয়না কুইনা শিজিন্নরক্লবা ফনেক্তা খোই লোনবা, কাং শান্নবা হৌদোকপা অসিনচিংবা অচুম্বনি নিংথৌ

অতুনা পানবা অমস্তুং মতম চুমত্রা চুমদবরা হাযবা লুই। লোইশুম্বগী মতমদা লাই মাংখ্রে মীনা শিলহৌরে পানখৎলম্ব। অসিদগী ঐখোয়মনা খংবা ওম্বদি অরাকপগী শাজং থোওংনা লৈরম্ববু ল'ক-শিনখ্রে অমস্তু মাখোয়না চুম ওইখ্রে তাকই। মতম অছুদি চুমগনি নিংদে। কুম্বাযম্মী লোলতদা হায়ববস্তু ইতিহাসকী অতু য়োনা থেংনাবা মতম অতুদা লাইগা মীগা লৈমিন্নবগী মং মংবা লেনখ্লে। অসিগুম্বা ওইথোক্তবা অতুবুদি খাইদোকপা তাই। অরাকপগী নুপীবু লৈরম্বগী নুপানা লৌবনি। অরাকপা নুপান লৈবম্বা নুপী লৌবা নত্তে বুম্বাবদা লৈখোয়না থেংনরিবা অতুনা চ বোন মৌরোন-নরকপা মতম অতুরাইদদি লৈরম্বা কাংবু যাম্না তাথনা পাল্লম্ব। ওংবা য়াদ্রে। য়ুম পান্দবা য়াদবগী লৈরম্বা নুপী লৌবা ওইরবদি গতি লৈতদুনা তৌবনি হাযসি হায়ববু লৈবস্বদা নুপী থাজরবনি। মফি শেব্রবদদি থাজরোই।

**গুরু শিদবা, সনামহি, লৈমরেন পাখংবা কৰি করিনো কনা কনানো, মতাং অসিদা অমুক্তং নৈনদুনা য়েংসি।—**

গুরু শিদব-শিবা লৈতবা গুরু ( the immortal Guru or preceptor ) মাহাক অসি খুন্দারবা কাংবুনা পুবকপা ধর্ম্মগী অথোইবা লাইনি। মতম কুংগ্রবা, লম অসিগী মীগা লোলগা পুমনমক তোংনগ্রবা মতম অসিদস্তু গুরু হায়বা লোল অসিমদি কাউদনা, লোল তৈদনা লৈহৌবি। অস্তুম্না 'হবি', 'হর' ( হি যা হরগী শোইথরকপা ), ওঁ (ং অঙ্গি ও না শোইথবকপা ) শিং অসিস্তু মশক খংনা লৈরি। গুরু শিদববু মৈতৈনা অথোইবা লাই ( পরম ঈশ্বর—Supreme Being ) নি হায়না লাংলম্মী।

মাহাকপু অতিয়া গুরু শিদবা হায়নস্সু থংনৈ। পুমশুপ গুপচিল্লগা গুরুত্তা হায়নস্সু থংনৈ। মাহাক অসিবু মৈতৈনা কয়ামুক চাউনা, লুনা লৌবগে হায়ববু থৌ তৌবা ঈরাংচবানদা 'গুরুগী য়াথংনি হল্লোহৈ, চংলোহৈ, তুম্মোহৈ' নচিংবা হৌজিকস্সু শিজিন্নরি। মী থংদে লাইতিন থংদে মাহাক্না হায়বদা য়াদবা ঙম্বা কনাস্সু লৈতে খন্নরম্মী। লাইতদা শিজিন্নরম্বা 'গুরু' মতুংদদি লাই নত্তবা মীথোই মীহেন্না হৈ-শিংবশিংদস্সু মথংদা শিজিন্নবা হৌখি—লুরাং গুরু, খুমন গুরু, মঙাং গুরু, খাগেম্বগী রাজ সভাগী গুরু তরেৎ অসিনচিংবা। মাসিনা অময়ুক তাকপনা গুরুনা হরিনা, হয়ানা ( হয়না ), অঙ্গিনা ( ওঁ না ) শিজিন্নরকপা মতম অতুদগী মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম লৈরে অমস্তুং মৈতৈনা হিন্দু ওইরক্লে তাকই। মরম অসিদগী হায়রদি হিন্দু ওইরবদগী পোং নিংথৌনা পামগনি খংতুনা ক্যাম্বা নিংথৌদা বিষ্ণুচক্র পীবনি অমস্তুং মশক খংতুনা পাম্লা লৌতুনা ফুরা চেক্কী লাইশং শাতুনা লাংখিবনি। হিন্দু ওইনিংতুনা হায়জিনবগী য়াফম কয়িস্সু লৈতে। সাক্ষি প্রমাণনা তাক্জবনি। মণিপুরগুম্বা মফমদা আৎ মশক খংদনা তিন্নখিবদা চিংনফম লৈতে। নোংপোক্না নোংচুপ্না মণিপুর ফাওতুনা লল্লোন ইতিকী লম্বী খুঃ মমাংদগী ওইরম্মে হায়বা মৈতৈনা হায়জবা নত্তে। মপানগী মীয়ৈবাক্কী অহৈ অশিং পূম্নমক্না য়ানরিবনি। মণিপুর উরবদা, মরা তারবদা লৈনিংঙোইদবা লাইঙোইদবা মী তাঙ্গনি : ফজবদা, নুংঙাইবদা, মরনাই থাকচবদা মণিপুরদগী হেনবা ভারত্তা অতাংবনি। মশানা অত্তুম পামজবনি হৌজিকস্সু য়েংসি, অমুকপু, লাকথ্রবদি সরকারগী মীস্সু, লল্লোন ইতিকপগী মীস্সু কাকফৈনা নপুনা খাংবগুম খাংলিবসিনি। লৈহল্লিংদবগী য়াথল লৈতবা মতম অতুদা মণিপুরগী মী ওইবা লাকপা শিংনা কয়িগী লৈরম্মোই।

অঙ্গিবু খুরুম্মৈ। ময়েক তঙ্কা মতমদা খোর্বাক্তা (কোর্বাকসু হায়মৈ) অঙ্গি ময়েকল্লগা লাইবক্কা নমত্তুনা খুরুম্মী। অঙ্গিগী ময়ি অমদা তরেৎকী অকোনরা মানবা বিন্দু অচৌবা লৈবগী নাকল য়েৎ ওয়দা বিন্দু মচা মচা নহ্বা অমসু লৈ। ওংগী মশক অঙ্গিনা অতিয়াদা লৈবা গুরুশিদবগী খুদমনি। অতিয়াগী অরাংবা থরাম্মিচাকী মরক্তা গুরুগী লেংত্রবা মফমনি। অঙ্গিগী বিন্দু অচৌবগী মনাক য়েৎ ওইগী বিন্দুমচাশিংনা থরাম্মিচাক মরক্তনি তাকই গুরুশিদবা অতিয়াদা পোলারিস (Polaris, Polestar) ধ্রুব তারা লেংবা লৈত্রবা, শিবা নাইদবা ধ্রুবতারানা খুদমনি। থরাম্মিচাক অসিগী নাকল অহুমদা নক্না থরাম্মিচাক অহুম উই মাখোয়বু গুরুগী ফাংখোং অহুমনি খংনৈ। মাখোয় অসিনা অমুক বিষ্ণুগী 'ত্রেধানি পদানি' হায়বা খোংফম অহুম অহুবু খংহল্লি। লাইনিংবা জাৎ মৈতৈনা মাখোয়না নিংজরিবা বিষ্ণু গুরুশিদবগী খুদম অসিবু য়ুম খুদিংদা খুবম লিংহুনা থম্মী। ঐখোয়গী য়ুম খুদিংগী ফুঙ্গাদা য়োৎশগী মখোং অহুম পানবা থারগা ময়াম্বদা মৈ হৌবা অতিয়াদা শিংনা উবা অহুগী খুদম লিংখৎপনি। ফুঙ্গাদা চেং থোইদিং কত্তুনা ঈরাং পূজা তৌবা ঐখোয়না তোঝনা থেংনৈ। ফুঙ্গা লাইরুদা কম্বা তৌহৈদে, ফংশিং থাইবা যাদে, তৌহৈদে হায়বগী অর্থ লৈ। লাই লাৎপদা লাইগী মাইওল মমাং নত্রগা মখা ওইগনি। লাইরুনা লাইগী আসন মফমনি।

সনামহি—ইহান হানবদা সনামহি অর্থ তৌতুনা অমুক্তং য়েংখিসি—সনামহি = সনাগীমহি, মহি চেনবা সনা, সনা মহৈ (মহি—চহৈ = চহি লাকপগুম) = সনাগী মহৈ। অসিগুম্বা লাই অসি কুরিনো খিদোকসি। মৈতৈগী লাই মরক্তা সনামহি য়াম্না মরু ওইবা লাইনি। শাগৈ জাৎ নাইদে হিন্দুগী মসুংদদি চিথবা

লৈতনা ব্রাহ্মণ ফাওবা সনামহি খুরুম্মী লাংলি। মন্দিরগী বিগ্রহশুম মাহাকস্‌ ব্রাহ্মণনা সেবা চংপা লাইনি। য়ুমগী খা নোংচুপ কাচিন্দা মাহাক্কী খুবম য়ুম খুদিংমক্কীনি। ৱাগী শগাইমচা অমদা থম্মী। অচা অথক লৈস্‌ চহিগী অহৌবদা কংলি। চহিগী অহৌবা থা অসিদা নোংমা তল কংলি। অনাবা ফনবগীদমক মাহাকপু খুরুম্মী। অসুম্না য়ুম খুদিংমক্কী লাই ওইরিবা লাই অসি কনা ওইবা য়াবগে য়েংসি।

মথং থরসু য়েংখিসি—মাহাক লুবাক অমদা শেঞ্জেং মচেং অমনা মহুৎ শিন্দুনা ৱাগী শগাই অদুগী মথক্তা থম্মী। শগাই অসিদগী তাহনবা য়াদে। মাহাকপু লৈরক শাথৌবা খোংবান লালহৌবা কৌই। পুম্নমক অসি অমমম থাইদোক্লুনা খল্লুরবদি ঋগ্বেদনা সবিতা কৌবা নুমিৎ ওইগনি। সনামহিগী মগুণ ময়াম অসি নুমিৎকী ওাক্তনি। অতিয়াগী অরংবসি থায়নদি লাই ওইনা লাৎনরম্বা ওাক্লি। লাই অনি অসি অমত্তনি হায়বা চাংদম্নরগা খংগনি। চাংদম্নবা নত্তুনা বিজ্ঞানগী ৱা ওইনা লাকপা য়াদে। ঋগ্বেদগী—সবিতাবু সনাগী মখুৎ পানবা কৌই। প্রো: মেক্সমুল্লারনা নুমিৎনা থোরকপদা মাহাক্কী মঙাল্লা উগী মশা মরক্তা লিংশিল্লকপা অদুবু বেদনা নুমিৎকী সনাগী মখুৎ হায়বনি হায়রম্মী। অদুনা সনামহিগা সবিতাগা মশক অসিমা মান্নরে। ওাহোং চাকহোংনবা সনামহি খুরুম্মী নুমিৎসু মরু মরাং অহৌবা পোং পুম্নমক ফনবগী পাম্বৈনি। নুমিৎপু 'থবি শেংগোইরেং অপানবা' হায়না মৈতৈনা তেংথাই মরমদি মাহাক অতিয়াদা থোকপা অরংবা অকোয়বা শেন মপাক্লি হায়বগীনি। সনামহিসু শেনমচেং অকোয়বা অমনা মহুৎ শিন্দুনা লুবাক্তা হাপ্পী। চহি খুদিংগী তল কংপনা তল চাবা লমদা লাৎপদগী লাকপনি তাকই। অনাবা ফনবা

সনামহি—খুরুম্মী অনাবা ফরগা লাইথৌবদা হুমিং খুকম্মী। মাহাকপু লৈরক শাথৌবা খোংবান লানতৌবা কৌই মাসিনা মাহাকপু শগোল তোংবা লাইনি তাকই—বেদগী সবিতাসু শগোলনচিংবা দোলাইনা অতিয়াদা চৎলি। হুমিং কাম্বা (মৈতৈ লাইবিক অমা) দা হুমিং শগোল তোংই হায়। মৈতৈগী লাইমনক্র শগোল তোংবা লাই সনামহি মতোমতনি। খোংবাক্তা লালতৌবা হায়বদি হুমিংনা মাহাক্কী অশাবা মঙান্না খোংবান লুক্লাংগী ঈশিং ফাওবা চিংথংপা অমস্রুং কংহনববুনি। মাহাক্কী শগাংগী মচক ডাহা য়াদে, মাসি থোকপাবু সনামহি লৈতাবা কৌই য়াম্না লুবা অমা গুইনা ঈরাৎ পূজা অকনবা তৌই। মরমদি হুমিংনা পৃথিবীগী মথক্তা তাবা থোকপা য়াগনি কনাসু থনবা ঙম্লদে অমস্রুং মাহাক্না তারক্লগা কবি থোক্কদগে হংদে, অতুনা তাবা য়াদবা তৌহৈদবা মশক্নি। অতুনা সনামহি লৈতাবা অসুক লুনা খন্নবন্বনি। হুমিংনা অশিথোংদা চৎখিবা মাহকৈ থা নোংচুপ কাচিন্দা সনামহিগী মফম ওই। হুমিংনা নোংপোক্কী নোংচুপ্তা চাং। হায়বদি নোংপোক্কী পোতুনা লাক্লগা নোংচুপ্তা তাহনা শি—হায়নগী পণ্ডিতশিংন নোংপোক্তা পুন্সিনি নোংচুপ্তা অশিবগী চংফম্নি থল্লি হায়না প্রোঃ মেক্রমুল্লাবনা হায়বম্মী। তাখিবা হুমিং য়মনি—অশিবগী নিংথৌসু মাহাক্নি। অতনা থা নোংচুপকী চুথেক যমগী লৈফম্ন অতুগীদমক হুমিং সনামহিবু থম্মী। মন্দিরদা হুমিং খুদিংগী সেবা চংপা বিগ্রহগুম সনামহি ব্রাহ্মণনা সেবা চৎলি। মণিপুরগী উমং লাইখাম অসিগুম্বা মওংগী লাই সনামহি নত্তে। সনামহিগী লাইশংদা বিষ্ণু থনম্বগী রা কুম্বাবদা ১৭৭৩ শকাব্দগী পানথৎপদা যাওবি। প্রমাণ পূম্নমক অসিনা তাকপদি সনামহি হুমিং নত্তনা অতৈ করিগুম্বা লাই অমত্তা ওইনিংঙাই লৈতে। অমুক্কসু ঐখোয়না মৈতৈ পুয়াগী রাদগী থংগ্রে সনামহিনা

শেমগৎ শাগৎপা লাইনি, পাখংবনা মাংহনবা লাইনি। মুমিৎ হিংলবা মশক্তি মাহাক মাওয়ুবদা তাইবংপান লৈবা যারেরোই। পান্থবগীদি মখ্যাদা লাকখিদ্রি। গ্রন্থকারগী সনাম্মহিগা থানচুনা লেংসি। মাহাক্না মেকপা অহুদি ঐখোয়গী সমাজবু, ইতিহাসপু, ধর্মবু হাত্তোকপা নত্তনা করিস্ম ওইগনি নিংদে। কৈ, মাহাকস্ম মাহাক্না পাম্বা ধর্ম চাওখৎনবা হোৎনজসম্ম মাসিদা কনানস্ম খুৎ থিংজিন্নিংঙাই লৈতে। অচুম্বা ওইদবনা, ওইবা য়াদবনা অওইবা শাবা য়াওরবদি মাম্ম থিংবা তাই।

লৈমরেল—ইমা লৈমরেলশিদবী—তাইবংপানগী মমা লাক্তি অথোইবী শিবনাইদবী হায়না মিংথোল্লি। কাজাউয়াবী—কা অচৌবদা লৈবীম্ম হায়নৈ। ইমোইসনাতুংচম্ম—ঈশিং ওইবী সনাগী (পোংকী) মচানুপী হায়নস্ম তেংথানৈ। লৈমরেল্লা ঐখোয়দা খুাইদগী রাইচিনবা ওইরি। গুরুনা সংসার পূন্নমক্তা পুমচৎ চংনদবা লমচৎ সনামহিদা চৎলু হায়বা হৌনদে মমালো হায়বা হৌনদে। মমা লৈমরেলবুম্ম মচাগী মতু ওইম্ম হায়বা হৌনদে। মওং অসি করিনো হায়বা মুন্না, জ্ঞান তানা থিদোক্কবা য়াদে। মোইরাং নিংথৌনা মতু মানা পীবদা খুবাক খুবা পামদবগী থাক অতু নত্রে। মাসিমদি পনবা য়াদবা, খনবা য়াদবা মওংনি। থায়না নিংথৌ পাল্লিঙৈদা অসিগুম্বা থোকলবদি য়াইথিবি ওইথিগনি। অচুনা অর্থ লৈরমখিগনি য়েংসি। মমা লৈমরেলনা মচা অনিগী মরক্তা অচাল-অরায নাইরুরে কান্নবা তৌবা সনামহিগীদি শুদ্রচুনা মাংনবা তৌবা পাখংবগী মীচং চংলুহনা অকায়বা থোরুখিবা মেনথৎনবা, মচা সনামহিগী "মুপী মমা মুপী মতু" ওইম্ম গুরুনা হায়রম্বা মীরোন্দা ওইবা য়াবা অর্থ লৈ। মযুম পাঙ্গিঙৈদা মমানা মচা মুপাগী লোবা যতন, চেকশিনবা, মুংশিবা পুন্নমক অতুগুম্না মযুম

থুংলয়ে। পাখংববু 'লোইদাম থাজ পাখংবা' খরা চখরক্লগা 'চন্দ্র থাজ পাখংবা' কৌই। মাহাকপু নিংথৌজাগী পুকোক্কি অমস্তুং মাহাক্কী শাদোংনা মচি পানবা লিলনি হায়। 'লৈনুং য়াবিরোক' না মাহাক্কী মমানিস্তু হায়—লৈমরেলগী মচানিস্তু হায়। লৈমরেলগী ৱাদি মথক্তা য়াওগ্রে। লৈনুং য়াবিরোক্কী ৱাস্তু মখাদা লাকখিনি। পুলৈরোম্বা অঙোমগী পুকোক্লা হুমিংতগী মকম (egg) অমা লৌকই—অচুদগী পাখংবা থোরকইস্তু হায়। লিলনিস্তু হায়। খবা অসি তেল্লপ থন্নরগা শাংমনগ্রে—নিংবা মতাং লোইশিনবা য়ায়ে।

মপা খংই হায়দুনা পাখংবা ওইবা য়াদবা মরমদি পুযামক্লস্তু মকমদগী থোকপনি হায়বা অমা, গুরুকগী মচা লৈমরেলনা পোকপনি হায়বা অমা অস্তুম তৌদুনা অশেংবা হায়বা য়াদবা ঐখোয়স্তু উরে। পাখংবা অতৈস্তু লৈরি হায়নবি। সনামহিদগী মাহাক্লা হেন্না শিংদুনা মপা খংবা খংদবগী ৱা অসিদি ৱারি ৱাতাইদা তারে। ৱাবি শিংগুন নত্তবদা অমুক থিসি। পা+থংবা=পাখংবগী মহুত্তা পাখং+না (ফাবা)=পাখংবনা থোইনা অর্থ চাই। মৈতৈনা অর্থ চপ মান্নবা পোং অমতবু খংহল্লবা রাহৈশিং পুন্না পুন্না শিজিন্নে। খুদমদি চেংলৌশক, য়ারৌ শা, যাইবী থরায়, শিংঙেল লৈরাং অসিনচিংবা অসি য়ান্না শিজিন্নে। অমা হায়রগা য়াবনি অচুবু পুন্না হায়মিন্নদুনা লোনবু ফজহল্লি। অমস্তুং পোংশক্কী ফীবম চেংশিল্লহল্লি। অস্তুম্না লোইদামস্তু থানি, থাজস্তু থানি—অদুনা পাখংবা থা খুদিংগী পাখং ফাবা থা ওইবা মশানা লাবে। নিংথৌজাগী পুকোক্কি হায়রিবা অসিনা মাখোয় পাণ্ডবকুম থাগী শাগৈনি হায়বদা অরানবা লৈত্রে—চন্দ্রবংশ, সূর্য্যবংশ হায়রিবসিনি। মাহাক্কী শাদোং তাওরোইনাই মচিপানবা লিলনি—ঋগ্বেদগী সোম=থা মচিপানবা লাইনি হায়না হিন্দু শাস্ত্রনা হায়।

পাখংবগী মমাঙ্গি হায়রিবা লৈথুং য়াবিরোক করিনো অমুক য়েন্সি। লৈথুং = লৈপাক মথুং হায়রিবসি মথুংগী অর্থ লৈবা য়া (allegory) নি। অনেম্বা লম মণিপুরগা থানবদা লৈথুংগুম্বা কুংথবা মফম—মীরৈবাক, মীরম, মফম অতুদা। য়াবি = য়া য়া লাউবা, রোক = (লোক) = ঈশিং পুনশিল্লগা মীগী লৈপাক্লা লৈবা ঈরাওথোল কনবা ঈশিংগী মচা অদুনা লৈমরোলগা অমত্তনি। মুমিত্তগী পুলৈরোম্বনা লৌরুবা মরুমদগী থোক্তলকপা অসিনা পুলৈরোম্বনা পাখংবদগী হাল্লে তাকই। অদুন্না পোইরৈতোনগী মচল লাইস্না পাখংবনা লৌবা অমুক য়ারোঃদৌরি। পুলৈরোম্বনা লুরাংগুরু পুন্সিবগী মচান্নুপী লৌই হায়না অদুম্না গুরু অসিদি পোইরৈতোন্দগী মরিগুবনি। অদুনা লুরাংগুরু, পুলৈরোম্বা মতম অমতগী মী ওইরে। পাখংবনা নিংথৌ ওংনা চহি ১২০ পাল্লম্মী হায়বা ঐখোয়না কন্না লৌবা য়াদ্রি। অসিগুম্বা মন্নুং মপান নাইবা লোলশিং শুগায়না নিংথিনা য়েংদনা পুয়াগী লোল মশক্তা মমল্ পীবা য়াদে। য়াফম অসি ঐখোয়না মথক্তস্থু পনগ্রে। পাখংববু লিলনিস্থু হায় অদুম্না নিংথৌস্থু পাখংবনি হায়। অদুনা লিলনা নিংথৌগী মওং তাকপনি। লিলগুম মন্থু চাউই, লিলগুম খঙহৌদনা শাউরক্তুনা করি থোক্কদপে খংদে—মাহাক্কী যাথং, য়া হুচেনবনি। লিলনা নিংথৌগী খুদম ওইবা ঐখোয়তগী নত্তে, রাজপুতনা (রাজস্থান) গী নিংথৌশিংগীদস্থু লৈ। পাখংবগী মথেক হায়বা অমস্থু লৈবা ঐখোয় অয়াম্বনা উনরবনি। মাসিস্থু ঐখোয়গীতা লৈবা নত্তে। মীগী লমদস্থু নাগ পূজা তৌবা কাংবুগী পাখংবগী মথেক অসিগুম্বা লিলগী মথেক অয়েকপা লৈ। খুৎয়েক অনি অসি শোইথরকপদগী মাল্লদবতনি। হিন্দু পুরাণগী থা ক্লপানি পাখংবস্থু মুপানি। সনামহিগী ঈ-তোংগী মশক লৈরম্মী হায়নদে। মাগী মনাওস্থু মাগুম্বা ওইকম থোকই। সনামহিনা শেমগৎ-শাগৎপগী

পাল্লন। মতমদা মতুনা তৌই। মমাদা লৈরম্বা রাখল শাজং হন্থরকই। অসি থোক্তনবা মমা অমস্তুং মতুনা লৌবা যতন মুংশিবা অসিন চিংবা পুন্না থম্মু অমস্তুং অতুম্না মচানু থাদোক্তনা লৈগিম্মৌ তাকলম্বনি শিন্নরম্বনি লৌবা নিংথিনা ম্নাই। হৌজিককমকস্তু অহল্লনন্না 'মতুমমা হায়বী নুপীত্তু অসিনি' হাযবা লোল শিজিন্নরি, ঐখোয় তাবি। সনামহিগী 'মমামতু' ওইরবদি সনামহিদগী অমুক লাপ্পা করিগী থমগনি। অরেম্বদা মফম অনি করিগী কনগনি। নরুন। থম্মনগনি। সনামহিগী লৈকম মশানা চিল্লি সনামহিকা হায়দে, সনামহি কাচিন কৌই। মাহাক্না লৈবা কাদা চাখুম ওইনৈ। উপু শারংকাস্তু থরৈ। লৈমরেলদি রাইশংনা ফুঙ্গাগী অরাংদা লৈমরেল কা কৌত্তনা কোম্না লৈ। (ঐখোয়না থারিবা অসি মৈতৈ যুমজাওগী ক'গী মতুংইন্ননি)। ঐখোয়না মথক্তা হাযথিবা ফুঙ্গা অমস্তুং ফুঙ্গালাইরু মতাং অসিদা মরি লাক্লে। গুরুনা অতিয়াদা লৈবগী মওংদা খুবম য়াব। ফুঙ্গা অমস্তুং ফুঙ্গা লাইকগী মকন্না সনামহিনা লৈবা মফমদগী লৈমরেলনা তেন্না নকপা মশানা ওইফম থোক্পা নত্রা? গুরুনা সনামহি অমস্তুং লৈমরেলগী মরক্তা লৈ। মাতাকপু লৈমরেল লাই অথোইবী নত্রগা মীয়োন্দা অমুক হায়রগা লৈমা অথোইবী=মহারাণীনি। সনামহি খুইগী অথোইবা লাই নত্তে মথক্তা 'লেল' লৈরি। লৈমা অথোইবী মাহারাণীস্তু নিংথৌতগী মতু ওইগদবনি সেনাপতিগী মন্ত্রিগী নত্রগা চুম্নগী নুপা অমগী মতু ওইরগা মহারাণী ওইবা য়াদে। অতুনা 'লেল'গী মতু 'লেল' ওইগনি।

অগরোমদা অমুক য়েংসি। লৈমরেলগী মমিং ঐখোয়না মথক্তা পনখিবশিং অতুগী মন্নুংদা হকোন কোনবা অতু করিগী কৌরিবনো থিদোকসি। অনি অতুগীদি মশানা অতুম লৈজগ্রে।

সনামহিবু শেল (শেঙ্গেং) মচেৎ অমনা মহুৎশিনবগুম লৈমরেলবু চফু অমদা ঈশিংনা মহুৎ শিল্লি। মাসিগীস্থু অর্থ লৈফম থোকই সনামহিগীস্থু লৈরম্মী। ঈশায়ফুদা হাপ্লিবা লৈমরেলগী ঈশিং কংবা য়াদে অসিমস্থু নিংশিংগদবনি। হিন্দুগী সংসার শেম্বা লোলনা পুম্নমক ঈশিংদগী থোরকপনি হায়। অতুগা সনামহি=মহি চেনবা সনা ওইবগী ৱা মথক্তা পনখ্রে। হন্দকী 'সনাতুং' সনাগী পোৎ অসিদি সনামহিগী গুম্না ওইবা য়াদে মরমদি 'ইমোই' হায়রবা অমা য়াওরি। ঈশিংনা ওইবা নত্ত্রগা ঈশিংনা শাবা সনা নোংপুবা লৈচিন ওইবা তাই। মরম অসিদগী মাহাকপু ঈশিংনা মহুৎশিন্দুনা থম্বনি। ঈশিংদগী পুম্নমক থোকপনিনা ঈশিংনা পুম্নমক্কী মমানি অতুনা অথোইবী লাইরেম্বীনি। মাহাক শিদবীনি মরমদি ঈশিং মফম লেংদে হায়বদি ৱাৎথদে। কংখিবা ঈশিং পাৎতা সমুদ্রদা তাখিবা ঈশিং অমুক নোং ওইদুনা তারকই। ঈশিংগা নুমিৎকী মঙালগা তিন্নরগা পোৎ পুম্নমক থোকপা য়াবনা মতুগী অর্থস্থু অতুম লাক্লে। সনামহিগী মমা করম্না অমুক ওইগনি? নুমিৎ, থা, পৃথিবীনচিংবা ঈশিংদগী থোকলকই হায়বনিনা নুমিৎকী মমা (সনামহিগী মমা) ঈশিংনা ওই। মরম অসিনা ঈশিং অথনবা (কংবা য়াদবা) চফুনা লৈমরেনগী খুদম ওইবা লান্নিংঙাই করিমতা লৈতে। মৈতৈ পুয়ানা মমাবু মচাদা থাজরম্মে হায়বা ঐথোয়গী ধর্ম্মদা অকায়বা তৌহৈদবনি পামজবা নত্তে গ্রন্থকারনা পাম্বা ধর্ম্মদা অকায়বা ওইরমদবা য়াই অতুনা ওইবা য়াবা য়াদবা, হৌনবা হৌনদবগী ৱা অমতা পল্লমদবা ওইরমগনি। ঐথোয়দদি অঙাওবগী চোইরোলদগী হেন্না তোম্বনা তা-রে। মানা মানা পামজবা হায়বা অতুনি।

পাথংবা—শেংদোক্তবা য়াদবা মতাং ওইতুনা শেংদোকপদা মতম খরা চংলে অমস্থুং শাংখ্রে। অরোইবা পাথংবদা ঐথোয়

অতুগ। পাখংবনা মাংহনবা লাই গুইনা ঐখোয় উগ্রে। থাদি থরায় পীদে। থাবল ফজরবস্থ মুংশাগুম কান্নদে। থানা হৌখিবা খুদিংগী ঐখোযগী পুন্সি মাংহুনতা তৌকই। পাখংবগা সনামহিগা মালেম কোয়বা হানবা তান্নবা পাখংবনা হানখি। হানগনি। মুমিংকী চহি মুমিং ৩৬৫ পুং ৬ নি, থাগী চহিনা মুমিং ৩৬০ নি। থরা অমুক লোইবমদাই অসিদা শমজিন্দুনা য়েংসি। পাখংববু নোংদা (নোংডদা) লাইরেন পাখংবস্থ কৌই। নোংথক্কী লাই অথোইবা পাখংবা করি গুইগনি? ঐখোযনা উরিবা নোংথক্কী অরংবশিংগী মরক্তা অমা গুইগনি। ঐখোয়না উরিবা পাখংবগী মওং মতৌ মথক্তা থাখিবা অতুনা মাহাক মশানা থানি তাকই। লেস্মিবস্থ থাদা মঙাম্নরে। ঐনা লাইগী মশক মমিং মথক্তা থিদোকচখিবা স্বর্গীয় পিতৃদেব শ্রী রাহেংবম যুমজাও সিংহ গবেষনা শিরোমণিগী মপান্দগীনি। তাজহৌবা থবা, পাজবা থরা তৌতুনা মতাং অসিদা পুখোকচবা ঙমজবনি। মাসিনা কান্নবা থরদং কনাগুম্বদা পীরবদি ঐগী শকক নম্রে। লাই গুইথ্রবা ইপানী খুদোলনি। খুংলে ন্নজতুনা ইপা ইবুঙঙোগী মাগকৈ লাত্তুনা থবদং ইনবা শক্তি ফংজবগী লমন তোঞ্জরিবা উৎচরি। পেনবিগনি নিংজৈ।

মতেক অমতং চিথ্হোগদোবে। নৈনরিবা লাইখিক অসিগী লোইরমদাইদা পীরিবা লাংওন অহুমত মউই। খুদম অমনা যাগনি নিংই।

"(নুপাগী মওং)

অহানবদা—অতিংকোক মক।

অনিশুবা লাংওন্দা :—থক শেম্বদা শলাইবৈলি অমম্বা।

অহুমশুবা লাংওন্দা :—থা শেম্বা অতিয়া গুক শিদবা।"

অহুমশুবগী মখাদি চথদরে। লাংওনগী অর্থস্থু=মপোক-শায়োন, incarnation হায়না লাইরিক্তা হল্লি অতুন, মপোক অহুমতা মভাইরে। যুগতি মরিনি অতুনা যুগ অমদা পুল্লপা লাংওনবা অমা নত্রগা যুগ/চক অমদি লাংওনহৌত্রবা তারে। যুগ/চক অমমমগী ওইরবদি কলিগীদি ব্রাংত্রে। মরমদি পাখংবা-খোই কলিগী কুমজাদা পাল্লবা লাইনি। মথক মথক অস্থুম য়েনথংনরবস্থু সত্যগীদি ব্রাংলে। ব্রাংচরসন্থু অতুক কুইরবা অতুগী ব্রা কনানা নিংশিংবিগদগে। গ্রন্থকার ফাওবা হৈনিংত্রতুনা লাংওন অহুমতা ইরম্মীবসিনি। ঐমক্কী মোং হায়যু হায়রবদি করিগুম্বা লাংওনশিং অসিনা লৈরমলবা কলিদা নংনবা পরপ পরপ তৌহনবা লাংওম্লি খল্লি। পাখংবগী মতমনি হায়রিবতু কলিগী কুমজা লিশিং অহুমদগী হেনথ্রে কলিদা পুল্লপ লংওনবা, লৈশেম্বা পুম্নং নংগনি। মওংনস্থু অতুম উই।

---

## তরামাথোইশুবা মতাং

# মচু থীদোকপা

### "খমনুং ইঙাল লৈশেম্বা পুয়া (বেদ) পুরোহিত দর্পন অবাহন লামাই (৪১৬) (লাইরিক অনিদগী লৌথোকচবা)"

মতাং অসি মচু থিদোকপা থোল্লি। মচুস্সু য়েল্লি। মরুগী মশেক মঙাননি হায়খিবা মচু ৭ ঈশিংদা তিনথ্রে। উনা, ব্রানা, উ ব্রা নাপীশিংবীশিংদা ঈশিংনা ঈ ওইত্তুনা (মচুশিং অত্তুগা লোইননা) চংত্তুনা লৈরে। মাথোয়গী মহিশিং লৌরগ। মচু শেম্মী হায়না মতাং অসিদা তাক্লি। হায়বদি ঈশিংদা, মচু হাপ্লে মচুগা কোম্নবা ঈশিং লৈপাক্কগী হৌবা পোৎতা চংখ্রে—পাম্বীশিংদগী মচু লৌত্তুনা শংলে। অসুম্না মরুগী মশেক মঙান মচু তরেৎ শিজিন্নরে। অত্তুদা পাম্বীদগী লৌদবা মচুশিং (Synthetic colour/dye/paint) লাইনা থম্বিরম্বদা য়াওদবা তাগদৌরি। মানি মাথোয়গি মীনা শাজবনি। লাইগী মচু য়াওদে।

মতাং অসি "খমনুং ইঙাল লৈশেম্বা পুয়া" '(বেদ) পুরোহিত দর্পন অবাহন' দগী লৌথোকপনি হায়রি। মাসিদা ঐখোয়না পাল্লিংবা অমনা পুরোহিত দর্পন বেদ নত্তে। গ্রন্থকারগী বেদ য়াম্মন্দুনা বেদ নত্তবা লাইরিক লৈরক্তুনা ঐখোয়না নৈনরিবা লাইরিক অসিসু বেদ ওইরকপা য়ারি। মৈতৈ অমসুং 'মৈতৈ ধর্ম্ম'বু সুংশিবা অমসুং পামজবা গ্রন্থকারনা মচুশিং থাবদা 'কোমলারং' 'নিম মচু' শিজিন্নবসি কয়া পকচদে। 'কুঞ্জা' মৈতৈলোল ওইখিদে অত্তুনা অনি অসিমবুসু মৈতৈলোলনা পুথোকপনা

চুম্বনি পুয়াদা য়াওদ্রবনরা ? লোলদি পুথোক্ক পুশি.ন, লৌথোক লৌশিন লৈনবা ঙাক্তনি। অমগা অমগা, লৈপাক অমগা অমগা জাতি অমগা অমগা তিন্ন তিন্নরক্লগা লোলগী মশিং অসুম অসুম হেনগৎলকই। ইংরাজী ডিক্সনারী অমক্তং ফাক্লুনা য়েংবদা মাসিগী মওং হেক্তো চোংথোক্কনি। ইংরাজী লোলদা য়াওরিবা ফ্রেন্স, জার্মাননচিংবা ৱা.হৈ ময়াম অদুনা প্রমাণনি। লোল পুন্নমক্তা অসি ঙাক্তনি। কুঞ্জাগীদি তান চাদুনা অমা লৈরম্মে হন্দক্কী অনি অনিগী মৈতৈরোল পুথোক্লমদবা খ.দদুনা তৌৰরা, পুয়াদা য়াওদবরা মীনা শোয়দনা হংলগদবা য়াইংনি। ঐথোয়সু হংলি।

মচুগী মতাং অসিদসু 'য়েনবা' হায়বা লোল শিজিন্নবা অসিদা অরেৎশুবা মতাংগী ৱা অদুদা অমুক হঙ্কিনগদৌরে অদুনা নৌনা মৈনবা কান্নদ্রে। 'য়েনবা' হায়রবদি কনানা অমসুং করম্না হায়বা অমা চংলকই। মচুমা অসি অসিনি মতম অমসুং ফুমিং অসি অসিদা শিজিন্নগনি হায়না চথরবদি ফগদবনি অমসুং শেংগনি। মচু মাপন্নি হায়রিবা মচুশিং ফুমিংত্তা ঋতুদা য়েনবদা মঙ্গ্রামচু—অঙাংবা, উৎমচু অমসুং নিম মচু অদুম অসি থেংনদরে, লেমহৌরে। অদুগা মচু মাপনগী মনুংদা য়াওদবা 'সংবান্নবা' হায়বা অমা হেনগংলে। হেন্দোক হেঙ্কিনগী মরম তাক্তবনিনা খংনবগী উপায় লৈরোইদৌরি। ফুমিং মশিংদা অনি হাপচিল্লগা গ্রহ মাপন শুরদুনা মচু অমমম য়েনবদা থুংনরে। পাঞ্জিগী মরম গ্রন্থকারনা পীরিবা খ.জিল্লগা কান্নবা মতম লাক্কনি। মী লাই তোংঙান্নখিবা হরিচক্কী ৱানি হায়না অমুক হৌদোক্লকহৌবা ফি শেত্তবগী যুগ পুথোক্লুনা নৌনা নৈনরুবা কান্নদ্রে। সত্যযুগকী (হরিচক্কী) লাইগী লাংওন থুংখিবদগী ৱাহু ঐথোয়না নৈনখ্রে।

শ্রীমদ্ভাগবতকী ১১/৫/৪৪ শ্লোককী অর্থ য়াম্বি ওইনা তৌরে। শ্লোক অতুমক পুথৎলগা অন্বয় অনুবাদ য়াওনা উৎলবদি ঐখোয়স্ত অমুক হেন্না নিংথিনা খংজবা য়াবনি। মচু যেনবা শ্রীমদ্ভাগবত্তা য়াওই হায়বগী মও নি। হায়রিবা ভাগবতকী শ্লোক অমদি মতাং অসিগা কবিমত্তা মরি লৈনদে। ঐখোয়না পুথৎলি:—

ততোহন্তর্দ্ধিরে সিদ্ধঃ সর্ব্বলোকস্য পশ্যত। রাজা ধর্ম্মা নুপাতিষ্ঠন্নবাপ পরমাংগতিং ১১/৫/৪৭ = অতুগী মতুংদা মী পুম্নমক্কী মমাংদা সিদ্ধ মহর্ষি পুম্নমক অন্থু মাংখরে। নিংথৌনিসিস্থু মাখোযনা তাকপিরম্বা ভাগবত ধর্ম্ম চৎচত্তনা অথোইবা মকম (মোক্ষ) ফংজখি। ১১/৫/৪৪—শ্লোক অসিগা মচু যেনবা নত্রগা ফিজোলগা মরি অমতা লৈনদবা ঐখোয়না উরে; গ্রন্থকারনা মতাং অসিগী মং মহাবিশ্বদা ওন্না তৈননা তাক্লম্বা ওইখদা মতারে। ম অরানবা নবা ঐখোযদা কায়খ্রেদা! খংদনা তেল্লেদো! মতুং মনাও মবিরন্থু। ঐখোয পুক্লিং য়ান্না থুংশিবে মীনস্থু নোক্লরে। মীগীদি সত্যদগী তৌবগা ত্রেতাদা ফিজেৎ মখল মথা পুথোকখ্রে হায়রি। দ্বাপর অমস্থুং কলিগী ৰা য়ারি অসিদা য়াওদে অতুবু মীগীদি মথাং মথং যনা শান্না হেনগৎলম্নগনি। ঐখোযদি লাইনক থিবনা গ্রন্থকাবগী লাইরিক্লা তাক্কপগী মতুংইন্না শকাব্দ ৯৯৬ দগীতা ফিশেৎপা তৌবনি। ফিজেৎ মখল কয়া নংহৌদ্রে মাসি গ্রন্থকার অমস্থুং মাগী পুয়াগী য়ানি, ইতিহাসকী নত্তে। মণিপুর পৃথিবী খরা থিনখিবনা মৈতৈ ঐখোয়বুস্থু ফি শেৎহনবা খরা থিনখ্রে। মীগী লমগী ত্রেতাগী ফিজোল শীবিবা ৫ অসি খরা চিথরলবা॥ 'রাজবেস' য়াওবনিনা রাণীবেসস্থু য়াওবা ত্তাই। রাজাগা রাণীনা রাজ সভাদা ফম্মিন্নে। (৩) দা লালগী ফিজোল যাওরি। নিংথৌগীস্থু লালগীস্থু যাওরে অতুনা মন্ত্রি 'বেস', সেনাপতি 'বেস', অত্তম অথৌগী বেসস্থু য়াওগদবনি নিংই। তুপী 'বেস' পুমচিংপু চিথরে।

মতুংগী লাইরিক অমা ঐখোয়গী লাইবক ফত্নুা ইবিরক্লগা থাওরক্লগনি নিংই। গ্রন্থকারনা পীরিবা ফিজোল মঙা ত্রেতাগীনি হায়রিবা "(১) রাজ 'বেস', হায়বদি নিংথৌগী ফিজোল হায়বনি। (২) অকে অমৌ কুম্পে ফিয়োংগী ফিজোল (৩) লালগী ফিজোল (৪) অচম্বা ফিজোল (৫) থৌগল ফিজোল" নি।

---

## তরানিথোইশুবা মতাং

# শ্রী রাধাকৃষ্ণ অনিগী ফিজোল

### "( নৈমিত্তিক চীন্তামণি কবি কর্ন পুর গোস্বামী ,"
### ( বেদগী মোত )

মতাং অসিগী ইহান হানবামক্তদা হায়নিংবদি "নৈমিত্তিক চিন্তামনি কবি কর্ন পুর গোস্বামী" গী লাইরিক্তগী হন্দক্কী মতাং অসিগী লৌথোকই হায়রিবা বেদ নত্তে। শ্রী রাধাকৃষ্ণ বেদগী লাই নত্তে। দ্বাপর হায়বনি 'দ্বাপুর' হায়বা নত্তে। লাইরিক অসিদা য়াওবা পুন্নমক অরানবা শব্দ অসিনা শিজিন্নরে অত্নুা ছাপা নম্বদা লানবা নত্তবা তাই। কনাগুম্বনা চিংনরবস্লু হায়ত্নুা অচুম্বা বানান পুখৎপনি। কবি কর্ণপুরদা অমুক হঞ্জিল্লসি। বেদগী মতমগা কবি কর্ণপুরগী মতমগা মশিং থিবা ওমদবমুক লাপ্লগ্রে। অত্নুা ভরাংগী কবিনা বেদ ইবা য়াওবা হৌনদে। কবি কর্ণপুর উপাধিনি ভুষন 'অধিকারি' হায়গুম্বনি। শ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুমক্না

পাবিরম্বনি। মাহাকপু পোকপা মপা শিবা নন্দসেননা মাহাকী মমিং পরমানন্দ দাস থোল্লি। মহাপ্রভুনা মাহাকী মমিংনা পুরীদাস থোনবিখি। শকাব্দ ১৪৪৭ দা পোকপনি হায়নৈ। অহুনা মাহাক্না বেদ হুবা ওইথোক্তবনি। অদুগা মাহাক ব্যাসকী অবতারস্নু নত্তে। ফিজোলগী মরোল চঋরকপদা গ্রন্থকারনা শিঙ্গারবু 'ফিজোল অনৌবা হোংববু হায়বনি' হায় অর্থ হন্দোকপা লাইরিক্তা উজ্জ্বল বেশ =অরংবা ফিজোল, রাত্রিবেশ =অহিংগী ফিজোল হায়না হল্লি।

বৃন্দাবনদা শ্রী কৃষ্ণবু অঙাং ওইবিডেদা মমা হুবেম্মা যশোদানা পামজবা 'অচম্বা ফিজোলনা' লৈহেংই। পাখং ওইরবা মতমদা হুবেম্মা রাধিকা অমস্থং সখিশিংনা পামজবা ফিজোল ঋতু অমস্থং শিথিগী মতুংইন্না শেমজবা অপাম্বা ওইনা থোল্লি। যশোদানা থোনবিবা অচম্বা ফিজোল খ্বাংদা সনাফিগে "লৈগী মওং লৌহুনা মচ্ ময়াম্না তিনবা (থাম্বা) পুনবা ভক্তা মণিমুক্তা লৈপবেংনা লৈহেংবা কোক্তা রাহোং চুরানা থোংদা ফজরবা সরিকনা তিনবা থা জিনা লৈহেংবা ফিজোলনি" হায়না চঋবরূপা মাসিবু গ্রন্থকারনা 'অচম্বা ফিজোল' কৌরি। লাইরিক্ক অসিনা 'পাখং ওইরবা মতমদা' হায়বিবসি হবুঙে দি চহি ৮ দা কৈশর লিলা শাম্নরে। রাস পঞ্চাধ্যায়দা থারিবা রাস চহি ৮ দা শাম্নবনি।

ভগবান শ্রী কৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা লৈবা মতমদা 'অচম্বা' ফিজোল থোল্লি হিরিবা খন্নবা য়াবা রাফমনি। সনাফিগে থোনবদি মতম পুম্নমক্তা অতুম থোনখি। ব্রজবৃন্দাবনদা কোক্তা রাহোং চূড়ানা লৈহেংবা, খ্বাংদা সনাফিগে থোল্লপা ভক্তা বনমালানা লৈহেংবা, খুত্তা তাইবংপানববু শুম্মৎপা বাঁশি পায়রগা ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি ওইবা সংসার পুম্নমকপু শুম্মৎপা মাধুর্য্যরসগী লেংদ্রবা শকফম ওইবা

অতুদগী হেন্না নি যিবা ফিজোল করি অমা লৈখিগনি। বীরবসগী মতমদসু লুস্তপকা চূডাগা থেন্নবা, খুৎলাইপা বাঁশিগা ওন্নবা নত্তনা করি হেনগংপা যিজোল থোনখিবগে? কৈশরগী লীলাদা ইবেম্মা রাধিকানা লুচিংবী ইবেম্মশিংনা মানা মানা পাম্বা বেশ থোলহন্নিংবদা হুমিং, তিথি কবিশু নাইবমগদবা নত্তে। ইবেম্মাশিংগী অপাম্বনা ইবুংঙোগী অপাম্বনি। ইবুংঙোগী সেবাদা ঐখোয়না ব্রজ গোপীশিংগী মতৌ তম্বা ওম্বা নত্তে। ঐখোয়না সেবা চংচনদা পুক্নিং চংশিনবা হেন্নবগীদমক, কুপ্না হোৎনজনবগীদমক, মতম হুমিং খংনা সেপা চৎচনবা গোস্বামী পাদশিংনা হুমিং অতুগী তিথি অতুগী ঋতু অতুগী চানগদবা য়েংতুনা তাকপিবম্বনি। ঈশিং লিক্লা অমতংগা তুলসি মনা অমগদা পুক্নিংবু শেংলবদি পেনবিবা ভগবাননি। ঋতু তকক্লা শ্রী বৃন্দাবন্দা তত্তনা থেংনল তৌবা ইবুঙঙোনি মাঙোন্দা হুমিং তিথি ঋতু চংবা নত্তে।

থা অমগী তিথি খুদিংগী থোনগদবা ফিজোল বাখলনগী লৌশিন্নপা লাইরিক অমিনা থাবদা প্রদীপকা দ্বিতীয় খণ্ড ব্লাংলে। ঐখোয়দি খংদেবনিনা পুম্নমক্না তিনবনি হায়বিনা হুমুব মচুদা তিথি আন অসিগীদি তাবে।

শ্রীরাধাকৃষ্ণগী বেশদি নোংমদা অহুমক হোংবা য়াই, হো বদি মীতৈগী মঙংদা মঙাং, লুরাং খুমন গুরু অহুম্না পুবা মচুশিং অহুনা ওইগনিসু হায়রি। ঐখোয়না খননদদি ওমজরবদি অষ্টকালগী হোংবদসু কায়বা লৈতে নিংই। লাইনিক অমিনা তাবালিবসু "নোংমদা অহুমক হোংবা য়াই" হায়বনি অকক্কবা নত্তে অহুনা নিপাল্লক হোংবসু অহুম য়াই। অষ্টকাল হোংবনহুম হেন্না ফজে ভক্তি মার্গদা ফজবা হেন্নি। অহুম্না ফিজোল অহুমনক হোংবগা

রা চথরকইব। অসি ভাব অমরোমদগী করিগুম্বা অমা য়েপহৌনবা হোৎনবা মাল্লি। ইবুঙো ইবেম্মগী সেবা অরোইবা নত্তে। অতুদা হন্দক্কী মতাং অসিদি কবি কর্ণপূরনা ইরম্বা, তাল্লম্বদগী গ্রন্থকারনা লৌখৎপা 'বেদগী মোত' নি। কবি অসিদি গুরু অহুম অসিগী রা—মাখোয়গী মচু খংলমগনি নিংদে। য়েপশিনহৌবা য়ানবা তৌবা মাল্লি হায়খিবা অতু অসিনি। 'মীতৈগী মওংদা' হায়বা অমা য়েপশিন্দুনা রাধাকৃষ্ণগী বেশ ফাওবা 'মৈতৈ লাইনিং' লাইশোন্দা পুশিন্নবা হোৎনবনি হায়বদা লানগনি নিংদে। কবি কর্ণপুরগী লাইরিক্কীগীসু গুরু অহুমগী মচু অসি নত্রে অতুগা বৈষ্ণব গ্রন্থ অমতনসু 'মীতৈগী মওংদা' করি লৈবগে খংবা নত্তে। অতুনা গুরু অহুম্না পুবা মতমগী মচু ইবুঙো ঈবেম্মদা থোনগনি হায়বসি জ্ঞান চৈরোঈনবা ভূষণ 'অধিকারি'গী ব্যবস্থা শোয়দনা ওইরগনি। অসিগুম্বা অনৌবা পুথোক্লকপা মুন্না খংজিনবা ফৈ। অতুদা ঐখোয়গী য়েক শলাইগী রা মতম অতুগী গৌড়দেশনা খংঙোই, খংলবসু মাখোয়গা মরি করিমত। লৈনদে রাধা কৃষ্ণগনা অমুক হেন্না লৈনদে। মরম অসিদগী ঐখোয়না মাহাক্কী লাইরিক ইয়াও য়াওদ্রবসু কবি কর্ণপুরগী 'বেদগী মোত' নত্তে, বৈষ্ণব গ্রন্থলেংবা অমতগী মোং ওইরোই অমসুং গ্রন্থকারগী অনিংবা অমা লৈরিবা পাংথোক্লবা নাকল অমরোমদগী শিংচেপ থাজিল্লকপা মশক্কি—শেংনা হায়বা ঙম্বনি।

ভক্তিগী রসনা, প্রেমনা থল্লবা, হিন্দু শাস্ত্র পুন্নমকপু শুনা হৈরবা বৈষ্ণব ভক্ত কবিশিংনা তাকপিরম্বা মওংশিংদা ঐখোয়গুম্বা গুহা হংঙোইনা হাপচিনবা লৌথোকপগী শক্তি শিজিন্ননিংঙাই লৈত্তে অতুগা মওং অদোমদা খল্লুবসু পাপনি। ইবুঙো ইবেম্মগী প্রেমতদা লুপথ্রবা ইমুং মনুং মশক থংদনা সেবাতদা লুংঙাইজথ্রবা

মাখোয়গী মবুঙঙো মবেম্মগী ব্রা থংই। অহুমক্তদা 'বেদগী মোত' লা নক্তবরা থংদবা পুং ২৪ বু ৬ থোক্না থায়দোক্কনি হায়বগী অহৌবমক্তদা 'মীতৈনা মংগ্রাটি' কৌনৈ হৈরি। ব্রাহ্মণস্লু ওইরবা বেদ, শাস্ত্র অমস্লুং মৈতৈ লাইরিক মমুংতানা নৈনরবা মানবা, গ্রন্থকারস্লু ওইরিবা, হৈরবা পণ্ডিত অমদগী অসিগুম্বা লোল থোক্লকপা অঙকপনি। মৈতৈনা কৌনরবস্লু অচুম্বদি অসিনি তাক্কদবনি। তাক্কবা অসিনা ঐখোয়দা চিংনবা পীরিবদি গ্রন্থকারস্লু থংদ্রে অসিনি। মৈতৈনা কৌনবনা কৌনরে—'বেদগী মোত্তা' অসিনি তাক্কদবনি। অদুগী মথক্তা ল্লাল্লে শোয়রেবু খংলবদি চুমথোক্লবা লাক্লবা ঐখোয় পুম্নমক্কী হৈখোনি। ঐখোয়না কৌনবা তাবনা 'মঙ্গলাতি' নি। 'মংগ্রাটি' ন গ্রন্থকারখোয়রোমগী ওইরম্বা তাই। অসিগুম্বা লাইরিক অসিমক্তদা অরানবা রাহৈত উংতুনা হৈবনা মৈতৈ পুম্নমকপু থংদবা মালহনবা অদুগী মথক্তা গ্রন্থকারমকস্লু থংই থংদে থংদবা অঙহৈবমক অরাবনি। চৈথারোল কুম্বাবা মক্তদস্লু শকাব্দ ১৭৬৫ গী পানথংপদা 'মঙ্গলারতি' হায়না শেংনা হৈরি। 'বেদগী মোত্তা' অচুম্বা ফংদবা ঐখোয়গী লাইবক থিবনি।

---

## অরাহমদোইশুবা মকাং

# সখীশিংগী ফিজোল মচু

### '( বৈষ্ণবাচার দর্পন লাইরিকক্কী ফংবা )'

### 'লামাই ২৮৮ দগী ২৯৯ মনুংদা'

সখীশিংগী ফিজোলগী মতাংদা বৈষ্ণবাচার দর্পনগী লামাই মশিং ফাওবা তাক্লুনা উৎলিবা অসিগী অনিশুবা লৌথরকপদা ( 2nd Paragraph তা ) ইরিবা "রাধানা অসংবা অমুবা পাম্বগী মরম কৃষ্ণনা অঙৌবগী মশক ওইরবী রাধা পাম্বগী মরম রাধা কৃষ্ণ হায়বসি অমতদগী থোকপনি, ইবুঙঙো ইবেম্মা অনি অসি থাদোক্লবা য়াদে—অনিদগী তাইবংপানবা শেম্মী অনিদগী জীব পোকই" হায়বা লাইরিক মমিং পান্দুনা বৈষ্ণবাচার দর্পনদগী লৌথোকই হায়রি। লাইরিক অক্লুদা য়াওবা অতুদি ঐখোয়না খংবা যাদবগুম তৌহৈদবগুম লাইরিক অসিদা পুখত্তে। রাহৈ পরেং অসি হন্দোকপা লানবনরা ইথোকপা হৈত্তবনরা অহানবা শরুক পরেং অনিশুবগী 'রাধা পাম্বগী মরম' অসি লোইশিন্দনা রাধাকৃষ্ণ অমতনি তাশিনখ্রে। অনি অহুম থোক্লদবা রাহৈ পরেংনি নিংই। ইবুঙঙো ইবেম্মনা অঙৌবা অমুবা মচু পাম্বগী রা খংলবদি নত্রগা লাইরিক অক্লুদা য়াওরবদি তাক্লমগদবনি খংদ্রগনা নত্রগা য়াওদ্রগনা হৃপন পল্লোইদবনি। মসীগী লাইরিকগী কবিগুম্বা লৌবা ওইরবসু লাইরিক অক্লু ভাব তাদনা, খংদনা পংই ইশিল্লে নিংই। "রাধা কৃষ্ণ হাইবসি অমতদগী থোকপনি ......থাদোক্লবা য়াদে" হায়বা রাহৈ পরেং অসিগী অনিশুবা শরুক অসিদি রাংথ্রবা তত্রনি। গ্রন্থকারদগী মাসিগী রাংথ্রবা মরোল ফংবা ঙমদ্রে, ঙমগনিসু থাজদে। ঐখোয়না হৌজিক

ফাওবদা উরিবা নৈনরিবা লাইরিক অসিগী থাক্লা অদোমদা কাখৎলকনি থাজদে। ভক্তি লৈতনা, প্রেম য়াওদনা থম্মোইদা ফাওদনা, মান্নবা হায়জিনবনা তত্ত্ব ওইবা য়াদে। ঐখোয়না নিংবদি ভাব তারমগনি, খংঙমগনি ফাওবা থাজদে। বৈষ্ণব দর্পনগী মরোলশিংনি হায়রিবা অসিস্থু ঐখোয়না হৌজিক উরিবা মওং অসিদদি ময়েক কায়হন্দনা লৌথোক্তুনা মশক খংনা ইবা ঙমগনি থাজদে।

রাধা কৃষ্ণ অনি থাদোক্লবা য়াদে হায়রিবা অসিস্থু আহুন নত্তে। ব্রজলীলা থনম্লগা বীর রসগীদমক ইবুঙঙো লেংখিবদা ইবুঙঙো ইবেম্মা কায়নখি। মর্ত্তভূমি থাদোক্লগে নিংলক্লবদা ইবুঙঙো ইবেম্মা অমুক মিলন ওইখি। লীলাগীদমক অবতারনি—লীলাগীদমক হকচাং অনি ওইরিবনিনা লীলাগীদমক কায়নগনি লিলাগীদমক তিন্নগনি অপুনবগী লীলা লাক্লগা পুল্লি—

রাধা কৃষ্ণ প্রণয়বিকৃতির্হ্লাদিনী শক্তিরস্মা
দেকাত্মানাবপি ভুবি পুরা দেহ ভেদং গতৌ তৌ।
চৈতন্যাখ্যং প্রকটমধুনা তদ্দ্বয়ঞ্চৈক্যমাপ্তং
রাধাভাবদ্যুতি সুবলিতং নৌমিকৃষ্ণস্বরূপম ॥ —
শ্রীস্বরূপ গোস্বামি করচা

রাধাগী অওইবা শকফমদি কৃষ্ণ প্রেমনি, মাহাক কৃষ্ণগী হ্লাদিনী ( আনন্দ থুংঙাইবা ) শক্তিনি। রাধা অমসুং কৃষ্ণগী হৌরকফম, লৈবা ( হকচাং ) খেন্নবা নত্তে, অদুবু লীলাগীদমক্তা মাখোয় অনি হকচাং ( শকফম ) অনি থোক্লা অবতার তৌখি। হৌজিক মাখোয় অমুক চৈতন্যদা অমত্তা অমুক ওইদুনা চৈতন্য ওইনা পোক্লে। রাধাগী অঙৌবা ফজবা মঙাল অমসুং কৃষ্ণপ্রেম

লৌতুনা চৈতন্য ওইনা অবতার থোরবা শ্রীকৃষ্ণ—চৈতন্য অদুবু খুরুমজে। অমসুম্না লীলা লীলা অদুগী মতুং ইন্না ওইবা ঙাক্তনি। সচ্চিদানন্দ ভগবানগী আনন্দ (নুংঙাইবা) শক্তিবু হ্লাদিনী হায়না থংনৈ। মাসিনা ইবুঙোবুসু সংসারবুসু নুংঙাইহল্লি। অসিগুম্বা অথোইবা শক্তি ইবেম্মনি। শক্তিগা শক্তিগী থোরকফমগা অমত্তা ওইবা হৌনৈ। ইবেম্মবু মহাভাব স্বরূপিনীসু হায় অমসুং মাগী শুইবিবীসু মাহাক্তনি। নিত্য বৃন্দাবন্দা, নিত্যসিদ্ধাশিংগা ইবুঙোগা মাঙনবা লৈতে হায়। অসিদা হেক্তিল্লকপা কাংবুনা স্বয়ং ব্রজরাজনন্দন হায়বা ইবুঙো অমা বৃন্দাবন্দগী হৌলেং লেংদে —বীররস শান্তরিবা কৃষ্ণ অদুনা অতোপ্পানি মাথোয়দি মাহাকপু নিংদে হায়বা কাংবুসু য়াওরি। অদুদা ব্রহ্মসংহিতানা হায়—

ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দ বিগ্রহঃ।
অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণ কারণম্ ॥

শ্রীকৃষ্ণ সচ্চিদানন্দ (সৎ + চিৎ + আনন্দ = সত্তা (অচুম্বা), জ্ঞান, নুংঙাইবা) ওইবা থোইদোক্লবা হেন্দোকপা ঈশ্বরনি। মাহাক পূম্নমক্কী অহানবনি মাঙোন্দগী হানবা করিসু লৈতে। মাহাক গোবিন্দনি অমসুং মরম পূম্নমক্কী মরম ওইবা মায়াগীসু মরমনি। অদুনা কৃষ্ণ পরম ঈশ্বর অনি শুইঙ্ নিংতৌদে, হায়হৈদে। মথক্কী ৱাদা অমুক হন্দিল্লগা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী মধ্যলীলাদগী মতেঙ্ অনতং লৌথংলগা তেনশিনবা য়ারে।—

কৃষ্ণকে আহ্লাদে তাতে নাম হ্লাদিনী।
সেই শক্তিদ্বারে সুখ আস্বাদে আপনি ॥
সুখরূপ কৃষ্ণ করে—সুখ আস্বাদন।
ভক্তগণে সুখদিতে হ্লাদিনী কারণ ॥

কৃষ্ণবু নুংঙাইহনবা অতুগী মমিং হলাদিনী।
মশাস্থ নুংঙাইবা লৌবা শক্তি অসিনি॥
নুংঙাইবগী মশক কৃষ্ণ নুংঙাইবা চুপ্পি।
ভক্তশিংদা নুংঙাইবা হলাদিনীনা পীবি॥

মথংদা অমুক "অনিদগী তাইবংপানবা শেম্মী অনিদগী জীব পোকই" হায়না নৈনখিবা ৱাহৈ পরেং অসিনা লোইশিল্লি। লোল অসিদগী ঐখোয়না লৌবা য়াবা অর্থ অনি লৈ অমনা মপান অমনা মন্নুং/মপানগী অর্থনা ইচমচন্না 'প্রকৃতি পুরুষ' কী ৱা ওইনা উংলি। ইবুংঙো নত্তনা পূম্নমক প্রকৃতিনি ঐখোয়স্থ তানবৰা ঙাক্তনি। মপানগী অর্থদি অসিৱাহিদা অস্থুম লোইশিনবা য়ারে। মথক্তা ঐখোয়না নৈনখিবা জীব গ্রন্থকারগীদি মীবুতনি হাযবা অতুমস্থ মতাং অসিদস্থ নিংশিংবা ফৈ। মন্নুংগী অর্থদি "তাইবং-পানবা শেম্মী" হায়বা অসি পীনবা হোৎনবনি। মাসিগী মরম শেংলক্কদবা ঙাহাক্তা মঙাইরে। মথাদা নক্বনা লাক্লে। গ্রন্থকারগী পামজবা ধর্ম্ম মখোং পাক্লক্লনি। বীজ=মরূগী মপাঙ্গল, তৌবা ঙম্বা মথং মথং থেংনগদবা কুইদ্রে। নৈনখিবা লাইরিক অসিগী হীরমনা মতাইদা মরুম থুপ্লগা বীজ=মরূগী লাংওন লাইনিং-লাইশোন্না 'মীতৈ লাইনিং' 'মীতৈ ধর্ম্ম' মমিং ফংহন্দুনা তাইবং লানবিনবা থাদোক্লক্কদবা পংকুই কুইররোই। না শেংদোকপা য়ারে।

"অনি অসিবু অমম্বা অঙানবা মীতৈগী মোত্তা (গ্রন্থকারগুম্বা ধর্ম্ম তোপথোকপা পামজনা খোংথাংজিল্লবা কাংবুগী মোত্তা) অস্থুম্না লৌবস্থ য়াওই।" (ব্রেকেট ঐগীনি)—পীরিবা মোং অসি মৱা চৎনরবা মী নত্ত্রগা লাইরিক্কী মোৎনি হায়দে—মাখোয়গী ৱা মচেৎ অমতা পুথৎতে। ময়ামগী ৱা মালহল্লগা ধর্ম্ম শন্দোকপগী খুংলাই

ওইগে লাক্লবনি। ধর্ম্ম অসি শন্দোক্লবা মথক্তা লম্বী শেমথিবা মুপীনা অঙানবনি মুপানা অমম্বনিগী রা অমুক পুশিল্লক্লগা মরুনা শেমখিবা শলাইলেল অমম্বনা কৃষ্ণ ইংথৈরেলনা রাধা ওইহনবা মমি হুল্লিবনি। মাহাক্কী পুম্বা, মশক পান্না পুথোক্লকইবা লাইরিক্কা লেপচবা মক্তুদস্তু চহি লিশিং অনিগুবা য়াদ্রিবা, মফি শেংপা হৈবস্তু চহি লিশিং ফাদ্রিবা ঙরাংদনি হায়বা য়ারিবা লাইশিং অতুনা রাধা কৃষ্ণ ওইহনগদবা ঙাহাক্তা ঙাইরে। রাধা কৃষ্ণস্তু 'অনুবাদ' ( হন্দোকপা ) গী লাইনা শেমগদবা কুইদ্রে। মাসিদি মতাং অতুদা অতুম নৈনরসি।

রাধানা অশংবা অমুবা পামজৈ অমস্তুং "তেংবানবা সেমনবা মচাকনি থাদোকনবা য়াদবা মরমনি থংনবা ইবেম্মনা অসংবা থোনবনি" হায়না মথা চথবকইবা অসি হান্না য়েংথোকখিসি বৈষ্ণবাচার দর্পনগী রানদি হায় লাইরিক অতুগী মবোলদি অমতা পুখৎতবনিনা লাইরিক অতুগীমক অচুম্বনি, লাইবিক অতুগী মনিংদা হায়জিনবনি খংতনদনবা শিল্লি। করম্না তেংবানবা শেম্নবা মচাক ওইরিবনো অতুগা অশংবা অমুবনা থাদোক্লবা য়াদবা মরম করিগী ওইরিবনো লাইরিক অতুগী মরোলগা লোইননা তাক্কদবনি, লাইরিক মমিংগা লামায়গা হাপ্লগা অচুম্বা হেক্তা ওইবা মাদে। অমম্ অঙানগী রা ওমজানরিবা শেংনা পুথোক্লবদি মথা চথনবা নুংঙাইগদবনি। অদোমদা য়াওত্রবনিনা মথা চথবসি। উজ্জ্বল নীলমনি কিবণঃ দদি ইবেম্মনা অশংবা অমুবা ঙাক্তা পাম্মী হায়দে।—"শ্রীমতি রাধা বাম ঃ মধ্যা নীলবস্ত্রা রক্তবস্ত্রাচ"—শ্রীমতী রাধা বামানি, মধ্যানি ফি অশংবস্তু অঙাংবস্তু থোল্লি। শ্রীরূপ গোস্বামী পাদমক্কী লাইরিকনি। মাসিদগী অপাম্বা ধর্ম্মদা চিংশিন্নবা শেমদোকপা মানবা লৌথোকপনি হায়রিবা লাইবিক অতুগী ময়েক অমতস্তু উৎতবা গ্রন্থকারগী লোন

অসিনা হেন্না চুগপত্রা ? মাহাক্কী লোলশিং ঐখোয়দগী থোক্লকপা ওইরবদি ভাব তাদনা পংঙাং ঙাংব, চোইরোলনি লৌনগনি। পুক্লিং ফোংদোক্তবীবু বামা, ইফোং ফোংবীবু দক্ষিনা অমস্থুং অনিগী মরক্তা লৈবীবু মধ্য কৌই। মাসিস্থু লাইরিক ঐখোয়না পনখিবা অদুগী রানি।

অতিংকোক মক্কনা শেক্মী হায়না অহানবা মতাংগী লাগায় অনিদা য়াওখি। লোইযুম্বগী হাত্তক শকাব্দ ১৯৬ যৌরবত্তদা মফি শেংখিবা অমম্বনা কৃষ্ণ, ইংখৈরেলনা রাধা দ্বাপবদা ওইররে হায়না য়াম্না শেংনা "থক্কী মাইকৈদা যেংলুবগদি অতিংকোকী লাংগুন মঙান্দগী থোকখিবা মুপা মুপী অদুনি ১ক্কদি। দ্বাপুর যুগতা কৃষ্ণ হায়না ভুপানা কৌররে। মুপীনা রাধিকা হায়না কৌরবে; বেদগী মোত্ত"—গ্রন্থকারনা তাক্লি। ইন্দক্তি মচেক্তা মযানা নত্রে- পুংয়ান্দা চৈদ্ব কন্না য়ানশিল্লক্লে। লনাই ওইনা হেক্তা হায়বস্থু নত্তে "বেদগী মোত্ত" নি পন্দুনা ককপা যাদনবা লাউরি। মরমদি 'বেদ বাক্য' হায়রগা লেইরে—নাইনা হায়বন্থনি য়েংনকনিংঙাই লৈতে —ব্রাহ্মণনিনা মসিমস্থু খংই। অদুনা 'বেদগী মোত্ত' হায়রগা তুম্বিন্ন লৈজখ্রনিগী ভর্বনি। গ্রন্থকারনা মৈতৈ পুন্নমকপু অদু য়ৌনা পংবা ঙাত্তনি খনবা খংল্লি নিংই। "এতে চাংশ কলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবানস্বয়ম্" হায়বা শ্রীমদ্ভাগবতকী শ্লোক অসিবু গ্রন্থকারনা করিগুম্বদা থেংনররিগদ্রা ? শ্রীমদ্ভাগবতনা, শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতনা, পুরাণশিংনা কৃষ্ণ কনানো, করিনো তাকপা ময়াম অদু পাদবরা, পাবা হৈত্তবরা, পানিংদবরা নত্রগা পারগা য়ানিংদবরা, অর্থ খংদবরা অসিমদি খংবা ঙমদ্রে। লাইরিক ঐখোয়না নৈনরিবা অসিনা তাকপদি বেদ যাম্না পাম্বা, হৈবা গ্রন্থকারনি। অদুনা খংদবা মাল্লে। শ্রীকৃষ্ণ হায়রবদি রাধা কৃষ্ণ পুল্লে খংগদবনিনচিংবা খংদ্রবস্থু

য়ারে। খংউবগীস্থ কান্নবা লৈত্রে। পারবা মায়খুম অসিনা চংথিবা মুমিংতা, হাইদোকথিবা পুং অতুদা পুমশেং শেংপ্রনি। অতুদা ঐনা পামদ্রবস্থ, থৌশাদ্রবস্থ মীগী ধর্ম্মদা অহৈ অপা শারুবা য়াদে, তাথি তাঙনা তৌবা য়াদে। ঐগী ধর্ম্মবু, ঐগী লাইবু, ঐনা হুংশিবা, নিংজবা অতুগুম্ন। অতেপ্পনস্থ মাখোয়গীদা তৌই, ঐগী ধর্ম্মদা ঐনা হায়জব। য়াই মীগী ধর্ম্মদা ঐনা অখং অহৈ শাতুনা মীগী ধর্ম্মগী লাইবু ফৈরেং তুরেং চুঙুবা ইরুবা য়াদে, হৈশিন্নরুবা য়াদে তৌকরগা লাক্কদবদি চৈবুল ৱায়েনশং, গুরুনা শিন্নরম্নী হায়তুনা পাথংদনা ফমথি গ্রন্থকারনা হায়থিদ। ৱায়েনশং অতুগুম্বগী চৈবুল লাকপা থিনগদবা নত্তে। শ্রীকৃষ্ণনা লান্ননবা ওইজরিবা, মাহাক্কী রুপা, থৌজাল মরিক অমতং ফংডবা চন্নবদি নিংভরিবা ঈশ্বর পরমাত্মা ভগবাননা লাই ওইবা ধর্ম্ম অতুব পামদ্রে, উংশিংত্রে গ্রন্থকারনা থৌশাদ্রে হায়বা মাহাক্কী লাইরিক্লা অতুম তাক্লে। অতুনা ঐখোয়গী ধর্ম্ম অতুগী লাইবু করম্না লাংগী ৱাখলদা লাকখিনি! মীনা নিংজবা পামজবা, ঐনা নিংজবা পামজব, মাগী নিংজবা পামজবা ধর্ম্ম অমস্থুং লাই মাগী মাগীনি, অমনা অমদা খুং থিংজিনগদবা নত্তে। নত্তেদা নত্তে, স্থকয়া য়াদে। য়ানিংদবা, উইশিত্তবা মপুক্তা অমস্থুং মাখোয় মশেলদা থমজরবদি ফৈ অতু নত্তনা থৌশাদবা উংপা, ফৈরেং তুরেং হায়জিন্দুনা মীগী মমিত্তা করিস্থ লৈতনা উংপা ভারত সংবিধান (Indian Constitution) না য়াদে থংনা থংনা সংবিধানবু থওয় উংশিত্তনা শিংনবগী অচৌবা মরাল গ্রন্থকারদা লৈরে হায়বদা করিমতা লানগনি নিংদ্রে। অরুবা অমনা অমুক গ্রন্থকার ভূষণ ‘অধিকারি’ কৌহুনা শ্রীগোবিন্দ থৌগল তৌরুরে=মতম শরদং ওইরবস্থ শ্রীগোবিন্দ থৌগল হাকথেংননা ফংলুরে। মৈতৈগী সমাজদা লৈনরকইবগী মতুং ইন্না য়াবরা য়াদবরা ইথন থল্লুদনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা য়াবিরম্মে। অসিমত্তদা বৈষ্ণব

ধর্ম্মবু অসিয়ৌনা থিনা তৌরবা, শ্রীগোবিন্দ ( শ্রীগোবিন্দসু কৃষ্ণনি, গ্রন্থকারস্সু য়াগনি নিংই ) বু তাথি তাওইননা তৌরবা, ভগবত ধর্ম্মবু পামজ্রবা, অপাম্বা অতোপ্পা ধর্ম্মগী মায়কৈদা ওনশিল্লে উরব। গ্রন্থকারনা করম্না শ্রীগোবিন্দ থোগল তৌকম থোকপগে ? লাপথোকখিনবগী ফীবম তা-নবা শ্রীগোবিন্দনা অতুম শিল্লকপনি, শ্রীগোবিন্দগী ব্রহ্মসভাগী আচার্য্য গুরু অমসুং রাজপুরোহিতনা গ্রন্থকারগী মোংপু পামথবসু শ্রীগোবিন্দগী সেবা পাম্থিবিবা রতনশিংনা। গ্রন্থকাবনা শ্রীগোবিন্দগী, ঐথোয়গী ধর্ম্মগী পবমেশ্বব শ্রীগোবিন্দগী, শ্রীমতী রাসেশ্ববীগী মরমদা হাম্নবা যাদবা হায়হৈদবা ঙাক্তা তায়রিবা তুনিম্না থংশিন্নদনা ভাবোক ওইগদব, নত্তে। ঐথোয়গী ধর্ম্ম ঙাকনবা ব্রহ্মসভা লৈবনি—কাউথোকপা চুমদে। হেক লোইশিনবা যাদবা মতেক অমসু লৈরি।

মথংদা গ্রন্থকারনা চথরকই—"দ্বাপুর যুগতা প্রেম ভক্তিগী মশক ওইনা তাইবংপানবগী জীববু লানথৌনবা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী বসবু মপুং ফাহনলি"। মতেক অসিনা অমুক গ্রন্থকারনা অমুকসু হন্না তাক্লি—রাধা কৃষ্ণ অতিংকোক মকনা শেম্বনি, অমম্বা, অশিবা, সনামহিগী লাংওন দ্বাপরদা কৃষ্ণনা ওইবনি, ইংথৈবেলগী লাংওননা দ্বাপরদা রাধানি। মাথোয় অনি অসিবু প্রেম ভক্তিনা তাইবং পানবা লানবিনবা দ্বাপর যুগতা মাথোয় অনিগী রসবু মপুং 'ফাহনলি' কনানা 'ফাহনলি'? অতিংকোক মকনা—অসিনি গ্রন্থকাবনা কৃষ্ণ অবতারগী রা ঐথোবদা য়েম্লোক্লকইবা। মাগোন্দদি 'বীজ'গী অর্থ হন্দোকপা 'মন্ত্র'না খাইদগী চাওবা লাইনি। মাহাক্না ঐথোয়গীদমক শেম্থিরিবা রাধা কৃষ্ণগী তত্ত্ব থোজেল রাংনা লাউরিবসি ঐথোয় অসুম তাকম থোক্তে। প্রেম ভক্তিনা তাইবং পানবা লানবিনবা থবক রথং কৃষ্ণনা তৌবম্বগী রা ঐথোয়দি

ভাদ্রি। অসিমসু অতিংকোক মরম্না পুথোকপা ওইরিগদ্রা? নত্রগা চৈতন্যপ্রভুগা মাপ্পনবা লাইই শেমগত্রিদ্রুনা তৌবরা? নত্রগা গ্রন্থকারনা 'গৌরধর্ম্ম' কৌব। অদুগী লাই ওইরবোই শিংদুনা শেমনিংদ্রবরা? শেমজিংত্রদুনা থাথা কৃষ্ণদা ইনশিল্লিবরা? গ্রন্থকারগী লাইহরিক অসিগী থাইদগী চাউবা লাইমরম্না। গ্রন্থকারদা চানবিবথা মতমদা ঐথোয়সু থংবা ৰংগনি আশা তৌবি। ব্রহ্মসভাদদি মথক্তা হায়রজগে। শ্রীগোবিন্দজি টেম্পল বোর্ডসু য নশিল্লকইবা থাজয়াম অসি উবিদন। লৈরবদি তুমিন্না লৈথোক্লবদি সেবা অপরাধ লক্লগনি।

মথংদা সখী নিপানগী ফিজোল মচু লাইহরিক অসিদা পীবগা উজ্জ্বলনী লমনি কিরণঃ গ। চানদবশিং মথাদা উৎলি—

### চানদবা:—

৩। চম্পকলতা সখী নীলবসনা অমুবা ফিজোল।

(নাপু চংবা অঙৌবা মচু—গ্রঃ)

৪। চিত্রা ... নীল বসনা অমুবা ফিজোল।

(নাপু মচু—গ্রঃ)

৭। রঙ্গদেবী } — রক্তবস্ত্রা অঙাংবা ফি।
৮। সুদেবী } (লৈ অরাওবা মচু- গ্রঃ)

যাগুরমদবা—

১। শ্যামলা ... রক্তবস্ত্রা ... অঙাংবা ফি।

২। ভদ্রা · চিত্রবসনা · অরাংবা ফি।

৩। চন্দ্রাবলী ·· নীলবসনা অশংবা ফি।

—মাহাক্তী সখী অনি।

৪। পদ্মা } ... রক্তবস্ত্রা অঙাংবা ফি।
৫। শব্যা }

চান্নবা :—

১। ললিতাসখী—য়াহোংমতু মচু।

২। বিশাখাসখী—থরাম্মিচাক্তৌনা লংবা মচু।

৫। তুঙ্গবিদ্যাসখী—অঙৌবা মচুগী ফিজোল।

৬। ইন্দুরেখা—অঙাংবা মচু।

[ মথক্কী অর্থশিং পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু বিদ্যারত্ননা হনবা অর্থদগীনি। ৩৪৭৮ গী মথাদা ব্রেকেট মনুংদা ইরিবনা গ্রন্থকারগীনি। ]

---

## তরামন্নিশুবা মতাং
# থবক্কী মতুংইনবা ফিজোল

মীওইবগী ফিজোল ভাবরস ঋতু অমসুং থবক্কী মতু ইগুং শেম্মী অমসুং শেৎলি হায়না ব্যাখ্যা তৌদুনা তাকপা মতাং অনিদা য়ানিংদবা, চুমদবসু য়াওরি। পুলিস ওইরগা থাগী হেক্তা শেংকদবা নত্তে। ঐখোয়গী লৈবাক্কী অসি ওইসি লেপ্পবা ফি মচুনা অমসুং ফিনা লৈপাক অতুগী ওই। ঐখোয়গী লৈপাক্তা থাকি ওইবা অসিগুম্বা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ওইদে। ভকশম ফাবা কোট (Coat) অমুবা খোংগ্রাও অমুবগা কোন্নবা শেৎপা লমসু লৈ। অসিগুম্বা খোং লাম্মী উনা মচু (olive green) গী ফি শেত্তবা লাম্মী অতৈ লৈপাক্কী য়াম্না লৈ। নোংথক্কী লাম্মী অমুবা ভারত্তসু শেৎতে। গ্রন্থকারনা উরিবা পোষাক লানগী নত্তবা অপাইবী

থৌবশিংগীনি। মথক্তা লৈবদা অমুধা ওইনা উনবা ফি অমুবা শেৎপা তারবদা অপাইবী অতুদি মুহন্দবা করিগীনো? খন্থবা কৈ। মাখোয়স্থ ওলাংথাদদি অঙৌবা শেত্তুনস্থ থৌই। ঈশিং লাম্মীস্থ গ্রন্থকারনা খংবগুম নিমমচু অন্নাওবা ( Navy blue ) তা শেত্তে; অঙৌবস্থ শেৎলি। লান্দা অপাইবী থৌবা মী অতুতা কাপথুগে তান্নবা নত্তে মানা থৌরিবা অতুবু তান্নবনি। অতুনা মনুংদা লৈবা ফি মচুগা করিস্থ মরি লৈনদে। মথাদগী নোংমৈ কাপ্লকপা কাংবু মথক্কী অথৌবা মী মশক উনিংঙাই উপায় লৈতে। অতুদগী লান্দা জহাজ মথক্তা পরিংদা শেন্থাং তোংতুমা অহাংবা শকক্ত জহাজ লাম্মী ময়াম য়েক্লবনা উনবা উংতে। মনুংদা মাগী মাগী মথৌদা লেংদনা লৈনবা ঙাক্তনি। অতুনা ফি মচুনা কান্নবা মাংবা পীদে। অককুৎবা ফিজোল বল্লগা শেৎপগী ব্রাদনি। ঐখোয় অসিব্রাইদা খরা উবনা পৃথিবী পুন্নমক্তা তৌরবনি খন্দুনা পংহায় হায়জবনি। খংদবদি অস্তুম তৌবা হৌনৈ।

"মীতৈদা ধর্ম্মগী মরমদা অন্নাবা তাববা মতমদা অঙৌবা ফিজোল অঙৌবদা মচু খন্না মকপা ফিজোল শিজিন্নৈ"— লাইরিক্লা হায়বনি; য়েংসি। মাসিমস্থ মতৌ মান্নবা শ্রাদ্ধদা, অস্থিসঞ্চয়গুম্বা অন্না অনাগা মরি লৈনবা খরদা শেংলি হাযতুনা হায়জিনবনি। গ্রন্থকার ভূষণ 'অধিকারি' না শ্রীগোবিন্দ থৌগল ফংবদা বেশ থোনবগী চংপদা অমস্থং থোনবা মতমদা অঙৌবা ফিজোল শেৎপা করম্থা অন্নাবা উংপনো? অসিগুম্বা ফিজোলনা শ্রীগোবিন্দ থৌগল কংবা অন্নাবা উংপা অমা ওইবগী কাংবু মরক্তা ঐখোয়দি য়াওবা ডমজরোই, ঐখোয়বু হাপচিনবিগনু। অঙৌবা ফি মৈতৈ হিন্দুশিংগীদি অন্নাবা তারগা অন্নাবা উংনবা শেংনবা ফি মচু নত্তে। ধর্ম্মগা সমাজগা য়াম্না মরি লৈনবা থবক্কী মতমদা শেত্তবা য়াদবা

ওইনা শিজিন্নে। শ্রাদ্ধগী মতমদা মরি নক্লনা লৈবা কাংবুনা শেম্বা য়াদ্রবগুম (ব্রাহ্মণ অশোনবা, সংকীর্ত্তননঙ্গিংবগী মীশিংস্থু য়াওরবনি) লুহোংবগা মরি লৈনবনস্থু লুহোংবদা শেংলি। লুহোংবদি অরাবা উৎপা নত্তে। অস্থুম্না তাবোকীস্থু অয়াম্বা অঙোবনি। শ্রীরাধা গোবিন্দগী সেবা, বিষ্ণুগী নিংথৌগী সমাজগা মরি লৈনবা লান্থবদি অঙোবা থোংলি। মপা শিরে মমা শিরে হায়দুনা ফি অঙোবা অমোংপা শেত্নুনা অচাওবা মান্না কনাস্থু চৎতে। শ্রদ্ধা থাও পায়বা মুপা একতারি অঙাংবা তোয়না শিজিন্নে। অদুনা অঙোবা ফি শেংলগা অরাবা উত্তে। অদুবদি সমাজগা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা মফমদা মৈতৈগী ওইবস্থু অঙোবা জাতিগী ফিজোল ( National dress ) নি। অশি অনা থোকইবা ইমুংনা য়াম্না ঙোবা ফি শেত্তবদি অরাবা উৎপা নত্তে অকেবা উত্তবনি। অহল্লমম লৈতবা ওইরবদি থোংউপ থুরুম, অরাংবা ফমকম শিজিন্নদবা মতমদা কনানা অকেবা ফিজোল শেত্নুনা চৎকনি। শিবা অরাবনি অরাবা মতমদা কনাস্থু কেরোই। অতোপ্পা জাতিগীস্থু গেরুয়া অমস্থুং অমুবনা চৎনবী ওইনা অরাবা তারবা মতমদা শেংলি হায়না গ্রন্থকারনা হায়রিবা জাতি পুন্নমক্কী নত্তে। থেংনক্লবা থরনা পুন্নমক্কী ওইবা য়াদে।

গ্রন্থকারগী পাণ্ডিত্যগী থাক ঐথোয়না য়োবা ভমদনুনা ভাব তানা থংবা ভমদবা মতাং হেক হেক য়াওরকই। "মীতৈগী লাইনিংগা অতোপ্পা জাটিগী ( জাতিগী ) লাইনিংগা থরা থেন্নবা লৈ" [ ব্রেকেট ঐগীনি ] হায়রিবা অসিদা অতৈ লাইনিংশিংনা করম করম তৌদুনা 'মীতৈ লাইনিং' গী অস্থুম অস্থুম তৌবগা অসি অসি থেন্নে হায়না মচা তানা থাইদোকপিরম্লবদি ঐথোয়গীস্থু পুক্নিং তোৎশিং ওইজগদবনি। মথাদা "হিন্দু লাইনিংগা মীতৈ লাইনিংগদি

খরা নকশল্লে। মতাং অসিদা কুপনবা খনবদা নিরাক শাকারগী থেনবা অছু খর চংঙি" ইরিবসিদা 'হিন্দু লাইনিংগা' 'মীতৈ লাইনিংগদি" নৈল্লে হায়বা পুশিল্লক্লগা মৈতৈ ধর্ম্ম করিমো তাক্লবা হোৎনরি। ইশম শম্বদা গ্রন্থকারগী লোল অসিনা তাকপদি মৈতৈ হিন্দু নত্তে হায়রবনি। 'হিন্দুগী লাইনিং' হায়রব। অমা 'মীতৈগী লাইনিং' হায়বা অমা অনি থোক্লগনিনা অনি অসি অমতা নত্তে অমস্যুং গ্রন্থকার 'মীতৈ লাইনিং' পান্নহ্না চংলে অমস্যুং শেল তানবগীদমক মায়কুম অপাবা অমভনা শ্রীগোবিন্দ থোগললনচিংবা ওনজাংননা য়াম্নিবমৈশে তৌবা য়ানবা কুম্নদা মত্তাইবম্মে পুমশেং শেংলে হায়রবা ওমরোক্ত। মৈতৈ পুন্নমক হিন্দু—ওইত্রে মৈতৈ ধর্ম্ম চংলে তাকপা লাক্লরিবনি পুন্নাল লাল্লে। ঐ ইশামক হিন্দুনি। "রাসেশ্বরী মদনমোহনজি ইমুমক্তদা সেবা কংজরি। ইপা ইপুশিংনা মণিপুরদা থুন্দাবা ল্যাকপাদা লোইনরকপা ধর্ম্ম হিন্দু ধর্ম্মনি। গ্রন্থকারগী অহল্লম্মন পুরেন নাককপদগী য়াম্না হান্না লাকপা কাংবু অছুগী হিন্দু ধর্ম্ম হৌজিকস্যু মণিপুরদা নিংথিনা লৈরি। অনৌবা রাথলশিংগা লোইননা মাহাক্লা শেল তান্নবগীদমক— "হিন্দুগী লাইনিং" মান্না থোগল কংলম্বা বিগ্রহ হিন্দু ধর্ম্মগী শুমেরুনি। গ্রন্থকার অমস্যুং গ্রন্থকারগুম্বা খরনা লাংবনা হিন্দু ধর্ম্ম মুথৎপা য়ারোই। ঐথোয়না চিংনবা হায়রবু চাত্রিং অমনা কীর্ত্তণ অমা মাংথোকত্রা অসিভনি। অছুদা 'হিন্দুগী লাইনিংগা' 'মীতৈগী লাইনিংগা' খরা নকশিল্লৈ হায়রিবা পুন্নালমক্তি লানবা নত্তে। হিন্দুগী পূজা পদ্ধতি, পুরোহিত দর্পণ, গোস্বামী গ্রন্থ-নচিংবদগী ভাব অমসু মূল হন্দোক্লগা (অনুবাদ তৌরগা) ঘটকী মত্তা ঈশাম্মফু লাংপা, হিন্দুগী (মৈতৈগী) সংকীর্ত্তণগী মপোং মচৈনা (সুরকাওবা য়াওরবনি) সংকীর্ত্তণ মতৌ তম্বা, শ্রাদ্ধ শোনবা লুহোংবা শোনবনচিংবা তৌবনিনা মশানা অছুম নরুবনি। অস্যুম

তৌহন্না 'মীতৈ লাইনিং' গী মপোৎ মচৈ লাংথৎপা নত্রবদি করম্বা পুয়াদা কনাগী মতমদা, করি লাইন। তাকুনা, হিন্দু লাইরিকুগী লৌথোক্কবা মওং মতৌ য়াওরিবগে? লৈরবদি শোয়দন। পল্লমফম থোকপনি। চাংদম্মদনা পোৎকী মগুন মশক থংবা ঙমদে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু অনুবাদ ধর্ম্ম চৎপা ঐথোয়দি ঙমজরোই।

লাইনিং অনি নক্কবগী ব্রা থন্নদনা তোকপা য়ানবা 'নিরাক শাকার' গী থেন্নবা অতু থরা চংঙি হায়রগা তেনশিনখ্রে। 'নিরাক শাকার' ব্রাহে অনি অসি উবদা ফোংদোক্কনা তোকপা ঙমদ্রবা ব্রাথল অম। লৈরে। হায়ববুদি লাইরিক নম্বদা বানান লানবিরকপনি হায়রকপা য়াই। অতুদা লাইরিক অসিদা উরিবা সংস্কৃত শব্দগী বানানশিং উবদা ছাপা তৌব। কাংবুদা দোষ লোইনা পীবা য়াগনি নিংদে। অস্নুক থিনা লানথ্রবা ময়াম লাইরিক নম্বিবনা লানবিবা ওইরবদি ময়াম অসিগী চুমথোকপা লামায় য়াওবা চুম্বনি। অতুসু য়াওদে। অতুগী মথক্তা নম্বা মতমদা চুমথোকপা ছাপা নম্বা কাংবুদগী দায়ীনি হায়বসু কনাসু য়ারোই। লাইরিক অসিদা লৈরম্ব। লোল হায়ফম থোকপা মপুনা লাল্লি হায়দবনিনা, অসিদা অস্নুম নৈনসি। হন্দক 'নিরাক শাকার' য়াওরম্মিবা মরোল অসি তাদি তাব্রবা মুন্নদি থংদবা ব্রাহেশিং বিদ্যা উৎনবগী অমসুং অরুবা ব্রাহে অমা হায়জিল্লগা কিনবা শিজিন্নবা মাল্লি। অসিগুম্বা মওংনদি মী কিহনবা য়ারোই 'মনিং মমাং হোত্রোং হো' গী মওং তাগদবদনি। মাসি করি করিবু হায়বনো ফাওবা থংঙমগনি থাজদে-বানান মতা অসিনা হায়বনি। 'নিরাকার সাকার' হায়বনি।

নিরাকার = মওং (মশক) য়াওদবা, সাকার = মওং (মশক) য়াওবা ভগবানগী পরমেশ্বরগী মওং অনিবু হায়বনি। নিরাকার সাকার করম্মা ওইবগে শাস্ত্রগী ব্রা য়েংসি—

আসীদিদং তমোভূতং অপ্রজ্ঞাতং অলক্ষনং।
অপ্রত্যর্ক্যং অবিজ্ঞেয়ং প্রসুপ্তমিব সর্ব্বতঃ ॥ —মনু সংহিতা।

বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড শেমগ্রিবৈগী মমাংদা ব্রহ্মগী ফীবমদি বুদ্ধিনা, জ্ঞাননা ভাবনা রাখলনা, খুদমন', চিহ্ননা ( অউংপনা, মওংনা ) লাম্বা ফংদে অমসুং লোলগী পুক্লিংগী মপান্দনি।

মৈ অমদগী মৈ লাকই। চুখংত্রিবা মৈনমদা মৈবুলগী ফোং-দোক্তবা মওালনা মনুংদা লৈ, চুখংলুরগদি মঙাল ফোংদোক্লকই, অদুগুম্মদুনা ব্রহ্মনা ফোংদোক্তবনি, ঈশ্বরনা ফোংদোক্লবনি। মৈনমদা ফোংদোক্তনা লৈবা মঙাল্লা ফোংদোক্লক্লগা মঙাল ওইনা ঙাল্লকই অদুগুম্না ব্রহ্মাদি লেংদবা ওইনা লৈ মাংডোন্দগী ঈশ্বর ওই। সৃষ্টিগী মপান্দা ফীবম অদুবু নির্গুণ-গুণ য়াওদবা হায়নৈ। অসিগুম্বা নির্গুণ, নিরাকার পুক্লিংগী, রাখলগী মপান্দা লৈবা ব্রহ্মনা সৃষ্টি তৌনিংলক্লবা ( সিসৃক্ষু ) মতম অদুদা মশক নাইরকই ( সাকার ) অমসুং গুণ য়াওবা ( সগুণ ) ওইবকই। অদুনা অনিংবদগী গুণ লাক্লে অমসুং লৈরম্বা ফীবম অদুদগী মশক ( মওং ) লাক্লে। ঈশ্বরগী ফীবম্না অসুম্না ওইরকপনি। অমা ওইনা অমুক হায়রগা সৃষ্টিগী রাংমদা নির্গুণ, নিরাকার ওইনা ( মগুণ য়াওদনা মশক নাইদনা ) লৈরম্বা, সৃষ্টি তৌনিংরগী অনিংবা অদু হেক লাকপদা মাহাকমক সগুন, সাকার ( গুণ য়াওবা, মশক নাইবা ) ওইরে। অদুমক্তদসু ব্রহ্মাদি লেংদনা লৈ। মরমদি মাহাক্তি নিত্যনি লেংদবনি। অবসু, অসিগী য়া অনি ভাবনতা থংবনি। অদুগা নির্গুণনা সগুণ ওইবুসিসু ভাবনা থংবনি। অসুম্না ঈশ্বরসু সগুণ ওইরবনিনা গুণগী খুপ্রফম হুকচাংদা চংলে। মরম অসিনা অনিংবগী হৌরকফম্না নিংবদা সৃষ্টি অমসুং শেম্লবা ব্রহ্মাণ্ডগীদমক নির্গুণ ওইদুনসু সগুণ ওইরে। নিরাকার ওইনা ওইনা সাকার

ওইরে। ঐগী অসিসু হৈমনবা ওইনা থোক্লগদ্রা? নৈনরিবা লাইরিক্কী 'নিরাক শাকার' না মফম খংদনা থম্লগদ্রা নিংতুনা খরা শাংদোকপ্রে।

সাকার নিরাকারগী খেন্নবনা লাইনিং অনি অসিগী হায়বদি 'ইন্দু লাইনিংগা' অমসুং 'মীতৈ লাইনিংগা নক্লবা করমনা উংক-দৌরিবনো অতুমদি তাকথোকত্রবনিনা গ্রন্থকারগী মোংতি খংনবা উপায় লৈত্রে। উংনিংঙাই লৈরমদবসু য়াই। লৈরমগনিসু নিংদে। করিগুম্বা লৈতুনা উংলম্লগদি নৈনবদা খরা মুংঙাইগদবনি। সুপ্নমদা লোইশিনখিবা অসিনা ঐখোয়দা চিংনবা হেন্না পীই। গ্রন্থকারনা মফম খংদনা তোকখ্রবসু ঐখোয়দি অখংবা শাতুনা ভাবনা লাম্বা লাক্লসি। ব্রহ্মগী য়া খরা মথক্তা নৈনখ্রে। অতিংকোক মরূ ব্রহ্ম মানত্রা, ওইবা য়াত্রা য়েংসি। তিংকাংকোকতা ফমতুনা লৈবগী অতিংকোক কৌই হায়বা লাইরিক অসিগী অহৌবমক্তুদা য়াওখ্রে। তিংকাংকোক্তা লৈবগী ব্রহ্ম ওইতুনা মাহাক্লা লাইশিং রাধা কৃষ্ণ ফাওবা শেম্বগী য়া গ্রন্থকারনা ১৩শুবা মতাংদা হায়খ্রে। ব্রহ্মনা ঈশ্বর ওইরকপ্নি ব্রহ্ম মশক পন্দে মওং লৈতে অতিংকোক্তি মশক নাই, মওং লৈ মরমদি মাবু গ্রন্থকারনা 'অহাংবদা ফমতুনা লৈবা' হায় অতুনা নিরাকার ওইবা য়াদে। নির্গুণ নিরাকারনা হায়বদি গুণ য়াওদবা মশক মওং নায়দবনা ফম্বা য়াফম থোক্তে। ফম্মী হায়রিবনিনা সগুণ, সাকার—গুণ য়াওবা, মশক মওং লৈবা ওইগদবনি। মথাদা চপ্থরকইবা অসিনা মশক নাইবা সাকারগী ভাবনি—অতুনা মীতৈ লাইনিংগী নিরাকার লৈত্রে। অতুনা থাক অমদি লাইনিং অসিগী য়াংলে। নিরাকার ব্রহ্মদি ভাবনা লাম্বা ফংদবনি—অতিংকোক্তি মুন্না খংবা ওইনা ইরি। মরূনা বীজগী অর্থনি। ঔগী অর্থগী শরুক খরনি। মাসি মথক্তা ফনা শাংনা নৈনখ্রে।

মথং কলি মমাংগী নিংথৌরোলগী ফিজোল থনম্লগা কলি চংলকপদা পানথা নোংদা লাইরেন পাখংবগী লাংঙন্দগী মতেক মতেক লৌতুনা ইবা মৈতৈগী ফিজোলগী রা ঐখোয় তাবা ফংলগানি। লাইরিক অসিনা অসিমসু পল্লি খণ্ডপ্রলয়দদি পুম্নমক মাংদবনিনা যুগ যুগকী থোকপা খণ্ডপ্রলয়না মথক মথক্তা শিজিন্নখিবা ফিজেং চাকচা মাংহন্দে, ইশম শম্নহৌই। মতাং অসি য়েংসি। ফি শেত্তবা মতম গ্রন্থকারনা উংপা মথক্ত। ঐখোয় থেংনম্লে। ঐখোয়গী থোকপসু হায়খ্রে। পাখংবগী ফিজোল অয়েকপা স্বাওনা ঐখোয় উখ্রে অতুসু থন্নখ্রে। তন্নামাখোই শুবা মতাংদা গ্রন্থকারনা পীবা ফিজোল ৫ ত্রেতাদা পুথোক্তুনা শিজিন্নে হান্নবসু থেংনখ্রে ঐখোয়গী রাসু য়াওখ্রে। ত্রেতাগী মতুংদা দ্বাপরনি, দ্বাপরগী মতুংদা কলি (লাংনচক) নি। যুগশিং ওল্লকপদা খণ্ডপ্রলয়তনি থোক্লিবা অতুনা ফিজেং চাকচা শম্নবা অতুম লৈহৌই—গ্রন্থকারমক্তা হায়রিবনি। মওং অসিদা মৈতৈনা ফিশেংলমদবা, পাখংবনা ফি মচেং অম্বা ফাওবা শেংল্লি শেংতে খংদবা ফিজোল অতু করম্ন লাকপনো? ত্রেতাদা পুথোকখিবা দ্বাপরদসু শেংনরবা 'রাজবেস' পাখংবসু শেংহন্দবা করম্বা মরালগী গ্রন্থকারনা পাখংবদা পীরিবা চৈরাকনো, ঐখোয়গী বুদ্ধিনদি লাম্বা ফংদ্রে। ঙাহাক ঙাহাকী রারি সুংঙাইনবা ভীম কলহনবা ওইবা তাই। মথক মথা মরি লৈ লৈতে থন্দবা, ইনিংবদা পংই ইশিনবা অসিনা মণিপুর ইতিহাসপু মাংহন্নবা নত্তনা করিসু ওইনিংঙাই লৈতে।

অহাঙবা মতাং

# মোংদা লাইরেন পাখংবা লাকপা মতম

## ( থমনুং ইঙাল লৈশেম্বা পুয়া )

মতাং অসি "লাংবচক ( কলি ) হৌবদা মৈদিংঙু পাখংবনা মোংদা লাইরেন পাখংবা মিংথোল লৌহনা লৈবাক ঙাকপা হৌই" হায়না হৌরি। স্বর তংফাম্রিদৈদা অমুক "মীতৈ লৈবাক্তা নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবা মতম অসি লাংবচক ( কলি ) কুমশিং ( ৩১০৮ ) দা নিংথৌ ওইনা পাল্লি" হায়না চথরক্নি। চৈথারোল কুম্বাবনা "কলিগী কুমশিং ৩১৫৫ শুবদা মৈদিংঙু পাখংবা নিংথৌ ওইরে" হায়না হৈরি। গ্রন্থকারনা ৩১০৮ হায়বা চহি অসি কদায়দগী লৌবনো তাক্তে। থাজবা য়াবা, মীনা লৌনবা, লৌনবা য়াবা মফমদগী নত্তনা অমা পুথোক্তুনা। কুরিং থাওদগী লৌথোক্তুনা হায়রগা অচুম্বনি লৌবা য়াদে। কুম্বাবনা লাইরিক অসিগী মরু ওইবা পুয়া অমা ওইহন্নি। অতুমক্কুদসু কুম্বাবগী চহি ৩১৫৫ ভোকথোক্তুনা ৩১০৮ অনৌবা অমা পুথোক্লকপা কদোমদগী পুথোক্লকখিবনো থংহন্দে। অদুনা থাজবা য়াবা মাফম নত্তে। অদুবু গ্রন্থকারগী চহি মরল্লাইগী খুৎশেম, অশেম্বা মাল্লবা অসিদা মৈলহুনা অয়ানবা অসিবু অচুম্বা ঙাহাক ওইহল্লবসু লাল্লি উৎপা য়াগনি। লাংবচক ( কলি ) কুমশিং ৩১০৮ ( গ্রন্থকারগী চহি ) শুবদা হায়বগা 'লাংবচক হৌবদা' গা চহি ৩১০৮ থেন্নৈ। পাখংবনা নিংথৌ ওইবা মতম অনিসি গ্রন্থকারগী মোৎ অনিগী মতুং ইন্না চহি ৩১০৮ থেম্নরে। পাখংবা অনি নত্রবদি য়াম্না থিনা লাল্লে তাকলে। পাখংবনা নিংথৌ ওইবা কুম্বাবগী মতুংইন্না খৃষ্টাব্দ ৩৩ নি। অসোমদা অমুক পারগনা পাখংবা অমনা খৃষ্টাব্দ ৩৩ দা অমনা খৃষ্টগী

মমাং ৩০৭৫ (৩১০৮-৩৩) দা পানবা ত রে। পাখংবা অনিশুবগী ৱাদি য়াওখিদে। নত্রগা অমনা মরুমদগী থোরকই হায়বত্তু ওইহল্লবা, অমনা লাংওন ওইহল্লবদি খরা অমূক মাল্লবা হায়জিনবা য়াগনি। লৈপাক্লা লৌনরিবদি কুম্বাবগী চহিনি। গ্রন্থকারগী চহি অসিদি কাউথোক্লবস্থু করিমত্তা কায়রোই। কাউস্থ কাউথোক্কদবনি। কুম্বাবগী চহি অসিস্থু অচুম্বনি উৎনবা মতিক চাবা প্রমাণ লৈত্রি।

হায়বা য়াবা অমনা 'লৈবাক ঙাকপা' হৌবনা 'লাংবচক হৌবদা' নিংথৌ ওইবনা 'লাংবচক কুমশিং' ৩১০৮ দনি থল্লতুনা য়েংসি। লৈপাক ঙাকপগা নিংথৌ ওইবগা অমমম্লি থবক তিন্নদে হায়না নৈনরিবা মতেক অসিগীদমক লৌসি। গুরু অহল ওইরে হায়বগী ৱা মথক্তা য়াওখ্রে। শোল্লতুনা থবক পুহনবনি হায়নিংঙাই অমা লৈরি। অতুদস্থু চহি ৩০৭৫ নিংথৌ নত্তুনা ওইদনা গুরু লৈনা লৈনা নিংথৌগী থবক পুনিংঙাই মরম লৈতে। পুবা য়াবগী ৱাফম য়াওখিদে। গুরুনা মচিন মনাও লমজেল তান্নহনখিবা নিংথৌ খুবম শিন্নবগীনি। মশা য়াওদ্রিবৈভদা তৌরম্বা ফাওবা হল্লকলগা পৃথিবী মথকমখা ওনগে, গুরুবু ৱারক্কে তৌখিবা সনামহিগী মমাংদা চহি ৩০৭৫ পাখংববু লৈপাক ঙাকহনবা ওইথোক্লিংঙাই শুকলৈ লৈতে। অহোবা অসি মেনশিনবা য়ারোইদৌরি। কুম্বাবগী কলিগী চহিনবু চুমশিন্না ফুরিৎথাওদগী লিথোক্লকপা কলিগী চাই মশিং অসিনবু চুমশিরা! ঐখোয়দি লেপফম খংদ্রে। মরূনা খংগদবা মঙাইরে।

মথংদা মৈতৈ পোম্বরৈ লমদমগী মিংয়াম থোনবা অসিমস্থু ফনা ফুংঙাইগদৌরি। লাইরিক অসিনা পীরিবা মমিং মঙা অসিদগী গ্রন্থকারগী ইতিহাস অমস্থং ভূগোলগী জ্ঞান ঐখোয়না খরত

ওইরবস্থু ফংগনি নিংঙ্ই। পাখংবনা পানখি হায়রিবা লৈপাক অসিগী মমিং ১। কংলৈপুং ২। মীত্রবাক ৩। মেখলে ৪। মণিপুর ৫। ইম্ফাল হায়না মমিং মথং মথং ওন্নকই উত্তুনা য়াম্না জ্ঞান তানা লাইরিক অসিনা হিরি। মাখোয়শিংগী মরমদা মথাদা ঐখোয়না নৈনরি—

১। কংলৈপুং—গ্রন্থকারনা অহুমশুবা মতাংদা লাইরেম্বা লাইরেম্বীনা ঈশিং ঙাক্তা ঙায়বা মরক্তা কংনা তোংঙান্না তোংনা লৈবা মফম মাখোয়গী অহানবা খোংদাফম ওইখিবা মফম অহুবু "কংলৈপুং থোল্লে" হায়খ্রে। অহুনা মাহাক্কী অসিস্থু অচৌবা অপাকপা লম নত্তে খোংদাফমদনি। ঐখোয়স্থু য়েংসি—। ৱাহৈ অসি য়াম্না লিরবা লোল মান্দে। অকংবা + লৈপুং = কংলৈপুং, কংলৈ = কংলাগী লৈপুং = কংলৈপুং ওইনা খাইদোকপা য়াই। সনাগী পুল = সনাবুলগুম্বনি। কংলৈপুংনা শমজিল্লগা কংলৈ = কংলা তারকপস্থু ওইগনি। কংলা কাবা য়াম্না শিজিন্নবা লোলনি। কোন্নুংতদা কংলা লৈগনি। মোইরাংগীস্থু কংলা লৈরম্মী। কংলা লৈপুং অতোংবা, ঈশিং থুমদবা মফমদা লৈ। অস্থুন্না কংলা অমস্থুং কংলৈপুং কোন্নুংগা মান্নবা ওইনা খংনরকই। অমুক্কস্থু য়েংসি— কংলৈপুংদা কোন্নুং শাই, কোন্নুংদা কংলা, কংলৈ লৈ। অহুনদি কংলা করি ওইগনি? মণিপুরগী নিংথৌগী কোন্নুং তুরেল মপান্দা ঈশিং থুমদবা অতোংবা (লৈপুং) দা শাই। অকংবা লৈপুং ওইরবস্থু কংলৈ = কংলাগী লৈপুং ওইরবস্থু লৈপুং অসিদি ঈশিং থুমদবা অরাংবা মফমনি। পুংনা অথোনবনি, লৈপুংনা মশানা লৈজরক্লবনি। তুরেল মপান্দা ঈশিং থুমদবা অকংবা লৈপুং অচৌবদা কোন্নুং মফম মৈতৈ নিংথৌশিংনা ওইরম্মী। তুরেল মপান্দা শাবনা ঈশিং তাঙবগী অরাবা লৈহন্দে, য়েক্লবগী মথুক্তগীস্থু মাইকৈ অমদি কল্লে

লৌই। মৈতৈ কোন্নুং অমনবা ইম্ফাল তুরেল মপালগী অনেম্বদা লৈবা অয়াংবদা শাই। কেক্রুপাৎ, নাপংখোংনা কায়রবসু কংলা কোন্নুং থুমদে। ল্যাংথবান কোন্নুং ইরিল, তুরেল অচৌবা (ইম্ফাল তুরেল) অমন্নুং নম্বুল তুরেলগী মপান্দনি। তুরেন অহুম্মক্তা কায়-শিল্লকুবসু থুম্বা কংলৈপুং নত্তে। সঙাইথেন কোন্নুং অতোংবা অচৌবা লৈপুংনি (লৈপুং অনি-শুই)। রায়খুরোক, হৈবিরোকী ঈশিংনা অকায়বা পীবা ঙমদে। অম্মাংদোং কোন্নুং থোংজাওরোক মপান্দনি। কংলৈপুং অসিসু ঈশিংদগী কিনিংঙাই লৈতে। কোন্নুং অসিগী মথাদা থোংজাওরোকীসু মখা থংবদা লৈরিবা বিষ্ণু মন্দিরসু কংলৈপুংদনি। অছুনা কংলৈপুং মণিপুরগী মন্নুংদনি। মণিপুর কোন্নুং শাফম্নি, কংলাগী মফম্নি। অঙোমগী কোন্নুং, খুমনগী কোন্নুং, মোইরাংগী কোন্নুং মনিং মখা তম্বা লৈপাক অমমম ওইনা লৈরম্বা ঙাক্তনি। কংলৈপুংনা মণিপুর ওইহল্লবদি হায়রিবা লমশিং কংলৈপুংগী মন্নুং চল্লমদ্রে। অদুগা মণিপুরদি পূম্নমক অসিবু কোল্লি—মণিপুর পোইরৈ লৈপাক্কি কংলৈপুং পোইরৈবদি নত্তে। অছুনা কংলৈপুংনা চীংতম পূম্নমক কোন্দুনা মণিপুবমুক চাউবা য়াদে।

'পোইরৈতোন খুম্বোকপা' দসু কংলৈ মশক থংবা য়াবা রা য়াওরি। লাইরিক অসিনা কংলৈ করিগুম্বা মফম অমগী মমিং (proper noun) নত্তে—পোং মখল অমবু থংনবনি হায়না তাক্লি। মী হায়রগা মী খুদিংবু থংনৈ, মী অমগী মমিংদি নত্তে। অসুম্না কংলৈসু কোন্নুংতবু থংনবনি—কোন্নুংবু থংনবা রাইহে অমনি। মণিপুরদা খুম্বোকপগী রা থল্লবকপদা "করমনা পোইরৈ খুনথোক-শিবনো হায়না লৈন্নুং থরায়রেন (থমন্নুং থোংঙারেন) অহনবনা ঐ পোইরৈ খুনথোকপদি ঐ কংলৈ মপুং ফারে" হায়থি। অদুনা

মনাও অতোনবা চীংখোং পোইরৈতোনবু "পোইরৈ খুনথোকউ" হায়না শিন্নখি। অদুনা মণিপুরগী মপান্দা কংলৈ হায়রগা খংনবিবা মশক মফম অদুগী মমিং নত্তে ( proper noun ওইনা শিজিন্নবা নত্তে)। মাহাক্কী—কোম্লুং মপুং ফারে, মরল মথুম মতিক চানা পৈরে, মউলিংলৈ, মপান মরা তারে হায়দুনা চংনিংঙ্ক্রদুনা মনাওনা চংনবা শিনখি। অসুম্না মণিপুবদসু কংলৈ শিজিন্নবনা তাকপদি মণিপুরগী মমিং নত্তে মপান্দা লৈবা মফম অমবু খংনবগুম্না কোম্লুংবু 'কংলৈ' সু কৌই খংহনবনি। অদুনা কংলৈ লৈবা লৈপুংনা মণিপুর ওইবা য়াদে, মণিপুরগী পিকথ্রবা মচেৎ অমতনি। অসুম্না কংলৈপাক্না মণিপুর ওইবসু য়াদে মরমদি কংলৈ ওইফম অপাকপা য়ুম্ফম কংলৈপাকনি। কোম্লুংখক্তনা লৈপাক অমা ওইনা পানবা য়াদে। ঐগী ইংখোলদা ঐনা লৈজবগুম্বনি অমসুং মাসিনা লৈকাই অমা ওইবা য়াদে। কংলৈপাক গ্রীককী সিটি ষ্টেট (City State) কী মওংদগী য়াম্না হেন্না পিকথ্রবা শরুক অমনি—নিংথৌনা ময়ুম ইংখোল ওইনা পাল্লিবা মফম অদুবুতনি। অদুগা লৈপুংদগী হেন্না চাউবা চীংশিং কংলৈপুং মম্লুং চনবা য়াদে। মখাদা 'মণিপুর' গী বা নৈনরকপদা অমুক্কসু শেংগনি।

২। মীত্রবাক—মৈতৈগী লৈপাকপু মৈত্রবাক কৌই। অসুম্না মীগী লৈপাকপু ঐখোয়না মর্ব্বাক কৌই। লোলশিং অসি হৌজিকসু শিজিন্নরি। মণিপুরগী মপান্দা লৈবা লৈপাক খুদিংমক মর্ব্বাকনি, পুন্নগসু মর্ব্বাকনি (মণিপুরনা মনিং মখা তম্লিভৈগী মতমদা কন্না শিশিন্নরম্বা লোলনি)। অসিগুম্না মৈত্রবাকসু চাওরাকপবু হায়বনি। লৈপাক (লম) অসিগী মমিংনি হায়বা, তাকপা নত্তে। ঐগী ইচাশিংনি হায়রগা ইচাশিং অদুগী মমিং লৈতবা নত্তবাগুম্বনি। অরিবা লোলসু মান্দে। ঐখোয়না ময়াং হায়রগা হৌজিক

থংনরিব। অম্মুন্না মমাংঙৈদদি থংনরমদে। ময়াংগী লৈপাক = ময়াং লৈপাক = কাছাড়বু থংঙি। ময়াং লৈপাকতা লৈবা মী ময়াংনি। হৌজিক্কী ময়াংশিংগী মরক্তা মমাংঙৈগী মর্ব্বাক য়াম্না য়াওরি।

৩। মেখলে—তেখাওনা মৈতৈবু মেখলি কৌই—ঐখোয়না মাখোয়বু তেখাও কৌবগুম্বনি। লৈপাক অসিগী মমিং নত্তে। তেখাও মুপীসু মৈতৈ মুপীগী ফনেক মানবা মেখলা শেংলি। মাখোয়গী মেখলাগুম্বা ফি শেংপা লমনি হায়তুনা মেখলি কৌজবনি মফম পুম্নমক্তা থংনবা, কৌনবা মিং নত্তে, ওইরমদে। অসিগুম্না দিখু তুরেল মপানগী মীনি হায়তুনা আসামগী ( মতম অতুগী কোম্লুং লৈরম্বা মফমগী ) মীবু মৈতৈনা তেখাও কৌই। ঐখোয়না তেখাও লৈপাক হায়জরবসু মাখোয়দি থংজদে, অতোপ্পা লমগী মীনসু থংদে। মেখলিসু অতুগুম্বনি। মৈতৈ কয়ানা মণিপুরবু মেখলি কৌই থংবগে অমসুং কয়ানা মিং অসিমক তারবগে ? ইতিহাসতি অতাবনা মশক থংদনা ওইহনবা য়াদে।

৪। মণিপুর—কৌহন্নিংঙবসু কৌহন্নিংদ্রবসু মহাভারতকী মতমদা মণিপুর লৈরে। নাভি = খোয়দৌ মাল্লি হায়তুনা ব্যাসদেবনা মণিপুর কৌরম্বনি। মণিপুর কৌদ্রিঙৈদা করি মমিং অমা কৌরম্বগে অতুদি মহাভারতনা থারমদ্রে। ময়ায়দা কুংলগা মায়কৈ মরিদা কোয়না ব্রাংই, খোয়দৌ মাল্লি হায়তুনা মণিপুর থোনবনি। মশক্কী মমিং থোকচবনি। মহাভারত ঙরাং নহানগী লাইরিক নত্তে। হৌজিক্কী চহি লিশিং অহুমগী মমাংদা ইথ্রবা লাইরিক্নি। মণিপুরগী অর্থ ঐখোয়না পীরিবা শাজিন্দুনা মণিপুরগী মওংদগী মান্নবা হায়জিনবা নত্তে। কোষ, অভিধানগী অর্থনি—শেংনা য়াওরিবা অর্থনি। মণিপুর ওইতুনা মণিপুর কৌরম্বনি। অছুনা মথক্তা হায়খিবগুম মণিপুরনা কংলৈপুংদগী শোয়দনা হেন্না চাউই তাকই।

৫। ইম্ফাল—ইম্ফাল হায়বদি ঙরাংদা ফিরিঙ্গিনা পানবা মতমদগীতা শিজিন্নখিবনি। মৈতৈনা শিজিন্নরম্বা নত্তে। মাখোয়না হায়বা থোক্তুনা শিজিন্নরম্বা মমিং ভম্বদা অতম্বন হেন্না হৈখিতুনা ইম্ফালনা অচুম্বা ওনখিবনি। অচুম্বদি য়ুম্ফালনি। ইম্ফালদগী অরাপ্পদা লৈবা খুলগী মীনা হৌজিকস্সু 'য়ুম্ফাল কাখি' হায়নরি। 'য়ুম্ফাল—ইম্ফাল' মণিপুরগী মচেৎনি। মাসি য়ান্না হায়বা চংদে। মচেৎকা মপুমগা মান্নবা জ্যামিতি ( Geometry ) না য়াম্না থিনা চৈ—A part which is equal to the whole is absurd হায়না চৈ। ঐখোয়দি চৈহনবদা য়াওনিংদে। অথংবা গ্রন্থকারগা থৎনসন্ন।

গ্রন্থকারনা লৈকাইগা পানাগা খেন্নবস্সু খংদ্রে। মাহাক্না পানা মরিগী মথক্তা মরি অমস্সু থায়রে হায়রিবশিং পানা নত্তে। লৈকাইনি। পানানা মণিপুরগী ওইনা থায়বনি খুনাই, য়াইস্কুল, খুরায়, রাংখৈ হায়না খায়বা পানা নত্তে। মাখোয়দি লৈকাইনি। ইম্ফাল ( য়ুম্ফাল ) গী লমতদা থাযবনি অমস্সুং মাখোয় পানাগী মনুংদা য়াওবনি। ঐ খুইদা লৈ হায়তুনা নাহারূপ পানা ওইবা য়াদে। "মীতৈ লৈবাক অনি থোক্না থায়তুনা রায়েন সাসন তৌই। অহানবা থায়বা অতুনা অহল্লুপ পানা কৌরে। অমনা নাহারূপ পানা কৌরে। পানা অসিদগী মরি থোক্না থায়রে" হায়রিবা রাক্ষম ঐখোয়স্সু অমুক য়েংশি। গ্রন্থকারগী পানা থায়বসি কম্বাবদা ঐখোয়না থেংনবগা মান্নদে। কদায়দগী লৌবনোস্সু হাক্তে। অতুনা অচুম্বনি লৌবা য়ারোইদৌরি। ইতিহাসকী রানি অতুগা গ্রন্থকারনস্সু তত্তনা শিজিন্নরিবা কুম্বাবা থাদোকপা য়াদে। লাল্লুপ কাবগী মরমদা লাই মখৈ মাংখ্রবদা মীনা পানা ৬ থোক্না কাই হায়না লোইয়ুম্বগী হাক্তাক্তা ইরি—"পানা মমিংদি :—

১। অঙৌবা লুপ্তি লুপলেন লুপ ২। নোংমাই লুপ্তি থৌচালুপ ৩। আকোং লুপ্তি কোংচালুপ ৪। খুরাই লুপ্তি লুপখুবা লুপ ৫। লৈচোল লাকপা তোলোং খোম্বনা লুপ অমা চিংএ চিংচারুপ খুরাই য়াংলে লুপ অমা খাইজনখি। ৬। খাইজরুপ অসিনা পানা ৩ থোক্লা কাখিএ।" মাসিদগী ডনবদি কুম্বাবদদি থেংনদ্রে। পানা অনিনা মরি থোকখিবগী য়াসিদি পাখংবগী মতমদা কুম্বাবনা থারমদে। অহায়বা, অইবা লাইরিক্তী মরোল য়াওদবনিন। থাজবা কনানসু ডম্মোই। অমনা অমুক অনিথোক্না খায়বগী 'অহানবা খায়বা অতুনা অহল্লুপ পান। কৌরে' হায়রিবা অসিমসু ফনা য়াংলবা বিদ্যানি। পোং অমনা অনিথোক্না খায়রগা 'অহানবা খায়বা' হায়বা অমা থোকহল্লিবা গ্রন্থকারগী বিদ্যা লময়ৌবীনি। মচেং অমনা অহানবা খায়বা ওইথ্রবনিনা অমা অতুনা অনিশুবা খায়বা ওইদবা য়াদ্রে। নৈর নৈবগা অমূত থোরক্কবরা হায়বসু হু থোক্লকই। শকাব্দ ১৮১১ ( খৃঃ ১৮৮৯ ) চন্দ্রকীর্ত্তিগী হাক্তক্তা লরায় য়ুম্ফাল ছু ( Pillar ) য়ুংতুনা ডমখৈ খায়রম্বগী য়া ( delimitation operation ) য়াওরি। য়ুম্ফাল অসিদা লৈকাই মরি অসি লৈবনি অতুগা লরায় য়ুম্ফাল পুন্না খায়রম্বা পানানি।



### তরাতরুকশুবা মতাং

# ফৈজোম পুথোকপা

"মীতৈগী মোত ওইনা মালেম শেম্বা মতমদগী অশিবা কোঙ্গিনগী লাংওনদগী ফৈজোম মখল (৩) অহুম শেংপা হৌই" হায়রিবা ফৈজোম মখলশিংদি—১। খ্বাংলি লাইখন ২। নিংগ্রি ৩। নামৈ য়েপ্তুবী অকোয়বী মতেকনি হায়না তাক্লি। মতাং অসিগী লোল অসিনা ফি শেংপা মতম অমুক ঙমখৎহনখ্রে। মালেম শেম্বনা মী শেম্বদগী হাল্লি—হানদবা য়াদবনি। লৈফম লৈত্রিবৈঙেদা মী হান্না লৈবা য়াদে। মতাং মরিশুবদা মালেম শেম্বগী ব্রা লাইরিক নৈনরিবা অসিদা য়াওখ্রে অদুগা মী শেম্লনা মতাং তরুক্তা য়াওখ্রে। লাইরিক অসিগী মতুং ইন্না মালেম শেম্লবা মতমদা অশিবা কোঙ্গিন মফি শেংখ্রি। মতুং কায়নথং মী শেম্লবা মতমদস্ু ফি শেংখ্রি—মী, লাই কায়নরগা ফি শেংহনখি। অদুনা লাই অনি—অশিবা কোঙ্গিনগী লাংওন্দা ফি শেংখ্রি। করম্বা কান্নপদবা য়াখল অমা লৈরবননো 'মীতৈগী মোত'না মালেম শেম্বদা মফি অমুক মাখোয়বু শেংহল্লে। লামায় ২০ হেন্না চখরক্লবা মমাংদা য়াওখ্রিবা ফি শেংহন্দবগী ব্রা অদু তোক্কসি—হৌজিক্তা তবুং তবুং শানা ঐখোয়না লৌখৎখিবা অসিগী হেক মথক থংবদা "লাই মী খাইদুনা মলেমদা (মালেমদা ওইপনি) মী থুন্দারবা মতমদা লাইস্সু মীস্সু ফি শেংলি অহানবা লাংওন্দদি ফি শেংতে" হায়রগা ফি অমুক পরপ্ পরপ্ শেংহল্লিবা গ্রন্থকাররনি। 'মীতৈগী মোত' না ফি শেংহল্লে—কনাগী মোতনা ফি শেংহন্দবনো অহুমদি য়াওদে। হিন্দু লাইনিংগী মোতনা শেংহন্দবদি নত্তে। হিন্দুগী লাইনি মফি অমতা থোক্তে —য়াম্না চাওখৎপা লাই ঙাক্তনি। অস্তুম্না মথক মথা মফম থংদনা,

অমগা অমগা মগ্নি থমদনা পংই হবা লাইরিক অসিনা মৈতৈবু মথং মথং চিংথুবকপা থিংবা ঐখোয় পুন্নমক হোৎনবা তাই। অঙাওবনা ফৌ শুবা চরা নোংখৈন্নে হায়্নব। অদু ফাওবদা ওইরবসু কান্নগদবনি।

মথংদা ফৈজোমগী অর্থ করি ওইখ। য়াই অমসুং ফৈজোম হ য়রগা করম্ব। ফিবু খংনগনি য়েংসি—মরাক পাকপা মযুং শাংবা সুপানা শেৎপা ফিবু ফৈজোম কৌই। শ্রীথেলচন্দ্রগী ডিক্সনারিনসু মওং অসুম্না হায়। ফৈদগী চোস্থনা শেৎপা ফি ফৈজোমনি। মালেম তাইবং পান্দা ফি শেৎপা হৌবা মতমদা নমু তাইবং মীদম খোইয়ুম লাইনা থুংবিখিবা গ্রন্থকারনা 'ফৈজোম' মখল অহুম অসি ফৈজোম কৌবা য়াফম থোক্তে। মাখোয় অমতা ফৈজোম মশক খাখিবা য়ৌবা ঙমদে। অদুদি—খোযুম লাইমা পাইমা থম্মোই ছুংতা নুংশি মিংয়েং লিকপনা মৈতৈ কৌপা নমু পোং তাইপংতা শোক ৯৯৬ য়োরবততা শেৎনবা চরৈ থুংপিয়ে। অদু লোংতসু ফৈচোমতি থুংপিত্তে। খোযুম লাইয়াম য়েন্নপতা লেমপা মচেৎ থুংপিতুনা থোকপকুম চবৈ শেৎলে। নমু তাইপং মপু ওই তাইপংলক্তা তিন্নপা খোইমোম লাইনিংথৌ পাখংপা, মযুম তাইপং পুমপগী মপু ওইপসুং সনামহি মচেত্তকী হেন্না ফংতরে হাইতপরা অসুম্না হাযতুনতুম শিংথাসি! লাইবক থিতুনা নিংজোল কুপ্তুবা কন্নাং মনিং মমাংদং খরা খরা কুপ্না ফিজোল ঐখোয়দা মতম থিম্না গ্রন্থকারনা থুংহনবিবা অসিনা মৈতৈগী সংস্কৃত্তি ( culture, heritage ) সভ্যতা ( civilisation ) দি পুলৈরোম্বনা হুমিংতগী মরুম পুরকপদা য়াওরক্লম্বা ওইবা তাই। ঐখোয়না কাউরোইদবদি পাথংবা লৌথকবা পুলৈরোম্ববুদি পোইরৈত্তোন থোয়না লাকপনা য়াম্না হাল্লি অমসুং মাখোয়দি ফৈজোম শেৎপা কুইনা হৈরক্লবা

কাংথুগী মীনি। মফি শেত্তবা কাংবুগা মাখোয়না হেক থেংনবগী চারোন মৈরোঙ্গরম্বা হৌনদে। কিশি শেত্তুনা মৈতৈন হিংঙম্বগী রা যুগ অত্তুদদি ওহুরম্বা নত্রে। রারি মুংঙাহনবা, মতৌ মান্নবা পংহায় হায়বা ওইগনি। ঐখোয়গী পুক্লিং হন্থনিংঙাই কাবিক্কতা লৈতে। চহি থরগী মনুংদা যুগ—চক মরি পুশিন্দবা য়াদবা, মতৌসু মালহন্দবা য়াদবা মরমশিং লৈবনা শুন-নবা হোংনবদা পংহ্ন্ন হুজংগী রানি। ফৈজোম মশেং তরুক (৬) হায়বগী মহুংতা ফি মশেং তরুক হায়ফম থোকই। মথক্তা মাসিগী মরম ঐখোয়না উংগ্রে। মাখোয়গী মরমদা থন্ননিংঙাই লৈবা পূম্বা মাগী মাগী মতাংদা নৈনরসি। বিষ্ণু লাংপগী রা হাইফৈং পাল্লিবা অত্থসু মতাং চানা নৈনরসি নত্রবদি অনিরক থোক্লগনি।

---

### তরাতরেংশুবা মতাং

## ফৈজোম শেংপগী মওং

ফি মশেং ৬ (তরুক) গ্রন্থকারগী মরোলদনা ফৈজোম মশেং-কী রা অসিগী মখাদদি মথং মথং লাকলে। নৈনবা য়াবা য়াবা মফমদা নৈনসি। অহানবা মশেং খ্বাংলি লাইখন কৌই হায়বা মথক্তা তরাশুবা মতাংদা নৈনখিবা অত্থনা লৌইশিনবা য়ারে নিংই। থক্কা খাগা হায়বদি কোক্কা হর্কচাংগা চাওখংপা মান্নদ্রে ঐখোয়না হায়খিবা অত্থগী মতাং অত্থনি।

অনিশুবা- নিংগ্রি—'নিংকিনগী নিংগ্রি' ওইরকপনি হায়রি। গ্রন্থকারনা তাক্লরিবা মসেং অসিদি নিংগ্রি মন্তে।—নিংদম্ব কিদে। নিংগ্রেদি হৌজিকসু মুক্ক কংজৈ য়াওবা মীন। তেংনরিবা মশেংমনি। মশেংতি গ্রন্থকারনা পীরিবা মশেং অমুক্ক শেমতে। মাসিগী মশেং—মতোন অমনা মাংদা পাম্বরগা লেমহৌবা শরুক্কা ক্রাংদা পুরগা তুংলোমদগী থেংলোমদা মাংদা লৈহৌবা খিজিনগী মথক্তা কোয়শিন্দুনা পুন্স নিংগী কোয়রগা হৌখিবা মকম অদুদা লৌশিন্দুনা পুল্লি। নিংথম শমজিন য়াওবা পানা মুক্কা কাংজৈগুম্বা নত্তবদদি হৌজিকসু শিজিন্নরিবনি। গ্রন্থকারগী মশেং—থোয়দৌ—মপাদা মচিন অমি থম্লগা কিচুনা করাংদা পুত্তলা। তুংদা য়েন্না অদুদি কিশি শেংপা কৌই। নিংগ্রেগা কিশিগা মশেং থেমে। অদুনাদি কিশি চিন্থবা তারে। কিশিনা নিংগ্রি ওইখ্রে। নিংগ্রি কোম্না শেংলি, য়াংই পাঙলগী থবক্তা অপম অয়াক লৈহবগীত শেংপা মত্তে। মশেং অসিনা অময়গা অমদা শাগোম্নরক্কবদা অসমা অময়ু হুলাম্ব লায়না লাকশিনবা ঙমদে। কিশি চিন্থবা ওইবোইদৌরি - নিংগ্রি মিং থোল্লগা নিংগ্রি চিন্থবা ওইবা তারি। মাসি কৈজোম মত্তে।

অহুমগুবা—মাসৈ থেম্ববী অকোয়দী মতেক কৈজোম মশেং থোল্লি। মাসি কৈজোম মত্তে তায়খ্রে। মমশিগী মগুংমা কি খুাং কেয়প। থুংবদগী থবা শাংবা খুকজিমুক্তা হৌদনবা অময়া ফকেক শেংপগুম শেংলি হায়রি। কাম্বগী হাক্তক্তদা থোরক্কপানিসু হায়রি। কি মশেং অসি নৈনদ্রিতেন্দা গ্রন্থকারগী 'কবো বন্দোম অবা কন্দোম' গী মগুং হায়না খেংথিসি। ঐরথম্বনা মথক্তী থংনবা মতাংদা লৌথংখিবা "অশিবা কোজিনগী লাংভেদলী কৈজোম মথলা অহুম (৩) শেংপা হৌই" হায়বা অদুগী অহুমগুবা মথল অহু অসিনি। হৌজিক্কা অসিদা অমুক "ইমলিংও কিন্নাম্বা মহারাজ মতমদগী

হৌই” হায়রি। মাসিনা লোইহ্রি মথক্কী মতাং অদুদা “মৈদিংঙু কিয়াম্বা মহারাজগী মতমদা শ্রীবিষ্ণু লাংপা হৌই। মতুদা শেংপা কৈজ্জোম খুশেং অদু কপত্রয়েং থৌগন ফিজ্জেৎ কৌখি” অসিমন্সু হায়রি। ফি মশেং অনি অসি নৈনরকখিনি। শ্রীবিষ্ণু লাংপগী মরমদস্সু ঐখোয়গী য়া লাকখিগনি। মশেং অনি অসি থৌগল ফিজ্জেৎ ওইবা য়াদে, বিষ্ণু সেবাদা শেংপা য়াবা ফি অমত্তা নত্তে। মথাদা ঐখোয়গী মরম পীরকখিগনি।

ক্যাম্বগী মতমদা হৌদোকই অমুক হায় অশিবা কোঞ্চিনগী মতমদা হৌদোকই অমুক হায় তৌবিবা নামৈ য়েপ্তবা খ্বাংগোইবী অসিগা খ্বাংদা লি মচেং অমা পুল্লগা মাতুদা ফি মচেং অমা করাংদা হাপ্তুনা শেংলি হায়রিবা মশেং খ্বাংলি লাইখন কৌই হায়বতুগা থংনৈ হায়বা তারি। গ্রন্থকারনদি নিংগ্রি কৌবা কিশিনা খরদি চাওখৎলে—মরমদি ফি ঙাক্তনা শেংলে। কিশি নত্রগা নিংগ্রি শেংপা হৈরবা জাংনা ফি অতুক য়াম্না মাংহন্দুনা পুনসিল্লগা ফি মশেং অমা মতম পুম্বদা শেংকনি হায়বা থাজবা ঙমদে। অতুগী মথক্তা ফি মশেং অসিগী ফি শাবা অদু য়োনা নিংথিনা হৈরবনা কিশি, নিংগ্রি শেত্তুনা হিংবা হৌনদে। কিশি, নিংগ্রি মরম অমগী শেংপনি, অদু য়া-নবা ফি পিকশিনহনবনি। অতুনা মতম অমগী চৎনবী ফিজ্জেৎ ওইরোই অমসুং নত্তে। খ্বাংগোইবী অকোয়বী মতেক কৌরিবা অসি খিৎ থিন্না লাকহনমনখ্রে। অতুদা অখংবা শাবনা হায়রে হায়তুনা হেক্তা চুম্মগদ্রা ঐখোয়সু অতুম থাজরগদ্রা ? ক্যাম্বা মহারাজ খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ দা পানবনি। মতম অসিদস্সু মণিপুর হিন্দুগী লৈপাক ওইদুনা অতুম লৈরি। অতুনা পোং মিংথৌনা পামগনি খংতুনা বিষ্ণু চক্র ক্যাম্বা মহারাজদা পীরম্বনি। নত্রবদবু মুংমচা অমবু নিংথৌ অমনা নিংথৌ

অমদা খুদোলপোং ওইনা পীবা হৌনদে। মশক থংনা হিন্দু নিংথৌদা পামগনি পীবা হিন্দু নিংথৌনা মশক থংনা পান্না লৌরগা লম্মাংদোং, বিষ্ণুপুর হায়নস্থু থংনবা মফম অদুদা বিষ্ণু মশক নাইবা অসিবু লাৎনবা চেক্কী মন্দির শাত্নুনা লাৎলম্মী। লিরবা লাইশং ক্যাম্বনা শারম্বা হৌজিকস্থু লৈরি। ভারতকী ডাইরেক্টর জেনেরেল ওফ আরকিওলোজি ( Director General of Archaeology, India ) না অরিবা য়ুম্নচিংবা যেংবা লাকপদা ( ১২৫২/৫৩ দা ) খৃষ্টাব্দ ১৫ শুবগী মন্দিরনি হায়রম্মী। ঐখোয়গী অরিবা পোৎনি হায়না থাংদোকচবা য়াবা মন্দির অসি মঙাইরে—অম্নাগী মখুত্তা তুমথ্রবা মণিপুরনি। বিষ্ণু হৌনবী মতুংইন্না নিংথৌ লাই ওইনা লাৎ-লম্বনি। অসিগুম্বা ফুরা শাথা হৈরবা অস্তুক চাওখৎলবা মতম অসিদা খুকউ মথক্তা ফি মচেৎ অমা কোয়শিন্দুনা শেৎলমগনি হায়বা ঐখোয়দি থাজবা ঙম্মোই। খুকউ কুপ্পবা ফি শেত্তুনা নামৈ য়েপ্পুনা,—মৈতৈ নুপীনা নট পালা শক্কনি তোংনবগুম করম্বা শাস্ত্রগী, বেদগী বিধি মতুংইন্না বিষ্ণু সেবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা য়ারমগদগে? ব্রাহ্মণ-শিং অদুস্থু ফি শেত্তবা লমদগী খুন্দাবা লাকপা তারকই। গ্রন্থকারনা অরিবা কীত্তন হৌদোক্লম্মী হায়রিবা বাঙ্গালীশিং অদুস্থু অস্তুম তৌরমগনি হায়রিববা? ঐখোয়গী লৈজরমত্রবস্থু মাখোয়শিং অদুদগী হেন্দোক্না তম্বা য়ারবা মতমনি। ঐখোয়গীস্থু লৈরমদে করম্না হায়গ-দৌরিবনো। ফি ফাওবা নিংথিন, শেংপা হৈত্রিবা কাংবুগী মরক্তা চাওখৎলবা খুদুপ ১০ শাংবা খুদুপ ২½ পাকপা শেংপা কাংবুনা পুন্না লৈমিন্নরম্বা হৌনদে। সনাগী পাত্র, সনাগী তাংবল, সনাগী লিফক, লম চামা শাংবা তুরেল থোং শাত্নুনা লাল্লগা লাল চৎপা হৈরবা, শিজিন্নবা ঙম্নবা চাওখৎপগী থাক ফনা নিংথিনা রাংলবা মতম অদুদা ফি মচেৎ অমতং শেত্তুনা হিংঙম্বা থাজবদা ফনা রাবা অমনি। ওইবায়াদবনি। ক্যাম্বগী মতমদা সনানা শাবা পোৎকী রা কুপ্পাবদা

য়াওরিবা থৌগল লোল নত্তে চান্নববু থাবনী। মনান্না শাবা পোৎ থাবা য়াংঙে তাকপনি। মনাগী পাত্র, মনাগী নক্ষত্রগ। মনানা থাম্বা তাংবল, ফক ফজনা শাহুনা শিজিন্নরবা মতম অতুদা লৈপাককী, লাইগী, ধর্ম্মগী, সমাজগী থৌদোকশিংদা ফি মচেৎ অমমম শেৎলহুনা পাংথোক্লমগনি খনবা অখনবনা অঙাওবা তাগনি। হারাপ্পা, মো-হেনজাদারোদা ফংবা অতুগুম্বা পোৎ ঐখোয়গী যুমলোন্নবা আসাম, মেঘালয়দা ফংবগী য়া তানয়ে। অতুদা ঐখোয়তদি ইতিহাস যুগকী ওয়াং নাহাক্ত ফাওবা ফি মচেৎ শেৎলম্বগী য়ারি গ্রন্থকারনা লাইদা ইনশিন্দুনা লাইনিং অমদা মায় ওনশিলহনগে লাক্লবা ওইরবদি অরেম্বা তাগনি। খ্বাংগোইবী পাওলনা মাখোয়না তম্বিবনি অমুক হায়রক্লবদি ঐখোয়দি লাইখনদা অমুক হঞ্জিনবা তরি। ফি মশেৎ অসিগী মমিং লাইরিক অসিগী নংনবা থোনবা ওইগনি। মশেৎ অসিনা চীংমান্দা শেৎপা মওং উরুবদগী ভাবনা শাবা ওইবা তাই।

মরিগুবা—কপক্রেং ফিজেৎ থোল্লিবা অসি ফৈজোম শেৎপমক ওইরে। ক্যাম্বগী মতমগীনি হায়না মথক্তা তরাতরুকগুবা মতাংদা য়াওখ্রে। মশেৎ অসিদি ফৈজোম শেৎপা খুদিংনা থংলবা মওংনি। মাশি "শিজিন্নবদি নিংথৌ থৌগল, শা লান, অকন-অথৌ ১সুং পুজারীনচিংবা থবকশিং অসিদা শেৎলি" হায়না শিজিন্নফম তাক্লি। অহানবদা লাইরিক অসিগী লোলগী মথক্তা অমুক্তং নৈনখিসি। লৈপাক অমদা নিংথৌ পানবা হৌবগা নিংথৌ থৌগল, শা লান, অকন অথৌ, পুজারী অতুম লৈমিন্নবা হৌরক্লে হায়বদা থোয়না লাল্লোই। অতুদগী মশানা তাজবদি য়ামদ্রবদা নিংথৌ পানবনা হৌবদগী ফি মশেৎ অসি শেৎলকফম থোক্লবনি। মওংশিং অসিদা খ্বাংগোইবী মতেক অতুনদি চৎনবা য়ারোই। মরিগুবা অসিনা অহুমগুবদগী কোনবসু য়ারোই—অহুমগুবদি লৈতে হায়না লোবা

য়রে। লালনা লৈরকপদি—ক্যাম্বদি ঙরাংদগী ৱানি। খুদুপ ৩/৪ গী ফি মচেৎ অসি শেৎলগা লাল য়াম্নবগী ৱা থনবদা অক্কিবনি। শগোল তোংদুনা থৌজিনবা অঙকপা ফীবম ওইগনি। মাসিদগী লালগীদমক্তি খাংলি লাইখন্না হেন্না ফৈ। অওইবদি অসি নত্তে। খৃষ্টাব্দ হৌদ্রিডৈ য়াম্না মমাংদগী ফৈজোম নিংথিনা শেৎলে হায়না ইলায় লায়না লৌবা য়াই। মণিপুরদা মপান্দগী খুন্দারবা খৃষ্টগী য়াম্না মমাংদগীনি। নোংপোক্কা নোংচুপক্না মণিপুর ফাওদুনা লল্লোল ইতিরুচিংবগী মরি লৈনরম্বা খৃঃ গী মমাংদগীনি। ঐখোয়না ভাবনা হেক্তা ছায়জিনবা নত্তে। মপানগী অহৈ অশিংনা হাযবা ৱানি। মণিপুরদা খৃঃ গী মমাংদা হিন্দুনা পানবস্থ মাখোয়গী ৱানি। ঐখোয়গী অসিদি অশাবা নত্তে। মৈতৈনা মোইথাপ নাইরগা শারম্বা অমস্তুং শিজিন্নরম্বা ক্পীগী ইন্নফি ওলাংবা মতমদা ইন্নবা লমথাং কৌদুনা ইন্নরম্বা অম্মুন্না লং খুৎনা নাইরগা শারম্বনি। থোইবীনা শারম্বা ফি “শন্দোকনা শৱাশন পাইশিল্লা খুদাপলাক” পেমা ঈশৈনা থাবা অসিদগী খংবা ঙমগনি। অসিগুম্বা থাক অসিদা লাক্লবা হোৎনবা চঠি চা কষা, লিশিং কয়া চংবা য়াবগে থন্দুনা য়েংসি। কাব্রংতিল য়োক্তুনা কাব্রং ফি ফজ্জ কজবা শাদুনা শিজিন্নরম্মিবা মৈতৈ ১৫/১৬ শুবা খৃষ্টাব্দদা ফি মচেৎ শেত্তুনা পাল্লমগনি থাজবা ঙমদে—থাজনিংঙাইস্থ লৈতে। হৌজিক্কী অহৈ অশিং অয়াম্বন হায়নবদি কাব্রং তিল য়োকপা থাগিনা হৌদোকখিবনি হায়নৈ মচিন চৎপা য়াবা খরনদি অহানবদা মণিপুরদগী থোকখিরনি অমস্তুং অদুদগী থাগি-রোমদা চংখিদুনা থাগিদগী মথং মথং শন্দোকখিবনি হায়বস্থ য়াওই। [ শ্রী ৱাহেংবম য়ুমজাও সিংহগী মণিপুর ইতিহাসতা নিংথিনা নৈনরি ]

মরিশুবা ফি মশেং অসিবু কপত্রেং ফিজেৎ কৌবা চুমদে। লশিং তরুবা কপত্রেং মশক মুন্না খংনবা পোৎশক্তি। মাসি তবেংগা কুইনা হিংমিন্নরক্লবা খুৎলাইনি। মৈতৈনা ফজ ফজবা ফি শারম্ব। শিজিন্নরম্বা খুৎলাই অসিগী অচৌবা মতেং য়াওই। কপত্রেংনা লশিং তকপদা নুংঙাইনবা খুৎলোয়বা হেন্নবা ফি মচেৎ অমা, তরুহল্লিবা উগী মরৈ পানবা অনি অতুগী মখাদা য়াম্থে। মরৈ পানবা উ মতুম অশাংবা অনিবু চপশিন্নবা য়ৈশিনবা শিংচেপ অতুগীসু মথক্তা ফি মচেৎ অসি য়াম্তে। শিংচেপ অতুবু কুপশিনবা অতুনা অতকপা লশিং তাবকপদা অপনবা লৈহন্দে। কপত্রেংনা শেৎপা ফিদি মশেং অসিনি। কপত্রেং ফিজেৎ হায়ববদি মওং অসিগী ফিজেৎ ওইগদবনি। মশক্তা অমা মগিংনা অমা ওইনবা মশিং শুনবা নত্রগা য়ান্নবা হাযজিনবা মান্নি। ফৈজোম শেৎলগা কপত্রেং ফিজেৎ কৌবা যারোই। কপত্রেং ফিজেৎ অশেংবা ঐথোয়না হায়রিবা অসি শেৎলগা লাইসেবা চংবা য়ারোই, লৈমা নিংথৌ মনাক্তা চংবা য়ারোই—মরমদি থৌগল ফিজোল নত্তে। মাসিদি খ্বাংলি লাইথন কৌই হায়বা অতুনি, অতুগা মান্নবা মওংনি। মশেং অসি নোংচুপলোমদা শেৎনবা লেঙ্গতা (ফি শেত্তবা, ফি থোকপবুসু খংনৈ) হায়না ঐথোয়না খংনবা অতুগুম্বা মশেৎনি। ফৈজোম শেৎপদা মখাদা অমা য়াওগনবা মৈতৈনা—হৌজিকফা ওবা মৈতৈ অহল্লম্মনা খুদৈ অমা মমুংদা শেৎপগী মহুত্তা শিজিন্নবা মওং ওইনা থোকখিবা মওং ওইগনি। মাসি ঐথোয়তগী য়া ওইরমদ্রে —শ্রীখেলচন্দ্রগী ডিক্সনারিদসু মওং অসুম্না ইরম্মে—লেংঙতাগুম্না হকচাংগী শরুক খরদা কুপ্তনা শেৎপা ফিজেৎ" কপত্রেং ফিজেৎনি হায়রি। অতুনদি মীচং ঐথেয়না হেল্লে। অচুম্বগী মীচংদি পূম্ন-মকনি। গ্রন্থকারনা কপত্রেং ফিজেৎ শেত্তুনা শ্রীগোবিন্দ থৌগল কাবা নত্রগা লুহোং খোংদোং, শোরাত কর্ম্ম চৎপা অমুক্তা উজনিংই, মাতু উজবা ফংলবদি লেপ্পা স্বর্গ কাবা ওইরগনি নিংই।

মঙাশুবা—'সেবা থৌগন ফিশেৎ কুঞ্জা য়েপ্পি' থোনবা অসি মঙাশুবা মশেৎনি হায়রবি। মমিং অসি শাতুনা লাইরিক অসিগীদমক থোনবা মাল্লি। কুঞ্জা থাদবা, তুংদা কুঞ্জা য়েপথৎপা মশেৎকুম্না কুঞ্জা পুক্তা য়েপথৎপা মশেৎ অসিসু ফি মশেৎ অমতনি। অমতদগী থোকপনি। অতুদা অকোনবগী কুঞ্জা য়েপথৎপা মশেৎ তসি ঐথোয় মৈতৈনা লাইগী, পূজাগী সমাজগী সভা তিনবদা শেৎনৈ। অহল্লোন্দদি মাশিনা ঋজেৎ ওইনৈ। কুঞ্জা কাওববু চাউথোকপা মওংনি হায়রতুনা নোল্লুকপগী মওং ওইবা মওং অসি শেৎপনি। সংকীর্ত্তন য়াওব কাংবুদি কুঞ্জা থাদৈ। ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা হৌদোকপনিদি হায়রি। অতুবু মাসিদি মশানা লাকচবা ওইফম থোকই। নিংথৌগী লাইগী মমাংদা, ব্রহ্মণ বৈষ্ণব অহল্লম্মন, ব্রায়েন বিচার মফমদা মশানা ওইজখিফম থোকই। ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা কনশিনবা হেঞ্জিল্লম্বদি ওইবা য়াই।

তককশুবা—অসিবুনা শামু নাতোন নামৈ লৈবি কৌরি। "মীতৈগী অকেবা মতমদা সংকীর্ত্তন শকপদা শেৎলি" হায়না শিজিন্নফমসু তাক্লি। নট সংকীর্ত্তন্দা শেৎলি হায়বদি চুম্মী অতুগা 'অকেবা মতমদা' শিজিন্নৈ হায়বশিদি চুমদে। সংকীর্ত্তন্দা নত্তনা সরোকতা, লমজাওদা, কুম্মৈ ফিয়োংদা কনাসু শেৎতে। মাসিদি সংকীর্ত্তনগী অকক্লবা মশেৎনি অমসুং অতোপ্পা মওং অমা শেৎলগা সংকীর্ত্তন যাওবা য়াদে। নামৈ লৈবগা শামু নাতোন মানবা কুঞ্জা থাদবগা কুঞ্জা কাওবদগী, তুংদা য়েপথৎপাদগী হেন্না ফজদে,—ফজবা হেল্লবদি অকে অমৌগী মফমদা য়ান্না শেৎনগদবনি। নট সংকীর্ত্তননা ফৈজোম মশেৎ অসিদা ওন্থরকপগী মবম লৈ। সংকীর্ত্তননা মথং মথং চাওথৎলকপা হাপকৎলকপা হোৎনরকপগা লোইননা ফৈজোম মশেৎকী কান্নবা কান্নদবা মওংদসু পুক্লিং মশানা অতুম চংশিলম্মী।

নট সংকীর্ত্তনগী অকনবা শাথেক লৈইবা, চোংবা পূন্নমক্তা অকায়বা অশোয়বা থোকপদগী কন্নবা নামৈ লৈবী শেৎপনি। কনশিল্লক্লবা মতমদা পূন্নমক কাউথোকখিতুনা সংকীর্ত্তনদা লুপথ্রবদা মশাদা অকায়বা থোরকপা খংহৌদতুনা সংকীর্ত্তন্দসু মশাদসু অকায়বা থোকপা য়াই। মাসিদগী কন্নবা নামৈ লৈতুনা শেৎপনি। চুম্নগী নামৈনা মতিক চাদ্রে খংতুনা কন্নবা উপায় পুথোকপনি। খ্বাংদা কন্না য়েপ্তুনা শেৎপা ফৈজোম খংহৌদনা তারকপদগী কনবসু য়াবা ফসু ফজবা খ্বাংয়েৎনি।— বিজ্ঞাননি, বিজ্ঞানগী ৱানি। পূন্নমক অসিনা পুনশিল্লগা নট পালাগী অকক্লবা ফিজোল (Uniform) নি। কোক্তা কোকয়েৎ অচৌবা অমতংগা ৱাৎলি। মুপা ফাওবা অম্নুক চেকশিন্না হোৎনরিবা অসিদা মুপীনা নট পালা পামলিবা —তৌহৈবা তৌহৈদবগী ৱাদি থম্লতুনা—মশা উৎনবা লাক্লবনি খনবদা লানগনি নিংদে। মাথোয়না নটকী হৌনবী কায়বা য়াদবা অকক্লবা ফিজোল শেত্তুনা নট সংকীর্ত্তন শকপা উবা ফংজরবদি লাল্-লোইদবা মী য়াওরোই। মাসিবু ঙাইজরিবা মী কোঙ্গায় লৈরমগনি। মৈতৈনা শেৎলম্বা ফৈজোমদি কনাগুম্বনা লাত্তুনা চিংবদা নাম্থোক্তনবা ফাওবা শেৎলম্মী। হৌজিকসু মশেৎ অসি হৈবা মী লৈরি। খোংগ্রাও শেত্তবা মৈতৈগী ফৈজোম্না লান্দা অকায়বা পীরমদবা অসিগুম্বা মশেৎ অসিননি। মশেৎ অসি পুক্তদি ইকোম কোম্মী—অচিনবা, অফা অপুন্নবা য়াওদে।

---

## শরানিপালশুবা মতাং

# কোকয়েৎকী মরম

(থমন্নুং ইঙাল লৈশেম্বা পুয়া)

কুম্বাবা......পুয়া

(অহল লমন লিখুন স্নারি)

"মালেম শেম্বা কান্দ অশিবা কোঞ্জিন তুখোকপা মতমদগী কোকয়েৎ লাকলে থক্কী লাংওন্দদি থোইনা কোকয়েৎ লৈরমদে" হায়রিবা অসিদা মওং অমা অমুক ওন্থোকত্রে। মালেম শেম্বা থোনবা মতাং ৪ শুবগী অসিদদি অশিবা কোঞ্জিন ফি শেস্ত্রি—মী শেমদ্রি, মী শেম্লবা মতুংদা মীগী লাইগা কায়নরবা মতাং ৬ শুবদা ফি শেংপা হৌহনবগী স্নানি ঐখোয়না লাইহরিক অসিদগী খংলিবা, অতুনা মালেম শেম্বা মতমদা ফি শেত্তনা কোকয়েৎ য়েংলগা মালেম শেম্বগী থবক তৌরম্বা তারি। অস্নাবনি! ফি কাংকোক থোক্তোক্লগা লুহুপ, কোকয়েৎ উপ্তুনা, য়েক্তুনা লাই ওনি অসি মালেম শেম্বা তাখি। মরাইবকথিবনি! "অতোপ্পা লোন্দা কোক্তা শিজিন্নবা অসিবু মুকুট অমসুং কিরিটি কৌই"—মথংদা তাক্লি। মুকুট কিরিটি উপ্পা লমদসু কোকয়েৎ শিজিন্নে। 'কেরিটি' হায়বা নত্তে 'কিরীটী' হায়বনি অমসুং 'কিরীটী' য়েংপা য়াদে কিরিটি উপকদবনি। অউপ্পা মীবু মরু ওইনা অর্জ্জুনবু 'কিরীটী' হায়। কোকয়েৎকা লুহুপকা অমমল্লি। 'পাগড়ী' হায়বা লোল ঐখোয় পূম্নমক তারবা ঙাক্তনি। 'পাগড়ী' কোকয়েৎনি। "কোকয়েৎ অনিদি অশিবা কোঞ্জিনগী মতমদা হৌদোকই" হায়রিবা অসিনা পাখংবা সনামহি ওইরগা পুথোকপা নত্ত্রে অশিবা কোঞ্জিন ওইরিঙৈদা পুথোকপা কোকয়েৎ

অনিমক ওইরে। সনামহি পাখংব অশিবা কোম্জিন্না ওইবা নোংমা নিনিত্তদা ওইবনি। মাখোয় অনিগী লাংওন মতম ইচং চংখিদবা মথক্তা গ্রন্থকারনা উৎপ্রে। খণ্ড প্রলয় মচেং অমা ফাওবা নংখিদে। অত্তুনা কোকয়েং য়েৎনা য়েৎনা ওল্লকপনি লৌবা তাই। লাঃনিনা গ্রন্থকারনা তৌনিংবতা তৌগনসনু। খুৎশেম ৱারিস্থু অংবগী খুশিনি। মথাদি কোকযেং তরাগী ৱার্নি—মক্কম চানা চাবদা নৈনসি।

---

## তরামাপলশুবা মতাং

## কোকয়েং য়েৎপগী মতুং তাকপা

## (অহল লমন লিখুন ৱারিদগী ফংবা)

১। কোকযেং লোল্লৈ-কোজ্জিন্না পুথোক্লম্বনি—ইরি : ইতিহাসকী মী ওইবা য়াদবা লাইদা ইনশিনগ্রবনিনা করম্বা মতমদা পুথোকপগে খংবা য়্যানবা লাইরিক ঐখোয়না নৈনরিবা অসিনা মওং অমতা পীদ্রে। ফিদি শেক্তনা মালেম শেম্বদা কোকয়েং য়েৎপগী ৱা ঐখোয়না মথক্কী মতাংদা নৈনখিবা অত্তুনি। করিগুম্বা পুয়া, লাইরিক অমগী ৱা নত্তে মতাং অসিদা গ্রন্থকারনা ইরিবা লোল অভাবদগী ইবনি। "অহল লমন লিখুন ৱারিদগী" ফংবনি হায়্রনা মতাং অসিগীদমক গ্রন্থকারনা ইরি। অত্তুদা অভাবা অনি মান্নদ্রগা অচুম্বা মশক খংদনা তোক্কদবা ৱাফমনি। খুৎশেম ৱারিগুম্বনি। লোল্লৈগী ৱা লৌথত্তুনা য়েংলসি। লোল্লৈ চিনবা

হায়মৈ উপ্পা, য়েৎপা হায়নদে। শমদা নপশিন্দুনা ফাজিন্দুনা লৈ চিনবগুম, থেংপগুম শিজিন্নবগী চিনবা কৌবনি। খজিং মকোক মানবা শকক য়ুংখৎলিবাশিং লৌথোকগ্রবদি মণিপুরগী মপান্দা অসিগুম্বা যেৎপা মফমাশিং লৈ। খুদম ওইনা বঙ্গদেশকী অরিবা ফিজোলগা চাংদমবা য়াগনি। সাহিত্য সম্রাট-বঙ্কিমচন্দ্রগী ফটোদা ঐখোয়না উবা কোকয়েৎ অতুগা অন্নানি হায়বা য়াই। মফম অতৈগীসু অসিগুম্বা শিজিন্নরম্মী। অতুনা অতৈ লমগা মরি ইরৈ নৈনরমদবা নত্তে। অসুম্না খরা খরা হেন্নরবসু অমগা অমগা মথং মথং মরি লৈনরম্বা ঙাক্তনি। মওং অসি খুন্দাবা লাকপা কাংবুনসু পুরক্লম্মোই হায়নিংঙাই করিসু লৈতে। লাইনা শেম্লগা, য়েৎলগা য়াল য়াল্লতুনা থম্মম্বা নত্তে, অতিয়াদগী তারকপা নত্তে—মসিগীসু হৌরকফম লৈগদবনি। হৌবকফম লাইদা ইনশিন্নবগীদমক লাইরিক অসি ইরুবগী কান্নফম লাম্বা ফংদে। গ্রন্থকারনা কোকয়েং মখলনিদি হায়রগা কৌবদি লোল্লৈবু লুহুপ কৌই—"মসিগী লুহুপ অসি মরক্তা শিজিন্নদে ফম্বান তোংবা বাযেনশং কাবা মতমদা লাইগী ওইবা মতমদা (মওংদা/মরমদা) শিজিন্নে।" —ঐখোয়না খংবনা নিংথৌগী কোক্তা হাপ্তুনা চিল্লি। হিযাং তান্নবদা নিংথৌনা তেংমায় লেপ্লবদি নিংখম শমজিনগী মহুৎতা লোল্লৈ চিল্লি। য়েংগদবা অমনা মকম অয়াম্বদা মীরমগা মান্নবা পোৎ মণিপুরদা শিজিন্নরম্লবসু মৈতৈগীদি মশাগী ওইজবা তোপ্পোল্লা মওং অমা শোয়দনা লৈ। অতুনা লোল্লৈবু য়াল্লা খেন্নবা পোৎ অমা ওইনা উবনি। পোইরৈতোম-খোয়না থুন্দাবা লাকপা মতমদা কোকয়েং মওং অসি নম্রগা অসিগুম্বা মওং অসি শিজিন্নরম্বা য়াই। কোকয়েং থাদবা মতম্মনি। মাখোয়মসু অতুগুম্বা মফমদগীনি। গ্রন্থকারনা লোল্লৈ কোকয়েংনি, লুহুপ্পি হায়বা অমতং লেপ্লমতনা চুম্বনি। অনিমক ঙাহাক ঙাহাক ওইহনবা অসিনা মশাজিকসু মফম থংজল্লে তাকই। কোকয়েংনা য়েংলি, লুহুপ্পা উপ্পি। খেন্নবা অসি থংদবা মাল্লি।

২। কোকয়েৎ ভোলোক—অসিমস্থু লাইদা হুঙ্জিল্লে। অশিবা কোঙ্জিনগী মতমদা ইনশিনগ্রে। অশিবা কোঙ্জিনগী মতমদি ফি শেত্তবনা অয়াম্বনি। মাসিমস্থু গ্রন্থকারগী ৱা লৌরবদি ফি শেত্তনা য়েৎপা কোকয়েৎ ওইবা য়ানা লৈরি। শিজিন্নরিবা ফি অসিদি অরাংবা থাক্কী ফিনি। অসিগুম্বা ফিনা কোক্তা লৈতেংলগা মৈতৈনা ফি থোক্তুনা নল্লগা মচেৎ অমতং শেত্তুনা অশিবা কোঙ্জিনখোয়গা পানমিন্নরম্মী খল্লুবদা কপ্তুম কপ্লিংই। গ্রন্থকারনা ঐখোয়গী ইপা ইপুবু থিনা লাক্লমল্লে। মাহাক্তি লাইদা ইনশিল্লগা লৈথোকখ্রে অদুগা ঐখোয়না ইকাইখাংদা নিং তেকথোক্তুনা, ফি তাখত্তুনা মফম মতম মীশক থিবা লাক্লহৌবদনি। লাইরিক অসিনা ওৎপদগী কান্নবা ঐখোয়না ফংবনা, হোৎনবগী শরুক্কি। লাইরিক অসিদগী ঐখোয়না ফংবা কান্নবা খুজোক অওৎপা পোপমা হৌজিক ফাওবা ঐখোয়দদি ওইরি। অদু ওইতুনস্থু ইপোৎনি য়াওরুরবনিনা লাইদা ইনশিনবদা হয়াওদুনা লৈথোকপদি য়াদ্রে—ফি শেৎহনবিদ্রে হায়দুনা ওইনদুনা লৈবা য়াদে। কোকয়েৎ মওং অসিগী মশকমক মানবা হৌখিবা লাঞ্জাওদা য়েৎপা সিফাই য়াম্না য়াওরকই। হৌজিকস্থু ভারতকী খোং লাম্মীগী অস্থুম্না য়েৎপা লৈ। লাইনা হৌদোক্লম্বা নত্তে য়েৎপিরম্বা নত্তে—মৈতৈগী সভ্যাতাগী, চাওখৎপগী খোংলোয়নি। মশক মান্নবা, তিন্নবা পোৎ মফম অমতদগী হৌরকপনি কাউবা য়াদে। লাইগী ৱাদি কাউথোকপা য়ারে। ভারতকী মফম অতৈদা লৈবনা মশা মশানা হায়বদি নমু-পোং —তাইবং-মীনা হৌদোকপা, পুথোকচবা অদুগা ঐখোয়গীদা লৈরগনা খোয়ুম লাইনা তৌবিরম্বা—ফি লাইনা শাবিদ্রিতৈদা কোকয়েৎতি য়েৎপা হৌরে হায়বা থাজরুবা য়াবা ৱা নত্তে। লাইদি ইতিহাসতা য়াওবা য়ারোই। ঐখোয়গী ইতিহাসতি লাই থায়দোকসি। গ্রন্থকারগী মনিং মথা তম্বা ঐখোয় য়াওরুবা য়াদে, মতৌ মাল্লোই।

মাহাক্তি মাইথোলোজি ( mythology ) করিনে। মশক খঙ্জি। অমনা ফি শ.ড্রিঙৈদা কোক্তা য়েংনবা ফিদি কদায়দগী লাকপা তারি ? অৱাবনি হে সংসার।

৩। কোয়েং (কোকয়েং) পাকনোই—পাকনোই হায়বা নত্তে। পাকলোই ওইগনি। কুম্বাবদা লমক্যাম্বনা পানবা শোক ১৪৪৫ দা "লৈরক থৌগাই পুবন্নু পাকলোই অঙৌবা চুমপুন হুইরোই টিংহনত্র" হাযনা যাওনি। অদুনা পাকলোইনা অচুম্বা ওইগনি। কোকয়েং অসিদি পাখংবা লাংওন্দগীনি হায়রি অদুনা পাখংবনা পাল্লবা মতমনি ফিদি মচেং অমতা ওইরবস্নু শেত্তি শেংপা তারে। ঐখোযগী মোত নত্তে, গ্রন্থকারগী মোংকী মতুং ইন্না হায়বনি। হৌজিক মরিংনা য়েংলিবা কোকয়েং মাসিগী মওং মাল্লি।

৪। কে কযেং ফৈয়েং—মাসিমস্থু পাখংবদা তারে মাহাককী মংমগী ওইরে। অদুগা শিজিন্নফমদি লাইরিক অসিনা তাক্তে। ঐখোয়গী শরুক য়েংসি। কোকয়েং অসি অনানবা য়ান্না লেম্বা মশকনি। নিংথৌ পাল্লিঙৈদা পংয়েং য়েংপা য়াবা কোকয়েং নত্তে। মীশক থনবা পোৎনি। অঙম অথৌশিংনা চৈরাপ কাবদা য়েংপা ঐখোয় উগৌই। মতম অদুদা মওংতানা, মশক নাইনা শিজিন্নরম্মী। নিংথৌ মচাশিং, মশক নাইবা অঙম অথৌশিংনা শিজিন্নরম্বা কোকযেংনি। কোকয়েং ফৈয়েং য়েত্তুনা দোলায় ফৈনা তোংবা অঙম্বা চাউরবা, মতিক লৈরবা মুপানি। অহুমশুবনা পাখংবা লাংওনগী অদুগা মরিশুবা অসিনা নোংদা লাইরেন পাখংবা মতমগীনি হায়না গ্রন্থকারনা ই। অহানবা হায়বদি ৩শুবা অসিগী লাংওন্না কোজিন্না ওইবা পাখংবা অদুগা অনিশুবা হায়বদি ৪শুবা অসিনা নোংদোনগী লাই অথোইবা পাখংবা পুলৈরোম্বনা পুরকপা মরুমদগী থোল্লকপা অদু ওইবা তাই। অনি অসি মতম অমতগী

ওইবা য়াদে হায়বা ঐখোয়না মথক্তা উংঙ্গে। লাইরিক অসিগী লোলনা খোকহনবা অর্থনি।

৫। কোকয়েৎ শমজিন—কোকয়েৎনিদি হায়রি অতুবু মাসিস্তু লোল্লেগুম্বনি। অসিমস্তু চিনবা হায়, য়েৎপা হায়দে। মাইগী অর্থমস্তু অতুম তাকই। শমদা চিল্লি হায়তুনা শমজিন কৌবনি। পাখংবগী মচা, মাহাক্কী হাক্তক্তা নিংথম শমজিন পুখোক্লম্মী হায়রিব। নিংথৌ অসিক্কী মমিং কুম্বাবনা খুইয়োই তোম্পোক কৌই হায়। গ্রন্থকারনা হায়রিবা খোম্বা তোম্পোক হায়বা অসিদি পেংনদে। শমজিনগী মরমদা শাংনা তাক্লিবা অসি লাই কন্না হন্নাওনরকপা মতম অসিদা কান্নবা মীস্তু য়াওগনি। ঐখোয়গী অপাম্বদি করম্বা মতমদা কনান্না করম তৌনা পুখোক্লম্বা অতুনি। খুংয়োই তোম্পোক্কী মতমনিদি হায়রি অতুগা মায়িদি লাইরেমদা লোইনা চংখ্রে। অসুম্না ইতিহাসকী কাংখুল মুংঙ্গে। শমজিন্দা শিজিন্নে হায়রিবা চাংখ্রং ভাবীগী ফি ঐখোয় উরে। ফনা নিংথিনা শাববা ফিনি। মাসিগী লং হৌজিক তৌনা নৈরুবগা শাবা নত্তে; থায়নদি নাইরগা শাবনি। মৈতৈনা ফি, লংগী মরমদা মাংলম্বা থাক, চাওখৎলম্বা ফীবম য়াম্না কারবনি। মীনা ফি পংহান হান্না শেংথিবা মাব ফীবম নত্তে। অসিগুম্বা চাংখ্রং ভাবী শমজিন্দা শিজিন্নরম্মী হায়রিবা কম্বা চাওখৎলবা থাকনো—ঐখোয়না লামশিমবা ভম্মী।

গ্রন্থকারনা "কজবা উচেক মতু মঙ্গামা পূম্ন, পুন্দুনা শাবা অতুবু উরিশেক কৌই" হায়না শমজিন্দ উরিশেক শিজিন্নবগী মতাংদা হায়রি। ঐখোয়না থেংনবা লাইরিক্কি উরিশেক (উরেশেক) উয়োক মতুনি হায়। অতম অখোদা 'মনা পীবদা মাওইস্তু হায়। কজৈ হায়তুনস্তু অফং অফংবা উচেকী মতুদি ওইবা য়ারোই। কজবস্তু কাকী, য়েনগী মতু মাওবা য়ারোই মাহোংগী মতুস্তু

খ্বাওনদে। অতুনা উবেশেক্কী মশক তাকপা ( definition ) চাঙ্গদে-চুমদে। মশক নাইবা উচেক্কী মতু শোয়দনা ওইগদবনি। য়েংপা হৈবা, তুবা হৈবা, শেংপা হৈবা ভূষন 'অধিকারি'না তাকপিহুনা মযেৎ মশেং শেংফম থরা ভাব তাজবা ফংলে। অতুদা মাসিগা মরি লৈনবা কাবুশিংনা মুন্না থংনবা তাকপনি অরোনবা ওইনা থম্বা কান্নদ্রবনি অতুনা থংনিংবা মশক অমা ওইররোই। শমজিনগী মওং অহুম পীরিবা অসিদি ময়েক অহুম অসি যাওব য়াওবগী মতুং ইন্না কৌবনি। মশক্কা মওংদা হোংবগী ৱা নত্তে। থম্বাল, য়েনশিল, থোই ময়েক অহুম অসি য়েকপা মথল অহুম অসি নত্তবা অমা অমুক হাপচিল্লক্লগনা মথল মরি শুরকপদা য়ারোইদবা লৈতে।

৬। কোকয়েং মরক—কোকযেং অসি থোয়দোকপা অনৌবা খুৎযেং অমা ওইরোই। অমস্মু নত্তবগুম তৌবা অমস্মুং ওইফাত্তবা মবক্তা লৈববু মরক কৌই। পাকলোই ( পাকনোঈ নত্তে ) সু নত্তবা মানদি মানবা কোকয়েং ময়েংনি হায়রি। মথক্তা ৪ শুবা ফৈযেংকী মতাংদা "মরক শলাই য়াওনা পুথোকই" হায়না যাওরি। অতুনা স্নাতবিক অসিগী মতুং ইল্লবদি পাকলোইগা শলাইগগী মরক ওইবা তাই। মাসি পুথোকপগী অচাবা মতন লেপ্পা ঙমদ্রবস্মু চাওরাকপা মতম অমদি পীবনা চুম্বনি। পাখংবগী মতুংদা পুথোকপনি হায়বদি হৌজিকস্মুনি। অর্থ য়াওবা ৱা নত্তে।

৭। কোকয়েং শলাই—মপা মপু তিন্নবা, তিন্নৈ লৌবা স্কাংবুবু শলাই ( clan ) অমা কৌই। "শলাই (৭) তরেৎ খাইরবা মতমদা" হায়রিবা অসি খায়নবগী ৱাফম থোইনা লৈবা নত্তে। মশা মশানা অতুম ত-তুনা লৈবনি। শলাই মশক তাকপা অতুনা অঁতুম থংলে। শলাই য়েক মনুংদা শাগৈ তোপ্পবদি খায়নবগী

রা চংই। শলাই অমগী মনুংদা শলাই থায়নবগী রা চংঙকফম লৈনিংঙাই লৈতে। মপা মপু তিন্নদবা মশেল তোংঙান তোংঙ রা অর্থুম ভা-নবনি। শলাইশিংগী ওইনা পুন্না শিজিন্নবা শলাই মশক থংনবা মচু তোপথোকপনি। শলাই অচৌবা, মচা খুংম্নেংশিং চংনরিবা ময়েং ঙাক্তনি। নৈননিংঙাই থোয়না লৈতে। শলাই অচৌবগা মচাগা খেন্নবদি কোকয়েংকী ফিদোল মন্নায়দা থিনগৎপনা। অচৌবা, ম্নেংকী নাপদা থিনগৎপা শলাই মচান। সংকেতনন চংবদা শিজিন্নবা, ওইগী নাপদা থিনগৎপা মচানা শেলুংফমদা শিডিনৈ তাকলি।

৮। কোকয়েং অচৌবা চরাইরোংবা মহারাজগী নতংদগীনি হায়রি। মঙংদি মরক কোকয়েংতগী থরা হেন্না চাউই অমসুং ময়ায়দা "চিথাগী ভাব ওইনা অমুবা মতুম অমা হাপ্পী। অমুনা অতুনা তাকপদি হিন্দুনি" সু হায়রি। ঐখোয়গীসু অমুক যেংসি— মণিপুরগী নিংথৌশিংগী মরক্তা তুবী শিজিন্নবা নিংথৌ য়াম্না পাংই। চরাইরোংববুদি 'তুবী' শিজিন্নে—মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবা হায়না তোইনা লৈশি লৈথোক্লি। তুবী = লাইরেনবুসু থংনৈ; মতিক মগুণ লৈবা মীনা কিনবা নিংথৌবু (মীবু) সু থংনৈ; মরোল তোংঙান তোংঙানবা লোনবা জাৎ অহুমগী মথক্তা পানবা নিংথৌবুসু থংনৈ। মহাক মতম কুইনদি পাল্লমদে হায়ববু মতিক মগুণ লৈবা, মীনা থাগৎনরম্বা নিংথৌ অমসুং জাৎ ময়ামগী মথক্তা ইংনা পানবা ঙম্লম্বা ওইতুনা মী খুদিংনা তুবী মিংথোল পীরম্বা ওইগনি। গ্রন্থকারগী বানান অমসুং লোল অসি মতা অমা ইতৌ তৌই অতুনা চেকশিন্নবদি অর্থ অমরোমদা চংখিবা য়াবা মতাংসু য়াওরকই। 'চিথা' হায়বা নত্তে, 'শিখা' হায়বনি। হিন্দুতনা, থরা অমুক মকশিন্না হায়রগা ব্রাহ্মণনা নম্মা শিখা

থাকই। মথা চম্বরকইশ্বা "অমুবা অছুনা তাকপাদি হিন্দুনি" হায়ব। অসিদগী ঐখোয়না থংবদি গ্রন্থকারস্ হিন্দু ধর্ম লৈপাক নিংথৌগী ধর্ম ( State religion ) ওইদুনা তুবী চরাইরোংবগী হাত্তক ফাওব। ওইরক্লি হায়বা য়ারি। শিথানা উৎপনা ব্রাহ্মণ পুন্নমক নত্রবস্ এ স্মাণগুম ধর্মদা লাইনিং লাইশোন্দা পুক্লিং চংঙম্মী উৎপনি—মাসিমস্ গ্রন্থনাব য়াগনি। অছুনা হিন্দু লাইনিং নিংথিনা কাযদন লৈবা হৌমনি। মতাং অসিদা 'মীতৈ লাইনিং'গী বাদি অমতা শুঙদবা অসিনদি মাসিমদি মতম অছুদা মক হুল্লমদিবা ও যদুল তৌবনি নত্রবদি মনম মবিক অমতং ফংলবদা লাইরিক অসিদা পল্লমদন তুমিন্না থম্মম্মোই। ঐখোয়গী বিচারদদি লৈপাক নিংথৌগী ধর্ম ওইরিবা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম শিং-নদুনা 'মীতৈ লাইনিং' তুবী চরাইরোংবগী মতমদা লৈরমগনি—মসি ফাওবা তল্লমগান নিংদে। লৈস্ লৈরমদে অমস্মুং থনবা ফাওবা অল্লস্বা নত্তে। লৈরল্লবদস্ রামানন্দিগী বাদি য়াওরগা 'মীতৈ লাইনিং'গী বা কুম্বাদদ য়াওবমদবা তৌনদে। মতম অছুদা হিন্দু ধর্মস্ ওইবা লেঙবদী লাইনিংস্ ওইবা 'রামানন্দি' ধর্ম চৎপা কাংবুদি লৈরম্মী। মবুধো গুণ্ডডো থাগেম্বগী হাক্তত্তন রাম নিংবগা কৃষ্ণ নিংবগা চিংশিল্লনবা নাক্করম্বগী প্রমাণ ফংই। কুম্বাবদা হাক্তক অসিদা রামানন্দি চৎপাশিংবু রাকেংই হায়বা তোম্বনা য়াওই। নিংথৌনা কৃষ্ণ নিংবগী মীচং ওইরম্বনা সম্প্রদায় অসিনা লাকচখিবনি। মতম অমদদি রামানন্দিনা লাকচরম্বা য়াই। 'রামাৎ' 'রামছৎ' তগী নত্রগা রামানুজ বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী রামানুজদগী রামানন্দি হায়না ঐখোয়না খংনখিবনি। খৃষ্টগী চা ১১ দা রামানুজ ধর্ম শন্দোকপগী থবক তৌরম্মী। মাহাক খা ভারত্তা পোকপনি। ভারতকী মফম মফমদা চত্তুনা ধর্ম শন্দোকখি—বারানসী, প্রয়াগ, হরিদ্বারনচিংবদস্ কোয়রম্মী। সম্প্রদায় অসিগী লাই মনিং গরীবনেবাজগী

মতমদা অমুক কনখৎলম্মী। হনুমানজিগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌদুনা মন্দিরনচিংবা শারম্বা গরীবনেৱাজ মহারাজননি। হৌজিকসু রামান্দি চৎলম্বগী খুদম শ্রীরামজি প্রভূনি। নিংথৌ লাই ওইনা সেবা চৎলিই। ইবুঙভো অসিগী মন্দির মসুংদা শান্তদাস বাবা অমসুং গরীবনেৱাজগী মূর্ত্তি অনিসু লৈ। কোকয়েংকী রাদা হল্লিল্লগা কোকয়েং অসি নট সংকীর্ত্তনগী অককনবা মচাক্কি। ওইদা শিজিন্নদে।

৯। কোকয়েং তোলোকমচা—ঐথোযনা য়াম্না তোয়না উরবা ময়েংনি। থৌ-ওৌবদা, সুমদাং কোইথোকপদা য়েংনৈ হায়রি। হৌদোকখিবনা ক্যাম্বা মহারাজগী মতমদা বিষ্ণু পূজাগী—হৌদোক-খিবনিসু ইরি। মাসিদা ঐথোযনা খুংঙাইতবদি লোংগি (লুঙ্গি) শুম্বা খুকউ কুপ্তবা নামৈ য়েপ্তবা ফি মচেৎ অম। শেংহল্লগা কোকযেং চিনখুম খুমহুনা লাইগী লুক হৌহনবা অদুনি। থক্কা খাগা চান্নহল্লম্ব-বদি চিংনবা রাংলমগনি। মান্নফমসু থোকপনি। কপত্রেং ফিজেং কৌশিনখিবা মশেং অদুসু ক্যাম্বগী হাক্তক্কানি ইরি। অদুসু মশক্কা মমিংগা চান্নদবনিনা অদুম্বনি হায়না লৌবা ঙমদে। হৈফেজোম মশেং অদুনি কুইনা শিজিন্নরক্রবা মশেংনা/অদু নত্তনা ফি মচেৎ অমমম কোয়শিন্দুনা অদু য়ৌনা চাওখৎলবা মতমদা পাল্লম্বা হৌনদে। ফি মশেং অসিনা ক্যাম্বগী হাক্তক্কদা হৌদোকপা ওইরবদি মাহাকী হেক মমাং কাওবা হায়বদি মপাকুংগী হাক্তক্কা মাহাক্কা অঙাং ওইরিডেদসু খাংলি লাইখন শেত্তুনা হিংঙম্বা তারি। ইতিহাসনা মাসি থাজো য়ারোহ—থাজনিংঙাইগী মরমসু লৈতে। ঙসাইগী লোংগি মানবা ফিমশেং অদু পাঙলনা মাথোয়না তম্বীবনি। হায়রক্কত্রা হায়না ঐথোয়না পনখিবা হায়বা য়ারোইদবা মরম লৈ। লুঙ্গি বর্ম্মাগী লৌজিদগী শোয়থরকপনি। অদুনা মাসিমদি

পাওল্লনা মাখোযদগী তম্বনি হায়বা ভল্লয়োই—মাখোয়সু তম্বনি। আসাম, বঙ্গদেশকী পাওল্লা তমতুন অহুরাইতদা শিজিন্নবনি। হৈবা তারবদি ষুয়েল্লোন্নবা ঐখোয়না হাল্লা হৈগদবনি। অহুবু ঐখোয়না তম্নমদে-মরমদি হিন্দুগী লৈপাক্তা (দ্রাবিড়শিংনা শেংলবসু) হিন্দু মুপানা নামৈ (কচ্ছ) য়েপ্তবা ফি শেংতে। পাওলহ্ ক্যাম্বগী হাক্তুন্তদি মণিপুরদা লাক্লম্বগী ব্রা থেংনয়োই। অতুনা 'নামৈ যেপ্তবী অকোইশী মতেক' কৌবা খাংগোইবী মণিপুরদা মৈতৈ মবক্তা চংনবম্বা থাজবা য়াদশ্রানি। কোকী ব্রা ভাংনবগা খাং হৌখোকখ্রে মগা চাদবা ব্রা লাকপদা শাংদোকখ্রে। লম্বোইরবা, সংসার থ দোকখ্রবাশিংগীদি অতোপ্পনি।

১০। (কোকযেং) শোকশেং কোকযেং মরক্তা গ্রন্থকারনা চনশিল্লনবনিনা কোকযেং কে কশেং ও হাক্তুদি মকৌরসি। মাসিবু মুপীগা কে কয়েংনি হরি "কোকযেং হাযবা রাহৈ অসি তোতুনা কোকযেং হাযনা কৌনৈ"খু হাযরি। অতুদা মাসিমদি কোক্তা সেংপা নত্তে কোক্তা শেংপনি। লৈতেংগী তৌদবা যদবগী তৌবা নত্তে কন্থোকপদা কান্নে হাযতুনা কোক্তা শেংচিনবনি। অতুনা কোকয়েং নত্তে। মাসিনা কোকয়েং ওইবা তারবদি—খুংজেং ফনেক মবক্তা য়াওবা তাই অমসুং খাংয়েং মুপাগী ফি মশেংনী মনুংদা লাকপা তাই। মৈতৈ মুপীদি থবক কনবীনি, কন্দবা যাদবনি—মচানা, মবন, মপানা লৈপাক নিংথৌগী থোদা পুতুনা মরৈ-বাক্কীদমক মথরায য়েনবা তোয়না চংগ্রবদা মযুমদা রাসনু নুওাইসনু পুম্নক তোহৈদবা য়াদ্রবনি। ইতত্তুনা কে মৌবগী থৌরাং ওমদবদগী কোকশেং শেংচিল্লগা কোক অমসুং তুংগী হকচাংগী শরুক কল্লি। মাংদি নিংনা উবা য়রবা মফমনি তকথোক নাম্থোকপা অমসুং কন্থোকপা লায়না থোকই। অতুনা অকরুবা

থবক্তা, লৈতেংবদা শিজিন্নদবা য়াদব। মশক নাইবা ওইনা শিজিন্নবা নত্তে। শম তাদনবগী থওইন। কোকশেংল। ফাই হায়রিব। অনিস্থু নত্তে। হৌজিক সহরগী য়ুম অয়াম্বদা কোক খুম্বা মুপীগী মশক মাংগ্রে হায়বা য়াশিল্লক্লে অতুনা কোকশেংনা হেন্না তোকশিল্লক্লে। অতুবু চাকতা হেক্কাংদা মুতিগী শম তাদে। অসিগুম্নবা মতম অসিদস্থু সহবদা থবক্তী মতু ইন্না কোকশেং শিজিন্নরি—তেবা হানবা মোম্পাক তুবা তারবদি চেং ফৌ যাল্লা খপ্পা তারবদি. ফত্ত হৌদি য়ুম, ফক্লাংদগী কম্বা তারবদি মুপীনা কোকশেং শেংলি —ফত্তবা পোৎতগী মশা কনবনি, লৈতেংনবা কোকযেং নত্তে। অতুগী মথক্তা কোকশেংনা অশম্বা অমস্থু পী। মকোক খুম্বী মুপীনা ঙাহাক লৈতনা কোককী ফি শেন্নদবস্থু য়ারে। মৈতৈ কোকশেং থাদ্রি; তমগী কবুই মুপীশিংগী মবক্তস্থু নিংথিনা উরি। অতুনা মাসিমদি—কোকয়েংতগী লৌথোক্লসি। মাসিগী মহুত্তা মশকস্থু ফনা মানবা ফৈজাতুম হাপসি। কোকয়েং ফৈজা কৌরগা মতৌ ফনা নিংথিনা মাল্লনি। ফৈজা কোক্তা শেংতে—কোক্ত শাই। লোল্লে, শমজিন গুম্বনি খন্দোকপা য়াই অমস্থুং লৌবস্থু য়াগনি। এখোয়না মতৌ মানবা অমা হাপ্পস্থু কায়বা লৈতেদা!

---

## কুনশুবা মতাং

# শমজিল মনাফি থোকলকপগী মতাং

## ( খমনুং ইঙাল লৈশেম্বা পুয়া )

## ( কুম্বাবা……পুয়া )

মতাং অসিগী অহৌবমক্তদা "নোংদা লাইরেল পাখংবনা চহী ১২০ নিংথৌ ওইনা পাল্লবা মশাগী চহিনা ১৪৭ শুবা" মতমদা মচাদা খুবম শিন্নখি হৈরি। মতাং অসি হৌরমদাইদা কুম্বাবা পুয়াস্থু পল্লি। অদুনা কুম্বাবদগী লৌদুনা হৈবা মালহল্লে। কুম্বাবদদি পাখংবনা পুন্সিরম্বগী চহি মশিং য়াওদে। চহি ১২০ পাল্লম্বগী রাদি য়াওরি। মশাগী চহি ১৪৭ শুবা হাম্বসি কদায়দগী লৌবনো তাকতে। কুম্বাবগী মালহল্লগা ইশিনবা অসিনা ইতিহাসতা অকাযবা য়াম্না পী। গ্রন্থকারনা পুথোক্লকপা চাই অসিদগী হোৎলবদি চহি ২৭ শুবদা পাখংবা নিংথৌ ওই অমস্তুং খৃঃ ৭ তা পোকই। ফনা মতৌ মালহল্লি। মান্নবা তৌবনি মরমদি কুম্বাবা পল্লগা কুম্বাবদা য়াওদে করিগুম্বা অমদগী লৌবনিস্থু তাকতে: অদুনা মশানা অশাবা চহি অদুম ওইজবে। অশাবনা ইতিহাস ওইবা য়ারোই। গ্রন্থকারগী লাইরিকমক্তদগী লৌরবস্থু পাখংবা চহি কুনতবেৎতা নিংথৌ ওইবা য়ারোই। হৌজিক হায়রিবা চহি ১৪৭ পুন্সিবা অসি অচুম্বনি লৌরগনা গুরুনা থুপখিবা খৃঃ ৭ তা ওইগনি মরমদি নিংথৌ খুবম শিন্নরম্নগা থুপখিবনি। অদুনা মণিপুর পৃথিবী ঈশিংদগী চিংথত্তুনা শেম্বা লোইবা, মী শেম্বা লোইবা, মতম কুইনিংঙাই লৈত্রে। গুরুনা লাই ওইনা পৃথিবী শেম্বা লাকপা খরা থিনমনগ্রে। অদুদা লৈপাক লৈশককী বিদ্যা হৈবা কাংবুনা মণিপুরগী মপুন্সি চহি ২০০০ রোমদা ঙাইরি হায়মু

য়ারোই। পাখংবা চহি ২৭ তা নিংথৌ ওইবা যাদবা অমন মাহাক চহি য়াম্না য়াম্নগা নিংথৌ ওইফম থোকই হায়বা লাইবিক অসিনা হায়জরি। কোঞ্জিন ওইতুনা মতম শাংনা লৈরবা মতুংদা নোংমা গুরুনা পেনবদগী পাখংবা হেক্তা ওইখিবা ঐথোয় থেংনথে। পাখংবা ওইবদগী পাগনি হায়রবস্মু পাখংবা ওইব, নুমিত্তা (পোকপা নত্তে) নিংথৌ ওংখি অদুনা মাহাক চহি ফ ত্রিংভে নুমিৎ অমতা শুবদা নিংথৌ ওইহনখা তারি। অদুনা মাগি ব বিলি শিংগুল্লি—তাজপ্রসন্ন। অওইবদি নত্রে। গ্রন্থকাবনা অবে নব বিদ্যানা 'দিব্য চক্ষু' পানখত্তুনা পুথোকপনি। মবন্নাইগী ১তোমত। শিজিন্নজসমু।

পাখংবগী মশাগী চহি পুথোরবা পাম্বৈ লৈতে। লাইস্নাদা পাখংবনা "ঐদি কোরৌ নোংমদোন্দগী কুম্নকপনিনা মীওইবসু যাই লাই ওইবসুং য়াই হায়না খুমখিএ" (কুম্বাবা)। বাটৈ পরেং অসিনা ঐথোয়দা থিন্দুনা তাক্লিবদি পাখংবা নুংিৎতগী কম ওইনা পুলৈরোম্বনা পুরক, হায়বা অদুবুনি। মচিন মনাও নিংথৌ খুবম ফংনবা লমজেন তান্নে হায়বা অদুবু নত্তে পা + খংবা = পাখংববু নত্তে। কুম্বাবনা মাসিমদি লৌনিংদবা নত্রগা খংগুমদবা তাই অদুনা নোংমদোনলোমগীদা ইরম্মিবনি। অদুমকপু পাখংবগী মওং অনিমক অসিদা মশাগী চহি লেপ্পবগী করিগুম্বা লম্বী অমতা লৈতে। শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমসুং শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ অনিনা সম্পাদন তৌবা চৈথাবোল কুম্বাবগী অহানবা চনাগী অহনবা চেনিং মরোলদা (foot note তা) মথক্তা ঐথোয়না লৌখৎলিবা পাখংবগী পাউখুম অসিবু "পাখংবগা লাইসনাগা অনি অসি জাৎ তিন্নদে—লাইস্নাদি পোইরৈত্তোন খুম্থোরকপদা য়াওরকপনিনা পাখংবনা মাগী সমাজদা ফোংনা

পুথোকপা ঙমদে হায়রিবনি "হায়না মরোল শুগাইরি। মুন্না খন্থরবদি মখোযনা শুগাইরিবা মরোল অসি মমুৎ তারে হায়বা যদে। লৈপাক্কী নিংথৌন সমাজ খংহন্দনা নুপী লোন্না থম্বা ওইবা যাদবা থেদোরবনি। নিংথৌজাগী পুকোকনি হায়রিবা পাখংবনা অহোঙ্ক কাংলুপশিংগী নুপী লৌদ্রবদি মাখোয় মশেল নিংথৌজা ঙাক্তা লৌনবা ঙাগদৌবি। মতম অতুগী সমাজনা পোইবেতোনগী কাংবুবু অতুক য়াম্না হন্থনা য়েংঙমগনি থনবা লানগনি। অমসু পেংনি—ফেংদনা, লোত্তুনা থম্বা নুপী অসিগী মচানা নিংথৌ ওইবদি যাবগা মনাবু সমাজদা ফেংদোকপা যাদবগী মবম লৈনি ঙাই লৈতে। লোন্না পোকপা, কনাসু থংদনা পোকপা মচানা মপা পাখংবা শিবগা চোংশিল্লকনা নিংথৌ ওইবা ঙম্বা হৌনদে। পাখংবগী মবোনে অসিনা ওইফম থোকপদি মাহাক্না লাইস্ন খোযগা ফিজেৎ, চাকচ, শাজৎ তিন্নদুনা মাগী শাজৎ অমসুং মমান্নবা তিন্নবা পুন্নমক শুনা উহন্নিংদবা। অমসুং থংহন্নিংদবা ওইদুনা তেরবনি। মাখোয় অনি কুন্না পান্মিন্নরবনি হাযবিবা পাখংবনা ভুথিল মুথিল লাইওই হাযববু লাইস্নানা থাজদদুনা নুপী মকুগী লৈদুনা তৌবনি খন্দুনা পাখংবগী মতুং ইনগে হায়বনি। মাহাক্না উহন্নিংদবা, থংহন্নিংদবা ময়াম উথ্রনি খন্দুনা নৈথোকপা য়ানবা পাউখুম পিশিনবনি। মাসিমকসু ইতিহাস ওইনা লৌবা য়াবা ৱা নত্তে। পাখংবা নিংথৌ ওইনা, ঈ-তোংগী মী ওইনা লৈরম্মী হায়বসিমক ইতিহাস ওইনা লৌনবা লাক্লবা যনা লুগনি। পোইবৈতোন খুন্থোকপদা পাখংবা নত্রগা মতম অচুদা পোইরৈতোন্না লাকপদা পাল্লম্ব। নিংথৌগী ৱা অমতা য়াওদে। কুম্বাবদদি পোইরৈতোনগী ৱা য়াওই। অতুগী মমৈ আঃ কায়নখংদ। কুম্বাবদা ক্যাম্বগী মথক্কী নিংথৌসিং হাপকংপদা পাখংববু পোইরৈতোনগী মতম ওইহনখিবনি লৌবা তাই।

শম্‌জিন মনাফি পুথোক্লমদাহ্নগী লিবা ৱারি অমুক নৈনত্নুনা য়েংসি। খুইয়োই তোম্পোক্লা মপানা ওন্দুনা লাকপা লিল হাংপদগী ফুম্বা ফাওবা অসি পাবদা ফংবদি অওহ্নবনি হায়না লৌরগা—খুইয়োই তোম্পোক নিংথৌ ওইনা পানবা মান্দে। মপা নৈখিদ্রবদা মমা মচাদা তরক তরক লুপ্পাবী মচাদা মচা অতাক্পনা পাঞ্জবগুম উই। মমানা তাকপাদা মাহাক্লা লোং লৌরুত্নুনা মপানা ওনবা লিলদা থিল্লি—মশানা ফুমজরু মমা মচা নত্তবা মনায় মশল মরুপ মপাং কমামতা যাওদে। পুম্না অতোপ্পা অমগীনি হায়রিবা তৌ-না থিনবদা শি হায়বা অতুমদি লৌরম্লুসি—তৌ-না থিনবদা শিবা লিল অতুগী মথক্তা লাহ্নস্নু—ওইরিবা—শোম্মল্লি। পাখংববু তৌ-না ওক্তনবা হৌনদে। থৌ তৌবদা তৌ চংলিবা অতুগীনি হায়গে তোবা মাল্লি। মতাং অসিদা থৱায়দা য়াহ্নবী নপ্পগী ৱাস্নু মতেক অমা য়াওরি "থৱাহ্নদা য়াহ্নবী য়াওবা অসি থৱাইবু য়াহ্নবীলেল শিদবগী মশক্তি খংনবা যাইবী থৱাহ্ন হায়বনি।"—('বেদগী মোত্তা' আত্মা নত্রগা জীবাত্মা হায়বা ওহ্নরিগদ্রা? পনবদি পল্লমদ্রে)। পাখংবদা, লাহ্নদা লোইননবা ইনশিল্লগা হায়বদি ৱাহৈ শিজিন্নবা ফাওবা অওহ্নবা ওহ্নগদবা নত্তে। অসিগী মরমদা ঐথোয়না মথক্তা পনগ্রে। পোং অমগী অর্থ মান্নবা ৱাহৈশিংনা পুন্না শিজিন্নত্নুনা ৱাহৈ পরেংগী ফজবা হেনগংহনবা অমস্নুং অর্থ লুমহনবা মৈতৈ সাহিত্যগী অৱাংৰা থাক তাকপনি। লিরবা শাংনা নৈরক্লবা লোলদা পোং অমতবু ৱাহৈ অতোপ অতোপ্পা কয়ানা খংহল্লি। অস্নুম্না সংস্কৃততা নুমিৎ খংনবা ৱাহৈ ৩০ দগী হেন্না লৈ—থাগী ২০ মুক লৈ—খুদমগী ৱানি। পোং অমবু খংনবা ৱাহৈ য়াম্না লৈজবা লাইদা ইনশিনগদবা নত্তে। লোলগী মগুণনি। অসিগুম্না শিংডেল লৈৱাং, তম্বা মী, নমু পোং, য়ারৌ শানচিংবা করম তৌত্নুনা কনা লাইদগী নত্রগা মাহাক্তী

মরমদগী থোক্লকপনো তাক্লম্লবদি খরদস্তু মতৌ মাল্লমগদবনি। যুগ অসিদা চহি খুদিংগী মশিং হেনগৎলকইবা লোলনি—হেনগৎ-লকপদা লাই অমত্তা য়াওদে। থায়নস্তু অহু মঙাই। মনাফি হৌরক্কদৌরিবা ৱারিদি শুম্মাংদা লাইস্নানা ফৌরাদা ফৌ ফৌদোকপদা নোংমা মতোক পানবা লিল অমা ফৌ মথক্তা লৈরবা উরহুনা মচা খুইয়োই তোম্পোক্তা তাক্নুনা মানা লোংনা থিন্দুনা হাৎলগা মপান্দা ফুম্মুরে। মংদা পাখংবনা 'ঐনি' তাক্লহুনা অফুম্বা লিল লৌশিল্লুরগা ময়েক্তগী লৌহুনা মনাফি শাখি —পণ্ডিতকাস্তু তান্নৈ। অসিনি শম্পৎপা গ্রন্থকারগী ৱারি।

অহুদগীদি মংদা মশক তাক্লগা "লাঙ্গল খুকস্বা নিংথৌ পণ্ডিট মরিং হন্নুবা লহাঙস্বগা তান্নরগা নিংথৌগী মনাফি নিংথম শমজিন শরোংনচিংবা লিল অহুদগী মওং য়েংলগা ময়েক লৌহুনা শারো" তাকপিরম্মে। মফম অসিদা 'নিংথৌ পণ্ডিট' কী ৱা য়াওরকপা অসিদা নিংথৌ খরা অমুক মাল্লে। মমা মচা চংহুনা অফুম্বা লৌথোকউবগী ৱা অমুক থেংনবদা ঙসাইগী মমা মচাদা তরক তরক পানজবগী ৱা অমুক লাক্লে। 'পণ্ডিট' হায়বা ৱাহৈ অসি তোয়না লালমনগ্রে, নম্বদা লানবা ওহৈরবদি মফম অমতদস্তু অচুম্বা থেংনবা য়াই। খংদহুনা লানবনি লৌফম থোকলে। অচুম্বা বানান ওহৈশিনখিহুনা এ, আই, আরগী 'কালাকার' তাখিগত্রা চিংনরে। সংস্কৃত লোলনি লান্দনা 'পণ্ডিত' হায়না ইবনা ফৈ। পণ্ডিত অসিগী মমিংনি হায়হুনা য়াম্না শাংনা ইরিবসি অওইবা ওহৈরবস্তু নমিং নত্তে, উপাধি—মিংথোলনি ভূষন 'অধিকারি' হায়বগুম্বনি। মৈতৈ লাইরিক্কী মিং অয়াম্বা মপানা মমানা অঙাং ওইরিঙৈদা থোনখিবা মিং শিজিন্নদনা অপীবা, অফংবা য়াম্না শিজিন্নৈ। অস্নুম্না শিরবা লিল পাখংবগী মশাদগী ময়েক মতৌ লৌহুনা মমিংনা

হান্না থোল্লম্নবা ফি শাবগী ৱা ইবিবা ঐখোয় উরে। ঐখোয়না নিংশিংগদবা—মশক নাংদ্রিবা, মশক খংদ্রিবা মসং লৈদ্রিবা মনিংদি থোল্লম্নবা ফি শাগদৌরিবনি—থা থাগী থবক নত্তে।

মথং মথং চথদ্রিবৈগী মমাংদা মতাং অসিদা পেন্দবা থবদং হান্না লৈননিনি। গ্রন্থকারনা থবক পুন্নমক লৌইদা ঙাক্তা ইনশিল্লে—মাসিনা ইতিহাসপু হাৎপনি। মিলগী মখেত্তগী মওংদগী নিংথম শমশিন মনাফিশিং মওং মওংগী মথং মথং লৈনৈনা পুথোকখি হায়দুনা প্রমাণ তৌরগা, মতম তাক্তুনা, বিজ্ঞানগী মতৌনা ইরবগদি মৈতৈগী পুথোকপা। হৈবগী মগুণ অসুম, হৈশিংবনা মথং মথং চাওখৎলকপগী ইতিহাস অমা ওইগদবনি। লাইদা পুন্নমক ইনশিল্লিবা—লাইশিং অদুদি ইতিহাসকী মীশক নত্তে, য়াওবা য়ারোই। ইনশিনবা অদুনা লৈপাক অমগী নিংথৌবুসু লৈকাই অমগী খুল অমগী চিদায়দা তরক তরক পানজবা কনা লৈজদবা লুপ্পাবী মচা মালহল্লে। ঐখোয়না খন্নবিবা নি থৌগী মচা নি থৌগী ৱানি। য়াম্না গতি লৈজদবা মীগী ৱা নত্তে। পাখংবা নিংথৌ ওইনা, মী ওইনা লৈরম্বা থাজবা য়াবা যাদবগী ৱা মথক্তা লৈনখ্রে। মতিক চানা চাং য়েংদুনা চুম্বা য়াবা যাদবগী পমাণ নিংথিনা লৈনরগা লেপকদবা পুরাণগী ৱাবু, ৱারিবু চুম্বা য়াই য়াদে খংদনা পাইদা ইশিন্দুনা মণিপুরগী ইতিহাসপু, মৈতৈগী চাওখৎপবু—লাইনা থাদরকপা ঙাক্তা ওইহন্দুনা মশক থিহন্নবা হোৎনবা অচৌবা মরাল্লি। লাইদা লখা ইনশিন্দুনসু জ্ঞান লৈবা কনানসু লাইনা তাকতুনা শেম্বিদুনা থোকপনি থাজৌ য়ারোই। পৃথিবীগী জাতি পুন্নমক্কী ইতিহাসতা ঐখোয়গী অসুম থোকলিবা ঙাক্তনি। ঐখোয়গীতা লাইনা তৌবিবা য়ারোই। মৈতৈ খুৎশা হৈবনা, মৈতৈ মুপীনা য়েক খোত্তুনা, লোন্দুনা চাওখৎপগী থাক অৱাংবদা থাঙৎলম্ববু লাইদা

ইনশিনবা মীরমগী মীনা তারগা পারগা অঙাওবগী চোইরোলনি হায়থিনি কিহ। ফিজেৎ লৈতেংগী রাস্তু ইতিহাসনি। লাইরিক অসিনা হীরম অসিগী ইতিহাস ওইনা করি করি তাক্লবগে? অস্তুম্না অঙাং থেম্বগী মওংগুম ফুঙ্গা রারি ভাক্তা লিহুনা ইতিহাসপু, মৈতৈবু চিংথহুনা থাগৎপা শাহুনা থুদেকপা ভাক্লবা চেকশিন্দবা য়াদে।

# উকং মওং তাকপা

মখা অসিদি চাওরাক চাওরাক নৈনরগা লোইশিল্লসি। "কোক্কী লরাই লৈতোন্দা লোংনা থীনবগী হোহুন। লৈবা অহু উকং হায়না থোল্লে" হইরিবা অসি উকং থোনবগী মরম চাদে, প্রমাণনা য়াদে। লিলগী 'লরাই লৈতোন্দা' (লতোন্দা) হোহুনা লৈববু উকং থোনবা য়াদে। লিলগী মকোক উ নত্তে, উ নত্তববু উ কৌবা য়াদে। উ অকংববু উকং কৌবনি। উ অকংবনা শাবগী শমজিন্দুনা উকং কৌহ হায়বদি ময়াই। লিলগী মকোক্লদি উকং ওনবা য়াদে। লিলগী মকোক্তা লোংনা থিনবগী মফম হোহুনা শৈরোই। ঈশ্বরনা মথরায় পানবদা মশাগী মতোমদা ওইজবা ভম্বগী শক্তি পীরম্মী নত্রগা মথরায় পানবগী হকচাংদা কনাগী থোইনশিন য়াওদনা মরম্নাই পাংথোকচবা ভম্বগী মপাঙ্গল লৈ। অহুনা লিলগী মকোক্তা লোংনা থিল্লগা লোং অহু শক্তোক-খ্রগা মখুল অহু হোহুনা লৈরোই। মরমদি হকচাংগী শক্তি অসিনা মতোমদা ফুঞ্জিঞ্জরকই। অহোবগী শকক লৈরোই। থিনবগী মফমদা দাগতি লৈগনি। শিরবনিনা লাইজোহুনা কোম শানস্তু লৈররোই। পাখংবা লাই ওইরবস্তু মথরায় পানবা জীব লিল ওইহুনা লাকপনি অহুনা জীবদা লৈবা মওং অহুম লৈগনি। হিন্দুগী শাস্ত্রনস্তু হায়—ত্রানেন পৃথ্বাাঃ পদবীং বিজিত্রন বরাহ ওইনা অবতার

তৌবা ভগবাননা শা অসিনা তৌবা অতু তৌতুনা মনম নমতুন থিই। অসুম তৌতুনা, পুম্নমা অসুম হায়রি হায়না পীবমথৈদি হৌনৈ --পুম্নাদা লৈরবদি মরোল মকসু পীগদবনি—পুম্না মরোল অতুদগী ওইবা য়াবা য়াদবা য়েংলগা অচুম্বা থিদোক্লগা অওইবা মশক খংই। মৈতৈগী মহৌশাগী মরৌশিংনা, মহৈনা উকং ভুৎতুনা হাপতোক হাপচিন তৌতুনা শাজরম্বা উৎতা ঘী হৈবা চুমদে। থোকখিদবা থোদোক্লা মরম ওইবা য়াদে।

মশাবু লৈতেংনিংবা, ফজহন্নিংবা, মুংঙাইনা পান্নিংবা মীওইবগী পোকপদা য়াওরক্লবা শাজৎনি। শাজৎ অসিনা থৌতুনা মীওইববু মাগী মাগী শক্তিদা, বুদ্ধিদা, হৈশিংবদা, পুথোকপা হৈবগী পাঙ্গলদা লেপ্তুনা ফজগনি খনবা পোৎ, কান্নগনি নিংবা পোৎচং পুথোক্লবা হোৎনৈ অমসুং পুথোকই। ঈশ্বরদি পোৎ ওইনা শাতুনা পীবিবা নত্তে—ৱাখল, শক্তি, বুদ্ধি, জ্ঞান, লৌশিং পীবিবনি। অসুম্না লিলগী ময়েক্তগী, মনমগন্দগী মমৈদগী, মবুক্তগী, থম্বালদগী, য়েনসিন্দগী, খোইদগী অমসুং অতোপ অতোপ্পা মহৌশানা লৈজবা পোৎতগী, শাতুনা লৈবা পোত্তগী লৌথোক্তুনা পুথোক্লম্ববু লাইনা তাক্তুবদি তৌবা হৈতবা, তৌবা য়াদবা, পুথোকপা হৈতবা, মকোক পান্দবা তাহনবা গ্রন্থকারগী অঙকপা ৱাখলনি, অঙকপা মহৈনি। অতুবু মংদা মুংঙাইবা মিকপ থোকপগা মাংখি। হৌজিক অনৌ অনৌবা, অঙক অঙকপা পোৎ পুথোক্লরক্লিবা কনা লাইনা তাকই। হায়নবগে? এরোপ্লেন শাবদদি, হৱাগাড়ী পুথোকপদদি লাইনা তাকত্রগা শমজিন নিংখমদদি তাকঅম্মী হায়বসিবু কয়ামুক পংঙতুনা ঐখোয়বু থাজসিগে। লাইনা মৈতৈবু গ্রন্থকারনা চালহনবা কা খরা হেনমল্লে। ঐখোয়না খনবদদি কনাগুম্বনা য়োৎ খিংডিঙৈগী ৱানা, বুদ্ধিনা কুনশুবা শতাব্দীদা অহে অপা শাবা অরায়বা ওইনি

নিংদে। লাইনা তৌবা, লাইগী মতম শাত্তা ওইহনবুনা মাখোয়শিং অসিগী মথৌ ইতিহাসতা হাংহল্লে। লাইনা পীবা হায়রবদি মীরমদগী তম্মুবা, মতৌ তম্বা পোৎনি হায়বা য়াওরকুনা শেংদোক্লবা য়াম্না রাম্বনি।

লমথাং খুলং—"লিল অচুগী মবুক্কী অরাংবা মগুং লৌতুনা নমথাং খুলক কৌতুনা শারে" হায়তুনা শারে। লিলগী মথাগী মগুং মশক লৌতুনা লমথাং খুলং শাখিবা অওইবনি লৌরসি অচুগা নমথাং (লমথাং) খুলং হান্না থোল্লগা শাবদি ওইরোই। পোং লৈত্রিংডেদা মনিংনা হান্না পোকপা হৌনদে। পোং অচুনা মমিং পোকহনবনি। মাসিবু গাড়ীনা শগোল চিংবা কৌই। লমথাং খুল্লক হায়বা নত্তে—লমথাং খুলং (খুংহং) হায়বনি। "খুলক কৌবগী মরমদি লমদা থাংদোক্লুরবদগী খুল্লকই হায়তুনা খুলক কৌবনে"—হাযবিবা অসিগী কান্নবা অমগী 'খুল্লক' চংহল্লকপা ওইরবদি থংদ্রে। মমা মচানা লিল অশিবা অকুম্বা লৌশিল্লুবনি হায়বনি, অতোপা খুল্লকংদি হায়দে। 'খুল্লকপগা' 'খুলকক্কা' মরি লৈনবা হোংনবনি। অচুনা খুল্লকুবনিনা 'খুলক' কৌবা য়াদে—লৌরুবনি অচুনা 'লৌরক' কৌবদি য়াগনি। খুংনা হত্তুনা শাবগী 'খুলং' কৌবা অচুম্বনি। "ফিবু মীতৈনা নমথাং কৌনৈ" সু ইরি কৌদি কৌনদে। গ্রন্থকারগী লন্নাই লোল ওইরমগনি। মৈতৈগীদি নত্তে। নমদা থাংই হায়তুনা নমথাং (ইন্নফি) কৌই হায়রবদি মানগদবনি। মাহাক্কী অসি অনৌবা হৌদোকপা লোলনি লৌবা তাই। অচুনা লমথাং খুলং খুংনা হত্তুনা শাবগী কৌরবদি গাড়ীনা মাং থাররোই—পোং শারগা মমিং থোল্লে। লমথাং ইন্নফিনি হায়না শ্রীযুমজাও সিংহনা মণিপুর ইতিহাসতা ইরি অচুগা লমথাং খুলংপু "মনাফি কোকয়েৎ মপান চনবনি নিংথৌনা মনা পীবা

নত্রবদি হাওঁ অরামনা শীজিন্নবা য়াদে" হায়না মাগী ডিক্সনারিদা শ্রীখেলচন্দ্রনা হায়রি। অতুনা ইম্নক্কি লমথাংদা থুনং ফিজিন চপ্পগা মশক নাইবনা শিজিন্নবা অমসুং কোকয়েংতসু থুনং ফিজিন য়াওরগা মশক নাইবনা য়েংপা—মওং অসিনি।

খামেন চপ্পা—"লিলগী মসাগী মরেক লৌতুনা ফিদা নম্মি অতুবু খামেন চপ্পা মরেক কৌই। (অরিবা লোন্দা কামু চংপা অসুমনা লৈ)।" লিলগী মরেক লৌতুনা ফিদা নম্মগা করম্না খামেন চপ্পা কৌগদৌরিবনো?—গ্রন্থকারনা 'কৌই' দি হায়রে। থংদতুনা মথা তারমদবরা—ইরন্তুনা মতম মাংমবনি খনবনরা মীনা থংনবদি ইরমদ্রে। ফিজেৎ ফিজোলগী মতাং লাক্লবা অসিদনা ইম্নি ইখিদ্রে—লাইগী ধর্ম্মগী মতমদদি নিংথিনা শাংনা শাংনা ইরম্মী। ঐখোয় শন্দোক্তুনা অচুম অরান য়েংসি। খামেন চংপবু—অহানবদা খমু চপ্পা, মথংদা খামেন চপ্পা-চংপা হায়না খংনৈ। খমু কৌবা পাম্বী চপুনা মহি লৌরগা মচু শংবদা নত্রগা উনম্না চপ্পদা শিজিন্নৈ হায়তুনা খমু চপ্পা, খমুনা খামেন ওইহল্লকুনা খামেন চপ্পা,—চপ্পনা 'চংপা' ওইতুন 'খামেন চংপা' মিংনা মরুওইনা হৌজিক শিজিন্নরে। অতুনা লিলগী মশাগী মরেক লৌতুনা ফিদা নম্মী হায়তুনা খামেন চপ্পা কৌবা নত্তে। খামেন চংপদা তাব্বিবা মচু খামেনগী মচু হাঈফেৎ মাল্লি! খমু তোকখিতুন, কাউখিতুনা মিংনা উবা মচু খামেন্না মরু ওইখিতুনা খামেন চংপা কৌখিবনি। "মীতৈদা খামেন চপ্পাগা য়াওরগা ফৈজোম মখল তরুকনি" দি হায়রি মশক্তি তাকপা কাউরমাল্লে তাক্লমদ্রে। গ্রন্থকারগী মোত মতুং ইন্না খামেন চপ্পা ফৈজোম থুইয়োই তোম্পোক কুম্বাবনা শকাব্দ ৭৬-১৮৬ তা নিংথৌ ওইরম্মী হায়না হায়বা মাহাক্কী মতমদা পুথোকপনি। "লেংপা হুনবা অনিমক্তা শিজিন্নৈ" হায়রি। শেংনবা খামেন চংপা

ফিশাংনি কাব্রংনা শাবনি। অসিগুম্বা অম্বুক থাক ব্রাংলবা, কোক্তবা মচুনা নম্বা শকাব্দ ৭৬-১৮৬ মনুংদা শিজিন্নরে হায়রবা মৈতৈনা ক্যাম্বগী হাক্তক্তা শকাব্দ ১৩৮৯-১৪৩০ দা খুকউ কুপ্তবা, নামৈ য়েপ্তবা ফি মচেৎ শেৎলম্বগী ব্রাবি করম্বা ব্রাখলদা থাজসিগে। ইতিহাসবু, অওইববু, মৈতৈগী চাওখৎপবু অরানবা ময়াম্না হাৎতোকপা নত্তনা করি ওইগনি। ফি মশেৎ নত্তবা ফৈজোম মখল তকক্কী ব্রাদি য়াওরক্লগা নৈনবা তাবে। মাসিমা লোইরমদাইদা পন্নিংবদি খামেন চৎপা শেৎপা ইনবদদা নত্তে ফুরিং ওইনা লিৎপদস্ু শিজিন্নে।

নিংখম—অসিমস্ু মমিং থোল্লগা শাবা ওইহল্লি "লিল মমৈগী ময়েক মওং লৌতুনা নিংখুম সেমলে।" অতুদগী "লিলগী মমৈনি খঙনবা মতোল তুমনা তাবনি" স্ু হায়বি। নিংখুমদগী নিংখম ওইবকপনিস্ু ইবি। ময়ম অসিদা ঐখোয়না হাযনিংবা থরা পীরি। মায় অমস্ুং হকচাংগী মিৎনা উবা নাকলদা লৈতেংনবা হোৎনবগী মথক্তা তুংস্ু লৈতেংনবা পুথোক্লম্মী হায়বা নিংখম হৌদোক্লম্বনা তাকই। ফজবা য়াবা ময়েক মওং মথং মথং হাপকৎলকপনা ফৌজিক লৈরিবা মওং অসি ওক্টরকপনি—লাইনা খুৎ পাযত্তুনা তাকপিরম্বা নত্তে। 'লিলগী মমৈনি খংনবা মতোন' তুম্নবস্ু নত্তে—অতুগা নিংখম লিলগী মমৈস্ু নত্তে। শিজিন্নবদা ফজবগী মথক্তা মুংঙাইনবা, খুৎলোইনবা শেমখিবনি। অসিগুম্বা মওং হৌবদা হেক্তা থোকপা নত্তে। শিজিন শিজিন্নরগা নুংঙাইতবা ফজদবা মফম মফমদা শেমদোক শেমজিন য়াম্না তৌরবা মতুংদা অরেপ্পা মশক ওইনা লৈহৌবনি। গ্রন্থকারনা খনবগুম্না নোংমতদা অমুক্তদা থোকপা নত্তে। অপাকপদগী অতুম্বনা ফজবস্ু হেনবা শিজিন্নবদস্ু নুংঙাইবা ওইহনা মচিন তুমখিবনি হায়বস্ু লাল্লোই। পাক্লগা নুংঙাইরোইদবা

থল্লুনা য়েংসি। মুক্ত। কাংজৈদা নিংথম অপাকপনা মশক থিবগী মথক্তা খুদোংথিবসু পীগনি। মাসি য়েংনরকপদগী মচিন পিক-শিল্লহন্নুনা তুমহল্লথিবনি। লিল্লগী মমৈ মান্না তুমদে—অহুনা কান্নবা, ওইজরবা, ফজবগী মতুং ইন্না মচিন তুমথিবা ওইগদবনি। ঐখোয়না অোয়না চাক্লিবা মঙ্গু ঈরোনবা নোংমত্তদা লাইনা তাক্লগা থোকথিল্লা নত্তে। কন্না থল্লবা, য়েংলবা শেংদোক্লবা মতুংদা ফীবম অসি তারকপনি। মঙ্গু ঈরোনবদা অহু থাকপা হাওই, অহুগা কোল্লগা হাওই· হায়রিবশিং মথং মথং চাং য়েংলগা খংলকপা ভাক্তনি। অসুম্না নিংথমসু থোক্লকপনি। নিংথমতা নত্তে অতৈসু অসিগুম্বনি।

শরোং (ফি)—মনা ফিনি হায়না মথক্তা লৈনথ্রে। লিলনা মথুল চংলমদাইদা চুম্মী হান্নবগুম মতাং অসিদা গ্রন্থকারনা হায়খিবা থরা অহু নত্তবদি লাইনা শেন্বা "পোৎ ময়ামদগী লৌবনি গুজম্মীবা মীশিংনা (গ্রন্থকারগুম্বনা) মফম মতম থবকী মওং য়েংলগা শেম্বনা অয়াম্বনি" হাযনা তেনশিল্লিই (ব্রেকেট ঐগীনি)। অহুনা লিলসু লাইনা শেম্বা পোৎকী মতুংদা অমা ওইহনবদা য়ানিংদবা চুমদে। নিংথম শমজিন্দা লিল ময়েক নত্তবা মথল অহুম লৈরক্লিবা থম্বাল চেপলৈ, য়েনশিল, খোই ময়েক য়াওরক্লিবা অসিনা ঐখোয়না হায়খিবা চুম্মী অহুম তাকই। মথা অসিদি থল্লবা য়াবা রা পংক্তি লৈত্রে। পনবা য়াবা অমত্তংদি—মুপা খুদিংগী কোকয়েং য়েংথগী মওংদা লৈরম্বা মতম অহুদা অয়েংপা মী হান্নবা কাংবু অমা লৈরমদবা মশানা তাবনি। ঐখোয়না মুক্তি-শেংলিবা ফৈজোম্নচিংবা শেংনবা মী নেত্তে - শিথশিংনা মুক্তি শিজিন্নরিবা কোকয়েং য়েংনবা মী নেত্তে, থমদে। মনাক্কিগী মত্তাংদা কোকয়েং য়েংনবা মী থন্নবমদে তাবদ্রা। মফম চংদে—গ্রন্থকারনা য়াওহৌদ্রে হান্নহুনা

তুংশা থিদুনা ঐথোয়গীদমক তৌবিবনিদি হায়ববু কোক্নেংকী মতাংদা ইফম থোকপনি। অতুগা তাকপিদ্রবস্সু যাবগনি।

---

## কুনম্মাথোইশুরকা মতাং

# ফনেক্কী মরম

"মালেম শেম্লবা মতুংদা ফি শেংপা হৌই"—রাফম অসি মথক্তুন্তু নৈনখ্রে। য়াম্না শাংথকরবস্সু হঙ্জিনবা ওইনা থোক্লগনি। মালেম শেম্লবস্সু মী লৈত্রিবা মখৈ ফি শেংপিনিংঙাই লৈতে অমস্সুং লাইশিংস্সু মী শেম্লবা, মীগা লাইগা কায়নববা মতমতদা ফি শেংখি হ যনা লাইবিক অসিনা হায়খ্রে। মতম অসি শকাব্দ ৯৯৬ নি হায়না ঐখোযনস্সু উংখ্রে। উংখিবা অদুস্সু লাইরিক অসিগী মোংকী মতুং ইন্ননি। পাখংবনা পানবা মতমদা লাইনুরানা ফনেক শাবা হৌবদা মঙাইহরি হায়রিবনিংনা কবিগুম্বা ফি শেংপা হৌবা য়াওবম্লবস্সু মাহাক্না পানবগী য়ামদ্রবদা অহানবা শকক অতুরাইদদি নুপী ফি শেংখিরমদবা তারি। শাবদুনা অমস্সুং ফি য়েনবা হৌবদুনা শেংপা হৌববা মতমদস্সু নুপী পুম্নমক্তা থুংবা ঙমদদুনা অফং অফংবা ইকাইবা ঙাকপা য়াবা, ফি নত্তবা পোংনা 'মফম মতম য়েংদুনা' খুম্মকস্সু য়াওই হায়বদি নুপী খুদিংনা খুম্মমদে হায়বনি—অদুবুদসিং অদুস্সু 'মফম মতম য়েংদুনা' ভৌরবনি, মতম পুম্নমকী রা নত্তে। ফি য়াম্মদবা অদুবনি মরমদি শাখিমবদি খুং

অমতা ( ফি ওম্বীদা ) শেংপীনবদি কোকথোং মশানা তাংফম থোকপনি। লৈনা লৈনা পীনিংদহুনা তাংবা নত্তে, লৈতবমক ওইহুনা তাংবনি। অতুগা অহানবা তান্নবা, মুম্নবগী ৱাস্থু লৈরম্মোই মরমদি শেত্তবনা হেন্না হৈনরমখিনি। মুপীদগী ৱানি মরেক চুম্নবা ঐথোয়না পাংশিল্লিবা গ্রন্থকারগী ৱারি অতুদা, অচুম্বনি হায়দুনা পাংবদি নত্তে—ৱারি মুংঙাইনবগীদমত্তনি। মুপাগীদি পাখংবগী ফিজোল য়েক্লুনা তাকখ্রে। অদুনা ৱাওফম থোক্লে। অদু ওইহুনস্থু মুপাগীস্থু য়াম্না লৈরম্বা নত্তে—মরমদি মাখোয়গীস্থু শাবিনবা অদুম য়ামনিংঙাই লৈতে। মাখোয়স্থু শেত্তবা হৈনরিবা মতমনিনা মুম্নবগী ৱা লৈরমদে। অতুদা ঐখোয়না খংবা ঙমদ্রবা অমা লৈরে—কলিগী মমাংদা দ্বাপর, দ্বাপরগী মমাংদা ত্রেতা—ত্রেতা যুগকী ফিজোল লাইরিক নৈনরিবা অসিগী তরামাথোইগুবা মতাংদা য়াওখিবা মৈতৈনা অমতা শিজিন্নবা ফংদবা করি মরম্না ওইবা য়াবগে?—“খণ্ডপ্রলয় ওইবা মরমনা মাংলমচংকী হৌনরোল ফিজেং চাকচা অদুম ইশম শম্লনা লৈহৌই” হায়রগা পাখংবগী মতমদা লাইনা ফি শাহুনা য়েনখৎলকপগী মরম—মণিপুর-পৃথিবী-মালেম মচা শেম্বদা পুরকপা কাউহুনা তৌবরা নত্রগা ঈশিং ঙাক্তা ঙাইরিভৈদা থম্ফম লৈতহুনা ঈশিংদা লুপখিবরা, তাউথোকখিবরা অমদি ওইবা তারে। অস্নুম তৌহুনা গ্রন্থকারনা চানবিদবনা কুম্বাবগী পাখংবগী মমাং আ-দগী মফি শেৎচরবা, শেত্তুনা লাক্লবা —ফজনবা হোৎনবা নিংথিনা হৈজরববু মফি শেত্তন থম্বিবা মৈতৈ পুম্নমকপু লাইবক থিহনবনি। গনতন্ত্রগী মতমনিনা অসিগুম্বা লাইরিক নম্বগীস্থু সরকারগী মতেং ফংই। অসিগুম্বা মওংগী লাইরিক খরা য়াম্না থোকহম্নবা শিনবিরবদি মণিপুরগী ইতিহাস কুনমাথোইগুবা খৃষ্টাব্দগী ফজনা অমুক হৌগৎপা য়ারগনি।

"নোংদা লাঃয়েন পাখংবগী কুমশিং ৯৬৮ শুবদগী মম্থুংদা মীতৈলৈমা খোংলৈমনা ফনেক ফিবান লোনবা হৌই" হায়রিবা পাখংবগী কুমশিং ৯৬৮ হায়বা অমা পুথোক্লকইবা করম্বা মতমদগী লৌবনো পোকপদগী লৌবয়া, নিংথৌ ওইবদগী হৌবরা তাক্তে। করম্ব। পুয়াদগী লৌতুনা পাখংবনা পোকপা মাগী পুন্সি, মাগী কুমশিং লেপ্পা শেংনা তাক্কদবনি। অনৌবা শেমদোকপনা অচুম্বা ওইহনবা য়ারোই। কুম্বাবা ইবনা কুম্বাবদা ইরমদ্রবা, পানখৎ-লমদ্রবা পাখংবগী কুমশিংনি, মাহাক্কী পুন্সিগী মতম্গি অছুদা করম্না নৌনা পুথোক্লকপনো শেংনা তাক্লগা মীনা থাজবা য়াব। য়াদবা লেপকদবনি। ফুরিংখা ওদগী পুথোক্লকপরা, মোন মখাদগী লৌথোক্ল-কপর', শেগাদগী চিংথোক্লকপরা মশক খ দবা অমা থাংদোক্তুনা উৎলগা ঐথোয়বু থাজৌ হায়বি। হায়জিনবদা ব্রাখল লৈবা কনানসু থাজৌ য়ারোই। অদুগা ইতিহাসতসু হায়জিনবনা য়ারোই —অচুম্বনা ওইগদবনি। কুম্বাবনা পাখংবা কুমশিংদা চৎলমদে, শকাব্দদা চৎলম্মী। পাখংবা কুমজা নম্রগা কুমশিং হায়বা অমা লৈরম্লবদি কুম্বাবনা মাতুদা চৎলমগনি, ইরমগনি, পল্লমগনি। হৌজিক গ্রন্থকারনা পুথোক্লব। লোৎতুনা থম্মমগনি হায়বা কনাসু থাজৌ য়ারোই। শকাব্দগা পাখংব। কুমশিংনি হাযরিবা অসিগা (য়াংলৌ কৈফাবনা পানবা হৌবা চহিগা) চহি ৭৭ খেন্নহল্লিই ৭৮ দং খেন্নহল্লম্লবদি খৃষ্টাব্দগা মান্নরমগনি। অনৌবা কুমশিং মশক মমিং নাঃদবা অসিনা চৎনবা য়ারোই থায়নদগী লৈরক্লবা অমসুং শিঙ্জিন্নরক্লবা শকাব্দনা অমুম চৎনগনি। লাইনা হাযরম্বনি লাইনা কুমশিং অসি চৎনৌ অচুম্বনি হায়রম্মীসু হায়দবনিনা থাজবিনবা মী লৈগনি নিংঙ্গে। লাইগীসু ব্রাখল ব্রাৎপা ওইগদৌরি। ফি শাবদদি মমিং ফাওবা থোনবিতুনা তাক্তুনা শাহল্লমই—অদুগা অমুক মক্ল ওইবা কুমশিংদি তাকপিরমদে। হোয়, চৈকশিল্লক্লগা

লাপল্লন্দা পুম্বাগী লাপান্দা ইরম্বদগী লৌবনি হায়বগা লৌইবে। অদুদা ইতিহাসদি অপাম অপাম্বা হৌদোকুনা হায়রল। ওইব য়াদে মৈরবা লৈরম্বা ফাওবা ফুদোংবা ( acid test ) চংই। গ্রন্থকারস্মু মতুংগীদমক য়াসি খংজিনবা কায়গনি। মীচং মীখায় নাইদবগী বা মালহনগে হায়রগনা শকাব্দদা। তাইনগদবা নত্তে, ইংরাজী কুমজা ( Christian era ) অসিস্মু মুখংনবা লাক্লগদবনি। অমবু ওইরবস্মু অমবু ওইরবস্মু লৈতবা অমস্মু লৈরমদব। পাখংবা কুমশিং থোনজিনবা অসিনা শকাব্দগী মহুৎ শিনবা য়ারোই অমস্মুং শিলহনবা ঙম্মোই।

অনৌবা কুমশিং পুথোক্লকপা ফনেক ফিবান লোনবা হৌবগী মতম লেপ্লদা উৎনিংহুনা তৌবা ওইগনি নিংই নত্রগা শকাব্দ 'মীতৈ' গী মরোল নত্তে নিংহুনা 'মীতৈ' ওইনা শিজিন্নবা শেমগৎ-লকপস্মু ওইগনি নিংই। অদুক য়াম্না য়াক্লবস্মু কুম্বাংনা চৎনরিবা শকাব্দদা ইহুনা থম্বিরম্লে—"শকাব্দ ৮৯১ দা মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাবন। নিংথৌ ওইএ।" ফনেক ফিবান্দা খোই লোনবা হৌদোক্লমএ। "অসিনা অস্মুম তেনশিল্লমগদবনি। কুম্বাবদা থিবা থংদহুনা তৌবা ওইরিগদ্রা অদুদি খংদ্রে। মথংদা ফনেক কৌবগী মরমদা মুংঙাইবা লোল অমস্মু য়াওরি। ঐখোয়না হৌজিক ফনেক কৌনরিবা অসি অহল্লম্মা 'খনেক' কৌরম্মী হায়রি। "ফ-গী মহুত্তা খ-গী য়াহৈ শিজিন্নৈ ( খ শিজন্নবগী মরম খরা পঙগে য়োমশনবা পোৎ পুম্বদা খ চংঙি। ( খয়ম ) য়োমশনবা পোৎপু ( খয়ম ) কৌনৈ অদুনা ফনেকস্মু য়োমশনবা পোৎ ওইবনা খ-গী য়াহৈ লৌহুনা 'খনেক' হায়না অহল লমন্না হায়নরম্বনি।· )। য়োমশিনবা পোৎ পুম্বদা খ চংদে—অসিস্মু অনৌবা থুৎখোক্তি। ফনেক্পা য়োম্বগী থবক তৌরগুম কৈজোমস্মু য়োম্বগী থবক তৌই

'খৈজোম' হায়না খংনরমদে—খনেক কৌরম্মী হায়বসিন্থ করম্বা মতমগী য়ানো খংবা য়া নত্তে। মসি তা-অয়বা য়াহৈ নত্তে। চয়োল্লুস্থ খয়োম হায়দে—চয়োমগা খয়োমগা অমমমনি। পানা চহুম হায় খহুম হায়দে, পাকনম হায় থাকনম হায়দে। শাখদোক-খিলবনি তেনশিল্লসি।

---

## মপু ফনেক মথন (৮) নিপান

মুপীগা ফনেক মপুং অনিদনি, অমনা মপান নাইদবা—মচু ৩০তগী ফনেক অতোপ্পনা মপান নাইব। অয়াংবা—হায়না হায়রগা মতম মফম য়েংহুনা শেংলিস্থ ইরি। ফনেক অয়াংবগী খুদম পীবদা কুমজিংবী ফনেক অমুথা অয়াংববু হায়বনি হাযখি হায়বদি অমুবা ফনেক অয়াংববু কুমজিংবী কৌই হায়বসি অর্থ থোক্তে, অহুগা অচুম্বস্থ নত্তে। কুমশংথা মচুনা মঙ্ক ওক্ট হায়হুনা মকোক্ক চিংই হায়হুনা কুমজিংবী কৌবনি। অহুগা অমুববু মৈতৈনা কুম কৌদে। কুম শংলগা 'অমুবা' ওইবনি। কুমদি পাম্বী অমম্মী মমিংনি। 'হাওশম শেগায়খদা কুম্না নম্বা' হায়বা পাউরৌ ঐথোয় তারে গ্রন্থকাবস্থ তারখিনি। 'কুমা'বু অমুবা মনা কৌদে। মরমদি অমুবগী মনা নত্তে—কুমকোবা পাম্বীগী মনানি। অহুনা পোংশক্ক থংদনা পাংই হুবনি।

---

# ফনেক মওং তাকপা

১। ফনেক অচম্বা—মপান নাইদবা মচু অমতগী মমুংদা অঙৌবা ফনেক্তা থবক অয়াম্বদা শিজিন্নে অমমুং "ফনেক অঙৌববু পুঙৌ ফনেক হায়নস্থু কৌই। ফনেক অসিনা শিজিন্নবা মতমদি লাই খুরুম্বা লাইগী থবক তৌবদা অৱাবা তাবা মতমদা শেংলি" হৈরি। ঐখোয়না খংবস্থু খরা হাপচিনসি। পুন্নমক ঙৌবগী পুমঙৌ=পুঙৌ ফনেক কৌই। অঙৌবনা মাহৈবী, লুখ্রাবীনা অত্থুগা মচু হাইফেং শংবা—উরৈরোম, লৈ মচু শংবা ফিনা মাখোয় নত্তবা কাংবুনা শেংনৈ। লাইগা মরি লৈনবা থবক্তা ফনেক মপান নাত্তবা শেংনদে—মপান নাইদবা শেংনৈ। মুপীনা অঙানবনি মথক্তা লাইরিক অসিনা হায়খ্রে অত্থুনা অঙৌবা ফি মাহৈবীনস্থু শেংপা লাইগী থবক্তস্থু শেংনবা অত্থুনা "লাইনিং লম্বেন্দা অঙানবনা লমজিংঙি" মফম অসিদা অমুক্কস্থু তাক্লি। অত্থুদা সেনাক খনবনা শেংপা, হৈনবা, য়েংপা অঙৌবা ঙাক্তগী ফিদি কদোমদা চিংগনি? —নিংথৌলোমদা নত্রগা ঐখোয়স্থু লোল মতেক অমা শেন্নগা —'নিংথৌনিং লম্বেন্দা' হায়বা তাই ময়মদি লাইগী থবক্কী ফিজোল নত্তে অৱাবা উংনবা ফিজোলস্থু নত্তে। অয়াবা তাঙ্গা খিত্তুং ফংবদা লাইনিং লাইশোনগী রা খরা য়েপশিলহৌবা কান্নবনি খংবনা খুদোংচাবা অমতা মাংহন্দে। ঐখোয়গী অচুম্বা হায়নিংঙাই লৈ। ইতত্তুত্তনা শুত্থুনা ঈশিং মনম নমহনবা য়াবা, ফত্তবা অমোংপা পকপা লৈহন্দবা য়াবা ফনেক, শুর শুরগা শিজিন্নবা য়াবা ফি অসিনা লাইগী থবক্তা শিজিন্নবনি। মুপাগীস্থু লংহিং ফিনা লাইগীদা শিজিন্নরিবা অসিনি। গ্রন্থকারনা মুপাবু অমম্বনি হায়খ্রে। মুপানা অঙৌবা লংহিংফি শেংপসিনা মম্মু য়াদত্থুনা

অতুমক ফিগী ফিবান্দা লোনখি অমসুং মাতুগী মওং মান্না লোনবা ফনেকপু হিজময়েক কৌই। মাসি য়াংলৌ কৈফাবগী মতমদনিসু লাইরিক্লা হায়। অতুনা গ্রন্থকারগী ভাবনা শাবা য়াংলৌ কৈফাবগী মতুংদা পুথোকপনি হায়বা খংবদা কান্নবা রাফম নত্তে। অতুগা ফিবান্দা লোনবগী রানি—ফনেক অতুমক হৌদোকপগী রাসু নত্তে।

৬। খোই অকোয়বী—অনৌবা খুৎলোননি হায়রগা "অকোইবী অতুনা নুপীগী ওমনি খোইশিং অতুনা জিবনি হায়বসু য়াওই" হায়না লোইশিল্লি। মাসি অরুবা মরোল ওইবা তাই, ভাব তাবদা খরা রানা থোকই। নুপীগী 'ওম' না কবিনা নুপাগী 'ওম'সু লৈবরা হায়বদি লাবা 'ওঁ লাবা' 'ওঁ তমোম' লৈবরা হায়বসিদি ঐথোযনা লাম্বা ফংদ্রবা তন্নি। গ্রন্থকারনা লুনা তৌবা 'মৈতৈ লাইনিং'গী লাইশোন ওইবা তাই নিংই।

৭। ফিগে—"ফিগে ফনেক হাযবসি মুগানা শাব। ফনেকপু হায়বনি" হৈরি। অচুম্বদি—ফিগে ফনেক মুগানা শাই হায়বনি- মুগানা শাবা ফনেকপু ফিগে কৌবা নত্তে। ফি + অকেবা ফিগেন। অকেবা ফি মুগাগী ( কাব্রংগী ) লং ফজবনা শাই। মুগা ফনেকপু ফিগে ফনেক কৌদে—মাসিসু মুগানা শাবা ফনেক্লি। ফিগে অকে অমৌগী পোৎশক্লি। উৎসব মেলা চাকচা হৈজানবদা শেৎলি। নুপী পুম্নমক্লা শেৎপা ঙম্মদে। অতুনা মশানা থাক হাইগৎচবনি। গ্রন্থকারনা 'মুগাগী পুডৌ ফনেক' কৌরিবা মুগা ফনেক হায়রগা হেন্না খংনৈ। মুগা লংনা শাবনি অতুবু ফিগে কৌদে। মরমদি ফিগেদৌনা কেদে।

৮। ফনেক অরাংবা—মপান নাইবা ফনেকশিং অরাংবা ঙাক্তেনি অতুবু হন্দকী অসিদা ফনেক ফিজোন অরাংবা থোনবগী মরম খংনিংই। য়াওরমদ্রে—খংদনা তোকপা তারে। ফনেক

অসি শোক ১৯৬৭ দা পুথোকই হায়না চহি মশিং পাম্না হায়রে। অতুনা কনানা হৌদোকথিবা, করম্না হৌদোকপা অয়াম্বনা খংনিংগনি। শোক ১৯৬৭ তি খৃষ্টাব্দ ২০৪৫ ওইফম থোকই = অহল লম্মন লিখুন ওইরিগদ্রা চহি মশিং অসি মতা অমা তৌগ্রে। ফনেক অসি চহি অসিদা পুথোকনি হায়বা তুংগী ৱা ( ভবিষ্যৎ বানী —prophecy ) ওইবা তারিবরা ?

কুমজিংবী, ফনেক মপান নাইবগী মশক থাবদা য়াওই। য়াম্না মশক নাইনা শেংনবিবা লংঙৌ ফনেক, হিগো'কনচিংবা তোংকাপ ফনেকনচিংবা য়াওবনিনা পনফম থোকই। অকোয়বী, হিজময়েক মপান্দা লোনবা ময়েকনি। ফনেক মশক নত্রগা জাৎ নত্তে। ফনেক্কী মশক জাৎশিংদা ময়েকশিং অসি লোনবনি। ফিগোদা অপাম্বা ময়েক লোনবা য়াই হায়না গ্রন্থকারনা হায়বা তত্তুগুম্বনি। অশেংপনা অপাম্বা ময়েক থঙবনি।

# ফনেক শেংপগী মওং

মৈতৈগী ফনেক খুংশেং—১। মোনা শেংপা মওং ২। লৈশাবীনা শেংপা মওং ৩। ন্নুপী মচানা শেংপা মওং ৪। ন্নুপী মচাগী থাও য়েপ্পী, মওং মরি লৈদি হায়বি, অতুবু যেউরবদি অনিগী মওংনি। "মোগা লৈশাবীগা খুংশেং অমতনি" হায়রগা মশেং অনি থোক্না পানথৎপগী মরম অমত্তা লৈতে। মোগা লৈশাবীগা মশেং চপ মান্নে, থেন্নদে হায়রগা লোইরে। ন্নুপী মচাগীসু অমতনি হায়বা তাই। থাও য়েপ্পী অসি ফনেক মপান নাইবা, ন্নুপীমচা অঙাং ওইরিবীনা শেংপদা মমাংঙৈদা শিজিন্নরম্মী। হৌজিক্তি উথিদ্রে। ন্নুপীমচাগী খুবাক ঈশৈ, ন্নুপী মচা পাল্লদা শেংনরম্মী গ্রন্থকারনা।

সংকীর্ত্তন কৌরিবা অসিবুনি। কুম্মৈ ফিরোংদসু শেংনবন্সী। খাও য়েপ্তুনা শেংপা অর্থ লৈবা ফি মশেংনি। ফিগা অশেংপগা য়েংনবদা ফিনা ওন্মী। খাও য়েপ্লগী চিংখৎপদা খরা চেন্না চংই অতুনা চাউরবসু শিজিন্নবা নিংথিনা য়াই। খরা চাউরক্লগসু শিজিন্নবা য়াবা অসিদা কান্নবা অমসুং ওইজ্রবগী রাখলসু য়াওই। খরা চাউবক্লগা খাও য়েপত্রবা মতমদসু শিজিন্নবা য়ানবগী রাফম খাও যেপ্লীদা য়াওই। মাসিনা ফি মশেং অনিবু মশক খিহনবসু নত্তে।

মতাং অসিদা পন্নিংবা অমনা - লৈশানী হৌজিক্তা মশেংগুম খ্বাংদা ফি শেংলম্মী নিংই। মমাংদৈদা শ্রীহট্ট ( সিলেট ) কাচ ভ-রোমদা লৈশাবীনা খ্বাংদা ফনেক শেংলগা ফি অতোপ্পা পুদৈগুম্বা অমনা থবাক মখৈদা য়েংপা মশেং অমা ঐ ইশামক থেংনবকই। মতম অতুদা মণিপুরদদি মপুং ফারবা লৈশানীনা মৌগুম থবাক্তা শেংনরম্মী। মাসি চৎ নফ হেল্লবা রানি। মণিপুরদসু মাখোমগী অসিগুম্বা চৎনরমগনি নিংই। মওং অসিমক নল্লবসু ফি মচা অম তুংলোমদা ওক্তা কিরগা থবাক্তী দমক শিজিন্নবা চৎনরম্মী। ফি ইন-বদগী মওং অসিনা খরা খুং শংবা হেল্লি। মণিপুরগী মপান্দা লৈবা মৈতৈদি মৈতৈগী শাজৎ লমচৎ পূন্নমক থম্নবা লাক্লে। হৌজিকমকসু মফম অয়াম্বদা অসিগুম্বা রাখল মাখোয়দা লৈরি। অতুনা মণিপুরদা চৎনবা মওং জাৎ তিন্নদবা কোঙ্গায়গী মরক্তা করিসু থৌশাক্লবা লৈতনা থম্মী। লৈশাবীনা ফি অনি থোক্কা শিজিন্নবা খুংলোইদবা, থবক্তা অপনবা পীবা করিগুম্বদসু সমাজগী শাজৎতা ( Public Morality দা ) অকায়বা লাকপা লৈমা নিংথৌগী কাদসু অকায়বা ওইরকপা অসিনচিংবদগী মওং অসি হোংখিবনি নিংই অমসুং হোং-হুনা মৌগুম শেংখিবনি। হৌজিকী মতোগুম পুক অমসুং নাংগল

লোইনবা থাদোকপা য়াবা মতম নংলমদে। ঐখোয়গী মতমদস্থু ফিদোন চিংখৎপা হান্নবা অমা লৈশাবীশিংগী চৎনরম্মী। মতাং অসিদা লৈশাবীনা মোঙম শেংপা হৌই। অতুগী মখক্তা মৈতৈ চাংচৎ অমত্তদা চৎপা পাম্বা জাংনি। চাংচৎ ( Uniformity ) অসিনা মৈতৈ পুন্নমক 'সিংহ' নি, পাঙন পুম্বা 'মিয়া', চৌংমী পুন্নমক হাও, ব্রাহ্মণ পুম্বা 'শর্ম্মা' অমস্তুং মৈতৈ, ব্রাহ্মণ নুপী পুন্নমক দেবী ওইনা চৎনরকই। ফিদোন চিংখৎপা মতমদা লৈশাবী মপুং চান্নবা ফারবীনি। 'ফনেক খোয়দোম শেংলিঙৈ কুম্লং নাদা চিল্লিঙৈ' হায়রগা নাহুৎপদা ঙাইরিবী, ফনেক শেংপা নিংথিনা হৈত্রিবী অঙাংবু নত্তে মতম অতুদা মুংশি মুংওনগী রা খংবা হৌনদে। মতম অতুদগী হায়রগা য়াম্না কুইরে খংনবা হায়বনি। ফিদোন চিংখৎপা মতমদা কুম্লং ( কুম শংবা লং ) নাদ চিনবা মতম লোইথিবা কুইথ্রবনি। কুম্লং চিন্দ্রবস্থু খোয়দোমদি শেংলি। অতুনা ফি নশেংতি অঙ্কানি।

---

## কুননিথোইশুবা মতাং

# ফুরিৎ শিজিন্নবগী মওং মতম

### খমনুং ইণ্ডাল লৈশেম্বা পুয়া

### ( অহন-লমন লিখুল ফংবা রারি )

নৈনরিবা লাইরিক অসিগী মী শেম্বা মতাং তক্লক শুবনি, মতম শেম্বনা তরেৎ শুবনি মতাং অনিমক মথক্তা নৈনগ্রে। মী শেমদ্রিঙৈদদি শিজিন্নবিনবা লৈতবনিনা মতম শেম্বগী কান্নবা লৈরমদে খন্দুনা মতম শেম্বনা কোনবা ওইবা তাইস্রু নৈনগ্রে। লাইরিক অসিগী লোল "যুগ খাইদ্রিঙৈদা লাইগা তিন্নরিঙৈদা ফুরিৎ লিৎপগী মওং লৈরমদে"—অমুত্তং য়েংসি। যুগ করম্না খায়বগে হায়বগী মরম অসিদি গ্রন্থকারনা করিমতা পন্দে। চহি কয়া শাংবনা যুগ অমনো অত্তুস্থ হায়দে। "চহি কয়ানা পুল্লগা চক অমা কৌরে" ত্তা মহায়। মাসিদি অর্থ য়াওবা রা নত্তে। খংদি খংদ্রবা, খংদেস্থ হায়নিংদবা, খংবস্থ মালহন্নিংতুনা মতৌ মান্নবা ইশিনবা মাল্লি। লাংওন লাংওন খুদিংগী লৈশেমনুংশেম্বদা য়াওখিবা লাচশিং মমিং হোংই—গ্রন্থকারনা হায়গ্রে। লাইশিং অত্তু হায়বদি অমম্বনা অশিবা, অশিবনা সনামহি কৌরকপা যুগ অমমমগীনি হায়বা য়ানবনি খন্দুনা ওইবা তাই—যুগ যুগ লোইবা লোইবদা খণ্ড প্রলয় লাকই হায়বদি লোইনবা মাংদবা, ফিজেৎ চাকচা ইশম শম্নবা মওংনি হায়না তরামরিশুবা মতাংদা লাইরিক অসিনা পনগ্রে। মতম পুম্নমক অসিদা নত্রগা ময়ামগী লাংওনদা গুরু শিদবদি ইলেং লেংদে। গুরুনা থুপখিবা মতমস্থ গ্রন্থকারগী মোৎ মতুং ইল্লগা ওইফম থোকপা চহি মশকস্থ মথক্তা ঐখোয়না নৈনগ্রে। অত্তুনা যুগ খায়বগী রাদি পনশিল্লু

খায়ফমদি থংদা তৌহনা শুপ্নমদা লোইশিনখ্রে। 'যুগ খাইদ্রিবৈদা' হায়বসি ব্রা অহেনবা কান্নবা য়াওদনা শিজিন্নবনি।

মথং "লাইগা মীগা তিন্নরিবৈদা ফুরিৎ লিৎপগী মওং লৈরমদে" —হায়রিবসি গ্রন্থকারগী লাইরিক্কী মতুং ইন্না শুপ্লিং লিৎপা য়াদে— মরমদি ফি শাদ্রি ; লাই মী ফি শেত্রি। অহুদগী "মালেম শেমলবা কান্দা ফুরিৎ লিৎপা হৌই"—মাসিস্থু চুমদে—মশানা মশাবু ককচবনি। মালেম শেম্লবা মতমদা মী শেমদ্রি—। মী শেম্লবা মতমদস্থু মীগা লাইগা খায়নরবতদা ফি শেৎখি—লাইরিক অসিগী ব্রা ঙাক্তনি। ফিমকস্থু শেৎত্রিবা, ফি তশাবস্থু লৈত্রিবা মতম অহুদা কদায়দগী ফিনা ফুরিৎ লিৎকনি—কনানা শেস্থিনি—তুবিনি! পাখংবনা নিংথৌ ওইরবা মতমগী অয়েকপা অমা নৈনরিবা লাইরিক অসিগী তরাশুবা মতাংদা য়াওবা ব্রায়েনশংদা ফম্লবা মতমগী অয়েকপনিস্থু পল্লি। পাখংবা ফাওবা লিত্রিবা মতমগী মমাংদা কনা অমুক লিৎলমখিগদগে? ত্রেতাগী দ্বাপরগী ইশম শন্নবা খণ্ড প্রলয়দা মাংদে হায়রিবা ফিজেৎ পাখংবা ফাওবা গ্রন্থকারনা ফংহনবিদ্রবদা কনানবু ফংফম থোক্লিবগে? ঐখোয়না মৈতৈবু ফুরিৎ লিৎপা হৈহন্নিংদবা নত্তে, তুবা হৈহন্নিংদবা নত্তে। ঐখোয়দি ফি শেত্তবা অসিস্থু লাল্লি হায়খ্রে। মৈতৈনা, নিংথৌনা, লৈমশিংনা, অঙম অথৌ, অচৌ অশাংনচিংবাশিংনা কোঙ্গোন থিনবা ফুরিৎ লিৎলম্বা অওইবনি—ইতিহাসনি। অসিগুম্বা ঐখোয়গী চাওখৎপগী ব্রাদি গ্রন্থকার পামদবা তাই—করিগুম্বা অমতা পন্দে। অওইবা, ওইবা য়াবা মতম, মওং ইতিহাসকী মপোৎ ওইনা তাক্কদবনি। মান্নবা হায়বনদি ঐখোয়দা করিস্থু ওইজবা লৈতে। মহাভারত রামায়ননচিংবা মতমগী 'রাজবেশ' 'বীর বেশ' শেৎপা অয়েকপা য়াম্না উনরবা ঙাক্তনি। ফুরিৎ শ্বাওদনা লৈতেংনবনা অয়াম্বনি। লালগীদমক্তদি

থুংলাই চংদনবা, ঙাকথোক্নবা ফুরিৎ লিংপস্থ উই। মণিপুরদস্থু য়ানফক কোবা অসিগুম্বা ফুরিৎ লিংলম্মী। কান্ন কান্নবগী মতুংইন্না মথং মথং অতুম থোক্লকই—ফজনবস্থ হেনগৎলকই। মতম অতুদা ফৈজোম ইন্নফি কোকয়েৎ লুহুপ্পা মরু ওইরম্মী।

চৈথারোল কুম্বাবদগী ঐথোয়না চাওরাক্লা খংবা য়াবা অমা ফিজেৎ লৈতেংগী মরমদা লৈ। পুরাণ অসিদা কোকযেৎ ফুরিৎ, ফৈজোম, ইন্নফি অসিগুম্বা অমা অসিগুম্বা মতমদা পুথোকই হৌদোকই হায়বা মরমদগী চংনরমদবা, তৌরমদবা অমা চংনহনবা তৌহনবা অতুগুম্বনা হেন্না য়াওই। ফনেক শাবা হৌবগী য়ানা য়াওদে, ফিবান লোনবা হৌবগী য়াদি য়াওই—মাতু ঐখোয় থেংনগ্রে, কোকয়েৎ পাকলোই থবকশুবা কাংবুদা যেৎপা হৌহনগিবা য়াওই অসিস্থ থেংনগ্রে অতুগা পাকলোই করম্বা মতমদা কনানা তৌদোক-পগেদি য়াওদে। অস্থুম্না ফুরিৎকী মতাং অসিদস্থ মুংযাম্বগী মতমদা মতমদা "খোইকদা ফুরিৎ লিংপা লৈতেংবা অতুডৈ হৌএ" হায়না য়াওরি। য়াওরমদবা, লিংপিরমদবা লিংপা হৌবগী য়াদি য়াওরি, ফুরিৎ করম্বা মতমদা লিৎপা হৌবা নত্রগা কনা নিংথৌগী হাক্তক্তা হৌদোক্লম্বগেদি য়াওদে। অসিদগী ঐখোয়না ইন্নায লায়না লৌবা য়ারিবদি চৈথারোল কুম্বাবগী মমাংদা ফুরিৎ ফৈজোম কোকয়েৎ অতুম লৈরম্মে তাকপা অসিনি। অচুম্বস্থ অসিনি। ইতিহাস ওইনদি খৃষ্টগী মমাং আদগী লৈরবা ঙাক্তনি। গ্রন্থকারগী মোৎনা মওং অমা ওইনা ওইথিবদগী অসি য়োনা য়া য়াম্নরিবনি। পাথংবগী মতমগী ফুরিৎ মওংনি হায়রিবা "ফুরিৎ মওংদি ফি মচেৎ মরাংনা থকী হকচাংগী কয়াৎপু কুপশিন্দুনা কিশি কিতুনা ফুরিৎকী মওং শেম্মি" অসিদি থাজবা য়াবগী য়া য়াওদে। গ্রন্থকারগী ফিজেৎ লৈতেং পাখংবগী মতম্না ইহান হানবগী মওংদা, খৃষ্টদগী লিবগী ফীবমদা

উংলি। মাসি কবিগুম্না কনাগুম্না মন্না লৌবা য়াবা ( authority ) গী অইবা রা যাওদে। ইতিহাসতদি পাথংবা, কুম্মাবগী পাথংবা ওন্নাতগী মীশকনি। অতুনা মাসিনা ইতিহাস ওইবদি ওইনিংঙাই লৈজমন্দ্রতুনা শুইবা তাবনি। মক মক ওইবা থরদং নৈননসি ফুরিং মওং মতম মশক খন্নকতুনা ওইজবা লৈরোইদৌরি। খাগেম্বনদি কুম্মাবদা মাগী মতমদা কোকযেং য়েংপা, শগোল কাংজৈ শান্নবা লুহুপ উপ্পা অসিনচিংবা হৌদোকই ইরম্মী। মাহাক্তি হায়গনবা নিংথৌনি। লমক্যাম্বগী মতমদা পাকলোহ্ট অঙৌবগী রা ঐথোয় উথ্রে অতুনা কোকযেং খাগেম্বনা হৌদোকপা নত্তে। শগোল কাংজৈ মানা হৌদোকপা নত্তে—নিংথৌ কাংবা ( কাবা ) না পাথংবগী মমাংদা শান্নবম্মে হায়। লুহুপপু লোইন্নে লৈরম্মে। অসুম্না দোলায়সু হান্না লৈরম্লবনি। অতুনা মাদি মাহাক্কী মতমদা পূন্নমক ওইহন্নিংবা নিংথৌনি হায়বা তাই।

ফুবিংকী মনুংদা খুদা ককপী হাযবা অমা, শাইককপা হাযবা অমা গ্রন্থকাবগী পোংশক তানি শুরি। অনি তসি করিদা খেন্নবনো মফম থংদে। খুদাংককপীসু খুদাং চোন্দবনি শাইগকপসু খুদাং চোন্দবনি—করিদা খেন্নহল্লিবনো ঐখোয়দি খংদ্রে। অতুদা খুদাং চেনপীদি য়াওরি শাইজোনবীদি য়াওদে—য়াওবিরস্ফম থোকপনি। ফুরিং থবাক খায়রগা লংনা হেক্তা পুনবা নত্তে। হৈক শাতুনা, কোচি শাতুনা, তুম্বানা কুদাম মওং শারগা অমসুং শেনদা ফিনা য়োমতুনা কুদামগী থবক তৌরম্মী।

ক্যাম্বগী হাক্তক্তা খুংনা তুবা ফুরিং "পুময়াং ওকলৈবী লাকলে" দি হায়রগা কদায়দগী লাকপনো কনানা পুবকপনো তাক্তে। লাক্লে হায়বা অসিদা ঐখোয়দা হেক লাকপা রাখলদি অতোপ্পা লমদগী মতৌ তম্মুবা ওইনা থোক্লে। "অহল লমন লিখুল"

য়ারি মরোল শেংদে শেংবিরহনবদি ঐখোয় ফনা য়াম্না খংজবা য়াবনি। খ্বাংগোয়বী ফি মচেৎ অহুগদি হন্দক্কী ঙবলৈবী অসি দি চান্নদেদা। অদুবু অখংবা শাবনা মতম অমতগীনি হায়রিবনিনা য়ানিংবা য়ানিংদবা পুম্না শিজিন্নে হায়বা য়াবা তারিবরা?

মথংদা লাক্লিবা লোল অসিমদি লৌখৎকে লাক্লবদা খুৎ পল্লি —দোষ অমা লৈরবরা খংদে। অদুবু লাইব্রিক অসিদা ইরম্লবনিনা নৈনবগীদমক্ক ৱানা হোৎনহুনা পুখৎলি—“কোন্না (মেচিন্না) থিন্দুনা ফুরিৎ তুবগী থবক অসিদি মৈদিংগু চরাইরোংবা মহার জগী মতমদা তুবনি”—মাসিনা অওইবতা ওইরম্লবদি ফিরাল ৱাংনা পায়হুনা মৈতৈ পুম্বা হৌহুনা পৃথিবী থুংনা লাওক্কবা য়াবা হরাও তুজুংবা থৌদোক্লি। অসিনবু শোয়দ্রবদি অসিদগী হেন্না চাউ-থোকচবা য়াবা মৈতৈ লৈপাক্কী পুন্সিদা কয়া থোকখ্রবগে? কবিগুম্বা কোন অতেকপা অমা অনিদং ফংলবদি মিউজিয়মদা (Museum দা) তাংখ্রবা, মফল য়ামখ্রবা ফংঙমদ্রবা পোৎ ওইগনি। মৈতৈগী মিংসু অমর ওইহৌরগনি। অদুবু গ্রন্থকারগী নুংঙাইবা ৱারি মংগী চোইরোল নত্তুনা ওইনিংঙাই লৈতে। চরাইরোংবনা পানবা খৃঃ ১৬৯৭—১৭০৯ নি। ফি তুনবগী কোল (মেচিন) শাবগী ৱাখল নোংচুপ লোমদা লাকপা হৌবনা খৃঃ গী ১৮ শুবা শতাব্দীগী তংখায় হায়বদি খৃঃ ১৭৫৫ দনি। ৱাখল ফাওবক্লুরিবা মফম সমুদ্র ময়ামগী ৱাংমদনি। চান্নগা শিজিন্নবা যাবগী মওং লাকপনা খৃঃ ১৮৫২ দনি। সিঙ্গর মেচিন থোরকপসু অসিগী মতুংদনি। মাসিদি থেংপা য়াদ্রবা লাইব্রিক্কী ৱানি। অহুনা নোংচুপকী তুননবা কোন (মেচিন) পোকত্রিবৈগী অা মমাংদা মণিপুরদা ‘কোন্না (মেচিন্না) থিন্দুনা’ তুরম্বা অসিদগী হেন্না চাউথোকচনিংঙাই করি লৈরি। মণিপুরদা শাবা কোন

ভুইরম্বা তাই—কমানা হৌদোকখিবনোদংদগা থংহনবিরম্লবদি চনখংফম থোকপা লাইরিক্তা চনখংলবা লৈপাক্কা হোংনজগদবনি। অরাবদি গ্রন্থকারনা মিকপ থোক্লকপা মতমদা তুমনা মাংখিগদবা কল্লকই দে। অচুম্বদা, লেংদবদা (truth and fact) লেপ্লগা চথরবদি খাজনিংঙাই লৈ। খুংশেম রারি, ফুঙ্গা রারিদগী হেন্না হন্থরবা ময়াম অসিদা খাজনবা মী তাংগনি। পূম্নমক অসিনা অকায়বা পীরিবদি ইতিহাস, ধর্ম্ম, সমাজদনি। অঙকপনি মতম! অসিগুম্বা অসি লাইদিক্ক ওইন থনম্বা য়ানবা, তুংদা চৈতুপ পায়ন-হৌনবা সরকারনা মতেং পাহুনা নম্মাল্লি। পোৎনা তাংলবা মতম অসিদা অয়েম্বদা ফনা নি থিনা মাংহনবদা সরকারম্তু শরুক য়ারি। হে গনতন্ত্র! পূম্নমক শাওহনবা য়াদে, পূম্নমক পেলহন্দবা য়াদে! লৈপাক্তি মাংগে মাংজসন্তু। গনতন্ত্রবুম্তু কোয়চিং চিংবিরে। অরাবনি।

---

## কুনহুমদোইশুবা মতাং

# শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ লিংখৎপা

## কুম্বাবা পুয়া অহল লমন লিখুল

ইন্দক্কী মতাং অসিদদি শৈহোমক্তদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র পোকপগী চহিদা থুদি থীবা হৌগদৌরে। গ্রন্থকার অসিনা ইকোম কোম্না শকাব্দ ১৬৫১ খৃঃ ১৭২৯ দা পোকই হায়রি। শোক থা নুনিং থাবান য়াওনা ইরম্বা কুম্বাবনা মরম অসিদা রা ভাংঙমদ্রে। মতাং

অসিবাইগী কুম্বাবদদি নিংথৌশিংনা শিবদা মশাগী পুন্সি মশিং য়াওনা পানখৎলবা মতমনি। অদুবু কর্ত্তা মহারাজগীদি মাসিসু তৌরমদ্রে। ময়াম্বুং গৌরশ্যামগীসু অদুম্না মাহাক্কীগুম তৌরম্রে। অদুনা কুম্বাবনা ফাওবা খংখিদ্রবা চহিনি লৌবা তারবনি। কুম্বাবনা খংদবগী মরম লৈ। কুম্বাবদা লৈরিবা থৌদোকশিং নিংথৌগা মরি লৈনববুনি—নিংথৌ য়াওদ্রবসু নিংথৌ খংবা অমসুং খংনা তৌবা থৌদোকশিংনি। ভাগ্যচন্দ্রদি নিংথৌগী ওইবা য়াবা মরি লৈরমদে। মচা ইবুঙো শ্যামশাই ( শ্যামজাই ) নিংথৌ ওইরমদে। নিংথৌগী মচা নত্তবনিন। অমসুং নিংথৌগা চান্নবা মচিন মনাওগী মচা নত্তবনিনা ভাগ্যচন্দ্রনা পোকপা কুম্বাবদা য়াওদে। শিবা মতমদসু কুম্বাবদা পোকপগী চহি য়াওখিদবদুনা মাহাক্কী চহি কয়া শুরবগে খংদদুনা নত্রগা খংবা য়াদদুনা কুম্বাবা পায়বা পণ্ডিতনা পানখৎপা ঙমখিদবনি। মাসিনা কায়বনা ঐখোয়দা/মাহাকুম্বা নিংথৌ অমগী পোকপগী চহি তাংদাংনা খংবা ঙমদ্রে। মানা মানা থোকপা হায়নদুনা সতৌ মান্নবা হোৎনবা মানবদা মঙায়রে। গ্রন্থকারগী মানা পুথোকপা শোক অসি য়াওদনা হৌজিক ফাওবদা ভাগ্যচন্দ্র পোকপগী চহি অনি থেংনরে। অনৌবা অসিগা অদুম শুরে। মাগী মাগী মোৎনি। ঐখোয় শাগত্তুনা য়েংসি। অহানবা শোক ১৬৬২ ( খৃঃ ১৭৪০ ), অনিশুবা শোক ১৬৭০ ( খৃঃ ১৭৪৮ ) অমসুং অহুমশুবা গ্রন্থকারগী শোক ১৬৫১ ( খৃঃ ১৭২৯ ) নি।

১। শকাব্দ ১৬৬২ গী ইঙাগী ৭ নি পানবা মুমশকৈশ মুমিত্তা পোকই হায়না পণ্ডিতশিংনা কুম্বাবগী লাপান্দা ইরম্মী হায়বদগী লৌবনি। মহারাজ অসিনা নোংগাবনা শোক ১৭২০ নি অদুনা মশাগী চহি ৫৮ দা শিবা তাই। লাবন্যচন্দ্র মশাগী চহি ৪৪ শুবদা নিংথৌ ওই, শকাব্দ অসিমক্তদা ওইবনি। অদুনা ভাগ্যচন্দ্রনা চহি ১৪/১৫ শুবদা পোকপা তারে।

২। শকাব্দ ১৬৭০ গী পোইন্দ্র ১৩ নি পানবা লৈপাকপোকপা কুমিৎকী অয়ুক পুং ১০ তাবদা পোকচু হায়বনা 'রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র' কৌবা চেফোং খৃঃ ১৯৬১ দা ফোংবা অদুদা শ্রী শগোলশেম ইন্দ্রমনি সিংহনা মাহাক্কী হায়বনি। কুমিৎ, থা, চহি, পুং ফাওবা য়াওরবা অসি কদায়দগী লৌবনো তাক্কে। মাহাক্কী চহি অসিগী মতুং ইল্লগা চহি ৫০ দা ভাগ্যচন্দ্র শিবা তাই। অদুগা মাহাক্কা লাবন্যচন্দ্রবু চহি তরুক্তা (৬ তা) পোকপা তারে।

৩। শকাব্দ ১৬৫১ পোকই হায়বা অসিনা গ্রন্থকারগী মোৎনি। কুমিৎ, থা, থাবান অমত্তা য়াওদে অমসুং কদাযদগী ফংবা চহিনো অদুসু তাক্কে। মাহাক্না নোংগাথিবা শোক্তা ১৭২০ নিনা মশাগী চহি ৬৯ শুবদা শিবা তারু। অদুগা লাবন্যচন্দ্র পোকপা মতমদা মাহাক্কী চহি ২৫ শুবা তারে।

লাবন্যচন্দ্রনা মাহাক্কী ইহন হনবা মচা নত্তে। নবানন্দ কৌবা মচা অহল যুবরাজ ওইনা শিত্রে। অদুনা অহানবগী চহি অনি অসি অঙাং পোকপা হৌবা য়াবা চহি ওইহনরোই। মশাগী চহিগী খল্লুয়রবদি অহানবা অসি ওইবা য়ানা উরে। চহি নিফুমুক পাল্লম্মী —পানবা চহিনা ৩৮ অদুগা কুম্বাবন চহি ৪০ নি হায়না গৌরশ্যামনা পানবগী মতম মরক্তা থংলুবা চহি খরা হেনবা অদু মাওরবদি ৪০ হায়বা অদুম য়ারে। অদুগা মৈতৈগী মচেত্তা লৌবা হায়বা মওং অদুদদি ৩৮ অসিনা ৪০ অদুম লৌবা য়াই। অঙাং ওইনা য়ুম পান্নবা মতমনি অদুনা চহি ১৬/১৭ তা অঙাং পোকপা চাউরৈগনবা মীগীদি হেন্দোক্লা য়ারে। শোক ৫৯/৬০ শুম্বদা ভাগ্যচন্দ্র পোকপা ওইরবদি য়ারে নিংই। অনিশুবা অসিমদি চহি মরিদা (৪ দা) অঙাং পোকপা তাবগী মওংদা লৈরে অদুগী মথক্তা পুং ফাওবা পীদুনা হায়বা অসিনা খরগা অমুক হেন্না মালহন্দ্রে।

ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা মণিপুরদা ঘড়ি লাকখি। গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমদা লাকপনি। অনিশুবা অসিমদি খন্নদ্রবস্থু য়ারে। অহুমশুবা অসিমদি মতৌদি য়াম্না মাল্লে। মরমদি চহি ২২/২৩ দা অঙাং নিংথিনা পোকপা য়ারে। অতুদা ভাগ্যচন্দ্র চহি ৬৯/৭০ পুন্সিবম্বা অসি থাজনিংঙাই ওইদে। পুন্সিগী তংখায় অম, চৌংমান খংদনা চেন্দুনা, চত্তু্বা—চাবা মচেৎ, তুম্বা মচেৎ ওন্থনা সেল্লক্নবা পুন্সিনি। মতম অদুগী পুন্সিগী চাং ( average span of life ) চহি কুন ( ২০ ) ফাওবা মণিপুরদা য়েৎবমগনি থাজদে। হৌজিক্কী মতমগী ম্বা নত্তে চহি ২০০/৩০০ গী মমাংগী ম্বানি। মতম অদুগী চহি ৭০ শুরবা অহলনা নবদ্বীপ্তা থাং পায়দুনা শপোল থেংজিন্দুনা লাল চংবা পাঙ্গল কম্মল্লি নিংই। কুম্বাবদি পল্লগা কুম্বাবদগীদি লৌদবা অসিনা অমস্থুং লৌনবস্থু য়াওদবনা গ্রন্থকারগী ভগ্যচন্দ্র পোকপা শোক মতৌ মান্নবা শেমজিনবা মাল্লি পোকপগী নুমিৎ থা, থাবান য়াওনা হায়দে। পুন্নমক অসি খল্লুববদি চয়াইবোংবগী মতমদা কোম্না ( মেচিন্না ) ফুবিৎ তুরম্মী হায়বগুম্বা ওইগনি। 'অহল লমন লিখুল' না পীবা শোক, তারিখ লৌবা যাবা ম্বা নত্তে। পাথংবা কুমশিংগী ম্বাস্থু ঐখোয়না মথক্তা নৈনগ্রে। অতুনা অনৌবা শাগৎপা গ্রন্থকারগী চহি ওইগনি।

মথংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মিংখৈ মরিগী গ্রন্থকারগী বাখল অমুক য়েংলসি।

১। অহানবা মিং "জয়সিংহ হায়বদি থবকপু ওম্বা"

২। অনিশুবা মিং "কার্ত্তা ( কর্ত্তা ) হায়বদি থবক্কী মপু"

৩। অহুমশুবা মিং "চৌংথংখোম্বা হায়বদি চৌংতম অনিবু খোম-জন্দুনা পুনবগী মপু"

৪। মরিশুবা মিং "ভাগ্যচন্দ্র হায়বদি থাওয়া ঙানবা লাইবক ফবা হায়বনি।"

মথক্কী ব্যাখ্যা অর্থ হন্দোকপনি। থোইদোক হেন্দোক্না থংনিংঙাই ৰুম্বিসু লৈতে। ঐথোয়গী অমুক্ত য়েংসি—

১। জয়সিংহ—আসামদা য়াম্না পায়প্রবা অসি নত্ত্রবদি মাথোয়দি ইথং থংলমদবা মিংনি। মাহাক্কী অতোপ্পা মিংশিং মাথোয় থংদে। মৈতৈ জগোইনা জম্ব অমুক তৌরকপা মতাংদা 'ভাগ্যচন্দ্র' মাথোয়সু থংখিবনি। আসামদা শামু অঙাওবা ফাবদগী মিং অসিতনা মাহাকপু মাথোয়না থংই। আসামগী ইতিহাস (বুরঞ্জি) দা শামু ফাবগী ৱা য়াওদে। মসি মাথোয়না ইকায়হুনা খাওহন্দবনি নিংই। মতুংদা কর্ত্তা মহারাজনা আহম নিংথৌগী মতেং পাংহুনা আসামদা শোক্রমবা লালনচিংবগী ৱাদি নিংথিনা য়াওই। মথৌনাদা "লাইজা ইরেলপুংবু ইঙা লৌথোং মরুম মনিংবা চীলেন পল্লংলা অরাংববু লৱাই য়ুকোক্ত পুংকুম মনিংবা" হায়রম্বা থাবন হেনবা নক্তে ৱাংতুম ৱাংলি।

২। কর্ত্তা (কর্ত্তা)—ভখেল, কাছাড়দগী কৌরকপা মিংনি। মাথোযগী লম অদোমদা নিংথৌ অমম্মং নিংথৌগী মচা অমদি জমিদারনচিংববু কর্ত্তা কৌনৈ। মাহাকপু নিংথৌনি হায়হুনা 'কর্ত্তা' অমম্মং কর্ত্তা কৌবদগী কর্ত্তা—কার্ত্তা কৌখিবনি। 'ক' বু মাথোয়না 'কো' ওইনা পায়, ঐথোয়না 'ক' ওইনা পায়। ইবদা 'ক' না হৌহুনা ইবছুদা ঐথোয়গী হৌনবী উচ্চারনগী (থোম্মোক্কী) মপা পাবদগী 'ক' দা 'কা' গী উচ্চারন থবা হেনখিবনি। মণিপুরদদি য়াম্না চৎনবা মিংলি। থারা ফাওবা কর্ত্তা থারা হায়নরিবা অসিনি।

৩। চীংথংখোম্বা—'লোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা' হায়বনি। শ্রী য়ুমজাও সিংহনা মাহাক্কী মণিপুর ইতিহাসতা "লৈপাক তাকউ

তুম্মুরবদগী মানা তেথাওরোমদগী থোরক্নুনা অমুক লৈপাক শেম-গৎলমই হায়বগী লোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বা কৌ” হায়না তৌরম্বা ব্যাখ্যা অসিনা মপুং ফারে।

৪। ভাগ্যচন্দ্র—শ্রীগোবিন্দ নিরুপন (নির্পণ) তৌজহনা রাস কৎচরবদা মাঙোন্দগী তেন্না মরাইবক ফবা লৈতে হায়তুনা ভাগ্যচন্দ্র কৌখিবনি। মৈতৈ লাইরিক্তা মাহাকপু “জ্ঞান চৈরোই-নবা পণ্ডিত নুপা থোকপা, বৈষ্ণব লাইপোক সংসংবা” কৌরম্বা করিমতা হেনবা নত্তে, রাৎপু রাৎপনি।

গ্রন্থকারনা ইরিবা ভাগ্যচন্দ্র চহি ৩০ দা নিংথৌ ওই হায়বসি ঐখোয়না মথক্তা নৈনখিবা তস্নুনা য়ারনি নিংই। চহি ৩০ শুবদা নিংথৌ ওইহন্দবা য়াদে—মরমদি চহি ৪০ পালক্ষ্মী কুম্বাবনা হায়রি। মতা চানবা—“হাইজরিব্রা রাফম ঙমজনবা ঙাংগনি” হায়বা ঐখোয়না থায়না অনিশুবা তম্বদা য়াওখিবা অতুগী ভাবনি। চহি ৩০ দা নিংথৌ ওইরবদি চহি ৭০ রোম পুন্সিবদা কাযদ্রে। মাসি নৈনখ্রবা রানি শাংদোকউবগী কান্নবা লৈত্রে।

শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ তৌবা মতাংদা শাপম লক্ষণদা “শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ শানবা রাথং পীখি” ইরিব করম্বা লাইরিক্তা য়াওবনো অমসুং লৌবনো হায়বগী মরমদা করিমতা পন্দে। শোরুচিংবসু য়াওদে। ‘শ্রীগোবিন্দ নিরুপন’ কৌবা লাইরিক্তা হায়বগা মান্নদে। লাইরিক অসিনা হায়রি—“হৈস্নাম খোংঙমগী কুম শোক ১৬৯৮ হিয়াংগৈ থা ১২ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মহারাজনা তাকপিবা মতুং ইন্না রাংখৈ পণ্ডিত গোপিরাম সিংহ পাৎচহনবনা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি শাইএ। “কুম্বাবনদি অশাবা মীগী মশক মমিং পল্লমদ্রে, নুমিৎ, থা, থাবান, শোক পুন্নমক চানৈ।

ৱাংখৈ পণ্ডিত গোপীরামনা শাবনা চুমগনি। তেখাওদা থোৗগন চৎপা পণ্ডিতনি। শামু ফাৱমদাইগী মুমিদাংদা মংদা শ্রীগোবিন্দ দৱশন ( দর্শন ) ফংলবদা মনাই পণ্ডিত অসিবু মংদা উজহৌবা শকফম লিচ্ছনা তাক্লগা য়েকশিনহল্লি।—"মহারাজনা ৱাংখৈ পণ্ডিত গোপিরাম পাৎচহনবদা সনা ৱাথং তাকুনা শ্রীগোবিন্দ মুর্ত্তি য়েকহল্লে।" পণ্ডিত অসি অয়েকপা ৱসমন কৈক্লংবগা মাখোৱ অনিমক মহারাজনা শামু ফাবদা হাকথেংননা ৱাওজককবনি।—"সনা মাং য়ৌববদা শামু মৱা অনিনা লৈপাক্তা যৈশিন্নবা খুক্ল খুদপ কুল্লবদা মহারাজন, সনা খোং অনিমনা শামু মৱ অনিমবু নেৎলবদা ৱাংখৈ পণ্ডিত অয়েকপা কৈক্লংবা অনিমন শামু মথক য়ৌনবা সনা থোৗগন তৌজেএ।" অসুম্না অৱা মুংঙাইবা পুন্বদা থাৱকত্রবা লৈপাক্তীসু মঙাইরবা পণ্ডিত, মখুৎ মশাসু হৈবা, য়েক খোৎপসু নিংথিনা ভঙ্গা মহাকপু শাহল্লি হায়বদা লাল্লিংঙাই লৈতে।

লাই অতৈ নিরূপণ তৌবগী মৱমদা 'শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ' না হুশম শম্ম হায়—"উতোন অচুনা গোপীনাথ, বিজয় গোবিন্দ, অদ্বৈত ( অদ্বৈত ) নিত্যানন্দ মরিমসু শাহইএ।" ঐখোয়না নৈনবিবা লাইবিক্কী মরোলগা ফনা থিনা খেল্লরে। গ্রন্থকারগী মোংতা হায়রবদি নিংথৌ য়াওদনা অমদি ভাব ভাদন উ ককথোক- উবগুম তৌরে। "অহানবা ককপা মতুপ অদু নিংথৌ মিংয়েং তাবদা থরা পীক্লা থোকলে" হায়বা উবদা অদুম মুংঙাইত্রে। অসুক লুনা থনগ্রবা অমসুং নুসু লুগ্রবা অসিবু শোয়দ্রে খংলগা ককফম থোকপনি। মানা থোকপা অমা হেক্তা শাগদবা নত্তে। তেখাওদা নিংথৌনা মংদা উরকপা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি যেংজৌ উৎপিরম্বা অদু শাগদৌবিবনি। নিংথৌনা নংনা থোকপা তৌ হায়রুনা হায়ফম থোক্তে—করিনা উদবা মানা অউবা নিংথৌ য়াওদনা থবক চৎথবা

য়াবা হৌনদে। নিংথৌগী থুপ্পবা থম্মোইদা ফুল্লিবা ভান, শকফম লক্ষণনা (মানা শাবা তাহল্লবদা) থংবা ওয়োই। গোপীরামদি খরদ ওইরবস্তু খংই। মাহাক্না উ লাম্ন। নিংথৌ য়াওদনা ককপা ওস্বা হৌনদে। মানা থোকপা তৌরুবগী অৱ ফমছুম তাফম থোকপনি। অতুনা মার্সি ওইহল্লিংবা কাংবুগী ৱারি ওইগনি, তচুম্বা ওইরোই। ইত্তুনা থমহল্লবা, য়েকহল্দুনা থগহল্লক্লবা নন।ই, পুম্নমক ভাব তারবা পণ্ডিতনা উ মফম থংনা মবুঙঙোগী ৱা য়াওনা কত্তুনা শাবনা অচুম্বা ওইগনি। য়সমন কৈকংবা মথ'বাই য়োন্দুনা থোগল তৌরকপা মনাইবু হৈতবনিন। শাহনথিদে। মাগুম্ন থোগল তৌরক্লবা পণ্ডিতস্তু ওইবা, শাবস্তু হৈবা, য়েক্তুনস্তু থগহল্লবা গোপীদা শাও হায়দনা অতৈ অমদা শাহল্লম্বগী ৱা থাজরুনি ঙাই লৈতে। মথংদা শাবা লাইশিংবু 'উতোন অতুনা' হায়বা মথক্তা থেংনথ্রে। অতুনা শ্রীগোবিন্দ নিরুপন লোইরবা মতুংদা অতৈ নির্পন তৌথবনি তাকই। শ্রীগোবিন্দনা নিনবা হেনবনস্তু মকোক মপুং ফাবনা নির্পন তৌথিবনি তাকই। বিগ্রহশিং খরা খরা নিনবদা ঙস্থরকপা মথং মথং পিকথদবা য়াদবননি। নির্পন (নিরুপন) তৌবা লাইশিংগী মশক মমিংগী ৱাদি ২৯ শুবা মতাংগী লাই য়েস্থোকপদা নৈনবনা ফরনি। মফম অসিদা লাই মশিং শুনা ইথক্রি। নির্পনগী মরমদস্তু মতাং অতুদা শুগাইনা থন্নরসি।

## শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ অভিষেক

শোক ১৭০১ গী "হিয়াংগৈ শুক্লা দ্বাদশীদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌই" হায়রিবসি কুম্বাবদদি শোক অসিগী হিয়াঙ্গৈগী "১১ নি ইরাইদা কাঞ্চিপুরগী রাস মণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌই" হায়না লৈ। ১২ নি পানবদা দ্বাদশী ওইগদবনি। অসিমস্তু

কুম্বাবগা মান্নদে। 'শুক্লা দ্বাদশী' ফাওবদি হাম্মরগা মুমিত্তি হায়বমদে। মুমিত্তগা মাওরম্নবদি অচুম অমান খরত্ত ওইরবস্থু খি-নবা য়াগদবনি। থোং মন্নায়দা লেপ্পনা ইশোয় শোয়দে খংবা গ্রন্থকারনি। শকাব্দ অসি (১৭০১) গী চৈথাবা হৈস্নাম থোম্বনি হায়রিবা অসিস্থু নত্তে। মিং অসিগী চৈথাবা অমত্তা কুম্বাবদা থেংনদে। শকাব্দ অসিগী চৈথাবা মাইথম চক্র পানিনি। [এৈথোয়না কুম্বাবা অমস্থুং কুম্বাবগী রা পনবা, পুখংপা শ্রী লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমস্থুং শ্রী নিংথৌখেংজম খেলচন্দ্র সিংহনা সম্পাদন তৌবা অদুনি]। শ্রীগোবিন্দগী অভিষেক তোয়না থোকপা সেবানি। জীবন্যাসকা থেন্নৈ। জীবন্যাসকী রা কুম্বাবদা চন-খৎলমদে—মাসিগী মরম লৈগনি নিংই। গ্রন্থকাবনা অভিষেক অসিগী পাল্লিবা থাঙ বৃত্ত বদা যাওদে—কুম্বাবা উৎলবস্থু গ্রন্থকারগী রা কুম্বাবদগী নত্তে। রারি রাতাইদগী শাবা ওইবা তাই। অভিষেকী মতাংদা তৌহল্লিবা থাজ হাযবদি পুংগী ঈশৈগী, বেদ পাঠগী, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পূজা পূন্নদা দান দক্ষিন, তৌবগী রা ময়াম উংলিবা ইবাং অসিনা মালহনবদি নম্মণনা শাবনি হাযথিবা বিগ্রহগী জীবন্যাসপু শোয়দনা ওইগনি। তোয়না থোকপা অভিষেকী ইরাং কনমল্লি—জীবন্যাসকা ওন্নবনি।

জীবন্যাসকী রা তোপ্পা কুম্বাবদা নত্রগা লাইরিক ভতৈদা শ্রীগোবিন্দগী পল্লমদবগী মরম অমুক থিদোকসি। হিয়াঙ্গৈগী ১২ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা "শ্রীগোবিন্দ মূর্ত্তি শাইএ" হায়রিবা শোক ১৬৯৮ গী মুমিং অসিদা ইবুঙঙোগী নিকপণ লোয়তুনা জীবন্যাস তৌবা ওইরগনি। অদ্বৈত প্রভুগী জীবন্যাসকী রা কুম্বাবদা যাওরি — শোক ১৭১৪ দা ফাইরেন থা ৭ নি লৈপাকপোকপদা অদ্বৈত প্রভু জীবন্যাস তৌই যাওরি। শ্রীগোবিন্দগী তৌরমদবা হৌনদে

ময়মদি জীবন্যাস তৌজ্রিবা বিগ্রহ সেবা চৎপা যাদ্রি অতুগা জীবন্যাস তৌজ্রিবা লাইবু অভিষেক তৌবগী অর্থ লৈতে—তৌবা য়াদে, তৌরোই। অতুগা শোক ১৬৯৮ গী হিয়াঙ্গৈদা শাবা হৌবা ওইরগা শোক ১৭০১ হিয়াঙ্গৈ ফাওবা চৎবস্থ চৎমনখ্রে। নিংথৌগী থবক্তি, চংলোই। ময়ম পূন্নমক অসিনা জীবন্যাসকী মুমিং নত্তে অতুগা অভিষেক অসিদা ইরাং ময়ামগী রা কুম্বাবা পনবদনি কুম্বাবদা যাওদে—গ্রন্থকারগী রারি নুংঙাইনবা বাবিনি লৌবদা করিমত্তা কায়রোই। কুম্বাবদা "মুমিং ৫ নি বাস শান্নৈএ" হায়বদি অভিষেক অসিগী মত ংদা যাওরি। মুমিং মঙানি রাস কৎলমদাইদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবনি। থৌদোক অসিবু জীবন্যাস ওইনা লৌগদবা নত্তে। অভিষেক অসিগী মতুংদা রাস কৎপগী রাখল খনবা গ্রন্থকারনা হৌহল্লি। অতুনা মাহাক্না অভিষেক কৌরিবা জীবন্যাস-পুনি। অতুনা ময়ম তত্নুদগী শ্রীগোবিন্দ 'নির্পন তৈএ' হায়বসি মশক নাইরবা শ্রীগোবিন্দ ওইরববু ওইপদবনি। 'নিরুপন' হায়বা শব্দ ( রাহৈ ) দগী ঐথোয় মৈতৈনা শমজিল্লুনা 'নির্পন' হায়বনি। 'নিরুপনদি 'রূপযুক্ত' ওইরবা হায়বদি মশক নাইরবা, য়াওরবা হায়বনি—জীবন্যাস তৌরবদি মশক নাইরে, মশক য়াওরে অতুনা 'নির্পণ' তৌবা নুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ ওইরে। পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা চিন্তাবত্নুনা মাহাক্কী শ্রীমদ্ভাগবতকী ব্যাখ্যাদা "শকাব্দ ১৬৯৮ দ খৃঃ ১৭৭৬ দা কার্ত্তিক মাসগী শুক্লা দ্বাদশী তিথিদা, বেবতী নক্ষত্রনা পানবা শুক্রবাবদা পূর্ব্বাহ্নদা মণিপুরদা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউনা আবির্ভাব ওই" হায়না ই। "শ্রীগোবিন্দ নিরূপন'গী অমসুং কুম্বাবগী মুমিং, থা, চহি, থাবানগা অমতনি। 'নির্পন' মুমিংপু 'আবির্ভাব' নুমিৎনি হায়বসিনা ঐথোয়গী রাগা চান্নরে। অতুনা শোক ১৬৯৮ গী হিয়াঙ্গৈ ১২ নি পানবদা জীবন্যাস তৌবনি হায়বদা করিমত্তা চিংনমিংঙাই লৈতে। গ্রন্থকারনা ফিরিবি অমসুং

ভূষণ 'আধিকারি' ওইবা মতমদা শ্রীগোবিন্দগী 'অভিষেক' তোয়না থেংনরমগনি অমস্তুং মাহাক্কী ঋঞ্জ ময়াম ওইবা য়াই য়াদে খংফম থোকই।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা রাস কংকে লেপ্পনি—মবুঙ্গো নিপাল তৌরবদা কংকে লেপ্পনি। অদুনা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংদা অমতা খনবিয়ু হায়বা নত্তে। রাস মণ্ডং অস্তুম্ম কংকে, মৈতৈ কীর্ত্তনগী মণ্ডং ওইনা কংকে লেপ্পুনা মাদু থোক্লবা খুৎলোইগদবা মীশকশিংদা শিন্নবনি। পণ্ডিতরাজগী লোলদনা—"ওইবা য়াই,—চহি অদুমক্তদা কার্ত্তিকী পূর্ণিমাদা আবির্ভাব দিনগী মরিনি গুবদা শারদীয় রাস যাত্রাদা শ্রীভাগবতনা হাইবা শ্রীকৃষ্ণগী রাস ক্রীড়া অদুবু মনিপুরীয় কীর্ত্তনগী মশক্তা ওনথোকতুনা ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহ নিংথৌনা নিজ প্রভু শ্রীশ্রী গোবিন্দগী শ্রীচরনদা কংলি। মরমদি কলি যুগকী খম্মদি সংকীর্ত্তননি" অসিনি। রাস কংকে। নিংবা পাংথোক্লবা তৌথিবনি করিনো অমতা ঐনা কংপ য়াবা থিদোকপিযু হায়থিবা নত্তে। ময়াম্না খন্নরগা হৌজিক্কী মতৌংগুম ৱারেপ তাবিবগী ৱা মতম অদুদা থোইদোক হেন্দোক্লা ভাগ্যচন্দ্রগুম্বা লাইপোক্তা যেপশিল্লুবা অশিংবগী মণ্ডং মাল্লোই। অদুদগী মথাদা রাসগী "মমিং থোন্নবা ৱাহৈ থীরকলে" ইথরকইবা অসিবু অর্থ খংদ্রে তাক্লি অদুগা খন্নহল্লিবা কাংবু অদুবুনা অভাওবা ময়াম খুন্দিন্নবা ওইহল্লে। শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস শ্রীগোবিন্দদা কংকে হায়বদি দশম স্কন্ধগী কুন-মাপল গুবা অধ্যায়দগী কুন্থ্রাহুমদোইগুবা অধ্যায় ফাওবা অদুদা য়াওরিবা ইবুঙোনা শ্রীবৃন্দাবন্দা শান্নরম্বা রাস অদুবু কংকে লেপ্পুনা কংপনি। অদুনদি—রাসগী মমিং থোন্নবা থিদোক্তুনা রাস থোনথিএ হায়তপরা—হায়বা তারে। রাসগী অর্থ হায়বদি য়াই—করিবু রাস কৌবগে মীনা খংনিংগনি। রাসগী মমিং থোন্নবা

মমিং থিবা লাক্লইনবা ভাবদা নোক্লিংবা ৱানি। পণ্ডিতরাজনা "ৱস সমুহ ৱস পুম্নমক স্থুই হাঙ্গইতুনা রাস কৌই" "বিশুদ্ধ ৱসময়ী লীলাবু রাস লীলা কৌই" হায়না ব্যাখ্যা তৌই। রাস লৈরম্মবনি শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়গী রাসগী ৱানি রাজর্ষিনা কংলম্বসু অতুবু তমজতুনা কংচবনি। শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরম্লবা রাসগী মমিং থোন্নবা "ৱাহৈ থীরকলে" হায়বা অসিনা গ্রন্থকারনা ৱাংনা থাঙ্গৎনিংতুনা থাঙ্গৎলিবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংবু চিংথুবিরে। অঙাওবা মালহল্লে। রাজর্ষিদি ৱাহৈ থিবদা শরুক য়ারম্মোই। মরমদি মাহাক্কীদি থিনিং-ঙাই লৈতে, মাহাক্না লেপ্লদি শ্রীগোবিন্দনা শান্নখিবা রাস কংপনি। ঐখোয়না নিংবদি গ্রন্থকারনা অহৈ অপা শাবা য়ানবা মরম্নাই মতোমতগী ৱাহৈ থিদোকপবু ওইরমগনি।

"রাস হায়বদি ময়াম পুন্না ছামিন্নবা জগোই থংনবা রাস কৌবনে" অতুপা "র দা আ য়াওবা সরমনা ময়াম অপুনববু থংনৈ" সু হায়রি। ঐখোয়না ফংবনা—কোয়শিল্লগা চৎনা চৎনা জগোয় শাবী ময়াম্না নট অমতগা শামিন্নবা জগোইবু হল্লীষক কৌই। হল্লীষক অসিনা অমুক মথল মথা অয়াম্বা তাল অমস্তুং অত্তোপ অতোপ্পা শাথেক শাওংগা জগোই শাববু রাস কৌই—হায়। র + আ ময়াম পুনবা থংনৈ হায়বসি অর্থ হনবা লাইরিক্কদি হায়দে। রা = দান, লন, ৱা, ৱাহৈ, খোঙ্গোকপু থংনৈ—ময়ামগী ৱাফম য়াওদে; গ্রন্থকারনা অনৌবা হৌদোকপা অর্থ ওইগনি। রাস – রস্ + ঘঞ আধ = রাস অস্মুম্না য়াওবদি থেংনৈ।

---

## কুনমরিশুবা মতাং

# রসগী মরম

## ( উজ্জ্বল নিলমনি ) ( সহিত্য দর্পন )

## লাইরিক অনি অসিদগী ফংজবা

হৌখিবা মতাংগী শ্রীগোবিন্দ নিরূপণগী মরমদা হিন্দুগী লাইগী, হিন্দুগী রসময় রাসগী, হিন্দুগী বৈষ্ণব ভক্ত রাজর্ষিগী মরমদা অরাংবা রা থবা য়াওখিবা অতুতা নৈনখ্রে। 'মীতৈ লাইনিং' গী রা যাওখিদ্রে। মাসিবু নৈনরিবা লাইরিক অসিদগী মতাং অসিরাইদগী পূম্মুং মুথৎখিবা গ্রন্থকারগী পুক্নিংগী পামজবা ওইগনি নিংদে। অপাবগী পুক্নিং অমস্নুং রাখলদগী অশুম্না লুনা তৌরিবা 'মীতৈ লাইনিং' মাংথ্রগদ্রা কিবদগী খন্নদুনা লৌইথ্রবা 'রস' গী রা অমক্কসু মতাং অসিগী অহৌবমক্তদা পুখৎলকই। অতুগীদমক "রস হায়বা রাতৈ অসিগী অর্থ অনি নৈ অমনা রস হায়বদি হকচাংগী মওংদগী থোকপা মওং ১০ অতুবু রস ১০ হায়না কৌরে। অনিশুবা রস হায়বসি মহিবু মহিগী মহাওবু খংনৈ" হায়না রা হৌদোক্লি। অর্থশিং অসি অনিংবা অমা পাংথোক্লবা মুন্না থিদুনা হনবনি। তাহাক্তা তাইরে মাসিগী শিজিন্নফম ঐখোয়না উগদবা কুইরম্মোই। রসগী অর্থ অনিতা নত্তেঃ ইন্দ্রিদা ফাউবা পোৎ হায়বদি থাবা, য়াকপা, শিনবা, অথুম্বনচিংবা মহাও; হকচাংদগী ওক্টবা মওং কাব্যনা থাবা, রস মাপন—কনা কনাগুম্বনা বাৎসল্য থারগা তরানি হায়; নাট্য শাস্ত্রদনা শান্তরস ককণদা চল্লি হায়দুনা রস নিপান্দা মপল্লি; অথুম্বা ( মাধুর্য্য ) নচিংবা গুণ; শুক্র ( হকচাংগী মরু-ওইবা পোৎ ), ( মহি ) অয়াংবা, শোদোক্লবা পোৎ; ঈশিং;

ঝোল ( ভানাচংবা এনসাংগী অশেম্বা মহি ) অসিনচিংবা। পূন্নমক অসিগী মনুংদগী শিজিন্নবদা ওইজগদবা অরাংবা ( মহি ওইরবা ) পোৎসু—মহি হায়বা অর্থ খক্তা লৈবগুম পীরি। মাসি ওইহন্নবা "রস পুম্বগী থোকফম ওই হায়দুনা ইবুংঙো মাগী মিংথোলবু রসরাজ হায়না কৌরে মীতৈনা মহিরেল হায়না মিংথোল্লে" অর্থ অসি হায়বদি 'মহি' তং খনগৎলগা অর্থ পীরিবনি। অখংবা মান্না ইদুনা হায়রিবা রাসি ঐখোয়সু চুম্মি লাল্লি নৈনদুনা য়েংগি—'রসরাজ' রসগী নিংথৌ হায়বদি রস পূন্নমক্কী নিংথৌনি – রসনা পুবা ভম্বা অর্থ পূন্নমক্কী নিংথৌ, মপুবুনি। মহি লাংবা পোৎ ( দ্রবদ্রব্য ) না পুবা ভম্বা অর্থ অদুতগী নত্তে। অমরোমদনা মহি = রস ( রস অর্থ পূন্নমক খংহনবা ) + রাজ = লেল ওইহনগদবা নত্তে; রস = অরাংবা শৌদোক্লবা পোৎ ( মহি ওইরবা ) + রাজ = লেল ওইগদবনি; মাসি গ্রন্থকারনা তৌজবা অর্থগী মতুং ইন্না হায়বনি। অদুনা গ্রন্থকারগী মহিরেল – রসগী অর্থ অমতগী মপু হায়বদি 'মহি' গী মপু 'মহিরেল' ওইহনজনবা হোৎনজরসু। অদু ওইহল্লবসু—'রস' গী অর্থ পূন্নমক্কী মপু রসরাজগা 'রস' গী অর্থ অমতগী মপুনি হায়জরিবগা মান্নবা য়াদে। মপুমগা মচেৎকা মান্নবা জ্যামিতিনা য়াদে, য়াম্না শাওই—মথক্তা ঐখোয়না হায়খ্রে। "কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম্" হায়রিবা 'গোপীজন বল্লভ' 'পরম ঈশ্বর ভগবান' কৃষ্ণবু মহিরেল ওইহন্দুনা হিন্দুগী রসময় গোবিন্দবু হিন্দুগী থম্মোইদগী লাপথোকহনগে লাক্লবনি। হিন্দুগী পরমেশ্বরদা, ধর্ম্মদা, ভজনদা, সাধনদা খুৎ থিংজিনবা ভারত সংবিধানবু উৎশিত্তবনি হায়না ঐখোয়না মথক্তা পনখ্রে। গ্রন্থকারনা পামজবা লুনা তৌজবা ধর্ম্মদা কনানসু খুৎ থিংজিন্দে। মীগী ধর্ম্মদা থিংজিল্লুরবদি থিংবিফম থোকপা মফম্মা তুমিন্না লৈথোক্কে য়ারকওই। 'উজজল লিলমনি' অমসুং 'সহিত্য দর্পন' গী করম্বা মতাংদা ক্বরি লোন্না

গোবিন্দবু মহিরেল ওইহনবনে। তাক্কদবনি। লাইরিক অনি অসি হিন্দুগী লাইরিক মাল্লি—অরৈবা লাইবিক ওক্টরবদি মীনা কিনবা মগিং পনশিল্লগা লৌদি লৌদবা ওইগনি। লাইরিক অনি অসি ঐখোয়দা মমিং লান্না হায়বনি নিংই। মমিংশিং অসিগী লাইরিক লৈরোই।

"রস তরা স্নুনা চংবা জগোই ওইবনা রাস থোনবনি।"

"জগোইগী মিং থোনবা লোযরক্তুনা জগোইদা চংগদবা মচাক থন্নবকলে।"—অনিসি অমুক ঙাহাক্তুং য়েংসি। রস তরা লৌদবা—নিপান্দা, ম পন্দা লৌবস্নু লৈ হায়না ঐখোয়না মথক্তা উৎখ্রে। রস নিপান্দনি অমস্নুং মাপন্দনি হায়বা কাংবুশিংদদি 'রস তরা স্নুনা' চংদ্রবনিন রস কৌদবা তারে। অতুনা কাংলুপ অনি অমগীদি 'রাস' মিংথোল লৈতে হায়বদ লাল্লরোই। রাস কদায়বু কৌরগে মথক্তা ঐখোযনা নৈনখ্রে। মথক্তস্নু হায়খ্রে, তগিদস্নু পন্দবা যাদ্রবনিনা অমুকস্নু হাংরি—মণিপুরগী কনাগুম্বা পণ্ডিত-ব্রাহ্মণ, মৈতৈ অমনা মযাম্না রাস মিং থোনখিদে, থোনবা য়াদে, থোন্নিংঙাইস্নু লৈতে। ভাগ্যচন্দ্রনা পানবনা শ্রীমদ্ভাগবতকী মতমদগী হান্দে অতুনা মণিপুরন 'রাস' মিং থোনবা শুক-য়া য় দবনি অমস্নুং থোনখিদে। গ্রন্থকারন মতৌ মালহনবা, মস্নুং হুন্না খংজিনবা মালহনবা লাক্নবা নত্তনা কবিস্নু ওইনিংঙাই লৈতে হায়বদ লান্দ্রবনি। শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরম্বা রাস ভাগ্যচন্দ্রনা কংখি হায়বগী ৫ ফম মথক্তা ফনা শাংনা ঐখোয়না নৈনখ্রে। অসিদগী হেনজিল্লবস্নু অমুক হনজিনবা তারনি।

হন্দকী মতাং অসি ঐখোয়না পনখিবা "লাইরিক অনি অসিদগী ফংজবা" নি হায়না গ্রন্থকারনা য়াম্না শেংনা ইরি। মখা লৌথ-ম্লকইবা ব্রাফম্না রাসকী রাশেশ্বরী (থোরাণী) শানবগী মরমদা

অনন্তশাই মন্ত্রিনা মজা ইবেম্মা শিডনা শা-নব। পাউতাক পীবগী রা য়াওরিবা অসিস্থ লাইরিক অনি অতুদা য়াওবা তারি। মীনা ফাওবা মাখোয়না ইব। লাইরিকশিংদা মৈতৈগী. লৈপাক্কী অরুবা মতাং অসিদা য়াওবিরম্ব। ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। অখংবনা তাক্লগা খংদবা ঐখোয়স্থ খংবদা য়াওজবা হরাওজকমনি। রাস ঈশৈগী মরম শিন-নব। ময়ামশিং অসি লাইবিক্কুগী পুখত্তুন। নত্রগা শেংনা খংনবা মফম খংনা তাক্লবদি স্থুডাইগদবনি, অওইবনি হায়বদা নে তাজগদবনি। গ্রন্থকারনা হেক্তা খংবা, য়াওরুবগুম ইবা অসিনা ইতিহাসতা কয়া কান্নগদগে হায়বা অতুদি অপাবা অমস্থং অহৈ অশিংনা লেপকদবতা মডাইরে। মোং, মশাগী মোং পীবনা অমনি অসিগুম্বা মফমদদি মরা লৌবা য়াবা মী, লাইরিক্কী (authority গী) রা, প্রমাণনা পুথোকপা রাকম য়াওদনা, পুখংতনা পংহায় হাযবনদি খদাং চোক্লবনি।

"মৈতৈদা লৈবা থেঙ্গৌরোন্দগী লৌথোক্লগা কৃষ্ণগী জগোই শেমখি, নুপীনা শাবা লৈমা জগোইদগী লৌথোকতুনা গোপীশিংগী জগোই শেম্মী"—মতাং অসিদা লাইরিক অসিন। হায়রিবা লোলনি। চুম্মী, জগোইদি শেম্বনি ( compose তৌবনি )। ইহান হানবা জগোই হৌরকপা অমা লৈরমগনি, অতুস্থ শেম্বনি। লাইনা থোরকুনা তম্বিবা নত্তে। থেঙ্গৌরোনগী রা মথক্তা নৈনগ্রে। কৃষ্ণগী জগোই মঙ্গল থুংনা চংতুনা, চেন্দুনা শাবনি। থেঙ্গৌদি ঐগী স্থুংডাইনব। থুংলোইনবনি হায়তুনা ময়েক কায়না, খোংফম লান্না চোংবা য়াদে। থেঙ্গৌ শাবগী কৈগী, খোংগী ফিরেপকী মওং লৌরম্বদি য়াই—থেঙ্গৌ কয়িনে। করম্না শাবগে খংদনা চুম্মী চুমদে, মাম্নি নত্তে হেক্তা লেপ্পা য়াদে। জগোইগী হৌনবীনা মশানা তাজবদি—চা-নগনি খনবা, ফজগনি নিংবা লৌথোকপা, শেমদোকপা

তৌই। থেঙ্গৌরোনদগী নত্রবস্থু তাগী থৌশারোনশিংদগী, থাংগী বাগকী থোংচংতগী লৌবা য়াই লৌরম্মোইদবগী ময়ম লৈতে। নুপীনা শাবা জগোইস্থু লৈমা জগোইদগী লৌবা নত্তে। মৈতৈ জগোই মওং অময়ু লৈমন। শাবনি হায়না শেমতুনা শারগা লৈমা জগোই থোনজিনবনি। খম্বা জগোই, থোইবী জগোই হায়বা লৈতে লান্ন কৌশিনবনি। লাই হরাওবগী জগোই লাই হরাওবর্দা শাবনি—মেইরাংতদা শারম্বা নত্তে। মাখোয় অনিনা শাখিবা ফজৈ নত্রগা ফজহল্লি—অতুগীদমক থোনজিনবনি। অস্থুম্না লৈমা জগোইদগী নত্তে মৈতৈ জগোই নুপীনা শাবদগী লৌথোক্তুনা নত্রগা নুপীগীদমক শেমতুনা গোপী জগোই শেমখিবনি। লৈমা জগোই হায়বসিবু কয়া কুইরবা জগোইনো? ঐখোয়না খংবদদি মাসি শেনখিবা অমস্থু শান্নরক্পা কুইত্রি। অউংপী-জগোই মশিং য়ায়বা লাক্করকপদা পুথোক্লরকপনি। রাসগী নুপীগী জগোইনা লৈমা জগোইদগী লৌতুনা শেম্বা তারবদি লৈমা জগোইদি কনাদগী অমস্থুং করিদগী লৌই? অনৌ অনৌবা জগোইদি অরৈবা অমস্থুং শংশঙ্ক। অনি পুল্লগা পুথোকপনি।

### কুনমঙাশুবা মতাং

# কৃষ্ণ পোৎলোই পুথোকপা

## কুম্মাবা পুয়া

### অহল লমন লিখুল

মতাং অসিগীদমক 'কুম্মাবা পুয়া' অহল লমন লিখুল গ্রন্থকারনা পাল্লিই। মহারাজ লোইনাই কৌবা চীংথংখোম্বনা মানা পামজবা মাহাক্কী থুপ্লবা থম্মোই লকাদা কৎচনিংবা মবুঙ্গোগী ফিজোল য়েক্কনা লৈবনি। শ্রীকৃষ্ণগী ফিজোল অঙংবা খাংজেৎ (পীতাম্বর) থোনবা, কোক্তা রাহোংগী চূড়া, খুৎতা বাঁশি অসিনচিংবা ফিজোল পুম্নমক তাজবা খংজবা ঙাক্তনি। মবুঙ্গোবু দরশণ ফংজবদা খংজহৌবা, উজহৌবগী মথক্তা ভক্তগী থম্মোইন। মবুঙ্গোগীদমক পামজবা অদুনা মবুঙ্গোগীস্তু অপাম্বনি—"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজা ম্যহম"—(গীতা)—মানা ঐবু নিংবগুম্না ঐনস্তু মাবু নিংই হায়না ভগবানমক্তা মনাই অর্জ্জুনদা তাকপিগ্রবনি। অদুগী মথক্তা শোকপদদা সনা ওইহনবা উম্বগুম্বা ভক্ত রাজর্ষি অসিগী মবুঙ্গোনা পীবিরকপা পাঙ্গলনা মানা পামজখিবা কৃষ্ণগী রাসেশ্বরীগী (গোপীগী) পোৎলোই অরংবা মনি ওইদুনা লৈহৌবনি। ইবুঙ্গো ইবেম্মগী পোৎলোই অসিদগী হেন্না পকচবা মৈতৈগী মিত্তদি অমা লৈত্রে। মাসিবু, ভক্তগী থম্মোইদগী থুপ্লবা ঈচেল অসিবু "ইমা ইবেন শিঙ্গার কাবীশিংদা লীতুনা ইবুংঙোনা থোনবা মওং অদু তাকখি ইবেম্মশিং ময়াম্মা শেম শাবা হৌখি" হায়না ভাগ্যচন্দ্রবু গ্রন্থকারনা মুপীশিং অসিদা লিহল্লিই।

'শিঙ্গার কাবী' কয়া কুংনা লৈরবা মওংগী বৈষ্ণবীনে।? শিঙ্গাবগী রা মথক্তা থম্লে। শিঙ্গার আরতি খুক্কম্না ইগা ইথেল শুহল্লম্নন কই। মাখোয় নুপীশিংবু 'শিঙ্গার কাবী' থোনবীবা ভাই। অসিগুম্বা 'শিঙ্গার কাবা' নুপাগী কাংলুপ অমসু লৈফম থোকই। মবমদি নুপাসু নুপীসু শিঙ্গার কাই। ভাগ্যচন্দ্রগী মমাংদা 'শিঙ্গার কাবী' লৈরবরা লৈত্রিবরা—অষ্টকাল আরতি কংলবরা কংত্রিবরা? মাসিমা শেংদ্রে। ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী ইষ্ট সেবাগী মওং অমা হৌংলকই, সনাতন পরমার্থ ধর্ম্ম গৌড়িয়া লৈথি। শ্রীগোবিন্দ নিপান হৌত্রিঙৈদদি শ্রীগোবিন্দগী সিঙ্গার লৈখিরোই। নিংথৌনা লাইনিংথৌ হনাংদগী রা নত্তে। শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র লাংলম্মী, ময়াঙ্গ ইংখোল গৌরশ্যাম মহারাজ শ্রীরাধারমণ কৌবা বিগ্রহ নিরূপণ তৌদুনা সেবা চংলম্মী—মতুংদা বৃন্দাবনদ লেংশিনখি। চরাইবোংবা মহারাজগী মতমগী বিগ্রহ হৌজিকসু মণিপুরদা সেবা চংলিই।

ভাগ্যচন্দ্র হৌদুনবী মতম অদুরাইনা মৈতৈ নুপানা, খুল্লক ইবন্ধী "শিঙ্গার কাবী" না লৈপাক্কী নিংথৌগা, কেন্নগা কয়া নক্নরংহুনা। মাখেগদা মবুঙভোগী রারি তৌবুরা, নিংথৌনা হায়নদি ভাগ্যচন্দ্রনা নুপীশিং ওদুগা তান্নগাদগে? নুপীনা লৈপাক নিংথৌগী থবক্ত চদায়না ফাওবা থাওরম্লবগে? অসি য়ৌনা নুপীনা য়াওবা যাবা মতম নত্তে। অনকপা মনাই থাজবা য়াদবশিংগা তান্নবা নত্রগা মাখোয়দা অপান্বা হায়রগা মাখোয়না যিরিবিদা মওং তাকুনা খিজেল নাংওম্ফন থোকপনি। ভাগ্যচন্দ্রনা খুল্লক ইরক্কী নুপীশিংগা অমুক থাজনন, কোয়া পান্মিন্নরম্বগী রা গ্রন্থকারনা পুশিল্লকইবা গনতন্ত্র মণিপুরদা লৈহল্লিবা শাংমনত্রে। মতম অদুদা 'শিঙ্গার কাবী' অসিমক লৈরম্বগী রা থাজবা ওমদে।—নিংথৌ পাল্লিঙৈগী রানি। হৌজিক উরিবা কাংবুদা পানশিন্দুনা হায়বা মাল্লি।

ভরাংদগী হায়বা য়াবা সার চূড়াচান্দ অমসুং বোধচন্দ্রমক্কী মতমদসু ফনা লুথ্রবা রাফমনি। মহারাজ বোধচন্দ্রনা 'শিঙ্গার কাবী' গা বেশগী মরমদা ত'ন্নদনা গ্রন্থকারগা তান্নৈ হায়না লাইরিক অসিদা য়াওরি (য়াওরকখিগনি)। অদুনি থায়নসু শিঙ্গার কাবীগা তান্নরোই। গ্রন্থকার ফিরিবি ওইরম্মী (ওই) হায়বসু য়াওরকখিনি। ফিরিবিগা তান্নবা নত্রগা ফিরিবিদা সনা রাথং পীবা ওইগদবনি—অদুসু মনাই অঙম অথৌ, নিংথৌপা নক্কবশিংনা তৌগদবনি।

অসুম্না কংকে নিংলিবা রাসগী ফিজোল লাংলে "অদুবু রাস জগোইদা থোন্নবা জগোই অচৌবগী ফিজোল অসুম্না মশিং থোল্লে, নতবর বেস হায়না খংনরে" হায়না ইরি। গাড়ীনা শগোলগী মাং থাবসি গ্রন্থকারদগী ইতত্তুনা থোক্কই। মাসিগী মরম্ব মফম চাবা চাদবা খংদনা অতাবা মথৈ হাপ্পবা লাক্কবনি, অকোন অহান খংদবনি নিংই। রাসতি কংত্রি, কংনবা শেমগৎলকপদা মতাইরি। জগোই মখলগী রা লাকত্রি মঙং অসিদা করম্না, অচৌবা, মচাগী রা লাকলিবনো? জগোই মখল অমা অনি কংলবা, লৈরবতদা অপিকপা অচৌবগী রা লাক্কদবনি। 'নতবর বেস' হায়বা নত্তে - 'নটবরবেশ'—হায়গদবনি, জগোইদা থোইদোক্না হৈথোই শিংথোইবা হায়বদি 'নট' শিংগী মরক্তা 'বর'—মকোক থংবা মাহাক্কী 'বেশ' ফিজোলনি, অদু মাসিনা অচুম্বা লোলনি। ময়েক মশক খংদনা, বানান ইলাল লান্না ইশিল্লগা অর্থ ওন্নখিদুনা অকায়বা য়াম্না থোরকই। গ্রন্থকারগুম্বা পণ্ডিততদি মিৎ উইশিল্লগা শিং শিংনা উবনিনা লায় অদু নত্তবা মা-তুনা থিবা কাংবুদদি অথুকপা পীই।

মথংদা গ্রন্থকারনা চংথরকই—"সনা ফিগে হায়বদি মুগাগী থৈজোমবু হায়বনি, নাপু মচুগা কোমলারোংগা তিল্লগা তাবা মচু

অচুনা শংবা মুগাবু হায়বনি।"—অতুদা, সনাগী ফি অকেবা=সনা ফিগেনি। মুগা ফৈজোম্বু সনা ফিগে কৌবা নত্তে। সনাদা শাবা ফিস্বু নত্তে। মুগানা ফিগে ফনেক শাই হায়রুনা মুগানা শাবা খুদিংমকপু (সনা) ফিগে কৌগদবা নত্তে। শ্রীকৃষ্ণবু পীতাম্বর কৌই—'পীত' মচুগী ফি থোনবা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীবিষ্ণুবু থংনৈ। 'পীত'বু ঐখোয়না চাওরাক্না অঙাংবা কৌবগী য়ানি। য়াইঙং মচুগুম্বনি—য়াইঙংদগী খরা ঙাংশিনবা অঙাংবদগীসু য়াঙথোকপা মচুনি হায়বা তাই। শ্যাম হায়রগা অমুববুসু থংনবগুম্বনি। ইবুঙঙোনা থোনবগী সনা ওইরে (সনাখোং, সনাখুৎ হায়রগা সনামক্কী খোং খুৎপু নত্তে—থৌগল লোনন্নি), মচুদসু সনাগী মচু মাল্লি, অতুনা 'সনা লাকপনি। ইবুঙঙোনা থোনবা পূম্নমক্ক সনা ফিগে ঙাক্কনি। গ্রন্থকারনা ফাবা ফিগে ফনেকী অর্থদা লাক্কদবা নত্তে। গ্রন্থকারনা মুগাগী ফৈজোম ফজবা অমা শেংলগা 'সনা ফিগে' কৌবা য়াদে। মুগা নত্তবা লংজমগী ফৈজোমসু ইবুঙঙোনা থোল্লি—মাদুসু সনা ফিগেনি।

অসিগী মথাদা "নোপুর হায়বদি মৈতৈনা ( খোংশ্রীক ) কৌই" হায়রিবা অমুক য়েংসি।—নূপুরবু ( নোপুর নত্তে ) শরিক হায়না মৈতৈনা থংই। 'খোংশ্রীক' হায়বা অসিমদি ঐগী পাম্না য়ৌদবনা ওইগদ্রা তাদ্রি! অতুদা মানবদি লাইরিক অসি নংনবা 'মীতৈলোন্দা' শেমদুনা, 'নূপুর' মীগী মরোলে ওইরবোই নিংতুনা 'খোংশ্রীক' পুথোকপনি। সংস্কৃত চংদবা ভারতকী লোল থিবা য়াম্না রাগনি। সংস্কৃত রাহে খাইদোক্কবা তোংনবা অরেম্বা ওইগনি। অদুগী মথক্তা লোল অমদগী অমদা লাকপা থিংবা ঙম্মোই। ইবুঙঙোগী চরন্দা থোনবা অতুতবু মৈতৈনা শরিক কৌদে। মুমিৎ খুদিংগী ইবুঙঙোগী সেবাদা চৎনরিবা খুংনা থিংবা অতুসু শরিক কৌই। মাসিগী মশক

মানবা অপিকপা, অচৌবা য়ান্দুন, খিংলিবা, আরতিদ শিজিন্নরিবা পূম্বস্থু—ঐখোয়না শরিক কৌই। মখোন্দগী থোনবা মমিংনি। মাসিদগী থোরকপা মখেম্না 'ক্লী', ক্লী" ওইদুনা ইসুগুগো ইবেম্মাগী যুগল মূর্ত্তিনি হায়না খান তৌদুনা সেবা তৌই। 'খোংশ্রীক' হায়না থুংশ্রীক, উশ্রীক—অরাংবাশ্রীকস্থ লৈতবা য়ারোইদৌরি। অদুনা বিগ্রহ সেবাদা, আরতিদা শিজিন্নবা, মাইবীনা ফিরুক খুংগা লৈই কৌথদুনা থেংনরিবনি হায়বা অদুদা শিজিন্নবা শরিক থুংশ্রীক কৌরসি, উদা নত্রগা অরাংবদা য়ান্দুন শিজিন্নবা শরিক উশ্রীক—অরাংবাশ্রীক থোল্লসি। 'খোর,' খ,' খ হুপগী লাকপা খবা' ওইগনি। অহবদদি অচুম্বা লোলস্থ য়াওহন্নিংই। চীরোংগী মহাপদা 'উকং' হায়বা পোৎ অমা য়াওরি—মাসিমদি পাখংবগী মকোও লোংনা থিনবদা হোই হায়না অদুগা মরি লৈনদবনরা পাখংবগী ওবা পন্দে। অদুবু অসিমস্থ উকংনি।

মতাং অসিদা থাগী ভাবী অনি শুরি। মফমদি নৈক্লে। চীরোংগী ফজবনে, চূড়াগী মওংনে থাগী 'ভাবী'দা লাইরিক অসিনা লৌরি অদুনা থা অনি ইবুংঙোগী কোক্তা লৈতেংলে—হায়ক্লে। থানা অত্তিয়াদা থোকপমুক যজে হায়বরা নত্রগ থানা ইবুংঙোদা তোংই হায়বরা—অমদি মওংরনি। অসিগুম্না পোশলোই অসিদা চংলিবা ময়াম অসিগী 'ভাবী' নয়ামতগা শুনবা য়াওরম্লবদি ঐখোয়স্থু ফনা য়াম্না শাংনা খংজঁগদবনি। মতাং অসিগী অদৈদি গ্রন্থকারগী ঈদা য়াওরক্লে হায়বা থবক ময়ামগী মরোলনি, ঐখোয়না য়াওবা কয়া হৈরোই। কুম্বাবদগীস্থ লৌগদবা মালহনথি অদুবু কুম্বাবদা য়াওবা অমতা নত্তে গ্রন্থকারনা মতাং অসিদা ইরিব্বা ময়াম অসি। লম্নাই খুংথোক ঙাক্তনি লৌবা তাই।

---

কুনতরুককশুবা মতাং

# গোপী নুপীগী পোংলোই পুথোকপা

( অহল লমন লিখুল )

'গোপী নুপীগী পোংলোই' পুথোকপা মতাংনি— গোপী নুপাগী পোংলোই লাকখিগনবরা, লোইশ্রবরা মফম খংদ্রি। কৃষ্ণগী পোংলোইদা পুন্সিনগ্রবরা গোষ্ঠগী রাখালগী পোংলোইনা—গোপী নুপাগী ওইগদৌরিবরা, করিগুম্বা তাক্লগা খংগদবা মণ্ডাইরে। —অইবা নুপাগী ইচ্ছানি। মতাং অসিগী কুন্নাবা পন্দে রারি রাতাইদগী ওংবা তাই। অসিদসু শিঙ্গার কাবীদা তাকপগী রা য়াওরি। শিঙ্গার কাবীগী রা অসিমদি ঐখোয় পুমকাউ কাউথোক্লসি। মাসি ওইবা য়াদবা থৌপল লোল কায়বা লমচংনি। গ্রন্থকারগী মতমদা বোধচন্দ্র মহারাজনা পাল্লিরৈদা। থোকখিদবা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা থোল্লম্বা ইযা য়াম্রবনি। অদুনা কাউথোকসি।

'গোপী নুপীগী পোংলোই' মৈতৈ নুপীগী ফনেকী মওং লৌদুনা শেমখি ইরি। মমা ইবেম্মা যশোদানা শেংপিবা মওং অদুদগী লৌদুনা হাপ্লোক হাপচিন তৌরগা শেমখিবা কৃষ্ণ পোংলোইনি। গোপীশিংনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা শেংপা ফিজেং মওং গোপীগী পোংলোইদসু শোয়দনা চংফম অমসুং থাংফম থোকই। মফম অসিদা 'কুমিড়' হায়বা রাহৈ অমা অনিরক শিজিন্নরি। মৈতৈ লোল নত্তেসু ইরি। লোল অসি ব্রজবলি ওইরিগদ্রা সংস্কৃত ওইরিগদ্রা অর্থ শাফম খংদ্রে। গ্রন্থকারনদি অর্থমত্তি তাকত্রে—পোংশক ওইনদি তাকলি। তাক্লিবা পোংশক অসিদগী ঐথেয়না খংবা

মশকতি খুঙ্গাংদা শেংনবা চনাং কন্না থাবা জোন জোন তাবা অদুনি। 'কুমিড়'বু "মীতৈ ইরোল্দদি নুপী পোৎলোই হায়না খংনরে" হায়নস্মু তাকলি। অনি অসি থেন্নে। 'কুমিড' হায়রিব অসিদি গ্রন্থক বনা পোৎশক তাকপা (definition)গী মতুং ইল্লবদি পোৎলেই নত্রি। পোৎলোই হায়রবদি খুঙ্গাংদা শেংপা ('কুমিড়') অসিগী মথক্তা কোক্কী হকচাংগী ইন্নবগী খোংগী খুৎকী মচাক পুমস্মু শুরবা পুন্নঃক অদু খোমজিল্লগা জগোই থোকপা। যাববনি অদুগা 'কুমিড়' হায়না তাকলিবা অসিদি খুঙ্গাংদা শেংনবগী শকক অমত্তনি —পোৎলোই ওইদ্রি। ঐখোয়না পোৎলেই শুবীশিনা হায়বদা তাবা 'কুমিন' হায়বা অমা নুপীগী পোৎলোইদা য়াওই মাতুমদি ঐখোয়না তাবদা লানবনরা লাইরিক অসিদদি পুময়াও যাওদ্রে। মীয়োল ঐখোয়না লান্না খংবা ওইতুনা য়াওখিদ্রবরা অদুস্মু খংদ্রে। 'সংগ্রাটি' গুম্নতা ওইরবস্মু শিজিন্নখিবম্রবদি খরতস্মু পুক্কিং সৌশিং ওইরম্বগনি। মতাং অসিদা শ্রীরাজেংবম যুমজাও সিংহনা মাহাক্কী 'মণিপুর ইতিহাস'তা ইরম্বা অমুত্তং যেংসি - "থাইনা মনাংঙৈদদি মণিপুরগী নুপীশিংদি কুমিন শেংলম্বগী প্রমাণ ফংই। কুমিন অসিগী মপানদি ফিরিতুনা জোল্লমই।" অতুনা মণিপুরনা কুমিন ইহৎ খংলমদবদি নত্তে। অদুগা "নুপানা কৈজোম কুঞ্জা নাইনা শেংলমঙৈ" হায়না মথা চথরি।

"গোপী নুপীগী পোৎলোই"দা ফুরিৎ "মচু অমুবা অশংবা অনিবু খনগৎতুনা লিংপগী মরমদি সখীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংই হায়বগী খুদমনি" হায়রিব। অসি করম্বা মাধুর্য্য রসগী অরাংবা তত্ত্বনো খংবদা য়াম্না থোকই। ব্রজগী ইবেম্মশিং মাগী মাগী স্বভাব অমস্তুং ফিজোল শেংপগী য়া গোস্বামী গ্রন্থশিংদা থাত্তুনা লৈ। অমুবা অশংবা পামদবা ইবেম্মশিং কৃষ্ণবু নিংদবগী খুদম ওইরগদ্রা? ফি

মচু অনি অসি শিজিন্নদবা সখীশিং নিংথিনা য়াওরি। অরাংবা, অঙাংবা রাহোং মতুংগী মচু মানবা শিজিন্নবা ইবেম্মশিং কৃষ্ণ নিংদে হায়বা অমত্ত য়াওদে। রাধা ঠাকুরাণীসু 'রক্ত বস্ত্র' ফি অঙাংবসু খোল্লি হায়বগী রা ঐখোয়না মথক্তা উংঙে। ইবেম্মসু কৃষ্ণবু নিংদবা তাহল্লবদি ঐখোয় লেপফম থংজোইদৌরি।

'গোপীস্তুপীগী' কোক্কী লৈতেং পায়া য়ৌরকপদা গ্রন্থকারগী ব্যাখ্যা কাউথোকপ। যাবা নত্তে। গোপী ভাবকী, গোপী প্রেমগী পরা পান্ডা (অযৌবী) দি ব্যাখ্যা অসিদা পুন্না লৈরে। শ্রীমদ্ভাগবতকা মক্ক ওইনা রাস পঞ্চাধ্যায়গা, বৈষ্ণব গ্রন্থশিংগা মরি থরদং লৈব মীনা গোপীভাব থরত্তসু তাজে। অসিদগী তোংঙানবা গ্রন্থকারগী গোপী ভাব অসিদি অনৌবা পুথে কপা শুইরিবনিন মমল শোয়দনা কাগনি। গোপী ভাবতি ঐখোয়না থরদং তাজবনা দাস্যভাব নত্তে, কান্তাভাবনি আত্মনিবেদননি—মশা কথোকপনি। বেদ বিধি পুন্নমক্কী থাংমদা হায়বদি মপা মমাগী চৈরাক্ক, মপুরোইবগী রা, সমাজগী বিধি ধর্ম্মগী খুঁজি পুন্নংক্কী রাথল অমত্তনা মাখোয়গী কৃষ্ণদা লৈব। প্রেমবু যৈথাযবা পীবা ওমদে। মাখোয়গী প্রেম কাম নত্তে, মাক্তদা মশাগী নুংঙাইবগী রাথল থাওদে, কৃষ্ণগী নুংঙাইনবা খনবতনা মাখোয়গী চোইথোক্তুরবা রাথলনি। গোপীশিং মচা পোক্তে, ঋতুমতী ওইদে, বীর্য্য স্খলন ওইদে। মাখোয়দি ইবুঙতোগী শক্তি অহুমগী মক ওইবা হ্লাদিনী শক্তিগী অংশনি। শক্তি অসিনা ইবুঙঙোবুসু সংসারবুসু নুংঙাইহল্লি। শক্তি অসিগী মচিনা মহাভাব স্বরূপিণী রাধানি। ইবেম্মগী ও শানিনা গোপীশিং ইবুঙঙোগীসু অংশনি। অদুদি গোপী ময়াম ইবুঙঙোগী নুংঙাইনবা করিগী চংলিবনো? মাহাকসু মতোমত নুংঙ ইতে—"স একাকীনা রমত" অদুনা ময়াম চংই। মাসিবু ঐখোয়না পুনশিল্লগা খোক্কপদি

কৃষ্ণনা প্রেমগী—মদনবু মোহণ তৌবা ( শুদ্ধাংপা ) প্রেমগী অরাংবা রসবু চুপ্পিংদুনা 'মাহাক' ময়াম্মা রাস শাম্নবনি। দ্বারকাগী ইবেম্মা-শিংনা গোপীভাব য়ৌবা ঙমদে ; অদুনা মাথোয় মচাপোকপীনি। করিগুম্বা ঐশ্বর্য্য অমত্তা পামদ্রবী কৃষ্ণ নত্তুন। থংদ্রবী ইবেম্মশিংগী থাক লক্ষ্মীনা য়ৌবা ঙমদে। ব্রজ গোপীশিংদি কৃষ্ণগী পেন্নবা মুংঙাইনবা নত্তবা রাখল অমত্তা য়াওদবন। ইবুঙোমক্তা গোপীশিংদা নখোয়গী লম্মন শিংবা ঙম্লরোই তাকপিখিবনি। দ্রৌপদি—কৃষ্ণগী সখীমু ওইবী পাণ্ডবকী মনাইনা চেকশিল্লক্লবা গতি লৈরক্ত্রবা দুঃশাসন্দগী কনবিনবা লৈরক্ত্রবদা "গোবিন্দ দ্বারিকা বাসিন্ কৃষ্ণ গোপীজন প্রিয়"—"গোপী পতি। গোবিন্দ!" হায়না কৌই। গোপীগী মবুঙভো হায়রবতদা মাহাকপু কনবিগনি হায়রবা দ্রৌপদিনা থাজখি।

অসিগুম্বা গোপীভাবপু—"ইবুঙোগী থৌগন তৌরিবী সখী-শিংনা যোগিনী হায়রবদি লাইনিংবীগী মতৌ লৌদুনা শম পুম্বা লরাই লুতোন্দা পুন্দুনা জটা ওইনা থম্মী" হায়ন। গ্রন্থকারনা খেন্থাং রাংনা লাউরি। লাইনিংবী লম্বোইবীনা আত্মনিবেদন তৌবা য়াদে ; ইবুঙোগী মুংঙাইনবগী সেবা পাম্বা য়াদে। যোগিনী, লাইনিংবী, লম্বোইবী হায়রগা য়াম্মা রাংপদবোই নিংদুনা হায়রিবা রাংদে-রাংভোই। দ্বারকাগী ইবেম্মশিংনা লক্ষ্মীনা ফংবা ঙমদ্রবা গোপীপ্রেম যোগিণীনা ফংবা হৌনদে। ঐখোয়না লৌখৎলিবা লোল অসিনা নৈনরিবা লাইরিক অসিগী থাক মশানা অদুম তাকচরে। রাস হৌরবা মতুংদা অমমুং পোৎলোই শেৎপা লোইরবা মতুংদা শম শেমদোক শেমজিনগী অমমুং শেম্নবা ফীবম অরুবা মওং অমা ওই। শম অদুবু শোকউদনবা উপায় পুথোক্লগা ফজহনবনি। মাসিদা গোপী ভাব, গোপী লম্বোইবী ওইবগী ভাব অমত্তা চংঙক্লিংঙাই

লৈতে—চংঙকপস্থ য়াদে। ইবুঙঙোগীদমক্তা লৈতেংবী ইবেম্মশিংনা যোগিনী ওইবা য়াদে। ব্রাখল অসি লৈরবদি চাউরবা মরাল অমা ওইরে। হৌজিক্তা ঐখোয়না মথক্তা লৌখৎখিবা অতুদগী চথরক্তুনা 'ভক্তি বস ভাবকী কুমৈ মওংদা লাকপা তাবনা শম অতু নান্না উহন্নবগীদমক অপাবা অমুবা ফি অমনা কুপ্তুনা শম চোই-থোক্তুনবা জটাগী মওংদা শেম্বনি" অমুক হায়রি। মতেক অনি অসি অমনা অমবু ককচরে। জটা মকোক্তা পুরিবীশিং 'ভক্তি বস ভাবকী কুমৈ' গীদমক মশম নালহন্দুনা, নান্না উহন্দুনা যোগিনীশিংদু ভেক নমথ ইবা তাবি। হে ভগবান। ইহৈদবা ব্রা খরা ৱাগী মতাংনা হুন্দোকপা যাদ্রতুনা ইবসিদা অপরাধ খরা বাক্য দোষ ওইনা লৈবে চিংনবে—ঙাকপিযু প্রভু। ননাই গ্রন্থকারদি অৱাংবা থাকী মীনি, অপবাধ চংবা মী নত্তে।

মথংদা নুংঙাইববা তাবদা চংনা হেকতা শ্বর্গ কাবা য়াববা ৱাফম অমস্তু লাক্লে—"মাই খুম্বাগী মরমদি মস্থু গী ভাৰতা গোপী-শিংগী মাইথে উবদা বাধা কৃষ্ণ অনিগী ভাবি কাইতুনা অতোপ্পা কুম্মৈ মওং অমদা চংখিনি খনবদগী ফি খুংজনবনি" ইবিযে গ্রন্থকারনা, নিংথিববা ৱাহৈশিংনি। পারবা ফি, লফোই লিংপা ফি অতুনা খুম্বা মাযখুম্না মায় অমস্থুং মিৎ পুমউ উখদ্রববা? উই, করিগী উদগনি। উদ্রবদি কবম্না জগোই শাগনি। গোপীশিংনা ইবুঙঙোগা বাস শান্নবদা মাযখুম্বীনা অমদি শারি মাতোম্না মায় কুপশিন্দে। ইবুঙঙোদগী খন্দোক্নবা লাক্নবা মায়থোং নত্তে, ইবুঙঙোদা উৎচনবগী মায়থোংনি। করিগুম্বা অমনা খনখিতুনা নম্রগা মিৎ কুপ্পনা ফাওবা ইবুঙঙোগী দরশনদা কায খঞ্জতুনা মিৎ ফাওবা কুপচনিংদবা ইবেম্মশিংনি। রাসগী, ঝুলনগী, দোল যাত্রাগী অয়েকপা লাই কয়া উনরবা ঙাক্তনি। গোপী ৱনায় খুম্বা অমতস্থু

য়াওরম্মোই। মৈতৈগী রাসগী ফিজোলদা মায়খুম্বী য়াওবদি মাতুনা লেম্বা ফজবা অমা ওইনা অতুগী মথক্তা ফিজোল নিংথিনা লৈতেংলবা মায়থোং উবদা ভজন্দা অকায়বা য়াওরকুনা রাস খুরুম্বদ পাপ চংদনবা অপাবা মায়খুম অসিনা মায়থোংগী ফজববু রাস মণ্ডলগী মপান্দা ফম্লিবা ভাবোকশিংদগী ঙাকথোকপিই। গোপীনা রাধা কৃষ্ণগী প্রেমদা অকায়বা পীবগী রাখলদি গ্রন্থকারগী অরাংবা রাখলদদা থোকপনি। গোপীশিংনা অমনা অমবু কল্লক্তে, পুন্না পুন্না লাক্লগা পুন্না ইবুঙঙোবু রাসদা থৌগল তৌরবনি। মরন্নাইগী রাখল কনাসু খনদে। রাসদি ইবুঙঙো ইবেম্মা পুন্না গোপীশিংগা শান্নবনি। গোপী খুদিং ইবুঙঙোগা মায়য়োক্লবীনি। ফি মচেৎ লফোই লিংপা অমনা কুপ্লগা পূর্নব্রহ্ম ভগবান অমসুং হলাদিনী শক্তি ইবেম্মদগী গোপীশিং লোৎপা য়ারগনি নিংলিবা অসিমক অঙকপনি। রাসনা কনখৎলক্লবদা ইবুঙঙোগা ইবেম্মগা মাংখিবা গোপী অমত্তা থংখিদে—অদু মঙাই উবু উহল্লরোই হায়রবদি কবিস্থ লৈবা নত্তে।

হৌজিক কন্না নৈনরিবা হীরম রাসগা মরি লৈনবা মরমনি। চৈরক অসিদা "জগোই মখল কয়া লৈ" হায়রগা গ্রন্থকারনা মথক মখা মরি অমত্তা লৈনদবা "শেন তান্নবা জগোই" হায়রবা অমা পুশিল্লকই অদুগা মখাসু তাখিদ্রে। মাসিবু অচৌবনা পেন্নবা জগোইবুরা, বাসদা হৌজিক চৎনখংলকইবা রাধা কৃষ্ণনচিংবা শাবী শাবদা শেন থানবা বার্তোন তৌদুনা শেন তানববুরা, মী খুদিংদগী শেল লৌরগা উৎপবুরা খংবা ঙমদ্রে। অসিগা থংনবা রাহৈ পরেং যেলুরগদি রাস কৎত্রি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা কংনবা লাক্লরি। অদুনদি মতম অদুদসু 'শেন তানবা জগোই' লৈরম্লবরা? থংনিং থংনিংবা রা থংবা ঙমদেদা! মায়খুম্বীদা অমুক হন্জিল্লবদা অপাবা ফি অসি য়াওদ্রবদি কোকতুম্বী ফজহনবা য়াদে—ইবুঙঙো ইবেম্মনা

উদনবা লোৎপা নত্তে।—কনাগুম্বা ভাবোক্কী মিহৌ মিৎয়েংদগী কল্লে। গোপী পোৎলোই পুথোকপদা "জ্ঞান চৈরোইমথা, পণ্ডিত ন্নপা থোকপা বৈষ্ণব লাইপোক সংসংবা" মহারাজনা থবক অনি পাংথোক্লবগী মায়কৈদা মিৎয়েং চংলম্মি। মাসিগী মরমদা ঐগী "নুপীনা মট পালা" হায়বা ফোংদি ফোংদ্রিবা লাইরিক্তগী পরেং অমা অনিদং লৌখৎচরি। "ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মুন্না থল্লগা মাহাক্কী ঈশ্বরনা পীথোক্লকপা শোকপদদা সনা ওইহনবা ঙম্বা রাখলনা গোপীগী পোৎলোই পুথোক্লম্মি। মাসিনা য়েংবদম্মু অঙকপা ফংনা ফজহল্লি: "তৈগীস্তা মরম্না'ই ওইজবা গুনম্মু অতুম মউংলি। ধর্ম্মরোমদনা নুপীগী মীহৌবা য়াবা হকচাংগী শরুকশিংনা লেংঙকপা হাইরকপা, নিক্লনপা পূম্বা মীওইবগী মীহৌবগী মিৎয়েংদগী ঙাক-থোকই। "খরা অমুক শেংনা হায়রবদা গোপী পোৎলোইগী চনাং কন্না থারবা কুপিন্না নুপীগী নীংনা ঈথক্কা লোইননা লেংঙকপা হায়বদি নীংনা শাবা জগোই ঙাকথোকই। মথংদা থবাক য়েংনা থবাক্কী ঈরাং মাংহল্লি। কোক্তুম্বীদগী হাইথরকপা মায়খুন্না মায়থোংগী ··জবদগী লাকপা য়াবা পুক্নিংগী অতোনবা রাখল মাংহল্লি। অতু-মকুম্মু পেন্দ্রহুনা ঝাপানা লাইবক ময়ায় কাওবা কুপহল্লি। ইবুঙঙো ইবেম্মাগী লীলা ভাবোক ওইহুনা খুরুম্বা লাকচবশিংগী পুক্নিং লেদনবা শিন্দুনা পোৎলোই মওং অসি পুথোকখি।" "কৃষ্ণ ভক্তিগী মগুন্না "মহারাসতবু খুরুম্বা নত্তে; বসন্ত রাস, নিত্যরাস, গোষ্ঠলীলা —খুরুম্বা ঙাক্তনি।

### কুনতরেৎশুবা মতাং

# পুংগী ৱারি

### (তাকপিবা) শ্রীযুক্ত শোইবম ওঝা রসমন

### পালাহন হঞ্জবা জন্মপত্র

ইন্দকী মতাং অসিদা লৈখিদ্রবা ওজা শ্রীশোইবম রসমনক সিংহনা তাকপিরম্বনি হায়বা উজবদা ওজাম্বু মমি লাক্নুনা খুকমজরি। মরক মরক্তা লাই ওইথ্রবা ওজানা তাকপিরম্ববু ঐখোয়না হেন্না খংনিংবনা ওইক্নম থোক্কদ্রা নিংবা, মবোল খর খরদং পুখৎচরকপা, নৈনজবা স্বর্গীয় ওজাগী ৱাবু যৈথৎচবা নত্তে, হেন্না খংজনিংবগী ৱাতনি। অদুগী মথক্তা য়াম্না ওইনিংঙাই ওইবনা ওজাগী মরোল চুম্না লৌহৌদবসু য়াই, খংহৌদবসু য়াই, ওন্না তৈনবা উৎলকপসু য়াই। অদুনা অচুম্বা ফংবা য়ানবা হোৎনজবনি।

"মীতৈ মিহৌরোন্দগী শিজিন্নরকপা পুং অসি মনাও য়াওদনা মক ঙাক্কনা য়ৈবা মওং চৎথরকই। হৌজিক্কী মতৌগুম্না মরোন মরি য়াম্না হাপ্পা য়াবা পুং ওইরমদে"—ইরিবা নিংথিনা নৈনবা য়াবা ৱাফমনি। মথা চৎথদ্রিঙৈদা উৎনিংবদি মমায় অমতা পানবা পুংবু মনাও য়াওদবা, মক ঙাক্তা ঙায়বা পুং কৌবা য়াদে। অদু য়ারবদি মনাও ঙাক্তা য়ৈবা মরু য়াওদবা কৌবসু অদুম য়ারে। মমায় অনি শুবগী মরু মনাও কৌবনি। অমত্তা ঙায়বা পুংদি অনিমক অমত্তা নত্রে। মৈতৈগী মৈহৌরোন্দগী অসুম্না তৌরকই হায়বসি হেক লৌবা য়াদ্রি। পুং ফবগী থাক হৌজিক্কুম ওইরমদ্রবসু, শিজিন্নবদা কান্নবা, খুৎলোয়বা য়োরমদ্রবসু মমায় অনি পানবা পুং

মতম কুইরবা নিংশিংবা থোকত্রবা মতমদগী শিজিন্নরকলে হায়বদা লানগনি নিংদে। খুনবুং অচৌবা কংলা পুংজাওগুম শিজিন্নরম্বা খুনগী কয়াহুবশিংনা তিন্নফমদা লৈবা মরু মনাও মমায় অনি পাল্লি। হৌজিক্ক ব্র হখোং কৈথেল ওইহৈরিবা অসিমক্তদা চহি ৭/৮গী মমাংদা পুং মঙং অসি লৈহৌই। পুং অসি শিজিন্নরবা ওইহনা মানথংতুনা থম্মী। যন্ত্র অসি য়ায়া চাউহ্, শাংই য়ায়া ফজবা, নানবা হায়বা অতুদি নত্তে। অদুনা মমায় অনি পানবা চৎনরকপা মশক থংদ্রবা মতমদগী ওইবা তই। মখোল হৌরগা মীনা লায়না তান্নবা শাবা পুংদসু মমায় অনি পাল্লগা ইত্তত্তুনা শিজিন্ননা পুংনা নামতদা য়েন্নমগনি থাজবা ফনা লুনা থোকই। ঐখোয়গী পুংয়েবা মপানগী মীনা উরগা ওক্লিবা অসি চহি ২০০/৩০০ রোমদগী মন্নুংদা ওইবা য়ারোই। অসুন্না—হায়বদি মমায় অনিগী পুংনা মতম কুইনা লৈরকপনা হৌজিকী ঐখোয়গী পুং অমসুং ময়ে মখা তাথনবা লৈতনা উরিবসিনি।

অসি হায় হায়রুনসু মমায় অমত্তা পানবা ইশিন শিজিন্নরম্মোই হায়বদি নত্তে। পুং অসিগুম্বা নামতা ওইবা পুং মরোল হাপ্তুনা য়েবা মণিপুরগী মপান্দা শিজিন্নবা মফমশিংসু লৈ। মণিপুরদসু মরোল য়াওনা শিজিন্নবাশিবু শিজিন্নরম্নবদি হৈরম্ফম থোকই। অয়েবা মীনা, অহৈবা কাংবুনা মথং মথং অয়াবা অঙম্বা পুথোরুবা শোম্নদনা লাক্লরমগনি। অদুনা মমায় অনিনা মরু ওইবা ওইহনা অমতরোমদা থরা ব্রাংলম্বা য়াবগী মওংসু লৈ। কুম্বাবদা অমুক্তং য়েংসি—খুইয়োই তোম্পোকী হাক্তা "শজি মউন্না পুং তিংহনা য়েবদা শজিগুম থোংএ মাহুদগী কৈ মউন্না অমুক তিংবদা কৈগুম থোংঙে। মতুংদা শান শগুং মউম্মা তিংবদা পুং মখেল থোকএ"—হায়রিবা পুং অসি করি পুং ওইগনি? মতম অহুদা পুং লৈরে হায়বদি

পুংনা লৈরকপা কপাম্বগী য়াক্না মমাংদগীনি। মরমদি 'পুং শাইএ' হায়রদে—পুং তিংবগী রানি। করম্বা মউঙ্না খ্বায়দগী ফবগে মথং মথং য়েংবনি। মন, মওংগী মউঙ্না খ্বায়দগী কৈ তাকপনি। হেন্না ফবা লৈত্রা য়েংবদা লৈত্রগ্না মন মওং মউঙ্না কন্থুনা শিজিন্নরকপগী রানি—অত্তুদা পুং অসি কদি পুংনো? মমায় অমম্বা অনিরা গ্রন্থকারগী মোং মতুং ইক্লবদি নামতা পানবা ওইগদৌরি। কুম্বাবগী রা অসিদগী ঐথোয়না খংবদি পুং তিংবগী রা য়াওরিবা অসি হেন্না হৌবা য়াবরা চাং মথং মথং য়েংলকপগী মতমনি (exprimental stage নি) তাকই। অত্তুনা পুং মণিপুরদা লৈরকপা শঃ গী অমাংদগী ওইব। মশানা তারবনি। চাং য়েংবা মতম হায়রবদি অমুক হেন্না থরকপা মতম শকাব্দ ৭৬ কী মতুংদা ওইবা তানা হায়রি হায়রবদি শকাব্দ ১৮৬ ফাওবগী মতুংদনি। পুংগী মশক মওংদং শেংদোকপা ওক্লবদি অসিমদি নে তাবা য়'বনি। পুং মমায় অমতা পানবা অত্তবু পুং হায়না খংনরকই হায়রিব। অসিনা অনি পানবকুম্ব পুং হায়না অত্তুম খংনব। তারবদি অনি অত্তু খেন্নবা খংনবা মমিংদা কবিগুস্বা অম। লৈফম থোকই। মাত্তুগী মওং করিগুম্বা অমতা ফংদে। পুং হায়রগা হৌজিক মমায় অনি পানবা য়ৈনরিবা অসিতবু খংনৈ। মাসি অম্মুম খংনত্তুনা লাক্লবনি। হৌজিকমকম্ব পুং মমায় অমত্তা পানবা শিজিন্নরি—মাত্তবু পুং কৌদে অমস্তুং ঐথোয়গী পোৎ নত্তে। মপান্দগী লাকপনি—মমিং 'নাগরা' কৌই। মাত্তু মরোল য়াওনা কৈ, থিনবদা নত্তে। মণিপুরগী নওবা পুং অমস্তু শিজিন্নরি—মাত্তুবুনা 'জয়ডাক' কৌই। মাসিনা দুর্গাপুজাতদা শিজিন্নৈ। মণিপুবদা কালিকা লাৎলকপা য়াম্না কুত্তরবা মতমগীনি। কুম্বাবনা সাক্ষিনি। শ্রীরামচন্দ্রনা দুর্গাপূজা তৌরম্বদগী লৌত্তুনা রাম কল্লা শিংবা মতমদগী লৈরক্লবনি। মাসি বঙ্গদেশকী মতৌ থরম্বু তম্নম্বা য়াই। শাক্তগী দুর্গা পূজাদা

(বঙ্গদেশতা) শিজিন্নবা অমসুং শিজিন্নদবা য়াদবা পুংনি। মাশিংদি মমায় অনি পাল্লি। থোলনা ঐথোয়গী পুংগুম্না শিজিন্নৈ ঐথোয়গী লৈপাক্তা থুন্দাবা নোংচুপলোমদগী লাকপা খুংগী মমাং অাদগীনি মাসি য়ানরবা য়াফমল্লি। পোইরৈতোন্না থুন্দারবা খুংগী মমাংদনি। পাথংবনা মাহাকী মচন নক্রগা মাগা লোইনরকপী লাইস্না লৌই চায়না য়াওরিবা ওইবা য়াবা য়াদবগী য়া মথক্তা য়াওরে। মথোয় পুং মমায় অনিদা খুং নামা নাম্মনা য়ৈবা লমদগী লাকপনি— হায়বদি নোংচুপ তমদগীনি। অদুনা শোয়দনা মমায অনি পানবা য়মগ্রবদা মাথোয়না লাকপা মখম অসিদগীদি পুং মমায় অনি শিজিন্নরে নৌবদা কবিমত্তা লাল্লোই। পোইরৈতোন খুম্হোকপা কৌবা যান্না লিববা লইবিক অসিদা মী শিবগা পোৎলোইবা মতমদা "য়াংলেন পুং হৌত্র" ঈশৈ শক্লগা পুং য়ৈবগী য়া য়াওরি। অসিগুম্বা মতমদা য়ৈবা পুং মমায় অনি পানবনি।

গ্রন্থকারনা পুং মথল অনি—"কুমৈ ঈশৈগী পুং মওং অমা বায়েন শাসনগী পুং অমা" হায়বগা, "বায়েন শাসনগী পুং অদুবু তানয়ৈপুং হায়না কৌই" হায়না চথরি। মওং অনি অসি করম করম তৌবনো তাক্কে। মনাও য়াওবদি ওইবা তাই মরমদি মনাও য়াওনা শিজিন্নবা মতম অসিদি মৈদিংগু কিয়াম্বগী মতমদগী হৌই" হায়না মথাদা ইরি। মাসিদা ঐথোয়না হায়নিংবা য়াম্ন লৈরি। কুমৈ ঈশৈগীদি ঐথোযগী লৈবগী লৈজরিবা পুং খুং অসিনা য়ৈবা লজরে। অদুগ তানয়ৈ পুং (water clock) দি বায়েন শাসনগী পুং নত্তে—মতম পুংজা থংনবা তানয়ৈবা লোইশংনা য়ৈবা পুংনি। বায়েন শাসনদা শিজিন্নদে। 'লৈবাক পুংজাও থিনবা' হায়বা ঐখোয়না হৌজিকস্থু শিজিন্নবিবা লোল অসিদগী থবক্কী মওংদি ঐথোয় অদুম থংবা ওয়ে। 'কংলা পুংজাও থিনবা' হায়বসিমস্থু

ভারে। শা-লানগী, রাথোক লানথোক অচৌবগী মতমদা নৈপাক্কী পুংজাও থিল্লি। মরেলন্সু থৌদোক খেন্নবগী মতুং ইন্না খেন্নে। পুং অসিনা তাহনবা ভমদবা মফমদনা শংগোল পাও চংলি। মতুংদা নোংমৈ লাক্লবদা নোংমৈ মখোলগী মশিংদা থেঁদোক লেপ্পনা কোন্নুং চেনখংনবন্মী। হৌজিক সাহুরেন্না খংহনবগুম্বনি। মথংদা পুং মনাও য়াওনা শিজিন্নবা ক্যাম্বগী হাক্তক্তদা হৌথিবা নত্তে হায়বা মথক্তা ঐখোয়না খরা নৈনখিবা অহুদগী খনদি লৌবা য়ারে। শমপংনা হাযববদা পোইরৈতোন্না লাকপা ক্যাম্বনা পানবা মতমদগী য়াম্না হাল্লি। য়ামদ্রবদা পোইরৈতোন্না লাকপদগী পু মমান্ন অনি শুরে হায়বা ঐখোয়না মথক্তা হায়খ্রে। পুংনা (পুং মখল অমনা) মতম অচাবা (পুংজা) তা-নবা বৈ হাযহুনা তানয়েনবা অমসুং অসুম্না পুংনা পুংজা তাক্লম্বদগী লোইন ঘড়িগী মতমবুসু ঐখোয়না পুং কৌবিবা অসিনি। তান চানা, কাযদনা ম৹১ খংনবা য়ৈবা পুংনি হায়হুনা তান (তাল য়ৈ পুং কৌনম্মী হায়ববসু কায়দে। তানগী রাতা খল্লুবসু স্বর্গীয় ভজানা রায়েন শাসনগী পুংবু "তানয়েপুং হায়না কৌহ"—তাক্লমগনি হায়বা ঐখোয়না থাজবা ভমদে।

"মৈদিংঙু কিয়াম্বা মতমদা বিষ্ণু লাংপা হৌহি" হায়রিবা অসিমসু অচুম্বা নত্তে। পোং নিংথৌনা বিষ্ণু অমদি শালগ্রাম চক্র লাংপা জাংনি পামগনি খংহুনা পীরম্বা বিষ্ণুনি। বিষ্ণু লুং মচা অমা হায়না ভাহাক্তং খনসি—মুক্তি পানবা লাই নত্তে, লুং মচা অসিবু নিংথৌ অমনা নিংথৌ অমদা খুদোল পোং পীবা অর্থ নৈবা য়ানি। অহুগুম্বা লাই লাংলি খংহুনা শালগ্রাম চক্র পীরম্বনি অমসুং লাংপা মরমনা হরাওনা 'লুং মচা' অসি পাম্না লৌবনি। বিষ্ণু চক্র কংলবা মতুংদা কম্বিনো, করি তৌনগনি খন্নহুনা চীংলোন

যাপন লান্না চেন্দুনা হংউবা নত্তে। অদুনা মাহাক্কী মতমদা পোংনা শীরবতদা ভাবনা শাদুনা বিষ্ণু লাংপা হৌবা নত্তে। ক্যাম্বনা অহানবা পানথংলকপদা পোং নিংথৌগা থেংনবনি। মাহাক্কী চহি ২৭ সু মঙাক্হরি, পোং নিংথৌগীনা ৪৭ শুরে। অঙাং ওইরিবা অতুমক্তদসু হান্ননা চৎনরক্লবা, খংলবা ওইদুনা হরাও হরাও লৌদুনা লুনা তৌনা লাংলম্বনি। মরম পূম্নমক অসিদগী ঐখোয়না উরে —ক্যাম্বা বিষ্ণু লাংপা হিন্দু ওইনা পোকপনি, হিন্দু বৈষ্ণব ওইনা বিষ্ণু পোংদগী লৌরক্লগা লাংলম্বনি বিষ্ণু লাংপা হৌদোক্লম্বা নিংথৌ নত্তে।

অমনা অমুক ক্যাম্বগী হাক্তক্তা বঙ্গদেশকী মী মণিপুরদা খুন্দাদুনা লৈরে গ্রন্থকারনা হায়রিবা অসিনা অমুক শেংনা তাকপদি গ্রন্থকারসু মপানগী মী মণিপুরদা ইতত্তনো লাদুনা ক্যাম্বগী অ-মমাংদগী খুন্দারে হায়ন, ঐখোয়না হায়রক্লিবা য়ারি। হায়রিবা বাঙ্গালীশিং হিন্দুনি অমসুং 'জয়ডাক'সু শিজিন্নবা জাংনি। মাখোয় মৃদঙ্গগা য়াওনা পুং মমায় অনি পানবা মওং অনি শিজিন্নরক্লবা জাংনি। অদুগা গ্রন্থকারনা ফি মচেং অমন খ্বাং কেয়শিন্দুনা মৈতৈনা ক্যাম্বগী মতমদা পালম্মী হায়বা অসিমসু ওইবা য়াদে হায়বা তাক্লে অমসুং গ্রন্থকারসু য়াবা তাই। অদুদগী মণিপুর হিন্দুগী লৈপাক কুইন, ওইরক্লে হায়বা অসিমসু তেনবা য়াদ্রে অদুগা য়াবসু তারে।

মণিপুরদা খুন্দাদুনা লৈরে হায়রিবা বাঙ্গালীশিং, অদুনা বিষ্ণু সেবা য়াওবা তারবদদা মাখোয়গী পুং পুথোতুন, মমায় অনি পানবা পুং যৈবা হৌদোকখি হায়রিবা অসিমসু ভাব তাদনা হেক য়াবা য়াদে। খুন্দাদুনা লৈবনি—লৈপাক কোয়বা নভ্রগা লল্লোন ইতিক্কী লাকপদা অদুক য়াওরম্বগী রা নত্তে—মণিপুরদা মগুম ওইদুনা লৈরবা

কাংবুগী ৱানি - মৈতৈ ওইরবা কাংলুপ অমগী ৱানি। মাখোয়গী পুং মাখোয়গী করতাল লোইননা লৈনা ইলায় লায়না মপোং মচৈ শুনা চোংথোক্লুনা মরৈবাক্কী বিষ্ণু সেবাদা য়াওবা ওন্নৱা মশানা তারে। অতুগা থৌদোক অসিগী মমাংদা অমুক্তা শিজিন্নরম্মোই-দবস্তু নত্তে। বিষ্ণু সেবাগী মতমদা ম'খোয়না ঈশৈ শকপদা "পুং মনাও য়াওবা হৌদোকখি" গ্রন্থকারনা হায়বা মীওইবগী মশা'না থোকচরকপা ৱাখল ( common sense ) ন' ফাওবা য়ারোই। ময়াং কাংবুনা মণিপুরদা তত্তনা লাকুনা মৈতৈ ওইদুনা লৈখিবা চৌরজিৎ মহারাজগী হাক্তক ফাওবদা যান্না নি থিনা উবা ফংই। মাখোয় মৈতৈ পুমওই ওইথ্রবনি, খায়দোকুনা উৎপা য়াদ্রেন্নি। হৌজিক ঐখোয়না ইলায় লায়না উরিবা মৈতৈ ওইরবা কাংবু অসি নত্তে।

বঙ্গদেশতা পুংবু মৃদঙ্গ কৌই। মৃৎ + অঙ্গ - মৃদঙ্গ - লৈপাক্কা মশা ওইদুনা শাববু—মৃদঙ্গ কৌই। অদুনা মাখেযনা পুরক্লন্নবদি মৃদঙ্গ অমস্তুং জয়ডাকনি। অদুদা ঐখোয়না খংডবা বংদেশকী ( অরিবা পালাগী ) পুং অসিদি উনা শাবনি মৃদঙ্গদগী মমায় পাকপা তেল্লি, চাউবস্তু হেল্লি। লৈপাক্কা শারবদি চাউমনবা অমস্তুং লুম্মনবা ওইদুনা শিজিন্নবা য়ারোই। অদুনা মাখোয মৃদঙ্গ ৱারওক্তুনা অমদি লৈতদুনা মফম অসিদা হান্নদগী শিজিন্নরম্নবা উনা শাবা পুং-মৃদঙ্গ নত্তবা পুং, মাখোয়স্তু শিজিন্নবা তাবনি। মরমদি পুং অসি বঙ্গদেশকী মওং নত্তে, মশক নত্তে, মপোংস্তু নত্তে। মাখোয়গী পুং খোলগী মওং মরায়দা তোংথোকপা মণিপুরগী পুংগা মওংদা ৱাম্না খেন্নৈ। মতাং অসিদা পল্লিংই—খোল মৈতৈলোলগী 'খোল' ( মখোল থোকপা, খোঙ্গোক ) কা অর্থ অমতনি; খোল=খু ( খোল থোকপা ) দগী থোকপনি হায়না বাঙ্গালা লাইরিক্কা হায়। অসুম্না উগী হান্নদগী

লৈরম্বা অত্তুনা মাখোয়গী ওইথিবা তাবনি। 'মৃদঙ্গ' উনা আরুবনিনা বাঙ্গালীগীদি নত্রে। মাখোয়না ঐখোয়গী অহৈবা ডমত্তুনা শাবা ওইরবস্তু উনা শাবদা মাখোল হৌরোয়দলোই নিংত্তুনা পাক চাউবা হেনথি থনগদবা মঙাইরে। মাসিস্তু ওইবা য়ারোই করিনা লৈরব-মক্তুদা অমা অমুক শাত্তুনা মতম মাংহনবগী অর্থ করিস্তু লৈতে। গ্রন্থকারগী ব্রাকম চায়বদি বাঙ্গালীনা কীর্ত্তন শকথিবা অসিনা চুন্নবদি ঐখোয়গী অসিস্তু চুমগনি। অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু ক্যাম্বনা পোংদগী ফংবা বিষ্ণুবস্তু লাংপা মডমদা সংকীর্ত্তন/কীর্ত্তনগী মওং মণিপুরদা নিংথিনা লৈরে চায়বস্তু লাল্লোই। সংকীর্ত্তন শরুবা থিবনা অচুম্বা ওইরবদি, মাখোয়স্তু অহৈবনি চায়ত্তুনা কৌথংপা নত্রগা য়াও-ডসত্ত চাযত্তুনা য়াওহনবা অত্তুস্তু ওইবা য়াই। অত্তুদা মশক থংদ্রিবা মওং উদ্রিবা অমবু লাইগী সেবাগীদমক থিরুবা হৌনদে অত্তুগা মণিপুরদা চংনদবা ওইরবদি মাত্তবু থিরুবস্তু হৌনদে। পুং ঈশৈ পাম্বা মৈতৈদা অসিগুম্ব. ব হলমগনি থাজবা ব্রা নত্তে। মথক্তা পুং চমায অনিপানবগী মরমদা খরা নৈনত্রে। অত্তুগুম্বা পুংনা মথং মথং চাউখংলকপা ওইদনিংচাই বরিস্তু লৈতে। মৃদঙ্গ খংলবা, উরবা, শিজিন্নরক্লবমওদা মাত্তমক ওইনা শানবা হোংনরমদবা ঐখোয়গী মাত্তুগুম্বা লৈজরবননি। "ঈশৈগী মরমদা মীতৈগী মোতকা মপানগী মোতকা তিন্নবা লাকপা অসি মৈদিংঙু কিয়াম্বগী মতমদগীনি" চাযরিবা অসিমস্তু চুমদে। হিন্দু ধর্ম্ম অমত্তা চংমিন্নবা শাংবু ধর্মগী সমাজগী লাইগী মরমদি ডহাস্থ মওং ওইবা মথৈদি মান্নবা হৌনবনি। মাসি ক্যাম্বগী চাক্তকী ব্রা নত্তে—হিন্দু ধর্ম্মনা মণিপুরদা লৈরকপা মতম অমদি হেক লৈরকপা মতমদগী মওং, মোত শিন্নরক্লবনি। অত্তুনা পোংদগী লৌবা বিষ্ণু লাংপগী মমাংদা লাংপা লাইশিংগীস্তু শরুনবা, শোন্নবা মওং অমা লৈজরমগদবনি।

পুম্নমক ইনৌ নোৌনা চেৌগংকদবা নত্তে। জয়ডাক তুর্গা পূজাতদা শিজিন্নবা যন্ত্রনি। বিষ্ণু সেবদা শিজিন্ননা য়াদে। অতুনা মতাং অসিদা নৈননিংঙাই লৈতে।

অতুদগী "পুং অসি মতম কুইনা শিজিন্নবা মরমদগী ঙথোন্নটিংবা তাবদা মুংঙাইতবা অমা পোকতুনা অনৌবা পুং অমা তিংগে হায়না মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা পুং তিংবদা হৈববা ওঝাশিং কৌতুনা তান্নবা হৌরকলে"—ইরি। মমুং তুঙ্গিন্না খংতুনা হৈবা মাল্লি—অতুবু অওইবা অমদি ওইবা হাবা হাদি নত্তে। ঐখোয়না হৌজিক শিজিন্নবিবা পুং অসিমু কুইরে, তবলা পাখোবাজ অসিমু যাম্না কুইরে, লিবে হায়তুনা মখোল তাবা মুংঙাইতবা পোল্লতুনা শিন্দোরবা হাখল কনা কনা তৌবা হৌরক্লগদগে ? হৌরে হায়বা তাদ্রি। ঐখোয়গী —মতম অতুদা লৈরিবা পুং বংদেশকী পুংনি গ্রন্থকাবনা হাযরিবা বংদেশকীদি নত্তবা—বংদেশকী ঈশৈদা বংদেশ শকগা কাংবুনা শিজিন্নবা পুং ফগংহনবা য়াগদগে শিজিন্নবদা খুৎলোয়না অমসুং অরান্নবা ওইনা থোক্কদগে হায়বা হাখল শোয়দনা হাখল লৈবা পুংগা মরি লৈনবা কাংবুগী ওইফম থোকপা হাখলনি। পুং অতুদগী পেন্দবা লৈরবদি মাখোয়নি। মীরমগী পুং উরে, তেংমনা উবে। মখোল, মশক, মওংদা হায়রিবা মীশকশিংনা পেন্দবা ওইরমগনি। অতুনা ফগৎনবা হাখল শোয়দনা লাক্কদবনি। অহৈ অশিংশিং শোয়দনমু খন্নরমগনি, ঙাংনরমগনি। মতম অতুদি নিংথৌগী হা য়াওদনা মানা মানা থোকপা তৌবা য়াবা মতম নত্তুনা নিংথৌগী য়াথং ফংনবা অমসুং মায় ওনশিনবিনবা ফাওবদি তৌরমগনি। হৌজিক পুথোকউ হায়রগা তক্ষা খুদোপ য়াইওইবগুম হেক থোকহনবা য়াদে, ওমদে। অতুনা পুক্লিংদা হাখলদা লৈরবা নত্রগা চাং ফাওবা য়েংলবা পুং নিংথৌনা য়াবিবা ফাওবদগী হাকমনি।

অতুনা অমুক্তা হন্না হায়রবদা বঙ্গদেশকী পুং 'মৃদঙ্গ' নি উগী পুং নত্তে। বাঙ্গালী খুন্দাবনা শারন্দি পুং মৃদঙ্গ শাগনি। ঐখোয়গী লৈরম্বা "শন শঙ্গুং সউন্ন, তিংবদা পুং মখোল থোকএ"—কুম্বাবনা হায়বা অতুনা বংদেশ কীর্ত্তন শকপা কাংবুনস্তু শিজিন্নবা, অনৌবা লান্নবা মতম্না অরিবা পালাগী পুন্না শুইখিবনি।

পুং শা-নবগীদমক অয়াংবা, কায়গন্দবা, মখোলস্তু তৌবা মশানা শনফম থোকপনি। পুংদা ফবা উদি ৱাংগা উরাংমৈগনি হায়না নিংথৌনা চংগংনি হায়রিবা মশানা হান্নবা তৌরতুনা খংবনি অতুগা ৱাফম অসি নিংথৌনা অতু য়ৌনা হংলমগানস্তু নিংদে। অনৌবা পুং অম অনি শানবগীদমক মতম অতুদা নিংথৌনা উ খরতুগী "চীংবুরেৌ তমবুরেৌ পুম্বা" লাউথোক্লমগদবস্তু নৈতে। মনায়শিংনা শিকরগা য়ান্নিংবা মফমদগী য়ান্দুনা পুরকপা য়ান্না লায়থ্রবা থবক্নি। লাংথোক্লুরগাদ মণিপুর পুম্নমক্কী চীং তমগী তংরবা মখৈ য়ান্দুনা পুনরক্লবদি অঙ্গাবা দশা অনতুম তাগনি। নিংথৌবু চালহন্নিংবা মতম পুম্নমক্কা শুইরক্লবনি। উগী ৱা অসিদি নিংথৌদি পুময়াও য়াওরম্মোহ—মরিক চুন্নবা হেৎনবনি। হিয়াংহিরেল চাউরবা য়ানবগী ৱা কুম্বাবদা য়াওরি। অসিগুম্বা অমা লৈবে তাক্লরগা য়ানবা থাবা ঙাক্তনি। —চীংবুরেৌ তমবুরেৌ লাউ-থোক্লদে। হন্দক্কী পুংগী মতাং অসিদস্তু অতু মওই। লাইরিক্কী মরোল নত্রগা থাজবা য়াবা ৱারোল য়াওদবিনবা অন্দাজদা তাই। ঙক্তা য়াল্লগা য়েগদৌরিবা, পুং অকম্বা উ খনবা হৌনদে। অমুক শারগা মপোক অমা শিজিন্নগদৌরিবা অমস্তু শুথাং অমা ফাওবা শিজিন্নগদবা পুংগী কায়গনবা উ খনবস্তু হৌনদে। অতুগা অয়াংবা, কায়গন্দবা মখোলস্তু হৌবা উ ভাগ্যচন্দ্রনা ঙসি হায়রগা ওজাশিংনা থিরুতুনা শিনি হায়তুনা পুথোকপা ঙম্বস্তু হৌনদে। উ মশক অসি

খনবা চহি কয়া চংলক্লবনো, চা কয়াগী পোৎনো মশানা অতুম তাকচবনি। মৈতৈ পুংনা গ্রন্থকারনা খনবগুম পৃথিবী পুম্নমগী হেনহনবা নত্তে - অয়বা মীনা হেলহনবনি। মীগী পুং 'খোল'সু মৈতৈনা য়েরগা মওং অমা অতুম তৌই। ভাগ্যচন্দ্রনা থেংনবা পোৎ ফত্তবা হৌনদে, মাহাক্তি লাইনা থাবা মীনি। অতুনা পুং অনি অতুসু মশক নাইবা অতুম ওইগনি। অতুনা রাস কৎপদা অনৌবা "পুংগী উ অসিনা লুমলবদি পামজরিবা খুথেক মুদ্রানচিংবগা লোইননা য়েহল্লিংলিবা মওং অতু রাগনি অমসুং ওমলোই খন্দুনা অয়াংবা উ খনবনি হায়না লৌবদা থোইনা লাল্লোইদ্রা হায়না নীংজে" হায়রিবা—লানগনি। মরমদি অনৌবা পুথোকই হায়রিবা পুং জগোইতদা শিজিন্নবদা ফগদবা খনবগুম ওইনা ইরে। মাতু ওইবা য়াদে—জগোইদদি হৌগত্তুনা চোংতুনা য়েবা পুং নত্তে। লৈরিবা পুংনসু জগোই শাবগীদমক্তি থমতুনা য়েবনিনা হেন্দোক্না য়াগনি। ভাগ্যচন্দ্রগুম্না ভক্তনা সংকীর্ত্তন ফগৎপা পাম্বনা রা অমনি। সংকীর্ত্তনদা খুৎলোয়দবদগী অনৌবা কাউথোকপা ওম্বা হৌনদে। সংকীর্ত্তনদা চংলিবা পুংগী রাখল খন্নরকপনি হায়বদি য়াই। রাসসু সংকীর্ত্তনদা চংলিবা মওং অমনি। "পূর্ব্বাহ্নদা মণিপুরদা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীউনা আবির্ভাব ওই। মাতুদা নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা মরুঙো শ্রীগোবিন্দগী চরনদা সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞ তৌতুনা আত্ম সমর্পণ তৌই" হায়না শ্রীমদ্ভাগবত ব্যাখ্যাগী মতাংদা পণ্ডিতরাজনা ইরি। পুং মরুওইনা সংকীর্ত্তনগী রাখলনি।

"মৈদিংগু ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী মণ্ডলানগী রাখন্দগী থোকখিবা পুং মরৈ অসিনা পৃথিবীগী মীপুম খুদিংদা অওকপা ওইনা থোকলরে" হায়রিবা মতেক অসিমা অমুক নৈনসি। ভাগ্যচন্দ্রগী মংদা পুংগা মরি লৈনবা পুং য়েবগী 'পুং মরৈ'গী রা করিগুম্বা মফম অমতদা

থেংনদে—লৈগনিস্সু নিংদে, লৈস্সু লৈতে। মবুঙতো নির্পন তৌ তাকপিরম্বা তৌরে; মংশীদি অসি কাওবতনি। শ্রীগোবিন্দদা রাস কৎনিংঙকপা তুংদা ময়ন্নাই পোকচরকপা রাখলি। মথং মথং ফনবা হোংনহনা ফগৎলকপা অমস্তুং মপুং ফারকপা- গ্রন্থকারগী হৈনবব। ওইহনা মং অনৌবা মংহন্দুনা লাক্লবু অমুক তাকহনবা ঈদা পকপ্রবা শাজংনি অসিগুম্বা মথক্তা ঐখোয় উদ্রে। ভাগ্যচন্দ্র অমস্তুং মতম অহনী মৈতৈ উগুল অহোবদগী খোয়কপা কুইত্রিবগুম টংলিই। ময়ন্নাইগী রাখল খনবা হৈত্রিবা ফাবৈ পৈহনা লৈরিবা কাবু ওইনা য়েক্রিই। গ্রন্থকারনা মংবা মং ওইবদি য়াই। ভাগ্যচন্দ্রদি 'পুং মৰৈ'গী রাখল খোক্লকবা মং অমতা মংখিদে। অহুনা ঐখোয়না য়াম্না শেংনা হায়বা ওম্মা ভাগ্যচন্দ্রগী মংদা শ্রীগোবিন্দনা পুং মৰৈ তাকপা অমদি পুংগী মরমদা তাকপা করিগুম্বা অমত্তা খোকখিদে।

ঐখোয়গী হৌজিক লৈরিবা পুং মৰৈ অনৌবা কৌরিবা অসিদা অতোপ্পা মফমগী পোৎ য়াওরম্বসু য়াই - অহুগুম্বা লিশিং চংওক্লুনস্সু, য়াওরমহুনস্সু-হৈদগী খোকইবা অসিগুম্বা কনাদগী খোকপা য়ারোই। মতিক চাবা নিংথৌগী মতিক চাবা লৈতেনি। মৈতৈগী মহোশাগী ওইবা পীথোক্লকপা মগুনা পোৎশক পূম্বা তোপ্পা তাবা ঙাক্লনি। পুংতগী বা নত্তে, জগোইদা য়েংসি, সংকীর্ত্তনদা য়েংসি, ফিদা য়েংসি, মুমদা কৈদা য়েংসি মৈতৈগী পোৎ খুদিংমক মরন্নাই তোপ্তোপ তাবা ঙাক্লনি। অহুনা পুং মৰৈতগী বা নত্তে। পুং মরিদসু য়েংউ অতোপ্পনি, কোর-তাল ( করতাল ), কোরতাল মরিস্সু অতোপ্পনি। মাঙ্গং মীনা শাবনি, অহুবু মাঙ্গংনা মাখোল ময়ামগী মরোল পীবা, পীবা-ঙম্বা-মাঙ্গং অচৌবগী চোলোম, মখিং কনাদসু লৈতে। মোইবুং ঐখোয়গীদা ফংবা নত্তে - মীগীদগীনি, অহুসু মোইবুংদা মৈতৈনা

পীবা মরোলগুম্বা পৃথিবীগী মকম কদায়দা লৈনগে? অসিনি, পুংতগী ৱা নত্তে—মাসি জাতিগী গুণনি। মাখোয় খুদিংগী কনানসু মং মংলমদে। অতুদগী কোরতালনা মরোল পীবসু মণিপুরদদনি। কোর-তালগী মরোল লাপ্পা ভারগা সংকীর্তনগী মতাং খংবা ঙম্বা কোরতাল মরোল লোনহনবা ঙম্বননি। অদুনা পুং মৈয়ে হাযরিবা অসি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমতদা মং মংলগা হেক্তা চোংথোক্লকপা ঙম্বা তৌনদে। মৈতৈগী লিরবা সভ্যতাগী, চাওখৎ-লক্লবগী (civilisation গী) মতৈনি। মাসিদা ভাগ্যচন্দ্র য়াওনবা মকা লামথিবনি।

অসুম্না পুং অনি শারে। অমনা চ উই অ. না খরা পিকই। শ্রীগোবিন্দ সেবা চংনবে পুং অচৌবা। অতুবু পুং লানা অপিকপা অদুবু পুং অমোম কোরে। অনি খায়দোক্লনা থম্বা য়াদে - ল. .ম মতোমতা য়ৈরকই পুং অমুক হেংবা চংদ্রে, মখোল তনে। পুং পুন্নমক্কী মখোনা মাখোয়না চিংশিনবা ঙম্মী, য়াম্না পুন্সি হায়দুনা ভীষ্ম কৌরে অসিনচিংবা পুং অনি অসি. .গী ৱারি লাহরিক অসিদগী ফংলে। পুং অনি অসিগী রসগী ভাব গ্রন্থকারনা ইরিবা লৌথক্লিবৈগী মমাংদা ৱা অমা তনিদং নৈনহৌনিংই। পুং অনি অতু লাবা অমোম্নি হায়রি অতুগা তোংঙাম্না থম্বসু য়াদে হায়রি - অওইবনি ওইদবনিসু খংবা র নত্রে। মাখোয় অনি নুপী নুপা ওইনা নৈমিন্নদবা য়াদবগুম ইরি। মাসি য়াম্না কায়থ্রবা ইহৈদবা ৱানি। পুংবু গৌরচন্দ্র প্রভুনি হায়রিবনি। গৌরচন্দ্র প্রভু লাবা ওমোমগী ৱা পনবা ফাওবা পাপনি। পুংগী ৱা মখাদসু খরা লাকখিগনি। গ্রন্থকারগী ৱারিদা হঞ্জিল্লগা - ভীষ্ম মিংথোল পুং অচৌবদা পীরে: মরমদি য়াম্নসু পুন্সি মগুণসু য়াম্না নৈ অদুগীনি হায়রি। পোকপদগী

ব্রহ্মচারী ওইরল্লবা ভীগনি। ভীগ মিংথোল থোল্লগা করম্না তমোমগা খায়দোক্লবা য়াদনা থম্মিন্নখিবনো? পাউখুম চংডি। চুম্না মীদা পংথোন থোনবগী র্না নত্তে। লাই ওইরবা পুং শ্রীগোবিন্দ সেবা চৎনরিবা মন্ত্রনি। অচুনা অম। হেক্তা হায়জিনবা য়াদে। পুংসি হাযবনা করম্ন হায়রিবনো? কর্ত্তা মহারাজগী মতমগী রানি —মাহাক্কী মতমদা শাবা তিংবা পুংগী রানি। শবা লোম্নবদা অচুম পুন্‌সিরবরা? অচু ওইরবদি উ ওইনা। হৌরম্বগী মতম থাবা তারে। কুইরল্লগা পুন্‌সি পুন্‌সিদে খংদবনি। হৌগৎলকপদগী হেক্তা খংবা অসি 'দিব্যচক্ষু' ফংতুনা উবা, নত্রবদি খংনিংঙাই উপায় নৈতে। 'দিব্যচক্ষু' ফংবা মীগী মশকতি গ্রন্থকারনা তাকপিরমদ্রে —ঐখোয়গী লাংবক থিবনি।

মথান' গ্রন্থকারনা পীথরকইবা পুং অনি অসিদগী চেন্থরকপা রস অমুক্কুং চুপ্তুনা য়েংসি।– "পুং অনি অসিবু ভক্তি রসদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী ভাব ওইনা লৌতুনা বৈষ্ণবশিংনা নাম শোল্লিবা ওঝাসিংন ধুপ দীপ লৈ কত্তুনা পুং অনি অসি থাখি" হায়না ইরি। পুং অনি অসিবু শ্রীগোবিন্দ সেবাগীদমক জগোইদা ঈশৈদা মুমিৎ খুদিংগী সেবাদা শিজিন্নগে থন্দুনা শাহনখিবনি হায়বা অমসু হায়খ্রে। মাখোয় অনিগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ লৈরবসু পুংনি-পুংনিনা পুং অচুম ওই। পুং অনি অসিবু 'শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী ভাব ওইনা লৌতুনা' পূজা তৌই হায়রিবা রসগী ঈচেল গ্রন্থকারগী কলমদগী ঈহৌরকপগুম চেন্থরকপা থকচবা খৌরিদা পনগদৌরি। মরমদি —রাধা কৃষ্ণগী সেবাগীদমক শাবা পুং রাধা কৃষ্ণ ওইপ্রবদি রাধা কৃষ্ণনা রাধা কৃষ্ণগী সেবা তৌবা তারি। অসিগুম্বা রস অসিদি গ্রন্থকারতনা চুপ্পদা মতিক চাগনি। অতৈনা চুপ্পবা লাক্লবদি পন্দুনা তোক্কনি। পুং গৌরাঙ্গ প্রভুনি হায়বা ঐখোয়না মথক্তা পনগ্রে।

নবদ্বীপ সংকীর্ত্তন বিচারন। হায়বগস্থু অম্মুক্তুং চায়মতুনা য়েংসি। লাইরিক অসিদা "মৃদঙ্গ দক্ষিনে নিত্যাই বামেতে অদ্বৈত্য। মধ্যে গৌরচন্দ্র আছে জানহ মর্ম্মত ॥" গ্রন্থকারগী রসগদি ওস্থোক্লা থিন। সমুদ্রগা লাংথোকগমুক শেন্নরে। রাধা কৃষ্ণগী নামবু গৌরচন্দ্রনা য়েন-বিরম্বনি—শোন্দুনা তাকপিরম্বনি। য়েনবিবা, শোন্দুনা তাকপিবা অতুদা পুংস্থু মচাক অমা ওইরম্মী। মওং অসিবু মথক্কী লাইরিক অসিনা অমুক শেংনা হায়রিবা অসি—হুন্দোক্তুনা গ্রন্থকারগী ভাবনা শাবা অসিদা মায় ওনশিনবা ফনা লুনা থোকই। লাইরিক অসিনা—পুংগী য়েৎতা নিত্যাই ওইদা অদ্বৈত্য। ময়ায়দা গৌরচন্দ্র লৈ তাকবা মনুংগী অর্থশিং থংউ-হায়রি। মরম অসিদগী সংকীর্ত্তন হৌরম-দাইদা পুংবু ইহান হান্না আরতি তৌই—লৈ চন্দন ধূপ থাওমৈ কংলি। প্রেমাবতার শ্রীগৌরাঙ্গনা রাধা কৃষ্ণগী নামবু সংকীর্ত্তননা প্রচার তৌবিরম্মী। হরি সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী লুচিংবদি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদেবনি। মাগী সংকীর্ত্তনবু রাধা কৃষ্ণদা কৎচবনি, মাগী সংকীর্ত্তননা রাধা কৃষ্ণগী নামবু শোনজবনি। অতুনা রাধা কৃষ্ণন, রাধা কৃষ্ণদা সংকীর্ত্তন কৎপগী ভাব হায়রবদি রাধা কৃষ্ণবু রাধা কৃষ্ণগী সেবাদা শিজিন্নবগী লোল অসিদি বাকাদেয়, নাম অপরাধ ওইগনি চিংনৈ। অথংবনা মথৌ পোংনা হায়রবস্থু শংদবা ঐখোয়দি য়াওগনুসি অপরাধ লৈবা থবক তৌবদা, রাখল খনবদা য়াওগনুসি। য়াওদবনা ঐখোয়গী মঙ্গলনি। গ্রন্থকারগী থাক্তা কাবা ঐখোয়গী ইতিক নত্তে।

---

## কুনমিপানগুবা মতাং

# রাসগী নিয়ম

### বেদগী অমসুং চৎনবী মোত

মতাং অসিগী অহানবদা রাস করম্না কৎপা হৌনবগে তাকপা, অবিশ্বাস হৌবগী, বাস মণ্ডল ফজহনবগী রা ময়াম অসি যাওদ্রবস্তু হায়বনি—অসিগুম্বা ময়াম অসিনা ফিজেৎ লৈতেংগদি নিংথিনা মাংগয়োক্লবা অপাব, কাংবুনা ইকং ফংদ্রে। ঐখোয়দনা অমুক হেন্না লুখ্রে। যাওদবা য়াদবা মতং অমদগী যাওশিল্লুববনি য়ানিংদবা, চুম্নী নিংদবা অতুস্ত থাদোক্লুনা থনম্বা যাদতুনা তত্তুনা ইম্নবদা মতম, মফম ফনা নিংথিনা চংলে। অসিগুম্বা অসি যাবিবমথৈ থাদোকপা লাক্লবনি অতুমওদা মফম অসিমত্তুদস্তু মাগুব মপুগী মবমদা মন্দকালগী রা ঐখে যস্তু য়াওদবা যাদ্রে। মাগুব মপু নেকপা অমসুং বোবিবা (ববণ কৌশা - হাঙ্গা) তেনবা যাদবনি বাসতগী মাও—মপুং ফাবা সংকীর্ত্তনচি বগীস্তুনি। তদুদা "কনাগুম্বা মগুণ লৈনবা ব্রাহ্মণ অমদি পণ্ডিত অমবু সনা লুপা ফিরেলনা মতিক চানা কংতুন রাস অতুগী মপু ওইবিস্থ হায়না থুরুমতুনা মাগুব মপুবু বোবিগনি" হায়না তসিদা ঐখোয়গীস্তু রা থরা লৈখে। মুন্না খজিল্লুববদি ঐখোয়গী ধর্ম্মদা অমুক রাংবা থাক্লা লৈবা ঐখোয়গী লমন্নবগী মশক ওইবা রাসগী মাগুব মপু ওইবদা অমদি অতুগুম্না অতৈদা মাগুব মপু ওইবদা সনা লুপা ফিবোম্নচিংবা য়ান্না কংকনি শায়বা মাগুব মপুগীদমক ঙাংবিবা মাল্লি, হেনমগ্রে। তসিগুম্বা রাখলশিং অসিদগী ঐখোয়গী সভানা নোংম নোংগী মরাম্ন চাইথরকলিই। হৌজিক্কী ওইনা থম্নরসি—মমাংদৈদদি গ্রন্থকারগী অসিগুম্বা পণ্ডিতশিংনা মাগুব মপু ওইরমদে। হৌজিক্কী মাগুব

মপুদি ধর্ম্মগী মাওব মপু ওইদ্রে, পালা ওইগ্রে, মোইবুং খোংবগুম পালা মশীংদা থা-নরে। শেন থারে, ফি থারে-চিথবা য়াদ্রে। মওং অসিদা ওইজন্দি মাহাক্না হেল্লি। পালাদি দক্ষিনা ফংদে তৌনদে। মাওব মপুদি পালা ওইনা ফংলবা অতুমক্তদা দক্ষিনাস্থ তোংঙান্না অমুক ফংই। মরমদি দক্ষিনা তৌবা চংনরকপনি। চংনবী অসিমস্থ কান্নবা য়াদে—অনৌবা তৌবা ঙম্বনা হৌদোক্লকইবা মপোৎ মচৈ, শেল থুম পালাদগী তাহন্দবা অসিস্থ তৌদবা য়াদে। মওং অসি ঙরাংত থোক্লকপনি। তৌবা ঙম্ব। শেল লৈবা উংনরক-পদগী অসিগুম্বা খাজনা ধর্ম্মগী মিংদা হাপচিল্লকপা অসিনা তৌউবনা লাইরবা গতি লৈতবা মীদনি। মমৈদদি লাইরবশিংদি পূন্নমক তোকপা য়ানা লৈরকই। অনৌবা কয়া হৌদোক্লকখিনি থংবা ঙমদ্রি। পোয়েং পুরকপা কাংবুদগা পালাগা মান্নহল্লবা নক্রগা শেল থাবশিংস্থ মাওব মপুগা মান্নহল্লকপা ঙাইখিবা হায়বত্থ মঙাইরে।

অসি য়ৌনা শেন তানবগী খুদোংচাবা ফংলবা মাওব মপুনা তৌফম থোকপা মথৌ পূন্নমক্তি তৌদে। রাসদা হায়যু, শংকীর্ত্তণদা হায়য়ু অরানবা কোঙ্গায় থেংনত্থনস্থ উরুবা লৈত্রে—উরুবা য়াদে, ঙাংঙুবা য়াদে—হয়েংমুক হায়রকওই—শেন তানবদা অকায়বনি। রাস থুরুম্বগী অসি য়ৌনা ফংলবদি রাসদা অকায়বা তৌহৈদবা তৌবা থিংবমক ঙমত্রবস্থ—থিংনিংদ্রবস্থ তৌহৈদে, হৌনদে ফাওবা হায়বা ঙমদে। তৌহৈদবা তৌবদা শরুক য়াদবা ঙমদত্থনা শেনগী ময়ায়না মাওব মপু অত্থম ওই। শম্বন্না হবাই মতোন চারবনিনা ঙাকপিনিংঙাই লৈতত্থনা ধর্ম্ম অমস্থং সমাজ নুমিৎ খুদিংগী মথং মথং লৈম্মুং চনশিনখ্রিবা অসিনি।

মতাং অসিদা লৈখিদ্রবা শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহনা মাহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা থোকখিবা খোদোক অমগী ৱারি লিয়ম্মী

হায়বা অমা ঐগী মকপ অমনা ঐতোন্দা লিরম্বা অমা পল্লিংই। অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমন (মশক মমিংদি নিংশিংবা থোক্তে) রাস অমগী মাওব মপু ওইবদা মাহাক্কী মনাকরাইদা। কৃষ্ণ শাবা অওাং অদুগী মপানা কৃষ্ণ থোকপা মতাংদা মচাগী কুম্মৈ যেংবদা ফুংঙাইহুনা কপ্প। উকবে। ঙাহাক লৈরগা মাহাক মাগী মপোং মচৈ যোমশিল্লগা চংশ্রে-খংম্বা য়ারমম্রে। মাওব মপ্ য়াওম্রবদা জগোই কাযরে। নোংঙাল্লগা হংনকবদা কৃষ্ণ শাবগী মপানা তৌহৈদবা শৌবা অদুদা লৈহৈম্রহুনা, য়াওহৈম্রহুনা হল্লক্পনি খুমখি। রাসমণ্ডলদা রাস শান্নরিঙৈদা মচাগী প্রেম তৌবা য়াদে। বাসগা মাগা মবি লৈনদে। রসদা, ভক্তিদা য়াম্না কায। তৌহৈদবা অসি থংনা খনা য়াওবা য়াদে খুমখি। জগোই অদু অমুক হনখি। অসিগুম্ব ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অদুনগীদমক কিবা খংদবা কয়ানা মাওব মপু ওইবিবগে? ফি ১চেৎ অনগা য়াল্লবদা দক্ষিনা শিকি অমগী মাওব মপুগী মথৌনা, মথৌদা মমায় ওনশিনবা তাবদা তুজুংই। সনা লুপা য়াম্না পীহন্নবগী রা নত্তে—বাস অমসুং বাস কংপগী রানি। হৌজিক্কী জগোইদা খুং কনবা, মকপ মপাং ফবা তান্নহুনা নেত্তুনা অমদি খুলংদা শেন থানবিবা কবম্বা বসনো? ভাগ্যচন্দ্রনা মবুঙঙোদা কংলম্বা বাস অদুবু গ্রন্থকাবনা ঐখোযদা লাউথোক্লিবা অসিরা? মাহাক্না মাওব মপুদা সনা মুগা কয়া কংখিবগে? ব্রাহ্মনদা বৈষ্ণবদা নিংথোনা দান তৌবম্বনা অতোপ্পা অমনি। ঐখোয়গী হাক্তক অসিদম্বু শ্রীগোবিন্দগী বাসদা মাওব মপু ওইবা দক্ষিনা সনা লুপা ফিরোন কয়ানা বোরিবগে? চাউবা তান্নবদা কংপনি। নোংমগী নামৎ মীনা হেনখ্বিবা য়াদেগী রানি। মাসিগী ফোলনা (ফলনা) লাইরবদা তৌউবনি। হৌজিক হৌজিক চথনরিবা অসিদা লাইরিক লাইস্থু হৈবা, দান তৌবদা মভিক্ক চাবা, মাহাক্কী মথৌ করিনো খংবা ব্রাহ্মন পণ্ডিত কয়ানা মাওব

মপু ওইরিবগে ? খুলং মায় ডাক্লবা, মীচংগী তাবত্তা ওইনবা মাওংদা মপুদা মডাইরকলে।

মথা অসিদা চথরকইবা থরা অসিদি লাইরিক অসিগী ফিজেৎ লৈতেংগী হীরমদা ঃ ববদি চে মাংওই। ঘড়ীগী পুংশিং কত্তুনা জগোইগী মতাং মনাংগী হৌকম লোংফম তারিব। কনানসু ডাকপা ডমগদবা নত্তে—ডাকসু ডাকওই। অন্দাজ ওইনা পীগদবনি। চাওবাকপা অমদা চংনবা ডাল্লনি, অককপা পীবা হৌনদে। ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা ঘড়ি লৈবম্বগী ব গ্রন্থকারনা পন্দে, লৈসু লৈরংদে। ঘড়িনা লাকপাদি গম্ভীর সিংহ নরসিংহগী মতম থৌরবতদনি। অত্থুনা ভাগ্যচন্দ্রনা কবনা ঘড়িগী পুং জদা বাস অককুবা মতংদা চংথবম্বগে ? তেনশিনসি কল্লদে। অত্তুদগী জগোই ওজা খুদিংনা, অবাংংম খুদিংনা থংলবা শিংডিগ্নবিরা মইংন তাকপা ঐখোয়দি যাওক্তদ্রবসু যাবে ঐখোয়গুম্বা কনানসু চিনকা পনবা লাররোই। অথংবা, মথৌ ওইরিবা কাংবু অত্তুনা অত্তুম শিনজখিবনি। খদ খত্রগা ঐখোয়গীদি গ্রন্থকর্তা হংডুবগা লোইরে। ঐখোয়না থজবদি মাখোয় অত্তুসু পাংলোই শেংপদা গ্রন্থকারগুম্বন, হৈবত্তুংন হৈজবনি। অত্তুমকপু গ্রন্থকর অসিদি কুইনা অহল্লম্মন হাক্তক্রগী নশাংরু তৌত্থুনা খাওকদ্রবসু অত্তুম হৈবক্লবা, হৈনবগী গুণসু পোকপদা ঈদা পুবদুনা থোক্লকবনি, জগোই ওজাশিং অমসুং অরাংফম্ন। অশেংব অতম য়াওদনবা গ্রন্থকারগী পাউত্তাক মুন্না তাশিনবনা ওইজগনি নিংই। মাসিনা মাখোয়গী থবক্তা চাওখৎপা ওইহনগনি থাজে।

মতাং অসিদা লাইরিক অসিগী মথৌগা চান্নবা শরুক খরা খাওরি। অহুবু মাহু লৌথংত্রিরৈদা ইতিহাসতা, খাম্না মরুওইবা অমা হান্না নৈনখসি—“মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রন কৎপা রাসদা হানগী

মশুংদগী খর হোংডি” হায়না ইরিবসি ইতিহাসতা য়ানবগুম তৌরে —য়াল্লবমকনি। হান্নগী রাসগী মওং করম্বা মতমদসু মণিপুরদা লৈরমদ্রি। রাস ‘অরিব।’ অসিগী কনানা মং মংঙমগদগে লাম্বা ফংদ্রে—মাসিমদি গ্রন্থকারনা সংবা ওইবা তাই। অসিগুম্বা মনিং মমাং ইখং খংদব, হয়নিংবতা হায়বা লাইবিক অসিদা থাজবা থমজুনা কননা অচুম্বনি খনবা ঙমগনি। ভাগ্যচন্দ্রগী রাসনা অহানবা নত্রবদি ঙস ই মথক্তা গ্রন্থকারনা অঙম অথৌ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পণ্ডিতশিং খোমজুনা শ্রীমদ্ভগবতকী বাসগী মমিং ভাগাচন্দ্রনা হায়বা শাজুনা থনব লারুখিব অচুগুম্বা রাহৈ পরেং মচা অসিনা গ্রন্থকারগী গুণ শক্লি। ভাগাচন্দ্রগী মমাংদা কন নিংথৌ নত্রগা বনা মতিক মগুণ লেপ্না মণিপুরদা রাস কৎখিবগে থংনিংবা মশানা তাবনি। হান্না অমা লৈখ্রবতদা হোংদোক হোংজিনগী রা লাকপনি। মৈতেইদবগী হোংঙকপা হৌনদে। মৈতৈ পুন্সিদ, মণিপুরগী ইতিহাসতদি হৌজিক ফওবদ ভাগ্যচন্দ্রগী মমাংদা রাস লৈবগী রা য়াওদে, লৈসু লৈরমদে। গ্রন্থকারগী অনৌবা ইতিহাস অমা নত্রগা থংগদবা মঙাইবে। মফম অসিদা লাইবিক অসিগা চান্নবা খজিওং যাওই ত্রৈথোয়দা হায়খিবা অমুক য়েসি। জগোইগী ঈশৈ অমসু ‘পোষাকশিং’ যন্না চম্বা মওংদা কংলম্বনিসু হায়বি। মাসিনা উৎপদি হৌজিক ওইবিবা মওং অসি ভাগ্যচন্দ্রগী নত্তে —জগোই খুৎথেক, পোংলোই, ঈশৈ মতুংদ গ্রন্থকারগুম্বা রাখল লৈবা মথং মথ, চাওখৎপা, হাপকৎপা পাম্বা মীওইশিংনা খল্লগা হাপচিন্দুনা মওং অসি যৌনকপনি হয়বগী অর্থনি। “জ্ঞান চৈরোইনবা, বৈষ্ণব লাইপোক সংসংবা” ভাগ্যচন্দ্রদা ফাওদবা, থোক্তবা কয়াবু মাঙোন্দগী হেন্না শিংবা কয়ানা, ভগবানদা রতি লৈবা হেনবা কনানা শেমজুনা মপুং ফাবনো থংনিংই। মচেৎ মরাং, অরং অরাক, চেন্নুং খরা তোপশিল্লকপা হেনগৎলকপদি য়াই,

হৌনবীনি। মওং অমসুং মশক্তি মাহাক্না মপুংফানা পীবিরম্লবনি। মীগী তৌবিমল উৎতা হৈজিনবা তৌহৈদে। অদুগা জগোইগী পোৎলোই রাধা গোবিন্দনা থোল্লিবা ফিজোলবু—'পোষাক' হায়বা লোল শিজিন্নবা মতিক চাদে, মফম চাদে। ভূষণ 'অধিকারি'না রাধা গোবিন্দগী 'পোষাক' শেৎপা কাদে—বেশ থোনবা চৎলি, ফিজোল লৈতেংবা কাই। লৈমা নিংথৌগী থৌগল লোল নত্তে, মৈতৈগী থৌগল ব্যবহার নত্তে। 'কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম্' হায়রিবা পরব্রহ্ম ভগবান শ্রীকৃষ্ণমক্কী পারম পবাদগী (পারম পুবমচৎতগী) শিজিন্নরক্লব। থৌগললোল 'বেশ', 'ফিজোল' শিজিন্নদনা 'পোষাক' শিজিন্নবা য়াম্না পেন্দবা লোলনি। সিপাহগুম্বগী পোষাক্তি হায়নৈ। শ্রীগোবিন্দগী 'পোষাক' তি লংজরবা লোলনি। লাইদা লংজবা পাপনি। ইরোই লোইবা চথবকপা (para) অসিগা থল্লুবস্র গ্রন্থকারগী বিদ্যা বুদ্ধিগুম্বনা লাইরিক ইবিবক্তবা, ইদদা ওন্নি থৌগৎপিদবা জাতিগী মঙ্গলনি।

## মহাশব্দগী অর্থ অহুম থোক্লা লৈ মহারাস থোনবগী মতাংদা

মথা অসিদি 'মহা'গী অর্থদা শম্নেং পাম্মোম খরা ভা-ন-বা তারি। চেনবা য়াদ্রবদিনা অদু মঙাইবে। মথক্কী মতেক অসিগী অহানবা শরুক হেক পাবদা পুক্নিংদা মিপাইবা অমা ফাওই। ওন্ন তৈনরে থুনা হেক্তা হায়বা যাবা লোল য়াম্না যাওরি। মথং মথং পায়থৎসি। অহানবমত্তুদা "শ্রীমদ্ভাগবত গীতাগী প্রথম অধ্যায় শ্লোক্তা মহাশব্দগী অর্থ যাওরি" হায়রি। গীতাদা 'মহা'গী অর্থ তৌবা য়াওদে। কুরুক্ষেত্রগী লাল হৌরমদাইদা লান্দী অনিগী ময়ায়দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনগা ৱারি শাথিবা

গীতাগী ৱা ময়াম তাকপিখিবা অতুদা 'মহা'গী অর্থ তৌখিদে—ব্যাখ্যা তৌখিদে। 'মহা' শব্দগী অর্থ অহুম্নি—অয়াম্বা, অহেনবা, ফংতবা খংনৈ হায়রগা খুদম ওইনা 'মহাশোভা' পীরি, মাসিবু মী য়াম্না তিনবা 'শোভা' হায়বনি হায়নস্লু তাক্লি। 'শোভা'গী অর্থ অসিবু ফজবা=সৌন্দর্য্য তোকথোক্লুনা মী য়াম্না তিনবা ওইখিবা তারবরা? অদু ওইবা তারবদি কোষদা, অভিধান্দা চিংথদনবা থুনা তাকহৌবনা চুমগনি। সভাগী মানান হৈতবনি হায়রবস্লু 'শ'দা 'া' হপ্না অসিদি যাওরোই। 'া' ফাওবা তাপ্লিবনিনা অনৌবা শব্দ নম্রগা অর্থনি লৌনা তাই। 'সভা'বু ওইরবদি বানাম্না অকিবা মীবা তসিদি হেকপিরম্বা হৌবনি। সংস্কৃত শব্দনি মণিপুরি মপানগী মীনম্ খংবা ৱাহৈনি চুম্না ইবনা কৈ। ভাবনা শাহুনা অর্থ তৌহনবা চুংদে। অতুদগী "মহা শক্তি অকনবা ময়ামনা পুনবা পোৎপু খংনৈ" হায়রিবা অদিস্লু নত্তে। মহা শক্তি=আদ্য-শক্তি, ভগবতী, প্রবল পরাক্রম হায়না অর্থ হনবা লাইরিক্তা লৈ। আদ্যশক্তি=অহানবা থোকপা শক্তি, অথোইবা শক্তি (পাঙ্গল); ভগবতী=মহাদুর্গা, কালী; প্রবল পরাক্রম=মপাঙ্গল য়াম্না কনবা ওইনা হনবা য়াই। অরোইবা অর্থ অসিদি লৌরগা ওইরবস্লু শক্তি পাঙ্গল অহুমক্তবু খংনগনি ময়াম পুনশিল্লগা থোকপ পোৎপু নত্তে। 'মহা'না ভোবা গ্রন্থ গ্রন্থকারগী অতৈস্লু মখাদা যেখিসি।

"মহাশঙ্খ। মহাকাল। মহাযাত্রা। মহাশঙ্খগী মরম ভীমনা খোংবা মোইবুং অদুবু মহাশঙ্খ কৌই। মসি মী মকোক্লি খংনবা মহা হাপ্পনি"—মাসি উবদা পুক্লুংদা ৱাহং অমা লাকই গ্রন্থকার অসিবু করিগুম্বদা গীতা পাররিগদ্রা? গীতাগী প্রথম অধ্যায়গী শ্লোক্তা 'মহা'গী অর্থ য়াওই হায়খিবা মাসিগীদমক তৌগ্রিবনি। শ্লোক অহুমকস্লু পারমগনি থাজদে উহুনা নৈনরমগনিস্লু থাজদে।

গীতানা হায়বদি "পৌণ্ড্রং দধ্মৌ মহাশঙ্খং ভীম কর্ম্মা বৃকোদরঃ" অসিনি। পৌণ্ড্র কৌবা মহাশঙ্খ (য়াম্না চাউবা মোইবুং) অকিবগী থবক তৌবা বৃকোদর (ভীম) না খোংই হায়বনি। ভীম্না খোংবা শঙ্খ (মোইবুং) মহাশঙ্খ কৌদে—পৌণ্ড্রবু মহাশঙ্খনি হায়বনি। ভীম্না খোংবা মহাশঙ্খ (অচৌবা মোইবুং) না পৌণ্ড্রনি। অদুনা পৌণ্ড্র কৌবা মহাশঙ্খবু খোংবনি। মহাশঙ্খ মোইবুং অমগী মমিং নত্তে—মোইবুংনি অচৌবা মোইবুং ওইবতনি। শঙ্খদা মহা হপ্লগা ভীমবু মী মকোক্কি হায়বা করম্না থংহল্লিবনো? মাসিদি গ্রন্থকারগী গীতা ওইবা তাই। কৃষ্ণনা পাঞ্চজন্য কৌবা মোইবুং অদুগা অর্জ্জুননা দেবদত্ত খোংই। মোইবুং অনিসিমক্তা 'মহা' য়াওদে। অদুনা অখোংবা অনিস্তু মী মকোক নত্তবা তারি। অদুদা কৃষ্ণার্জ্জুন য়াওরবদি কুরুক্ষেত্র লাল ফাওবা পাণ্ডবনা শোক্নরমগনি থাজদে। চান্নবা লালনা ওইশিল্লকপদা কৃষ্ণার্জ্জুনতবু য়েংদুনা পাণ্ডবনা লাল শোক্নখিবনি। কৌরবনা লাল শোক্নবা কর্ণ য়াওবগী শোক্নবনি —পাণ্ডবনা অর্জ্জুন য়াওবগীনি। অনিগী মরক্তা অমা য়াওরমদ্রবদি লাল শোক্নরমগনি থাজদে। কৃষ্ণনা 'অনাদিরাদি গোবিন্দঃ' নি। অদুবু মাখোয়গী মোইবুংদা মহা য়াওদে। মাসিনা তাকপদি মাখোয়গী মোইবুং ভীনগী অচৌবা 'মহা' ওইরবা মোইবুংমুক চাউদে অমসুং হেন্না চাউদে অদুনা 'মহা' উপাধি ফংখিদে।

মহাকাল, মহাযাত্রাগী অর্থনা মথংদা পীথরকই।—"মহাকাল। মতম ফত্তবা হায়বনি মহা যাত্রা অশিববু হায়বনি" হায়রিবা অর্থশিং ওন্নরে। ঐখোয়না থংবা অর্থ য়েংসি—মহাকাল = শিব, রুদ্র, মহাদেব অদুগা তৎপা লৈত্রবা মতমবুসু থংনৈ (অনবচ্ছিন্ন কাল); মহা যাত্রা = মরনার্থে গমন = শিবসীদমক চৎপা খোংচৎ মহাযাত্রানি। তুমিন্না লোন্না আত্মঘাতকীদমক চৎপবু নত্তে। শ্রীরামচন্দ্রনা

স্বর্গারোহণগী লেংবা, পঞ্চ পাণ্ডবনা দ্রৌপদিগা স্বর্গারোহণগী চংথিবা, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী অবোইবা তীর্থ থোংচং—মহাযাত্রা ওাক্লমি। থংনা থংনা ধর্ম্ম ভানবগীদমক শিবা চংপা মহাযাত্রানি।

রাস পঞ্চাধ্যায়গী রাস—হৌজিক ঐখোয়না মহারাস হায়না খংনরিবা রাস ঐখোয়না ভাবা রারিদদি মেরা রাখিনবগী পূর্নিমাদা কংকে নিংবদা অকায়বা থরা লাক্লুনা রা ফুকপদা কংথি হায়নৈ। রাখিনবদনা কুঞ্জরাস কংখি হায়। মহারাজনা লেপখিবং, অহানবদা নিংখিবা রাস মশক খংনবা মহারাস কেখি। জগোই মচা, জগোই অচৌবা হায়বা থোইনা খায়রুবগী রা নত্তে—খায়নবগী 'মহা' হায়রস্ নত্তে। মণিপুরগী মপান্দা 'রাস যাত্রা' দা মহায় 'মহারাস যাত্রা' হায়দে। "অফবদা লৌরগা মহারাস" থোনখিবা ওইবদি অতৈ রাসশিং অসিদি ফত্তবা ওইহৌবা তারে অহুনা খুরুমদবা কংওবা ভাবিবরা? চোদ্রিদৈনা য়েংহৌবনা কৈ, চোংথোকপনা হানগ্রবদি শিংথং লৈবমগ য়ুবা ওই। মথক্তা গ্রন্থকারনা মশিং থাগ্রিবা 'মহা'শিং ফত্তবা অমংবু য়াংখিদ্রি। 'মহাকাল। মহাযাত্রা' ফত্তবা নংলমত্রে—ঐখোয় উত্রে। চান্নমা ফত্তবা 'মহা' অমা অনিদং গ্রন্থকারনা হাস্খিরম্মবদি ঐখোয়গী লোলগী অর্থ খবতস্ হেনগংলমগনি। অতুমকপু ঐখোয়না অমা অনিদং হাপ্পা ভমরা য়েংসি। 'মহ'গী স্ত্রিলিঙ্গদা 'মহা'নি। মহ—যজ্ঞ, তেজ:, উৎসব, পূজাই, পুজনীয়নি; মহ হায়বগনা পূজা তৌববু খংনৈ। মহাঘোর—য়াম্না অকিবগী মশক ওহুবা, মহা কলরব—অকিবা ফংনা নিনখোংবা, মহাপাতকী—পাপ য়াম্না চেনবা মী, মহাপাপ—অচৌবা পাপ, মহাপাপী—পাপ য়াম্না চেনবা মী, মহাপ্রলয়—পূম্নমক মাংবা প্রলয় অসিনচিংবা। মাখোয় অসি গ্রন্থকারনা হায়বা ফত্তবা 'মহা' ওইবা য়াবগনি।

মহারাস কংলবা মতুংদা ভাগ্যচন্দ্রনা "নিংথৌ সমপতি কংলকলে" হায়না ইরগ। "মীতৈ পোইবৈ লমদম অসিগী নিংথৌরেল খিবিকী মকোক থংনা নিংথৌ ওইবিদুন, লৈবাক্কী মপু ওইবীরো ঐদি ইবুংঙোগী সেবা তৌজবা মী অমা ওইনা লৈজগে" হায়না চথরি। ভাগ্যচন্দ্রনা লৈপাক কংথোকপগী ৱা লৌথংত্রিঙৈগী মমাংদা ৱাফম অমা হান্না নৈননিংই। মণিপুরদা নিংথৌরেল কয়া মতম অতুদা লৈরম্বগে হায়বা অসিমতং গ্রন্থকারনা নমশিন্দুনা থমখ্রে। লৈপাক কয়ামুক্কী মথক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানবা নিংথৌরেলনি। অদুগুম্বা নিংথৌরেল কয়া মণিপুরদা মতম অদুদা পাল্লমদুনা 'নিংথৌরেল খিবিকী মকোক থংনা' হায়বা লোল শিজিন্নরিবনো ভাব তাবা ওমদ্রে। মকম অসিদা মাহাক্ক 'নিংথৌরেল খিবিকী' হায়রিবা পৃথিবীদা পানবা মতম অদুগী 'নিংথৌরেল খিবিকী' ৱা নত্তে, 'মীতৈ পোইবৈ লমদম অসিগী' নি। অখ বা গ্রন্থকারস্মু তুমিন লৈথোকখ্রে। অদুগী মথক্তা ভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌরেল অতৈগী সম্পতি কংথোকপা কয়ম্বা শক্তিনা ওমখিদগেস্মু তাকতে। হায়বিবা শাদুনা হাইহৎপা হায়বদু অসিগুম্বা অমিনি।

হৌজিক ঐখোয় সম্পতি কথোকপগী ৱা নৈনরসি। গ্রন্থকারনা হায়রিবনা রাস কংলবা মতুংদা লৈপাক কথোকপনি হায়রি— নিংথৌ ওইদুনা নে-তান পাল্লবদা কৎপা তারে। হায়বদি শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী নিংথৌ খুবমদা চঙ্কিন্দুনা কুইনা মুংঙাইনা পাল্লবা রাসনচিংবস্মু নিংবা থুংনা কংলবা মতুংদা ইনা জ্ঞান তানা ৱাখল মও, তরা খল্লগা সম্পতি কথোকপগী ৱা ওইনা চথরি। ঐখোয়না তোয়না উখ্রে গ্রন্থকারগী ৱা মান্নবা, ফজনবা অনিংবা থুংনবা ইতিহাসকী মপানদা ইবা ময়াম থেংনবক্লে—অতৈস্মু লাকখিনি। অদুনা পাক থজবা য়াদ্রি। মাহাক্কী মোং, ৱাফম

অসিগী ১রমদা হরম্বা নাইসিকশিংগা মান্নদে। অগ্নিবা লাইরিক মীনা লৌনরিবা অহু ঐখোয়স্তু হুন্দোকপা য়াদে। 'শামু ফাব,' শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ' অনি অসি হান্না অমুক্তং য়েংথিসি, শামু ফাবগী মতুং ইন্নবদি শামু ফারদুনা তেথাওদা য়েক্রতিংথং, অকি অথং লৈতনা লৈবিরঁভদ। শ্রীগোবিন্দনা মংদা লেংঙদুনা নরৈবাক হুন্দোদুনা নংদি সিদা মুংঙইনা লৈথোক্লে। অরাদা করিগী নরৈবাক হুন্দোক্লম্বগে মাংফদব। নরৈবাকনে হায়না, তাকপিরগা "চিংঙু ঐবুহুম মর্ত্তি ইহকশাংদ্রু শংশানা লিংঙং-ও। পোইরৈ সনা নরৈবাকপু শেমল্লুবসে" হায়না মনাইবু হৌরৈ হায়না শামু ফাবদা ই। ইবুঙঙোনা নোঙিগদবা মেক উবদা ওহাক্তদি লেপপিখো হায়না কপ্তুনা হায়বকই "মইবেন ঐনা অতি নোংথিল মাইদনা নিংজববু থুংলে। পোইরৈ ঐগী সনা লৈপাক অসিব চীংঙু সনা নখোংথাদা কৎচবগে" হায়খি। ইবুঙঙোদি র মখা তা-নবা ফাওবা লেংশিল্ল-ম্নীদি লাইবিক অসিনা পংলে। শ্রীগোবিন্দ নিরূপণদনা শামু কাগদৌবগী অতিং চুপ্পা, এতংলৈদুনা শ্রীগোবিন্দবু শোল্লি। ইবুঙঙোনা মংদা লেংলব্লবদা মনাইনা "ইবুঙো নংনা মণিপুর নিংথৌ অনুক্তা ওইদি-ও ননাই ঐনা ইবুংঙে নংগী ভাগ্যগী অমুক্তা ওইজগে হাইজববদা ফরে ঐগী মূর্ত্তি য়েংহৌরো নংগী লৈপাক্তা পাল্লরবদা নংগী কাইনা হাইবা চীং অতুদা থৈবে। ওইনা হৌরমগে নং ঐগী মূর্ত্তি শাও" হায়রম্লগা ইবুংঙো লেংখি।

মথক্কী অসিদগী ঐখোয়না থংবা ওম্মী শ্রীগোবিন্দদা ভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ খুবম কৎথোকপা তেপ্পদুনা অহানবগী ঐখোয়না লৌখৎখিবা অসিদা 'কৎচরগে' হায়বসি ইবুঙঙোনা লেংখিবদা পম্বরমদ্রে হায়বতনি—'কৎচরগে'—কৎলবগুম্বনি। ইবুঙঙোনা লেংখিবন হা লোইশিন্দবগী ফীবমতনি। ভাগ্যচন্দ্রগীদি লেপখ্রে। অনিশুবগী

অসিদদি কৎথ্রবনি, ইবুঙঙোনস্থু য় শিথ্রদনি। অতুনা য়া লোই-নরবনি। অহানবগী ক'চরগে হায়বসিগী মতাংদা লমলাংতোং (লম্মাংদোং) তারগা [ তেখাওদগী সাকপা চীং লম্বীদা লম্যাংদোংনা লম্বী ওইরম্মী ] মনাইশিংগা প্রেম তৌনবা মতাংদা মনাইশিংবু কপ্লগনো হায়না থেমজিল্লগা রাজর্ষিনা লৈপাক্তা হায়খি —"হাত্তক লাংওন অসিদদি লাইরেন কে'রো ননোংথৌ ঐনা পোইরে লৈপাকপু ঙাককরোই-এ। কেরো নোংমাপা ঈশ্বর মপুরেননা শ্রীজি থোইখোইবা ননিংথৌ সনা পল্লু ওইরস্লুনো। লাইরেন ঐনা নিংলিবা অসিদবু নখোয় পূম্নমকস্লুং নিবি-ও"—ঐ লৈপাক ঙাক্লরোই ইবুঙঙো নখোয়গী নিংথৌ ওইরসনু হায়বা অসিনা নিংথৌনা লেপ্লক্লবা, কৎথ্রবা ওইতুনা 'সেবা পল্লু ওইরস্লুনো' হায়বনি। প্রজাবুস্থু মবুঙঙোনা লৈথোকখিদনবা নিবিয়ু হায়খিবনি। শ্রীরাহেংরম য়ুমজাও সিংহনস্থু 'সাহিত্য ঈচেল'গী আপঈ ১৯৫১ গী চেফোংদা ইরম্মী—মণিপুরগী জয়সিংহস্থু ঐনা মণিপুরগী নিংথৌ হঞ্জিন্দুনা ওইরুরবদি মণিপুর নিংথৌগী হৌনবী নব ছত্র শেকপিন মথোল মাপন শুবা অহুদি খাল্লরোই। মসিগা লোইননা শ্রীগোবিন্দদা মণিপুর রাজ্য কৎথেত্তুনা। ঐনা অমস্থুং ঐগী খারানা শ্রীগোবিন্দগীদমক লৈবাক ঙাকপা হায়বদু ওইজরগে অসি হায়না রাশত্তুনা মহাকতগী হৌনা মাগী খারা মথং মথং নিংথৌ ওইরক-পাশিং অমতস্থু শেকপিন মথোল মাপল খানখিবা য়াওখিদে তরেংকী মথৈদি খানখি।" অসিদগী খংবনা মীগী মখুৎতা লৈরিবা মহাক্লা হঞ্জিনবা ওমগনি ডম্মোই খংদ্রিডৈ ওইতুনা তং তাবা রা ওইনা হায়দবদনি কৎপদি লোইথ্রে। অতুনা রাস কৎপা লোইরপা মীগী মমাংদা উৎপগী মওংদা চে চে শংতুনা, কোই নান্দুনা কৎপগী রা নত্তে। ভক্তনা মবুঙঙোগী মমাংদা অচৌবা ওইতুনা প্যাস্নিংবা হৌনদে অমস্লুং নুমিৎ খুদিংগী থবক্তস্থু মবুঙঙোগী মনাই ওইতুনা

লৈজনিংবা হৌনশানি। অদুগী মথক্তা কংথ্রবা পোৎ অমনবা অমুক হন্না থংপান্দু তাগদৌরি। য়ামদ্রবদা কংকে হায়বগী থাখল কুইরক্লবনি— কংখিবগী থা থমখিসি।—অদুগুম্বা খুবম অছুবু মাহাক্না অহুম শিজিন্নহুনা লৈথোক্লবদি ঈশ্বরদা মিনম্মে থংবা য়াজর্ষিনি। অহুনা মাহাক্না শৌনিংবা পুম্বা তৌবা লোইরগা তৌনিংবগুম তৌনিংদবগুম তৌবগী মওং ওইহনগদবা নত্তে। পুম্নমা শুপচিল্লগা —রাস লেহৈরগা নিংথৌ খুবম ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দদা কংথোকই গ্রন্থক রনা হায়বিব, থবিগুম্বা থাজবা য়াবা রা (authority) য়াওবা নত্তে। অদুন ফজনবা ভাবনা শাদুনা হায়জিনবনি হায়দবা য়াদ্রবনি। মাহাক্না মহাক্কী হন্দক্কী মতম ২৯ শুবসি 'বেদগী অমস্তুং চংনবী মোতংগী মতুং ইনবনি উৎলি। বেদদা থাফম অসিগী মোতং শাকদে, য়াওনবগী মরম অমতস্সু লৈতে। লৈপাক কংপা নিংথৌ খুবম কংপা—মাসিগী 'চংনবী মোত' লৈবা হৌনদে। ...ব কবি থরা পান-চিল্লগা মীন কিনবা ...তায় হায়বনি। কিনবা ... ফংডোই।

ইবেম্মা রাসেশ্বরী নিরূপণগী থা ভাক্তাক অমুক নৈনরসি। "মৈদিংগু ভাগ্যচন্দ্রনা ইবংঙো মতোমতা লৈন্না মুক্তি অছু কুংঙাই-তহুনা রাধাগী মুক্তি অমা শাগে নিংলে"—তাবদা কুংঙাইখিদ্রবা থা অসি গ্রন্থকারনা ভাগ্যচন্দ্রদা থোনজিল্লি। ... শিংবদসু, ভক্তি প্রেমদস্সু" জ্ঞান চৈরোইনবা পণ্ডিত থুপা থোকপা বৈষ্ণব লাইপোক সংসংবা "মথৌনাদস্সু" লাইক্তা ঈরেল পুংদ্র ইভা লৌথোং মকম মনিংবা, চীংলেন পল্লংলা অরাংবব্ লরাই মুকোক্ত পুংকুম ম'নিংবা" থুপানি। অদুগুম্বা থুপা অতাংবা অহুনা ইবংঙো মতোমতা লৈবা কুংঙাইতবগী ওইনা ইবেম্মগী মূর্ত্তি নিরূপণগী থখল তৌবা হৌনদে। থাস কংকে নিহুনা কংপনি, কুম্মৈ তৌবা নত্তে।

রাসেশ্বরী য়াওদনা, রাধা য়াওদনা, হলাদিনী শক্তি য়াওদনা, মহাভাব স্বরূপিনী য়াওদনা রাস ওইবা য়দে হায়বসিবু ভাগ্যচন্দ্রদা মবুঙঙোন্না হাকথেংননা সেম্না মাইগী লেইনরবপা রাজর্ষিদা কনানা অমুক তম্বিগদগে? রাসেশ্বরী রাধা যাওরবতদা ইবুঙঙোনা মদন মোহন ওইবনি—"রাধা সঙ্গেষদা ভাতি-তদা মদন মোহন।" হায়বসিবু ভাগ্যচন্দ্রনা খংলংদে লৌরসরা? ঙসাই মখন্তা 'রাস'গী মমিং 'রাস' কংনবা থোনবিবা অতুপুম্বা অমুক পুরকপা রাকমনি। ঙাহাক অমুক পংহন, ঙাহাক অমুক শিংহন তৌদুনা ভাগ্যচন্দ্রবু গ্রন্থকারনা চিংদুনা পুরা লাক্লবা, অঙাংবা শেম্বা য়াবা মীদি মাহাক নত্তে। পৃথিবীনা অদুম্না তোংনবা মীবুদুম নোঙ্কনি। ঠাকুর মহাশয়গী শাইংগনি হায়রিবা ভাগ্যচন্দ্র মবুঙঙোনা অরুবা মথৌ শিন্নদুন, মণিপুরদা থারকপ, মাহাক্না ইবেম্মা য়াওদনা ইবুঙঙোদা করম্না লাংকনি করম্না রাস কংকনি! শ্রীকৃষ্ণ হায়বসি ইবুঙঙো ইবেম্মা অনিমক পুল্লি খংবা রাজর্ষিনা করম্না মবুঙঙোনা কয়া কুইন, লাংকনি, কয় কুইনা পেনগনি।

শ্রীগোবিন্দ নির্মাণ তৌবা মতমদা মণিপুরদা কুমদা লংনরম্বা মতমনি। মতম চারক্লবদা দরশন পীদুনা শ্রীগোবিন্দগা মনাইগা লেইনরকপস্সু-ঐবু নির্মাণ তৌ হায়বগী য়াদনি—থোইনা শাংথনক্লবা য়া নত্তে। মতম অদুদা চংনরম্বগা শ্রীগোবিন্দনা তাকপিরম্বগা অনি অদুনা অহ নবা ভাগ্যচন্দ্রগী মথৌ—শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ থক্তনি—মনাই পাংচহনবদু য়েকশিলহল্লকপা মবুঙঙোগী মূর্ত্তি থুনা অবির্ভাব ওইনবা তোংনবা মাহাক্কী অহাননা মথৌনি। মাহাক্কী মতমদগীদা রাধাকৃষ্ণ যুগল মূর্ত্তি লাংপা মণিপুরদা হৌখি। ন-মতা লাংপগী য়া ঐখোয়না হায়রিবা অসি ভাবনা শাবা নত্তে। গরীবনেরাজগী মতম ফাওবা কৃষ্ণতা লাংলম্বগী প্রমাণ লৈ।

শকাব্দ ১৮২৭ কী ফাইরেন থাদা নিংথেম পুখ্রিগী ময়ুর মখোংদা। লৈরম্বা মূর্ত্তি মঙাগী মনুংদা। কৃষ্ণগী মূর্ত্তিদ ময়া ওরম্মী রাধাগী য়াওরমদে —গঙ্গাগীদি য়াওরম্মী। কুন্থাবগী রানি ঐখোয়গী রা নত্তে। মানিনা না-মত্তা লাংপা। ৎংনবম্মী তাকই। গরীবনেরাজ কৃষ্ণ নিংবা তোক্লুনা রাম উপাসক = রামনিংবা ওইথি। গৌড়িয়া ধর্ম্ম পানতুনা মণিপুরদা ভাগ্যচন্দ্রনা মায় ওনশিনখ্রবদা ইবেম্মগী রাথল অতুম লাকচবনি। ইবেম্মগী রাথল য়াওদনা রাস কংকে করম্না খনগনি লেপকনি। শ্রীরাস পঞ্চাধ্যায়গী অহানবা অধ্যায়গী অহানবা শ্লোক অসিংক্না অতুম তাক্লে।

**শ্রীশুক উবাচ। ভগবান পি তা রাত্রী:**
**শরদোৎফুল্লমল্লিকা:।**
**বীক্ষরন্তুং মনশ্চক্রে যোগমায়ামুপাশ্রিত: ॥ ১ ॥**

"শ্রীশুকদেবনা হাঙ্গি,—ভগবানসু শরৎ ঋতু ওইরতুনা মাল্লি-কানাচিংবা লৈ পুয়নকনা সাংপা অহিং ময়াম উবতুনা যোগমায়াদা থোইদোক্না চংতুনা রাস সান্নগে হাঙ্গনা নিংথি। ১।" [পণ্ডিতরাজ] ইবুঙভোগী বেনু গীত তাবদা চেল্লকপী গোপীশিংনি—ইবুঙভোগী রাসগী খোংলোয় ওইনা চেল্লকপীশিংনি—মতুগী মনুংদা ইবেম্মসু লেংঙকপীনি। রাসদা চংদবা যাদ্রবী হলাদিনী শক্তি মহাভাব স্বরূপিনী অমসুং মাহাক্কী অংশনচিংবী গোপী য়াওদনা রাস য় দে। মাখোয়গা শান্নবগীদমক রাস শান্ননিংখবনি অতুগীদমক 'যোগমায়াদা থোইদোক্না' চংখিবনি। অদুনা ইবেম্মা মশানা আবির্ভাব ওইদবা য়াদ্রবনি। অমতংতগা য়েংথিসি—

কা কৃষ্ণস্য প্রণয়জনিভূ: শ্রীমতী রাধিকৈকা কাস্য প্রেয়স্য নুপম গুণা রাধিকৈকান চান্যা। জৈক্ষ্যংকেশে দৃশিতরলতা নিষ্ঠুরত্বং

কুচের্ঈস্যা: বাঞ্ছাপূর্ত্তৌ প্রভবন্তি হরে রাধিকৈকান চ্যান্যা॥
শ্রীগোবিন্দ লীলা মৃত।
—কৃষ্ণগী প্রেমগী হৌরকফম কনানো?
শ্রীমতী রাধিকা মতোমতনি।
মাহাক্কী চান্নবীনা কনানো?
মাগী মগুণগী চাংদমনিংঙাই লৈত্রবী রাধিকানি—তত্তোপ্পা কনস্থ নত্তে। মাগী শমদা অখোইবা ওইবা, মিৎয়েংদা তথকপা অমম্মুং থবাক্তা অকনবনা শ্রীকৃষ্ণগী থম্মোইগী অনিংবা পূন্নমক থুংহনবা রাধিকাতনা ঙম্মী, অতৈ কনানস্থ ঙমদে। শ্লোক অসি রাসদা থিই—ইবেম্মগী রাখল স্নাওদনা রাস শান্নবগী রা শুক্য় য়াদবা অসিননি। ইবুঙঙো মতোমতা তরক তরক লৈবগী রা গ্রন্থকারনা য়াম্না ইবুঙঙোগী খনবিবগী রানি। খনখ্রিগনা হেন্না করমগনি। অস্থুম্না ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দগা নির্পণ মথং মথং তৌবা বিগ্রহ পূন্নমক না-ম ঙাক্কনি। মথং মথং যুগল মূর্ত্তি ওইথিবনি। এখোয়না কাউরোইদবদি—মনাইগী য়াম্না চি-রবা মতমদা দরশন পীবিথিবা-নরেবাক্তা "ইহকশাংবু শংশংনা লিংখৎ-ও" ত কপিরম্বা অদুনা হান্না পায়খৎলুবগী রাতনি।

ইবেম্মা কয় কোন্না নির্পণ তৌবগে হায়বসি খুম্বা লুনা থোকই শ্রীগোবিন্দ নিরূপণগী মতুং ইল্লবদি মীশক্তং থায়দেক্করগা অদু নির্পণ তৌমিন্নবা স্নাওরি। গ্রন্থকারনস্থ করম্বা নতমদা তৌবগে তাকত্রে। শ্রীগোবিন্দদা মীন্নুংশি উৎলগা তোকখ্রে। কান্নগদবা অদুনা পংশিন্নখ্রে। শ্রীগোবিন্দ মতোমতা লৈবা য়েংবা নুংঙাইতদুনা ইবেম্মা, লিংখৎনবা লাকনৈ হায়বা অসিনা মতম পুথোকপা য়াবা রা নত্তে। মাসিদি হনুবী মতৈমনাও পান থাবগী রারিগুম্বনি। অসোমদা নৈনরুবনদি ওইজনিংঙাই লৈবরোই। অদুনা লাইরিক-শিংগী রা অমুক্তং য়েংসি।—'শামু ফাব'না "তুবী ফমদৌ মঙাইরোই

শাইবেন নিংথৌ মহিশাং লেংগা তিন ব্রাহ্মণ পণ্ডিত লাকলৌ শিল্পা চৌঙ্ মূর্ত্তি মহাকশাংবু শংশং লিংথংলে। থোইমোম কোবি প ম্বোম থোং ‥ ‥ সনা খুচি পাল্লেহৌ সনারিকনা ভাঙ্গে ই হুকনা চিংঙ্ মতৈ মনাগুব্ চোইনৌ সনা ফাক্তেকথক নিংথিবা সনাগী সিংহাসনদা জীবন্যাস তৌনা লাই শেংলবদা অধর মুরলী মতৌ উববদা শাইবেন মৈদিংঙ্ শ্রীশ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহারাজ লোইনাই কৌবা চৌংথং খোম্বনা পাম্বোম থম্বৌ লৈরাযোনগুম্বা অনিমকপু থাঙ্গৎনা জগে ই লেপবৌ শাবে” হায়।  অসিদগী ইবুঙঙো ইবেম্মা বগা হান্নবগে হায়না ও দ্রে। জীবন্যাসতি পুন্ন তৌমিন্নরে হায়রি। অসিদগী উপদি পুন্ন নত্রগা ইবানে বান্নদনা নির্পণ তৌবা গুইনা উবে। ‘শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ’ না হায়বা অমুক যেংসি।—“মৈদিংঙ্ চৌংথ খোম্বা মহারাজনা সনা যথং ভাকপীবা মতুং ইন্না রাখৈ পাণ্ডিত গে পিবাম সিংহ পাংচহনবনা শ্রীগোবিন্দ মূর্ত্তি শাই-এ। বাসেশ্বগী নিরূপণ তৌবদি ক্ষেত্র প নেম, নন্দসিং কোনসবা, চক্রপানি কোনসবা, অনিন্দ্রাম কোনসবা, খেলেম্বা কোনসবা, হাওজৌ কোনসবা, শমুবোক কোনসবা যোইমা তবেং অসিনা শাইএ”। অসিদগী ইবুঙঙো ইবেম্মাগী আবির্ভাবতা লাপ্পবা লাম্বা ব্রারে। ইনরুপ্রনা উবে। অহুনা অমত, তবক তরফ লৈবা লুংঙাই তহুনা ‘শাবা’ গী ব্রা অসিমদি গুইদবা, হায়হৈদবা ব্রানি। লাইবিক অনি অসিদা করিংত পন্দে। থৌগললোল কায়বা ব্র হৈ শিজিন্নবা অশিনতুম হেন্না ইকাই। শ্রীমতী রাধাগী ব্রাখল হৈবে লৈরমদবা ১তম নত্তে। ময়াম্বুং ইবুঙঙো গৌবশ্যাম্না লিংথংলম্বা বিগ্রহ শ্রীরাধারমণ কৌই। শ্রীগোবিন্দ নির্পণ তৌরবদা বৃন্দাবন্দা লেংশিনখি। ইবুঙঙে গী ‘নাম’ অসিনা ইবেম্মগী ভাব লৈরমদবা নত্তে থ হল্লি। মণিপুরদা গৌড়িয়া চংপা কাংবু গৌবশ্যাম্না পান্দ্রিবৈদেগী কন্ন লৈরে হায়বগী ব্রা কুম্বানদা যাওরি।

ভাগ্যচন্দ্রনা নিরূপণ তৌরম্বা বিগ্রহগী মশিং গ্রন্থকারনা মতাং অসি ফাওবা লেপত্রি। মথংগী মতাংদদি লেপ্লগুম তৌরে। মতাং অসিদদি ৭ (তরেৎ) তা ময়িখৎলি, মথংগী মতাংদদি ৮ (নিপান) শুরগনি। ইখৎনিংবা পূম্নমক ইখৎলবা মতাং অদুদা নৈনবনা খবা শেংলগনি। রাধা নির্পণগী মরমদা ঐখোয়গী রা মথক্তা লৈখ্রে। থৈবোং অমতদগী শ্রীমতী রাধাগা শ্রীঅনু প্রভুগা আবির্ভাব ওই হায়বগী মতাংদা—"থৈবোং অমা য়ান্দুনা পুরকলে লাই শাবা কালিকোরদা পিরে কালিকোরনা মতুপ অনি ককলে সনা পুকনিং তারতুনা হায়রকই মতুপ অনিমক লাই শারে। লাই অমনা গৌর-ভক্তিগী লমজিংবা ওইনা শারো অমনা রাধাগী মূর্ত্তি সারে।" —হায়না ইরি। 'গৌরভাক্তগী লমজিংব।' অসি ময়াম তান্নতুনা অনুপ্রভু থোল্লে। অনুপ্রভুবু গৌরভক্তিগী লমজিংবা হায়বগী অথ গ্রন্থকারনা করি হায়গে নিংবা ওইরিগদগে? অনুপ্রভু গৌরাঙ্গ নত্র।? মান্নি, গৌরাঙ্গমকনি। গৌরাঙ্গনা গৌরাঙ্গ ভক্তি—গৌরভক্তিগী করম্না লমজিংহনগদৌরিবনো? য়াম্না নুপ্রবা, রাংগ্রবা তত্ত্ব ওইতুনা ঐখোয়না ভাব তাদ্রবরা নত্রগা থোকউ থোকউবা অকাবা বাহৈ চিথহৌগনি হায়তুনা হোৎনবয়া মফম খংবা ঐখোয়গী শক্তি নত্রে। মখাদনা ঐখোয়দা "ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা জগোল হায়বদি পুন্না লৈবা হায়বনি" তাকলি। অতুদা বানানতগা 'যুগল' ওইহল্লম্লবদি অচুম্বা বানান য়াওনা খংতুনা খরা হেন্না কান্নরমগনি।

গ্রন্থকারনা ফিজেৎ লৈতেংগী রা কাউথে কখিবা ফনা কুইথ্রে। অতুবু ঐখোয়সু মীগী মতুং ইন্দুনা চৎপনিনা অদোমদা চংশিনবা শুমদ্রি। খরা ইনখিবা তারি। মথং অসিদা মুপীবু সংকীর্ত্তন শকহল্লিংবগী ইরাং অমা গ্রন্থকারনা তৌরকলি। খুৎলাইনা সিজ লাইরোইবীনা ওইগদৌরি। নির্পণ মতুংদা অনুপ্রভু নবদ্বীপ তান্না

লেংশিনহনখ্রে অমসুং মফম অতুদা সেবা কর্তা শাগৈনা তৌখ্রে —লাইহরিক নৈনরিবা অসিনা হায়বনি। সিজনা নবদ্বীপ য়োত্রিবৈডা শকহৌদবা য়াদবা সংকীর্তননি। মপাবুংদা হঙ্গৎলে—য়াবিরে। সিজনা লুচিংতুনা নুপী পালা লিংঙে—লাইহরিক অসিগী ৱানি। "মতুদা কোর্তান পায়তুনা অনৌবা তিংবা পুং [ অনৌবা তিংবা নত্তে, অনৌবা শাবা হায়গদবনি—'তিংবা' দি পুং শাবগী থবক মচেং অমনি। ময়াসি গ্রন্থকারনা হায়জবগী মতুং ইন্ননি ] য়ৈতুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী রসবু শোনজে" ( ব্রেকেট ঐগীনি )—মুংশিগ্রবা, প্রেম্না থল্লবা ৱাবিনি। অতুদা মওংতবু অমবোমদা চৎখ্রে। গ্রন্থকাবনা মুপীন কোর্তান পায়তুনা সিজবু লুচিংহন্দুনা শকথি হার্যবিবা ঈশৈ 'রাসেশ্বরী পালা' কৌই—গ্রন্থকারনদি তাকথোকত্রে। কর্তা শাগৈগী নুপীশিংনা হৌজিক ফাওবা শক্লি। কর্তাগী ধারা নত্রবদি রাসেশ্বরী পালা য়াওবা য়াদে। মরন্নাই নুপী ঙাক্তগী পালা অমনা কোতান পায়তুনা চোলোম তৌতুনা শকপা নত্তে। নুপানা শকপা পালা অমগী মরক্তা কোর্তান খিংতুনা ঙাহাক্তং শকপনি। ঙাহাকসু হৌগংলি—চৎপা চোলোমনচিংবা তৌদে। জগোই ঙাহাকসু শাই—কোর্তান থমতুনা শাবনি। বিজয়সু নুপানা অতুম তৌই। ভাগ্যচন্দ্রগুম্বা নুপানা নুপীবু নট সংকীর্তন শকহল্লম্বা হৌনদে। তৌহৈদবা থবক শ্রীগোবিন্দ সেবাদা মাঙোন্দগী লাকপগী ৱাখল থল্লুবা অখনবগী অপরাধা ( মরাল ) ওইগনি। কর্ত শাগৈ কর্তাদগী হৌগদবনি। মাহাক্না পানবা মতমদা পালা অমা থোক্লনবা শাগৈ নুপী য়াওবা য়াবা কয়া শুরতুনা পালা অমা থোক্না শক্লিংঙাই লৈরগদগে? লৈরোই—লৈনিংঙাই লৈবোই। অতুনা গ্রন্থকারনা পালাগী মমিং পল্লমদে—পুন্নমক্না খংবা মমিং শুপ্নমদা থনম্মাই। ইরিবা খুৎয়ি অসি নুপীনা নট পালা শকপা য়াই ভাগ্যচন্দ্র হাক্তত্তগী তৌরক্লবনি হায়রগা কনশিল্লবা হোৎনবা ওইগনি।

মথক্কী গ্রন্থকারনা পাম্জবা মানবা মওংগী ঈশৈ অসি অঙ্কক্সু কনশিন্নবা "নাম শোনজবা লোইরবা মতুংগী মতম অমদা শিজ নবদ্বীপ্তা চৎলগে নিংঙে" হায়না ইথররকই। মাসিবু মৎক্কী নুপীনা নট সংকীর্ত্তন তৌবগী ৱা থর। নৈনখিবা অতুগা শমজিল্লবদি —মতু দা তান চাবা কান্দা নুপীনা নট সংকীর্ত্তন শরুচবা যানবা শিনবা লোইরবা মতুংদা শিজবু নবদ্বীপ চৎপা য়াবে—চৎলগে নিংহনবা মাল্লি। অমুক্কসু য়েংসি—গৌড়িয় বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী তীর্থ মফম ওইবিবা নবদ্বীপ্তুদি নাম শোনবা য় দ্রবগুম মাহাকপু মণিপুরদা নাম শোন্দোকহল্লম্মী। মফম অতুদা 'ব.স' তৌরুবগদবা সিজনি —মণিপুরদা নাম লোইনবা শোন্দে রুল্লবনিনা নবদ্বীপ্পা শোল্লুদবা তারি। অতুনা অর্থ লৈনা শৌগৎনিংবা মওং শৌগৎপা য়ানবা জ্ঞান তানা তোৎনবনি। মরু ওইবা অনুগ্রভু কনানা লেংশিনখি —মাসিমদি শুপ্পন পন্দ্রে। করিগী গ্রন্থকারনা পল্লমদবনো মাতুমসু থংদ্রে। সিজনা লেংশিনখিবদি লাইরিক অসিগী মোন্তুদি নত্রে। ইবুঙঙোন নবদ্বীপ য়ৌথ্রবা কাহনথংদা নাম শোন্দোকহল্লগা নিংঙম্মত্তুনা নত্রগা পুম্বিং হুংশিরক্তুনা চৎখিবা সিজ ওইকহিই। ঐখোয়না তাবা ৱারিদনা সিজ মশামক্না লেংশিনখিবনি হায়। ওইবা য়াবগী ৱাসু লৈ। মরমদি কর্ত্তাগী মজা ইবুঙঙোশিং অমসুং মাখোযগী মচাশিং কনানসু অনুপ্রভু সেবা চৎখিদে অমসুং তৌকদে। "কর্ত্তা শ গৈনা নবদ্বীপতা সেবা চংখরে" হায়রিবা অসি সেবা চৎনবা কর্ত্তাগী মচা মশুশিং নত্তনা মতম অম্ভুদা মাহাক্কী থারা কনাস্ক লৈত্রি—লৈবা য়াদ্রি। অতুনা সিজ মশামক্না বিগ্রহ অসি লেংশিন-রগা সেবা চৎলুবা য়াম্না চুস্না ওইগনি। গ্রন্থকারগী ওপ্পম অসি চুমগনি নিংদে। চুস্বগী প্রমাণসু ফংদে।

শিজনা নবদ্বীপ চৎলগে লেপ্পগী মরম গ্রন্থকারনা পীরিবসি অমরোমদা য়াম্না ৱাংথ্রবা, মীনুংশি থংঙ্খবা থম্মোইগী ৱা ওইনা

উংখৈ, অমরোংদন। কলক মীহৌবগী মওং ওইনা য়েকই। লোন্দাদি—রাধাগা অনুপ্রভুগা উ অমতদা লৈমিন্নরম্বনি, রাধাবুদি রাসেশ্বরী কৌতুনা শ্রীগোবিন্দগী নাক্তা লেংশিনথ্রে। অনুপ্রভুদি মতোংনতা তরক তরক কনা লৈজদনা লৈহৌরে। রথল অসি শিজরু থগহন্দুনা মাহাক্কী রাংথ্রবা মীহুংশি থিংবা ঙমদ্রবা ঈচেল ওইনা চেন্থহল্লকই। রাংথ্রবা মীহুংশিনি লাইর চুথ, অশোন অনা মবায়বক যিবাশিংদা নত্তে 'স্বয়ং চৈতন্য প্রভু'দনি—ঐখোয় পুম্নমকপু শানাবগে অবতার তৌবিবা ইবুঙঙো মাহাক্কী কনা লৈজদবদা সিজনা তাংলা ফোংদোকপনি। কয়া রাংথ্র। মীহুংশিনো। মাসিগী থবক লোইরম লোইফাত্রিবৈংদা "লাকপনা তনি লাকমিন্নে, লৈবা মতমদনা তনাত লৈবা মরম অসিদগী রাধাগা সিজগা অনি অনিন সেবা তৌজবনিনা সিজনা অনুপ্রভু সেবা তৌকবগে থনবনি। অনি পন্না নাবচিন্নবগী ভাবতা" অস্মুম্মা হায়তুনা সিজগী কলক য়ৌথিবা রা ওইনা অমুক উংলি। মীহুংশিগী ভাব অমা গ্রন্থকারনা হাপচিল্লবা অসি লৌথোক্লগদি তীর্থদা ইবুঙঙোগী সেবা ফংজহনা পুন্সি লেল্লরগে থনখিবা সিজগী রাংথ্রবা থাক্কা ওয়াথনি। গৌরাঙ্গ কনানো, সিজগী সেবানা করিনো থংদনা, মাহাক্কী ভাবনা কাবিনে। থহনা তাইবংপাগী রাথলদা মকম মবাং থংদনা পংঙাং ঙাংবা মাল্লে। সিজগা সেবা দ শ্রীমদ্ভাগবতকী নববিধা ভক্তি (৭/৫/২৩)

— শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃ স্মরণং পাদসেবনম্।

অর্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম্॥ গী মতুং ইন্না ইবুঙঙোগী সেবাবু পামজবনি। মহাভক্তি মণিপুরগী মীবাবাইনি 'আত্মনিবেদন' মাহাক্কী মফমনি। ইবুঙঙোগী নুংঙাইবতমু থনজবী, মণাগী নুংঙাইবগী রাথল যাওদবী, ভক্ত রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতিক চাবী মজা ইবেম্মা; স্বর্গগী লাইরেম্বী মণিপুরদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণগী, রাসগী, হরিনামগী হবি ভক্তিগী মগুণ মচা তানা

উৎপদ। ভাগবত পরমার্থ সনাতন ধর্ম্ম মরা চেৎহনবদা মবা ইবুঙঙোবু তেংবাংনবা মবুঙঙোগী থৌদ। পুহুনা লাকপীনি। মাহাক্না মশাবু রাধাগী থাক্তা কদৌঙৈদস্ থাঙ্গৎলমগদবা নত্তে, মাহাক্না রাধাবু কল্লকই নিংবা, খনবা তৌহৈদ্রবা রাখলনি। মীরেন্দা অমুক হায়রসি—অনিমক্না ( রাধা, সিজনা ) অহুম সেবা তৌমিন্নবদা অকায়বা করিনো ? অনিনা তৌবা অনিনা অহুম তৌবদা অকায়বা লৈতে। ব্রজগোপী লিশিং লিশিংনা ইবুঙঙোগী সেবা ফংজখি। মরোল অহুম্না মাহাক্কী সেবা তৌজনিংই—তৌজরিবনি। রাধা হেনগৎলকপদা, ইবুঙঙোগী থা-নবা য়াত্রবা ইবেম্মা হেনগৎলকপদা সিজবু গোবিন্দ প্রেম, সেবা, নিংজবা পূম্নমক থাদোকহনগদৌদবা মরম চাদে—চাদবা নত্তে, এইথোক্তবনি। কল্লকপগী রা চংঙকফা লৈতে। লাইরমলেন্দা লৈবগুম লৈরম্বী সিজনা অচাউরম অমসুং অচৌবা অরাংবা পূম্নমক্কী রাংমদা, তীর্থদা মবুঙঙোনা অবতার তৌখিফম নবদ্বীপ্তা অনুগ্রহ সেবা চৎচহুনা হরিনামদা লুপ্তুনা লৈজনিংখিবনা মাহাক্কী, লাইরেম্বী অহুগী অযুবা রাখলনা মরমনি। অহুনা সিজবু রাধাগী থাক্তা থাঙ্গৎপা অপরাধনি, বাকাদোষনি, পাপনি।

অহুগা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুদি তিনবাঙ্গা—

শ্রীরাধায়াঃ প্রণয় মহিমা কীদৃশো বানয়ৈ বাস্বাদ্যো যেনাদ্ভুত মধুরিমা কীদৃশোবা মদীয়ঃ। সৌখ্যংচাস্যা মদনুভবতঃ কীদৃশং বেতি লোভাৎ তদ্ভাবাঢ্যঃ সমজনি শচীগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দু॥
—রাধাগী মুংশিবগী মগুণ করম তৌই, মুংশিবা অহুনা এগী অঙকপা মাধুর্য্যবু ( অথুম্বু ) মাহাক্না ( মাহাক্কী প্রেম্না/মুংশিবনা ) চুপ্পা অহুনা করম তৌই, অঙকপা অহুবু কাওহুনা ( চুপ্তুনা ) মাহাক্কী মুংঙাইবা অহুনা করম তৌই হায়বা অপাম্বা ( কল্লকপা )

অহুম অসি পাংথোক্কে নিংতুনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাভাব লৌতুনা শচীগী গর্ভ সমুদ্রদগী অবতার তৌখি—অনিংব, অহুম অসিগীদমক রাধাভাব লৌতুনা মাহাক্কী মরন্নাইগী মরল প্রেম য়েনবা শ্রীকৃষ্ণনা গৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌখি। 'নবঘন শ্যাম বর্ণ'—নৌনা কুংনা শংলবা মচু ওইবা গোপবেশ থোনবা অমুবা মচু অসিবু মহি চেনবা সনাগী মচুবু ঙমজবা অঙৌবা, অরংবা কান্তি (মঙান) না কুপ্লগা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা অবতার তৌখি। অসিগুম্বা অনিনা অমতা ওইবা মূর্ত্তি মন ই বায বামানন্দতদা উৎপিখি। অনিনা পুল্লবা ইবুঙঙোনা না-মতা তাবগী ব্রা গ্রন্থকারনা য়াম্না রানা খল্লতুনা, মতম চংনা থিরুতুনা উৎপা লাক্লরি। মচাগী মবুক মুন্না খংবা রাজর্ষিন মচ না নিংজবা থুংহনবিখি। অনুপভু কনা লৈজদনা ব্রানা লেনগনি তৌবা নত্তে। গৌবাঙ্গ রাধাভাব অমস্তুং কান্তি লৌতুনা অবতাব তৌবনি হাযবা অসিমস্তু কাপ্ররোইদবনি।

মথং অসিদা অদ্বৈত প্রভু নির্পণগী ব্রা অমুক য়েংসি। —গ্রন্থকারনা অদ্বৈত লিংখৎপা বত্তা মহারাজনা কোকপৈ কৈবা ফত্তবা ব্রাহ্মণ মচা অমা মতোমতা শিজবে হেক তাবগা থরায় মুংঙাইততুনা সিংহাসন থাদোক্লুনা চংলগে তৌবদা মং অমা তন্না মংতুনা অদ্বৈত নির্পণ তৌরমখো হাযতুনা ন্নমিৎ খরা অমুক লৈথতুনা নির্পণ তৌবম্বগী ব্রা ওইনা ইরি। অওইবদি অসি নত্তে। শামুরাইলাৎপম মচা কোকপৈ শিবগা অদ্বৈত নির্পণগা মরি অমত্তা লৈনদে। গ্রন্থকারনা ইরিবনা ভাগ্যচন্দ্রনা অরোইবা তীর্থ লেংঙম-দাইদা পরপ পরপ মং অমা মংতুনা লমজেন চেন্দুনা নিপণ তৌরম্মী ইরি। অসিদস্তু নত্তনা চীং মনাক্তা লৈফম শিলমখোস্তু মং অতুনা হায়রম্মী ইরি। অদ্বৈত নিপণ তৌনবা মং ভাগ্যচন্দ্র মংখিদে। গঙ্গা লেংঙমদাইদা লিংখৎপা বিগ্রহস্তু নত্তে। কোকপৈ শিবগা

কর্ত্তানা গঙ্গা লেংশিনবগসু য়াম্না লাপনৈ। কোকপৈ শিবনা খৃঃ ১৭২১ দনি অতুগা চীংথংখোম্বনা মহাযাত্রাগী গঙ্গা লেংখিবনা খৃঃ ১৭৯৮ দনি। ইতিহাসতা য়েংবুনা লৈবা ময়েকনি ককনিংঙই লৈতে। অতুগী মথক্তা লৈপাক্কী নিংথৌ অমনা মুংডাইত্তবা পাও অমা হেক তাবগা তৌফম, শিনদম থোকপা পূম্নমক অমত্তা তৌরমদনা, শিল্লম্বা লাংঙম্বা অমতা য়াওদনা 'হযেং' হায়তুনা গ্রন্থকারনা হায়রিবা অসিগুম্না ফূক হৌগত্তুনা চৎকনি হায়দসি থাজবা যাবা রু নত্তে। য়াম্ন ফজহন্নিংবা, ব্রহ্মণদা ইতি যাম্না লৈবা উৎনবা লাক্লবদা অঙকপা নিংথৌ অমবু অঙাওবা মালহনদনি। কোকপৈগী রারি শমপৎনা অসিনি মাহাক শামুবাইলাংপদনি। মাহাক্না নুপী অমা থাংনা যান্দুনা হাংলে—মাহাক ফনা য়েনা ফস্তবা বামোণ মচানি। হন্দক্কী মতাং অসিদা মাহাকপু মণিপুরদা থম্লনু ময়াংলোমদা (কাছাড়দা) থাজিনগ্রে হায়দুনা পুশিনখিবদা লম্বীদা মতোমতা মথরায় নুং ডাইতদুনা শিজবে। মাহাক্না শিবদা মহারাজগী মথরায় য়াম্না নুংডাইখিদে। মাসিনা মহারাজনা মতুংদা সিংহাসন থাদে ক্লিংবগী মরম অনসুনি। অতুনা মাহাক শিবগা নিংথৌ ফূক হৌগত্তুনা চৎখিবা নত্তে।

অতুগা অসিমসু য়াম্না শেংবনি—অদ্বৈত প্রভু রাজর্ষিনা তীর্থ লেংঙমদাইদা নিপণ তৌবা নত্তে; চহি তকক্কী মমাংদা নিপণ তৌবনি। ইতিহাসকী কক্পা য়াদ্রব রানি, মান্নবা লিশিনবা ...রি নত্তে। মাসিদি বেদদা য়াওগদবা নত্তে—চৎনবী মোতনা থংগদবা নত্তে। ইতিহাসনা তাককদবনি। শকাব্দ ১৭১৪ (খৃঃ ১৭৯২) ফাইরেন থাগী "৭নি লৈপাকপোকপদা অদ্বৈত প্রভুগী জীবন্যাস তৌএ" হায়না কুম্বাবনা য়াম্না শেংনা খোম্বাং রাংনা লাউরি। অতুনা মহারাজনা তীর্থ লেংগদবগী খোং থাঙ্গৎলবা

মতমদা হাথু হাথু নির্পণ তৌবা নত্তে মন্না তাক্লে। অদুমকপু গ্রন্থক বন, তকশিল্লকপা অমুক্তংদি য়েংসি—"মংলানগী রাফম অসিবু নিংশিংলগা অয়ুক্কী ছৌনবী থবককপুম্বা লোইরগা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ খুবমগা লাইশাবা কালিকর কৌছনা আদ্বৈত শাহনখি খুদক অদুদা অফবা পুংফম য়েংলগা অভিষেক তৌবগা লমাংদোংদা সেবা চৎনবা পীবিখি।" মাসিনি গ্রন্থকাবনা চেল্লিবা লমজেন। খুদক অদুদা মসংলে খুদক অদুদা হৌগৎলে খুদক অদুদা অশাবা মী কৌবগা খুদক অদুদা লোইহন্দুনা, খুদক অদুদা অভিষেক তৌদুনা, খুদক অদুদা নাম দোনদা পীখ্রবনি—কয়া যাংখ্রবা লমজেননো? গ্রন্থকারগী চৈনবী মং য়াওদবা যাদে—জীবন্যাস তৌবা নংদদুনা গ্রন্থকাবনা খনবা 'অভিষেক'না হায়া তৌদুনা পবপ পবপ নংঙৌববোই হায়দুনা লৈখিবনি—অসিনি নুংঙাইখ্রবা 'রাগিলি শিংগুল্লি' হায়বদু। বিগ্রহ অমা নির্পণ তৌবা অম্মুন্না লমজেন চেনবা যাগদবা নত্তেদংদা, গ্রন্থকারগী মতদা ওইবা যাবনি। গৌড়ীয়া ধর্মগী প্রাথমিক পোক্কবদা অদ্বৈত, নিত্যানন্দগী রাখল লাক্তবা সাদ্রপনি তদুনা মথং মথং নির্পণ তৌখিবনি। অমুম্না অন্নপ্রভুমু তৌকপ থোক্লম্বা অমগী পোৎচংনি। ভাগ্যচন্দ্রনা নির্পণ তৌরম্বা লাইমশিংগী খুরা মথংগী মতংদা লৌথৎলগনি। হন্দকী মতাং অসিগী দমক গ্রন্থকাবনা কুম্বাবা পন্দে, উৎপা ঙম্বা য়াওরবমু কুম্বাবা হিংজরৌবে তেৎচাক্তি বেদনা ফংহৌবে।

— —

## কুনমাপনশুবা মতাং

# লাই তরেৎ য়েম্লোকপা মতাং

## কুম্বাবা পুন্না

নৈনরিবা লাইরিক অসিগী 'লাই তরেৎ য়েম্লোকপা' থোনবা মতাং মশিংদনা লাই নিপান পানথংপা অসি থরা য়েৎশিন্নরে। মথক্তা নৈনহন্না লোইশিনখিবা য়াবা থরম্ মশিংদা বেড়া লৈবদগী পুন্না লোইশিন্নবা ঐখোয়না খাত্তুনা থম্লক্লে। ঙারিবমথৈ শম্না লোইশিনবা য়ানবা লাক্লসি। কুম্বাবগী মতুং ইন্না য়েনবশুম তৌরি। কুম্বাবা চিংশিনবিদবনা ফবনি।

লাইরিক অসিগী কুনহুমদোইশুবা মতাংদা মথং মনাও নাইনা বিগ্রহ মঙা (৫) গী মিং পীরি :—

১। অহানবা শাবা কৃষ্ণ মুর্ত্তি অতুনা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দজীউ থোল্লে।

২। অনিশুবা কৃষ্ণ মুর্ত্তিনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ

৩। অহুমশুবা কৃষ্ণ মুর্ত্তিনা শ্রীশ্রীগোপিনাথজীউ ( গোপীনাথ )

৪। মরিশুবা কৃষ্ণ মুর্ত্তিনা শ্রীশ্রীমদনমহোনজীউ (মদনমোহন)

৫। মঙাশুবা কৃষ্ণ মুর্ত্তিনা নিত্যাইনন্দ থোল্লে (নিত্যানন্দ)।"

কুননিপানশুবা মতাংগী 'মহা' অর্থ তৌবগী মথা রাধা নির্পণপা থংনবদা—"মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা শাবা লাই তরুক নুপাগী মুর্ত্তি। নুপী মুর্ত্তি ১নি" —অমুক পীবে। হায়রিবা মতাং অসিমক্কী লোইরমদাইদা—"মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা লাই ৭ তরেৎ রাধা থাদনা লিংখৎলি। মসিবু শাত দেবা লোই হায়না থমলক্মী"—হায়না ইরে। হন্দক্কী মতাং অসিগী অহৌবা অসিদনা :—

১। শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দজীউ ( বিজয় গোবিন্দ )
২। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ
৩। শ্রীশ্রীগোপিনাথজীউ ( গোপীনাথ )
৪। শ্রীশ্রীমদনমুহোন ( মদনমোহন )
৫। শ্রীশ্রীনিত্যাইনন্দ ( নিত্যানন্দ )
৬। শ্রীশ্রীঅনুপ্রভুজীউ
৭। শ্রীশ্রীআদ্বৈত প্রভুজীউ ( অদ্বৈত )
৮। শ্রীরাসেশ্বরি ( রাসেশ্বরী )

মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা লিংথংপা লাইরাধাগী থানা নিপান্নি" [ মথক্কী ব্রেকেটশিং ঐগীনি বানান চুমথোকপনি ]—ইরি।

ইহান হানবা ইথংলিবা বিগ্রহ (৫) অসিদা অদ্বৈত প্রভু অমসুং অনুপ্রভু য়াওদে। মঙাশুবা 'কৃষ্ণ মুর্ত্তিনা' নিত্যানন্দনিসু ইরি। অনিশুবা ইথংপদা লাই অনিসি য়াওরে। মথং মথং নির্পণ তৌবনি হায়না মথং মনাও কায়দনা গ্রন্থকারনা পীরি। রাসেশ্বরী নির্পণগী রা মথক্তা নৈনখ্রে। অহানবা ইথংপদা লাই মঙাগী অকোন অহান পীরিবা অযিবা লাইরিক্কী মতুং ইন্না চুমদে। ৪শুবা মদন মোহনজি ৫শুবা নিত্যানন্দ য়াওফম থোক্তে মরমদি ৪শুবা বিগ্রহ নির্পণ তৌদ্রি অমসুং ৫শুববু হান্না নির্পণ তৌবা রাসেশ্বরী নিপণগী রা মথক্তা নৈনখ্রে। অহানবা ইথংপদা লাই বিগ্রহ য়াওদবনিনা বিগ্রহ অসিমসু থাবা চুমদে। বিজয় গোবিন্দনা গোবিন্দদগী হান্না নির্পণ তৌই হায়বা অসিসু "শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ' মতুং ইন্নদি চুমদে। গোবিন্দ নির্পণ তৌবা লোইশংদা "উতোন অতুনা গোপীনাথ, বিজয় গোবিন্দ, আদ্বৈত, নিত্যানন্দ মরিমসু শাইএ" হায়রি। মাসিনা মকোক্না শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবা লোইরগা মতোন নৈহৌথিবা অতুনা অতৈ বিগ্রহ মরি (৪) অমু

পীরিবা মথং মনাও অহুদা তৌই তাকই। শ্রীগোবিন্দনা ভাগ্যচন্দ্রগী মরু ওইবা মথৌনি। মাতু পাংথোক্লি দৈদা অতৈন, হান্না তোংনরম-গনি হায়বা থাজবা ব্রাংলি। ব্রা অসি মথক্তসু নৈনখ্রে। গোপীনাথনা বিজয় গোবিন্দদগী হানবসু চুম্বা তাই। মরমদি মথং মনাও ইবদসু মাং থারম্মী। অদ্বৈতনা নিত্যানন্দদগী হান্না নির্পণ তৌবনি। বিগ্রহ অনি অসিগী মথক মখা 'শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ'দা ইরিবগা কুম্বাবগা চান্নে—অহুনা চুম্মী। মরম অসিনা অহানবা অনিশুবগী মথং মন ও পীরম্মীবা অসিসু চুম্বা তারে, চুমগনি। ঐখোয়না মতাং অসি হৌগৎলকপদা কুম্বাবা চিংশিন্দনবা হায়খিবা তচুম্বনি। কুম্বাবদি গ্রন্থকারনা মীনা কিনবা পনবনি, শিজিন্নবদি নত্তে। ঐ ইশাগী মোং তায়রবদি করিগুম্বদা মাহক কুম্বানা পারমগনি থাজদে; ঐখোয়না উরিবা মওং অসিদদি কুম্বাবা পাবগা মাহাক ভাব তাগনি ফাওবা থাজদে। অমনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মদনমোহনজি নির্পণ তৌরমদে। মজা ইরুংতে গম্ভীরসিংহনা তৌরম্বনি। শ্রীগোবিন্দগী সেবা হাকথেংননা ফংলুববা, বেদ, শাস্ত্র অমসুং মৈতৈ পুরাণ নিংথিনা হৈফম থোক্লবা ব্রাহ্মণ গ্রন্থকাবনি। উৎসব মেলা, সংকীর্ত্তনদা মকোক থোংনা ফম্ফম ফংইবনি। অহুনা মখাগী ঈশৈ অসি তারম্মগনি। মাসিদগী মদনমোহনজি নির্পণগী মরম লায়না খংবা য়াগনি।

### রাগ-ধানশী অরৈবী।

প্রসিদ্ধ শ্রীরাধা গোবিন্দ দেব।
ভাগ্যচন্দ্র নরপতি কৃত পদ সেব ॥
মদন মোহন গম্ভীরসিংহ জীবন।
হা হা গোপীনাথ নরসিংহ প্রানধন ॥
ব্রজেন্দ্র নন্দন চন্দ্রকীর্ত্তি প্রাণ গতি
জীবনে মরনে আর মোর পতি ॥

[ শ্রীমোহর খেম শেখসিংহ ওজা, তেরাকৈথেলনা অয়ান লান্দা যেংবিবগা ভান্নচিংবা হাপ্পিরকই। মথা খবস্পু —মখাদা শকথগদবা মতেক অমস্পু ইবিরকই। হাক্লিবকপা অতুদি হাপ চক্রে। তৌবিরকপা অসিগীদমক ওজা অসিদা তৌবিমল খংবা উৎর্চাব। ]

মথক্কী প্রার্থণা অসিদা নিংথৌ ঙরিগী সিংগা মাখোযনা নিরূপণ তৌবম্বা বিগ্রহ মখোয়গা কোননা মথং মথং তাকলি। মহারাজ নরসিংহস্সু গোপীনাথ অমা নিরূপণ তৌবম্মী। স্বর্গীয় পুস্কর মন্ত্রি (মবুথৌ মন্ত্রি) না সেম্বা চৎলম্বা হৌজিকস্সু মাহাক্কী ধারা নরসিংহ মহারাজগী শুথাংশিংনা সেম নমম অতুদা চৎলিদি হায়বরু বিগ্রহদি শ্রীগোবিন্দগী নাক্তা লেংখ্রে হায। গ্রন্থকাবদি মহৌং অসি যম্না মন্না থংলমগনি। ঈশৈ অসিগী অর্থ গ্রন্থকাবনা যুম্না খংলম্লবদি নত্রগা খংতুনা খবা খন্নরম্লবদি চিংনবা অমতস্সু যেংলমগনি নত্রগ মখোযগী চিংনবা বে ক্লবা গম্ভীরসিংহগী মদন মোহনজিগা ভাগ্যচন্দ্রগী মদন মোহনজিগা অমমম্নিতদি পল্লমগনি। অমবু ওইববস্সু অমব ওইবরস্সু ভাগ্যচন্দ্রগা মদন মোহনজিগা মরি অমতা লৈনদে হায়বা অসিদি য়াম্না চুম্লবা ইতিহাসকী ৱানি।

অনিশুবা হখৎপা মশিংগী মনুংদা ৫। নিত্যানন্দ প্রভু ৬। অন্নপ্রভু ৭। অদ্বৈত প্রভু—বিগ্রহ অহুম অসিদ নৈনগদবা নৈনাব। অন্নপ্রভু শ্রীগোবিন্দ নিরূপণনা মশিং থাবদা য়াওদে। গ্রন্থকাবনা হবুঙডো। অসিগা পুন্না নির্পণ তৌনিন্নে হায়খিবা রাসেশ্বরীদি যাওই, শামু ফাবদস্সু ইবেম্মগী রা পল্লি—অন্নপ্রভুদি পন্দে। অতুনা অনি অসি পুন্না নির্পণ তৌনিন্নে হায়বা অসিমস্সু চুমফম থোক্তে। ইবেম্মা নির্পণ মতমদা তৌনিন্নগদবদি ইবুঙডো

বিজয় গোবিন্দ অমসুং গোপীনাথগী শাগোল্লবী ইবেম্মা অময়ম শুইগনি। মরমদি শ্রীগোবিন্দগী রাসেশ্বরী নিপ'ণ তৌবা তারবদি ভাগ্যচন্দ্রনা মাহাক্তা নিপ'ণ তৌবা ইবুঙগো অনিগীসু থাক্লমফম থোক্কে। অদ্বৈত, নিত্যানন্দ শ্রীগোবিন্দ নিরূপণদা য়াওই অতুনদি ইয়াও য়াওদবা অনুপ্রভু নিপ'ণনা ইকোন কোনবা মশ না তারবনি। গ্রন্থকারনদি অনুপ্রভুগীদমক সিজবু মীতুংশি কয়া ফোংদোকহনথ্রে. অতুবু শিঙেল অরেম্বা লৈরাং অতিঙা তাদনিংঙাই লৈত্রে। মাসিগীদমক ভাগ্যচন্দ্রবু মং অমতং মংহল্লগা রাধা অমসুং অনু নিপ'ণ তৌহল্লবদি থরদি মানবা হেল্লমগনি। [সিজনা অনুপ্রভুবু 'অনু' তা হায়না কৌই হায় অমসুং মাহাক্তা অমুক য়াম্না লুনা তৌই—মানা নোংম নিনিদং চৎথোকলুরবসু হল্লক্লগা "অনু নংদি ইচা চাত্রবত্না নয়াং ইকং কংলে" হায়রেসু হায়। মাসী মতৌ শমতুনা ঐখোয়সু 'অনু' হায়না শিজিন্নবনি। সিজগী মিংগী অমসুং শাজৎ অসিনা শিজনা রাসেশ্বরীবু কলক মিহৌবগুম গ্রন্থকারনা উৎখিবা শুইবা য়াদেসু তাকই।]

গ্রন্থকারনা অদ্বৈত প্রভুবু মহারাজ চীংথংথোম্বনা অরোইবা তীর্থ 'মহাযাত্রা' গী লেংঙদাইদা হাথু হাথু নংহৌররোই হায়তুনা লমজেন চেন্দুনা নিপ'ণ তৌহনবা অতুনা অরোইবা নিপ'ণ ওইহন্দুনা অনুপ্রভুবু ইবেম্মাগা নিপ'ণ তৌমিন্নবা ওইহনখিবা অতুদগী অনুনা হান্না ইশিনবনি। নিত্যানন্দ প্রভুসু অহানবা ইখৎপা মশিংদা অদ্বৈতদগী হানবোই নিংতুনা নত্রগা হালহন্দুনা অদ্বৈতগী মথক কানা ইত্রে। অতুম অসিগী ইহান হানবা অদ্বৈতনা ইকোন কোল্লরে। মথক্তা শকাব্দ ১৭১৪ ফাইরেন "৭ নি লৈপাকপোকপদা অদ্বৈত প্রভুগী জীবন্যাস তৌএ" হায়বা ঐখোয়না পনথ্রে। শকাব্দ ১৭১৬ ফাইরেনগী "১৫ নি শগোনশেন্দা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু

লিংথংলে* হায়ব অসিমসু কুম্বাবদা ইরি। কুম্বাবদগীদি গ্রন্থকারনা হেয়া খংডোই অমসুং চুম্মোই। কুম্বাবা মতৌ মায়বা পনবা মওংতনি, মাসিদগী লোৌবা নত্রগা মাসিহ্ন পাবগী শরুকতি য়াওদে —ইশেং শেংনা তারে। নত্রগা য়াওগনদ্ববা, মীনা খংদবা কুম্বাবা পাবা ওইরিব্রা তহুদি খংদ্রে। মতুং মনাওদি অয়াওবা, মীনা খংবা কুম্বাবা হন্দুনা পাপা যগনি। অদুনা ঐখে ম্ম য়াম্ন শেংনা ভবে অদ্বৈত প্রভুনা নিত্যানন্দ প্রভুদগী চহি তনিদগী অমনা হাল্লি। থায়নসু অদ্বৈতনা নিত্যানন্দদগী হয়া আবির্ভাব ওইখি অদুগা নিত্যানন্দনসু গৌরাঙ্গন্ব হল্লি। অদুনা নির্পণ মতমদসু মথং মনাও অসি কাযফম থোক্কে। কাযবা হন্দে। বিগ্রহ তঙ্গুম তম্পিগী নির্পণ হন্দকী অসি মণিপুরদা হৌহান হানবনি। অদুনা মথং মনাও তসি কায়বা যাদ্রনি।

ঐখোয়না পনখিব লাশবিকশিংগী মরা লৌরবদি ভাগ্যচন্দ্রনা নির্পণ শৌবয়া বিগ্রহশিংগী মথং মনাও মখাদা পীরিবা অসুয়া ওহপনিঃ—

১। শ্রীশ্রীগোবিন্দজি নিংথৌ খুদিংগী নিংথৌ লইনি।

২। শ্রীশ্রীগোপিনাথজি -নিংথৌখোংদা কালারাজগী ধাবানা লাংলিই।

৩। শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দজি—অনঙ্গশাই মন্ত্রিগী বাবানা লাংলিই।

৪। শ্রীশ্রীমতী রাসেশ্বরী—শ্রীগোবিন্দজিগা ওাম্বোইরি ২শুবা, ৩শুবা মফম অনিগীসু নির্পণ শৈথি।

৫। শ্রীশ্রীঅদ্বৈতজি—লম্মাংদোংদা সেব হৌজিকসু চংলিই।

৬। শ্রীশ্রীনিত্যানন্দজি—অরাম্বম শাগৈনা সেবা চংলিই।

৭। শ্রীশ্রীঅমুপ্রভুজি—নবদ্বীপ্ত কর্তা শাগৈগী যুক্রপ অমনা লাংলিই।

রাসেশ্বরী নিরূপণগী মরমদা 'শামু ফাবা' অমসুং 'শ্রীগোবিন্দ নির্প'ণ'গী রা মথক্তা ঐখোয়না থম্লগে। ইবুঙঙোগা ইবেম্মগা ইশম শম্লনা লাইরিক অনিমক্তা উৎলি। অতুগা ইবেম্মা নিরূপণগী মম্মাংদা অদ্বৈত, নিত্যানন্দ, অনুপ্রভু "নিরূপণ তৌবা ভক্তি মার্গদা অকায়বা লৈ-রিংই। মওংশিং অসিদগী ইবেম্মা নিরূপণ লাই অহুম অসিদগী শোয়দনা হানগনি। অতুনা ইবেম্মনা মরি (৪) শুবদা ওইরগা বিগ্রহ অহুম অসিনা মথং শিংনা ৫শুবা ৬শুবা অমসুং ৭শুবা ওইগনি। রাসেশ্বরীদ নত্তনা ইবেম্মা অসি অমসু পুন্না তৌমিন্নরম-গনি হায়বা ঐখোয়না মথক্তা পনগে। মতাং অসিদা ঐখোয়না নিংশিংগদবা অমনা 'নিরূপণ'—রূপ (মশক) য়াওরবা হাপ্লবা হায়রবনি। অতুনা নিরূপণ লিংখৎপা, শাবা লোইরবনি খংনগনি। পণ্ডিতরাজনা শ্রীমদ্ভাগবতকী ব্যাখ্যাদা শ্রীগোবিন্দগী 'আবির্ভাব' হায়না শিজিন্নবা 'নিরূপণ'না ওইবা ফীবমগা অমত্তা ওইগনি। হিয়াঙ্গৈ দ্বাদশী শকাব্দ ১৬৯৮ (খৃঃ ১৭৭৬) দা ইবুঙঙো আবির্ভাব ওইরগা থা অতুগী পূর্ণিমা অতুমক্তদা হায়রবদি মরিনি শুবদা রাস কংলি হায়না পণ্ডিতরাজনা মাহাক্কী ভাগবত ব্যাখ্যাদা ইরি। রাসনা অসুম্না শান্নখ্রবদি ইবেম্মগী আবির্ভাবসু অসিদগী থিস্থহনবগী মরম উদে। [ 'নিরূপণ'গা 'নিরুপণ'গা ইয়েৎ য়েৎননা ঐখোয়না নৈনবদা ইরা ওইনা উরে। 'নিরূপণ'না নৈনজরিবা এগী বানাননি লাইরিকশিংদসু অসুম্না লৈ; 'নিরুপণ'না ছাপা তৌথোক্লবা 'শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ'গী বানাননি। অতুনা ঐখোয়না অকোনবগী অসিবু ' ' মনুংদা নম্না ই। ]

ঐখোয়না খংজবা, লাইরিক্কী ফংজবা, মশানা ওইফম থোকপা উত্তনা বিগ্রহশিংগী মথং মনাও মথক্তা পীগে। শ্রীমদন-মোহনজি ভাগ্যচন্দ্রনা নির্পণ তৌরম্বা বিগ্রহ নত্তে অতম্ম উৎগে।

ভাগ্যচন্দ্রনা লাই যেস্থোকপগী মতাংদা। ৪শুবা মদনমোহনজিগী মবমদা "কর্ত্তা শাগৈগী অহন্দা পিতুনা সেবা চংহনখি" হায়না গ্রন্থকারনা শিজিন্নরি। ঐখোয়না রাফম অসিদা হায়নিংঙিবা লাইগী রা নত্তে—লাইদি ভাগ্যচন্দ্রগী নত্তে হায়ব্রে—রাহৈশিং অসিগী অর্থগী রানি। কর্ত্তানা লিংখৎপা বিগ্রহ ঙাহাক ওইরম্লসি। বর্ত্তানা যেস্থোকপদসু য়াওহল্লসি। অতুদা কর্ত্তানা হিংলিঙৈদা মাঙোন্দগী ওইগদৌবিবা শাগৈ অতুগী 'অহন' কনাদা লাই শিন্ন-নিংঙাই লৈবগে—শিন্নবা যাবগে? শাগৈগী অহনদি ভাগ্যচন্দ্রনি। মথংদা লাবণ্যচন্দ্রনি—মবমদি মতম অতুদা কত্তাগী মজা ইবুঙঙো ওহল নবানন্দ যুবরাজ লৈখিদ্রে। লাবণ্যচন্দ্র নিংথৌ ওইরবা মতমদসু শ্রীগোবিন্দ নত্তবা বিগ্রহ অতৈ লাৎলম্বগী নত্রগা নিরূপণ তৌবম্বগী রা অমত্তা লৈতে। মহাত্মা নত্তে কত্তা মহারাজগী মতুংদা গম্ভীরসিংহগী মমাং ফাওবদা পানবা নিংথৌ পূম্নমক লাই অমত্তা নিরূপণ তৌরমদে। তৌরম্নবদি মথক্তা ঐখোয়না লৌখৎখিবা প্রার্থনা অতুদা য়াওগদবনি। অতুগা 'শাগৈগী অহন' কত্তা গোবিন্দ সেবা চৎলম্মী। অতোপ্পা লাই অমসু সেবা চৎলম্বগী রাফম অমত্তা লৈতে। অসিগুম্মতুন ভাগ্যচন্দ্রগী চাক্তক্তা নবদ্বীপতা কর্ত্তা শাগৈ অনুপ্রভু লাৎপিনবা লৈবমদে, অতুম্না লাৎসু লাৎলমদে। হৌজিক হৌজিক তৌরিবা সেবাশিং উরগা, তারগা হায়জিনবনি মশানা অতুম তাকচরে। অসুম্না ভাব তাদনা, অর্থ খংদনা শিজিন্নবা লোননা মৈতৈ লোনগী মমল হন্থহল্লি। পোৎকী তংশংবা মশকসু শাংহল্লি।

সাত দেবালয় শুনবা ভাগ্যচন্দ্রনা নিরূপণ তৌরমদবা বিগ্রহ শ্রীমদনমোহনজি হাপচিনবা ওংবা তাই। 'কুম্বাবা পুযা' উৎতুনা মতৌ য়াম্না মালহল্লগা হাপচিনবনি। লাইরিক্কী রা লৌতুনা, পাতুনা,

থিহুনা ইরবদবু করিগী রা অসুক য়ায়রুগনি। লৌথোক্লবা য়াত্রবনিনা শ্রীমদনমোহনজি লৌথোক্লে। ছয় দেবালয়দা মঙাইরে। অতুনা "মসিবু শাত দেবালোই হায়না থমলম্মী" হায়খিবা শুত্রবনিনা 'ছয়দেবালয়' কৌবদা অকায়বা করি লৈরমগদগে —গ্রন্থকারগী মোং য়াওদবমিনা ঐখোয়না হায়বা শারোইদৌরি। অতুগী মথক্তা অনুপ্রভুসু মণিপুরদা সেবা চৎপা নত্তে, লাপথ্রবা নবদ্বীপতনি। অনুপ্রভু য়াওবা য়াবদি লাই য়াম্না মীরনদা লৌরি অতুনা 'শত সহস্র' দেবালয় ওইবা ঙমরে। অতুদা ঐখোয়গী য়াদি মণিপুরদগীনি। অতুনা 'পাচ দেবালয়'—দেবালয় শরেৎনা অরুক, তরুক্না মঙাদা হম্বরকপগী য়ান। শুহম্লিংদতুনা তৌবা নত্তে —য়াখিদ্রবা মতাং ওইতুনা তৌবনি। সাত দেবালয়গী রা মখাদা লাকপদি মতুংদা পানবা নিংথৌশিংগী হত্তুনি। গ্রন্থকারনা তাদিতা শেংদি—শেংদা তৌবদা য়াওহল্লিংমনগ্রতুনা তৌবা ওইরম-গনি। অতুনা 'সাত দেবালোই'গী রা কাউরবসু য়ারে। মখাদা অমুক "শাত দেবালোই হায়না কৌতুনা সেবা চৎনবা ফেজা লৌনাচিংবা লাই পুম্নমক্কী পীরম্মী"—চথরকই। লৌচাদি মণিপুরদা লৈবা নিংথৌ লাইশিংগীদি লাইরৌ কৌতুন লৈবা ঙাক্তনি। ভাগ্যচন্দ্রগী বিগ্রহশিংদগী রা নত্তে মতুংগী নিংথৌশিংনা নিপাপ তৌরশিংগীসু লৌচা থনম্বা ঙাত্তনি। হন্দক্কী মতাং অসিদদি মদন মোহনজিগীদি ভাগ্যচন্দ্রনা লৌচা থনমদে মরমদি মহাক্তনা ইরুঙডো লিংখৎত্রি। অনুপ্রভু নবদ্বীপতা সেবা চৎপনি। মীরম্লি মীরৈবাক্তা ভাগ্যচন্দ্রনা লৌচা পীবা ঙম্ফম থোক্তে। অসুম্না নিংথৌশিংনা সেবাগীদমক শিল্লম্বা মতুংগী সেবাইতশিংনা মাংহনবনা অনম্বনি। 'দেবালোই'গা 'মদন মহোন/মদনমুহন'গা ঐখোয়না নৈনরিবা লাইরিক অসিদা অয়াওবা থুদিংমক লাল্লি। ছাপাগী দোষ নত্রবা তাই, বানান খংদবা ওইগনি নিংই।

মথং অসিদা বিগ্রহ ময়ামগী নির্পণ থন্নবদা কাউথোকলুরবা 'মীতৈ লাইনিং' অমুক লাক্লে। অপাববু কাউহনখিবা য়াদবা 'মীতৈ লাইনিং'নি অদুনা কাউখিদনবা হেক হেক লাক্লরি। ফিজেৎ লৈতেংদগী ধর্ম্মনা হেন্না গ্রন্থকারদা মরু ওইবা হেল্লি। মণিপুরদা ফিজেৎ লৈতেংগী ইনিংঙাই অমুক য়াম্না লৈগ্রবা অসিদি মশা ওইহল্লগা ধর্ম্মদা হৌবদগী হৌজিক ফাওবদা চৎথরকইবা কয়া য়াম্লবা তায়দ্রবসু মতোমতা অদুম চোংথোকচরে। অনকপা অসিরাইমক্তদসু পুংগী রারি ফিজেং লৈতেংগা করি মরি লৈনৈ?—থরা মরি লৈনহনবা যাবা পুংলিদি য়াওদে; রাস নিয়মনা ফিজেৎ লৈতেংদা করি কান্নরি?—অহৈ অপা শাবা মানবদগী করিসু হেনগত্তে। গ্রন্থকারদা পোৎলোই রায়রনি, শেৎপিয়ু হায়রনি, রাস নিয়মদি কনাসু হংলরোই, মীগী মতম মাংনবা রারি শাজিল্লরগা তাদবা য়াদবগী তাগদবা মঙাই—মরমদি অখংবগী মশিং রাংতে; লাই য়েন্থোকপনা ফিজেৎ লৈতেংদা করিসু তৌনিংঙাই য়াওদে—অরানবা ঙাক্লা ইশিনবা, পুথোকপা য়াওরক্লগা চোপ্পা নংবগী রাতনি। অদুবু ধর্ম্মগী পাউতাক লোইবা নত্তে। ইহৌরকইবা রস চাংজৌ থন্না চেন্থরক্লিই—চুপ্পনবা রাৎপদা মঙাহরে। থরায় য়াওনা তাশিনসি —"মীতৈ লাইনিংদা মুপা মুপী পুন্না নিংঙি মসিগী ভাবতী মুপানা ইপানি মুপীনা ইমানি জ্ঞানগী লমজিংদি ইপা ইমানি অসুম্না লৌবনা লাই অমতা লাৎপা য়াদদুনা ব্রজভাবদা ওইবা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি পুম্বা মতুংদা রাধা শাদুনা ইবুংঙোগী থৌগল তে খি"—অসিনি গ্রন্থকারগী রাংগ্রবা ধর্ম্মগী পাউতাক। মফম অসিদা 'মীতৈ লাইনিং' হাররিবা অসিগী মরমদা ঐখোয়না নিংশিংদবা য়াদ্রবা গ্রন্থকারনা মতাং তরামরিগুবদা হায়খিবা "মীতৈ লাইনিংগা অতোপ্পা জাটিগী লাইনিংগা থরা থেন্নবা লৈ হিন্দু লাইনিংগা মীতৈ লাইনিংগদি থরা নকশন্নে" রাহৈশিং অসিনি। অদুনা মফম অসিদা 'মীতৈ

লাইনিং' হায়রিবা অসি 'হিন্দু লাইনিং' নত্তে হায়বদা করিমত্তা লান্দে অতুগ। রাধা কৃষ্ণ অমস্তুং অতৈ বিগ্রহশিং মফম অসিদা পন্নখিবা হিন্দুগী লাই ওাক্তুনি। 'মীতৈ লাইনিং'গী গ্রন্থকারনা 'হিন্দু লাইনিং' তাকপগী অধিকার লৈতে, তাকপস্মু ওম্ফম থে'ক্তে। 'মীতৈ লাইনিংদা মুপা মুপী পুন্না নিংঙি'গী 'মীতৈ লাইনিংদা' হায়রিবা মৈতৈ হিন্দুগী লাইনিং নত্তে—গ্রন্থকারনা খংবা লাই-নিংনি। য়াম্না পামজনা ঐখোয়বুস্মু পামহন্নিংবা ওইবগী মাপনি। লোল অসি পারগা গ্রন্থকারগী ভাব নিংজরিবা পামজরিবা মওং ইলায় লায়না ঐখোয়না লাকপা ওম্মী। মাসিগা পরমার্থ সনাতন গৌড়ীয়া ধর্ম্ম ভাগ্যচন্দ্রনা পাম্না খণ্ডখিব বঙ্গদেশতঃ মুংশ্রাগদবদগী রাজর্ষিনা অরোইবা তীর্থ লেংবদা কল্লম্বা। ধম্মগদি য়াম্না লাপ্পথ্রে। অসিতপস্মু নত্তনা মাহাক্কী মমাংদা কৃষ্ণতা লাৎনিংলৈ, রাম নিংলি-ঙৈনচিংবা হিন্দু ধর্ম্মগী লাইনিং অদুগস্মু য়াম্না থেম্নথ্রে। হিন্দু ধর্ম্মগী তত্ত্ব খরা খংহুনব ওইরবস্মু খংদনবু ওইরবস্মু মৈতৈ পুম্নব —'মীতৈ লাইনিং' মপা মপু নিংবা ধর্ম্মদা চিংশিন্নবা তোংনবনি হায়বা তাই। ঐখোয়না লৌখৎখ্রিবা মতেক তসিনা পুনশিন্দুনা অমুক লৌখৎলগা মপা মপু নিংবা লাইনিংদা অদুম চিংশিল্লি। মপা মপু নিংবা—শিথ্রবা মপা মপুগী মথক্কায় হিংদুনা অদুম লৈহৌদুনা ঐখোয়না হায়জবা তাবি, তাবিদুনা ফনবা তৌবি খন্দুনা নিংবা মপা মপু নিংবনি [ Ancestor worship—cult of the dead arising from the belief—not universal—that the spirit or soul of the individual person survives physical decease · The Great Encyclopaedia Dictionary. ]। রাধা কৃষ্ণ নিংবস্মু মুপী মুপা নিংবনি, ইমা ইপা নিংবনি ভজন অমতনি, লাইনিং তক্কানি তাকইবনি। অদুনা মৈতৈনিনা গ্রন্থকারগী 'মীতৈ লাইনিং' পাম্মু হায়বগী ওাসনি।

বৈষ্ণবশিংনা ইবুঙঙোবু নিংজবদি শ্রীমদ্ভাগবতনা তাকপিবা নববিধা ভক্তিন লম্বী তাকপিবনি। নববিধা ভক্তিদা, রসগী মনুংদা চল্লি হায়নবা য়াওরবসু বাসল্য য়াওদে। মপা মমা নিংশিংলুনবগী লম্বী লৈতে। হায়বদি ভক্তি মাপন অশিদা মপা মমা নিবগা মাল্লবা য়াবা অমতা য়াওদে। মথক্তা ঐখোয়না রাধা কৃষ্ণগী মবংদা যবদং নৈনম্রে। ইবুঙঙো ইবেম্মাদি অমতনা অনি থোকপনি। হ্লাদিনী শক্তি ওইবিবী ইবেম্মা য়াওদনা ইবুঙঙো পূর্ণেশ্বর মগুং ফাবা ইবুঙঙো ওইবা য়াদে। অদুনা ইবেম্মা যাওদনা ইবুঙঙোগী সেবা, নিংবা য়াদে হায়না বৈষ্ণব গ্রন্থশিংনা লাউবি। গ্রন্থকার অমসুং গ্রন্থকারগুম্বা ব্রহ্মাণশিংন, মতুনা মশা মশাগী অনসু, নীগী পা. তৌখিবিবা সম্মোহিনী তন্ত্রনসু—

সংসার সার সর্ব্বস্বং শ্যামলং মহদুজ্জ্বলং।
এতজ্জ্যোতিবহং বেদ্যং চিন্তয়ামি সনাতনম ॥ ১৬ ॥
গৌর তেজোবিনা যস্তু শ্যামতেজ সমর্চ্চযেৎ।
জপেদ্বা ধ্যায়তে বাপি সভবেৎ পাতকী শিবে ॥ ১৭ ॥
সব্রহ্মহা সুরাপীচ স্বর্ণ স্তেয়ীচ পঞ্চমঃ।
এতৈ দোষৈর্বিলিপ্যেত তেজোভেদন্ মহেশ্বরি ॥ ১৮ ॥

তমনা য়ম্না শেংনা লাউবি।—"হে পার্ব্বতী। অচংপা চৎতবা তাংবপান পুম্নংকী মশক ওইবা শ্যামবর্ণ ওইবা অমসুং চাংদম্লবা লেশন দংশা মণ্ডল অছুমক্তি মহাতত্ব থংগে হাইনা তাননবা ওইবা সনাতন ওইবা মঙানবু মহাদেব ঐন নিংঙি। ১৬। হে শিবে পার্ব্বতী। অঙোবা মঙান (রাধাভাবকান্তি) বু য়াওদবা সুপনগী শ্যামতেজব পূজা, জপ, অমসুং ধ্যান তৌরবা মী অদুদি পাপী হায়বত্র ওই। ১৭। হে মহেশ্বরী দুর্গে। শ্রীমতী য়াওদনা কৃষ্ণতবু নিংলবদি ব্রাহ্মণ হাৎপ, সুথকপা, সনা হুবা, (চ অনি য়াওবনা)

মণ হাৎপা, গুরুস্ত্রীরমণ তৌবা অসিগুম্বা পাপ মভা অসি ফংভি। ১৮।"—পণ্ডিতরাজ। 'অমত লাৎপা য়াদত্তুনা' হায়খিবা, লাৎপা য়াদবগী র। করিসু লৈতে। হৌজিকসু কৃষ্ণদা লাৎপা বৈষ্ণব কাংবু লৈ। মণিপুরদসু ভাগ্যচন্দ্রগী মমাং ফাওবা ইবুঙোদা মরাৎলম্মী। মাখোয় অতু অমসুং মণিপুরগী মতম অতু মপাদা লাৎপা ওইবা তারে অমসুং মমা য়াওদনা 'মীতৈ লাইনিং'দা কায়মনখিবনা করিগুম্বা অমা ওইহনগে হায়রকপসু য়ারি। অতুবু 'মীতৈ লাইনিং' চৎতবা হিন্দু ঐথোয়গীদি ইবুঙোদা লাৎপা, যুগল লাৎপা হায়ববু মাগী মাগী ভজনগী মতুং ইনবনি। ইপা ইমা অহল্লম্মনগীরোমদদি চৎত্রে। হৌজিকী শ্রীকৃষ্ণ কল্ট (Sri Krishna Cult) হায়দুনা নোংচুপলোমদা নিল্লক্লিবা রাধা কৃষ্ণ ভজননি মপা মপু মমা মপা নিংবা নত্তে। প্রেমাবতার গৌরাঙ্গনা তাকপিরম্বা ভাগ্যচন্দ্রনা লৌখৎপিরম্বা ভজন শাধন অসিদা রাধা কৃষ্ণ তোংভান্না খনবা অমসুং লাৎপা য়াদে। লণ্ডন ময়ায়দা কাং চিংভিবা আমেরিকাগী সহরশিংগী লম্বীশিংদা হরি সংকীর্ত্তণনা নিল্লিবা শ্রীকৃষ্ণ কল্ট—প্রেমাবতার গৌরাঙ্গগী কীর্ত্তননি। ভাগ্যচন্দ্রনা পামজনা তৌজরম্বা অমসুং থম্বিরম্ব। ঐখোয়গী লান্নবা ওইজরিবা হরি সংকীর্ত্তনগী শকলে ননি। 'মীতৈ লাইনিং'গা মরি লৈনদে।

ফিজেৎ লৈতেংগী রাকমদদা অওইবা ওইনা মুন্না থিজিন্দুনা চৎথরবদি অমসুং অচুম্বা অরেপ্পা থিদোক্লবদি ইতিহাসকী লেংদ্রবা মচাক ওইদুনা মণিপুরদা কান্নবা ওইগদবনি। অতুদি নত্তনা লাইনা খরা পীহন, মংদা খরা তাকহন, মান্নবা খরা হায়জিন তৌহুনা ইতিহাসকী মচাক্তি য়াওদ্রে—মতম্মা ধর্ম্ম শন্দোকপদা, ধর্ম্মগী চোইরোন পাউতাকনা ওন্নতৈনবা ময়াম তাহল্লিভৈদা মাংলে। ঐখোয়সু য়াম্না থংদুনা, হৈদুনা মী কিহনগে লাকবা নত্তে। ঐগী

ধর্ম্মবু, ঐগী সমাজবু ইতিহাসপু লৈপাকপু অরানবা ময়াম্না লাক-শিল্লকপা তাৱবদি মাতুবু কন্নবা ঐনা ঙমজবা খৱদি—লৈতুম অমতা ওইরবস্তু— হুনফম থোকপগী তুং ইন্নবনি।

---

কুঞ্জ্রাগুবা মতাং

# শ্রীমৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ মহারাজ

## মতমদা ওইবা ফিজোল

## কুঞ্জাবা পুয়া

যণ শেনবা গোষ্ঠগী ৱা লাক্লে। হন্দক্কী মতাং অসিদস্তু কুঞ্জাবা চেন্নবিবিই। গম্ভীর সিংহ মহারাজনা গোষ্ঠ কংকে নিংতুনা রাম কৃষ্ণ বিগ্রহ অনি লিংখৎলগা হিয়াঙ্গৈ নিপাননি পানবদা 'গোষ্ট' লীলা 'শনশেনবা' কংলি হায়বগা "মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ মহারাজনা কংপা শণশেনবা অসি কৃষ্ণভাবনা মপুং ওইনা কংপনি" হায়না নৈনরিবা লাইরিক অসিদা ইরি। ঐখোয়গীস্তু য়েংসি—হিয়াঙ্গৈ নিপান্নি পানবা গোষ্ঠাষ্টমী নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদা চহি খুদিংগী শ্রীগোবিন্দদা ইবুঙঙোনা বৃন্দাবন্দা শান্নখিবা যণশেনবা লীলা কংলি। মেরাগী রাখিনবা, রাকুকপদা তত্তনা রাস কংপগুম্বনি। গোষ্ঠনা ইবুঙঙোগী বাল্যলীলানি, রাসনা কৈশোর লীলানি। অতুনা যণ শেনবা কংপা অসিবু 'কৃষ্ণভাবনা মপুং ওইনা কংপনি' হায়বা অর্থ ৱাওবা ৱা নত্তে মপুংনা কৃষ্ণভাব ওইখ্রগা মশাশিং অতুনা করি ভাবনি হায়গদৌরিবনো? কৃষ্ণগী লীলা—কৃষ্ণ লীলান্নি

'ভাব'কী ৱা করিস্সু চংদে। লোল অসিবু চোইত্রং পাত্রং ভংবা হায়না লৌরোইদ্রা? মসিগী হেক মথাদনা অমুক শমথরকই "মরম অসি লৈবনা গোপশিংগা কৃষ্ণগ যিজোল মান্নন। সেংপনি মপান থোংদা মীযাম্না লীলা অসিগী মশিং তত্তোঙ্গা। ওইনা থোল্লকস্সু মনুংগী বস ভাবতি কৃষ্ণভাক্ত ওইনা লৌই"—অসিনস্সু পেনতুনা "গোপশিংস্সু মরম অসিদগী ফিজেং মান্নবনি নত্রবদি কৃষ্ণগা গোপগা ফিজেং মান্নফম থোক্তে" ইরি। গোপশিংবু মনুংগী রস ভাবতা কৃষ্ণ ভাক্তা ওইনা লৌবা মাঙ্গ্রে, নত্রে— মপানগী ভাবতা, কৃষ্ণ মান্না পোৎলোই শেংপা অতুদা কৃষ্ণ ভাক্তান হাবনা ওইগনি —ব্রজভাবতা নত্তে, মণিপুর ভাবতনি, গ্রন্থকাবনা তুবা পোৎলে ইগ ভাবতনি। নত্রবদি থিনা লাল্লে। মরমদি কৃষ্ণদি অমতনি —একমেব অদ্বিতীয়ম—অতুনি। অতুনা মনুংগী ভাবতা ওইনা য়াদ্রে মপানগী পোৎলোইদা [গ্রন্থকাবনা কাউতুনা শেমগৎম্মবস্সু ঐখোয়না মাগীদমক চুমথোকপিবদা তকায়বা লৈতে নিংই] —কৃষ্ণ ভাক্ত ওইহন্নবা লম্বী অমা থিদোকসি। অতুনা মনুংগী ভাবতা য়াদ্রবনিনা ফিজোললোমদা চথবসি। ফিজোল মান্নবনা কৃষ্ণ ভাক্তা ওইগদবা নত্তে। কৃষ্ণ, গোপ মরক্তা গোপ ওইনা লীলা শান্নবনি। অতুগা থেল্লিবা বেশস্সু গোপবেশনি। 'গোপ বালক' ওইরিবা ইবুঙঙো গোপবেশ থোনগদবনি অতুগা রাখাল গোপ বালকশিং অতুস্সু গোপ বেশ শেংকদবনি—ৱাইরুবা ফিজোল নত্তে, তম্মুবা নত্তে, গোপবালকশিংগী মশাগী ফিজোলনি। গ্রন্থকারদগী মশা শেনবা শান্নবদা শেংনবা ৱাইরবা পোৎলোইগী 'ভাব' অতুদা লৌগদবা নত্তে। ইবুঙঙোনা থোনবা গোপ বেশনি হায়বা শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতদগী অমুক্তং য়েংসি। মতাং অসি শ্রীগৌরাঙ্গনা মধ্য লীলাদা মনাই রায় রামানন্দদা উৎপা মূর্তিগী ৱানি:—

পহিলে দেখিলুঁ তোমা, সন্ন্যাসী-স্বরূপ।
এবে তোমাদেখি মুঞি শ্যাম-গোপরূপ ॥
তোমারসম্মুখে দেখোঁ কাঞ্চন-পঞ্চালিকা।
তার গৌরকান্ত্যে তোমার সর্ব্ব-অঙ্গ ঢাকা ॥
তাহাতে প্রকট দেখি সবংশীবদন।
নানা ভাবে চঞ্চল তাহে কমল নয়ন ॥

## —চাওরাকপা অর্থ—

অহানবদা উখি নংবু সন্ন্যাসী = শকফম।
হৌজিক উরি নংব ঐনা শ্যাম-গোপ শকফম ॥
নংগী নমাংদা সনাগী-শক ওই ঐনা উরি। →[ কাঞ্চন পঞ্চালিকা = স্বর্ণ পুত্তলিকা = সনাগী লাইফদিবী ; স্বর্ণ প্রতি মূর্ত্তি সনাগী শকওই। ]
মাগী অঙৌবা মঙাল্লা নশা-পুম্বা নংগী কুপ্লি ॥
মাহুদা উরি বংশী কোন্নবা-মায়থোং শেংনা।
থম্বাল মিংস্নাদা তথকহ মখল কয়ানা ॥

মথক্কী অসিদগী ঐখোয়না উরে দ্বাপরদদা নত্তে কলিদসু —'নবঘনশ্যাম' অদো গোপবেশদা দরশন পীরি। অতুনা কৃষ্ণগা গোপশিংগা কৃষ্ণভক্তশিংগী ওইবগী 'মনুংগী রস ভাব'তা ফিজেৎ মান্নবা নত্তে। গোপ জাতিগী ফিজেৎনি—মান্ননা শেংফম থোক্তুনা শেংপনি অমসুং মান্নগদবনি। জগোই রাসদা "সেংপা কৃষ্ণগী পোশাক্লা অতুম শেংপসু" শেংফম থোক্তুনা শেংপনি। রাসগী কৃষ্ণসু—গোপ বেশ থোনবা ইবুঙঙোনি। ইবুঙঙো-ইবেম্মা পুনবা মূর্ত্তিগী রূপ মথক্তা ঐখোয়না উখিবা নিংশিংসি। গ্রন্থকারনা থবায় স্নাওনা শিজিন্নরিবা লোল 'পোশাক'কী মরমদা চথরবদি ফনা য়াম্না চংশিনবা ম্নারগদবনি—মফৈদা মফম থংদনা হাইরিভৈদা খুদি তত্তনা

থিতুনা লৈরে। কৃষ্ণগা 'পোশাক' কা নপশিন্নহনবসিন্নদি পুক্লিং মুংশি! অদুবু নপশিনবা অসি 'মীতৈ লাইনিং' দদি কায়রম্মোই নিংই।

মতাং অসিদস্মু রাসগী মতাংদা তৌখিবগুম গোষ্ঠীগী মশান্না, নিয়ম, য়াওবা য়াওদবা, হৌবা মতম, লোইবা মতম, নুপা পালা য়াওই য়াওদে তৌদুনা তাকথরকইব। তাকত্রবস্মু য়াবা লাইরিক অসিগা মরি লৈনফম থোক্তবা ময়াম অসিদি ঐখোয় হান্দাক্লসি। নুপা পালাগী মতেক অমতংদি লৌথংসি। "শণ সেনবদা নুপা পালা য়াওদে সুত্রনা নিপা পালাগী মহুৎ শিন্দুনা শণ সেনবা হৌদ্রিবৈদা রাগ হৌদুনা ঈশৈনা চিংবা শকই" হায়না ইরি অমস্তুং "সুত্র অদুবু ধোব পালা হায়নস্মু কৌনৈ" হায়না মথা তাথরি। মাসিদগী ঐখোয়না খংবা ঙম্বদি গ্রন্থকারগী নুপা পালা কোকয়েং অচৌবা য়েংলগা হৌগত্তুনা শকপা অদুবুনি। অদুনা নুপানা রাগ হৌদুনা ফমদুনা শকপা অদু নুপা পালা নত্তে হায়রিবনি। লৈপাক্কী রাখলগা, খংবগা গ্রন্থকারগা খর খরদা নত্তে, ফনা নিংথিনা খেন্নে। ঐখোয়না নুপী পালা হায়না খংনরিবা ফমদুনা মণ্ডিলা পায়দুনা শকপা 'নুপী পালা' ওইবা তোকপা তারে। হৌগত্তুনা কোরতাল অচৌবা পায়দুনা নামৈদি য়েপ্তুনা চোলোম তৌদুনা নুপীনা শকপা অমস্তুং শক্কে হায়রিবা অদুতং 'নুপী পালা' ওইখিবা তারে। অদুগুম্বা শ্রাদ্ধদা, ফিরোইদা, না হুৎপদা, নগুণ থাংবদা নুপানা ফমদুনা শকপা পুম্বা 'নুপা পালা' ওইদবা তারবদি মমিং করি থোনসিগে, গ্রন্থকারনদি শেংনা তাকপিরমদ্রে—অমতং খল্লবা কৈ। খল্লদ্রবস্মু য়ারনি "সুত্র অদুবু ধোব পালা হায়নস্মু কৌনৈ" হায়বা অমা য়াওরি। অদুদা 'ধোপ পালা' অসিদি করিনো? নুপাস্মু নত্তবা নুপীস্মু নত্তবা কাংবুনা শকপা 'পালা' ওইবা তারে। মণ শেনবদা ঐখোয়না উবদদি য়াগ হৌদুনা শক্লিবা কাংবু নুপা

ভাক্তনি। অদু ওইরবদি 'থোব পালা' মুপানা শকপা পালানি, মমিং অমা থোল্লবদি 'মুপা পালা' ওইদ্রে হায়রিবা ওইবা তাই। মুপাগী 'নট পালা' হায়রবসু মমিং অমা থোল্লবনিনা 'মুপা পালা' ওইদবা তারকলি। 'পালা' অর্থ খংদতুনা পংই ইবনি হায়বা তারকত্রা চিংনরে। 'পাল'দগী পালা লাকখিবনি। পালগী মুপী খংনবদনা (স্ত্রীলিঙ্গদা) পালানি। অর্থদি—দল = কাংলুপ, কাংবু; যূথ = শা উচেক্কী কাংলুপ, মপৈ। মাসিদা ফম্বা লেপ্পগী রা য়াওদে। অফম্বসু 'পাল = পালা'নি, অরেপ্পসুনি। অফম্বগা অরেপ্পগা থেন্নবা ফীবম অদুদং লৈগনি—লোইরে। পালাগী অর্থ খংলবদি অসুম্না ইগনি থাজদে।

## কজেংলৈ লৈত্রেংগী মরম

হন্দকী মতাং অসিদা ঐথোয়না কুইনা ভাইরবা ফিজেং লৈতেংগী রা মতেক অমতং য়াওরি। লৈত্রেংগী রানি। মাসি থাদোক্লম্বা পাম্মুরে = মতেক অমতং নৈনসি। "লৈত্রেং অসিবু কজেংলৈ হায়নসু কৌই" হায়না তৌরি। কজেংলৈনা অহানবা মিংনি খেকরাই মপান্না চীংয়াদা নীক নীক লাউনা হাইবা অদুগী মতৌ লৌদুনা শাবনিসু হায়রি। "খেকরাই অসিবু কজেং হায়নসু কৌই। অরিবা লোন্দা মরম অসিদগী কজেংলৈ কৌবনি" হায়রবা মতাং অসি ফাওবা নৈনখিসি। 'লৈ' য়াওরিবা অসিনা "অভাংবগী পরেং অদুনা" লৈগী ভাব লৌবনি হায়বা অমসু য়াওরি। কজেংলৈ হায়বা রাহৈ অসি অরিবা লোল কৌবা য়াদ্রি। মাসি হৌজিকসু শিজিন্নরি। গ্রন্থকারনা খেকরাইবু কজেং কৌইদি হায়রে—অদুবু ঐথোয়সু করি করি ওইবা য়াবগে অমসুং হায়রিবশিং চুমত্রা অমুক্তং য়েংথোকসি। 'কজেং'বুদি অরিবা লোল কৌবসু ময়ারে। অদুগা খেকরাইবুদি কজেং কৌদে। কজেং = থাঙ, নোংথাংবু খংনৈ।

'কজেং থাংজহনবা' কৌবা ফম ঐথোয় তারে। মাহাক থাঙ পায়বগী লুচিংবা মকোকনি। কজেংলৈগী মতাং অসিদদি কজেং = নোংথাংবুনি। নোংথাংগুম কুপফেং কুপফেং তৌই হায়দুনা কজেং অমসুং চিল্লি হায়দুনা লৈ—পুনশিল্লগা কজেংলৈ কৌই। লোল্লৈ চিনবা, শমজিন চিনবা অতুগী মওংদা কোক্তা চিনবা লৈ ওইনা লৌবনি। অসুম্না তৌবা কজেংগী লৈ অতুনা নীক নীক লাউবা মওং তরেংনা লৈবদা তৌবা অতুগুম্না উই হায়দুনা লৈ + তরেং = লৈত্রেং কৌই। অতুদা গ্রন্থকারনদি "লৈত্রেং হায়বা অসি ভাব অমদা তগুপ তরেংবা হায়বনি। তগুপ তরেংবগী অর্থদি মুমিৎপু হায়বনি" অমসুং মুমিৎ ওইনা লৌরগা মুমিৎকী মশেক মঙাল লৌদুনা লৈত্রেং কৌবনি হায়রি। মাসি লৈত্রেংগী অর্থগদি চান্নদে। 'মুমিৎলৈ' থোল্লমদে, তগুপলৈ, তগুপ তরেংলৈ কৌরমদে। মুমিৎতগী লৌবা ওইরবদি অসিগুম্বা খরদি য়াওবা তাই। পোৎনা অমা মমিংনা অমা কৌবা হৌনদে। মথংদা লৈত্রেং গম্ভীরসিংহগী মতমদা সেনজম কোয়াসিংনা পুথোকপনি ইরি। লৈত্রেংগী অহানবনি হায়রিবা কজেংলৈদি কনানা পুথোক-পনো অদুমদি তাকতে। অদুগী মথক্তা পোৎ হান্ননা লৈরবা অমা অমুক হন্না পুথোকহনবনি ভাব তাবা ঙমদ্রে। পোৎ অমতবু মমিং অনি শুবগীদমক অনৌবা পুথোকপা চংবা গ্রন্থকারগী অঙকপা মহৈনি। অসিমসু য়ারি মুংঙাইনবদা তাগদৌরি। কুম্বাববুসু দোষ তৌবা য়াদে পনশিনবিবদনি—কুম্বাবা করিমতা য়াওজদে।

## কুম্বা মাথোইশুবা মতাং

# মৈদিংঙু নরসিংহ মহারাজ মতম

## কুম্বাবা পুয়া

মতাং অসি খন্ননবা থোইনা লৈতে। নরসিংহ মহারাজগী মতমদা পুথোকপনি হায়রিবা পোংলোইগী মরম, ফি মশেং, কোকয়েৎ মওং কদায় ফাওবা চুম্বগে হায়বা খংনবা উপায় য়াওদে। তৌবম্মী হাযরগা হেক য়াথা নত্তে, মীনা থাজনথা তাক্কদবনি। কুম্বাবদা মরমশিং অসি অমতা য়াওদে অমসুং লাইরিক অতুদগী হীরমশিং অসিগী খংনবা করিমতা য়াওদে। কিনবা পনব ওইগদ্রা অতুদি খংদ্রে। হান্ননা লৈরবা মওং ঙাক্তুনি। খরা ফনবা হোৎন-খৎপদি হাক্তক খুদিংদা তৌরম্বা ঙাক্তুনি। নরসিংহ মহারাজ করিসু তৌরম্মোই হায়বা নত্তে। মাহাক্কুম্বা পুকচেল চাউবা, ধর্ম্ম চেনবা অচুম্বা চৎপা নিংথৌ মণিপুরদা অতাংবনি। [ মাহাকী পুন্সিগী অরাংবা লমচৎ ঐগী 'মৈদিংঙু নবসিংহ'দা ইগ্রে ]।

মতাং অসিদা মকওইনা মতেক অমতং নৈননিংবদি লুহোংবা অমসুং লাই হরাওবদা পোংলোই শেংপগী মরমনি পীরিবা অসিমি। 'পোংলোই'দা কৃষ্ণ পোংলোই য়াওহন্দ্রে মরমদি লুপীনা শেংপদগী ওইনা ইরি। লুহোংবা অমসুং লাই হরাওবদা "পোংলোই শেংপা (পোংলোয়) শেংপগী মরম লুপীগী শেংনবা ফিজোন মনুংচনবা মীতৈগী মওং ( নোম্বা ) সু ওইবা মরম্না শেংপনি" হায়রি লাইরিক্তা। গ্রন্থকারনা পীরিবা অসিনা মরম ওইবা তারবদি কৃষ্ণগী পোংলোইসু —'লুপানা শেংনবা ফিজোন মনুং চনবা মীতৈগী মওং ( নোম্বা ) সু' য়াওরি হায়বদি ফৈজোম্নচিংবশিংনি। অতুনা লুহোংবা অমসুং

লাই হরাওবদা কৃষ্ণগী পোৎলোইস্মু শেংনরক্ষম থোকই। অমদা য়াবা অমদা য়াদবা য়াদে। অদুবু শেংনরমদে। মরম লৈগনি নিংই। মুপাগী লুহোংবগী ফিজোল কোকয়েৎনে, ইম্ফিনে, ফুরিৎ পুময়াৎনে, ফৈজোম অঙৌবা মপান চন্দবনে—অককবা ফিজোল অমা ওইনা ফজরবা লেম্নবা ফিজোল অমা লৈরে। অঙৌবা ভাক্তনি, অরাবা উৎনবা শেংপা নত্তে। মুংঙাইবগী ফিজোলনি। মাসিবু মুপীগী শিজিন্নরিবা ফিজোলশিংনা সমাজগী অচৌবা থৌরম অসিদা মুপাগী ফিজোলগা লেপমিন্নবা, ফম্মিন্নবা রাংনা থোকই অদুনা লাকথুবা ভম্মোইদবা পোৎলোই মুপীনা শেংপা য়ারম্মনি। লাই হরাওবগীস্মু অসিগুম্বনি। নিংখম, শমজিন, থামেনচৎপা ( শেংপা য়াবা মফমদা ) খ্বাংয়েৎ অসিগা লেপমিন্নবদা নোপ্নরোইদবা পোৎলোই শেংপা অদুম য়ানরম্মনি। মওং অনিমক্তা কুমারীশিংনা শেংপনি। নিংথৌগী মজা ইবেম্মশিং মুপীশিং অসিমী মন্নংদা য়াওরম্মী হায়বসিমস্মু নিংশিংবা ফৈ।

---

## কুম্মানিথোইশুবা মতাং

# মৈদিংঙু চন্দ্রকিত্তি (চন্দ্রকীত্তি) মহারাজ মতম

## কুম্মাবা পুম্মা

মতাং অসি য়াম্না তেনবা মতাংনি। নৈননিংঙাই থোইনা লৈতে। মথক্কী থংনরা মতাংগী অহানবা শরুকী অদুগুম্বনি। নৈনরুপগা হম্ন্নিবরা অরনি।

---

কুষ্টাহুমদোইশুবা মতাং

# মৈদিংঙু সার চুড়াচান্দ মহারাজগী মতম

## কুম্বাবা পুয়া

মরাদি অমতা চৎপিবা নত্তে, অহুমক্তদসু মতাং অনি অহুম অসিদা কোইচিং চিংবিহুনা কুম্বাবা পুয়া লৈপাক তাবা ঙমদ্রে। নৈনবিবা লাইরিক অসিগী নিংথৌরোল লোইগদবা অমতা মঙাইরে। হন্দক্কী অসি সার চুড়াচান্দগী হাক্তক্কি। মতাং অসিগী রা খন্নদ্রিঙৈগী মমাংদা ঐখোয়না হায়নিংবা লৈবা খরদং নৈনহৌখিসি। ঐখোয়না পাযখৎলিবা লাইরিক অসিদা গ্রন্থকারনা 'মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং'গা মবি লৈনবনি হায়হুনা পুখৎলকলিবা নিংথৌ মাপন (৯) দনি। পাখংবদগী বোধচন্দ্র ফাওবদা কুম্বাবগী নিংথৌ হুম্ফুতরানিথোই (৭২) নি। মাসিগী মন্নুংদা অরা খুন্তাকপা মন্নুংদা অৱাগী মখা পোন্না পানবা নিংথৌশিংসু য়াওরে। নিংথৌ মাপন—পাখংবা, খুইয়োই তোম্পোক, ক্যাম্বা, চরাইরোংবা, ভগ্যচন্দ্র, গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ, চুডাচান্দ অমসুং বোধচন্দ্র—অসিতগী মতমদা ফিজেৎ লৈতেং, পুং ঈশৈ, ধর্ম্ম, লাইনিং লাইশোল লৈরম্বগুম, হোদোক্লম্বগুম অমসুং চাওখৎনবা হোৎনরম্বগুম উৎলি। নিংথৌ অতৈদি করিমতা তৌরমদবগুম তৌহল্লে। পাখংবা অমসুং খুইয়োই তোম্পোক্কী মরুওইনা খুইয়োই তোম্পোক্কী মতমদা লাইনা তাক্তুনা শাহনখিবা ফিরোন, কোকয়েৎ নুংয়েৎ অহুগী মতুংদা ক্যাম্বদা অহুম লাক্লে। কুম্বাবা পুয়া ইতত্তুনা পল্লগা কুম্বাবগা মরিদি লৈনদবা ঐখোয়না মথক্তা তোয়না উৎগ্রে। চরাইরোংবা মতমগী রাদি অমুক হৌদোক্তবনবু হেন্না ফরে। মাহাক্কী হাক্তক্তা কোন্না ফি তুই হায়খিবা অহুনি। অহুদগী ভাগ্যচন্দ্র লাক্লে। ভাগ্যচন্দ্রগী মমাং ফাওবা হান্না অমুক্তং

নৈনখিসি। লম ক্যাম্বা ( শকাব্দ ১৪৩৪-১৪৪৫ ) গী হাক্তক্তা পাকলোই অঙোবগী রা য়াওরি। ঐখোয়নসু উৎপ্রে। য়াংলৌ কৈফাবগী হাক্তক্ত ( শকাব্দ ৮৯১-৯০৬ ) ফনেক মপান লোনবা হৌবগী রাসু ঐখোয়না মথক্তা পুখোকপ্রে। ফনেক ঐখোয়না মপান নাইবা কৌরিবা অসি করম্বা মতমদা শাবা হৌখিবগে হায়বা অতৈ লাইরিক অরিবদগী নত্রগ। থংবা য়াবা মক্কমদগী পুখোক্লবদি লাক্লত্রতুনা লাইগী রারি খরা লি, মং খরা মং, ধর্ম্ম খরা শন্দোক লোইশিনপ্রে। খাগেম্বগী হাক্তক ( শকাব্দ ১৫১৯-১৫৭৪ ) গী শোক ১৫২৮ দা "কোকয়েৎ য়েৎপসু অহুৈঙে হৌএ" য়াওরি। অসিগী মতুংদা "ফুরা লাইথুম শাইএ" অসিনচিংবা য়াওরি অমতা গ্রন্থকারনা শিজিন্নদে। ধর্ম্ম য়াম্না তাক্লিংনা উবা গ্রন্থকার লাইগী রা য়াম্না য়াওবসু অমতা পন্দে। [ খাগেম্বনা কোকয়েৎ য়েংপা হৌদোক্লমদে। মাগী হাক্তক্তা ওইরবদা ময়েৎ অমা হৌদোকপা ওইগনি। মরমদি পাকলোই অঙোবা শিজিন্নবনা হাল্লি।] ঐখোয়না খুদম খরা উৎপতনি। নি থৌজা নিংথৌশিংগী নত্তবা ফিজেৎ লৈতেংনচিংবা অতৈসু লৈবা খিদোক্লনা ইরবদি লৈপাক্কী খরদসু কান্নগদবনি। গরীবনেরাজ নিংথৌ হাক্তক্কী রা অমতা য়াওদবা করম্বা অরুবা মরম লৈরমগদগে থংবা ভমপ্রে। কুম্বাবদি ইপন পন্দবনা ফবনি। গ্রন্থকারগী রারিশিং পুম্নমক-মক নত্রবসু অয়াম্বদি লাইরিক অসিদা য়াওদে—পুময়াও য়াওদে হায়বা ফাওবা য়াই অমসুং অসিদগী লৌদে ভাবনা শাবা, ফুঙ্গা রারি, লৈপুং রারিগুম্বা ঙাক্তা ওইনা তৌই। অতুগা য়াওদবশিং অতুগীদমক্তা থোকখিবা মান্নবা কুম্বাবা তত্তনা পল্লি।

ভাগ্যচন্দ্রগী মতুংদনা লাবণ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র, চৌরজিৎ, মারজিৎ, দেবেন্দ্রসিংহ, সুরচন্দ্র অমসুং কুলচন্দ্রগী রা অমতা য়াওদে। নিংথৌ-শিং অসিগী মতুংদা মরু ওইনা চৌরজিৎ পনবা য়াই। মাহাক্কী

হাক্তক্তা ধর্ম্মগী, সমাজগী, লৈপাকী থবক য়াম্না পায়থংলম্মী —য়ামদ্রবদা মাহাক য়াওবা মতিক চাবনি। অতুবু কুম্বাবা পাবা শংদতুনা লাইরিক অপিগীদমক পনশিল্লুববস্তু য়াওরমদবা ওইবা য়াই নিংই। [ অহানবা নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মচা মরিগী ৱা ঐগী 'কর্ত্তা মহারাজগী মজা ইবুঙঙো নিংথৌ মবি'দা ফন। শাংনা নৈনবা য়াওরি ]। ভাগ্যচন্দ্রনা মপাঙ্গল শোন্ন মশানা লৈজরম্লবা গৌড়ীয়া ধর্ম্মদা মায় ওনশিনখিবদগী মতুংগী নিংথৌশিংনস্তু মানা মানা ভমজবা হোৎনতুনা চাওখৎনবা হায়বদি সমাজদা, ঈশৈদা, পুংদা, লীলাদা, রাসদা হেন্না লংথৎনবা লাক্লখি। মাখোয় অতুস্তু নিংথিনা থিজিন্দুনা ( Research তৌতুনা ) ঐখোয়গী ইরন চাওখৎনবা হোৎনরম্লবদি মৈতৈগী মণিপুরগী কান্নবা ওইরমগদবনি। থিজিনবা (Research) অবায়বা থবক নত্তে—লৈপুং ফত্নগী ৱারিগা য়াম্না খেম্নে। [ শকাব্দ ১৬৭০ দা "গৌড়িয়া চংচবা খৈবিক ৱাকোংএ" হায়বা কুম্বাবনা চিংশাই হাক্তক্তা পানখৎলম্মী—ভাগ্যচন্দ্রন, ফম্বাল কাবনা শকাব্দ ১৭৮১ দনি অতুনা কাংলুপ অসি মশানা লৈজরম্লবনি ]।

মথা অসিদি গ্রন্থকারগী মতুং ইল্লসি। মথকী ৱা খরা ঐখোয়না হোদোকখিবা মণিপুরগী নিংথৌ অতৈ অমদি ইতিহাসকী শাংলবা মতম—ফমতুনা চাতুনা তুমতুনা লেনবগুম উৎপদা হুংঙাই-ভতুনা ভাহাক মতম লৌখ্রে। সার চুড়াচান্দগী হাক্তক্তা চাওখৎলম্বা হায়বদ। "গৌর ধর্ম্ম য়াম্না চাওখৎপা মতম অসি সার চুরাচান্দগী মতমদনি"—ইরি। চাওখৎপা চাওখৎভবগী ৱা থমখিসি। 'গৌর ধর্ম্ম'গী অর্থ অমুক্তং ভাব তাথোকখিসি। 'গৌর ধর্ম্ম' করিবু কৌরিবনো ? অঙৌবা ধর্ম্ম হায়রিবর', গৌরাঙ্গগী ধর্ম্ম হায়রিবরা ? ধর্ম্ম ওইনদি অনি অসি কৌবা ধর্ম্ম অমত্তা কৈতে নিংই। অঙৌবা ধর্ম্ম, অমুবা ধর্ম্ম হায়বা কৈবা হৌনদে—'অমম্বা' 'অঙানবা' হায়রা

মথক্কা য়াওথিবা অদোমদা পুশিনগদৌব্রিবরা ? য়ারোই, পুশিনবা য়াবা মরম লৈতে। মুপা মুপীগী অর্থদা পুবগী য়া নত্তে। অদুদি গৌরাঙ্গগী ধর্ম্ম হায়বা ওইবা তারে। অদুদসু অরুবা অমা লৈরি। গৌরাঙ্গদি মরম্নাইগী ধর্ম্ম অমতা শন্দোক্লমদে। হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী সম্প্রদায় অমদা দীক্ষা লৌখিবনি। মাহাক্না ভাগবত ধর্ম্ম, প্রেম, হরি সংকীর্ত্তন তম্বিরম্বনি। নাম শোঞ্জবনা, সংকীর্ত্তননা কলিদা লাম্নবগী মশক্তি তাকপিরম্বনি।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্।
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা॥
—গৌরাঙ্গগী মুখদগী থোক্লকপা মন্ত্রনি।

চাওরাকপা অর্থ—কলি যুগতা অতোপ্পা গতি অমা লৈত্রে, লৈত্রে, লৈত্রে।
হরিনাম হরিনাম হরিনামতনা অরেপ্পনি ( তত্ত্ব জ্ঞাননি )॥

পণ্ডিতশিংনা অসুম্নসু অর্থ হল্লি—( ব্যাখ্যা তৌই )—হরিনাম তাও, হরিনাম শোল্লু, হরিনাম শকউ। কলিদা জ্ঞান যোগ নত্তে, কলিদা কর্ম্ম যোগ নত্তে, কলিদা ভক্তি যোগ নত্তনা অতোপ্পা লম্বী লৈত্রে।—মাসিবুনি হায়রিবরা ? মাসিদি

ধর্ম্ম হৌদোক্নুনা শন্দোকপা নত্তে—খংননবা তম্বিবনি, ঐখোয়গী ওইজগদবা তাকপিবনি। অদুনা 'গৌর ধর্ম্ম' হায়বা অমা লৈনিংঙাই লৈতে—মাসিবু মশিং লাম্না খংদনা থোনবা (misnomer) কৌবা তাই। 'মীতৈ লাইনিং' 'মীতৈ ধর্ম্ম'পা খেন্নবা উৎনবা গৌর ধর্ম্ম থোঞ্জিনবা ওইগনি। অসিগুম্বা প্রেমাবতার গৌরাঙ্গনা 'নাম'গী মগুণবু মপুংফাবা মওংদা শাৎকায়বা য়ানবা ইবুঙঙোনা মনাই নরোত্তম ঠাকুরবু মণিপুরদা শাইওনহল্লপা ভাগ্যচন্দ্র মিংথোল মতিক চাহনবিনবা মণিপুরদা আবির্ভাব ওইবিখিবনি। 'গৌর ধর্ম্ম' হায়বা

লৈতবা ধর্ম্ম অমবু ঐখোয়গী ধর্ম্ম ওইহনবিরে। অসিগুম্বা ওম্ম তৈনবা চুমথোক্লবা গ্রন্থকারগুম্বা পণ্ডিত শ্রীগোবিন্দগী ব্রহ্মসভাদা ফম্বা য়াওহুনা লৈপাক্কী ব্রায়েল থৌদা য়াওবা ব্রাহ্মণ অহৈবনা অচুম্বা মশক অমসুং মমিং লৈনবা হোৎনবিক্কম থোকপনি। অতুগা অচুম্বা লোল অতুমকসু অসিগুম্বা লাইরিক্তা শিজিন্নফম থোকপনি। খংদ্রবদি খংদ্রে—খংদবগুমসু উই। ধর্ম্ম অনিগী লাইনিং অনিগী লাল মতেক মতেক য়াওবদা অপাম্বা মুংশিবা ধর্ম্মবু মায় পাক্লবা লাক্লবা মাল্লি।

সার চুড়াচান্দগী মতমদা ধর্ম্ম যাম্না চাওখৎলম্মীদি হায়রে। করি করি তৌরম্বগেদি হায়দে। তৌরম্মী হায়রগা ঐখোয়সু তৌরম্মী হায়না লৌদবা য়াদে হায়বা করিসু লৈতে। ঐখোয়না পাম্বা থুদম অমসুং প্রমাণনি। অদু পীবা ঙমদ্রবদি হায়দবনা ফৈ। মতম মাংনবা ওইহুনতা তোকই। গ্রন্থকারগী মপাবুং শ্রীফুরাইলাৎপম রাধা রমন শর্ম্মা অমসুং শ্রীঙাংবম উদ্ধপ সিংহ অনিনা চূড়া মতেক হৌদোক্লম্বা, বেনী ঝাঁপা লাকপা, শ্রীহরিমোহন শর্ম্মানা গৌর লীলাগী ফিজোল শুনা শান্-নবা থম্বা, মিসেস্ জোল্লিনা মণিপুরগী খুৎশা হৈবগী পোৎকী হোৎনবা শ্রীরাধারমণ শর্ম্মাগী মতমদগী হৌখিবা অসিনচিংবা অসিদি 'গৌরধর্ম্ম' চাওখৎপগী রা নত্তে —মরু ওইনা গ্রন্থকারগী অহল্লম্মন চাওখৎপগী রানি। ধর্ম্মগী রা হায়রবদি ধর্ম্মগী রাদা চত্থগদবনি। ঐখোয়বু থিরগা খংজো হায়রবদি লাইরিক অসি ইবা অরেম্বনি। চুড়াচান্দগী মতমদা সনাতন পরমার্থ ধর্ম্মনা চাওখৎপা ঐখোয়না পামদবা নত্তে। ইতিহাসনি ইতিহাসকী মচাক পীয়ু, থুদম্মা, থৌদোক্কী লেংবা য়াদ্রবা রারিনা মশক শেংনা তাকপা অহুবু ঐখোয়না পাম্বনি। অতৈ নিংথৌগী হাক্তক হুন্দোক্লবসু ধর্ম্মগী রা য়াম্না পাম্বা গ্রন্থকারনা

খময়গী মরমদা চৌরজিৎ মহারাজনা তৌরম্বা ময়াম হন্দোক্লগা কুম্বাবা পাবা য়ৌদবন; পাদবনা ওইবা তাই হায়না ঐখোয়না পনখিবা চুম্মগনি।

অচুম্বা বানাননা মক্ক ওইদ্রবা সংস্কৃত ম্রাহৈশিং ইদবা, অতাবদগী ইবা মানবশিং উরগা পুক্নিংদা পেন্দবা, নুংঙাইত্তবা, য়ায়েবা অমা পাই। মাসিনা কনাগুম্বা মুম্না খংত্রিবা, শিজিন্নত্রিবা লোন্-গাদদি অচুম্বা ওইনা ফাওবা চৎনবিবা য়াই। অরানবা তম্বিনবা হোৎনবদি চুমদে। লাইরিক ইবগী মরমস্তু অদু নত্তে। মতাং অসিগী লামায় অমতদা লাল্লিবা ময়াম—উদুখোন (উদূখল), ব্যায়লবেশ (বাল্যবেশ), রাধারোমন শর্ম্মা/রাধা রোমোন শর্ম্মা ( রাধারমণ শর্ম্মা, ) উধোপ ( উদ্ধপ ), হরিমুহোন শর্ম্মা ( হরিমোহন শর্ম্মা ), জিলিমেম (িসেস জোল্লি ), য়াইস্কুল পানা ( য়াইস্কুল—পানা নত্তে, লৈকাই মরিগী অমনি ঐখোয়না চুমথোকপ্রে—পোৎশক খংদবনি ), গৌরলিলা ( গৌর লীলা ) অসিনচিংবা ( ব্রেকেট ঐগীনি )। বানান লানবা ময়াম অসিদা খংদত্নবা লানবা মানবা য়াওরি। বানান লানবগী য়া লামায় অসিতগী য়া নত্তে। লাইরিক অসিমগী মঙ্গুংদা লালহঙ্কিংদবা য়াহৈদা হায়বদি সংস্কৃত শব্দগুম্বদা য়াম্না থিনা থিনা লাল্লি। মাখোয় অদু ভাব অর্থ খংদবা কাংবুনা ভাবনা পারশিনবা য়াদবনা অর্মাম্বনি। পূন্নমক অসি লাইরিক নম্বা কাংবুদা পুন্নম নমশিনবা য়াগনি নিংদে। অতুমক ওইরম্মবস্তু—'চুমথোকপ,' হায়বা লামায় অমা অনিদং য়াওত্নবা চুমথোক্লবা লাক্লরবদি ঐখোয়দা থাজবা পীবা ত্তম্মগনি। ছাপা তৌবা কাংবুগী পূন্নমক নত্রগা ৎংগায় মরালতা ওইরবা ফাওবদস্তু লাইরিক নম্বদা অনম্বা কাংবু (Printers) গী দা য়ি খংহঙ্বা হোৎনবা মতম ওইরে।

মথক্তা উৎঙ্খিবা অরানবশিং অসিগী মথক্তা 'ছাপা' হায়বা অসিমস্তু অচুম্বা ওইগনি নিংদে। বাঙ্গালা লোনদদি ছাপটা

—খিজোল জাং অমা হায়রবা অমা লৈ—অদুগা মখি কৈথৈ কৈথদে থিদোকপা ঙমে। ‘ঝাপটা’গী পোং মশক খংলবদি অমা লেপ্পা য়াগদবনি। মত্রগা সংস্কৃত শব্দগী ‘ঝাঁপা’ ওইগনব্রা? ওইগনি নিংই। মাহৈ অসিনা ওন্বদি চপ্পা, নপ্পা, খুম্বা (করিগুম্বা অমনা খুমজিনবা), লোৎপনচিংবগী অর্থ পীবা ওন্মী। অদুনা অসি ওইগনি হায়বনি। ঝাঁপানা অচুম্বনি হায়না ঐখোয়দি শিজিন্নরগনি। ঐখোয়না তাবদসু অমুমা তাই। ‘ঝপা’ হায়বা শব্দ লৈতে। “জগোয় য়াসদা বেনী ঝপা লাকপা অসি জগোয় সাবী লোয়শংদগী লাকপনি”—হায়রি। করম্বা মতমদা লাকুপপেদি তাক্তে। মরু ওইবা ওইবা মরোলদি য়াওদবা লাইরিক অসিগী হৌনবানি। ‘বেনী’ (বেনি, বেনী) ওরাংতগী মোক্লানি—মুখ্যা মাসি নৈনুমকখিনি। ঝাঁপাদি কুঁহরবা পোৎশকনি। ঝাঁপাগী মরমদা স্বর্গীয় সনা ইবেম্মা চান্দনী দেবীনা লিখম্বা য়ারি অমা লৈ। সনা ইবেম্মা অসি নরসিংহ শাগৈগী মীনা মশক খংবা সনানি। য়ারিদি—ঝাঁপা অহানবদদি লাইবকী মঙ্গায়দা তারম্মী। বড় সাহেব ওংবী সনাতোম্বী গায়না খংনবী মহারাজ সুরচন্দ্রগী মজা ইবেম্মা মেজর মেক্সরেলনা লৌরম্বীনা বড় সাহেব ওংলবা মতমদা রেসিডেন্সি (Political Agent শিংনা লৈরম্বা মফম) দা মাহাক্না মকোক চিংহুনা জগোই অমা শান্নখি। [অহুবা লাইরিক্তা লৈবা থোদোক্কি]। অহিং চুপ্পা মী লেংদনা য়েংনখিসু তাকপিরম্মী। সনাতোম্বীগী ঝাঁপা নাম্বোকতুম্না নাক্সী মপান্থোমদা লৈখ্রে। মশক ফজখ্রবী নিংথৌগী মজা ইবেম্মা অহুগী নাম্বোকতুম্না অরানবা মফম নাপদা তাবা ঝাঁপানা ফজবছু উবদা অহুগী মতৌ তমহুনা নাকললোমদা চাপ্পখিবনি হায়না লিখিরম্মী। সনা ইবেম্মা অসি পোংলোইতুবা, শেংপগী মরমদা য়াম্না নিংথিনা খংই। গ্রন্থকারগী অহল্লম্মা সনা ইবেম্মা থোয়দগী হান্দে। মানা লিখিখিবা য়ারি লানগদবা নত্তে। খংবদসু হেল্লোই।

অতুনা ঝাঁপা বেনীগুম নৌরিবা মীতৌ তম্বা নত্তে। সনা ইবেম্মা অসি জগোই নিংথিনা হৈ অমস্তুং জগোইগী ঈশৈন চংবা মরমস্তু য়াম্না ফজনা থংই।

ঝাঁপাগী রা লোইরে, বেণী অমুক পায়খৎলসি। কোক্তা বেনী লোল্লগা শেৎপা পোংলোই ঙরাংদগী পোংথোক্কি। ৈতৈতদি বেণি লোন্দে, রাসগী জগোইদা শিজিন্নরম্বস্তু নত্তে। মীগী জাৎনা বেণি লোনবা উরগা ফজগদবোই নিংদুনা লোনবনি। অনৌবা হৌদোকপা লাক্লবদা ঐথোয়গী লৈজবা পোংকী ফজবা মাংহনবনি। ইরন্নাই ওইবা মশক মাংহল্লগা মীতৌতম্বা লাক্লবনি। ঐথোয়না হায়নিংবদি কোক্তুম্বীগী, মায়খুম্বীগী ঝজ য়াওরোইদবগী খরা কোম্না থোকপা বেণী লোনশিনবনি। পোংলোই মপুং অসিদগা হোংদোক্লবদি লৈরম্মী হায়বগী রা কাউথোকপা কুইরোই। শ্রীগোবিন্দগী রাসদা, অতৈ নিংথৌ লাইশিংগীদা বেণী লোন্নদবা মীতৌ তম্বা ওইদুনা তৌবনি। মতাং অসি লোইশিল্লমদাইদা অরানবা অমা অনিদংগা লৌথোকহৌথিসি। 'কালিকোর' হায়বা নত্তে কারিকর হায়বনি। 'বাস্তীময়ুম' 'বাস্তিময়ুম' হায়গদবা নত্তে বাচস্পতি ( বাচঃ + পতি ) ময়ুম হায়গদবনি। বামননা বামনগী য়ুম্নাক নিংথিনা চুম্না থংদবা ফজফাত্তে। চারোন মৌরোন্নরিবনিংমা করিগুম্বদা নুংঙাইরোই। লাই 'পোষাক' থোনবা কাউথোক্লসি বেশ নত্রগা ফিজোল অস্তুম কৌসি। ফিরিবিগী থবক পুরম্বা মীস্তু মমিং মথা পীরি। ফিরিবিগী রা গ্রন্থকারনা ওইবা মতাং অতুরাইদা নৈনরসি। মাহাক্না তাকতবা শরুকস্তু ঐথোয়না থিদোক্লগা থংনবা লাক্লসি।

---

### কুম্মুরিশুবা মতাং

## মৈদিংঙু বুধচন্দ্র (বোধচন্দ্রনি) মহারাজ মতমগী

মহারাজ অসিগী মিং বোধচন্দ্র হায়বনি গ্রন্থকারনা থোনবা 'বুধচন্দ্র' অসি নত্তে। শ্রীয়ুৎনা সহি তৌরম্বশিংদা 'বোধচন্দ্র' হায়না তৌরম্মী অমম্বুং মাসিনা অচুম্বনি। মণিপুরগী নিংথৌ অয়াম্বা মাগী মাগী বিগ্রহ লিংখৎনরম্বনা অনম্বনি। বোধচন্দ্র মহারাজনা নির্পণ তৌরম্বা বিগ্রহগী মা গ্রন্থকারনা মুন্না খঙবা, নিংথৌ অসিগা 'তান্নদুনা' পোৎ য়াম্না পুথোকপ্রবা মুপা অসিমক্কদগী মুম্না অমুক্তা তাসি। "গৌরনগোর (গৌরনগর) খুন সেমদুনা বারনী (বারুনী) চীংথোংদা ত্রিনপ্রভু মুর্ত্তি (ত্রিপ্রভু—তিনপ্রভু মূর্ত্তি) লিংখৎলম্মী। শ্রীশ্রীবৈকুন্থনাথ (শ্রীশ্রীবৈকুণ্ঠনাথ) মি থোন্দুনা কৃষ্ণগী মুর্ত্তী (মূর্ত্তি) অমা রাধ গী মুর্ত্তি (মূর্ত্তি) অমগা লিংখৎতুনা সেবা তৌখী" হায়না তাক্লিবা অসিদগী গ্রন্থকারগী মশক অমম্বু ঐখোয়না খংবা ঙমলে (ব্রেকেটশিং ঐগীনি)। ত্রিনপ্রভু' অর্থ পোক্কউ য়াদ্রে। নাপীগী অর্থ তৌসি হায়রবম্বু 'ণ'ন. চুমদে। অহুম হায়সি হায়রবম্বু 'তিন-ত্রি' হায়রমদে। অতাবা, ভাবনা শাবা লোল ওইবা তাই নত্রগা ঐখোয়না থিবা হৈত্রদুনা তৌবর. ? নত্তে, ঐখোয়না খনবনা চুমগনি। প্রভু অহুম হায়রিবা ওইগনি নিংই। প্রভু অহুমনি হায়বগী ভাবতা লৌরবম্বু, যুগ অহুমগী অবতারদুনি খল্লবম্বু মূর্ত্তিদি অহুম নত্তে—অমতনি। পাম্বোম তকক পানবনি। মূর্ত্তিদি অমতনি। পাম্বোম মরি পামবা বিষ্ণু লাই অনি নত্তে। তদুগুমদুনা পাম্বোম তরুক পানবা লাই অহুম—তিনপ্রভু নত্তে। পাম্বোম তরুক পানবা মূর্ত্তি, শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুনা মনাই অচানবশিংদা মরক মরক্তা উত্তুনা মাহাক্কী অরেপ্পা মশক অমম্বুং অবতার তাকপা মূর্ত্তিনি। মূর্ত্তি

অসিবু 'ষড়ভুজ মূর্ত্তি' কৌই। রামসু কৃষ্ণসু গৌরাঙ্গসু অমত্তনি তাকপিরম্বনি। অসিগী মথাগী শরুক তায়বদি বিগ্রহগী নাম গ্রন্থকারনা তাকপ। ঐখোয়না লৌখৎলিবা অসি খংহৌবা কান্নগনি —অনৌবা ইতিহাসনি। ইতিহাসনি—ইতিহাস! লৈপাক কায়বা ইতিহাসনি। অরাবদি বোধচন্দ্র মহারাজনা লিংখৎলম্বা বিগ্রহ গৌরনগরদা লাৎপা শ্রীবৈকুণ্ঠনাথ কৌদে শ্রীগৌরগোবিন্দ কৌই। শ্রীবৈকুণ্ঠনাথদি কোনুংদা রাস মণ্ডল মনাত্তা লাৎলম্বনি। শ্রীগৌর গোবিন্দগী রাসেশ্বরী য়াওবসু য়াদে। বারুনী চীংখোংগী বিগ্রহ দরশন তৌরুদে হায়বসু তাকলে। অত্তুনা ঙরাংদগী থোদোক, বোধচন্দ্র মহারাজগা 'তান্নতুনা' থবক কয়া তৌমিন্নরক্নবা গ্রন্থকারন। মহারাজ অসিনা নিরূপণ তৌরম্বা বিগ্রহগী মিং ফাওবা চুম্না খংদবা —অতাবা অমা হেক্তা হায়জিনবা, থিকনা হংবা য়াওদবা মাহাক্না কুইরবা বিগ্রহ অমসুং থোদোকশিংগী রা কয়া মুন্না খংফম থোকপগে —ভাবনা অত্তুম লাম্বা য়ারবা রানি। অফবরোমদা খন্দোকসি হায়রগা বোধচন্দ্র মহারাজগা গ্রন্থকারগা 'তান্নতুনা' তৌমিন্নবা থবক য়াম্মন্দুনা অরাপ্পদা বারুনী চীংখোংলোমদা লৈবা মন্দির অমসুং বিগ্রহদা পুকনিং থিংজিনবা ঙম্মমদবনি খনগদবা মগাইরে। মাসিসু হেনমন্না গ্রন্থকারবু কন্নবা খনবা হায়বতুনি। ওস্থোকপনি! অসিগুম্বা লাইরিক অসিবুসু সরকারনা চানবিতুনা ইতিহাস হাত্তোকপদা তেংবাংলিই। ইতিহাসনা করি হায়হৌগদগে হায়বদি কনাসু খল্লুদে, চৈহৌগদবদা নাচুংলুদে।

মথংদা গ্রন্থকারনা চগ্গরকইবা অমসুং লাউথরকইবা অমুক য়েংসি। মাসিমদি নুপীগী নট সংকীর্ত্তন শৌগৎপা ওস্থোক্না য়াম্না মানগ্রে। "মৈদিংঙু বুধচন্দ্র মহারাজনা মীওইবগী ফংকম থোকপা অধিকার পুম্নমক অথিংবা লৈতবা…নিংথৌ অমং ওইরম্মী। ঈশ্বরগী

নাম শোনবদা থব্রাই য়াওনা মুপা মুপী খাইদনা মীতৈগী ওইবা মওংদা মীওয় পুম্বা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী মফমদা মানা হৈজবা যন্ত্র পায়ত্নুনা ধর্ম্মগা মরি লৈনবাসিংনা কন্তমদি খাইদনা সোনজবা য়াবগী শক্তি পীথি"—হায়রগা খুদম্না মুপী হোল্লি উৎলি। ঐখোয়মা পুথংলিবা মতেক অসি অর্থ লৈরবা ৱাহৈ পরেং ওাক্তুনি। মুন্না য়েংসি 'মীওইবগী ফংফম থোকপা অধিকার' মুপা মুপী খেম্নদনা পীবা অধিকারবুনি হায়বদি মুপানা নট পাল শকপা য়াবগী অধিকার লৈবা—অদুনা 'মীওইবগী ফংফম থোকপা অধিকার' চপ মান্নহনগনি মরমদি—'অগংবা লৈতবা' নিংথৌনি। 'ঈশ্বরগী নাম শোনবদা ···মীওয় পুম্বা" (মথক্তা লৌখৎপ্রে)—মৈতৈগী ওইবা মওং নট পালানি, মুপী মুপা খাযদনা মীওই পুম্বা শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা (মাংদা) নাম শোনবা য়াবগী শক্তি পীথি হায়বদি নট পালাসু মুপী মুপা থ'সদনা শকপা, থোগল তৌবা য়াবগী শক্তি পীরম্মী হায়বগা অন্নানি। শক্তি অসি কদায় ফাওবা তৌবা ওম্বা শক্তিনো হায়বর মা মানা হৈজবা যন্ত্র পায়ত্নুনা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা হায়বদি কোরতাল-নচিংবা পায়ত্নুনা নট পালা শক্নুনা থোগল তৌবগী শক্তি পীথি (পীরম্মী) হায়না লৌফম থোক্লে। 'কন্তমদ'সু কায়ররোই মরমদি গ্রন্থকারনা মথক্তা শিজ লাইব্রেরীইবীনা ভাগচন্দ্রনা য়াথং পীত্নুনা শকথি হায়ব্রে—মাদুগী মরমদা ঐখোয়সু হায়ব্রে। অদুদগী মুপীনা হোল্লি শকলে অদুনা নটসু শকপা য়ারনি হায়নবা পীবা খুদমনি। নট পালাগী মরম হায়বদি মুপীনা শকপা য়াবা য়াদবগী মরমদা ঐগী মোং ইত্নুনা লৈজরে। অদুনা মতাং অসিদা নৈনবা ওক্তিনবা তারনি।

মথং অসিদি গ্রন্থকারনা মাহাক্না সমাজগী লৈপাক্কী কান্নবা তৌবা তাকপনা অনম্বনি। ফনা নিংথিনা তাকই। ঐখোয়সু অথংবা মখৈ পাংশিনগনি। হৌরলি—মৈতৈ ইতিহাসতা ফিজেং

লৈতেংগী ইতিহাসতা লংনা মুত্তমা লৈহৌরগদবা গ্রন্থকাররনি ; অদুনা মতাং অসিদগী শক মুন্না থংনবা হোংনহৌরসি—"শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী ফিজেৎ লৈতেং তৌনবা শ্রীফুরাইলাংপম ইবোতোন শর্মাব কৌথকুনা শোক ১৯৫২ দা ফিরিবিগী থবক পুহনখী। পুরবা মতুংদা মৈদিংঙু বুধচন্দ্র মহারাজগা ইবোতোন শর্মাগা তান্নদুনা রস ভাবকী মতুং ইন্না অনৌবা পোৎকী মওং মথম মন্নাম পুথোকহনখী"—হায়রিবা অসি ফাওবদং নৈমখিসি। শ্রীফুরাইলাংপম ইবোতোন শর্মা নৈনরিবা লাইরিক অসিগী অইবা ঐখোয়না 'গ্রন্থকার' কৌরিবা অদুনি—মাসি কাউথোকপা য়াদে। শ্রীগোবিন্দগী থৌগল ফংলুরবা, নিংথৌ থৌগলসু তৌরকুবা, লৈপাক নিংথৌমরক কুহনা তিল্লকুবা গ্রন্থকারনা থৌগললোল নত্তবা, চৎনবী মরোলনি লৌবা য়াদবা ৱাহৈনা মশাবু 'ঐ' 'গ্রন্থকার' 'লেথক' 'অহৈবা' নচিংবা শিজিন্নদনা মী অমনা হৈরকপগুম, মীনা মশক থংগ্ররোই মতাগুম, মী মশক ওন্নগ্রনি মওংগুম 'শ্রীফুরাইলাংপম ইবোতোন শর্মাবু' হায়না শিজিন্নবা পুক্লিংদা হেক পাবদা পেন্দবগী ৱাখল অমা পীই। থোয়নদি হায়নিংদবা হায়দবা য়াদদুনা হায়বা ওইনা মালহল্লবদি চৎনবী অমসুং নোল্লুকপা মাল্লি।—

নমন্তি ফলিণঃ বৃক্ষাঃ নমন্তি গুণিণঃ জনাঃ।

শুস্কং কাষ্ঠঞ্চ মূর্খঞ্চ বেদাতে নতু নমাতে ॥

মহৈনা লুন্নবা উশিং নোপাপৈ মওঙ লৈবা মীশিং মরাই লুকই।

অকংবা উ অমসুং অপংবা মী নোল্লু য়াদে তেকুনা তোকই ॥

মওং অসি মান্নবা শিনবা ফত্তে। মাহাকী মতৌ অসিদি লৈপাক্তা নাপন উৎপা মাল্লি। নাপন তৌবা য়াবা পোৎশক্তি ঐখোয়না মথং মথং উগ্রে অমসুং উরকখিনি। 'শ্রীফুরাইলাংপম ইবোতোন শর্মাবু' কৌথৎপা শোক ১৯৫২ নি হায়রি—'শোক'তি শকাব্দদা শিজিন্নে। কুন্থাবা, লাইরিক অসিগীদমক শেগাদগী থাজবা

'শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা'সু খংফম থোকই। অদুনা চহি মশিং পীরিবা মফম খংহন্দ্রে—ভাবনবুদি শাবা য়াই। কৌথংপগী মরম ফিরিবি ফমথোন থিন্দোকপগীদমক্তি হায়রি। ফিরিবি মথক্তসু য়াওগ্রে, মখাদসু য়াওরকখিনি। মথক্কী মতাং কুন্থ্রাহুমদোই শুবদা "ফিরিবি হায়বা অসি লাইগী বেস তুবা অদুগী মমিংনি" হায়না গ্রন্থকারনা তাকখ্রে। মাসিদা ঐখোয়না হায়নিংবসু লৈ। মৈতৈগী চৎনলোন্দগী মাংশিল্লবা মীনা খংনরক্তুবা শকফম্নি (Institution নি)। অদুনা মুন্না নৈনহৌবা ফৈ। ফিরিবি, ঐখোয়না খংবা অমসুং লাইরিক্তগী ফংবদনা,—নাখুম, তুপী, শেনগাওনচিংবা তুবা মীবুনি। ফিরিবি পোৎফম কৌবনা অসিগুম্বা অতুবশিং য়োনবা পোৎফম্বুনি। অদুনা লাইগী বেশ তুবগী থোনবা ফিরিবি মিংনত্তে। মাহাক্কী মথৌগী মনুংদা লাকপা নত্রগা মানা হৈবা তুবগী থবক ওইরবদি লাইগীসু তুবা, মীগীসু তুবা, কোন্নুংগীসু তুবা অসিনি ফিরিবিগী থবক। ফি লিবা (কুদাম মখুন লিবা) হায়বদি তুশিল্লি নত্রগা ফিরি হায়দুনা ফিরিবি কৌই। মাহাক্না, মাখোয়না তুবা পোৎ য়োনববু—কবোক য়োনবী, ফিয়োনবী, সনা লুপা য়োনবী কৌবগুম ফিরিবি অমসুং য়োনফম্বুনা ফিরিবি পোৎফম কৌই। কোন্নুংগী অমা থম্বা হৌনদুনা থম্বনি। মাসিবু ফম ওইনা লৌবা য়াবা নত্তে। মমিং অমা লৈরবনিনা ফম ওইনা লৌসি হায়রবসু পংৱাং ৱাংনা খনবা য়াবা ফমদি নত্তে। কিন্না, তানয়েবাগুম্বা মওংগী ফীবমদগী ৱাংঙি খল্লবসু খরা মঙাই। 'শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মাবু কৌখত্তুনা' হাপখিবা ফম্নি হায়রিবা অসিনি। ব্রাহ্মণনা মমাংদৈদা শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোনগী মমাংদা করিগুম্বদা ওইরমগনি নিংদে, থাজবা ঙমদে অদুগা ওইখিবগী মওংসু থেংনদে। অদুবু নিংথৌনা হাপখি হায়রি। ফিরিবি শ্রীগোবিন্দগী ফিজেৎ লৈতেং হাকথেংননা তৌদে—গ্রন্থকারনবুদি মাহাক্না থৰক

অসিমক পুন্না তৌই হায়রি। মৈতৈনা ওইবা ফমনিনা বেশ থোনবদি তৌরমদে। মাসি কোন্ শিজিন্নত্রিবৈগী দর্জা-নি। ব্রাহ্মণনা ওইবা য়াবা 'ফম' নত্তে। খুৎনাইবা মখল অমনি। নিংথৌগী নত্রগা ইবেম্মাশিংগী ফিগী থেংউপ তুবা তারবস্থু তুবা তাই অমস্থুং তুই। অদুবু গ্রন্থকারদি য়ান্না পান্না ওইরুরবা ফমনিনা ওইজগ্রবা হান্নবা অদুনি।

'ফিরিবি ওইরবা মতুংদা 'বুধচন্দ্র মহারাজগা ইবোতোন শর্ম্মাগা তান্নদুনা' পুথোকখিবা 'রস ভাবকী' মতুং ইন্না পুথোকখিবা পোৎশিং মওং মথন্দি য়াম্মী হায়রি। তাকথোক্কবনিনা থাজবা য়ারোইদৌরি। নত্রগা মহারাজদি নোংগাগ্রবনিনা রাফংনকন (রাফংনবা তারবদা) লৈত্রবনিনা হোয় হোয় হায়দুনা তাশিল্লসি হায়বরা? অদুস্থু থরায় ঐনা য়ানিংদে, মীবেন ঐনা থাজদে। অসিনা অসি ওইগ্রে—অমনা 'মহারাজগা ইবোতোন শর্ম্মগা তান্নদুনা' হায়না শিজিন্নবা লোল অসি থৌগললোল নত্তে। অস্থুন্নমক ইবা খংদদুনা তৌরবা, মহারাজ শিগ্রে, নিংথৌ পানবা মুংগ্রে হায়দুনা থওই উইশিত্রদুনা ইবা ওইবিগদ্রে ঐখোযস্থু লেপকম খংদ্রে। মহারাজগা ইবোতোন শর্ম্মাগা থাক অমতদা লৈবা মীশক ওইনা উৎলি। নিংথৌনা খংদবা পোং তাক্লবস্থু ঐনা তাকুনা খংহনবা ওইনা হায়নদে। খন্নরগা অমস্থু খল্লগা নিংথৌদদি হঙ্গৎলি —অওম অথৌ খন্নবা ম্নাবাশিং খন্নরগা হঙ্গৎলি। মগান্নবা থৌম্নু নামু অমস্থুং খন্নফম পোকপা খন্নে। নিংথৌগদি খন্নদে নিংথৌনা তাকপি মখংদা হঙ্গৎলি। তান্নদে, হঙ্গৎলি।

"শ্রীইবোতোন শর্ম্মানা হৌদোকখি" হরিবা 'কৃষ্ণ বাইলা তুম্বা' হায়রিবা পোৎ অসি কন্নিনো খংবা ঙমদ্রে। খংদবা অসিদা অখংবা শাদুনা য়াওরুবা য়াওজনিংবা তারনি। ঐখোয়বুস্থু খংননবা

ইথিরম্লবদি ফরমগনি। শর্ম্মানা মথংদা হৌদোকপা—মীদা উরোক মকোক পান্নুনা ষণ শেনবগী "( পাকাসুর ) হায়বদি উরোকী মুর্ত্তি" নি। মাসিমসু শর্ম্মাগী হায়বদি শ্রীফুরাইলাংপম ইবোতোন শর্ম্মা, ফিরিবিগী পুথোকপা হৈবগী মগুণ ওইনা থারি। অসি য়েনা হৈরবদা নত্রগা হৈরবোহ নিংতম্নবা লাক্লরবদা 'পাকাসুর' তগা মশক চুন্না থংলম্লবদি অমুক্কসু হেন্না থাজরমগনি। 'পাক সুর' করি লাইরিক্তা যাওবা ওইরিগদগে অদুমক থংজববদি ঐথোয়গী পুক্নিং লৌশিং ওংগনি। ঐথোয়না থনবনা চুমগনি 'পাকাসুর' হায়বা নৈতে, লাইরিক্তা য ওনম্মোহ 'বকাসুর' হায়বদি নৈ। ষণশেনবগী মতাংদা য়াওবি -লাইরিক্তা য়াওরিবনি। 'উরোক্কী মুর্ত্তী' হায়না 'পাকাসুর'গী অর্থ হনবা অসিনা 'বকাসুর' শোয়দনা ওইরনি। হৌদোকপা হৈ হায়দুনা মশা থাগৎচবদি তৈব পোংকী অচুম চুমদবদি থংদবা ওইনা শর্ম্মাবু মীনা লৌবদা লানগনি নিংদে। ইন্নফি মতক্ক তৌদোকপা বেগিগা কোম্নহনবা পুথোকপগুম্বা দোক্লম্লসি, ডবা দা থোক্লকপা ডাওনি। মৈতৈগী ফিজোল ( Costume )গী মতুংদা যাওবা নত্তে। নপাশিল্লকপনি মীতৌ ওম্বনি। তেংবাংবদি গ্রন্থকাবথোয়সু য়াওরিবনি। ঐথোয় মথং রাজড টুব শ্রীফুরাইলাংপম ইবোতোন শর্ম্মা, ফিরিবিনা তৌবা য় ওতুনা মাতুগী অনৌবা অশংবা পথাপ পুথোকপা ময়াম থন্নরসি।

"পোংলোই সেংপদা মগুং তাননবা থুনা সেংপসু য়ানবা পোশ্বান্দা" লিগী মতত্তা হারা শিজিন্নবা, শমজিন অমসুং কোকুতুম্বী থুনা শেংপাদা লোইশিনবা য়ানবা উফম 'কস্থমদি কাইদনা' শ্রীফুরাইলাংপম ইবোতোন শর্ম্মা ঐখোয়না নৈনরিবা লাইরিক অসিগী গ্রন্থকার, ফিরিবিনা নৌনা পুথোকখি হায়না ইরি। পুথোকপগী মরমসু পীরি। ময়মু থন্নদ্রিভৈগী মমাংদা লোখংলিবা

মতাং অসিগী মতেক অমতং নৈনথোকখিসি। 'পোশ্বান্দা' তারা শিজিন্নবা হৌদোকপা শেংপদা মওং তাননবগীনি হায়বা য়ানিংদে —মরমদি তারান। শিজিন্নদ্রিবৈগী মমাংদা পোশ্বান মওং অমতা তারমদবা তারি অমসুং মাতুংদি নত্তে। লিনা শিজিন্নরম্বদি তারা ফংদ্রিবদা তংকন্দবা, খাংগদবা থন্দুনা শিজিন্নরম্বনি। শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মানা অনৌবা হৌদোক্লিবৈদা লিহাপ্পা পোশ্বান মওং তারমদে হায়বা অরানবনি। 'থুনা সেংপসু য়ানবা' হায়বা অসিদি খরসু চুম্মম্বা য়াই। অদুদা 'সংপসু' দা 'সু' শিজিন্নবনা 'মওং তাননবা' হৌদোকপনা মরু ওইবনি। নিংথৌরোল কয়া শিজিন্নরকুবা পোশ্বান মওং তারমদে—শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা, ফিরিবি পোক্লগা, তারা ফংলকুবা মতমদা মাহাক্না হৌদোক্লগদা মওং তাই হায়বা অমসুং খনবা ভাবনা দোলান শাবা নত্তনা করিসু ওইনিংঙাই নৈতে। 'উফম' অনিগী ৱাদি পুথোকপগী মরম খন্নবদা নৈনরসি।

মথক্তা গ্রন্থকার শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা, ফিরিবিনা নৌনা পুথোকচবনি শিংথাখ্রিবশিংগী মরমদি "ৱার্লড টুর তৌরকপা মতাংদা ষ্টেজকী কুম্মৈ মওংদা লাকপা মরমদগী অকক্নবা মতমদা লোইদবা য়াদবা মরমশিং অসি নৈবদগী পুথোকপনি মৈদিংঙু বুধচন্দ্র মহারাজনা সনা পুক্লিং তাবা মোৎ তাকপিখি। এশিয়া কোয়বদা সিজিন্নবা য়াবা অমসুং মীরৈবাক মচাসিংগী মমাংদা লেমজনিংঙাই ওইবা ইমা মীতৈ নৈবাকী পোৎনি হাইদুনা থাগৎ ৱাহৈনা চানবিখি।"—অসিগুম্বা অসিগী ফমথোল কাখিবগী ৱাসু য়াওরি। অদু য়ৌদ্রিবৈদা লৌখৎলিবা শরুক অসি নৈনথোকখিসি। লিগী মহুৎতা তারানা শিনবা, শমজিন অমসুং কোকতুম্বীগী উফম ওইনা শেম্বা অসিনি 'এশিয়া কোয়বদা সিজিন্নবা' মতিক চাবনি

নিংথৌনা থাগৎখি হায়না গ্রন্থকার শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মানা লাউথোকলি। পোৎলম অদুম অসি গ্রন্থকারনা হৌদোকপম্থু ওইহল্লসি, ওইরবদা পোৎশিং অসি য়াওবনা থায়নদগী লৈরক্লবা পোৎলোইনচিংবা অদু অনৌবা পোৎশক হায়বদি অনৌবা মওংগী পোৎলোইনচিংবা ওনখ্রে হায়রিবরা ? ওন্দে, হান্নগী মওং অদু অদুম লৈ। মখোয় ওল্লে হায়বা ভাবোক অউবা, কুমৈ য়েংবা কনানম্থু খংদে, উকবম্থু নত্তে। থবক্তা কোম্লনবা, খুৎলোয়নবা হোৎনৈ হায়বমথৈদি হয়বা য়াই। মদুম্থু ভাবোক্তা খংবা নত্তে। মীরয়া থাগৎপদি গ্রন্থকার শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মানা মনুংদা পানশিল্লি, হাপচিল্লি হয়রিবা অদু নত্তে- মৈশিগী লৈজরম্লবা পোৎলোইনচিংবা অদুবুনি। নিংথৌবু থাগৎহনবা মফম চাদ্রে থাগৎনিংঙাই লৈতবদা থাগৎহল্লে। তারানা লিগী মতুৎশিনবা, শমগী মতুৎত উকম্না শিনবা, শমজিন য়েৎপগী মতুৎতা উপাশিনবা য়ানবা হোৎনবা অসিনা 'ইমা মীতৈ লৈবাক্কী' থাগৎনিংঙাই ওইবা করি উৎথুবগে ? মাখোয় অসি য়াওবা থায়না ইপা ইপুশিংনা হৌদোক্লগ থনম্বা অদুবু উরগ থাগৎনহৌবনি অমসুং মাসিগীদমক্কি ঐখোয়না চাউথোকচগদবা—গ্রন্থকারগী 'মুখবোল'গী পোৎশিং অদুবু নত্তে। মতাং অসিদা অমম্থু নিংশিংসি—শমজিনবু চিনবা হায়নৈ য়েৎপা হায়নদে। থায়নম্থু শিজিন্নবা খুদিংগী য়েৎলম্বা নত্তে।

ঐখোয়না লৌখৎপগী তরোইব শরুক এশিয়া কোয়বগী মতাং নৈনখ্রে। অহৌবা শরুক 'ৱার্লডটুর'গী ৱা থন্নরসি। ঐখোয়না মথক্তা হৌজিক্ত নৈনখিব 'ইমা মীতৈ লৈবাক্কী' গ্রন্থকারনা মমায় ওইহনবিরুই লাউথোকখিবা ৱার্লড কোয়বগীদমক পুথোকপনি হায়রি। 'ৱার্লড টুর' 'এশিয়া কোয়বা' শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন

শর্ম্মা গ্রন্থকার, ফিরিবিনা হায়রিবা—নৃত্যাশ্রমগী মরি শোয়দনা ওইগনি। মতম অদুদা মাহাক্কী থবক্কা নৃত্যাশ্রমগা মরি লৈরম্মী। পোৎ শান্দোক শানজিনগী মরি হায়বদি শেনগী মরিনি। নৃত্যাশ্রম —লাইরিক অসিবু নৈনজরিবা ঐখোয়গীদা অফিস য়াওনা লিংদুনা লৈরম্মী। য়াম্না শাংনা লৈরম্বনি—মাসিগী পুন্সিনা লোইবা ফাওবা লৈরম্মী। ঐখোয়না মৈতৈগী ব্রাংলবা মহৈশিং তসিবু নুংশিজবদগী অরা নুংঙাইবগী রাখল য়াওদনা ভমজবা মখৈ তোৎনদুনা, মৈতৈগী অমেংবা মহৈনা পৃথিবী শিনবা ওন্নবদি হায়দুনা লারুভখিবনি। অশেংবা ঙাক্তা হায়রবদা ঐগী ইনাও রাহেংবম শোমচা সিং আশ্রম অসিগী মকওইবা চৈঙাক ( backbone ) ওইরম্মী। মাহাক্না হোৎনজবদগী মৈতৈ জগোই ঈশৈনা হৌজিক্কী থাক অসি যৌখিবনি হায়বদা লানগনি নিংদে। হৌজিক্কী শেনগী ঈচেন্দা ঈরোইবা হৈবা হৈতবা মশক থিদনা চিংখৎনিংবা খন্দুনা চি থৎপগী মতম নত্তে নৃত্যাশ্রমগী যুগ। ভিক্ষা হাপ্পিনবা মী লৈরমদবা মতমনি ‘জগোই শাবী’গী থাক্তা থম্বিরম্বা আর্টিসশিনি। নেহরুজিনা ত্রিপুরা, মণিপুরদা লাকপা মতমদা মণিপুর সরকারনা নৃত্যাশ্রমগী মফম পীবিয়ু য়াদ্রদুনা ত্রিপুরা সরাকারনা মতম থরা পীবিদুনা মৈতৈ জগোই উৎলুবদা মৈতৈগী, নৃত্যাশ্রমগী জগোইদা মাহারা অখন্নবা অমসুং খোইদানা য়ে নিথিবদগী—মণিপুর অমসুং মণিপুর জগোইগী থাক মফম চানা প্রধান মন্ত্রিনা থম্বিরম্মী। অদুদগীদি নৃত্যাশ্রম অমসুং নৃত্যাশ্রমগী মথৌদা শুগৎলম্বা কাংবু খোইরেন মশা পাইরক্লুনা জগোই জগোইত হায়নখি। মথংদা নৃত্যাশ্রম, পৃথিবীগী নোংপোক নোংচুপ চত্তুনা মৈতৈ জগোই উৎলুবা ভম্বগী করিগুম্বা লৈপাক্তা থংবিনিংঙাই, চানবিনিংঙাই লৈরবদি তোমচানি শর্ম্মাগীদি থুংনিংঙাই লৈতে। হৌজিক মণিপুরগী মপান্দা—দিল্লীদা, নোংচুপ বাঙ্গা-লাদা, রাজস্থানচিংবদা মৈতৈ জগোইগী মকোন শাকমদা মৈতৈ

শচানা কোকথোং য়ারিবা নৃত্যাশ্রমগী পোংথোক্লা অয়াম্বনি। মাসি কনানম্মু লাল্লি হায়রোই। নৃত্যাশ্রমগী আর্টিসশিং লোইনবা নৈরি, শিল্লাংবদা য়াওবা কাংবুম্ভ হিংলি। কনানম্ম লাল্লি হায়রোই। নৃত্যাশ্রমগী ৱাংখৎলক্লিবা থাক উবদা ৱাজনীতি চোংশিল্লকুনা ওচৌবা শাবা ফাংবুনা নৃত্যাশ্রম শি-নবা শিনথি। শেনগা শক্তিগনা চপশিল্লকপদা নৃত্যাশ্রম মতম কুইনগীদমক তুম্বা তাখি। অদু ওইদুনম্মু মণিপুরী জগোইন হৌজিক ওইরিবা ফীবম মণিপুর অমস্থুং মপান্দা নৃত্যাশ্রমগী মমল নাইদ্রবা দানদি। তুরবদি নেংতুনা চৎপা মীওইবগী শাজৎনি—নৃত্যাশ্রমগী দান কনানম্মু নিংশিংবিদে। নৃত্যাশ্রমগী আর্টিসশিংনা মিংচৎ অমসুং হিংনবগী অরানবা ফীবম অমা ওইবিবা অসিদম্মু নৃত্যাশ্রমগী শকক য়াওদবা নত্তে। তোমচাগী মথৌ য়াওখিদবা নত্তে। কাউগনবা মীওইবা ওইদুনা তৌবতনি। শকপিনবা শোনবিনবা কনা য়াওদনা তা-দুনা লৈখ্রবা নৃত্যাশ্রম গ্রন্থকার শ্রীফবাইলংপম ইবোতোন শর্ম্মা, ফিবিবি ফাওবনা মাহাক্কা লিখৎপানি হাযজিল্লকইবা অসিনি। শেন তানবগী উপায়নি খনবা নত্তুনা আশ্রম অসিগী করিম্মু তৌবমদবা ঋিংিনি। অদু থংনা থংনা মাহাক্কা লিংখৎপনি লাউরি।

গ্রন্থকারনা মাহাক্কা নাহারক আসম্বী ৱাহেদোক্লা "মথংদা নৃত্যাশ্রম লিংখৎতুনা জগোইগী চৈল্লবা ৱস ভাব ময়াম থিবগা লাইনন। ফিজেংকী মরমদা হুনা শেংপা য়াব কস্তমদি কায়দবা ফিজেংশিং খনবা তৌখি" হায়না শ্রীইবোতোন শর্ম্মা ফিরিবিনা মথৌ পোংনা লাউবি। অরাবদি লউক্সংদনি, মথোল তা-নবা লাউক্সবদনি, অচুম্বদি নত্তে। লিংখৎপগা মাহাক্কা মরি করিমত্তা লৈনদে। ঐখোয়না খনবদদি অসিগুম্বা থাক ৱাংখ্রবা আশ্রম অমা

লিংবা, মাহুবু ওইনবা হোংনবা, হিংনবা শিনবা, য়েথোক্লবা তোংনবা ময়ামগা শিংনহুনবা চেনবা শর্ম্মাগী শক্তিগী মপান্দনি। অসিগুম্বদা মাহাক্না লৈতুম অমতা হুল্লম্ব নত্তে মমিং পুম্না লৌগে হোংনরিবা অসিতনি। অতাবা, অথংবনা নোক্কদবদনি। তন্দুনা মাহাক্না মানা লিংখৎপনি লাউজরিবা অঙাওবগী চোইরোল নত্তনা কৈরিস্সু ওইনিংঙই নৈতে।

শর্ম্মাগা নৃত্যাশ্রমগা মরি লৈনখিবদি জগোইশিংগী ফিজেল রাম্ববা, শানবা অমস্তুং শেৎপগী মরি খক্তনি—মাহুস্সু শেনগী কারবারনি। মাহাক্না শানবা ওমদবা, শানিংঙই লৈতবা লাংবা তারক্লবদা মাহাক্না অশ্রনদগী শেল হন্না (advance) লৌই। শান্নবস্সু অমস্তুং য়োন্নবস্সু—নৃত্যাশ্রম্না হোংনবিবনি। শেৎপদস্সু অতুমঙাই নৃত্যাশ্রমগীদমক্তদি মতোমদা পোবা নত্তে—আর্টিস অয়াম্বনা মতম হেক যংগা পাংনবা ঙাক্তনি। শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা গ্রন্থকার, ফিরিবিনা অশম্ব মওংগী জগোই ফিজোল পুথোকপগীদমক মণিপুর মহারাজনাকপু মাহাক্না থাগৎ-হনবগী রা ঐথে য়না মথক্তা লৈনখিবা—করিগুম্বা থাগৎপিখিবাক ওইরবদি মাহাক্কী মগুণ নত্তে, নৃত্যাশ্রমগী আর্টিস্‌শিং অমস্তুং শিল্লাংবাশিংগী মগুণনি। থবক ওইনা শিন্নবনা শর্ম্মাদনি। লন্নাই পুন্না মিংচৎ লৌনবা হোংনবগী মহুত্তা অওই অওইবা হায়দোকপনা পুকচেল চাউবগী মথৌনি। নৃত্যাশ্রমগা মথরায় য়াওনা মশাগী খন্দনা তিন্নরম্ব মী য়াম্না হিংলি। ঐখোয়না হায়জিল্লুহনা কান্নগদবা নত্তে। শ্রীইবোতোন শর্ম্মাগা নৃত্যাশ্রমগা লৈনবা মরিদি—অমুক্তসু হন্না হায়নিংই—মানা লিংখৎপগী মরি নত্তে, লিংখৎপা ওম্বগী মরিস্সু নত্তে—শেনগী মরিনি, মাগী পোৎ শাহুনা শেন তানবগী মরিনি। নৃত্যাশ্রনগী মরমদদি চহি চুপ্পা ফমহুনা ঙাংনবদা গ্রন্থকারদগী য়াম্না

হেন্না থংবা মী য়াম্না লৈরি। শর্ম্মাদি নৃত্যাশ্রমদা তৌবিমল থংবা উৎপা অমস্তুং মীন। তৌবা হৌনবা তৌফম থোকই হায়বনি। নৃত্যাশ্রম্না শেম্বিখিবনি—নৃত্যাশ্রম্ শেম্বদা য়াওবা নত্তে। নৃত্যাশ্রমগী ময়মদা মাঙোন্দগী হেন্না থংবা অস্নুক য়াম্না লৈরিঙৈ, হিংলিঙৈ অসিদা নৃত্যাশ্রম লিংখৎপগী মিং লৌনবা লাক্লবা মীচিক মীখোন তাদবা জঙ্গলদা কপ্প বগা অঙ্কানি—তাবিনিংঙাই লৈরোই। আদালতকী মতেং লৌবা য়াওরক্লবদি খুংথিগনি। লাইবিক অসিবু নৈনজরিবা ঐ আর্টিস্স্ নত্তে, আর্টিজান্স্ নত্তে। অচুবু ইপোৎপু ইরৈবাকপু মুংশিজহুনা ঐগী পিক্লব। শক্তিগী মন্থংদা ঐনা ঙমজবা পূন্নমক নৃত্যাশ্রমগীদমক তৌজখি—শিংথানবা নত্তে। বাগী মতাংনা য়াদ্রহুনা পঙবনি। ইমুং মনুংগী অমস্তুং ঈশা ইশাগী খুদোংচাদবা কয়া থাংহুনা ঐ অমস্তুং ঐগী ইনাও তোমচানা হোৎনরমদ্রবা গ্রন্থকারগী 'রার্লডটুর' থোক্লমগনি থাজদে। থোক্লবগী লম্বী লৈরম্মোই। শর্ম্মাস্তু তিন য়োৎথহুনা খল্লবদি হৌজিকস্তু মাংদা ফন্ ফন্ চোংথোক্লকথিনি। ইশাগী অমস্তুং ইনাওগী রা থব ইদবা য়াদহুন, ইথোকখিবা—মতাংননি, উৎনিংবগী রা নত্তে। 'জগোইগী চেল্লিবা রসগী ভাব মযাম থিবগা লোইননা' হায়না গ্রন্থকারনা শিজিন্নবা ঐখোয়না মথক্তা লৌখৎপদা য়াওখিবা, গ্রন্থকারগী থাক নত্তে—পামজবগী, রা নিংবগী হায়জবা হায়বা অহুনি। মাহাক্কী লাইরিক অসিদগীস্তু মাহাক্কী জগোই অমস্তুং রসগী থাক ঐখোয়না লাকশিনবা ঙম্মে। স্বর্গীয় পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ননা রস অমস্তুং জগোইগী অর্থ ময়াম আর্টিস্শিংদা অমস্তুং খংজনিংবা কাংবুদা নৃত্যাশ্রমগী শংদ তাকপিখি। মাসিদা শর্ম্মানা য়াওই হায়বা ফাওবা ঐখোয়দি নিংশিংবা ঙমদ্রে। পণ্ডিতরাজ থাদোক্তুনা জগোইগী 'রসভাব'কীদমক গ্রন্থকার অসিদা নৃত্যাশ্রম্না ওনশিল্লমগনি অমদি মাহাক্কী মমিং ফাওবা নিংশিংলমগনি হায়বা

মংদা য়েনা খনবা য়াবা রাখল নত্তে। মংলাক্লরগদা খনগদবা মঙাইরে। হে গুহাগী হৌজিক! নংগী ঈপাক্কা মচাউরে।

"এশিয়া ইউরোপ চৎনবা নৃত্যাশ্রম পার্টিদগী মী (৬) তরুক মণিপুরগী ওইনা খনখি" হায়না ইরিবা মীশকশিং অদুগী ইডুনা হাপ্লিবা অসিদা গ্রন্থকারনা মাহাক্কী মমিংনা ইহান হান্না ই ঃ—

"১। শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা (ফিজেৎ লৈতেংগী)
২। শ্রীচিত্রসেনসিং (যন্ত্র)
৩। শ্রীবাবুসিং (পুং)
৪। শ্রীনোদিয়াসিং (পুং)
৫। শ্রীমতি সুর্য্যমুখি দেবী (জগোই)
৬। শ্রীমতি তোম্বীনৌ দেবী (জগোই)"।

মথক্কী ইখৎপা অসিদা গ্রন্থকারনা মাহাক্কী মমিংনা ইহান হান্না ই। মাহাক নত্তনা, মাহাক্না চিংদনা নৃত্যাশ্রম ওইবা য়াদবগুম উৎলি—লুচিংবা ওইনা উহল্লি। অওইবমক্তি শর্মাদি মরুওইবা চংদবা য়াদবা মীশকতি নত্তে। জগোই শা-নবা হোৎনবদা মাহাক য়াওরগা থরা হেন্না খুদোং চানবতনি। মাহাক য়াওননবা হোৎনবদা রাজাও অমা ওইনখ্রিবনি। মাহাক্কী থবক ফি শেংপনি, আর্টিস্-শিংগী দরকার মতুং ইন্না ফিজোল শেংপনি—লৈরবা ফিরোল শেং-পনি। মতমগা পোৎশক্কা মীশক্কা চান্নবা ফি মরম্লাই পুথোকপা মী ( costume producer ) নত্তে। থিদোকপগী পাম্বৈ থিহুনা ( Research ) তৌডুনা পুথোকপা নত্তে। অরৈবা শেৎচিনবনি, শেৎপদা পাংবনি। মাসী মপোৎ অশানবা মাংদনবা হোৎনবনা অচোবা মথৌনি। অসিগুম্বা মীশক থোংবু অমা ( troupe ) দা পল্লদে পন্দবনা হেন্না চংনৈ। মীনা ইরল্লবদি য়াওবা তারবস্লু—'মাস্লু য়াওই' হায়না আ-মমৈদা পনবদগী হেল্লোইদবনি।

মশামা ইজবনিদা মীকোক থোংবা গুইনা উৎচনিংহনা মনিং তৌজন্নিবনি। মাহাকতৌনা থবক অসি তৌবা ঙম্বা মী মতম অহুদা কনাম্মু লৈতবা নত্তে। মাগী য়েংহনা অমস্থুং ঙিন্নকবা মরূপ মপাংগী রাখলনা মরু ওইহনা মাবু নৃত্যাশ্রমগী পোৎলোই শানবা অমস্থুং ফি শেৎপা গুইহনখিবনি হায়বা লান্দ্রবনি। শ্রীফুবাইলাংপম ইবোতোন শর্মা, লুচিংবা মান্না উৎলিবা নৃত্যাশ্রম্না য়াওবা ভারত মপানগী 'টুর' অমুক্তা য়াওবনি। মাহাক য়াওদ্রবা মতমদস্মু মান্না তৌবা থবক আর্টিস্‌শিংনা অহুম তৌজহনা জগোই উৎলকই, অকায়বা লৈবক্তে। মাহাক চৎপা য়াওদ্রবা অহুদা লুচিংবা মান্না মমিং উৎপা য়াবরোই হায়হন। তৌবরা মথংদা চৎলকপা আর্টিস্‌শিংগী মিং অমত্তা পান্দ্রে। 'লিংখৎপা' হুপানা অহুম তৌবা হৌনদে। মাহাক্না চত্রবা কুমদগী 'লিংখৎপা' স্মু তোকপা হৌনদে। মমা পীবা মিংশিং অসিদস্মু হায়বানিংঙাই লৈ অত্তবু শাংদোকখিনবনি কান্নদ্রে গ্রন্থকারনা এরিয়ান থিয়েটর পোংশক থংনিংহনা য়াওবগী রাস্মু য়াওরি। মাহাক্না মাহাক্কী লাইবিক নৈনজবিবা এন্ডোন্দগী কুইনা অমস্থুং নরুনা মবি এরিয়ান থিয়েটবগা লৈরম্বা নত্তে। অসিমস্মু ষ্টেজ কুম্নিংবা অমস্থুং পোং শান্দুনা শেন তানবগী মরিত্তনি। অদোমদা চংথকবস্মু মরম চাদ্রে নিংক্ষই। গ্রন্থকারনা উৎলিবা, ইরিবা মঙং 'আত্ম শ্লাঘা,' মশা থাগৎচপা হায়না লৌকম থোক্লে। মাসি চৎনবা মঙংদি নত্তে। মীনা পামজবা ঐখোয়না খুৎ পায়হনা খাম্মুবা ঙনদবলিনা নোকশিন্না, কপশিন্না তৌহনা খাংবদা তাই।

ঙসাই ঐখোয়না লৌথৎখিবা অত্থগা হেক থংননা "শর্মাগী থবক ফজনা তৌবা উবদা ভূষণ অধিকারি উপাধি পিবিহনা ফিরিবী থবক্ক পুনা পুনা ব্রহ্মা শোভা পণ্ডিট মরক্তা লৈহনা লৈবাক্কী অফ ফত্ত নৈনবা য়াওবা ফংহনথী" হায়না চরিদি হায়ববু থবক ফজদনা

অফবা মাপ্পা উৎপা লাক্লকবনরা করিনো অরানবা উপাধি অমা গ্রন্থকারনা ফংহৌবে। লৈতবা, লৈবা স্নাদবা উপাধিনি। 'ভূষণ'দি অচুম্বসু ময়াওগ্রে 'ভূষণ' অচুম্বা অদুনি লৌরসি 'অধিকারি'দি হেক হৌবদগী অসুম ইরবনি। অদুনা ছাপাদা লানবা নত্তে। অদুনদি অরানবা, লৈতবা উপাধি অমা ফংহৌবা ঐখোয় যাওনা পুক্লিং সুংশি। মতুংদা কনাগুম্বা অমদগী অমুক ফংলবদি অচুম্বা 'ভূষণ অধিকারী' হায়না ফংনবা হোৎনবা ফৈ। শর্ম্মানদি থবক যজনা তৌবগী মশা থাগৎচরি ঐখোয়দি করি অফবনো খন্দোক্লিংঙাই ফংদ্রি। অদুবু অসুম তৌহনা ভূষণ 'অধিকারি' উপাধিসু ফংলহনা "শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ থোগন তৌহনা শ্রীফুবাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা (ভূষণ 'অধিকারি', ফিরিবি, মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং লেবং, ব্রহ্ম 'শোভা'দা ফম্বা য়াওবা 'ব্রহ্মা শোভা পণ্ডিট' মরক্তা তিনবা, ব্লার্লড টুর মতেক অমতং যাওরুরবা) মতম লেল্লী" (ব্রেকেট ঐগীনি)। অস্নুম্না মতম লেনবা অসিদগী ফর যম্নবা লাইব্রিক লাইস্নু পুথোকপিরক্তুনা নৈপাকী কান্ননবা মথং মথং তৌরকপা শুহৈরবদি ফগনি।

### কুম্বামণ্ডাশুবা মতাং

# থাখন ছত্রগী মরম

### অহল লমন লিখুম

হৌখিবা মতাংগা হন্দক্কী অসিগম্মীদমক কুম্বাবা অমস্তুং অতোপ্পা থোইদোকপা লাইরিক অমতা পন্ত্রে। হৌখিবনা লম্লাই খংবনি ছায়বা ওইবা তাই। হন্দক্কী অসিনা অহল লম্মন লিখুলনি হায়বদি ব্রাহ্মরি ব্রাত্তাইদগী লোবা ব্রাফম্নি। ধর্ম্মগী পাউভাক মহক্তা ফিজেং যাওরক্তুনা থরা নৈনখ্রে। হন্দক্কী অসিদি লৈতেংগী মওং ওইনা খন্নপদবগুম তৌরি। ধর্ম্ম থেংচিল্লকত্রবদি ফগানি। গ্রন্থকারনা ব্রানা হোংনহুনা থাকন ছত্রগী মরমদা "থিদোত্তুনা মাচা তানা খংবা য়ানবা" হায়রিবা নিংথিনা নৈনহুনা খংনবা হোংনসি।

খন্নগদবাশিং—"১। থাকন, পে, য়েম্পাক, অহুম অসিমনি।

২। ফিরানগী মরমদনা ছত্র অমস্তুং ফিরান অসিনি।" অসিগী মথক্তা "লাইগী অমস্তুং নিংথৌগী থৌগন্দনা চুং, হুমাই, অনি অসিমা লৈরে।"

ঐথোয়না থাকন হায়না কৌহুনা শিজিন্নরিবা 'থাখন' হায়গদবনি হায়নস্তু হৈরি। "মরমদি লাইগী কর্ম্ম লৈপাক নিংথৌগী কর্ম্মদা নুমিৎ থাগী মঙাল চংবদা"—"ফত্তবা মতমদা মঙাল চংদনবা খল্লিবা মী অমস্তুং পোংকী মশক তাকপনি" হায়রি। অহুনা করিগুম্বা কর্ম্ম অমদা থাকন খনবা চংলবদি নুমিৎ থাগী মঙাল চংবা কৈ, ফত্তে খংনবা খুংলৌ ফাকপা তারি, অফবা ওইরগা খন্ননবনি গ্রন্থকারনা ব্রানদি থিবিকয়ে, অহুবু মাসিদি তৌনদে। খন্নকম থোকপদা থাকন খল্লি—মঙাল অফবরা ফত্তবরা থিবগী ব্রা করিমত্তা লৈতে। "নুমিৎ থাগী মঙাল চংদনবা খল্লি। হায়হুনা থাখন কৌবনি"

হায়রিবা অসিমসু চুমদে, চুম্মোই। ‘নুমিৎ থা’ মথং মনাও ওইনা ইরি—‘থা, নুমিৎ’ হায়নদে অমসুং ইনদে। অতুনা নুমিৎ হুন্দোক-লম্লগা থা করিগী মথক্তা পুথংফম থোকপগে? মরম লৈতে। নুমিৎ হুন্দোক্লবগী মরম লৈতবনিনা থা মথক্তা পুথক্তুনা ‘থাখন’ হায়বগী মল্লক্তা ‘নুমিৎখন’ হায়বনা হেন্না চুম্ফম থোকই। অতুগী মথক্তা অহিংদা থাকন থন্দুনা কর্ম্ম তৌবা অশিবগী যজ্ঞদা নক্তনা পংনা থেংনদে। অতুনা ‘নুমিৎখন’ না অমুকসু হেন্না চুম্ফম থোক্লে। অতুবু মৈতৈনা কৌরমদে, ‘থাখন’সু কৌরমদে। মরমদি থ'কন মথক্তা পাক্লা থল্লি; করি করিগুম্বা ফক্ত হাওদি উচেক্কী ফত্তবা, তিল কাং কন্নবা থনবগী থক + কন = থক্কন = থকন = ( থ কন ) ওইরকপনি। ঐখোয়গী অসিদি নুমিৎ থাদা মীচং মীথায় নাইদ্রে। মান্নবা হায়জিনবসু নত্রে। ‘থকন’ থাকন হায়বসু নিংথিনা চৎনরিবা ৱাহৈনি। অসুম্না যুংনা থল্লি হায়দুনা যুং + থল = যুথল কৌবনি।

থাকন মথোলশিং ১দগী ৯ ফাওবা কনানা থনগদগে তাকলি —লাইতিলগী ৱা ওাক্তনি। গ্রন্থকাবনা হৌবদগী পামনা পুথংলক্লিবা ধর্ম্মগী ৱাশিং অতুনি। ঐখোয়গীদি অমতা য়াওবিদ্রে। শামু ময়ানা ইম্মোক্লক্লবদি মঙ্গে থেঙ্গুগী দাই লৈতে হায়বতুনি। মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদবগুম্না মতাং অসিদসু মশানা ঐ লৈ, ঐগী পোৎ অসিনি—অতুম তাকচৈ। অসিগীদমক ঐখোয়বু থংহনবা, চিংশিনবা য়ানবা ‘মাচা তানা থংবা য়ানবা’ থিদোকলুরিবনি। অতুবু মায় পাক্কনিদি নিংদে। ঐখোয়সু ইন্-নবা য়াওশিল্লুরবনিনা তুমিন্না লৈথোকপা য়াদ্রে—অথংবা থক্নদি হায়হৌসি। গ্রন্থকারগী থাকন মথোনগী ৱা অসি ঐখোয়না খংজবা ধর্ম্ম অসিগী লাইগী থইদবনা ভাব তাবা ঙমগনি নিংদ্রে। মপু মঙাগী হায়বদি মথোল

অমনা অমগী মপুগী, ৩ না গুরু অহুমগী মপুগী, ৫না থরায় মঙাগী মপুগী, ৭না শলাই শেম্বা মপুগী অমসুং ৯না লাইবুংথৌ ৯না থৌগনবা মপুগী—ওইনা ইরি। অকোমবগী অসিদংদি থংঙে। মাহাক পাথংবনি। তরাশুবা মতাংদা পাথংবা লাইবুংথৌ মাপন্না থৌগল্লি য়াওখ্রে। মথক্তদি 'বেদগী মোত্তা' পীদুনা ঐখোয়না থংবা থরগা চাংদম্নবা য়ায়রম্মী। হন্দকী অসিদি 'বেদগী মোত্তা' ওইহল্লিংব্রবরা নত্রগা থংব্রবরা ঐখোয়সু থরদং ফাওবা থংবা য়ারে। যজ্ঞনচিংবদা, মন্দির মন্নুংদা, মাণ্ডবতা, শ্রীমদ্ভাগবত তাবদা, তুলসীনচিংবদা থনবা 'বেদগী মোত্তা' করম করম্বা, কনা কনা মপুগী থন্‌বনো হায়রগা ইরম্মবদি ঐখোয়দা ফনা কান্নগনি। গ্রন্থকারগী মহৌ অসি মীচং মীথায় নাইবা ঐখোযরোমগীদি কুংশিদবা ধর্ম্মনি হায়দুনা ইয়েং য়েংবিদবা মাল্লি। ঐখোয়না থনবদি শাস্ত্র পুরাণশিংগী মরি লৈনদ্রবদি 'বেদগী মোত্তা'সু শিজিন্নরম্মোই। অসিগী মথংদা জীব পোকপগী, অমম অঙানগী রা য়াওরিবা নৈনদ্রবসু য়ারে। মথক্তা শাংনা নৈনখ্রবা ঙাক্তনি। গ্রন্থকাবনা ঐখোয়বু কাউহন্নিংদদুনা ইতত্তওনা হৌদোক্তুনা চেকশিনবগী ভাবতনি। অসিদা ইরিবা লোল ফাওবা অক্সানি হায়বা য়াই।

থাকনগী মথাদি ছত্রদা চৎথখ্রে; পে, য়েম্পাক হুন্দোক-পিরম্মে। ঐখোয়না থংজবা থরনা মেনখৎপা য়াত্রা য়েংসি। পে ঐখোয়না হৌজিক ছোয়না শিজিন্নরিবা ছ টিনগুম্বনি। পে মচা, অচৌবা মথল মথল লৈ। লাইগী, নিংথৌগী, অঙম অথৌগী থন্নবা শিজিন্নে। হৌজিক কন্না শিজিন্নরক্রবা ওইদুনা মথলশিং অসিসু মমিং তেংঙান তোংঙান্না থংনবা—ইথং থংনরক্রে। ইনৌ নৌনা পে মচা 'খুদোং পে' হায়রবসু ময়াগনি—অকে অমৌ ঙান্নবগী মওংদা শিজিন্নরকপা উরে। খুৎনা পায়দুনা শিজিন্নবা (ছাতিনগুম্বা) খুদোং

পে, অতোপ্পনা পাম্নরগা খানবা পে খোংশাংবা, পে নারেকপা অসিনচিংবনি। অচৌবাশিং, লাই, নিংথৌ, অহুম অথৌ খানবা ওম্বা কাংবুনা শিজিন্নৈ। য়েম্পাক (য়েনপাকস্তু হায়্র)=য়েন (এন) না কুপ্তুনা পাক্না শাবা=য়েম্পাক, য়েনপাকনি ( য়েন/এন= নাপী, উনা, রা মনাবু পুন্না খনৈ )। য়েনপাক্কীস্তু মখল লৈ। থুংনা পায়হুনা ছাটিনদৌনা তুপ্পা ( খুদোং য়েনপাক হায়রবস্তু য়াই ), পে'ং চৈ য়োনবদা নোং-নুংশা খল্লবা অচৌবা য়েম্পাক, লৌশুবদা নম্রগা থবক শুবদা নোং-নুংশা কল্লবা মখুৎ পান্দবা ছাটিনগী মওং নাকল অমনা কোক কুপ্লগা মতোন অমনা নংগনকুপ্পা—য়েনখোংস্তু কৌনবা —অতুগী মওং অসিনচিংবা।

ছত্র—গ্রন্থকারনা ছত্র থাকনগা ভাব অমতনি হায়রি। ছত্রনা রাং-বগী মপান্দা য়ুংবনি অতুগা মাসি য়ুংবা মফম লাইগী জাগানি খংগদবনি হায়না তাক্লি। ঐখোয়গীস্তু য়ানিংবা য়ানিংদবা খরা উংলি। সম্বৎসর ( ফিরোই ), কীর্ত্তন তৌবা, মন্দির মনাক, পুখ্রি হোংবানচিংবদা ছত্র য়ুংগু—কংলি। মাসি য়ুংলগা লাইগী জাগা হেক্তা ওইদে—খুদম পীবিবা অসিনি। গ্রন্থকারনা হায়রিবা ছত্রবু য়ুংলবদি লাইগী জাগানি হায়বা মফমদি উমংলাইগী মফস্তুনি। ঐখোয়গা মরি নক্না লৈনজবা লাই অমস্তুং ঐখোয়গী ধর্মগী রা থায়দোকখিহুনা তৌবনি। ছত্রবু ঐখোয়না সেকপিন হায়নস্তু খংই। নব ছত্র=সেকপিন মখোল মাপন নিংথৌনা খল্লি। কর্ত্তা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দনা নিংথৌনি হায়হুনা সেকপিন মখোল মাপন অসি থনখিদে হায়বগী রা মথক্তা হায়নরবা অত্তুনি। 'মীতৈ লাইনিং'গী রা য়াম্না পাম্না ইরিবা গ্রন্থকারনা মৈতৈলোল সেকপিন তোকথোক্তুনা ছত্রদা তেনশিনপ্রে। অনি অসিগী মরি লৈনবা নিংশিংহৌদবরা, মশক খংদবরা অমদি ওইবা তাই।

ফিরান—ফি মরাক পাকপা মথক্তা লৈহনবনিদা মহায়রে। ফিরান অমসুং ফিরান শিজিন্নবগী মতম অমসুং মফম লাইরিক অসিনা নিংথিনা হায়রে। অতুদা ধর্ম্ম শন্দোকপগী মওং ওইনদি গ্রন্থকারনা শিজিন্নরি অমসুং মতেং লৌরি।—"মচু অমুবা অঙৌবা অনি পুনবা ফিরাম্ম মীতৈগী মোস্তা মপা মমাবু নিংসন্নবনি হুন্দক্কী মপা মমা অসি থক্কীনি।" অতুদা কদায়দা, ক্করম্ব মফমদা মচু অনি অসি পুনবা ফিরান শিজিন্নবগে হায়বদি উংত্রে। রাধা কৃষ্ণবু মমা মপা ওইনা নিংবগী পাউতাক্কী মরমদা ঐখোয়গী হায়ফম থোকপা মথক্তা হায়থ্রে, অমুক হঞ্জিন্দুনা কান্নদ্রে। গ্রন্থকারগীদি ইতত্ত্বনা হঞ্জিনবগী রাফমদনি। ঐখোয়না নৈনরিবা লাইরিক অসি পারগা গ্রন্থকার ব্রাহ্মণনু ওইরিবা, শ্রীগোবিন্দগী থৌগন তৌতুনা মতম লেঞ্জনিংই হায়জরিবা ব্রহ্মসভা (গ্রেংগীনা শোভা) দা ফমতুনা ধর্ম্মগী, লাইগী চর্চ্চা তৌতুনা লৈপাক্কী অক ফত্ত নৈনবা য়াওরুরবা—অসিবু শ্রীগোবিন্দ সেবাদগী, ভাগবত ধর্ম্ম সনাতন পরমার্থ ধর্ম্ম ভাগ্যচন্দ্রনা থরায় য়াওনা প য়া চংচরম্বা অসিদগী মায় লৈথোক্লবা ওইনা উই। ভাগাচন্দ্রনা হৌজিক ফাওবা গ্রন্থকারদা মতেং পীরি হায়বা ফাওবা য়াই। ভাগাচন্দ্রগী রাসমক লৈরমদ্রবদি গ্রন্থকারগী পুন্সিম্নু অতোপ্পা অমা ওইরমগনি নিংই। মাসিম্নু মতাংনা পল্লুবনি —ঐখোয়গী ধর্ম্ম অসিবু লুংশিবিনবা হায়জরুবনি। ঐখোয়গী রাদা অমুক হঞ্জিল্লবদা—লাইনিংবগী মনিং তাক্লিবা, রাধা কৃষ্ণবু মমা মপা ওইনা নিংবনি হায়বা মাহাক অসিবু ঐখোয়গী বৈষ্ণব সম্প্রদায় অসিদা লৈরি খনবা ঙমদ্রে। বৈষ্ণব গ্রন্থশিংবু খংদবা, থাজদবা, শ্রীমদ্ভাগবতপু করিমত্তা থৌশাদবগী মওংদা চত্থবগুম উবা অসিদা —করিগুম্বা রাখল অমনা নত্রগা কান্নবগী মরম অমনা মায়থুম হাপ্লি-বোই নিংই। সেকপিন—ছত্র, ফিরানশিংগী র,—থাকন ফাওবগী রা লাকপদা 'হিন্দু লাইনিংগা' মরি লৈনবা অমতা হাপ্তে অমসুং

হাপ্পিংদে ; 'মীতৈ লাইনিং' তগী হাপ্পিংবা, ডাংনিংবা, ডাইাক য়াদতুনা লাপথোকলুরবস্ু মাসিদা হেক্তা চেনশিল্লকপা। 'মীতৈ লাইনিং'তবু পামজবা, মাসিতনা পুন্নমক্নি খনবগুম তৌবা ভূষণ 'অধিকারি' অসিবু হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম ঐখোয়না হৌজিক্তা পনখিবা ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরদা পাম্না চৎচরম্বা অতু চংলি, পাম্লি, মন্নুং মপান নাইনা শিজিন্নদ্রি খন্নবা থিবা ৱানা থোক্লে। হৌজিক গ্রন্থকারগা শ্রীগোবিন্দ সেবাগী মরিগ। তৎনরে মাসিদগী ঐখোয়না খনবা অমস্ু লৈ মাসিবু কনাগুম্বনা নোকপস্ু য়াই। অনাদি ভগবানবু কয়া কুইনা মীনমতুনা থম্বা য়াগনি - মাহাক্না শোকহন্নিংডক্তবা, নকহন্নিং-ডক্তবা মতমদা অতু থোরনবা অমা অতুম শিল্লকপনি।

থাকনগী মতাংদা তৌখিবগুম ফিরানগী মতাং অসিদস্ু গুকগী, শলাইগী, লাইবুংথৌগী ৱাদা অস্থুম লাইগী ওইনদি তেনশিনগ্রে। "রাজনিতিদা হাইবা তারগন মচুগী তোডান তে ডানবা ভাব লৈথবে" হায়না তেনশিল্লে। 'মীতৈ লাইনিং'গী মোতস্ু পল্লি। মাসিগী মপান্দা মন্দিৰ মতোন্দা ফিরান য়ুংবগী ৱা, লাইদা কৎপগী ৱা, নিংথৌনা মনা পীবদা ফিরান ১/২/৩/৫/৭/৯ পীবগী ৱা কুম্বাবদা য়াওরিবা পুম্পন পল্লে। কুম্বাবদা থেংনদবনর', পাদবনর, পাকম খংদবনরা, হৈতবনরা কুম্বাবদি লাইরিক তসিগীদমক সেগাদা যেপ্লগা তোক্লে। 'মীতৈ লাইনিং'গী মান্-নবা খরা হোৎনরপা মখাদি লাইরিক্তা য়াওবা য়াওদবগী ৱা করিস্ু লৈতে।

পে—থাকনগী ৱা ইরপা মথক্তা পে, য়েনপাক হুন্দোক্লমতুনা ছত্রদা চৎখিবা অতুদা হুন্দোকশ্রবনি থন্দুন। ঐখোযগী শরুক খরা হায়-দোকগ্রে। অতুবু মফম অসিদা লৈরম্মিবা অসিদস্ু ঐখোয়স্ু হায়দবা য়াদবা য়াওরম্মে। পেগী মতাংদা লাইরিক অসিনা হায়রি —"পে হাইবা পোৎসক অসি মখল (৫) লৈ। ১ পে ছাটিন

"য়েমপাক, পে নারেকপা, য়েম্পাক মচৈ পান্দবা"। অসিমসু অঙকপা মরক্তা য়াওবা য়াবা মরোল ওইরকই। মুক্তা য়েংসি—ছাত্তিন পে নত্তে, য়েম্পাক পে নত্তে অহুবু পে লোইনা ওইহল্লি। ছাত্তিন মণিপুরগী পোং নত্তে—গ্রন্থকারনসু মথা থংনবামত্তদা "মীতৈ ইরোল নত্তে" হায়রি। ছাতা ছাত্তিদগী ছাত্তিন লাকপনি। ঐখোয়গী লোল নত্তে হায়বা ঐখোয়সু য়ারে। ঐখোয়গী মিংসু নত্তবা ঐখোয়গী পোংসু নত্তবা, পে মথল অমসু নত্তবা অসিনা পে ওইনা য়াওহল্লিবা অসিনি ঐখোয়না ঙক্লিবা! পে হায়বা অমা পে নারেকপা হায়বা অমা পে অনি নত্তে। পে মথল নত্তে; পেগী মথল ৫ (মঙা)—পে নারেকপগী তাক্কদবনি। মঙাদগী অমসু হন্থরে। অসিগুম্বা হেনপাত্তসু থোক্লে—পে নত্তবনিনা অমসু হন্থরগনি। য়েম্পাক মচৈ পান্দবসু য়েম্পাক্কী মথল অমনি—পে নত্তে অহুনা অমসু তাথরগনি। অত্তনদি গ্রন্থকারনা মথল মঙা পাবগী মতুংদা 'পে নারেকপা' হায়বা পে মথল অসিমত্তা মরৈরে। অসিগুম্বা অঙকপ বাখল থনবা ওম্বা মীসু মরৈবম্মী। অসিগুম্বা বাখলনা লৈতেংবা লাইরিক অসিনা ঐখোয়গী কান্নবা তৌরিবয়া, মাংনবা তৌরিবয়া মুন্না খন্থদবা য়াদে। অসিদগী অমুক হেন্না ঙকপদি অসিগুম্বা লাইরিক্কীদমক মতেং (grant) পীহুন। মণিপুরগী, মৈতৈগী, মৈতৈ সমাজগী, মৈতৈ ধর্মগী, মণিপুর ইতিহাসকী মাংননবা তৌবদা মতেং পাংডিবা অসিনি। গ্রন্থকারগী অঙকপা 'পে ময়াম' শিংজিন্নবগী বাদি খন্নদ্রবসু য়াদ্রে। মথক্তা ঐখোয়না থরসু উংঙ্খে। পূমমক্তা থংবা পোংকী বা হঙ্গিল্লুবা কান্নদে।

মথাদি 'চুং' দা চথরসি। "চুং হাইবা পোং অসি হুমাই মওং অমনি"—গ্রন্থকারনা হায়রি। অসিদনসু পেন্দ্রহুনা হুমাই মথল অনিনি, লাপ্পা হুম্নবা অমা, অনকপদা হুম্নবা অমনিসু হায়রি।

পোৎ মশক্না—থৌগলগী পোৎশক্সি, চৈ মখোক খরা শাংবা অমগী "মতোন্দা ক্সিগী তকোইবা মপান্দা ফি অপাবনা সুপনা তারেগা চেৎনা ফাবা অত্থু চুং হায়বনি" হায়দুনা য়াম্না থংবগী মওং উত্তুনা তাক্লি। তাকইবসি উরগা ঐখোয়দি থবাক য়ৈদবা ঙমদ্রে। অরাবদি 'চুং' হুমাই নত্তে—মওংদসু নত্তে, মথৌদসু নত্তে। মাহাক্না পোৎশক তাক্লিবা অসুম্নসু তৌদে অমসুং অসিগুম্বা মশকসু নত্তে। 'চুং' হায়বদি তা পাযবা লাম্মীনা অমদি তানা খুৎলাই ওইবা মীনা ঙাকথোক্লবা পায়বা অত্থুবনি। 'চুং অকোয়বা' থাঙনা খুৎলাই ওইবা মীনা পায়বা চুঙ্গোয় কৌই। অসিগুম্বা মশক খংদনা পুক্নংবনা শানোইবা শানবা ইনবগীদমক "য়াম্না থিদোক্তুনা মাচা তানা খংবা য়ানবা" হোৎনকই হায়বা অসিমক্না চান্নবা তৌবা ওইরবদি গ্রন্থকারগী-দমক রাবিদবা ঙমদে। মফম মশক খংদনা পংথি থিরুবদা পংরা রাদুনা তোক্লরিনি। অদুনা অরাংলোমদা চৎথিবা মী মখারোমদা তান্নরুবদা রাবা অত্থুগী ঐখোয়না অরাবা ফোংদোক্লি। অদুনা চুংদি কোয়দে শাংই; কোয়হল্লগনা চুঙ্গোয় কৌই।

চুংনা তাগা কোন্নবা, চুং অকোয়বনা থাঙগা কোন্নবা চুঙ্গোয—মাখোয়শিং অসিগা হাইফেৎ মমিং মান্নবা অমা লৈহৌরিবনা 'চোঙ্'নি। চোঙ অসিবু গ্রন্থকারনা ঙসাইমখৈ 'চুং' কৌদুনা ঐখোয়দা তাকপা লাক্লরকই। 'চুং' হায়বা পোৎ অমসু লৈদি থংদবা মমিংদি হাইফেং হাইফেৎ তাবা অদুগা গ্রন্থকারনা ফিরোন শানবদা লাই হরাওবগুম্বদা থরা তোয়না উরবা 'চোঙ্'বু খরা খরা মমিং তাবা 'চুং' অদুনা 'চোঙ্' ওইহনবগী রানি। চোঙ্বু অর্থ হনবা লাইরিক্সু—"ছত্র, নিংথৌ অমদি লাইনচিংবগী মাঙদা খান্দুনা পুবা পে মথল অমা" হায়না ই। ঐখোয়গী অসিদি অইবা রাসু য়াওরবনি। অহল্লম্মন লিখুল হায়জিন্দুনা মান্নবা ইশিনবগুম্বা নত্তে।

ঋারিদি লান্না তারগা, তাবমক্ক ওইরবস্সু, লান্না ইশিল্লিবা অসিনি। গ্রন্থকারগুম্না চোঙ্গা চুংগা খেন্নবা খংদবা অহল মশিং মণিপুরদা য়াম্না তাংগনি। লান্না হুরবা অসিমক্তদা শ্রীবিষ্ণুগী, শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা শিজিন্নবা অচ্ছু ফাওবা পন্দে। লাই হুন্নাওবগী সেবাদা চংই হায়বদি কাউদে। 'বেদগী মোজ্ঞা' ওইরবসু 'মীতৈ লাইনিংগা' চান্নদুনা থাদোকপা ওইরিব্রা? 'হিন্দু লাইনিং'গী য়া য়ারিবমখৈ পল্লম্মোই তৌবনরা?—অতিংকোক মকমদি খংলরিনি! পে-না কোক্তা খনবগুম চোঙনা মায়দা লুংঙাইতবা ফনবদা শিজিন্নবনি হায়না লৌগনি। চোঙ্ সেকপিন অনি অসি পুন্না হান্নগল্লি। বিষ্ণুনা লেংবদা চোঙনা নাকল ওইনা থোগল তৌবা ঐথোয় উনরবা ঙাক্তনি। গ্রন্থকারসু উরবনি, মশিং অমসুং মশক চুম্না খংদবদনি।

"মীতৈনা অকোইযবু চুং হাইনৈ", লাই চরাওবা নিংথৌ সেবাদা চুং মফম মতম যেংদুনা শিজিন্নগনিসু হাযরি। 'চুং'গী মরমদা অসিনা অযৌবা গ্রন্থকারগী থাক্লি অমসুং ঐথোয়বু কাউ-হন্নিংদ্রবা অথোইবা মংহাক্কী মচ্চনি। মৈতৈনা অকোয়ববু চুং হায়নদে —চুংগী মশক মথক্তা ঐথোয়না উক্তুনা য়াওদ্রে। লাই চরাওবা অমসুং নিংথৌগী থোগলদা ফরিগুম্বদা শিজিন্নদে, চুঙোযদি শিজিন্নে। 'চুং' নত্তে 'চোঙ্' হায়বনি হায়গে। চোঙ্ অকোয়বা মশাক্তি, অঙ্কু ওইরবসু অকোয়ববু চোঙ্ কৌদে। রাখলগী অচুম্বা পুথোক্লবা পাঙ্গল (logic) গ্রন্থকারগী অসিগুম্না য়াম্না লৈ। চক্রদগী চক্কর, চক্করদগী চক্কো, চকোদগী চগো থোক্লকই। চগো কোনবা হায় অদুনা চগো অকোয়বনি। অমুক্না চগোদগী 'চোঙ্' মিং থোক্লকপা অঙকপা নত্রগা ওইবা য়াদবা ওইনিংঙাই লৈতে। হিন্দু ওইজ-নিংদুনা, মরি লৈজনিংদুনা, মরোল পামজদুনা তৌবনি হায়রগদ্রা? য়াম্না য়ানিংদ্রবসু গ্রন্থকারসু মথক্তা কোকয়েং অচৌবগী মতাংদা

ময়ায়দা অমুবা হাপ্পা 'চিথা' গী ভাবনি অমসুং হিন্দুনি তাকপনি হায়খ্রে। অতুগা ঐখোয়নসু করম্বা মতমদগী হিন্দু ওইরিবনো হায়বা মথক্তা নৈনখ্রে। অতুনা হিন্দু ওইতুনা লাক্লিবনিনা মরোল ইরোল তৈনরমদে। কুহ্না কায়নরকপা, অরৈবা পুম্নমক তোংশিন্ন-খিবা অসিদগী মশক অমা তোপখিবগুম উবদনি। হিন্দু অতৈগী লোলশিংদা সংস্কৃত লৈবগুম ঐখোয়গীদসু অতুম লৈবত্তনি। মশক লৈরম্মিবনিনা ঐখোয়না পামজতুনা তৌবা নত্তে। অস্রুম্না জগোইসু করম্না খোনখিবনো করি শব্দদগী লাকপনো হায়বা শ্রীরাহেংবম যুমজাও সিংহগী 'মণিপুরগী রাস' ১৯৫১ ইং আগষ্টকী 'সাহিত্য ঈচেল' দা ফোংবদা ফংগনি। গ্রন্থকারনা 'চুং' মওং মফম অসিদা তাক্লিবা 'চোঙ্' গীনি। মাহাক্না মথক্তা যাম্না তৌখিবগুম খংদতুনা লান্না হায়রবসু ঐখোসনা অচুম্বা অসি লৌসি। মতাং অসিমতদগী খল্লুরবসু লাইরিক অসি নম্নবা শেনগী মতেং (grant) ফংবা গণতন্ত্রগী মতম ওইতুনা মী অমা ভোট অমগী ভাবত্তা পীবা নত্রগা স্বর্গীয় ওজা ইবুঙো শ্রীমুতুম কোইরেং সিংহনা হায়বম্বা মণিপুরগীদি 'পে স্কেল' (pay scale) নত্তে 'বদন স্কেল' নি হায়বদি মশক য়েংলগা শেম্বনি হায়রম্বগুম পীহনবা হৈবগী শক্তিনা গ্রান্ট ফংবা তারবদি পা-নবা মী (Reviewer) থমজ্রবসু য়ারে। মাসিনা মতম অমসুং শেন খরত ওইরবসু কনগনি।

### কুঋ্তরুকশুবা মতাং

## পোৎলোই ৱাইনবা শুবগী মতাং

### অহন লমন লিখুন ( ফংবা ৱারি )

হন্দক্কী মতাং অসি 'অহন লমন লিখুন' দগী ফংবা ৱারিনি হায়না উৎলি। ইহান হানবামক্তদা "মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা রাস জগোইগী পোৎলোই শেৎনবা ফিজোল তসি ৱাইরমদে" হায়রি। ভগ্যচন্দ্রনা হৌদোক্তুনা কোন্নুংতদা শ্রীগোবিন্দদা কৎপা জগোই রাসনি। অদুগীদমক কোন্নুংদা শেমশারগা শেৎখিবনি —কনাদগী ৱাইগনি? খুল্লকতা রাস কৎপগী ৱা "থোইনা তৌরমদে" নত্তে, পুমতৌ তৌরমদবনি। গম্ভীরসিংহ নরসিংহগী মতমদা খুল্লকতা শান্নহনখি। নরসিংহ "নিংথৌগী মতমদা খুল্লক্তা জগোই রাস শন শেনবা শান্নবা হৌই"—গ্রন্থকার মশামক্না হায়জগ্রবনি অদুমক্তদা 'থোইনা তৌরমদে' হায়না অমুক হৌগৎলকইবা অসিনা মাসিবু ৱাখলগী অচুম্বা—লোজিক! লোজিক। গ্রন্থকারগী লোজিক হায়বা অদুনি। শান্নহনখি হায়রিবা অসিসু মশক নাইবা নিংথৌ ওম্বা অওম্বা খরতগী ৱা ওইগদবনি। করিসু পাক্লমগদবা নত্তে। কোন্নুংদগী পোৎলোই মী খুদিংনা ৱাইবা ওম্বা হৌনদে। রাস জগোইতগী ৱা নত্তে জগোই পূম্নমক্কীমক ৱাইফম লৈরমদে। ৱাইননবা মী লৈত্রিঙৈদা ৱাইনবা মফমসু লৈখিদবা তারি। অদুনা ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা পোৎলোইগী কারবার লৈবা য়াদ্রি।

মথাদা "ৱাইনবা পোৎলোইশুবা অমস্তুং থম্বা" গী মরম চথরকইবা খরা নৈনবা চংগদৌরি। শম্লপ্না গ্রন্থকারগী মরোল পীরি —ৱাইনবা পোৎলোই মওং অসি থমখিবা শ্রীমতী ঝুলোনখোম্বী

সিজনা হৌখি হায়রি। মাহাক ঐখোয়না কাউবা য়াদ্রবা রাজকুমার চিংলেনসনা পাওনা [ গ্রন্থকারগী পৌনা নত্তে, পাওনম্নি হায়দুনা পাওনা হায়বনি ] ব্রজবাসীগী মতুং ইন্দুনা খোংজোম লান্দা অঙাং ওইনা তুখি হায়রবা সনাখ্বা অদুনি হায়রগা বামন ওংবী তোঙ্গৌ দেবী কৌবীগা শুমিন্নে অমসুং মতুংদা মোইরাংময়ুম লৈরক্কী ইমা ইবেলশিংগা শুমিন্নে; অদুদগী, মতুংদা পোৎলোই শুফম অহুম থে ক্লা লৈরক অসিদা লৈরে হায়না চথরি। অহানবদা কোলুপ অহুম পীরগা মথংদা অশুবা নুপী তরেৎকী সিং পীরি। কাংবুশিং অসি ঝুলোনখোম্বী অমসুং তোঙ্গৌগী মতুংদা শুহৌবনি অমুকসু হায়রি। মাসিদা ওইবা য়াদবা থোরকলিবদি "হায়রিবা নুপীশিং অসিনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি মতমদগীদি শগোলবন্দ মোইরাংময়ুম লৈরক্কী ইমা ইবেন পুম্বা পোৎলোই শুবনা শিনফম ওইন হিংনবা মথৌ ওইরম্মী"—নি।

চিংলেন সনানা লাল চৎপা চহি নৌরিবা মতমদনি। মতম অদুদা যুম পাল্লবসু কুইদ্রিবা ওইগনি। খোংজোম লাল থোকখিবা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা শিরগা সুরচন্দ্র মহারাজনা চহি ৪ পাল্লবা মতুং কুলচন্দ্র মহারাজনা পানবা মতমদনি। চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা চিংলেন সনা যুম পাল্লমগনি হায়বা থাজদে। অদুনা মাহাক্কী সিজ অমসুং বামোন ওংবী অনিনা পোৎলোই শুবা হৌবা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদনি হায়রিবা থাজবা ঙমদে, প্রমাণ চাদে। অদুগী মথক্তা অমুক মাখোয়গী 'মতুংদা শুহৌবা নুপীশিং'না চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা শুই হায়বা অসিনা অমুক হেন্না থাজবা য়াদ্রে। মাখোয় অনিগী 'মতুংদা শুহৌবী' হায়রবদি মাখোয়না শিংরগা নত্রগা শুবা তোকরগা শুহৌবা ওইগদবনি। অদুনা গ্রন্থকারনা নুপী তরেৎকী মিং (পোৎলোইশুবী) পীরিবা মাখোয়গা শুমিন্নরকপা নত্তবা তারে। গ্রন্থকারনা পীরিবা

মুপী তরেৎ —(১) মকোং সিজ দেবী (২) থোৎনু দেবী (৩) মেৱামচা সিজ (৪) থৱান দেবী (৫) মেৱা দেবী [ (৪) গা (৫) গা বামোননি ] (৬) থম্বৌ সিজ (৭) লৈমতোন দেবী অসিনি। মুপী তরেৎকী মমুং অসিদা গ্রন্থকারগী মমা পোকপা মবেল য়াওরি—(৪) অসিনি। ঐখোয় য়ান্না মুন্না খংহৌই। অতৈ অসিস্থু অখংবনা অয়াম্বনি। গ্রন্থকাবস্থু খংহৌবমগনি। মুপানা পোৎলোইশুবা হৌবা য়াওবা মুপা তরুক অমগী মমিংস্থু পীবি। চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না মুপা য়াওবকই হংবিবা যাম্না কোন্না যাওরকপা ওইগনি—চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা মাখে যস্থু যাওবা হৌবে হায়বা অসিনা খরা হেন্না অমুক থাজবা হংলে।

মতাং অসিগী অবোইবা শরুক অসিদি মণিপুরগী পোৎলোই শুফম লম তাকপগা লোইননা পীরিবা গ্রন্থকারগী ইমুংগী তর্পন লাইবিরুম্বনি হায়বস্থু যাবে। পিতা ঠাকুরদগী হৌদুনা মমা থৌরাণী, মচে, মবাই, ইমুং মমুং মাগী থৌরাণী ফাওবা অমতা চিথদনা য়াওবে। অসিদা ৱাৎলিবা হায়বন গ্রন্থকাবগা পোকমিন্নবা লৈখিদ্রবা মযাম্বা শ্রীলালহরি শর্ম্মাদা মডাহরে। অডাংশিংগীদি অডাংশিং ওইরে। অদুগা ময়াম্বদি পোৎলোইশুবা ইয়াও য়াওরম-দবা হৈবমদবদি নত্তে। মাগী মিং কনখৎপদা য়াওবিদবা মরম খংদে। মাহাক্কী ধাবা কনাস্থু লৈহৌদ্রে অদুনা ওইবা য়াই। পিতা ঠাকুর মাতা ঠাকুরাণী, মচেশিং অমস্থুং মবাইশিংনা মফম অতোপ্পা থুরাই ৱাংখৈদা কারবার অসি শন্দোকখিবগী ৱারি মরিক চুম্না হরি। অহল অনিনা থুপগ্রবদা "মচানুপা শ্রীইবোতোন শর্ম্মা ভূষণ অধিকারি ( অমস্থুং ফিরিবি ) মনাই মুপী শ্রীবাষ্টিময়ুম ( বাচস্পতিময়ুম ) নিংডোল ফুরাইলাৎপম ওংবি ইবেমপিশক দেবীগা লোইননা পারিচৎ তুংইন্না থবকশিং অসি চৎথখি" হায়রিয়ে

গ্রন্থকারনা গুরুশিংবো ! খংদবা খংলো, তাদবা তাবো নৈপাক্ক মচাশা গুরুগী মাথংনে। ঐগী মাদি ঐনা ঐগী ইজয়গদা মরেক্ক চুম্মী। ( ব্রেকেট ঐগীনি )।

---

## কুষ্ট্রাতরেৎশুবা মতাং

# চৎনবী নৈনবা

মতাং অসি গ্রন্থকারগী মবল্লাইগী ওইবা পাউতাকনি। থ ঙসন্নু হৈজসন্নু হায়দুনা তাকপিবনি। অদুবু য়ানিংদবা যাওববদি উংহোবা ঐখোয়গীসু ইথৌনি। পাউতাক অসি 'কস্তম' গী ওইদি। কস্তম্না জাতি অমগী মুর্ত্তিনি হায়রগা মাসিবু মাংহনবা, হহনবা রাযেল শাসন পাযরিবা মী অদুগী মথুক্তা লৈ হাযনসু ইবি। ধর্ম্মগী মবমদা ফিজেৎ লৈতেংগী অহোংবা লাকপসু নৈপাক্কী সুমেক শাসন পাহং কাংবু দগীনিসু হায়বি অদুদগী মাসিগী অনিশুবদন, এজানি অহুমশুবদা মপা মম্মানি চথবি। খুদম ওইনা ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোক্লম্বা ফিজেৎ ( বাসগী ফিজোল ) বু পীরি। ঐখোযসু বেংসি—ভক্তিনা লৈতেং ওইনা শেম্বনি হায়রিবা ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোক্লম্বা ফিজোল অসি কস্তম (custom) নত্তে, মথং মথং শেমদোক্লকইনা, হাপচিল্লকইবা কজহল্লকইবা অসিনি। মাসি তৌনরক্লবা চৎনরক্লবনি কাযহৈদে হাবরবদি শেমদোক শেমজিন মথংগী নিংথৌশিংনা তোরম্মোইদবনি। অদুনা ফিজোল অসি 'কস্তম' নত্তে, 'কস্তুম' (costume) মশক খল্লবা ( মশক নাইবা ) ফিজোলনি। কস্তুম শেত্তুনা জগোই শান্নবা কস্তমনি। ফিজোল অহোংবা লাকপগী "অনিশুবদা প্রজানি,

অশুগুম্বদা মপা মমানি” অসিমদি ভাব তাদ্রি—ধর্ম্মমক্কী য়ারা, মথং মথং লৌনরক্কই চায়বয়া অর্থ লৌবা ঙমদ্রি। অহুদগী রাস খুবম্বা হায়বা তোঙ্গুনা য়েংবা চৎনরক্লিবা য়াসগী ফিজোল ভক্তিগী ফিজেৎ শুইরক্কবননিঙু হায়বি। রাস খুবম্বা তোঙ্গথিবা য়েংবদা শন্থবকপা শ্রীখেম্নিনা যাম্না থৌনা হায়বা ঙম্মী মীওইবগী পুকচেলগী মশু নি য়াথলগী অবাঙবমি, ফিজেত্তা হোংদোক্লকপনা শুইবা য়াদে। কবিগুম্বা গ্রন্থকাবসা হায়বগুম ফিজেৎ শুল্লকপনা ‘য়েংবা’ শনখিবা ওইরবদি গ্রন্থকাবসক্কপু য়াম্না চাউবা দায়ী পুদবনি। মথক্তা গ্রন্থকারমক্না অমৌ অনৌবগী হোৎদোকপগী য় য়াম্না য়াওখ্রে। থংদনা শন্থোকপা কারুগীদি ঙয়াবু দাযী চাউরোই। থংনা থংনা তোনা হৌদোক্কত হায়বা অদুনা চুম্নবদি) গ্রন্থকাবগী মরাঙদি পাপ ফাওবা ন ওবে। শ্রীখোযনা থনবদনা ধর্ম্মদা খুৎশেম য়াম্না চংলকইবা অসিনা ধর্ম্মগী শংনম্বনা কুম্মেদা শন্থোকপ, তাখিহুনা ‘খুবম্ব’ না ‘য়েংবা’ শনখিবনি। লাইলিং মহ্নল হেনগৎনবা হোৎনবমম্ শনথিবা শইবা নাই। রাসগী কৃষ্ণ, রাধা, মবে কচিংবী অমম্বুং গোপীশিং দম্মগী য়সগী মমক অদু নংখিদ্রে, জগোই শাবা শাবী ওইহন্দুনা শেল যাম্না থাদবিবা, শেল য়ান্দ, ভাবা তারুবিবা অসিনি—অসিবুবা ন জানি, মপা মমানি গ্রন্থকাবনা হায়খিনা। ফিজেৎনা করি কয় খুগায়দং দাইখালী মান্দুনা কুম্মে ওইনা উটুনা শেল থাবনি ত যমে মচাইরে।

ওড্রেবা কিনা মৈতৈগী অরাবা উৎনবা ফিজোল নঙ্ক্ষ-গোকব, অমুনা মহুনা অতোক্লা জাতি পুম্নমক্কী অরাবা থংনবা ফিজোল নঙ্ক্ষে—অমুক্কম্ মতাং ফলিক। যাওরমহুনা শ্রীখোয়মু অমুক থবদং হান্নদবা য়াদ্রে। মথক্কা নিংথিনা শ্রীখোয়দা মৈনখ্রে, খুদনকাম্বু পীখ্রে। নুহোংবগী বোর (বর) না তড্রৌবা ডাক্তা শেৎপা

করম্বা মখলগী অম্রাবনো হংতুনা নৈনরিবা লাইরিক অসিদা য়াওহনবা ফংহৌদব। ঐখোয়গী লাইবক থিবনি। "অতোপ্পা ধর্ম্ম কয়ানা মীতৈ চৎনবী ধর্ম্মবু থুগাইতুনা অমরোমদা পুনবা তোংনদবা নত্তে" হৌরিবা অসিগী মথাদি মশিং খংদ্রবা চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী লৈরক্লবা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মদা 'অতোপ্পা ধর্ম্ম কয়ানা' অকায়বা অংতা পীদে, পীনবস্থু লৈতে মনুংদগী খুরকী ঈনা লাই শাগা ধর্ম্ম কৌই হায়তুনা শিংচেপ থনবা লাক্লবতনা অকায়বা ওইহরি নিংই।

—গ্রন্থকারস্থু য়াগনি।

---

কৃষ্ণানিপানশুবা মতাং

# ফিশেৎপগী নিয়ম

মতাং অসিদা তাক্লিবা ফি শেৎপগী নিয়ম ফিজোল নি থিনা শেৎপা হৈরবা, ঈদগী ঈ মতুমদগী খংলক্লবা তৌরক্লবা অখংবগী য়ানি। ঐখোয়গী হায়ববু চিথ নাম্থ য়াওবা মেনশিনবা ঙমদ্রা য়েংগদবনি। অহানবা নিয়ম খোং খুৎ হাম্লগা শম্-না হাত্তুনা চন্দন চরা থিজিন-বনি। অতুদগী ফি শেৎকনি—গ্রন্থকারনা তাক্লিবা নিয়মনি। মথংদা কুম্মৈ লীলা ওইরগা "মচু মরাং হায়বদি চৎনরকপগী মতুং ইন্না পাউদারনচিংবা তৈরগা তৌগদৌরিবা কুমৈ অতুগী মওং য়েংতুনা মাই শেমগনি" হায়রিবা অসিস্থু নিয়ম অমনি হায়রি। ঐখোয়গী য়ানা কুম্মৈগী মওং য়েংতুনা মায় শেমগদবা নত্তে, মীমী অতুনা শারিবা মীশক মান্নবা মায় শেম্বনি, ফিজেৎ শেৎপনি। নিয়ম অসি ইনবা য়াদ্রে। অতুগা লীলাদা জগোই ষণশেনবা গৌরলীলাস্থু চল্লি।

মবম অসিন। ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদসু অশেংপা মী লৈরমগনি, মতুংদা মজাইবুগুডো। মডাগী মতম্মদসু লৈরমগনি—লৈগনি, শোয়দনা লৈফম থোকই। নবসিংহদগী বোধচন্দ্র ফাওবদসু লৈগনি—হৌজিকসু লৈরি। হায়রিবা নিংথৌশিংগী হাক্তক পূম্নমক্তা মরু ওইনা চড়াচান্দ মহারাজগী মমাংদা করম্ব 'পাউদর' কনানা শাবা শিজিন্ন-বম্মী? শিজিন্নরমদে—পাউদর মখলে অমতা শিজিন্নরমদে। গ্রন্থকারনা ৬রাংদা ড্রামাদা থেংনকহুনা পাউদর শিজিন্নকরগা ভাগ্যচন্দ্র ফাওবা চিংথুবিরে। ইং ১৯৩৫ গী মমাংদ গ্রন্থকার পাউদরগী ৱা কবিমতা খংঙম্মোই অহুদ নত্তনা ইং ১৯৭৫ ফাওবদসু ড্রামা নত্তবা লীলা অতৈদদি পাউদর শিজিন্নবা খিরোই। অহুনা ৱারি মুংঙাইহনবগী ৱানি চন্নবদি নত্তে। অহৈ অপাশ বদা পূম্নমক তুমিন্নগদৌরি।

লাই হরাওবগী ফিজোল মওং থারকপদা কুম্মৈ যেংবা ভাবোক্তা শেংকদবা মনাফিগী মওং অমতা মান্নদে অমসুং মশক কয়ামুক লৈ হান্নি। মুপ না জগোই শাবদা "কোকয়েৎ মরক য়েৎলগা লেসন ফুরিৎ ফংগী মতুং ইন্ন চাইচোনবা চ্চাই ককপা ফৈজোম গুঞ্জা থাদহুনা লেংবন্দা কি কারন লাক কোকয়েৎতা উবিশেক হাপ্পুনা সেৎকনি"—হায়রিবা লাই হরাওবদা জগোই শাবগী মওং মতম নাইদব। ওইনা পীরি—হায়বদি মতম অহুদন। অমুম্না তৌই, মতম অহুদা অহুম তৌই হায়দে। অহুনা মতম পূম্নমক্তা শিজিন্নরকপগী ৱানি গ্রন্থকারনা উৎলিবা। অহুদা রেসম ফুরিৎ শাইজোনবা শাই-ককপা লিংপা মতম পূম্নমক হায়বদি লাই হরাওবনা হেক তৌরক-পদগী ওইবা য়াদে গ্রন্থকারনা মথক্তা ঐখোয়দা উৎখিবগী মতুং ইন্নমি। তৌবকপা মতমদা রেসম ফুরিৎ শিজিন্নরোই। গুঞ্জা থাদহুনা শেংপা ফৈজোম মওং করম্বা মতমদগী শেংপা হৌই হায়বা গ্রন্থকারনা উৎখিদে অমসুং ফৈজোম গুঞ্জা (কুঞ্জা) শামু নাম্ভোন

মানবী নরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তদগীনিদি হায়রে। অসি মতৌ লাইথন কুঞ্জাগী মৈতৈরোন্নি হায়খিবা মথক্তা য়াওরে খাংলি লাইথন (কুঞ্জা) অদুদি মীরক্তা পুথোকপা য়াবা ফি মশেং নত্তে— অদুবু কুঞ্জা শিজিন্নবগী ৱাদি হায়খিদনা কুঞ্জা থাদগনি হায়বিবা অসি খাংলি লাইথন ওইবা তারি। গ্রন্থকারগী মোংনি ঐখোযগী নত্তে —মাহাক্কী লোল মথক মথা চান্নদবা মতাং মতাংগী পংহায হায়জিনবা উৎপগী ৱাদনি। দরকার ওইবা ওইবা মতমদা হেক হেক ওস্তোকপা তাকপদনি। অদুগী মথক্তা অয়ুক উবেশেক (উবিশেক) মী খুদিংনা হেক্ত হাপ্প য়ারম্বরা যারমদবরা তাক্তে। ঐখোয়না খংবনা মনাগী মনুং চল্লি-নি।

লাই হরাওবদা নিংথম শমজিন শেংলবদি গ্রন্থকারনা ... লৈত্রি হায়বা মতম অদুদা ফুরিং য়াওদনা শেংপা তাই অদুগ কপত্রেং ফিজেৎ শেংকনি হায়বনিনা খাংলি লাইখন হাযবা অদুগী মওংদা ফি মচেৎ অমতং করাংদা যেপ্পা ঐখোয়না মথক্তা হাযখিবা অদুম তৌবা মওং ওইগনি। মবমদি গ্রন্থকাবগী কপত্রেং ফিজেৎকী কৈজোম মশেং অসি কপত্রেং যিজেৎ নত্তে, ঐখোয়না মথক্তা উৎরে। নিং থাদোকপা ফি মশেং ওইরবস্ত্রু নিংথম য়াওরবদি নিংদি খল্লনি। গ্রন্থকারগী মোৎ মতুং ইন্না ঐখোয়না অৱান ন ন্দা পুথোকপনি। ঐখোয়গী মোৎ নত্তে। অদুদগী খুজি তান শিগনি, থবাক লৈতেংগনি নাহন য়াল্লগা শমজিন হাপকনি হায়রিবা করম্বা মতমদা পুথোক্লক্তুনা লাই হরাওবদা পোৎশিং অসি শিজিন্নবা হৌখি য়াওদে। থবাক্কী লৈতেং লিক্তা করম্বা মতমদগী য়াওবা তৌই অদুস্ত্রু য়াওদে। অসি পুম্নমক তাক্কদবনি মরমদি মাখোয়স্ত্রু লৈতেংনি। মাখোয়গী মরমদা করি অমতা পনখিদ্রে। অদুনা হকচাংগী লৈতেংশিং য়াওবা য়াদ্রি মাখোয় পুম্নমক্কী ৱা য়াওখিদ্রি,

লাইনা তাকথিজ্রি, মং মংখিজ্রি। লাইগী সেবা চংবা অমসুং পি-বা ওইরগা শেংপা ফিজোন্দা ফুরিৎ পুময়াৎ লিংকনি হায়রি। অতুদা মতাং কুননিথোক্ত ওবদা গ্রন্থকারনা ক্যাম্বগী হাত্তুত্তদা 'ওবলৈগী লাকলে' হায়খি। অতুনা ক্যাম্বগী মমাংদা ফুরিৎ পুময়াৎ লিংহনবা যাদে মত্রগা লাই হুনাওবা তাওক অশিদগী ওন্না হৌবা যাদ্রে। মথংদা ভাবোক্কী ফিজেংসু 'কস্তুম'গী মওং ওইনা উৎলি। মনা ফি শেংকনি হায়বিনা লাই হুবাওবদা। নত্রে, নৈপাক্কী কুমৈ ফিযোং-শিদা —কিয়াংদসু শানা মুক্তা বাইজেদসু তামসুং অফি ওইশিংদসু, লেপাক্কী নায়েন থোদা শংদসু, সংবীওন অমসুং সংকীর্তনগা মরি লৈনবা শিংদ য়ও ওবা শেংলি। কাক তানবদা মাগী মাগী মনাফি শেংনবদা শ্রীখে য়না উনাংবা অতুনি। তকোনবদা ভবোক্কী লবঙা "চখা ভাবোক্কসিংদি মতম অতুগী চংনবী অতুম শেংকনি" হায়রিব এখোয়গুম্বা লৈনা নিংথৌগী উপাধি য়াংজদববানি। গ্রন্থকার-থের হাওদে। 'ভবোক অতৈদি' হায়রম্লবদি শ্রীখোযগুম্বা মীচম পুরিং বগা ফ্লশিবোক্ত।

অদুং তাংদা মুনাগী খ্বিজেৎ লাক্কে। ফি শেংকদৌরিবানিনা থোং খুং হাম্বা হায়বা অসিমদি ইকাউ কাউরোক্তইদবানি। মাসি মশেং খুদিংগী ওস্থলগী অহনবা অকনবা অমসুং চিথদনা ইবিবা নিয়মনি। অওইনা হায়বদি নিয়ম অসিমদি ককথংলবসু যাবনি। থোং খুং ইরাউ ব্রাউন, লিং-না ফত্ত হাওদি ওক্তা পক্লগা কমাসু মীনাংদা থোক্রবা ফি শেংবদবা নত্তে। অতুগা হান্নমা থোং খুং হাশহুনা নৈসুনসু ফি শেংলমদাতুদা অমুক হন্দবা য়াদে হায়বসু লৈত্তে। ফি শেংলমদাইদা থোং খুং ভামদনা ফি শেংপা লীলা জগোই থোকপা যাম্নসু লৈ। গোপী অমেকপীশিং, মুদি শাবা, বাল-বাসু শাবা নন্দনচিংবা শাবা মথোং মখুৎ হাংদনা মমায় তাদনা অতুম

শেংলি —অঙম অর্থৌ অতম্লম্মন লাই হরাওবা জগোই শাবা থোকপসু অহুমওাই। অঙাংনুবী নুপী নাহাদা থোকপা মীপুম খুদিংদা আইম্ ওইনা পুনবা য়াবা নত্তে। নুপীগী ফি মশেং মরিলি হায়রি। অহানবনা মাইবীনি—ফি মশেং অসি মথক্তসু খবা উত্রে।

মাইবীগী ফিজোল ফুরিং য়াওখিদে। হন্দকী অসিদদি ফুরিং খুদাং চোনবী য়াওবে, মাইবী চাওখৎলে হায়বা য়ারে। মাইবী ফুরিং করম্বা মতমদগী লিৎলকপনো হায়দে—ঐখোয়দা উৎখিবনা অমা উৎত্রে, হৌজিক শেংপনা অমা শেংলে। হৌজিক হৌজিক উবা অসিদা হায়বা ওইগনি। ইতিহাসকী য়াদি গ্রন্থকাবনা হৈনজবা তুমিন্না লৈথোক্লগা লোইরে। অতুদগী শরোংফি মনা ফিনি হায়খিবা ঐখোযননি। মনা ফংদবা মইবী শবোংফি হাপ্পা চম্ফম থোক্তে। য়াওহনবা য়াবা মাইবীতগী হায়বা ওইবা তাই। অতুনদি মাইবী নাহাশিংগীদি মখোং মখুং হামত্রবসু মমায় মনিং ত দ্রবসু য়ারনি নিংই। অতুগা অনিমসু ওইবা যাই—লাই হবাওবা যাম্না মরু ওইবা, লাইনা পামজবা ওইতুনা হ যবদি লৈশেম্বা খুৎথোক্লা যাওখিবা লাইশিংনা পামজবা ওইতুনা মাইবী ফুরিং, রেসম ফুরিং, ফৈজোম কুঞ্জা কাউ-নবা ফি, লাইনা ফি শাতুনা যেনবা অতুদা তোংঙান্না শারমতুনা যেল্লম্বা ওইনি। ঐখোযনা ওইবা য়াবনি নোংপ্লবসিগী মবমদি নুপীনা ফুরিৎ লিৎপা হৌবা ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা রাস লাক্লবদগীনি হায়না গ্রন্থকারনা হায়ত্রে। মাইবী নুপীনি, নুপা মাইবীসু নুপীগী ফিজোল শেংলি। অতুনদি লাইনা তোংঙান্না শাতুনা পীরম্বা নত্রবদি মাইবীবু মতম চংথত্তুনা ফুরিং লিংহনবা তাগদৌবি। গ্রন্থকারবু মীনা লাকচবা য়াদনবা ঐখোয়না খবা পাংশিনবনি। অওইবা ওইদবগী য়াকম নত্তে। অওইবনা ঐখোয়গী কান্নবা অমসুং ইতিহাসকী অশেংবা মচাক ওইহৌনবা

মতম তাকুনা অরিবগী মতম, অনৌবগী মতম উৎতুনা করিগুম্বা অমতা পীদে। মতাং মতাংগী খুদোং চাবা থিছুনা হায়বনদি নত্রগা ঐথোয়না থিদোকুনা খংজবা তারবদি লাইরিক অসি লৈবগী অমসুং ইরকপদগী করি কান্নবনিংঙাই লৈরি? তাংদাংবা মতম থিন্দুনা তাকপা ঙমত্রবসু, ওইহনম থোকপা মতম সাক্ষিনা প্রমাণনা উৎক-দবনি—মশানা ঙম চোংথোকচরকপনি, লাইনা পীবনি, শেম্বিবনি তাকপিবনি থাদরকপনি হায়বনদি ইতিহাসকী অমসুং ঐথোয়গী কান্নবা ওইরোই, মাংনবা ওইহনহুম তোক্কনি। অওইবমক লাইরিক ঐথোয়না নৈনরিবা অসিদগী ঐথোয়না কান্নবা ফংবা মশিং পান-শিনবা মতম চংঙোই।

মুপীগী অনিশুবা ফি মশেৎ মোগীনি। মোগী ফিজেত্তা মরু ওইনা খংগদবদি শমজি থাদগদবনি, খ্বাংজেৎ অমা পুনগনি, অতুগী মথক্তা ইন্নফি অপাবা ফনেক মপান নাইবা অসিনি। লিক খুজিসু শিগনি। খোং খুৎ হাম্বা অসিমদি ইকাউ কাউবা য়াদে। গ্রন্থকারনা তাক্লিবা অসি হৌজিক মতমগীনি হাযবা তাই। অতুদা মরু ওইনা খংনিংবা শমজি লাই হরাওবদা করিগী থাদৈ অসিনি। গ্রন্থকারদি নিংশিংদ্রমাল্লে য়াওরমদ্রে—"অতোপ্পগী শেৎপা তারবদি শম মমৈ থাদরোই" দি হায়রি। ঐথোয়দা থোকপদি মাসি চৎনথিবা হায়না লৌবা তাই নিংই। মরু ওইনা লাই হরাওবা, খুল্লোল লৈরোন্নবা মাইকৈ অমগী তান্নবগী মশক্কি—শক্তসু, হৈবদসু, কনবদসু, য়াংবদসু তান্নবনি। অতুনা শম ফবা তান্নবগী মওংদগী ওইথিবা ওইগনি। অরাবদি হৌজিকী মোদা ওইরবদি শমজি থাদনবা লৈতবা য়াম্না য়াওরে—শম্বান্দোং য়াম্না শাংবা চংবা তারে।

অহুমশুবা লৈশাবী ফি মশেৎনি। অরিবদি মোগা মান্নে —শম পুল্লোই, খ্বাংদা ফি পুল্লোই অসিতনি। অনৌবগীদি লৈত্রেং

হাপ্পা উরিশেক হাপ্পা 'লেসম' ফুপ্নিং লিংপনচিংবা হায়রি। অনৌবগী অসিদি উৎসবা (ষ্টেজগী) ওক্ত্রকপদা ফজনবা শেমগৎপদগী অনৌবা ওইনা চংনখিবনি। অরিবগী ওক্ত্রবসু অনৌবগী ওক্ত্রবসু লাই হরাওবগী ফি শেৎপা তারবদি লৈশাবীসু খোং থুং হাপ্পা, মায় মিং তাবা তৌদবা য়াত্রবনি। মাসি গ্রন্থকারনা ফি মশেং খুদিংগী চিথদনা হঞ্জিন হঞ্জিন পীরিবা নিয়মনি। কায়বা য়াবা নত্তে। করম তৌবা শকপু লৈশাবী কৌরম্বগে হায়বা গ্রন্থকারমা মায়থোংগী মওং ইহুনা তাক্লি। হৌজিক্তি লৈশাবীগী মায়গী মওং হোংব্রে —অহুনা ঐথোয়সু হায়নিংই—লৈশাবীবু শম্লাং কোয়গক্লরিবী হায়রগা থংনরম্মী—হৌজিক্তি শম্লাং তুংওইনরবী হায়গত্রা, শম্লাং তুংকক্লরিবী কৌগত্রা মিংথোনফম থংত্রে। হাইরে হান্থ কস্তম! কস্তম!—কস্তম থুগায়বা নিংথৌনরা, লৈপাক্কী সুমেক শাসন পায়বা কনানো, প্রজানর', মমা মপানরা? লৈশাবীদদা নত্রে, মৌদসু, পাখংদসু, অহলদসু—মতম, মতম-মতমা কস্তম থুগায়রিবরা? মথংদদি গ্রন্থকারদা মুন্না থিদোকপিনবা হায়জৌসি।

মরিশুবা অঙাংগী ফিশেৎতি লৈশাবীগা অম্মানি হায়রে। ফি মশেং অহুমদং সুপীগীনি হায়রগা লোইরম্বনি। অরেম্বদা মতম মাংমিন্নরে। "হরাওবদা সুপীগী ফিশেৎ মথন (৪) লৈ :— মাইবী ফিশেৎ। মৌগী ফিশেৎ। লৈশাবীগী ফিশেৎ। অঙাংগী ফিশেৎ" হায়না গ্রন্থকারনা পীরিবা ঐথোয়না মথং মথং নৈনত্রবা অসিদা অঙাংগী হায়বা অমদি লৈরমত্রে হায়বনি।

কৃষ্ণ অমসুং গোপীগী ফিজেৎ অমসুং মশেং মথক্তা লোইনা য়াওত্রে হায়রে। অত্তুনা মতাং অসিন্নাইদা অমুক হৌদোক্লরিবদি খোং থুং হাপ্পা অমসুং মায় মিং তাখোকপা য়াওখিত্রক্লা কাউবনি

হায়তুন। ঐখোয়গীদমক চেকশিনবিবা ওইনা অমুক হৌঝোকপিবা ওক্তবা তাই। মায়া শেংনা হায়রি—"খোংখুৎ হায়লগা মাইগী লৈতেংনচিংবা তৌরগা ২৫শুবা মতাংদা লোইনা য়াওখয়ে কৃষ্ণ সেংপগী মরম"। খোংখুৎ হায়বা মায়মিৎ তাথোকপা অসিদং খায়দোক্লম্লবদি মতাং অসি পাবদা অমুক মায়া হৈনিংদবা পোক্লম্মোই। অদুবু অখংবা অতাকপনা হায়রিবনিন। নিং-না চেজেং উইশিন্দুনা, মেনশিন্দুনা তাবা তাই। পোংলোই মশেংকী মরমদা খরা য়াওরিবা অসিসু অহৈবনা, অখংবনা অসুম্না শেংলি হায়রে ঐখোয়না ঙাংঙুবদি হৈতনা অহৈ শাবা তাগনি। ঐখোয়গীদি ওইবা য়াদবা, ওইরোই-দবা, ওইদবা উৎপত্তনি—ইতিহাসকী মতেং পাংবনি। ফিজোলশিং অসিদা হাপচিল্লকহুবা, হোংলকইবা ফজনবা হোৎনরকপা মরম্না হেনগৎলকপনি, ওল্লকপনি। মাসিদা রসগী রা করিসু পুশিল-লক্লিংঙাই লৈতে। রস কায়হুনা, রাত্তুনা হেনগৎপা, ওনবা নত্তে। খুদম ওইনা হায়রবদা চেনা কুপ্পা য়াৎলগা পরেং লেংহুনা কৃষ্ণগী পোংলোইদা হাপকৎলকপনি হায়রিবা অসি থায়না লৈরমদবা, খংঙমদবা রস লাকপরা হায়বদি রস থিদোক্লকপা (discovery) গী রারা—খংনিংবা মশানা তাবনি। অহুনা "তৌরিবা লিলা অহুগী ভাব রস পুম্বা খংবা তাই অহুনদি লাইরিক বেদ পুরাগচিংবা পাহুনা পোং অহুগী চৎনবী মওং থিবা তারনি"—হায়রিবা ওইরোইদবা রাজাও ঙাংবা লোল (bombastic language) শিজিন্নখনি। বেদদা চেনা য়াৎলগা হাপ্পা, লৈত্রেং হপ্পা, চমকি থিনবনচিংবা য়াওবা হৌনদে—রসদসু য়াওদে। পুরাদনা অমুক হেন্না য়াওরোই—য়াওদে। করম্বা পুরাদা রাসগী রস চা-নবা, মরি লৈনবা ফিজেংকী পোংচং, ফি মশেং থিক্নম লৈবগে? লৈরোই থিক্লরবদি মংদা মজ্রা তানবা তাগনি। গ্রন্থকারনা বেদ পুরানচিংবা পাহুনা, খংহুনা পোং পোংকী চৎনবী থিবসি কদায়ফাওবা পাংথোক্লবগে,

পূম্নমক চিনফা পুতুনা কায়হন্দনা চথরিবগে অমস্থং চথবা হৌনবগী তাক্লবদি থংদবা কাংবুদা কয়া কান্নগবনো ! গ্রন্থকারনা বেদ পুরাণ পুম্নানচিংবগী মমিং মথা ফাওবা পন্দুনা হুবনি তাকখিবা ঐখোয় তোম্বনা থেংনখ্রে অতুগা ঐখোয়না উখিবদদি অমতম্ব চান্নদবা, যাওদবস্থ মথক্তা য়াম্না থেংনখ্রে। অতুনা মশানা তৌদবা, তৌবা ঙমদবা অমস্থং হৈতবা মীবু তৌগদবনি হায়তুনা কিহনবা হৌনদে। ঐখোয়না লৌখৎখিবগী হেক মথকমক্তদা মচুগী মওং হায়বদি অমগা অমগা তিন্নরগা করি মচু ওইগনি খংগদবনি হায়রি। অসিরাইগী পাউতাক অসিবু গ্রন্থকারগুম্না থবক তৌবা কাংবু কিনবা হোৎন-রিবরা ? মচু তিনবগী রা অতুনা অমুক হেন্না কিনবা লাক্করিবরা ? মাসিনা কিহনবা য়ানি থাজদে। নত্রগা হৈতবা খংদবা ঙাক্তনা থবক অসি তৌরে—অহৈবনি তাক্লিবা নুপাগী মতেং লৌবনা ওইজনি তাকপরা ? অমদি মওইরনি। অসিগী মহুৎতা ময়াম অসি নিংথিনা হৈনবা তক্ষমশং অমা লিংথৎতুনা অতম্বাশিংবু মিংজনশেন নিংথি নিংথিনা পীহন্দুনা অমস্থং থাগী শেলহুল য়াম্লপ পীহন্দুনা চথরবদি অতম্বশিংনা মরাইবক থিতুনা হৈজদ্রবস্থ অরি-বগীদি মশক অমা নাইনা কান্নফম থংগনি। গ্রন্থকারনা থংঙিবা লীলাগী রস ভাব ঐখোয়না উখিবা নৈনখিবা অতুদগী কয়া নিংথিনা রাংলবগে হায়বা অমদি য়াম্না শেংনা ঐখোয়দা লৈরে। মাখোয় অতুদ্দি খংদ্রগনা হেন্না কান্নগনি।

---

কুম্ন্সামাপনগুবা মতাং

# মনাফি

মনাফি নোংদা লাইবেন পাখংবনা ত্তাকতুনা মচা খুইয়োই তোম্পোক্লা পুথোকখিবা ময়াম মী অমদা শুন পীবা য়াদে—"পীবা ত্তাববদি মী অতুগী মগুণ মথৌনা যেংতুনা পী"। মনাফিশিং অতুদি —"মুগাদা নম্বা খামু চৎপা ফৈজোম বেশোন ফুবিৎ শাইচোনবা শাইককপা সনা খুজি তান কোকয়েৎ ফৈযেৎ, পজেং ফিরাল জয়পত্র (নৌথ্রেদা লোলসিমদে। মৈতৈ ইবোলনি নত্তেস্নু হাযবমদে), লানফি লমথাংখুলক, শমজিন হায়রিবা পোৎ মশিং অসি মনাফি ওাক্তনি" হায়বি গ্রন্থকারনা। মাখোয়শিং অসি খুইয়োই তোম্পোক্লা পুথোক্লম্মী হায়বিবা মনাফিশিং অতু ওইবেকো। মনাফিনি হায়বিবশিং অসিগী মবক্তা খুইয়োই তোম্পোক্কী মতমদা পুথোকই হায়খিদবা খুজি, তান, পজেং ফিরান জয়পত্রস্নু যাওরি। অতুনদি তাংবল্লোই, খেঙ্গ্রাই মথক মখা, খুবোম য়াই, খুদাং যাই, উরেক-শেক, নোইনিংখোই, য়েন্দু লাংমৈ, সনা লৈখম, সনালীক লিকতোম, মনালৌ, মনাপাৎনচিংবস্নু মনাফি ওইবা তাবে। মাখোয় অসিনা যাওরমদবনা খুইযোই তোম্পোক্লা পুথোক্লম্মী হাযবা অতুদা য়াওদতুনা তৌবা তাই। অতুবু অস্নুম্না পুথোকখি হায়খিদবা য়াম্না মথক্তা য়াওগ্রে। অতুনা মাখোয়বু খৎতোকপিরম্বা মাখোয়গী মরাইবক থিবনি। অতুদা খুইয়োই তোম্পোক্কী মতমদদি রেশম ফুরিৎ লৈবগী রা অমতস্নু য়াওখিদ্রি, লৈরম্বস্নু নত্তে। করম্না কদায়দগী লাকপনো? ফজরগনি, মতৌ য়াল্লগনি হায়তুনা হাপচিনবা মাল্লে। অসিবু অতুম্বগী রাখল য়াওদবা (illogical ওইবা) হায়না কৌই। অস্নুম্না খুজি তান জয়পত্র মনাফি ওইহল্লবস্নু ফি নত্তে—খুইয়োই

তোম্পোক্কী মতমদা শাবদা য়াওদে। ফি নত্তবনিনা মনাফি নত্তে ঐখোয়না খংঙোই খন্দুনা তাক্লিবা জয়পত্র সনাগী খুদোল ১/৩ পাকপনি কোক্তা থেংলি হায়বা খংলে অদুবু মাসি সনানি ফি নত্তে —অদুনা মনাফি কৌবা য়াদে। মাখোয়শিং অসিবু দি ঐখোয়না চিংখরে হায়দুনা পানখংথিবশিং অদুনা হেন্না মমল য়াম্না ঙাক্তনি। অদুবু মনাফিগী য়ানিনা ফিগী পোংতা ইগদবনি। অক্কাবা মখৈ চিনফা থিগদবা নত্তে। মাসিবু হৌরকপা ফরোল (context) গী য়াংমগী য়া কেৎই। মনাদি অমতা ওইরবস্সু পূর্ণমক ওইরবস্সু 'মগুণ মথৌনা' য়েংদুনা পীবা ঙাক্তনি—মী অমদা শুনা পীবা মতমতদা য়েংবা নত্তে। ফিরানগী মত্তাংদা অমতা পনখিদবা ইন্দক্কী অসিদদি কোকয়েংতা ফিরান কারন থেংলবনি লাম্মী লুচিংবনি খংনগনি হায়না য়াওরি। মত্তাং মফম নাইবা গ্রন্থকার নত্তে।

---

## মিফুঙ্গুরা মত্তাং

# য়ারোই পরেং

ইন্দক্কী মত্তাং অসিনা বিজয়নি। নিংথিনা লোইশিনবা ঙম্নবা চেকশিনসি। মৈতৈ লৈপাক্কী হুংঙাইবা কুম্মৈ মখল থারগা মাখোয়গী তোংঙান তোংঙানবা ফিজেৎ লৈ হায়দুনা কুম্মৈশিং অসি পীরি—"লাই হরাওবা, পেনা শকপা, খোংজোমপর্ব, কাক তানবা, হিয়াং তান্নবা, মুক্না, কাংজৈ, যুবি লাকপী, কাং শান্নবা, জগোই রাস, শন সেনবা লিলা, গৌরলিলা, খুবাক ঈশৈ, সুপী পালা, ঝুলোনগী বাশক সুপ্না সুগী, সঙ্কীর্তন, থীয়েতর, নুংতিগী

ওইবা ওমাং লিলা।" কুম্মৈ মশিং ১৯ থারকপা অসিদা 'খাংজোম-প্রব'গী মতুঙ্তা খোংজোম পর্ব্ব হায়হন্নিংই, হায়সু হায়গদবনি অদুগা 'বেদগী মোত্তা'স্ম ওক্লনা উগনি। মথাম অসিগী মতুংদা শগোল কাংজৈ হুন্দোকপিরম্মে, হুন্দোকপা য়াদবা কুম্মৈনি। হৈক্রুহিদোং-বসু য়াওবা উদে, উদূখলসু থেংনদে। ঝুলনগী বাসক য়াওরবনিনা চুম্নগী বাসকসু য়াওফম থোকই ; জযদেব, থাবল চোংবসু হুন্দোক-পিবা ফত্তে। মরি লাইরিক তাবসু য়াওবিত্রে—কুম্মৈ ওইনা লৌদবনরা? বাসক লুপী পালা, পেনা য়াওরিবনিনা য়াওরিফম থোকই। 'অসিনচিংবা' হায়দবনিনা কুম্মৈ মথল ১৯ অদুনা অকক্লবনি লৌদবা য়াদ্রে, অদুনা ঐথোক্লনা মেনশিনবা য়াবসু নত্রে। খোংজোম পর্ব্ব যুবি লাকপী, কাং শান্নবা, থিয়েটর, ঝুলনগী বাসক, শুম্মাং লীলাগী শেৎতবা য়াদবা অকক্লবা ফিজোল করিসু লৈতে। থিয়েটর শুম্মাং লীলাগী ফিজোলদি মানা মানা শারিবা অদুমা শেৎলম্বা, শেৎপা হৌনবা অদুবু শেৎপনি। শেৎলিবা অদুসু অমনা শেৎফম থোকই নিংবগা অমনা নিংবগা খেন্নবা পিক থম্মা লৈ। খুদম ওইনা নিংগো শাবনা খুদৈ অমা শেত্তুনা থোকপা য়াদে অদুনা নিংথৌনা শেৎপা ফি শেৎলি। ঝুলনগী বাসক হায়বনা ঐথোক্লমা খংইবা বাসক চুম্নগী শক্লরিবা অসিগা করি খেন্নবগে তাক্তে। খেন্নগ নিংঙাইসু লৈতে। অমত্তনা হঞ্জিন্দুনা শেৎপা ফিজোলসু য়াওরি।

"ফিজেং লৈতেং তৌবা মীশিংনা করম্বা যুগকীনো করম্বা নিংথৌরোল মতমগীনো, কনানা হৌদোকলম্মী অসিনচিংবা মুম্না থিজিন্দুনা শেৎত্রবদি মথোং মরম থংদবা জাতি অমগুম্না অতোপ্পা জাতিশিংনা উখিগনি থনবদগী মীতৈ ফিজেং লৈতেং কৌবা লাইরিক মচা অসি ইজবনি"—গ্রন্থকারগী ৱাংথ্রবা রাখলনি। অদুদা যুগ, নিংথৌরোল হৌদোক্লম্বা, শারম্বা, তুক্লম্বা মীনচিংবা

চিথদনা চিনফা পুরগা শোক, মুমিৎ, থা খংলগা ফিজোল শেৎকদবনি হায়রিবা অসি অতুম্না শেৎপা ঙম্বা হৌনদে। গ্রন্থকারগী ঈদা বিদ্যা অসি য়াওরক্লবস্থ—ঙমগনি নিংদে। ঙম্বগী কান্নবস্থ লৈতে। অতুবু মাসি ফিজোল শেৎপা কাংবুনা ঙম্নবা লাইরিক অসি ইবনিস্থ হায়ব্রে। লাইরিক অসিদা য়াওখ্রিবা ফিজোল লৈতেংগী মতম, মফম, মওং মশক চুম্না খংবা অমস্তুং অচুম্বা মতমগী য়্বা নত্তে, ইতিহাসনা য়াগদবা ইয়াওবু য়াওদে—মাসি ঐখোয়না মথক্তা মতাং মতাং খুদিংগী নৈনতুনা উৎখ্রে। মশক মমিং লানবস্থ উৎখ্রে। মীতৌ তমতুনা মণিপুরগী নত্তবা কয়াস্থ নপশিল্লে। মাখোয়শিং অতুস্থ মমিং মথা মফম, নপশিল্লকপা মতম থিদোক্তুনা চিনফা পুবা তারবদি ফনা নিংথিনা চাউগদৌরি। চান্ননা তৌদবা য়াদবা তারবদি ফিজোল শেৎপিনবা মী লৈরোই। মাসি রারি মুংঙাইনবা ভীম কলহনবা হায়বা অতুনি। অতুনা চান্নবা ওইনা লৌগদবা নত্তে। গ্রন্থকারস্থ ঙমগদবা নত্তে। কিহনবতুম ওইগনি। লাইরিক অসিগী মগুণ হেনগৎনবা হোৎনবা ওইবস্থ য়াই। লাইরিক অসিগী ইতিহাসতা অকায়বা থোকপা য়াবা ঐখোয়না ফনা শাংনা নৈনখ্রে। কুম্মে অতুগী, লীলা অতুগী ওইফম থোকপা থোকপা ফিজোল হৌজিক ফাওবা শেৎতুনা অস্থুম লাক্লি। ফিজোলশিং অতুগী হৌরকফম কনাস্থ ফারুদে। অরাংফম ফম্বা কাংবুনা তৌবাগুম্বনি—তৌবা হৌনবা অতুম তৌই। চিনফা পুদ্রগা ফিজোল শেৎপা কাংবুনা পারি পুরিগী ইতিহাস খংদ্রগা, খংনা ফিজোল শেৎত্রগা 'মথোং মরম খংদবা জাতি' অমা ওইনা 'অতোপ্পা জাতিশিংনা' উগদবগী মরম অমতা লৈতে। মীগী লমদস্থ অস্থুম্না ফিজোল শেৎপা পিক্ থন্না লৈরিবনি, কনানস্থ চিনফা লোইনা পুতুনা শোক, তারিখ বরং বরং থিতুনা শেৎতে। তাকপা শারগা মুংঙাইজবগী য়্বানি। হৌরক-ফম্না, লাইনা পীথোক্লকপা ওইবা ভূষণ 'অধিকারি' ফিরিবিগুম্বনা

ধর্মগী পাউতাক পীবগা কোন্ননা ফিজোলশিং থোদোক্লবা লাই তিল মযাম থিদোক্লকপা। অদু য়েৌনা মরাইবক ফত্তবা কাংবুনা থাজবগা খংজগনি, থাজত্রগদি গতি লৈতে। মীওইরগী মরাইবক থিবনা মী খুদিংমক্কী মকোক্তা শিংবা মাম্নবগী শক্তি ঈশ্বরনা হাপ্পিরমগ্রে। অদু ওইদুনসু থাজদবগী মনুংদা য়াওবা মরম্না নৈনরিবা লাইরিক অসিনা ইতিহাসকী মচাক, ধর্মগী পাউতাক ওইখ্রবদি—অদুম্বা ওইরবোদি খনবা য়াওখ্রবদি, মৈতৈগী মণিপুরগী ইতিহাসতা য়েৌনা কায়বা ওইখ্রনি কিদুনা নৈনবা লাইরিক অসি ঐসু ইজবনি। অদুগী মথক্তা গ্রন্থকারগী ওন্নতৈনবা, ইতিহাসকী রাগা তৈনবাশিং চিনক্না পুনগা থিক্লবদি 'মথোং মরম খংদবা জাতি' অমা ওইনা 'অত্তোপ্পা জাতিশিংনা' উগদবদনি।

মশক খংদনা মরোল শুদনা যিজোল শেংপা য়াদে হায়বগী খুদম ওইনা নিংথম শমজিন পীরি। খুইয়োই তোম্পোকী মতমদগীনি হায়রিবা নিংথম শমজিন "মসিবু থকী লাইশিংনা শিজিন্নবা তারবদি লানবা তাদ্রিববা?" হায়না গ্রন্থকারনা হংলি। পাখংবা য়াওবা লীলা অমা শান্নবদা পাখংববু নিংথম শমজিন থোদ্রোক অদুগা চান্নবা শেংহনবদা অকায়বা লৈনি নিংদে। গুরুশিদরদা, মনামহিদা নিংথম শমজিন কৎপদা তৌহৈদবা অমা ওইনিঙাই কুরিসু লৈতে। ফিজোল অসি মশক ককপা—মা নত্তনা শেংপা য়াদে হায়বসু অমতা লৈতে। অদুগী মথক্তা গ্রন্থকারগী কপত্রেং ফিজেৎ খাংলি লাইখুন কৌই হায়বা পাখংবগী ফিজোল অদু শেংহনদুনা মীরক্তা পুথোকপা য়াবা মওং নত্তে। পাখংবগী ময়েক্লি হায়বা ফিজোল পাখংবনা শেংপদা অকায়বা করিসু লৈতে। মাঙোন্দদি ময়েক অদু পত্তুনদুম লৈরবনি। ক্যাম্বগী মতমদা থোকই হায়বা পুময়াং ঐথোয়না শ্রীগোবিন্দদা থোল্লি—মাসিনা করি কায়রে? পাখংবা মূর্তি

পানবা অমা ওইনা লাৎপা ওইরবদি ফিজোল অসি শেৎপদা কায়গদবা করিস্মু লৈতে। মতাং চাবা চাদবগী ৱাতনি—য়াদবদি নত্তে। কৃষ্ণস্মু লাল লেংবা তারবদি লালগী ফিজেৎ থোন্দুনা লেংঙি। বাঁশি পায়দুনা, ৱাহোং চূড়া থোন্দুনা লেংদে। কুরুক্ষেত্রদা মনাই অর্জ্জুনগী দোলায় থৌবদা বাঁশি পাৱ, বাঁশি খোংই কনাস্মু হায়দে। মওং অসিদা কৃষ্ণগী ফিজোল নত্তবা থোনবা য়াদবা কৃষ্ণনা থোল্লে হায়বা য়াগদ্রা? অদুনা মফম, মতাংগী ৱানি। অদুগী মথক্তা পাখংবগী ময়েক্কি হায়রিবা ফিরোল নিংথম শমজিন-নচিংবা ময়াম অসি শেৎপা, ইনবা, লিংপা তৌদুনা খোংন। শোকপা তৌহৈ তৌহৈদেগী ৱা পুয়াদা য়াওদবা তাই—গ্রন্থকাবনস্মু পন্দে। য়াওরবদি ফিজোলশিং অসি শিজিন্নরোই কিনগনি। লাইনি হায়রিবা পাখংবগী ময়েক মাবু কিবা, থনবা মীনা মখোংনা শোক্না শিজিন্নবা হৌনদে। অদুনা ঐখোয়না পাখংবগী ময়েক্কগী নত্তে—লিলগী ময়েক্কগী লৌবদি ওইগনি হায়বা অদুনা অচুম্বনি তাক্লি। লিল থুদিং পাখ বা নত্তে। পুলৈরোম্বনা নুমিৎতগী পুরকপা মরুমদগী পাখংবা থোরকই হায়বা ৱারি, মথক্তা ঐখোয়ন। পনখিবা অদুদগী মরুমদগী থোরকপনি হায়দুনা লিল ওইনা লৌবনি অমস্তং নিংথৌগী মরমচৎ লিলগুম্না তঙ্গা ঙমদে হায়বগীদমক নিংথৌবু লিলগা মান্নিনা থন্নদুনা পাখংবন নিংথৌজা নিংথৌশিংগী পুকোক ওইনা লৌনখিবনি হায়বদা লানগনি নিংদে। পাখংবগী মথেক্কি হায়না ঐখোয়না লুনা তৌনরিবা মীরমদস্মু অসিগুম্বা লৈতবা নত্তে। নাগ পূজাদা অয়েকপা ঐখোয়না উবা অদুদগী পাখংবগী ময়েক শোয়থরকপনি হায়বা তাই। মায়কৈ অসোমদগী লৌরবস্মু ফিজোলশিং অসি শেৎহনবদা অকায়বা লৈতে। অমনা অমুক নামাদলি শেৎনদে—কনাস্মু শেৎলু য়ারোই। অদুনা নিংথম শমজিন ৱারি নুংঙাইনবা পাখংবগী ময়েক্কগী লৌরগা থুইয়োই তোম্পোক্কী মতমদা পুথোকহনবা মওংতনি। পুয়ানা

হায়রবসু অহায়বা মথৈ লৌগদবা নত্তে। ওইবা য়াবা য়াদবা চামথোক চামথোকুনা য়েংলগা ইতিহাসকী মচাক ওইগদবনি। নোংমদা ফীবম তাও য়াগদবা ফিজোলশিং নত্তে। চহি কয়া, এখোয়না খংদ্রবা নিংথৌ কয়াগী হাকচং চংওম্বা য়াই। খুদম ওইনা থন্নতুনা য়েংসি—থামেন চৎপা মযেক পুথোকপদা, ফজবা ফজদবা থন্নবদা, চাংয়েংবদা মতম চংবা নোংমতদা ওইবা য়ারোই। অতুদগী মযেক অতু ফিদা কোক্তুনবা ময়ি তাহন্নবা লাক্লবা নোংমদা ওইবা য়াগদ্রা? উনা কয়া, উকু কয়, নাপী কয়া অমম্ভুং পোৎ কয়া চাং য়েংলবা থিদোক্লবা মতুংদা থমু থেংনতুনা মচু ফংলল। মতুংদসু কয়া নমগনি, করিনা নমগনি অসিনচিংবা মথং মথং মতম কয়া চংগদবনি। তম্ফা খুদোপ য়াই-ওইবা তুনবগুম প্রস্তকারনা থোক্লে। হায়বা ভুমিত্তা থোকপা য়াবা নত্তে। খুইগী মমাং আদগী চপ্পবকপনা মৈতৈ ইতিহাসনা মশক্ক শেংনা লৈরবা মতমদা থেংনররিবনি। খুইয়োই থোক্পোক্লা পুথোক্লম্মি হায়বগী অকক্লবা, শোয়দবা প্রমাণ লৈবা নত্তে। ভাবনা মাঙোন্দা পানশিনবগী ৱানি।

মথংদা "মীতৈদা লৈবা কুমৈশংগী মতুংদা লাইহরাওবা হায়বা কুম্মে অসিনা অহানবনি" হায়রি। অসিমসু নত্তে—ওইবা য়াদে। লাই হরাওবনা অহানবা কুম্মে নত্তবগী প্রমাণ য়ায়া নক্লা লৈ। লাই হরাওবদা জগোই শাই, মুক্লা কাংজৈ শান্নে। লমজেন তান্নে। মোইরাং হরাওবদা থম্বা, থোইবী, নোংবান্দগী ৱা নত্তে। লাইবু হরাওবদি তৌরম্বা ওাক্তনি। হৌজিক্তবু চাওখৎপনা থম থেংব্রতুনা জগোই ওজা ময়াম পড়্ৱা য়াম্বা তাম্নবদা মঙাইব্রতুনা জগোইনা লাই হরাওবদা মিংতা ফাওবা চংলবা ওইবদনি। অকন অথোগী থবক পুম্মাং মাংহনব্রগা অমেংবা মহৈনা মণিপুর খুন্দৎপগী ইরাং লাকপদা মুক্লা, কাংজৈ, লমজেন লাই হরাওবদগী থায়দোকখিবনি।

মতম চানা, মতম খংনা, কা হেন্দনা কুম্মৈ তৌবস্থনিনা অনৌবা ঈ য়াম্না পীরমদে। তাংনা তাংনা শৌনরস্থনিনা ঈস্থ লিক্লা লিক্লা হেনগৎলম্মী। হৌজিক্ক হুমিৎ খুদিংগী ন্থংঙাইনবা লাক্লতুনা কুম্মৈনা তক্রবা অসিদা ঈস্থ তত্তনা হেনগত্তুনা, হেনগৎপগী চাংনা হেক্ষিল্লত্তুনা ঈ পাখৎপী ( High blood pressure ) লাযনা থোক্লক্লিবা অসিনি। গ্রন্থকাবনা চিথিবস্থা ঐখোয়না পাংশিনবনি।

মপানগী ন্থংশিৎ চংঙকত্রিডৈদা চী লোন কযানা খন্দুনা থল্লিডৈদা হাযবদি মপানগা শনম ঈনম ফাওনদ্রিডৈদদি ঐখোযগী বুম্মৈ থবত্তনা ঐখোয ন্থংঙাইজরম্মী—হায়বিবা অসিমস্থ অচুম্বা নত্তে। তাইবং কনা খংদনা লম্নাই ইংনা নাবক্তা শাৎচবী শিংঙেল ইংচৈদা মণিপুবদি ওইরমদে। মথক্তা যাম্না অসিগী মবমদা নৈনৎথে। শমপৎনা অমুক্তা হাযববদা মণিপুবগা মপানগগী মবি ইতিহাসকী বানি, ওবাংতা শাজিনবা নত্তে। কুম্বাবনা হাযনাথক্তা লৌববস্থ —পাখংবনা লাইস্নাবু মণিপুবগী মী নত্তে, মপান্দগী লাকপানি হায়বিবা অমুক্তং যেংলবদি মণিপুব নাইতোম শাৎলম্বী নত্তে য়ানিংগনি। নোংপোকলোমদা খাগি খামরন তান্না চৎনবা নেংচুপকী লম্বী মণিপুর ফাওতুনা ওইবম্মী হাযবা ঐগী তমদি মৈতৈ লৈপাকপু অদুম্না ওইহল্লনিংবা কাংবুতগী বা নত্তে, মপানগী পণ্ডিতশিংগী বানি ঐখোযগী কুম্মৈ থবতা লৈজবা নত্তে মপান্না কল্লররিবা কুম্মৈশিং থিদোকপা বারোই।

মথংদা "মপানগী ন্থংশিৎ চঙলকপদগী কুমৈ মখল কয়ানা অনৌবা মওং অমা ওইদুনা ইমা মীতৈ লৈমগী লৈতেং ওইররি" —হায়রিবা বাহৈ পরেং অসি মস্থংদা ক্ষুমতুনা লৈবা শেংনা হায়দোকনিংদবা অর্থ করি ওইবা ক্ষাবগে য়েংসি। গ্রন্থকারগী বাগী মতুং-

ইল্লা চথরগা শেংনা চোংথোক্লকনি নিংই। মাহাক্কী লাইবিক্কা মণিপুব-পৃথ্বী তোংঙাক্ক মতোমতা ঈশিংদগী চিংখত্তুনা লোখত্তুনা শেম্বনি। লাইস্তু মাসিগীদমক তোংঙান্না শেমখি—মওং অসি 'বেদ' নত্তম তমখি, অদুনা মণিপুরগী লাইনিং লাইশোল, লাই-নুং মপানগী-পা মান্নদে তিন্নদে—হায়বদি ধর্ম্মস্তু লাইস্তু তিন্নদে। মতুংদা মী-পোং পামজব নিংথৌ খবনা পুজরক্লুনা, হিন্দু ওইজদুনা হিন্দুগী লাই নিংজবদগী মপানগী কুম্মে হায়বদি বাস, গোষ্ঠ, গৌর-লীলা, উদূখলগুম্বা চংলকপনি হায়বগা অন্নামি নিংই। অসি নত্তবা, ওইবা যাবা মওং থোক্লনা উদে। মাসি হৌবকপা মরোল (context) না তাকপনি। হৌবম অসি মথক্তা য়াম্না নৈনথ্রে, গ্রন্থকাবন তোয়না হেদোক্লবা ওইত্তুনা তৌবনি। ইতিহাস মুন্না মেনবগা, খিজিল্লগ ঐখোয়না হায়খিবা খষ্টগী অঃ মমাংদগী মৈতৈ হিন্দুনি, পোইবৈকোন্নচিংবা মণিপুরদা পোকপা নক্তে, মণিপুরগী " নওে—লাক্লগা ওইখিবনি। লাক্তিভৈদস্তু মাখোয হিন্দুনি, নাক্লগস্তু হিন্দুনি। লাম্না খানশিন্নখিবা মবম্না লৈবক্সগীস্তু য়াওদবা যাদে, নোংপোক নোংচুপগী লাকপগীস্তু পুন্না মাংহনবা ঙমদে। অতুনা হিন্দুগী শংলং হিন্দুগা লাইনিং, হিন্দুগী লাই অমস্তুং ধর্ম্মদি মণিপুরদা মঙ্কৎপা য়াদনা অতৎপা লৈতনা, লৈবক্লবনি। অদুনা গ্রন্থকাবগী অনি বা খুংগনি থাজদে। 'মীতৈ লাইনিংগী লাইশিংনা শাইওল্লকপা মতম গ্রন্থকাবগী লাইবিক্কী মতুং ইন্না ওইদবা য়াদবা, ওইফম থোকপা মতম মথক্তা ঐখোয়ন। পাখ্রে। অদুনা গ্রন্থকাবগী লাইশিংনা লাংওনদ্রিবৈদা মণিপুরদা মপানগী মী লাক্লে, লৈরে।

মথা অসিনা মৈতৈগী কুম্মেময়ামগী তক্কমশং নৈতে অদুনা ওজা। ওকগা যুমদা তম্মী হায়রগা "ওঝা অদুগী রসভাবকী মতুং ইন্না ফিজেৎ শেম্বনি" হায়না চথরি। ওজা মশিং য়াম্না য়াম্মী—মাখোয়

খুদিংগী রসভাবকী রাখল মতুং ইন্না ইন্না ফিজেৎ শেংঙসু চৎখবা তারি। অমতা ওইরবদি চুম্মবসু লাল্লবসু মাহাক্না তাকপা অতুমা অচুম্বা ওইনা লৌনবা য়াই। "নাসৌ মনির্যস্য মতং নভিন্নম্" মুনি খুদিংগী মোত মান্নদে হায়বা অদুগুম্না ওজা খুদিংগী ফিজেৎ অমমম ওইরকপা তারবদি অশেংবা কাংবু মকোক ভাওতুনা চেনশনি। ঐখোয়গী লাইবক ফবনা অতুমক্তি থোক্ত্রি, থোকসু থোক্লোই।

গ্রন্থকারগী ধর্ম্মগী পাউতাক্না কোম্নবা 'মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং'গী য়ারি লাইনা খরা মংনা খর। তৌতুনা লিথরকপা অরোইবা মতাংদা লাক্লে অদুবু খোংউপকী য়াদি অমতা য়াওথিদ্রে। ফিজেৎ লৈতেংগী মরুওইবা শুন্দোকপা য়াদবা মচাক অমা খোংউপনা ওইরি হায়বদা কনানসু লাল্লি হায়রোই; অদুবু ঐখোয়না নৈনরিবা লাইরিক অসিনদি পুম্মুং মুথংলম্মে। মুন্না খংদবনরা, খোংদি হুকচাংগী মথা ইথং থংবা থৌশাবা য়াদবা শরুক্তি খনবনরা গ্রন্থকারনা পুমকাউ কাউদ্রে। কাউফমদি থোক্তবনি গ্রন্থকার মশামকসু নুমিৎ খুদিংগী খোংউপ উপ্লি। অদুনা ওয়াংদা সাহেবনা পাল্লবা মতমদা থোরকপগুম উৎলে। অদুদি নত্তে। কোঙ্গোন থিনবা খোংউপ শিজিন্নরম্বগী য়া ঐখোয়না তাবা ফংই। নিংথৌনা অঙম অথৌনা খুদোল খোংউপ অঙাংবনচিংবা নিংথিনা ফজনা অমুক হুংথিলদা শিজিন্নরম্মী। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুর থাদোক্লমদাইদা লম্মাংদোংদা মনাই অমদা খুদোল খোংউপ পীবিরম্বা মাঙ্গোন্দা য়ানথক্তুনা থম্লগা ইত্তত্তনা খুরুম্মরম্মী খোংউপ অসি অনিগুবা লাঞ্জাওদা জাপান্না তকশিল্লরুবদা অশোমগী কাংবুনা য়ুম ময়াম খুদেক্তুনা মৈ থাদোকপদা চাকখ্রে। য়ুসু অসি খুল লানবা থবক অমা চংলুরগা মাহাক্না হল্লকপদা য়ুম থাদোক্লম্লতুনা কনবা ভমহোদে। অদুগা মৈতৈগী অখিবা চংনরোন্দা অঙৌ-পানবা (অঙোম নিংথৌ)

খোংউপ অশংবা তোংই, মাহাক্কী খোংউপ শঙ্গায় শুম্মাং ফাওবা পুশিনবা য়াই, পুথ্রন নোংথোন্নচিংবগী লাকখোং যৌবা য়াই, হাইথৌ ৪ঙ্গীনা লাম্মী থোং য়োৌবা য়াইনচিংবা য়াওরি [ মশিন ]। অতুনা মৈতৈন খোংউপ শিজিন্নরমদবা নত্তে হায়বা শেংন তাকই। তুপী অহলশিংনা ফিগী খোংউপ খুরাইকাদী উপ্পন্বা ঐখোয়সু নিংথিনা থেংনরকই। কালেন যণপোৎ খোইবদা, শিংয়ান ইফানবদা খুগ্রাং হৌজিকসু উপ্পরি। কোন্নুংগীদমক্তি খোংউপশিং অসি তুবা তারবদি অহাপ্পা ফিরিবিনা তুবা তাই। ব্রাহ্মণনা মাগী কাংলুপ নত্তবা লুহোংবগী ষয় শেন্নরবা মতম অসিদদি অমস্তুং শ্রীগোবিন্দ সেবা য়াওবা য়ারমদবা অমস্তুং য়াফম থোক্তবা ব্রাহ্মণনা শ্রীগোবিন্দগা হাকথেংনহল্লবদা, ব্রাহ্মণনা কোন্নুংগী ফিরিবি ওইবসু কায়দ্রে নিংই। কস্তম! কস্তম! কস্তম থুগায়বা কনাননো নিংথৌনরা, প্রজানরা, মমা মপানরা, ব্রাহ্মণরা? খংদনা, পাউথুম ফংদনা লৈবনা ফরগনি। মৈতৈগী হকচাংনা চাওখৎপদা কায়াৎ পুন্নমক্তি য়াওহল্লগা খোংতবুদি ইস্তোকপিরম্বা গ্রন্থকার পুকচেল থামল্লি। পুকচেল থাবা ওইদবসু য়াই—খংদবা ওইরম্নিংঙাইস্তু লৈ। মথক্তা খংদবা কোকথোং য়াওখিবা ঐখোয় নিংথিনা থেংনখ্রে। কোক্কা হকচাংগা চাওখৎপা মান্নদবসু মথক্তা থেংনখ্রে। মৈতৈনা খুরুম বল্লুরা পানবা চৎনবী ওইনা শিজিন্নরম্বা ঙরাংত তোক্করকপনি। মাসিবু মৈতৈনা হৈনবদি লম শাংনা তিংথক্তুনা চেনবা ঙম্মী।

**অরোইবদা** "মীতৈগী চৎনরকপা…ফিজেৎ…ইজবা অসিদা অতোপ্পা ৱারি মতেক খরা খরা য়াওবা অসি মতম অতুদা পুথোকপা পোৎনি খংনবা য়াওজবনি" হায়রিবা য়াওফম থোকপনি। ঐখোয়গী ফিজেৎ কুম্মৈগী, ধর্ম্মগী, সমাজগী, লৈপাক নিংথৌগী ওইবাশিংগী হৌরকফম পীগদবনি, ৱারি লিগদবনি—হৌরকফম অতুগী ৱারি

অতুগী প্রমাণ পীগদবনি, অচুম অবান থংনবা তাক্কদবনি—ময়াম অসিগী মশক্তগী য়ানিংবা য়ানি দবা লেপ্পা ওম্মী, অচুম্বা মশক থিদোকপা ওম্মী মওংশিং অসিদি নত্তনা ভাবনা শাবা খরা, প্রমান পৌবা য়াদবা কয়া, মংগী য়াবি অমস্তুং মংগুম্বা ময়াম অতুনা ইতিহাস ওইবদি লৈপাক্কী ওইনা, সমাজগী ওইনা অকয়বা য়াম্না লৈ। অতুনস্তু শে দোরবা লারদবা যাদে। অতুনা ঐখোযস্তু য়াওদবা যাদতুনা য়াওকবনি। ঐখোযগী অহানবস্তু অথংবনা চুমথোক্তুনা ইতিহাসপু মখোং শেংনা থয়না লাব্রবা ঐখোয পুন্নমক্কী ইথৌনি। গ্রন্থকাবনা মাশিন, অহানবা ফোংবা লাইরিক্কি হায়রি—অনিশুব লাক্পদদি ঐখোয় য়াওদ্রবস্তু য়াবা ওইবগনি থাজে।

শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা, ভূষণ 'অধিকারি', ফিবিবি, 'মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং' লেংবা, 'ব্রহ্মা শে ভা পণ্ডিট' মবক তিনবা ব্রহ্ম 'শোভাদা' ফম্বা যাওবা বার্লড্ টুব মতেক অমা য়াওকরবা, ফিজেৎ লৈতেং ফিজোল শেম্বা পোকপদগী, ঈদগী যাওবক্রব, শগোলবন্দ বিজয়গোবিন্দ লৈকাই, ইম্ফাল, না ইবা 'মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং'গী ইতিহাসন তেংথাবা থেম্নবা হোৎনবা পাউখুম অসিদা লোইজরে।

[ গ্রন্থকার শ্রীশর্ম্মাদগী খর খজিক্তং তমজতুনা মথক্কী মতেক অসি ঐগী নৈনজরক্লিবা লাইরিক্কীস্তু পোলোই ওইনা (ভণিতাগী মওংদাইস্থহাপচরি। ]



---

# অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং

১। মাইমু পেমচা।

২। থৈদিংঙু নরসিংহ।

৩। কার্ত্তা মহারাজগী মজাইবুংডো নিংথৌ মরি।

৪। মণিপুরগী অরোইবা লাল।

৫। শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু মাহাক অমসুং মাহাকী বা থরা।

## ফোংলগদবা লাইরিকশিং

১। The Translation into English of the Cheitharol Kumbaba (Royal Chronicle)

২। শ্রীশ্রীচৈতন্য চরিতামৃত
( মুল, অন্বয়, নৈনবা, ব্যাখ্যানচিংবা )